# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা

## সনা পুয়া

৫ শুবা শরুক লাংবচক

৭ শুবা নাওখম্বদগী ৩০ শুবা থাংপিলাক্লবা ফাওবা


অহৈবা ঃ

মংলেম মৈতৈ

মেকোলা বজার

# খম্বুং ইঙ্গাল লৈশাবা

সনা পুয়া

৫ শুবা শরুক লাংবচক

৭ শুবা নাওখম্বদগী ৩০ শুবা থাংপিলান্থবা ফাওবা

অইবা :
মংলেম মৈতৈ
মেকোলা বজার

# য়াওফম তাকপা

হিরম — লমাই

## ৭ কংলৈ ম্না ফম্লাল শংবা মৈতৈঙু নাওখম্না লৈকাই মরিগী ফম হাপ্পা

লাংবা চক্কী কুমশিং ৩৫১২ নোংদালাই কুমশিং ৪০৪ লৈচংবগী কুমজাগী অরোইবা লমদা থাজা ২৭ নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুংথিল পোপ্পা লৈক্তনবদা ময়ুম এলুপ শখাইগী লুরাং পিবা পুন্সিবা, অচোম পিব, রামৈলাম্বা, মোইরাং পিবা চাওবা শৌপাম্বা খুমন পিবা খোনবা, পিবা মরিনা লুচিং পৌখন্না মীয়াম অশাই অশম পুম্নগা লোইননা মৈতৈঙু নাওখম্নগা মদাইরেন মৈতৈ লৈমা য়াওশোম্বীগা লোইনচনা নোংদম শংলেন মরু লৌরাংজাম্বা, কাইখিবোন শংলেন মরু থেঙ্গাইবা মরু অনিনা থৌশিন খৌতাক্লনা হৌ লম্মাংনব কংলৈ পুংমাই-য়োনগী ম্না থম্বালবু লৈশংবা থৌহৌনা খোংচংলে।। কুচু রায়েন খোদা নোংদম শংলেন্দা লৈচং লৈফম্লবদা মৈতৈঙু নাওখম্না নোংদম মরগী মফমদা কংলৈ পুংমাইয়োন হৌ লম্মহনবা হাইনা লৈবাক্কী মিংচল তম্লম্বা কংলৈ ম্না থম্বালবু কংলা হাইনা খংনরিবগী পরম্ন রাজোম্মি মৈতৈ চংলম লাইরকচন পরম থোরম খৈবিকপু।। মৈতৈঙুনা লৈহৌভৈগী রাবু খংনিংবা চংলম লুতিন লাইরক-চনবু নামুং চংলম ওইদনা থোঙম থোপু থৌশিন্নীংবগী মপুক লুম্লাং থোক্লনববু মরুনা রাখালতুনা মৈতৈঙুগী মফম্লাংদা (খমনুং ইভাল লৈশাবা, নমু তাইবং মৈহৌরোল, চংলম লুতিন লাইরকচন, য়ারা ইংথোন লাইয়েক লৈথম্বা) কৌবা পুরারিবু পাউশানা লিক্তম্বীদুনা লৈবাক নোংথো তুবনু তাহল্লে। মকনা লৈহৌনখ্রবা লৈশেম নোংশেমভৈদগী চংলম লুতিন লাইরকচনবু থৌকাওদনা নীংশিংনব থৌরম থোপুনা চংলম লুতিন লৈনখৈবিকপু লাইরকচন্দা নামুং চংলমবু ওইহন্দনা লৈবাক্কী চংনবম ওইনা থোকাখনদনা চংলম থৌশিংনা থোপুনবগীদমক্তা লাইরকানগী থোংনা চংলম চংলম থৌরম খুদিঙ্গী মখো মঙম লৈখাইনা ফমগা-থনালেনদু লৈকাথুনা হৌ ভাই মথির থোদা নোংদম্না মতৈ মশিংবু লৈতম লৈতাক্লহন্নবা থৌশিন্দুনা মৈতৈ নাওখম্না নমগা ফমগোনবু মোদম্লে, মকনা লাইয়েল্লে।। তাইবং অহন পুন্সি মু শাংবা মখো মঙম থোলেল্লবা, মশু শুথাংবু তানফংনবা লৈঙল্লবা পুংগী মাগী মাগী মনুং মঙম থোডাইনবা ওইনা লৈচম্লবা থোয়মুম লাইরক-চন্দা শিংথানরববু লৈহন খোংলম্ব ইভাল লৈশানা লৈহন্নবা, মপোক খোংলম্ব লৈথংনবা, শাখোক লৈফম্ব মাংলমচত্তা লৈথংনবা, এগী লৈহনগদবা কুমজা, থাজা, নোংকোরো লৈথংনবা মৈতৈ লাইমিং থাগোল চংলম্ব শিন্তাক পাউশা নোংদম্না লৈশিনদবগীদমক্তা ফম্লেনদু লাইরোই পুরেন। লৈঙনা খ্বাই কাইদা, খ্বাই তাংচেংবা, লাইরুহন লাইনিংবু হাল্লে। মথংদা লাইরোই ওঙ্ক ফম্লেন মিংচম্না মুরাং লাইকোন শংবা, খ্বাই লৈতেম্বা লানিংববু লেহাপ লৈথম্লে।।

ময়ুম গম্লিংচুনা চাদ-নাওদরবা তাইবং মখেবু চংলম লুতিন লাইরকচন ময়ুম যুগোম্লোন, চায়োক-লুতিন খোংলম, নাওদা ইচন খোংলম্ব শিন্তাক নোংদম পরম্ব থোপু ফম্ব লাংবা পাংগাই হঞ্জবা

ফয়েনবু মিংহুন্না খ্বাই নোংমাই থেম্বীবু লৈহাপ্লে ।। মথং শাব্রোই হিদং পাউশান, খ্বাই লৈতকপবু লৈহাপ লৈথম্লে ।

লারোই লোইয়িন শিন্থা হঞ্জবা ফয়েন লৈহুন্না পাথংলোই খৈবিকপু চংলম লুত্তিন, য়াম্বা থৌথল্লোন শিন্তাক মোংদম্না মথৌ মওঙ্ব থৌয়েংনা শিন্থা নোংদম্নবা খ্বাই মৈরা চালাম্বু লৈহাপ লৈথম্লে ।।

য়োইবেল য়াংদোংলকপা ফয়েন লৈহুন্না পাথং শরেপ্ল লৈফানদরিববু মচৈ মশিং থাং, টা, লিরুং তেন, শাখিন, লানচং লীকশা খেক্ৰশা য়েকপা খোংপা, ( শাবা, হৈবা ) থৌরম খৈবিকপু লৈথংননা লৈতাক নোংদম্বু খ্বাই তাংক্রকপম্ লৈহাপ লৈথম্লে ।।

শীংলোই লাকপা ফয়েন লৈচন্না নহামচা কুমজা ৫ লৈচংনদগীনা কুমজা ১০ লৈচংবা শীংলোই নহাশিংবু মচৈ মশিং মথল মথা চৈনবা মমিং মনা, মখোং মথুং চৈশিংনবা মথল মথা থৌখিনা লৈতাক নোংদম্নবু খ্বাই য়াইমা লৈরি খোম্বু লৈহাপ লৈথম্লে ।।

খুংলাই লৈকাই থৌপু নোংদম্বা, লাইরোই পুরেন তোনাম্বা । লাইরোই হঞ্জব শনালেম্ব ।। শারোই হঞ্জবা কুবিলাইবা ।। শারোই হিদং লমখাবা কৌববু ফমহাপ্লে ।। লাইরোই লোইয়িন শিন্তাক হঞ্জবা খুংলাই কুবি নহাবা ।। য়োইরেন—য়াংদোং লাকপা খুংলাই কৈংঙম্বু হাপ্লে । শিংলোই লাকপা খুংলাই য়াঙ্গুববু হাপ্লে ।।

রাংথৈ লৈকাইগী লাইরোই পুরেন রাংলেন জাম্বা ।। লাইরোই হঞ্জব কাক্লে ।। শারোই হঞ্জবা মৌল ।। শারোই হিদং নালবা ।। লারোই লোইয়িন শিন্তাক হঞ্জবা খোংঙা চরোং ।। য়োইরেন য়াথংলোইলাকপা কাবোম্বা ।। শীংলোই লাকপা রাংথৈ নহাবা ।।

য়াইগুলি লৈকাই লাইরোই পুরেন মান্দিংবা ।। হঞ্জবা য়াইখোম্বা ।। শারোই হঞ্জবা খাম্বা পনশাবা ।। হিদং লাইশ্বা ।। লারোই লোইয়িন হঞ্জবা মংলেনজাম্বা ।। য়োইরেন য়াথংলোই লাকপা—খাবি লুকোই ।। শিংলোই লাকপা রাকপা লুমশন ।

লৈকাই মরিগী থৌপুরেন শিনবুরেনবু ফমহাপ্পুনা থৌশিন্নরে ।। লৈবাক্কী থৌপুনবা ফমদৌ ফয়েন লৈহাপ্পুনা মথৌ মওঙ্ব থৌশিল্লক্লে ।। য়াঙ্গোই হঞ্জবা হিদং ।। লাঙ্গোই হঞ্জবা হিদং ।। খল্লুপুরেন, শারুংহনবা, মাইজহনবা=পাউচংপা ।। শালাকপা=শংলেন শংবা ।। রাঙ্গং পুরেন ।। উরুং পুরেন ।। ইকংপুরেন তারুংবা । পাংচাহনবা ।। লৌকংপুরেন । লাইকম হঞ্জব ।। কৈরংবা ।। ফৌরংবা মিরুংবা ।। রায়েন ফম্বে নোংদম্বা ।। রায়েন ফম্বে পুখ্রম নোংথোন ।। কুজ্র হঞ্জবা হিদং । থৌরম খুদিঙ্গী থৌয়েংনা ফমদৌ ডম্বু ফমলেন ফমহাপ্পুনা লৈবাক্কী থৌপুহল্লে ।।

ওইঙম্না পিবা মনাফিরোল ওইশন্নু চৌংনদনা পিশন্নু নখোই খিবীক্লা পাগী পুগী লৈহৌ শাৎনকম ওইনা লৈশংনা লৈঙম্নগদবদি চৌংখৈ নোংপোক অসিরোই চৌংলেনদা লৈপাল্লো ।। লৈকম অশিদা লৈন্নুং ( খোং, খোংলম অহুম ) লৈবদো চীংলেন লুত্তোন পাংবা খোংলম খোংদা লৈঙাক্লিবদো ( ওক্লরেন, খংনরেল ) কৌবনি লৈকন অতুদা নখোইশু লৈরুরো, নখোই খৈবিক্লি ময়াইদা ঐবু লৈগদবনি নোংদম্না লৈকম অতুদা খোংচং লৈচংতুনা লৈমিন্নখিবা খোইয়ুম ৬ না চক মরিদা চাদা নাওদা শুদারম্বা মচা মশুনি । নবুধো নোংদালাইনা শাথোক শাফোংনদ-রিবা মখৈবু লৈরোং লৈত্তাংনা লৈপায়হুনা লৈঙম্লগা নবুধোনা লৈপাল্লবদা শাথোরুহুনা লৈকম্নু লৈথংনা থুন্দা লৈতানা লৈঙমখিবা লৈহৌভৈদগী মারোং শাইদাংনহুন। লৈঙম্নরুবা লুপলেল্লি থৌকাওনদনবা হাইহুন। লুপ্লেন মমিংবু ( তাংখু ) লৈহুনবনি ।। অথুবা লৈথুন মন্নুংদা শাইদাং নারোংনহুনা লৈঙম্নরুবনি লৈথংনবা নবুধোনা মিংলেনগা লৈহৌ ফিরোনগা নোংদম্না ফিশেৎহনবনি ।। পিঙমখরবা ফিরোলবু লুতুংদা লৈনি শাইদাংনহুনা ফিশেৎনৈয়ে লৈথংনবা তাংখু হাইনা চৎকম অনিবু থৌয়েং লৈফানা মিংহুনখিবা তাংখুগী লুপ্পা লৈশুবদা খোইজংবা ফিরোলবু খোইদা ফিশেৎপদি হাইখিবা নোংদমবু থৌপুবনি ।। নবুধো লাইমিং খোইগী মঙাল নাওদনি অতুম্নগী লৈহন্না ফিশেংপনি মৈতৈঙ মপুক রালুপৌন্নু, মযুম মঙাং য়ুম্না ফিরোন অসিবু শেৎকদবদি ফম্বাল মেন্দোংবা নোংকোরো অমত্তনি লৈহৌভৈদা লৈনি ফিশেৎনখিবশু অতুম্বু স্না পুক্লিং লৈত্তক লুম্লাং লৈথাবিনি ।।

কাইবিরোল মরুগী নোংদম পুরারি তানফংবদা মৈতৈঙ নাওফংবনা হাই, মরু তাংখু হাইবা লুপ অসিদি ইবুধো লাইমিংখোইগী মঙাল মচা মশুনিদনা ।। মাল্লি মৈতৈঙ ।। মরু অতুননিদনা ফম্বাল ফিরোল খ্বাংলি লাইখন লৈচু অহুম্বু খোইজংনা অমুক ফিনিহুনা শেৎনরিবা অসিদি, লুপ অসিগী মশকপু লুতুংনা লৈথংনবা ইবুধো লাইমিংখোইনা থৌশিন নোংদমবনিদনা মরু ।। মাল্লি মৈতৈঙ ।। ফিরোল অশিদি ইবুধো পাখংবা কোম্নহন্নু থোকনা হয়ম চকভৈদা ফম্বাল মেন্দোংবা ফিরোল ওইজগে লৈনিহুনা ফিশেৎনহুনা চক মরিবু ফম্বাল ফিশেৎনহুন। থৌঙম থৌপুনরক্লিবা ফিরোলবু ইবুধো নোংদালাই পাখংবনা মনা ফিরোল ওইনা লুপ অশিবুশু ফিশেৎ-নহন্দুনা লুপকি মঙম্ব লৈথংহনবা থৌপুবনিদনা ।। লুপ অসিনা ফিশেৎনরে হাইহুনা ফম্বাল তোংবদা ফিশেং অশিবু শেত্তবা য়াদবা ফিরোল মশক ওইঙম্লি ।। ফম্বাল ফিরোন্নি হাইহুনা লুপ অসিবু শেৎহন ইনহন্নবশু য়াঙমদবা মশাগী লৈহৌভৈগী ফিশেৎপু ওইঙম্লি, অতুনদি ফিরোল অশিবু লুতুংগী কংলৈ পিবা ফম্বাল মেন স্নাফম্বাল লৈশংলবশিংনা ফিরোল অসিবু ফিশেৎনা ফম্বাল মেন্দা লৈফমদবা কংলৈ পিবা অতুদি মৈতৈ পিবালেনগী মিংলেন চৈহ্নাপদা লৈহাপনদবা নোংকোরো অসিগী কুমজাদগী থৌপুনবা লাইরকচন্দা লাইরেক লৈংম্নরশে পরম্বু লুতুংনা থৌকাওদনা থৌঙম থৌপুনবা নোংদম মরুনা লৈয়েক লৈথম্নীরো ।। মৈতৈঙগী পাউশা নোংদম্ব থৌপুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বনা ( থম্নং ইন্ডাল লৈশাবা লাইরকচন পুরারিদা ) লাইয়েক্লা লৈথম্লে ।।

## ফম্বাল তোংবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৩ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৪০৫ চংবগী হিয়াঙ্গে থাজা ১৫ নি পানবা নোংকোয়রৌ নিংথৌকাবা থরাউপিচা হৈরেময়েনা লৈপূবগী মুংখিলগী পোপ্পা লৈহুন্নকপদা ময়ুম পিবা ৪ না ইরু মাইতাবগী ইহৈহুনা মরু অনিনা ফম্বাল লৈফম্বগী থৌনি ইরাৎপু থৌওম থৌপুনা মৈতৈঙ্ নাওথম্বা পিবা লুচিংবগী ফম্বাল লৈকয়্রে ।। মদাইরেন ইবেম্মা য়াওরোইবম চন্নু মংশাঙম্বীবু থাজা ৫ গী পিবুকম্নুংদা নাওপুনা ওইথম ফম্বাল লাংনা মৈতৈঙ্গী থৌখন তানফংলে ।। ফম্বাল লৈকাবগী মিংলেনবু লৈবাক্কী য়াইফং থৌরমতা নীংঙম্না ফোঁচম থৌপুনৈ হাইহুন। মৈতৈঙ্ নিংথৌ নাওথম্বা কংলৈ পিবা লৈহুল্লে।। মী লাই লৈঙম্বা পুম্ববু অচান মীরাই নাইদনা রায়েন থৌলিংঙি হাইহুনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ নাওথম্বা হাইনা মী, লাই পুম্বনা মিংহুন্নহুনা মরু অনিনা কংলৈ পিবা মৈতৈঙ্ নিংথৌ নাওথম্বা লাইনিংথৌবু থেমথোক্লহুনা লৌথরে ।। রাকোন শঙদা চরৈ ফম্বাল ফিরোন লৈহোংহুনা নিংথৌ ফিরোনবু ফিশেং লৈতেংনা অঙম্বা অশাই অশম ফমদৌ পুম্বনা থৌখম্না রায়েন অহানবা কুচু শংলেন্দা লৈচং ফম্বাল লাংঙম্না ময়ুম পুম্বগা পাউশানহুনা নুংঙাইনরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৪ নোংদালাই কুমশিং ৪০৬ লৈচংবা শজিবু থাজগী নিলমাংদা ইরাং-লোন মৈতৈ লৈমরেল মংশাঙম্বী রাঙ্গোল শঙদা থোগু মহুনা নোংকোয়রৌ শগোলশেল থাজা ১৫ নি পানবগী অহিং য়ুংথক হেক খানবদা মচা নিপা অমা তাইবং ইফাওনহুনা তানফংলে ।। মরু ইহুন তাখিবা নোংকোয়রৌ লৈবাকপোকপা থাজা ২০ নি পানবা ইপোক হুমিৎতগী ৬ নি লৈচংবগী অয়ুক নুমিৎনা রাতোন লৈকাবদা নাওরাগী মতিক মঙম্বু থৌনিহুনা অঙাঙ্গী মমিংবু নাওফংবা মিংহুল্লে ।। মালেম অঙালবনা খোংচংথ্রবদা ঈ মপান থাবগী পুন্সি নুংশাং থৌনিহুনা মাইকৈ ৮ বু লৈত্তাক লৈথিংনা লৈথম্লগা মাইগৈ অনিদগী নাওয়োক নাওকোলবু লৈনি থৌনিববু থৌরোইনহুনা অশাই অশম পুম্ববু পিজ পিথরুহুনা মচা ইবুংঙোগীদমক্তা য়াইফং থৌনিনবিরে ।।

### ২ নং থাংহি তাওবুংখোম্বগী পারম

### শিংদা, লমশাং, তাওথোং, তাওবুংখোক থোল্লম্বা

থাংহি তাওবুংখোম্বা য়াখংলোইবু মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা ময়াম্পুং মৈতৈঙ্ কাওথম্বনা নোংদম্লম্বা পরম্বু থৌপুনা য়াখংলোইগী মনুংদা মনাই অচানব ওইনা মঙমলৈবা য়াখংলোই তেংমখিন শাথোক্লবা ওইনা মনিংতম্না লৈথম্বী ।।

মঙম অশিদা তাওবুংখোম্বনা মাগী লোইয়িন শোংঙারবগা লোইননা মগী রাকয়ৈ ( শরাং ঙিরেন ) কৌববু তোংহুনা নোংচুপ লোইয়ারম লুরাং কোন্দা লৈকোঠরক্লে ।। লুরাং ইথোং কুরুম

চৌরুললনগী নোংচুপ থংবা চীংশাং নাপোম লৈমলোক চীঙোন চীংশ। মাপোগ্গ লৈখাইনরিবা ( খুমু চেংবী নাপোম ) হাইবা লুবাং থিথাখেন্দা শোংঙারাবগী তাওবুংখোম্বগী মখোই অনিমু লৈফম অশিদা হিথাংতুনা পোথানতুনা রাংলেন ঙাইহাক লৈঙম্নতুনা লম য়েংনৈয়ে।। মতম শুদুন, ময়ুম লুরাং পিবা পুন্সিবগু ময়ুম লৈকাই হো থাংরাই লম্মাহনবন্ন কোঙলিবা লমখৈবু লৈয়েংবদগী হন ঙন্নকপদা পাখংলোই অমিবু থেংনতুনা রাহংবদা নীংশিংলতুনা ময়ুম শঙ্গাইদা পুডুক্তুনা অচা অথক অথুম অহাওবু অরাৎপা লৈতনা পিজতুনা পাউশানতুনা নুংঙাইনৈয়ে ।। শোংঙারাবনা লুরাং পুন্সিবগী মফমলাংদা হাইজরকই, ময়ুম লুরাং লুচিংবা খোইয়ুম লাইরমলেন্দা শিংখা শিংথেক্করক্লবা নক্ন্নাংদা শোংঙারাবা ননাইনা পরম লুতিন রাহৈ অনতংবু নীংশিংজনা লৈনিজগে কুবি নোংদম-বীতুনা অয়োন অরান লৈঙম্ববু কুবি লৈঙাক্কবিও, ননাই শোংঙারাবগী ইপুক ল্লুম্নাংদা খোইজং লৈতানজবগী নীংশিংজগে থোপুজগে তৌজবনে ।। শোংঙারাবা থোরমদি হাইনিংবদা হাইয়ুদনা নঙ্গী খোইজং লৈতাবা থোরমদো ।। হো থাংরাই লম্মাহনববু লুচিংবা নঙম্নবু লৈহবপনা থোরম্ম রামাং রাহোম্নবু ঙমজদে অয়োন লংজববু খোকথিগদরা লৈখনবদা ।। হাইরুদনা শোংঙারাবা নপুক খোইজং খোইদজবা থৌরমদো করিবু থোরম ওইতুনা অতুক ল্লুম্নাং লৈখনবা ।। পৌঙম্ম তাম্বেংজগে নিংজবা থোরমদি ঐখোয়গী ইবুংঙো শরাং তাওবুংখোম্বগী লুদবু নমোম ইবেম্মা তোইবী লৈমগী লুবু লৈতিন হনবা থোরম্ম থৌনিজগে হাইজবনি কুবিও।। শোংঙারাবা পাউশা পাউহেনবা নঙ্গী নবুংঙোবু অমতংবু ইফাৎহল্লু থোঙম্নবদি ইমোম লুরাং চন্ন তোইবী লৈমবু পিঙম্নগে নবুংঙোগী মঙম্ম ঐবু অতুক লৈখংহল্লু ।। হো থাংরাই লুচিংবা লুরাং পিবা অঙম্বা লৈকম কদাইদগীবু কদাইবু পাংনা ইফাংলমও হাইবনো ? শোংঙারাবা ইরম ইখোংদি নঙুল ইখোঙ্গী নোংচুপ পাংবা লোইয়ারম চীংদগী ইরৌনতুনা ইখোংবু থা পাংনা ইফাৎনবা থোপুনবা তোঙম্নশি ।। তাকপীবা নয়াথংবু থোপুনা ইখোং ইরম্ম ইফাৎনবা অতুক থোপুজরুগে থোঙম্ববু কুবিও ।। চৎলু চৎলু শোংঙারাবা নবুংঙোবু থোঙম্নবা থোশিল্লকও থোঙম্বগু ওইঙম্মু ।। নোংদম থোদাবু থোপুনা শোংঙারাবনা লমজিংন তাওবুংখোম্ববু নোংচুপ লোইয়ারম চীংশাংদা খোংশা তুনা ( খোইয়ুম লোই-য়ারাকপা খোংফেন থোবগী ) মফমদবু পুরুম্না ইনিতুনা তাওবুংখোম্ববু ইরম ইখোংবু লৈয়াৎ লৈতৌ লৈথিনগাইতুনা ইখোংবু শেম্নক্লে ।। লুরাং পিবা পুন্সিবগী শিন্থাবু থোপুনা ইরম ইখোংবু লৈতৌ লৈহো নৈয়ে হাইতুনা ( লুরাং সিম্বা ইখোং ) থাকোরে = সিম্বা ইখোং = সিংদ ইখোং হাইনা লমশাং ইফাৎনা পুঙম্নক্তুনা লাক্লবদা মপু মনাই রাতান্নে।। ইখোং অসিবু হক্লগু মশাংলে অতুবু হৌজিক কদোমদা অমুক পাঙনা ইখোং ইরম্ম কাৎশিবা রাঙান্নেয়ে লৈফম্ম ( লমশাং ) কৌরম্নে ।। তরং থক্তা তাওতুনা মপু মনাইবু লৈকাৎনা তাওথতুনা লাকঙম্নেএ, রাংলেন ঙাইহাক পোখাতুনা ইখোংবু থা পাংনা লৈমাৎনবা রাতান্নে লৈফম্ম ( তাওথোক = তাওথোং কৌরে ।। তাওবুংখোম্বন ইখোং

অত্তুবু খা পাংনা পুথরম্লে ইফম ইখোংবু ( তাওবুংখোঙ ) মিংহুল্লে ।। লৈফম অতুদা লৈথমহুনা লৈকম্বু কোইনা লময়েংঙি লৈফম্বু তাওবুংখোঙ উকোন মিংহুন্না থাংহিং তাওবুংখোম্বগী খুবম্বু লুতুংনা লৈয়াং লৈথম্লে ।। ইফম্বু খা পাংনা মথং মথং লৈফাংনবা থোয়েংঙ্গবু ময়ুম লুরাং পিবা পুক্নিবনা উরুহুনা মরামম্বাইদগী খোঙ্গুম্লহুনা থাংহিং তাওবুংখোম্বা ওক্লে, ইরম ইখোং লৈফাংপা নঙম্বু য়েংনিংহুনা শিম্বাবনি লৈথংলে লৈহল্লসি লোখামহুদা মরাময়াইদা পুঙম্লক্লে ।। ইখোং ইফাংপগী মনা খুদোন ওইঙম্না মমোম ইবেম্মা লুরাং তোইবি লৈমবু শরাং য়ুমদা লুতিন লৈহুন লাংঙম্না লুরাং লুদগী লুহোং লৈরাংনবা নোংদম্লে ।।

খোরম ইপাউবু মৈতৈঙ্ কংলৈ পিবা লুচিংবা নাওখম্বনা তাঙমহুনা মনাই অচানবা থাংহিং তাওবুংখোম্বগী লুতিন লৈয়াবা থোরম্বু লৈরাক্তনবা অশাই অশমশিংদা নোংদমহুনা চন্দ্র নিংথোল অমনা লুহোং লুতিন লৈরাংনবদা পৌঙম খোপুগদবা লাইরকচন পাগী পুগী চৎন-লমবু নামুং চৎলমবু লৈহন্দনা শিল্লাংহুনা লুরাং তোইবি লৈমবু শরাং য়ুমদা লুতিন্দুনা শরাং য়ুমবু য়াইফংনরে ।।

মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা মনাই থাংহিং তাওবুংখোম্ববু মিংলেন অমা লৈমুক্তনবা লুতুং ফাওববু লৈঙম্নবা মনাইগীদমক্তা লৈথঙ্কহুনা মনাইগী মিংলেনদু শরাং থাংহিং তাওবু খোংদোবা মিংহুনবিহুনা শেলুংফমলেনবু লৈহাম্নীরে ।। হো লোল্লোইনা কোনবলম কংলৈদা পৌকানবা ময়ুম লুরাং পিবদা লৈশিন্নহুনা লৈথম্বা লমগী মনুংদগী মনাই তাওবুংখোংদোবগী মফমদা নহাথক্তা লমগী মমিং লৈহুনবা তাওবুংখোক কৌবগা, তাওখোং কৌবগা লম্লেন অনিবু নঙ্গী লৈচা লৈকম ওইজরো নোংদম্বীহুনা মনাই অচানবা, মথৌনা শকবা ওইনা লৈপাক্সরে ।। মতুংদা মদাইরেন ইরেম তোইবী লৈমা মচা নিপা অমা তানফংহুনা মমিং পাখং অহনবা মিংহুল্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৫ নোংদালাই কুমশিং ৪০৭ লৈচংবদা মৈতৈঙ্ নাওখম্বগী মদাইবেন মৈতৈ লৈমরেন য়াওরোইবম চন্দ্র মংশাঙবী ঋাঙগোল শঙগুমহুনা মচা ইবেম্মা অমা তানফংজহুনা মমিংবু লাইরুম লাংবী মিংহুম্নেয়ে । মতম অশিদা হো কেগে লম্মাহনবগী পিববু মৈতৈঙনা মোইরাংগী লাইকচেং কৌববু পিবা লৈহপ্পুনা হো কেগেগী ঋায়েন খোপু হল্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৭ নোংদালইগী কুমশিং ৪০৯ লৈচংলকপদা মনাই থাংহিং তাওবুং-খোংদোবগী মদাইরেন ইরেম তোইবীরৈমবু মচা নিপা অমশু অমুক তানফংজহুনা মচাগী মমিংবু য়ুনাওরোই য়াইমা মিংহুন্দুনা নাওকোম্লেয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৮ নোংদালাইগী কুমশিং ৪১০ লৈচংবদা ইরেম তোইবী লৈমগী খুবোমগী ময়াদা অহোলাই হাইবা কুবু ডৌহনবা লাইথুং অমা তাম্বেংনহুনা অহৈ অশিংনা লাইয়েংববু লাইকোকপীবা হুমদহুনা থাংহিং তাওবুংখোম্বা লংজা ইকাইবা তানথংলৈ ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৯ নোংদালাই কুমশিং ৪:১ লৈচংবগী কালেন থানা গুম্নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপগী কুংথিল পোপ্পা লৈহল্লকপদা মৈতৈঙ. কংলৈ পিবা নাংখহনা মচা ইবুংঙো নাওফংববু মন্নুং মতম চাদনা মচা ইবুংহোনা কুমজা ৫ বু লৈচংলকপদা অঙপ্পা অশাই অশম লৈঙম্বা পুন্নমক্কা ময়ুম এলুপ পুম্নগা রাতান্নতুনা লৈবাক ঙাবপগী কংদ লৈহাপ লৈশিন্নরে। ফমদৌ অশাই অশম ময়াম্ন লৈফম্নীন্নবদা লোঙ্গা পাউশানতুনা শেন্নংবা তাওবুংখোম্বগী ইমুং মনুঙ্গী রাবু পাউশানঙৈম্নে। পাউশা লোঙ্গানববু থাংহি তাওবুংখোম্বনা তাঙেমতুনা ফমথো লৈফম্ববু থোয়াওবা ইকাই তুম্নংনতুনা লৈফম্ববু য়াওভমদনা মরাময়াইদা কুম্নক্লে। তাংজা লুরুমপুক লুম্নাংবু লৈখল্লুরগা হাইয়ে, ইদাইরেন ইরেন তোইবী লৈমা কোরো অসিদি নপাম য়ুমদা য়ুমকুমতুনা মতম থরবু লৈঙমতুনা নশা অনা লাইয়েংনবা তৌঙম্মু, নংনা ইথয়াংদা লৈঙম্নবাদি ঐবু ফমদৌ লৈফমমিন্নবদা তাংজা ইকাই লংবনা লৈফম ফগ্বানবা থৌঙম্নদ্রে, এগা লৈফম্মিন্নরগা মহিক মকাং লৈচোংলক্কনি পাউশাবু লোঙ্গা লোম্নপ্লতুনা ইনাক লৈফম্নদবু অকি তুজুং ঙইনরে কমদৌশিংগে ইদাইংেন। মশাবি তাওবুংখোম্ববু ফমদৌ লৈফম্মিন্নবদা অকি তুজুং তানফংনরে হাইবা পাউশাবু তাবদা তাংজা লুক্লা ঙাইহাক রাখল্লুরগা "উম মান্নি অচুম্বনি নয়াথংবু থোপুনা ইপাম খোঙ্গুম খোংদানা মতম হরদং লৈঙম্ন তৌঙ. লাইচুববু লাইকেবপরা য়েংঙমলুরগে নপাদি অনিবু নাওয়োক নাওবোন্না মতম থরবু লৈঙম্নবা ওইবিহৌরো" হাইনা মচা অনিবু লৈশিন্নরম্মগা মপাম খোঙ্গুম খোংদানখ্রে।।

মচানা লৈচংলকপা উবদা লুরুং পিবা পুম্নিবনা রাহংদি, লাংলেন ইচাবু করি তৌবা লাকঙম্বা হাইনিংবা করিবু লৈঙম্বা? পম্নৌগী নাক্তা মতম হরব লৈঙংগে লাকচবনি।। হিং করিনে লাংলেন ইচাদি শরাং লুদা লৈতিন্নখ্রবনি নপাম য়ুমদা লৈঙম্নগে হাইবদ চংলম নামুং থোপুবা তাঙখনিনা তৌহৈদে কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী লাইরকচন চংলম্ন নামুং চংলম থোপুন তৌথদে নতুঙ্গী চংলমবু থোয়েং থোপুনদবা তৌহৈদবা লাইরমলেনবু নামুংহনবা তাঙেমগনি. নশাবি শরাং য়ুমদা পুম্নিগী ইঙম্ন ঙাইঙম্না লৈগদবনি ইমোম নংবু নপাম য়ুমদা পম্নৌ নপা ঐগী নাক্তা লৈথম্নি দবা নত্তে ময়ুম লুরু হেংথ্রবী চন্নবা মাবু লোইব। মপুলোইবনা অমম লৈশা তান্দরিঙৈদা চন্নু লুহোংগ্রবা মৌশিংনা মপাম য়ুমদা খোংদাতুনা অহিং য়ারেক লৈপন্নফদে, হেকিংলৈ লম্মাহনবা কংলৈ ম্না পুংমাইয়োনগী লাইরকচন চংলম্ব নামুংনগনি লৈহন্নবা তৌঙমসে। নয়াথংবু লৈতকপীবা নচানা ফিগাওশানা লৈয়ানা লুরাই থক্তা লৈহাপ্পা লৈফম থোপুজগনি নমোম নচাবু শরাং লুদগী লৈথাইদে নয়াথংবু থোপুনা পম্নৌগী নাক্তা তীনখোং লাইখোং লৈথিনা নমোমগী হক্কি বুদা লৈপক্লিবা লাইন লাথুং অসিগী পম্নৌনা তীনখোং লাইখোং লৈথিনা তীনকোক লাইবোক্লা লাইয়বিংনা নমোম মচাবু মতম থরদং লৈপঙ্গগে লাকচবনি। ইস থোরম চংলম অসিদি বরমনো লাইরমলেনগী চংলমগুম

নামুংদনবা ইমোম ইচানা থৌপুঙ্গরকপশু থৌঙমজনবা ঐবু করি কমদৌনা থৌশিনশিবনো মপুব লুম্লাং লৈথল্লক্লে । উম চৎলম অসি নশুনদি লৈঙমদেনা থৌরম্ব. লৈখংঙুনা মৈতৈ লৈমরেন ইবেনধৌ লাইস্না লাইখুরেম্বীনা মবুং পোইরৈতোন ইবুধৌগী লৌপাং লৌখা৩ থোঙ্ মরক্তুনা লমদন লৈঙম্নবদা ইবেনধৌগী মশাইকোনবু লৈখাইনা শংলেন লৈতোপ লৈশানা লৈঙয়হনখিবদি লুতুঙ্গী নৌংশিংনববু থৌহৌ লৈখম্নবা থৌপুবনিদনা অতুদি লাইরমলেন্না থৌপুখিব লাইরকচনবু কাইদনা মথংলেংনা লাংলেন ইচাগা থৌপুনরকপবু পৌঙম্নবা ঐশু থৌপুরগে লুম্লাং রারেপ লৈথাতুনা ময়ুম লুরাং তিথাথেন খুন্নচেং চীংজিনগী মথক লৈকমদা লৈতেমদুনা লৈফম্ব. ( শরাং তোইবী লৈমা লাইয়েং থেন ) লৈহুন্না শংলেন কোইরেং অমা লৈশাতুনা মমোম মচাগী লাইহুংবু লাইকোরুবা লাইয়েংবিতুনা তীনখোং লাইখোং লৌশিনা ইরাং চবান থৌনিনা লৈথম্বিতুনা লৈঙাম্ম ।। লাই-মেবু থৌঙমদে ।। তীঙ্গ. লাইচুববু লৈকোকনরক্তুবদা ইবেম তোইবী লৈমনা মিংস্না ইরাচেন খুদাং পিফম্লাং মপারি অনিবু থাজা ৫ বু লৈচুপ্পা শেংনবগী মুংশি মুংঙোল রাখল্লে । মশাদা তীঙ্গ. লাইচুবনা লাইকোক্তবনে রাখল থৌরম খুদিংদা থৌঙম্নরক্তুবদা অরা লৈখানবু তানথেংনা মবুধৌ পাখংবা লাইবু পুরুম থাগোঙ্গতুনা নোংকোরৌগী লৌকাদনা নীংজরক্লে ।। কুমদম নোংমা ঈহৌতুনা চৌপৃখোঙ্গী পাংপু ইনাই ইচোন্না খোংবু ইচেন্নদুনা লুরাং থেন লুরাংলিগা ইশম্নন ইচেন্নরে । চৌপৃ খোঙ্গী মরু পাঙ্গা ইরেম তোইবী লৈমবু লুম্লাং অরাবা রাখনব পোখানবা হাইতুনা কিনেক চোন্না শেংচিল্লগা হঙ্গেন তাইখং লাতুনা লাইজা মুংদা ইনথানা লেম্নে ঙামি থেমঙমজেয়ে । থৌরম্ব. মবুধৌ পাখংবা ( খুন্নচেং লুরাং চৌপৃ পাখংনা ) তাইবং মশকথোং ওইনা শাপেক্তুনা পাউহংনরক্লে ইরোই অঙৌব. অমুবা শাদোংনতুনা ।। ফিনেক খুমিং লৈচোন্না ফিশেংপী নংবু লাইজা ইরোনমুং ঈপাকথক্তা শিম্বাবু থিশেং অতুম্না থিশেংনবা হৌনদে নঙ্গী চইরেদো লাইজা ইচোংলে ইশানৌ নংবু নশাদা কনাগুম্বনা উবগা তুজুংনবা লাইথুং লাইনাবু পক্তুনা তাইবংনা উখিগনি তৌবরা লাইথুং অতুবু লৈকোরুবা তখং অহৈদা রাহোম পাউহংনদবরা / রাহৈ পাউশাবু তাবদা লুরাং ফেনবী তোইবী লৈমনা খঙয়ে ।। ঐগী থৌরম্ব. লৈখংনা রাহৈ পাউশাবা অশিনি তাইবং নত্তে থোইয়ুম লাইনিদনা লৈখতুন মিংস্না ইরাচেন্ন পাউদম পাউশানা থৌনি পরম্ব রাহং থৌনিঙমজেএ ।। তোইবী লৈনগী রাহং পুরম লৈপাইবরু তাবা উবদা কুনি নোংদম্বীবগে রাখনবিতুনা লৈহৌ কোবা লা অশংবা অমদা লাইখোঙ্গা তীনখাঙ্গা লৈয়েক-পীতুনা ইমুংলোনগী পাউশাবু "মমিং ইরেম তোইবী লৈমা থীকশেং থাশং তীমকোক লাইকোক-লোন তীনশেং লাইশেংলোন" মিংহুন অম্না লাইয়েক্তুনা তোইবী লৈমগী মখুৎবাঙ্গা লৈহাম্নীরম্মগা খুন্নচেং ইরোই অঙৌবা য়াথোক কোমদা লৈচংখিতুনা মা থরে । ইরেম তোইবী লৈমনা অকি তুজুংএই মপুক চরাও অয়াম্না লাইজমুংদা চঙ্গে তাইখংলাম্না ইনথানবু হৌদোন্নমতুনা পন্থৌ মপা

লুরাং পুন্সিবগী মনাক তাম্না চেন্নকুনা খোরগ্‌ পাউদম্না লৈহৌ কৌবা লাব্ মপাগী মগমদা লৈশিন্নরে ।। লুরাং পুন্সিবনা লৈহৌলাদা ইবা য়াবা ইখোলবু লৈমাংদনবা কোনা লাংজমদা লৈশিল লাইয়েক্লে ।।

## তিনশেং লাইশেং আক্রাকালোন

হয়ুম হোয়াহে কোরৌ মচি ঈনা শেংনবগে, কোরৌ মচি ঈ, রাংকল মনাও ঈ, খাবা পুলৈরোম্বা ঈ, ভুরেল লোকচা মচা ঈ, শরোন মংলোন ঈ চেংজা লুরাং ঈ, কংগোং নানৌ ঈ, নোংপাল তোইবী লৈমা লুরাং খুবা চনু লাইশেং ঈনা শেংনারশে ।। নাপীনা শিংনীনা, শিংদানা নাদানা, নাপুনা শেন্বুনা, উখোক্রা রাখোক্রা, হুপ্পা হুপ্পাংনা, তাইরেন্না পুংফাইনা পাগ্নরে শেংনরে ।। কশা নোংখৌ লাইবৈমা নাপীনা নোংখোইদুনা মশু হে হবেম্মগী মশাদা থুনাম্বা নাউবা, তীঙ্গুবা লাইচুবা ফত্তবা হৌদিবা নমথিবা চঙ্গোইবা লৈঙঘিবা পুম্নবু কোকপীদুনা কাপয়াং তাংয়াংনা পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈতানা তাম্নেং ময়ুং পাক্না শাংনা তানফংদুনা য়াইফংনববু কুবিবা ওইজরগে । ফত্তবা হৌদিবা লৈঙম্নবা খিবিকপু রাদা রাশিন হৈবী নংনা শিনবীহৌরো, উদা উশিন হৈবী নংনা শিনবীখরো, উতিনকোক নংনা কোকপীরো, উতিংকোক নংনা শেংবীরো ওমহৈ, ওমহৈ, ওমহৈ, হোয়াহে হোয়াহে ।।

থিকশেং খাশেং থিকপেং চাইরগা মনোম মচাবু মবেনথৌ লাইস্নবা মপামদা লৌপাংবা খোঙ্গুমদুনা লৈঙম্বা মতমদা ইরু মাইতানরম্বা ইকোম ইশাইকোন ময়াদা পুঙয়ুক্তুনা ঈহৌরোনবু শৈশরু, ঈনিরগা ইরু মাইতানহল্লে ।

পাউশা : হো ইরোই ইমাদোনবু ইমাহল্লো, ইমুলোন তরুকমক, ইঙৌনালোন তরুকমক, ইখাবী ইয়াম্বী ইপোকচনু ইঙোই য়াম্বী ইপোকচনু ইশুক ইশোই য়াম্বী-ও, ঐবু শিজবা ইনিংখৌ, ইথৌরেন ইখৌবদি ইপাথোই ইপুথোই ইবোনি ইয়াংনি ইরেংপাঙ্গা ইরইরে তোংবু পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈতানা ইপানগে কপয়াংনা তাংয়াংনা তীনশেং লাইশেংনা লৈপানগে হাইবগী ইরু নোংলু অপানবনা ইঙৌবা লোন তরুকপু ইতাইনা, ইরেন লৈম্না অঙাংবনা ইমুবা লোন তরুকমকপু ইখানম্না ইতাইরগে, ইমু নম্না ইতাইরগে হৌফবিরো, হে মরু ওরা ।। পাউশানা স্ন-লুপা কোনয়াই থানা ইনিরগা মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতা হল্লে ।।

খুবোমদা পক্লিবা অঙৌবা লাইথুংবু রা খোক কৌবগী কনম পয়ানা অহুয়ক খেৎলগা ঔরাং থংবা তোজেং তোরাং হৌবা ইকোম লৈঙন্দা থাদদুনা ( ইমোম ইচাগী খুবোমদা পক্লিবা অঙৌবা লাইথুং অশিদো ইকোম নংনা লৌশিনবিহৌরো ওরা ) লৈশিননরে ।। মতু দ, চৌপ্পাংঙ্গ লুরা লিগা

ইতিনফম ইরোং অহুম ফাংবা ইফমদা লাক্লে । মফম অতুদা থৌত্থ অপাকপা অমা থাদরগা মথক্তা লেপ্তুনা ইরুপ্তুনা খৈয়োম লৈয়িল্লবা থোপুরক্লে ।। লুরাং ইরোই অঙোবা শাথোকফম চৌপ্‌খোং মরু লেম্বা পাথংবা তাওরোইলাক্তা নঙ্গৈদমক খৈয়োম লৈপুন তম্না লৈয়িল্লবনি তীনকোক লাইকোক্লরশি হো রো সো লৌবিরো ওরা ।। লৈয়িনবা লোইরগা চীনক্কু চীন্দেং মাইতানা ইরুহন্দুনা অমরক হম্না খিকপেংলগা মরাময়াইদা হনঙল্লক্লে । লোইদাম থরগী মতুংদা তীনকোক্লে লাইশেংনরে অরা রাখল লৈকোক্লে ।। মপারি কাইনরকপবু মথানুংদা নাওকোঞ্জববু তানফংলনি মপুক হরাওজবগা লোইনতুনা উতি শমথোংশং, চেংহি শম্বাল লাংনা মপুক হরাওনা মশাবী মাবু লোইবগী রাহোম রাবু ডাইঙয়া লৈঙমে ।

কুমগী নোংবু ইহৌনরক্লবদা শোংডারবনা মপুক লুম্লাং থাঙল্লক্লে, ঐখোইনা ইবেম্মা ইরেম তোইবী লৈমবু মথানুঙৌ মচাবু শেংনহন্দুনা ইবেম্মবু লাইথুং পক্লে হাইবগী লাইয়েংনবগী মপামলমদা লৈহনখিবা অশিবু হজা ফনবু নুংশালে অহুবু নোংকোবৌ অমতা ঐখোইগী ইবুংঙো শেলুংহনবা থাংজিং তাওবুংখোম্বনগু অনা রাহংবগী রাগু রাহোমদে কমদৌখিবনে শেংনা কাইনরগে রাখনবনরা মশিদা ঐনা তুমিল্লা লৈনশি চুমদেনা রাখন্দুনা রাকৈএ মবুংঙোদা ।। ইবুংঙো শেলুংহনবা নোংচুপ লোইয়ারম খোংদালনবু থাজা ফনা নুংশালে কোরো অসিদি রাকয়েবু তোংতুনা লোইয়ালগ্নু লময়েংলুশি ।। থংদেদা শোংডারাবা লমদম অদোমদা চৎপশে চৎপদি চৎনিংদেদকো অহুবু নংনা থৌহৌরবনিনা চংঙমলুশি পাউশানতুনা মপু মনাইবু মথোংনেং ( শরাং লৈশাবা ) কোবা হিবু তোংতুনা নোংচুপ পাংনা খোংশাল্লক্লে । নখুল, লুরাং ল ইতিনথম ইরোং অহুম ফাংববু য়োঙয়গা রাকৈবু খামতুন কদোম খোংদ খোংশানশিবনো রাখল তৌনা লৈঙল্লেয়ে । মথম ইথং থংদনা অরাং পাংবা লুবাংলি ইখোং মপাদগী হাপুং মরুমদগী লমপুম্ন পুজেং লাইনাওতাবী ডকশি থরাম্বী অমা পাইথোরক্তুনা শোংডারাবগী মরেংদা তোংল্লরে । লমগী থুম্ন অহুবু ফাক্লে শোংডারাবনা হাইয়ে, পুজেংলাইনাওতাবী ডকশি থরাম্বী নংনা লম্বী লৈতাকপীববু থোয়েংনা থোংদাজরগে ঐন নিংঙম্বু তানফংববু কুবিয়ুকো, পাউশানা মবুংঙোবু লুরাংলি ইখোংলোমদা হিগা হিহোন্না পুঙল্লক্লে ।। লুরাং হিথাথেনবু তানফংনতুনা রাকৈয় হিবু থামতুনা হাইয়ে, ইবুংঙো লৈফম অসিদা খোইজং খোইদানা পোম্বা লৈফমবিরম্মু ।। কদোরবা ঐগী লুমলাংহেনবা নংবু ? শেলুংহনবা ঐবু চাও হাইরগা থরাম্ভ লাইনা তম্বনি” হাইবা পাউশাবু নমাই শোংডারাববু তানথংতুনা করিগুম্বা অমতংবু চাঙম্নবা থোপুজখিগে ।। নংবু করি ফংঙগনে ? উবিহৌদবোউ ইবুংঙোদি ।। ঐদি উহৌদেনা ।। নমাইনা তানফংবদি ডকশি থরাম্বী পুজেং লাইনাওতাবী অসিনি ।। মতুবু কৈদৌগে হাইরিবা ? থুম্ন অসিবু লোনবা থাম্বী মৈতম অমতা লৌরুগে ইপাউশু তাঙম্বরা

লৈয়েং ব্রাহংনবক্লে চীংথক চীংচেং অসিদা মৈথু খরবু কাওম্না উঙল্লি। করে শোংডারাবা খুন্নু অতুবু লৌবা চৎঙম্না। ওইনা ইপাউ তাঙম্বরা মতুংগু অতুক লৈয়েংলকউ হরুগু মুংশাংব। লেংজোক্লম্বন্তু চৎলো চংলো।।

খুন্নু অতুবু পুতুনা হিথাংলেন্দগী শোংডারাবা মৈথু কারিবা চীংচং তুবু তং লাক্লে। চীংচেং অতুগী অতেম্বা লৈফমদা য়ুম কোইরেন অমা মাঙ্গোল মাংশোক নাইনা শাথুনা লৈঙম্ববু তান-অতুগী থেংলে।। য়ুম অতুগী খেলোংদা লেপ্পুনা ব্রাহোম্নক্লে শোংডারাবনা, শঙকেনা কোইরেল অসিবু থেংলে।। য়ুম অতুগী থেলোংদা লেপ্পুনা ব্রাহোম্নক্লে শোংডারাবনা, শঙকেনা কোইরেল অসিবু কনাবু লৈবিবনো? ব্রাহ খোলবু তাবদা শঙলেনগী মতুংদগী ঐ লৈয়ে করি মুংবু ওইবনে? মৈতম মচা অমতা নিঙম্নজগে লাকপনি। ব্রা তাবদা ইয়েং তোইবী লৈমনা মৈতম মচা অমা পুথোক্লকপদা। শোংডারাবনা লেপ্পুনা লৈঙম্নম্বতু উবদা মপুক খোইশাও ব্রারোইতুনা হন্নামক্লা য়েংদনা মিতম্ব দারি মপান্দা। লৈগয়ম্মগা ইমুংদা থুনা চংশিনখরে।। শোংডারাবনা ব্রাখল্লে, মশিদি ঐথোউগী ইবেম্মনিনা লাইথুং তীনথুং কোক্লেনা ঐবু হন্না মক্তা য়েংদনা চংখিদা করি মুঙীবু ওইবনো। উম চুম্মি য়েংবগু য়েংলোই কৌবগু কৌরোই ঐনা লাল্লি নোং কোরৌ অশুক ওইবনো। উম চুম্মি য়েংবগু য়েংলোই কৌবগু কৌরোই ঐনা লাল্লি নোং কোরৌ অশুক মুংশাংনা ইবেম্মনা মপাম খোংদানতুনা লৈখিববু ইবুংঙোনা চৎত্রবগু ঐদি করি কমদোবনো হাইবা ইপাও তাথোক তাশিন্দি মরক মরক্তা চৎপা য়াবনি অতুবু ইবেম্মনা খোংদাখিবা তুমিন্তগী ওসি য়োঁঙম্বা অশি মচাউ, ওসিদি লাইচুবম্বু লাইশেংলয়ে করিগী শাওরাই, অরা অনা নংলিঙৈদদি নোংথোরো অমতবু উঙমদে অরা অনা লৈকোক্লগা লাকওল্লি হাইতুনা মপুক মুংওন খোইশাওতুনা কৌদ য়েংদবনি মশি ঐনা লাল্লবনি। অতুদি ঐ কমদোবা, করি তৌবা হৌনবগে ইবেম্মা তোইবী লৈমা অশিদি মচা নিপা ওক্তা অনি ঐগী ইবুংঙোগী মনাক্তা লৈঙল্লিবনি অশিবু শোংডারাবা ঐনা অশুম তুমিন্না লৈতুনা কাইনহন্নগদবা, পোংডারাবা খংদউদরবদি খংদবনি খংলবনিনা নত্তে নঙী নথো তৌকম থোকপদি তৌঙম্বা তাই অতুদি তৌঙম্নবদি কমদোব, পৌঙম্নবদি পোপ্পুনা তাক্তদদা ঐদি পাউখোল্লোইনি অতুক রাতোয়ুবা তাই ব্রাখন্দুনা লাক্লে।।

শোংডারাবনা হলঙম্নকপা উবদা থাংহিং তাংবুংখোম্বনা হংলে। য়াম্বা শোংডারাব, মুংশাং-লুইদা খুন্নু অতুবু কমদোনবু লৌতুনা কুইঙম্বনো? অঙম্বা ঐদি খুন্নু লৌদি লৈমা য়েংলিঙৈদা। কাউতুম কাউরুরেনা করম্নো।। য়াম্বা লৈমা কনাবু কনাগী য়েংতুনা কাউরিবা? অঙম্বা কনাগীবু ওইগবা লৈমা কনাবু য়েঙ্গদগে।। য়াম্বা নঙী পাউশা অশিবু তাবদা খরা ওকওল্লে, লৈমা য়েংবদা খুন্নু লৌগনি কাউরুরে মহাইবা, ময়ুম লুব্রাং কোন অশিবু অঙক অঙাও লৈচুহনবা ঙম্বা লাই-ব্রেম্বী করম্বা লৈরম্বগে? মবুংঙো অঙক অঙাওববু লাইচুহনবা লাইরেম্বী অমা লুব্রাং হিথাংখেন খুন্নচেংবী চীংচেং অসিগী য়াংদোংদা লৈমন চন্দুনা কেমথ্রবা সিংঙেন অমবু নোংলবনা, নোংহৌননা থাওম্নমতুনা লৈকা ফন্না শাৎলম্লে।। লৈরাং মাবু উরুবদা থাইনগী লৈরাং অমনব, মল্ল-মল্লগা

লৈনুংশিবু থোইমা য়াম্না লুরম্লে" অচুম্নুংবু উবদা হক্কুগু মতম মুংশাংখরে খুম্নু লৌনি থোকাওরে পিঙম্ব। মৈহুমগু মুংলম্লে, অমুক লৈহন্না খাম্বী হঙ্গদববু পাউদম নিংঙমখিবনা খুম্নুবু লৌদনা হনওয়াক্লে ননাইবু । শোংঙারাবা থৌখং থৌহৈবা 'থাইনগী লৈরাং অমনবী' হাইনা পাউশাবা অশিবু লৈফম কদাইদা লুত্তিন লৈরাং ওইনা শাংলম্বনো. করি কমদোনা লৈফম অশিদা লৈরম্লিবা? অঙম্বা কাউমন্নগু কাউইদা করম্নবু কাউবনো নিংশিংনবা থৌওইনা রাংলেন অমতং লেংঙুশি মানি নত্তে লৈথংনবা মিংয়েংবু অমুক্ত। তাবিথো ।।

মপু মনাই পাউশানরম্বদগী মবুংঙোগী থুজেং পালোই লাক্কুনা হিথাথেন অচুদগী পুঙম্রক্কুনা খুন্নচোংবী চীংচেন য়ৌনা থোঙারক্কুনা ইরেম তোইবী লৈমগী থোঙ্গান খোংচংফম য়োঙম্লে ।। থোঙ্গান অচুগী ময়াদা হৌবা শক্তু য়াঙ্গেনগী মকমদা লুনহুনা তোইবী লৈমনা থবক থনাই নোম্বগী চংথোক চংশিন তৌবদা উৎম্নবগী য়েংহুনা লৈওম্লে। তোইবী লৈমগু নীংঙম্লে "নোং কোরো অমতবু উঙমখিদরবা মপাউখোলগু তাখিদরবা ইবুংলোই শোংঙারাববু উঙমহুনা মরা ইখোলবু তাঙম্বদা এবু করিমখা রাহংহৌদে, কৌবা য়ৌনবু কৌখিদবা ইবুং শোংঙারাবনা এবু করি রাখললমগবা । ঙসি এগী চংলম অসিবু করি রাখল চংলম্মো। চুমদনা থোইমা স্নাম্মখিদা" রাখননহুনা শঙলেন মনুংদগী নুংশুক নুংবানবা রাখল্ল। মাংওইন্না মপাক্লাংদা খোংথোক্লক্কুনা মবুংলোইবু করিগুম্বা লৈরনগদ্রা হাইনা কোইনা কোইনা ময়ুম নাঙ্গোন্দগী লৈয়েংঙি ।। নায়ে নারোংনা লৈবনা উঙনদে, অঙম্বা তাওবুংখোম্ববুদি. মদাইরেন তোইবী লৈমবু উবদা মিংলোন কুপ্পা লৈতনা মিংকম্বু হোংবা ঙমদনা য়েংহুনা ইস, ইস তৌরম্মিবা অসিদি মমাংঙেগা এগী তোইবী লৈমবু নংত্রেদনা অশিদি লুরাং চন্নু ইরাংলোন তোইবী লৈমবু নৌহৌননা শাথেরম্লে অসিনানিদনা এগী য়াম্বা শোংঙারাবনা লৈমা য়েংলিঙেদা খুন্নবু লৌগনি থোকাওহুন. লৌরক্লে হাইবদি উক্তুবামক্কুদা রাহৈ অমত্তবু রাহোম হোঁদেদা রাখন্নহুনা তাংজ চুক্কা মপুক চুক্লাংবু লেথন্না লেপ্পুনা নুংবংনা লৈঙম্বদি মবুংঙোগী কুংঙোল থোইডং রাখলবু উহুনা হাইয়ে শোংঙারাবনা ।। "ইশানৌ ইবুংঙো অঙম্বা রাহোমগদবা ইত্তনদা রাহৌদরনিনা হৌজিক নৌহৌনা রহোম্বাদ তোরশি নিংঙম্লীবা পরম্বু কোরো অসিগী মনুংদা থেঙম্নবা ননাই শোংঙারাবনা থৌশিন থৌপুক্তগনি নুংবানবা রাখল তোকগীরে।" মদুম লুরাং চাংশাংবু লময়েংবা ওইনা অচুক খোংশাল্লুখিশি অস্বাইদা অশুম লৈবশে অউবনা উরগা মীনোক্কনা তারে হাইনা পাউশাহুনা মবুংঙোগী থুঙোন পালোই লাক্কুনা পুরক্লে । রাকয়ে তোংহুনা চরাং পাংনা খোশান্দুনা ময়ুম লুরাং চীংশাংদা কাপক্কুনা য়ারৌ শাথিবা ওইনা লময়েংঙি শোংঙারাবনা ইবুংঙো এ শাথোরক্লে ইবুংঙোনা শা লুমহুনা লেবিয়ু হাইনা লৈথম্লগা শাথোবনি হায়হুনা চপ্তোকখরে ।। তাওবুংখোম্বা অঙম্বু রাখন্না নুংশংনরক্লে এবু ইরেম তোইবী লৈমনা করি রাখল্লিগবা কোরো নোংজা থাজা অশুক নুংশাংনা ইপাম য়ুমদা থোঙ্গমহুনা অনা হাইয়েংনা লৈববু নোং কৌরে অমবু রাহং থোংদারক্তেদা পারি লৈশাংনা মফম্লাংদা লৈবনি

করম থোকাওনখিবা হাইবগী রাথন্না মপারিং ফুংশিনকাইনা রাথন্দগী ঐবু থোইশাও লিনশাওনরিনিদকো, মশা অনা লাইয়েংরনদি লাহংবদি লৈচংহৌদে. মশা অনারগুম ফরুন্নে মশক লৈওংলৈনকপু লৈহৌইরগী থৌজিন্না নিংথি চংথোনবু নৌহৌনকপু লৈহেন্না লৈকাবু ফন্না নাইহোমশাংশী লৈরাংগুম লুরাং খুন্নচেংবী হিথাথেন্না শাংলম্নে ॥ করম রাক্তৌ রাহোন্না ইরানয়াইদাপুশিনশিবনো মপুক রাথনবু লৈতক্না সুঙ্গোই শিনাওন পাউশা হেঙাইনদুনা ঐবু করম থাংশিবা ফুংশিফুংঙোনগী রাথন্না মপুক লুয়াংবু লিপুন লৈফানখিদুনা নোংমন লৈফম্না লৈজয়্নে ।।

শোংঙারাবনা শাথৌ থোংশান্নবদা লমগী খুনু অপিচা ঙকশি থরাম্নী পুজেং লাইনৌতাবীচাবু অহুনথক্তং তানফংদুনা লৈহল্লকপদা মবুংঙোনা ফুংবংনদুনা নোংময়দুনা লৈঙম্নবু উবদা কদৌরবনো রহোমজববু ফুংশাং লৈকম্না লৈঙমনৈয়ে ।। রাহোম রাহংবু লৈতক্না অহুম মরিরক রাহংলক্লবদা হাইয়ে. য়াম্না শোংঙারাবা ঐবু ফুংশুক ফুংবং নঙম্নে পরম অশিদো নফম্নাংদা করিবু করম পাউশাশিবনো কাইনা ফুংঙোল অশিবু করম হেঙাইশিবনো ? ইশানৌ অঙম্বা অহুমঙ্গীদমক্তা ফুংশুক ফুংবংনরিবোই শোংঙারাবানা ননাই ওইরিঙেদবু অহুমঙ্গীদমক্তা ফুঙ্গোই শিমাওন্না লৈরিবোইদো. চিংনা লেম্না রাইনৌ শাথেরুগনি অসিগী নোং কোরৌ অশিদা রাংলেন ঙন্দুনমুক্তদি ঙাইহিখো । পাউমেল্লগা চথোরক্লুনা তাউজিং লুরাং হৈঙাং হৈথোকলাবু লাথিনরুদুনা পুঙম্নরুগা শুগাইদুনা তাওবুংথোম্নগী মমাই, মশা মউবু শিন্না তৈশিনকিরগা তাওবুংথেম্নদো রাকয়ৈ মনুংদা লেংদনা হিপহনদুনা নমথাং অঙোবা অমনা মশা পুম্না কুপশিল্লগা ইশানৌ অঙম্বা য়াম্বনা নমিং কোলোইবু নাওয়ৈ থাকৌনদরিবনথৈদি ফুংবংনদুনা লৈঙমগদবনি ননাইনা চিংনা লেম্না শরলাংমৈনবা থোঙম থোপুনজগে লেংলশি হাইনা রাকয়ৈ হিহোম্নরক্লে ।। লুরাং হিথাথেন খুন্নচেংবী ম্নোবদা য়াচংবা কোলুপ লোমদুনা ফুমিদাং কোলুপ তাম্নেংনম্নে । হিথাথেন্দা হিথাংলগা মনাই শোংঙারাবনা থোঙ্গারক্লুনা পাইশারে ।। ঐথোইগী ইবেম্মা তোইবী লৈমবু লৈঙম্বরা এবু করিগুম্বা থোরম অমতং পাউশা পাউদম পাউতাকচগে থোংচংলকইয়ে, ইবুংলোই কনানো য়োইময়াই মতম অশিদা ইরাম য়াইবু থোংচংনা রাহোম পাউশানবিবা ? ইবেম্মা ননাই শোংঙারাবনি ইপান থোংথোক্কলকপিদরবগু য়াগনি লুত্তুংদা ইপামলমদা চংঙম্নবু পাউতাক্লমদে রারো পুকনৌনখিগদরা হাইদুনা নবুংবু অহুক থোংচংলকপনি ।। ইবুংলোই ঐদি লৈথংনরুদরে. ইবুং হাইবা য়ারা ইথোনবু য়োইময়াই মতম্ন লৈথেংবনা লাঙগ্রেম পাউশানবরা রাথল্লুরে, ইবুংলোই কদৌরবগে অশুক কুংশাংনা ইবুং য়ারা তানফংনখিদববু য়োইময়াই অহিং অশিদা তাঙম্নবু তাম্নেংনহনবা নচল ঐবু লাকচরে ফুংঙোল পাউশা তম্নীও । নয়ুম লুরাং চৌংবু লময়েং থোংথোক্লুবদা অঙম্বা তাউবুং থোংদোবা নশাবিবু মঙম লৈহকপা পাম্বগা শাথিম্নবদা ইঙাং পাক্তক্না ইমু পামফেম্নদুনা অমং থরৈ তানফংদুনা মশাইকোনবু য়োনবা নপারি নাক্তা য়োনবা রাকয়ৈ ফুংদা লৈহাপ্লনা নবুং ঐনা পুরাক্লে, নশাইকোনবু

য়োঙম্বশিদা পাউতাকফম্বু থোকওম্বরা নবুংনা রাখঞ্জহুনা রাহোম পাউশাবা লাকপনি নবুং লৈহঞ্জরগে।' ইস : রাশিদে করিম্নুংবু, হাইরম্মগা হিক্লা লাওনা কপ্ু্না মশাবিবু থাকোনা হিথাথেন পাংনা চেম্বরক্লে ।। রাকয়ৈ থক্তা চোংথংলে ফিঙৌনা কুপ্ু্না লৈঙম্বা মশাবি তাওবুংথোম্বগী মথোং অনিবু কোন্দুনা তেংথা নাওইনা মিকপ ইরাওনরক্লে, থৌরম্বু উবদা শোংঙায়াবনা রাকয়ৈ লিপুন থৌরিবু থাদোক্লুনা রাকয়ৈ কম্না হোম্বরক্লে ।। লুরাং নম্বুল ইতিনফম ইয়োং অহুম্বু য়োঙম্নক্লুনা ময়ুম খোইদোম পাংপু ইতাম্লকপদা শোংঙারাবনা রাহোম্নক্লে ।। ইবেম্মা মিকপ মিরাওথোল অহুবু তাবদা নবুং ঐবু মুংশি কাইনা মৈনা মৈকা ফম্না হোঙম্নক্লুনা শোংঙারাবগী পীবুকন্নুংবু মৈহো মৈচারক্লুনা ঙাওন থুমওনবগা পান্দমথরে ।। নবুং ঐবু মমাংঙৈদা মরুশিংনা থৌঙম থৌপুনথিবা মিকোয়োল লাইওইবা অমবু নিংশিংনরক্লে মিকপ তেংথা নাওইববু অমুক্তা লৌথাম্নবিথো নবুংবু চীংঙ্ নোংদম অমতা থৌয়েংজগে মশাবিগী খোইদৌদা ইচনগী নাকোংবু লৈগম্লগা মুংশিং ইহুম্লকপরা অমুক্তবু তাঙম্লো নবুং অমুক্তা থৌয়েং থৌপুনহমগে।। শোংঙারাবগী রা তাবদা হরাও তয়াম্বগা ইরোইনা মশাবি তাওবুংখোংদৌবগী খোইথক্তা মদাইরেন তেইবি লৈমগী য়েং থংবা নাকোংবু চেপথনা তাঙম্লে মবুং শোংঙারাবনা থানিং মিকোনরক্লে ।।

মিকোরোম্না থরাই য়াইবিবু থাকোবরক্লে— হয়ম থোংনাং কোক্র অশুপ্পা লেইনাই থুন্দা অহানবা তুরেল লুথাবা, চারি মপান থারম্বা নোংদমগী মউ লিংবা, খোয়য়ুম নঙ্গী ননাক্তগী থাংহিং তাওবুংথোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেল হামচৎপবু খোয়য়ুম নংনা পীনবিররো ।। থাংজিং কোইরেল্লাই মুরাং ফকথোক অরিবা মুংনাং শিদববু থুনেৎপা তুবি নাদববু থুন্দানবা লাইনিংথৌ খোয়য়ুম নঙ্গী নঙান্দা থাংহিং তাওবুংথোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেল হামচৎপবু লৈখিবা পিনবিরক্লো চরৈ ফিগাও শানা য়াজগে ।। খোয়য়ুম লাইমিংথোই রাংব্রেন থানা চাওবও খোয়য়ুম নফম্নাংদগী থাংহিং তাওবুংথোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেল হামচৎনখিববু পিনারক্লো চরৈ ফিগাও শানা য়াজয়ে ।। চিংথৈ লৈমা উম্লক্লে কাইরৈ য়েনখোন ভয়া য়াকৈরক্লেদো, চরোইনা তেতু খোংলক্লে, শেম্দাংনা চিরোন চারক্লে রাইমু শেম্বীনগু চাক্তারক্লে, খোইয়ুম নখোই খিবিক্লা থাংহিং তাওবুংথোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেন হামচৎপবু পিনরো ঙসি কোরৌ অসিদা অঙম্বা তাওবুংথোম্বও করিগী তুঙ্গ্ন তানবনো খোয়েন মিকপ ইহুম্লশি, পোম্বী চেক্লা মথৈনা চীংখোং য়াকাইরে চিংথৈ লৈমা উম্লক্লে ইশানৌ শেম্বা নংবু হোগংলো ।। থোংঙাক মচিথেন মকোই মুংঙোন চীং, থুমু মিংম্না তানা লুরুকচীং, অরা লৈথম ক্রে লাওবা ফম্মাংচিং অশিরোই য়াংলৌ লমথাই লমহাং পুংদা থয়্ং হিকোই লাংমুবীনা য়াংলৌ লমতাক্লহুনা লৈঙম্লবগু ইশানৌ নংবু হম্লশিদা ।। হা-আ-আ, কৌক্র থাংজিং লাও-লাও, রে. রে, রে, রো, রো, রো, চেংঙা নমাই লৈগমু সেনা নমাই লৈগমু নাকম্বংদা চংলো নতেকমদা তেরো, তে হিংনপ ফারবনি ।। হে থরাই মঙাম্নক মিগা

থানা তককমক থক্নাই নঙ্গী নমিংবু হাইগেদো মিতিং খোনহিংনাইবা কৌই । মি, নঙ্গী নমিংগু হাইগেদো মিয়েনঃ স্না তোনপোক হাউনা কৌবনে । হে স্না চীনকুম্নেন স্না কোনক্নুংদা য়াহিপ্পা থমোই লকা খুংদা য়াত্তাবা খোউদৌ য়াদকমদা ফম্বালব, হে মরু নঙ্গী নমিংবু লোইনবা শেনবা ইকাও কৌএ ।। লোইনবা শেনবা নংবু হাইবনে, মি মি, কুক কুক, মম মম লাঞ্জ-ও, স্না-নকম ফম্বাল্লাং লোংদমখিবা নশাইকোন্দা লৈকয়ো, লৈফম অশিঙগী লেংফদে হোংফদে চঙ্গিয়ে চঙ্গিয়ো । লুরাইদা শোন্দুনা কাম্নক্লে লুরাই নংদি খুদানি, চক্কচাং নংদি ফিশ। উতোংনি য়া নংদি কোম্থোক্নি ইরম তরেৎ খোংলম তরেৎ হি হিক হিকথরো ।।

ইবেম্মা লেংডম তাওমদবরা, ইবুংদি হনওয়ক্তুনা লৈচংলবরা উঙন্নিদা; তাওবুংখোম্বগু মশা হেক লেংডি ।। ইবু লোই থকলোমদগী মুংশিৎ ইহুনবু নিংথি চংখোন্না কুমথখি নিংশা ইহুনগু পিক্না নাশোন ইহুনখি ।। লেংলে, লেংলে ইশাবী হিংলে হিংলে হাইনা পাউশা তাঙম হয়াঙনা মশাখি থাংহিং তাওবু খোম্ববু মথাম্নুংদা চেৎনা কোম্বন লৈথয়ে ।। খুদক অহুদা তাওবুংখোম্বনা মশা মউ তোলহাইনা অরা নিংশা ইহুন্না হয়ম হায়না লাইশোন্না য়ারা ইখোন নাওশোন্না ইদাইরেন ইবেম্মা ঐদি রাক্নরেদ। লমদমগু তাম্না খো চৎলুরেদা নংনা ঐবু থাকৌবিব। য়ার। ইখোলবু তানফংবদা খোয়গুম কৌক্রনা ঐগীদমক্নি পাউশানা লৈগী তুলাই অম। পিববু হুন্দোক লৈথয়মহুন। নঙ্গী পাউশা নিংথিবা খোইজং খোইদানবনা তুংবুল খাংলি ওইনা পূন্দুনা নকয়াংবু য়েনবা লিফা লৈচিংবগী ঐবু হমঙয়কপ। তানফংনরকচবনি, রানা লমদম থাপ্না খোয়গুমগী লাইথোং শিন্না চংলুরেদা ইদাই-রেন খোইচং নুংঙানবী ঐদি । পাউশা রাবু তাবদা শোংঙারাবনা রাহোম রাথুম্নি, মিকৌ থাকৌবনা শোংঙারাবা মতৈ মরোং লৈচুম্না লৈপালবা লৈরাং শম্না শাৎপনা নদাইরেন্না তাম্বেংনবা, নদাইরেন ইবেম্মা তোইবী লৈমা হাইবীগী পাউশ। ইখোন তাবদি অশেবা পেনা খোংবনা অনি মেত্তক্নহুনা ইকৌ থাগোন থাকৌবদা তক্রিলোইয়ে নুংশি নুংঙোম্নব, য়ার। ইখোন্না ওমজনরিবনিদনা পেনাগী অনি নেত্তক্নগী ইখোল ইচৌনববু ওাহয়বদা তেংবানবু শুমহৎনা খোইজং খোইদানহন্নিবা য়াবা ইখোল অহুনা ওমজন্নিবা ইবেম্মা ইরেম তোইবী লৈমগী মিকৌ মিকোন য়ারাবু তারবদা লাকওয়েইদরা তাইরং ইপোক্তদি হৌজিকমক্তি মরু ই-ন তম্নদরি মবুংঙো ।। শোংঙারাবা মনাইগী রা তাবদা তাওবুংখোম্বনা নুংশি নুংঙোন রাহৈনা হাইরকই ।। থংদেদ। ঐদি য়াম্বা শোংঙারাবনা পাউশা পাউতাক্নবদা লৈথলে, ইশানৌ ইবেম্মা নংনা ঐবু রাংলেন মিকুপমুক্তা কোম্নমা কোন-থৎপিহুনা নাওকোম্নবিয়ুবা ঐবু হিগুম্নুং অশিদা রাংলেন অমতা ফম্বাল লাংবা খোউহয়রা থোক্নরেংজগে ।। পাউশাবু তানফংবদা ইরেম তোইবী লৈমনা মশাবী তাওবুংখোম্ববু কোনথত্নবা ফম্নহল্লে মশা মউ হামচৎ তোলহাইনা হে নাহে পাউশানা মদাইরেন্না কোম্নমা, হিগুম্নুংদা লৈরয়ে ।। ইরেম তোইবী লৈমনা মশাবিবু কোম্নমা রাহোনজেএ য়োইময়াই মতম অশিবু চিংথ লোবনা য়াধন

য়াকৈবা ইতমগুম তাম্থেংনরক্লে লৈফম অসিবু ইবুং লুরাং খুবা অমুদোনগী শংলেন খোজাফম হিথাথেনবু ওইরমাম্লে।। থেন অশিদা রাংলেন ঙাইহাক পোথা লৈফমখিশি ইবুংলোই লুম্লাংহেনবা থৌঙম থোয়াং থৌহৈবা থোরম্বু থৌঙম্নবা থৌশিন থৌপুনবদা রাঙম্লেদো। ইবুংলোইগুম ইমুং ইঙামবদা তাম্থেংনঙম্নখিদরবা থৌথন থৌকাওনরুরববু লেম্নবগুম থৌপুনা হিগুম্নুংদা থৌথম্না হিগা তাম্থেংনজগে রাঙম থৌশিন থৌহৈবা ইবুং শোংঙারাবা হিথাংনঙম্নখিশি অদুবু লুম্লাং হেনবা ইবুংনা করি নোংদম্বীবনো।। তোইবী লৈমগী রাহোম পাউশা তাবদা মবুংলোই শোংঙারাবনা রাকয়ৈ হিরুবু লৈশন্দুনা মবুংঙো তাওবুংখোম্ববু পোথানবা তৌঙম্লে।। রাকয়ৈ হিগুম্নুংদা ঙকশি থারম্বী পুজেং লাইনৌতাবী অমবু লৈঙম্বা উদুনা তোইবী লৈমনা রাখল্লি।। তি: করিনো অসিদে করি মুংগীদমক্লো অসিদি মথাইগুম থারেনা, উম ইবুংলোই শোংঙারাবনা লৈথম্লিবোইনা, ইবুংলোইগীদি মচীঙ্গাক ওইবনা, অদুদি ইবুং অসিদি মবুক চাওবনি রাবগুম হক্লা রাঙম্নবনি ঐ য়াংবা অশিদা রাহৌব। য়াদদুনা লৈঙম্লেদনা রাথল্লকুনা হাইয়ে ।। লুম্লাং হেনবা ইবুংলোই নচনবু নীংথম্বনা থাংঙমদরে মৈহৌনবা খরদংবু লৈথিদুনা মৈহৌ মৈথিঙকুশিবা ।। মবেম্মগী থৌদাবু থৌপুনা হিথাথেন অদুগী খোংবান ময়াদগী শিংবু থিঙম্নকুনা হিগুম্নুংদা পৈঙমদুনা হাই।। শিংদি লৈরে মৈবু কদাইদগী লৌঙয়্গরনো মৈরৌ মৈথিবদগী থৌকাওববু নিংশিং তানফংনদুনা থৌরম অশিমদি তাম্থেংলে অদুগা হন্দক অমুক মৈথি মৈহৌগদব অশিনা করি তানফম্নবা মৈনা কদাইদগী লৌশিবা ইচিক ইতুম্নদরবা ইতম অশিদা খল্লি মতোমতা।। লুম্লাং হেনবা ইবুংলোই থাম্বী মৈথোক মুংবু য়াওঙম্লি কনাদগীগুম মৈনিরোই হাইনা পাউশানা মৈয়ৈ মুংলেন অনিবু পুথে.কুনা মৈরৌ মৈহৌনা মৈতিক্লে।। ইরেম তোইবী লৈমনা হাইয়ে, ইবুংলোই নপান্দগী থৌরম পুম্নবু তাম্থেংলে অদুবু লমখুম্নু অমবু রাকয়ৈ মুংদা লৈথম্লিবা অশিবু য়েংঙম্নবু থৌঙম্নদেদা থাম্বী মৈগুম মৈহৌরে লৌথোক্রবা তৌঙম্বীও ইবুঙ্গীদমক্তা নচম্না মথেন লুক্কোই ওইনা থোংজগে।। মবেম্মগী পাউশাবু থৌপুনা লমগী খুম্নবু পুশিল্লদুনা শোংঙারাবনা মৈমুংদা ফুমদুনা লৌরক্লে। ইরেম তোইবী লৈমনা ইফম ইখোং অদুগী ইনি ইফাংনববু রাহং পাউশানদুনা মুংঙোন থোইদা থোইচংনৈ।। মবুংঙোগা মবেম্মগা মুংশি মুংঙোন পাউশাববু তাবদা শোংঙারাববু মুংঙাইবা মপুক হরাও তয়াম্বা ওইদুনা মবুংঙো মবেম্মবু থৌয়েংনা মথৌবু থৌকাওনা লৈঙম্লে।।

ইরেম তোইবী লৈমনা রাহংঙি, ইবুং লুম্লাং হেনবও ইবুংনা লমখুম্নু লৌববু মুনদ্রিবরা ইবুঙ্গী চফম্বু লৈফানবা নচন ঐনা থোংঙম্লগে ইচীঙ্গাক নংঙমত্রবগুম ইবুংলোইগীদমক্তা পীঙম্লো নচন্দা কদাই।। রাহংলবদা শোংঙারাবনা হন্দোকুনা য়েংবদা খুদুদি মৈতাম অরাবগুম্না চাতুনা ইঙাং ঙাংনা কাদুনা লৈঙম্নম্লে।। থোরম্বু উবদা নীংশাবু হয়ম লাইশোম্না অশিদি লৈম্না পাউশা তাঙম য়েংঙম্নীডেদা ইথৌগুম থৌকাওনদুনা খুম্নুগুম মৈতাল অরাবগুম ঙাংনা চাকুনা কারেদনা

কদৌনরনি অশিদো হাইনা লৌথোক্লুনা হিথেন অতুগী ঈশিংদা থাদখ্রে ।। থৌরম্ব উবদা ইরেম তোইবী লৈমনা হিঃ করি তৌগম্লে কদৌরবা হাইনা তরং থক্তা য়েংবদা ইরিক কোঙ্গোলবু অতৎপা লৈতনা ইহুন্দুনা লৈঙম্ববু উঙম্লক্লে ।। ফাচেংঙৌ তানবদা ফৌগু চেংচোই লংনবগুম নীংশা ইহুন তম্বগুম শীল্লোন শীঞ্জিন তৌবগুম্না ইহুন্না, থৌরম্ব উবদা ইসঃ করিনে। ইরিক কোঙ্গোন ইহুন অশিদি রাথল তৌঙম্না ইম্নুংবুংদা খোইচংনা য়েংঙম্লে ।। ইস লৈংম অসিদি ইবুধৌ থপ্লাং পনশাবগী নীংশা ইস্থোক ইফাওফম্লিনা অসিনা ওইরে লৈফম অসিদগী শরাং ইখোং মিংহুন্না লুরাং ইপাচানা ঈথাই ঈপিনবদি ।। ইবুধৌ খ্বাই পনশা পন ঙাকপা থপলাংবা নত্তিকপু নঙমবু লুতুঙ্গী তাইবংনা থোকাওদনা লৈখংনবা লৈফম অসিগী মঙম অমতং থৌখন লৈহুন ওইনা লাংজগে মগুনা ইবুধৌ কুম্বি নোংদম তম্বীয়ুকো ।। তোইবী লৈমনা লাইথুং ইঙৌববু তাম্থেংনদুনা ইপাম থোঙ্গুম তাম্থেংনবদা তীনকোক লাইকোক্লদুন তীনশেং লাই-শেংনরকপগী পরম্নু ইফম অসিদা মৈহৌ মৈত্তিক্লদুনা পাউশানা নীংশিংনরিংদো ইবুং শোংঙারাবনা চাঙম্লবা লৌবঃ খুম্নবু কাহুনা মৈঙাং থেংনা চাক্লুনা মৈতান তমুবা মশবপু ওইন, লৈফম অশিদা লৈঙমথরেদো অতনুংবু পৌগংনবা লুতুংদা তাইবংনা অঙৌবা লাইথুং তীম্থুং তানফংলবদা ঈফম অসিদা ম্না তাঙ্গা, লুপা তাঙ্গা লৈহুন্না ইবুধৌবু পুরুম থাগোন্না খৈয়েংম লৈরিঞ্জদুন, চীনফু মাই-তাঞ্জদুনা তোইবী লৈমা ঐগী তীনশেং লাইশেং লাইবানা থিকশেং খিকপেংনদুনা তীঞ্জু লাইচুববু তীনকোক লাইকোরুবা লৈফম অশিবু ওইরশনু থৌঙম্নববু ইবুধৌনা কুবিও তোইবী লৈমনা তীনকোক লাইকোক্লুনা লৈপান্নবগুম লৈপানাববু কুবিও লৈফম অশিদো নগুগী লাইচু লাইকোক তীনশেংনবগী লৈম্নুং পাউশা ফয়েনবু তানথেংজরগে লৈনি পাউশাদুন, ইফম অশিদা চীনফু মাইতা লৈথা লৈথম্লগা মপু মনাই অহুম্ব রাকয়েবু থোংদুনা লুরাং নহামাং ইখোংদগী মম্নুম শরাং ইখোং ইথাইযম মরুদগী হিগারত্তুনা নাদখোংবু তাম্থেংলে ।। নাদ-খোং মরিন ইচন খেঙ্গুম্নুনা ময়ুম শরাং চিথাথেন য়েল্লাও য়েন্দম্পাং মাইয়েবফ, ইকোল হিদেন্দা হিথাংদুনা ময়ুম মরাম য়াই লৈথুংদুনা মপারি ২ বু তিলু থাগোন্না লৈঙম্লে ।। ইরেম তোইবী লৈমা লুরাংগু মপাম লৈথ। থোঙ্গুম্নদুনা লাইয়েংজবদগী তীনকোক লাইকোক্লুনা ময়ুম শরাং তাংবুংখোম্বনা অমুক নোংহৌন, লৈহক্লন্দুনা লৈপান্নরে। থোইয়ুম লাইগী থৌজান রাঙম থোকোক্লররোইদ্রা রাখলম্ববু পন্থৌ লুরাং পুন্সিবনা তীনখোং লাইখোং লৈথি লৈকম্বদগী চীংঙ মথৌজান্না তীনথোং লাইখোংবু লৈখংনবা লৈথিনা লৈয়েক লৈথম্নথরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫২০ নোংদা লাই কুমশিং ৪১২ লৈচংবগী ইঙা থাজগী হুম্নি পানবা মোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী নোংঙান তুবু উরকপদা থাংহিং তাংবুংখোম্বগী নোংদমদগী লুরাংগু ইরেম তোইবী লৈমা মচা নিপা অমগু তানফংদুনা ইপোক নোংবেরৌ ওরুক্কি চংবগী ইপান থৌনিংদুনা মম্নিংবু কামু মিংহুন তম্লে ।।

মতুং লাংবচকী কুমশিং ৩৫২২ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৪১৪ গী ইঙা থাজগী নোংকোয়ো হুয়্নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা মচা ইবেম্মা লাইরুম লাংবিবু খুমন পিবা খোম্বগী মকমদা থাজহুনা খুমন লুদা লৈতিন্দুনা মঙাং লুদগী লুহোংখি, পুয়োন অহুমদা য়াকং লৈহন্না খৌনিহুনা মচা ইবেম্মগী চহি কুমজা তারগা অনি লৈচংলকপা মতমদা খুমন লুদা লৈত্তিন খোংদানখ্রে ।।

## তাওম্বুখোম্বা, তোইবীলৈমা, শোংঙারাবা লৈমাংবা

তাওবুংখোম্বা অঙম্বনা মচা অহন পাখং অহনবগা মচা য়াইমা য়ুনাওয়োই য়াইমবগা অনিবু য়ুমখাইবিহুনা মাগী মাগী মুংঙাইনবা খৌথাইবীহুনা লৈঙমহল্লগা মপারি কান্নুতোম্ববু য়ুমখাইবা ইতম নৌমল্লি হায়তুনা চাক্তিন কোজিন্না লৈমিন্নৈ ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫২৩ নোংদালাই কুমশিং ৫১৫ লৈচংবগী কালেন থাজগী তরেংনি পানবা নোংমাইজিংগী অয়ুক য়েনদা ইহল্লকপদা অঙম্বা তাওবুংখোম্বনা মদাইরেন তোইবী লৈমগা লোইনতুনা য়াকয়ৈ তোংহুনা শোংঙারাবনা থৌখন্না নোংচুপ লোইয়ারম্বু লময়েং লমকোইশি হাইনা নাদখাংবু হিগাহুনা শরাং ইখোং পাংনা লৈকারক্তুনা লুরাংলি নম্বুল ইতিনফমদা হিথাংনা খোইদোম পাং, মকোই মুংঙোনচীং মশাংবু কোইরম্বগা, অমুক হিগুয়্রক্তুনা লুরাং শারাং ইখাইথেন্দা হিথাংহুনা লৈথল্লগা লুরাং নঙা মাং খোংবাল লাক্তুনা থোংঙাক মচীথেনবু লময়েংহুনা পুন্সি লৈনি থেন চীঙ্গী চীংলোন লাইলান চীংয়াংদা লৈফম্না পাউশানি ।। তাওবুংখোংবু ইতৌনরম্বা পরম লৈহৌখিনবু পাউশানহুনা লৈঙম্বদা মফম থংদনা মনাই শোংঙারাববু লৈরমদরে কৌবশু তাদরে লাক্কবরা থোঙাইবশু ইহল্লক্করে । মনাইবু লৈথি লৈয়েংশি হাইনতুদা অনিমক্ক লমখাইনহুনা কুরুম চীংলেন্দা কোইজাই লৈথিনবদা মনাই শোংঙারাববু লৈখংনদরে ।। খুদক অতুদা তাওবুংখোম্বা তোইবী লৈমা অনিবু লুয়্নাং হেনবা য়াম্বা ইবুং শোংঙারাববু য়াওদনা লৈহল্লুহুনা কদোদগে হাইনহুনা লৈফম অশিদগী অরাং খেঙগ্রুং তম্না চংখ্রে ।। অহুমমক্ক লৈহল্লক্কবনা য়াকয়ৈ খোংনেংপু তাওথর-ক্তুনা য়েল্লাওথেন শোইদা পন্দুনা লৈরে ।। মপারি অহুম্না য়াকয়ৈদি হনঙক্লগা পম্বৌ পলেম্বু হনঙয়্রক্কবদী কদৌম্বুংবু তৌবনা ফোইনা খোঙ্গুন লিবদশু লৈথংদহুনা কংলৈ পিবদা য়াকৎপদা লৈপাক চংনা লৈখিবদা তানফংদহুনা নোংদম মরুদা য়াহোয়্নে মৈতৈঙু নাওখম্বনা ।। মোংদম মরু লৌরাংজাম্বনা হাই, মৈতৈঙু নাওখম্বা করিগুংবু খৌকাওনবনো মতুং ইতম্বু লোম্বনা মাগী মাগী লৈননফমদা হনঙমবা মাংখ্রবনি লাবঙয়্রোইয়ে তাইবং মপোক্কা লৈচং শাদুরুদ্বগী চঙ্জম্বু

কাইদনবা লাইরমলেনবু নামুংদনবা মশাদি তাম্বেংদরবনিনা চুকশা মৈথাবদি পামেন পাঙ্গোং উকক অহুম্না চুকশা মৈথাহুনা অশিরোই লৈহুন খোংলম্বু খোকাইদনবা ভরুক্লিগী নুথাংলৌবু থৌপুনবা উংপী উংশেংনবা লৌবিনবা তৌবিও ।। মরুগী নোংদম রাবু থৌঙম থৌপুনরিঙৈদা। য়েল্লাওখোংশোইদা পল্লম্বা রাকয়ৈবু মথন্তা চেম্থখিহুনা লৌলাং তুবু তাওরোইলাই পাথংবগা লৈতিন শাথুপ্না লৈখরে ।। নোংকোরো থুদিঙ্গী হরোন খোংলোনবু লাইমিং পরম্বু লৈতাক্লা থরাই য়াই-নিরেনগীদমক্তা চেং অকুপ্পবু যুল তাহুনা ভিংথৌ মপোপ লৈহাপ্পা নোংকোরো মাপন্নিবু থোং-লোন ৯ লৈশু লৈতাক্লিনা য়ুমশো হকশোলে ।। তরানি লৈশুবদা মঙন লৈহোং লৈথিনববু থৌয়াঙমবগী পাউজেন্দুনা নোংকোরো হরোন তরাগা অমা লৈশু লৈচংবদা পিবুকক্নগী খোংলম তাবাগা পম্বৌ মপাগী নুরাই নুমলেন্দা লৈফম্লকপা থাজা অনিগা লৈতাক লৈতিনবা থৌরোইরে।। সংলক থামনগী মন্নুংদা লৈহন খেংলম নিপানবু লৈতাক লৈথিনহুনা থরাই পিচানা শাথোক্লবা কোনুপ লৈতিন খোংলম মাপলশুরবা লৈতিন লৈথম্না থৌরোইহুনা উক্রোং লৈহোংবা থৌনোই-হুনা মচিন মনাও অহুম্ব ভুংশি লুংভোন্না লৈমিংরে ।।

শোই পুনানা তালোই মাম্নিং অপাম্বী কৌবা হৌবা

থাংজিং কাওবুংখোয়না পোক্লম্বা মচা নিপা পাখং অহন্নে. য়ুনাওরোই য়াইমবনে কামু তোমনে মখোই মচিন মনাও হহু পম্বৌ থাংজিং তাওবুং খোংদোবনা শোই লিং শোইচারম্বা নাদখোংলমগী শরাং য়েলাপেন মাইয়োকফা শোইমম্বু মানা চানি ঐগী ওইগদবনি হাইনা মুন্নবদা শাওনহুন মাগী মাগী মিচং থাগুহনা তুলুখাই তানা খুংলিংহুনা য়ৈনা শুনহনা হুমু নাইমু তানরে । থৌরম্বু মৈরেঙ নাওখম্বনা তাঙমহুনা বকিনো লয়ানবগু নত্তে মপা মমানা লৈত্রগা মখোই মচিন মনাও মমেন খুং থোম্ববা অশিগুম্বা চৎলম অশিদি নুতুঙ্গী চৎলম থকাইববু থোক্তৌনিদা, ময়ম অঙোম পিবা থোরম অশিবু অহুক লৌখাম্নবা তৌঙমল্লু নোংদম্লে ।। ময়ম অঙৌ পাম্বা রামৈ শান্থবা পিবানা মঙাইরোই খরগা পুহুনা লাক্লগা কৌখাম্মি । ইশানৌ অহুম্বক তৌঙ্গিবা অশিবু করিনো লৈবাক মাংদা ইকাই লজদনবা হৌনদে নুতুঙ্গী চৎনা লম্বীশু থরা য়েংনা থৌপুশি থংন চৈনবশি তোকভগ্নো নখোই নচিন ননাও থাজ অমগী মনুংদা নোংকে বো তরানি তরানি শোইফম শোই চানবা থৌঙম্নশি কৌখাম্মি ।। পিবাগী লৌখাম রাবু তারগ পাখং অহনগা য়ুনাওরোই য়াইমগনা রাখুম্মি. ময়ুম অঙৌ পাম্বনা ঐখোই ইমুং মনুংবু নিংডাই শংদানবদা ময়ুম অঙৌ পাম্বগী পিবানা খুংখিন রায়েন নোংদম্লবা অসিবু মঙম করি লৈহুনা ঐখোইবু থাবা ভানবা য়ুমদিন অঙোম লৈঙন লৈরাংবা ওইনা রাথল থৌপুরবরা ঐখোইশে শরাং

লৈশাবা য়ুমনি পুম্নিংলোনগুগী অপকমা নত্তে, লৈপাক নোংথৌতুবা কংলৈ পিবনা নোংদম রায়েল্লা লৌখাম্নগদবনি পাউখুম কল্লাও হুনবদগী অঙোম পিবা রামৈ লাম্বা মপুক খোইশাওদুনা মচিন মনাও অনিগা শাখিন্নদুনা লাল্লম্লরে ।। মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা তাঙয়ে ছিস করিনো লৌখাম্বরা হাইববু লাল্লাবগুম খোক্লবোইরে, উম শরাং অশি লম খরা হেল্লেদনা ঐ চত্তবা য়াদ্রে হাইদুনা খোখন লানম্বি খরগা লোইননা খোংলেংলদুনা ময়ুম অঙৌ পাম্বু ময়ুম শারাংবু তুনা লৌখামদুনা লানয়াই খত্তনা লৌখামদুনা তোকহল্লে ইমু নাইমু তানদুনা মী তরাবু শোকমৈয়ে ।।

## রায়েন চৎলম লুতুং থৌয়েং নোংদম লৈয়াংনা লৈথম্না চৎলম অমা

মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা চেপাউ পীদুনা মচিন মনাও অহম্ কৌখদুনা ময়ুম পিবা মরিগা কমদৌ হুমফুগা মরিগনা খোথল্লাংনা কুচু খোকাও রায়েন নিংশিং শংলেন্দ লৈফমদুনা মৈতৈঙনা রায়েন রাহংলে ।। পাখং অহনবা নংবু পোকপগী মতুংদা য়ুনাওরোই য়াইমববু পোক্লুনা অহম্বা তাংবুং-খোংদৌবগী থৌখনবু তানফংনা ইরেম তোইবী নমানা লৈঙম্বদো নং খংবরা ? ইনিংথৌ মনাই ঐ খংদ্রে ।। য়ুনাওরোই য়াইমবা মনাও অশিবু পোক্লবা মতুংদা পম্বৌ নপানা পলেম তোইবী লৈমবু মপাম খোজম্নুহনবগী মরমদি করি মুন্নীনো খংবরা ? ইনিংথৌ রাইহ কারন খোংমবা নামুং পাউশাববু লৈঙাক কুবিনবিনি খংবদি খংজহৌয়ে ।। ঐনা রাহংববু পাউখুম পাউশাবনি অয়েন রাবু লৈঙমদে হাইয়ু ।। ঐবু লোইবা ইনিংথৌ ইশানৌ য়ুনাওরোই য়াইমবু পোকপগী কুমজা খরগী মতুংদা পলেম ইমাগী খুবোমদা করিগুম্বা মহিক অমগী লাইথুং অংবু তানফংবদুনা লাইথুংবু পম্বৌনা অকি তুজুবদগী লৈহল্লুনি ।। অতুদি পাখং অহনবা পম্বৌনা পলেম্ লাইথুং থুংলে হাইবগী মনাকা লৈথম্ববু পাম্লকুদুনা চৎহনখিবনিনা নচিন মনাও অনিদি ( পাম্লক্লবগী মচা ) হাইবা অদু তাহল্লে পনথৌ ইপা তাওবুংখোম্বনা ।। তাওয়মামে ইনিংথৌ । অদুদগী করি কমদৌনা অমুক মনাও কামু তোম্ববু পোক্লবা ? ইনিংথৌ পনখৌনা শাতানবা চৎপদা পলেম্ লাইথুং কোক্লুনা লৈরম্ববু ওইদুনা অমুক লৈহগুদুনা পোকপনি । অতুদি লাইথুং থুংবদগী ইরেম তোইবী লৈমবু পাম্লকুদুনা কাইনরে লাইথুং কোক্লবদা পাম্লকুনা অমুক লৌশিল্লরবদা পোক্লবা মনাও কামু তোম্বা অশি অপাম্বী মচা কৌবা তারেদো ।। ইনিংথৌ নোংদম কুবিবা খোয়ানজগনি ।। কামু তোম্বা পোক্লবা তুংদা নচিন মনাও করি কমদৌনা লৈওম্বা ? ইনিংথৌ পলেম ইমাবু অঙৌবা লাইথুং পরকপদগী পনথৌ ইপানা পামদদুনা ইপুয়ুমদা লৈহনখিবদগী লাইচু তিঙ্জ্বু লৈকোক্লুনা

পলেম ইমানা লৈঙম্লরুবদা পম্মৌ ইপানা অমুক পাম্লভুনা হঞ্জিন্নবনা ইশানৈ কামু তোম্ববু পোক্‌নবা ইশানৌ কামু তোম্বগা পম্মৌগা পলেমগা অহুম্না য়ুমদিন চাক্তিন্না চামিন্নদুনা লৈরে । ঐখোই ইচিন ইনাও অনিবু য়ুমথাইদুনা লৌরি ইংখোল তোঙাম্না লৈঙম্লরে ।। উম অদুদি পাখং অহনবা ননাও কামু তোম্বগীদি করি করিবু পম্মৌ পলেম্না লৈখাইদুনা পীরম্মি ? ইনিংথৌ মাগীনি হাইদুনা করি থোইনা লৈতম লৈপিবা থোইদোকপা লৈতে, পনথৌ পলেম্না মাগী শরুকপু লৈখাইরমদ্রবা মানা ইপাগী মরম্ন মানা লৈনি হাইবা অশিদা ইপা ইমানা ঐগী ঐগী লৈতম্না লৈথম্লম্মবা ঐখোইনদি লৌত্রদুনা কামুতোম্বা মানা কমদোনা য়েল্লাংথেন মাইয়োকফা থেনবু লৌগে হাইবনো খংদ্রে ইনিংথৌ স্না নোংদম কুবিনি ।। মরম অশিদো পাখং অহনবা নংনদি খংলরোই পরমদো খংনবা হাইগে তাও কামুতোম্না হাইবা অশে নঙ্গী পম্মৌ পলেম্না হেক পোকপা ননাওদি তশেং-বনিদনা ? মানি ইনিংথৌ ।। অদুদি কামুতোম্বা অসি ইমা অপাম্বীগী মচা হাইবদা অকাইবা লৈতেদনা হান্না পোদুনা লৈরম্বা নমাবু পামদদুনা থাইনরগা মতুংদা পামদুনা লৌশিনবদা পোক-পানিনা অঙম্বা ফমদো পুম্নশু তাবিরেদো লুহোং লুতিন লৈহান্না লৌরুবা তালোইশিঙ্গী মতুংদা মথাদা লৌকবা তালোই মখোদি ( তালোই অপাম্বী ) হাইনা থাকৌনরিদশিং অদুবু কমদোবা ? মৈতেং ইনিংথৌ স্না নোংদম কুবিনা লৈমুৎ লৈমাংদনবা লাইয়েক থম্না লৈহাম্লে ।। পাখং অহনবা ইমা অনাম্বীনা পোক্লম্বা ননাও কামুতোম্বা মাগী শরুক্তি লৈখাইদা নখোই নচিন ননাও অনিগীদি লৌরি ইংখোল লৈতম লৈখাইনা চাক্তিন লৈখাইবম্লগা পনথৌ পলেম অনিনা ননাওগী লৈখাই লৈতম্লমদবদি চাক্তিন নাওকোনবনা খাইদবনি য়ুমদিন চাক্তিন্নরিবা মচা অদুগী মচাক মরন্দি চাক্তিন য়ুমদিল্লৌইড়দা লৈরম্বা মচাক মরন লৈরিবা য়ুম ইংখোল অপুম্বা ননাও অপাম্বী মচা কামু তোম্বগীদমক্তা ওইবনা লৈখাইদবনি, ননাও কামুতোম্বগী মথাদা নাওদাদবনা পনথৌ পলেম অনিগী য়ুম লেপ্লদি ননাও কামুতোম্বনা ওইবনিনা নাদ-য়েল্লাও থেনগী মাইয়োকফা শোইফম অশি য়ুম-লেপ চাকতিনবা ননাওনা তানফংলশন্নু লৈবাক অসিগী তাইবং লুতিন লাইরকচন চংলম্ব থোপুনা অদুবু ময়ুম পিবা মরিনা ফমদো হুমফু মরিনা করিবু রাখনম্বা ? মৈতৈঙ্ রায়েন নোংদম কুবিবা অশিদো মৈহৌলোন্দগী লাইরমলেনগী তাইবং চংলম হৌ লম্মাহনবা বংলে স্না পুংমাইয়োংগী কাইফদবা চংলম্মি রারক থৌকাওদনবা লাইয়েক্তা লৈথম্লজরে ।। মচিন মনাও অহুমগী রাথোকপু লৈবাক নোংপৌতুনা রায়েন্দুনা রারোইরে । রায়েন লিচুম থোপুবা মৈতৈঙ্ নাওথম্বা হেক্লবা লৈতনা কুমজা ১৭ লৈপান্দুনা লৈবাক রায়েন থোপুরম্লগা কুমজা ৪৫ চংলকপদা নোঙ্গা থোংলম লৈয়েংখি ।। পিবা মরোল তরেৎ অশিদো মনিংতম্বা থোইয়ুম মঙমচাওবা মতিক লৈহকপা পিবা লুচিংবা লাইনে ।। হয়ম ।।

## ৮ নং মৈতৈঙ্ কংলৈ পিবা লাইনিংথৌ নাওফংবা=নাওফোংবগী হান্নক চৈরাওবা কৌখিবা,

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৯ নোংদালাইদা কুমশিং ৪২১ গী মনুং লমদা থাজগী হুন্নি পানবা নোংকোরৌ শাগোলশেন নুমিত্তা খুমন পিবা য়োইবাংপোক পুন্সিবগী মনাও কচেং য়াইথু য়াইবগী মচা ময়ুম খুমন চন্দ্র কাইরৈমবু মঙাংলুদা লৈরাং লৈকংলহুনা কংলৈ লুচিং পিবা নাওফোংবনা লৈরৌ লৈয়াহুনা ওইথম ফম্নালবু মদাইরেন কাইরৈমনা থৌখন্না হৌ লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী লৈশংবা পিবা থৌহৌরে।। মতুং কুমজা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৩০ নোংদালাইগী কুমশিং ৪২২ গী চহৌ শক্তিভু থাজ হুন্নি পানবদা য়াওরৈবম চন্দ্র ইবেম্মা লৈয়াম্বীবু লৌহুনা তালোই অপাম ফম লৈহাপ লৈথন্না থৌহৌরে।। লুরাং পিবা লুমশিন, খুমন পিবা খোনবা নিংথৌবা, অঙোম পিবা ওক্তেখুম্হানবা, মোইরাং পিবা লাইকচেং, নোংদম শঙলেন মরু লৌরাংজাম্বা, কাইবিরোন শঙলেন থৌপুবা মরু মচা থেঙগ্রাইবা, ফমদৌ ৬৪ অশাই অশম পুন্দনা খোথন্না লৈফয়ে।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৩৬ নোংদালাই কুমশিং ৪২৮ লৈচংলকপদা মৈতৈঙ্ হৌ লম্মাহনবা কংলৈ শংবা পিবা নাওফংবনা কেগে মাইগেগী লুচিংবা পিবাবু মোইরাং খুংলোই লমলোকপবু লৈহাপ লৈথয়ে।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৪০ নোংদালাই কুমশিং ৪৩২ লৈহৌগদবা নোংকোরৌ অম, লৈরাংপগী মুনিংকী অয়ুক নুংথিল মুমিদাংবাইবু লৈচুপ্পা মৈতৈঙ্ কংলৈ পিবনা নোংদমহুনা লম লনগী য়াথংলোই লাকপনা থোদাহুনা য়াথংলোইশিংনা চৈ অমদা কিরাল মচু তারেৎ থেংনা পায়হুনা নোংকোরৌ হয়েংদগী কুমশিং অনেবা অমা অমুক শিংথেক শিংথাবা লৈহৌবান লৈহৌথবা কুমডা অশিনবু কুমশিং চৈগানরনি হনৌবা শিংথাগদবগী মতৈ মরোং হানখংগদবা মরমনা পাউশানি খংহৌনবা তানিকৌ পাউজেল্লে, অনৌ অরি লৈশিন্নব, নোংকোরৌবু লাইমিং চৈ পায়হুনা কোইনা চইনা লাওহুনা তাহন খংহল্লে হাইহুন, চৈরাওবা নুমিৎ মিংচল্লা লৈথম থাবেরে ।।

কুমডাগী অরিবা নোংকোরৌ ৩৬০ না শিঙ্গাখিবা অনৌবা কুমডা অমগী নোংকোরৌ শিংথেক শিংথাবা লৈহৌবগী অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা য়েইরেন খাধী লেংনা তিন, অমাই অনপ লৌশিঙ্গা লোইনহুনা অশৈবা পেনা খেংবন, অনিবু নেত্তক্কা ইকৌ থাগোন্দুনা নাদ-তুবী লাই পাখংবগী মফমদা লৈবাক নোংথৌগীদমক্তা য়াইফং পুন্সি লৈনিহুনা লৈফন্নু লুতুংনা লৈখংজনব, (নাদ-ত্তোরৈ শরাং ঈথোংনা লৈতিনফম ) হাইন, হৈবী মপান অমবু থাহুনা থমলে ।।

মৈতৈঙ্ নাওফংবনা য়ুমলিং পৌবৃবদি হুংশাংলগা চাদা নাওদাদনা লেপান্নঙম্মবগী স্না পুক্নিংবু রাহুনা নোংদম মক লৌরাংজাম্বগী মফমদা রাহৌম্লে ।। নোংদম মরুনা হাইয়ে, মৈতৈঙ্ মহুদি লুচিংবা পিবানা নাদুং চৎলন্নু থৌহৌবনা লাইংকচনবু নামুংকনি হাইহুনা নবুথৌ পাখংবনা নচা

পিদবনি নবুধোৌদা হাইজ থাগোঞ্জৌ ।। মতুদি ঈতিন নামুংবা লাইরকচন লুতিন য়াদবা পলেম ইমাগী য়ুমগী চন্নবু লুতিন লৈরাংনতুনা তালোই অপামফম্ব লৈহাপ্লরুবনা তানফংদবনি ।। মরুগী নোংদম্ব তানফংবদা মরু অনিগী লৈফমদা হাইজতুনা মরু অনিনা কুবি নোংদম্না মরু অনিগা লোইনতুনা নোঙ্গাংদনা মবুধৌ পাখংববু পুরুম থাগোন্না চাদা নাওদানবা থৌনিরক্লে ।। মরুগী হাইজ্জা থাগোন রানা লৈহকখিবনা হোইয়াদববু থৌঙৈরক্তুনা কয়াগু খোইজং লৈতাদনা খোইশাঙ খোইশাঙনা থৌয়ারে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৫৮ নোংদালাই কুমশিং ৪৫০ লৈচংবগী মতমদা ময়ুম মোইরাঙ্গী পিবা হৌকেগেনা কোনবা লমগী থৌদা রায়েনবু থোপুনবা ইরাখুন্দানববু লৈহাপ্লুনা থোপুরে ।। মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৮১ নোংদালাই কুমশিং ৪৭৩ গী চহৌ থান্নংদা উরা খুন্দানববু শিরতুনা মচানিপা স্না লাগ্নাবু পিবা লৈহাপ্নৌতুনা হৌ কেগেনা কোনবা লমগী থোদা রায়েনবু থোপুহল্লে ।।

কুম অশিগী রাকচাং হুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেন মুংথিল পোপ্পা লৈহল্লকপা মতমদা মৈতৈঙ, নাওফংবগী নোংদমদগী মদাইরেন ইবেম্মা অপাম্বী য়াওরোইবম চন্নু লৈয়াম্বী রাঙ্গোনশং= চাবোকশংদা লৈকুম্নতুনা মচা মুপী অমা পোক্লে ।। চাবোক মুমিৎ নোংকোরৌ তরুক্নি লৈচংবা অয়ুক্তা ঈ মপান মউ মহৈ মরোং চুন্নবা লৈরাং শম্না শাংবনা ঈপান থৌনি থৌহৌবদা নমিংবু ( রাঙস্নোন শেৎপী লাইবী ) লৈহুম্না অয়ুক মুমিদাং লৈচুপ্পা থৌনিরে । মচা ইবেম্মা শেৎপী লাইবী রাঙস্নোনবু থাজ য়াঞ্জবা মতম ওইঙম্নবদা ময়ুম খুমন্না নিজ হাইজরতুনা খুমন পিবা লমপুবা খোনবা নিংথৌবদা পিঙমতুনা কংলৈ মঙাং লুদগী খুমন লুদা লৈহোংতুনা লৈতিনখ্রে ।।

মৈতৈঙ, নাওফংবনা চাদা-নাওদাদবা মঙাং য়ুমগী পিবা লৈশিন্নবা তানফংদনা লৈঙম্বগী স্না পুক্লিংবু অরা লৈথম তানখংনা লৈপালববু উবদা মরু অনিনা য়েংবদা মুংজাইনঙ্মদতুনা রাতান্নৈ মরু য়েংঙম্লীবরা নাওফংবনা তৌঙম্লিবা অশিবু ? মরু মচা নং ঐনবু নত্তেনা মানা তৌবনা মান ফংবনি ।। মরু লাইরকচন চংলমদি নাম্নং চংলমদি থোপুরে মানাদি থংদবনিনা, ময়ুম পিব কংলৈ ফম্বান লৈশংনব চাদা-নাওদা তানফংদরে হাইবগী মপুবল্লুয়াংবু রাঙম্না লৈপু লৈপালবানবু মরুনক লৈনা চাদা নাওদদবশিবু লুতুংনা করি লৈখনহৌগবা ? মরু মচা থেঙ্গাইব অতুদি থৌরম পুন্না লৈথংনবা মরু মচানা মৈতৈঙ, নাওফংববু লৈথংনবা অদুক শিত্তারবিঙ ।। নোংদম মরু লৌরাংজম্বগী নোংদম্ব থৌপুনা মরু মচানা শিন্তাক পাউশাবিতুনা মৈতৈঙ, নাওফংববু মপুক হরাও তয়াম্না নাম্নং পরম্ লৈকোরুবা লৈচংলে ।। মরু লৌরাংজাম্বগা মরু মচা থেঙ্গাইবগা অনিনা মৈফু লিংতুনা ইরাং লৈহুন তম্না নোঙ্গাংদনা পুরুম থাগোন্না লাইমিংথোই স্নামহিগা পাখংবগা খোইন্নুম ২বু ইরাং লৈপাই থৌনিন কপদা খোইয়ুম অনিবু থাংডম্লক্তুনা নোংদম কুবি রাবু রাতান্নতুনা লাইমিংথোইনা নোংদম্লে ।। ইশাংনৌ পাথংবা নংবু মৈতৈঙ, নাওফংবগী চাদা-নাওদানবা ইরিক ইহুন তম্মুরৌ মাগী নামুং চংলম্ লৈবাক থংনবা মপুক ইরু মাইতানবা চংলম্না নয়াম্নং ঐনা তৌঙম্লগে ।। লাইমিংথোইগী কুবি নোংদম

থৌদাবু থৌঙম থোপুনা মশানৌ পাখংবনা মৈতৈশু নাওফংবগী লুরাই কোইরেন্দা লৈকম লৈচং-নবগী হুমলেন ইহুন পরম্ব থৌয়েংনা লৈতিন ইহুক্লকুনা মৈতৈশু নাওফংবগী লুরাই কোইরেন্দা লৈফমহুনা থাজা অমা লৈচুপ লৈফম্লগা নিংশা ইতুন লৈহজনবগী তুংইন ইরোইমনা লৈকুম্নরক্লে ।। থৌরম্ মৈতৈশু মাওফংবনা মরু অনিগী নোংদমদগী লৈখংজহুনা মদাইরেন ইবেম্মা খুমন চনু কাইরৈমগী ফিশেং নোংকোরৌ শরাগা ওরুক্তি লৈচংবদা ইশেং তিলুক লৈতিন নোংদম থোইচংনা ইরু ইহুন লৈথন্না লৈশিন্নরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৯৮ নোংদালাই কুমশিং ৪৯০ লৈচংবগী কালেন থাজা হুম্নি পানবা মোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী মুংখিল চকরাইরকপা মতমদা ইবেম্মা কাইরৈমন্ রাঙ্গোন শংদা লৈকুম্নহুনা মপারি অমবু য়াচংলকপগী মতুং ন্নমিদাগী অমম্বা মঙানবু তাম্লেংনরকপদা তাইবং ইপোক্কা শাখোক্লতুনা ঙানকংলে ।। মচা ইবুংঙোবু মরু অনিনা ঈপান মরোং লৈচুম লৈপল্লবা পুরুমমবদা মমিংবু শমৈরাং মিংহুম্না থৌনিহুনা তীঞ্জু লাইচু লৈকোক্তুনা য়াইফং থৌনি থোপুবিহুনা মচা ইবুঙো শামৈরাংবু কুমজা তাহুম লৈচংলকপদা লংফাই লংমু য়ান্নবা নাহুৎ থৌনিহুনা কুমজা মরিবু লৈচংনরকপদা লৈবাক ঙাকপা লৈশংবা হাগুনা হায়েন চৎলম্ তম্বীহুনা থৌপিনা লৈখম্নরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬০৩ নোংদালাই কুমশিং ৪৯৫ লৈশুরকপগী লমদা থাজগী ১৪ নি পান্‌বা নোংকোরৌ ইরাই মুমিংকী য়াচংবদা মদাইরেন ইবেম্মা অপাম্বী য়াইশোম চনু লৈয়াম্বী রাঙ্গোন শঙ্গুম্নহুনা অতিং য়ুথক খানবদা মচা ইবুংঙো অমা ঙানফংলে । ইনুং হেক ঙানবদা উন্দ্রা শংলেনবু তেক্তুনা লৈওম্নম্লে ।।

# উন্দ্রা শঙলেন



উন্দ্রা শঙলেন নোঃ কুমশিং ৪৯৬ খৃঃ ৫০৩

মতুংদা অমুক নোংহৌনা শাগত্তুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬০৪ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৪৯৬ লমদা থাজ ৯নি পানবা নোংকোরো ইরাই নুমিৎকী অয়ুক্কী কোলুপ ১১গী লৈম্নুংদা মরু অনিনা মৈশেং মৈফু ইরাংবনা পুরুম থৌনিজুনা নোংদম ইপা ইপুরেল উংলো য়াইবিরেল শিদবদা খৌখল লৈহুন ওইনা লৈকং লৈরাংনা মতুংদা শলাইলেন অমম্বা=অতিয়া শিদবা, কৈখেরেল লাইওইবা লৈপুনবীদা লৈহুন তম্না লৈশিন্নরে ।। মতুংদা লাইমিংথোই অশিবা শনামহিরেন্দা লৈশিন্নরে ।। লাইমিংথোই অশিবা=অচিবা-পোইনাওভা লাইশিদবনা মশানৌ কোঞ্জন ভুথোকপা পাবু খংবগী মফম্নাংদা লৈশিন্নহুন, পিরে ।। পাবু খংবনা মৈ হুংশিং ঈশিংদা শিননদুনা শঙলেন কংলামেন উন্দ্রা কৌবরু লৈশঙহন্দুনা থম্মে হয়ম তোয়াহে ।

## পিবান্নু নিংথৌ হাইনখিৱা, নিংথৌজা য়েক খংনখিবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬১৮ নোংদালাই কুমশিং ৫১০ লৈচংলকপদা মৈতৈঙ্গ কংলৈ পিবা নাওফংবনা ময়ুম তরুক্কী পিবা মরিগা লৈকাই খুঙ্গং মরিগী লাকপা মরিগা ফমদৌ ফম্নাইৰা হুমফু মরিগা ময়ুম য়ুমখাইবা লৈঙম্লিবগী অহনশিংগবু কৌখত্তুনা মচা ইবুংঙো অনিগা লোইননা রায়েন থোকাও রারক শঙলেন কুচুদা তিলু লৈফম্মীন্নদুনা থোপু চৎলম্মু নিংশিংনা পাউশারক্লে ।। "ঙশি মেরা খাগী হুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেন মুমিৎতা রায়েন থোকাও রারক শংলেন্দা মীতিন ফম্বাল লাংৰিরিব৷ পুম্বনা তাবি খংৰিহৌরো ।। নাওফংবা ঐ অশে লাইরকচন্দা লৈতিনবা য়াদবা মঙাং য়ুমগী মাইথোংদা অমুববু তৈহন্নবা থোপুবা হৌ লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাইম্নোনবু লৈশংবা পিবা মশক অমনি । পাগী পুগী চৎলম লাইরকচনবু থোওইদবা লৈথি লৈয়েংদবা নাওফংবা ঐনিদো ।। লৈবাকপু রাহন্নবা কুমথি কুমগাং হন্নবা মপা মচা শকগংনদনববু থৌঙম থোপ্ন থোহৌবা নামুং চৎলম থোহৌবা মৈতৈ চৎলম্বু লৈমাংনবা থোহৌবা ঐনি ।। পংনা পুনা নামুং পরম লৈয়েক লৈথম্না মৈতৈ ইপাচাগী চৎনরম ওইববু নমহত্তুনা নামুং চৎলম থোপুবা নাওফংবগী কত্তবা চৎলম অশিবু লুতুংনা তাঙম খংঙম্নবা থোয়েংনা লৈহাপ্লদা মত্তিক মঙম্মু চাদরবা নাওফংবা ঐগী চৎলম অশিবু মরু অনিনা (খমনুং ইঙাল্লৈশাবা পুয়া, খম্তোক লৈশেম্নোন পুয়া, নমু তাইবং মৈহৌবা পুয়া, চৎলম লুতিন লাইরকচন পুয়া, ইমুংলোন অথুপ্পা স্না পুয়াগী) মনুংদা মাংদনবা ঐগী চৎলম নামুংববু লৈয়েক লৈথম্নবিরো ইপুক ইশেং মাইতানববু মরু তানিনা কুবিও ।। মরমদি ইবুধৌ নোংদালাই পাথংবনা লৈপান্নরক্লবদা মৈহৌলোন্দগী লৈবাক অশিগী চৎলম লুতিন লাইরকচনবু পোইনাওতা লাইশিদবনা তাকপীদুনা ইবুধো হৌ কংলৈ পিবা ময়ুম তরেৎ, মাপনবু লূচিং ফম্বান্নখিবা নোংদালাই পাবু খংবনা চীংবুরোই তম্বুরোই অনিবু কৌখত্তুনা হৌখিবা চৎনরম থৈবিকপু নৌহৌনা পাউশাদুনা লেপ্নরক্লবা মৈতৈ ইপাচাগী চৎলশ্মু নাওফংবনা নামুংহল্লে ।। মতুদি লুহোং লুত্তিল লৈরো লৈয়ানদুনা ঈতিন্নদুনা চাদা-নাওদারবদা লাইরমলেন্দা নামুংব৷ লৈবাকপু অরা অনং তানফংনবা মপা মচা মচীন মনাও লৈখংনরক্তবা. রারেপ লৈতিন্নরক্তবনা লৈবাক ইরাং হৌন৷ লৈপান্নববু তাম্থেংনগনি নামুংবমি তৌফদে হাইবা য়েক শলাই তৈনবা; শাইরুক তিন্নবা পোলান তিন্নবা খিবিকপু লৌনা লৈনফদে লৈমাংনৈয়ে শিন্তাকপিববু নাওফংবনা নমজানদুনা পোলান ইমাগী য়ুম্ব লৈথি লৈয়েংদনা ঐগী অপাম্বী য়াওশোম চনু লৈয়াম্বীবু ইয়ুম মঙাংদা লুতিন লৈরো লৈয়ানদুনা লৈঙম্বনা লাইরকচন্দা নামুংনবনি লৈবাক অরা লৈখম তাম্থেংনবনি হাইবগী নোংদম্বা লাইনা কুবিদুনা চাদা নাওদাহন্দনা লৈপালহল্লিদো ।। থোরম্মু রাথিদবনা লৈখংদদুনা চাদা নাওদাববু তানফংনদে হাইবগী ইপুক লুম্নাংব অরা লৈখম তানফংনা লৈপানদুনা পুন্সি নোংদম্ব তাইনা মতম

লেনববু ঐগী অরাববু মরু অনিনা লৈকোকনবিগে নিংঙম্বীতুনা কুবি নোংদম্না নোংদম্বগী মকমদা পুরুম থাগোন্না নাওদ। পরম্ব থৌনিবদগী থুমন চম্ম মৈতৈ লৈমরেন তরেং লুচিংবী কাঠৈরেমনা মচা নিপা শামৈরাং পোক্তুনা লৈবাক ঙাকপা লৈপুববু লৈহাপ্তুনা লৈথগ্নেদো ।। অতুবু ইদাইরেন অপাম্বীগু মচা নিপা পারি থমংঙাং পোক্লে ।। ইচা অশি লাইরমলেনগী নামুং ইতিনবু তাঙম্নরে মশিবু ঐনা করি কমদৌনা লোনমতুনা লৈথম্নমশিবনো রাখঙতুনা নাওফংবা ঐনা চৎলম কাইথি-বদগী তানফংজবা নাওদা ইচাবু লৈউংনা লৈফোংতুনা ঐ খাই পুম্বদ হাইজরি, পারি থমংঙাং ইচানদি কংলৈ লৈশংবা পিবা থৌপুনদী থৌয়াদরে, মঙাং ঐগী য়েক শলাই — নিংথৌ মচা য়ুমদাবা — নিংথৌজা মিংতম্না কোরৌ অশিদগী লৈথাইনা লৈগম্নগে ।। পারি ইচানা লেহৌ নাওদা রেকপা থোংলম্ব নাওফংবা মপানা রাযোং লৈফোংনা রারেপ পাউশা নঙমখিববু লুতুংনা নিংশিংনবা নাওফংবা ইমিংবু হোংতুনা কোরৌ অসিদগী নাওফোংবা হাইনা লাইয়েক লৈথম্নবিরো নাওফংবা ঐগী নাওদা চৎলম অকাইববু মামুং চৎলম থৌপুনববু লৈবাক তানা থংনবা হাইদোক ফোংদোক-চরম্নবনি, পরম থৌরম অশিবু লুতুংদগু চৎলম্ব কাইদনা য়ুমলেন মিংলেন অসিবু থাকৌনা লৈথম্বা ওইশমু ।। কংলৈ পিবাবু লৈহাপ্তুনা লৈশং লৈপুববু নিংথৌ হাইন মিংতন্দুনা লৈবাকী নুংঙাই য়াইফনবদা থৌঙম থৌপুনবা মপুক লুম্নাংবু লৈথম্না রায়েন থৌদাবা লৈবাকী ময়ুম পুম্বনগু কংলৈ পিবা নিংথৌগী য়াইফনবতা মপুক লুম্নাংবু লৈথম্না থৌপুবা পরম থোংলম্ব, কাইনা লৈপাল্লবদি লুবাক মথুম হাপ্পনগুম নিংথৌ পিবাগু লৈবাকী ময়ুম এলুপ পুম্বগু অরা লৈথম তানথেংনবা ওইঙম্নৌ ।। নাওফোংবা ঐনা চৎলম নামুংনবদগী লৈবাকী ময়ুম শথাই পুম্ববু মতম নুংশাংনা রাঙম্নবা লৈবাক্তা নাওফোংবনা লংজ অয়োন ওইখরে; নাওফোংবগী লংজ ইরাল লৈবা খৈবিকপু ময়ুম শথাই পুম্বনা কুবি নোংদম্না লৈঙাক লৈকম্নবিও । কংলৈ নিংথৌ পিবানা পোকপা মচা পাগী মথৈবু হৌ লম্মহনবা কংলৈস্না পুংম্নাইয়োনবু লৈশংবা পিবানা মৈতৈঙ্ নিংথৌ থাকৌবগী থৌয়েং থৌপুনা, নিংথৌ পিবা থৌপুদবনা নিংথৌচা — নিংথৌ ওইখিবগী ওইদিবগী মচা হাইনা থাকৌনতুনা লৈথংনশি ।। করিগুম্বদা ময়ুম য়ুমখাইনা লৈরক্লবদি মাগী মাগী থৌপু থৌরম মত্তিক মওম্ব থৌয়েংনা মিংতন তমতুনা মঙাং শথাই — অঙ্কহং, নিংথৌজা ময়ুম শথাই য়ুমদাব থাকৌ মিংতুন্না লৈঙম্নশি ।। অতুগা এলুপ শথাইদি হোংকদে, নুংপাৎ লোথেং লেরাং খিকাপং নাহৈনা মৈ, শিঙ কিশেৎ লৈচুদি কাইথ — হাংফদে. চাকচাদি লাইরমলেনগী ইবেনধৌ, ইবুধৌ মরি থাইয়ুম মঙাগী চাকচাবু চাঙমতুনা থোইয়ুম মঙাবু তাম্থেংনঙম্নবা চাকচা চৎলম্ব থৌকাওনরোইদবনি, থৌরম অশিবু মাংহন্নবা নাওফোংবা ঐনা থৌহৌনা থৌপুনখিবা ঐগী ইরান্নি অতুনুঙ্গী লুতুংনা নিংশিংনবা থৌকাওনফম ইমিং মিংতুনবু লৈহোংজরবনি কুবি নোংদম্নবিগু" ।। মৈতৈঙ্ নাওফংবা — নাওফোং-বগী লৈফোং পাউশা তাবদ। লৈবাক অঙম অথৌবা, অশাই অশম পুম্বনা কুবি থৌয়াবিতুনা (থম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়াগী) মতুংবু চন্না পুরারি মঙাগী ইন্নুং রাদা লৈহাপ লৈথম্নব নোংদম

মরু লৌরাংজাম্বনা নোংদম থৌদানা কাইবিরোল মরু থেঙগ্রাইবনা মথংলেংনা লাইয়েরকচুনা লৈহাপ লৈথমতুনা মীতিন রারক থোকাও লৈফম্ববু থোরোইনরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬১৯ নোংদালাই কুমশিং ৫১১ চংবদা মৈতৈঙ, নাওফোংবা নিংথৌ অনা লাইওংবু খংদনা স্না হকচাংবু ইওমতুনা মচা ইবুংঙো লৈঙাকপা শামৈরাংদা পিবা ফম্নেনবু লৈশিন্নরে, মতুং মুমিং খরা লৈরম্মগা পুন্সিনা ১০৫ লৈঙাকপনা কুমশিং ৯০ দা নোঙ্গা লৈহম খোংলম তানখরে ।।

## ৯ নং হো কংলৈ পুংম্নাইয়োন লৈশংবা পিবা ম্নৌতেঙ, লাইনিংথৌ শামৈরাং

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬১৯ নোংদালাই কুমশিং ৫১১ চংবদা মৈতৈঙ নিংথৌ শামৈরাং কংলৈ পিবা থৌপুরে ।। মতুং খরা লৈরগা কম্বোং নিংথৌনা মচানুপী লাইরৈমবু হো কংলৈ লম্মাহনবদা পুখৎলকুনা মঙাং পিবাগী লুদা লৈতিনহনবিও লৈকংলরে ।। কম্বোং মনিংথৌরাগী রাবু মৈতৈঙ নিংথৌ শমৈরাংনা কুবি থৌয়াতুনা হো কংলৈগী চংলম্বু থৌলিং থৌপুনা নোংকোরৌ তবেংনি কংলৈ মৈতৈ চীঞ্জাকপু পিজতুনা মপাম লৈহৌ লুগী চীঞ্জাকপু চাহন থকহন্দনা থৌকাওংবা লৈথাম্ন । মতুং হিয়াঙ্গৈ থাজা ছুম্নি পানবগী নোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী মুংখিল পোপ্ত। লৈহুনবগী মতুং কোলুপ অহুমগী মনুংদা ইবেম্মা লাইরৈমনা ময়ুম মঙাং লুতিনবু লৈহুন লৈরাং লৈকৎ লৈচাইতুনা মৈতৈঙ নিংথৌ শমৈরাংনা লুতিন লৈরৌ লৈয়াতুনা তিলুক ওইথম ফম্বাল লৈহুক লৈরাংনরে ।

মতুংদা মনাও ইবুংঙো থমংঙাংনা হুইয়েন লাংজেং লুচিংবা হাপ্লে = শেনাপতি লৈহাপ্তুনা লৈঙাক লৈকল্লোন থৌপুরে ।। লুবা' পিবা লুমশিন ।। অঙোম পিবা কাকপা । খুমন পিবা কচেং রাহৌবা = কচেং রায়েনবা ।। মোইরাং পিবা স্না লখ্বা ।। খ্বাই লাকপা লমহিং । খুৎলাই লাকপা শংত্রৈ । রাংখৈ লাকপা মোইথাম্না । ম্নাইখুল্লিলাকপা লৈশং । ফমদৌ ৬৪ না থৌখল্না নোংদম মরু লৌরাংজাম্বা ।। কাইবিরোন শঙলেন মরু মচা থেঙগ্রাইবা ।। মরু অনিনা থৌহম থৌপ্ত থৌরম্ব, থৌশিন্না ফম্বাল মেন্দোং পুরুম ইরাং থৌনিবু থৌপুনা অশৈ পেনা খোংফাংলাং য়োইরেল খাবী লেংনা তিম্না মৈতৈঙ শমৈরাং পিবা ফম্বাল তোংলে. ময়ুম শখাই পিবা মরিনা ইরু মাইতা ইশেং ইহৈবিতুনা পিবা ফম্বাল মিংলেনবু লাইনিংথৌ শমৈরাং নিংথৌ লৈহুন্না ফম্বান মেন্দগী মরু অনিনা খুবাক লাইকা শানা থেমথোক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬২৬ নোংদালাই কুমশিং ৫১৮ লৈচংবগী কুম্মেদা অঙোম পিবা কাকপনা মমুংদা অরোন থৌশিন্দুনা অহিংদা লাল হৌরক্লে ।। মাগী থৌশিল থৌরাংবু লাইনিংথৌ শমৈরাংনা খংলকুনা তাখিরে, মম্নাপ্তগী স্না পুক্লিংবু লৈঙাক লৈকন শংলেন লৈপুবা হুইয়েন লাংজেং শাফবা থমংঙাংনা লাম্মী খরপা লোইমনা শাখোকুনা কংলৈ পুংমাইয়োলগী খাথোংদা লুমতুনা তাইতুনা

লুম্নগা অঙোম পিবা কাকপগা হুইয়েন লাপ্পেংনরে ।। থমংঙাঙ্গী লাম্নীনা অঙোম পিবাগী লাম্নীবু থ .না ফারে, হাৎলে, কাকপা তাখিরে থাং—চুং পায়দুনা শগোল তোংদুনা কংলৈগী লাম্নীবু চাইথাইগে হাইবগী থৌবাং থৌপুরে ।। হুইয়েন শাফবা থমংঙাংনা উদুনা শগোল মাংদা থক্তুনা থাং, চুং পায়দুনা হাইদুনা লৈরে ।। কাকপানা হাই, "মনাও ইবুংঙো হুইয়েন শাফবা করিবু অদুক লুম্নাং থেনবিবনো নং নৈগীদমক্তা লালহৌ লানগরক্কগা করিবু য়াংলৌ লৈথৎপনো লৈফাংলু ইশানৌ" ।। করি কমদৌনা য়াম্বা কাকপা ঐ নিংথৌগী মনাও থমংঙাং নত্তে, লৈঙাক লৈকল্লোন লৈফম্বা লাংজেং শাফবনি নঙ্গী লৌনম রাইদা মপুক লাংতক্কগদবা নত্তে চেকশল্লু চেল্লে তান্দুনা ফানি মাইয়োক য়ারে য়াইবি লৌনি থংঙ কংলৈ ইরৈবাক্কি চৎলম্বু নামুংনবা নাওদা পিবা নংনা কংলৈ নপাবু মাংতম্নবা লানচৌবা হৌনবরা, নয়ুম লৈফম লৈথংদবা চৎলম্ব পিবা নংনা হৌনবরা হাইদুনা খোংফম লেংদনা থাং হাইদুনা লৈরে ।। থৌরাংবু উবদা কাকপনা শগোল কম্না থৌজিল্লক্লে, কাকপগী মতৌ উবদা মনাও ইবুংঙো থমংঙাংনা ( লাইনিংথৌ শমৈরাংগী মশানৌ কংলৈ ম্না পুংমাইয়োন ইমা লৈবাক্কী মচা থৌখল মনাই তাম্বেংজবা নহাদে ) পাউশানা চোংশিল্লদুনা কাকপগী চুং-থাংবু থক্তোক্তুনা শগোল মথক্তগী হামুল পাইদুনা চীংথরগা কাকপগী মঙক কক্লে ।। লাংজেং শাফবা থমংঙাং লৈঙাক লৈকল্লোন থৌপুবনা লমহেনবা কাকপা পিবাগী লাম্নী লৈহৌবা পুম্বা লোইনা ফাদুনা লিপক লিকাদুনা মযাম্‌ং শমৈরাংদা লৈকৎনরে । মৈতৈঙ মযাম্‌ং শমৈরাংনা মনাওগী লানঙং হৈশিংবা মপৌনা শাফববু থাগৎ পাউশানদুনা মনাওগী রায়েন থৌদা অচান মীরাই থাইদনা রায়েল লিচুংবু লৈথি থৌপুনা চৎনলম্ব থৌয়েং থৌপুনরকপবু উবদা অকা অকম খুংশেল্লু হাইনা থামেনচংপ ফৈজোম নমথাং খুল্লক নিংথৌফি শাইচোনবা কোনথাং ফুরিৎ অঙাংবগা লোইননা, খুৎশি নাশি, তান শমজিন ফিরোল শুনা পিঙয়ে ।।

মতুংদা ময়ুম অঙোপাম্বা অঙোম য়ুম্না লাইরকচন চৎলম্ব নামুংনবা থৌপুজরোই লুতুংনশু পাগী পুগী হৌ লম্মহনবা কংলৈ ম্না পুংমাইয়োলগী পুশিঙ্গী লৈহৌ নোংদম চৎলম্ব, থৌঙম থৌপুজগনি রারেপ্পদুনা অঙোপাম্বা লাংকম লুংচিং লাম্ববু অঙোম পিবা লুচিংবা হাপ্পিরে । কুম অশিদা মোইরাং পিবা ম্না লথ্বাবু শিন্দুনা মমুম মোইরাং শোংলেন লাম্ববু পিবা হাপ্পিদুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বু রায়েন থৌদা থৌপুবা শিন্নরে ।। খুমন পিবা কচেং রায়েংবা= কচেং রাহৌবা ।। লুরাং পিবা লুমশিন ।। ময়ুম শথাই তরুক্কী লুচিংবা পিবা মরিনা মাগী মাগী লম লৈথাইবা লৈফম্বু লাইরকচনবু কাইদনা থৌপুনদুনা মৈতৈঙ লাইনিংথৌ লুচিং পিবা শমৈরাং লৈবাক মরা তপ্পা লৈপাল্লক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৪৪ নোংদালাই কুমশিং ৫৩৬ কী লমদা মীন্দুং তরুক্কী কোনবা খাজ কুনমাথোইনি পানবা মোংকোরো ইরাই মুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা মৈতৈ লৈমরোন তরেৎকী লুচিং ফম্বালবী কম্বোং চন্থু লাইরৈমা রাঙ্গোন শঙ্গমথুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজখুনা নোংকোরো তরুক্কি লৈচংবগী ঈপান থোনিবদা মিংলেনবু উরা কোম্বোবা লৈহুন থোনিরে ॥ লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৪৮ নোংদালাই কুমশিং ৫৪০ লৈচংবদা মচা ইবুংঙো অত্তোনবা অমবু তানফংথুনা মমিংবু পুংঙাইবা মিংথুন্না তানফংলে ॥

## ফুনাল তেলহৈববু খুমন পিবানা লৌনম চাক্কৌবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৫৮ নোংদালাই কুমশিং ৫৫০ গী কালেন থাগী নিন্দুং মঙানি কোনবা খাজা ১০ নি পানবা নোংকোরো থাংজা মুমিত্তা খুমন পিবা কাচেং রায়েংবা = কাচেং রাহৌবনা চাক্কৌথুনা হৌ চাওকপ চৌংশাং মনিংথৌ চোদে থাংরাই ফুনাল তেলহৈববু মঙাইরোই শান্নথুনা খুমন মরাম য়াইদা চাক চামিন্নে ॥ চোদে থাংরাই ফুনাল তেলহৈবা চাক্কোঙুনা ঙাউইহাক শাংদোক্তুনা পোত্থাবদগী তুঙ্গনা তান্না য়াহিপ শাংদমথরে। তুঙ্গনা য়াহিপখিবগী নিংশা ইরাইথোনবু খুমন পিবা কচেং রাহৌবনা তাঙমগা খুমন মঙাইরোই লুচিংবা খুমন রাক্লোংগুগা, খুমন লাংকমবগা, খুমন নারেংজাম্বগা, খুমন মিংয়েংবগা, খুমন নাল্লুম খেম্বগা, খুমন লোংজাম্বগা হৌনথুনা তুঙ্গনলিঙৈদা মথোই ঙরুক্না ফুনাল তেলহৈববু নমথুনা ফারগা খুমন পিবা কচেং রায়েংবনা চাংলক্তুনা চোদে থাংরাই ফুনালবু মমিৎ অনিবু তুনা হন্দোক্লে অথুগা চন্দোক্তুনা মফম লাংদা ফন্নগা হাই। হাই চোদে অপাংবা নবৌশিংদি য়াওদনা নচীন নখাদা পংলোন কোমবদো খালবরা ? নং তৌজিক করি তৌবা ঙমখিগনি নমিৎশু য়াওদ্রে নংগী লিকুং তেনগী মঙম্না নঙ্গী থরাই কনবা ঙমখিগদরা হাইজ ফমদা হাইজখুনা চংঙফমদা চংঙরবদি নঙ্গী থরাইবু লৈকনবিগে ॥ মরূপ খুমন পিবা কচেং রায়েংবা নত্তিক নঙমদি লৈত্তরগা অমুকশু রাহৌবরা, শিব হাইবা অথুদি তেংবানবা অশি মাগী মাগী নোংমদি শোইদবনি ঐ তৌজিক শিবা য়াই পুন্সি মুংশাংনা পানখো নোংদম্বনা নোংদম্নবদি খংবা ঙমদে ॥ ইমিৎ অনিবু হন্দোকখরগা খুমন্না ফুনাল ঐঙোন্দা কদৌবা ঙমগদৌরিবা, হাই খুমন কচেং রাহৌবা নংনা ঐগী ইমিং অনি অথুবু নঙ্গী কান্নগদবা থৌরম্থু লৈরবদি কোত্তুনা লৌজো নং ঐদি মঙাইরোই শান্নখ্রবনি ঐবু থোইনা শাওদে ॥ খুমন নঙ্গী মঙাইরোইশু ওইরবা চোদে ফুনাল ঐনা পায়বা ইথুংশু লিকুং তেনবু নপুক নরিন খোইবগী রাহৈ পাউশাবা শিংখানব্রবদি খংনবা তৌবিগে খুমন পিবা কচেং রাহৌবা চেনবদি চেনখিনুকো হাইনা লিকুংবু লোখত্তুনা তৈঞ্জৈবু অমা শত্তুনা তেজিন্দা লাইশোন্নে ॥ মপা চোদে থাংরাই পাখংববু নিংশিংথুনা লাইমিংবু ( ঙম কুংসে, কুং থাংরাই, কুং পাখংবা কুং চোদে কুং ) হাইবা লাইয়েকপু নিংশিংলৈহাথুনা

লিরি তোঙ্গা খোংতুনা নারি নাখোং ফংনা চীংলম্লগা তেঙ্গৈবু নোংথোলোমদ: কাপথোক্লক্লে ।। থৌরম্বু উবদা কচেং রাহৌবনা নোক্তুনা লক্লে-এ, হাই ফুনাল মিত্তাংবা ঐদি নমাংদা লৈরগা তেন্দি নোংথৌলোমদা কাপথরে কমদোদোন্ত্রিবা ? কচেং রায়েংবা ন'বু ঐনা মঙাইরোই শান্নথ্রবনি হাইতুনা ইঙমতা থংহনগে তৌবনি অতুবু নংনা রাহৌ তৌইরবনিনা য়েংঙম্নরোইদো চংলম নাম্‌ং-নিংদবগী তৌবনি হকথেংমনা পাউশারগা ময়াথংবু তেঙ্গৈদা শোন্দুনা নোংথকলোমদগী মালেম তম্না হাইথরক্তুনা কচেং রাহৌবা তম্লক্লে ।। মদাইরেন রাঙম্লোন থাজা মঙাবু নাওপুরিবী য়েরুম-চেংবীনা মশাবি কচেং রাহৌববু কনগে রাথন্দুনা চেনশিল্লক্লে ।। ফুনাল তেলহৈবশু থংহৌদ্রে তাথি নাওইখিবনা তেন অতুন অপনবা লৈতনা পাইশিল্লক্তুনা রাঙম্লোন য়েরুমচেংবীদা পান্দুনা লোংনা তুরে । মদাইরেনবু তুবা উবদা হিং করিনো হাইতুনা চেনশিল্লক্তুনা হৌগ-চগে তৌবদ: য়েরুম চেংবীদগী থকতোক্লক্তুনা তেঙ্গে অতুনা কচেং রাহৌবগী থকচীন্দা পান্দুনা কচেং রাহৌবা শিরে ।। তেন অতুনা অমুক পাইথোরক্তুনা খুমন লোনশ্বা মখোই তরুকপু লৈথি লৈয়েংতুনা থি-থিতুনা হাংলে, থৌরম্বু উবদা খুমন য়ুমদাবা পুম্বা কাইতুনা চেল্লে ।। হৌ লাংলোই অকোইবদা লৈবা খুমন য়েলুপকী অতোন লাইফৈঙম্বনা লুচিংনা খুমন মথৈ কংলৈপুং মাইয়োন্দা চেনখংলক্তুনা লৈকনবীয় হাউনা রাকং রাহৌম্লরে ।। মৈতৈঙ্‌ শামৈরাংনা লাঙ্গোই খোংনেৎ শাদোংনা চম্থরক্তুনা লৌখাম রাবু পাউশাইয়ে ।। ময়ুম ফুনাল চোদে হাওকপ চৌংশাং মনিংথো থৌরম অশিবু কারি থৌঙম্লো ' লাইরকচনবু নামুংনবা ময়ুম খুমন য়েলুপপু লৈমুৎহল্লশি হাইবরা লৈখংদবনা থংজ্রবম্ভ অখংবা নংনা শীম্লাক শীন্দথীগদবনি লৈখংবা নতিক নঙম লৈহকপা নংনা অশুম থোপ্নবদি লৈপানবা করম্না ঙম্নগবা ময়ুম খুমনবু লৈমুৎহল্লগন্থ নতিক নঙম তাবদা কংলৈপুংদ, লৈফম্নব য়াদ্রুনা শামৈরাং ঐবু নফম্নাংদা লাক্লিবনে নথুৎশুবু লৌখায়্লো ।। লিরুং তেন অশিবু মাংকদরি লুতুঙ্গী নঙম থোপুনবা লৈখাক লৈথম্নখিশি ননিং থুংদবা থিবিকপু শামৈরাং ঐনা লনশিং লনথুম্লক্কনি নপুক লুম্লাং হেনবা নংবু লুতুঙ্গী পরম্ব থোয়েং রাথনখো ।। মৈতৈঙ্‌ শামৈরাংগী লৌখাম রাবু তাবদা চোদে ফুনাল কঞ্জাওরম্ববু থাদোক্তুনা লিরুং তেনবু হঞ্জিল্লে ।। মৈতৈঙ্‌না খুমন পুম্বগী অরাববু লৈকোকহন্দুনা ময়ুম খুমন পিবা লুচিংববু ( খুমন অতোন লাইফৈঙম্ববু ) লৈহাম্বিহুনা খুমন য়েলুপ্ন্‌ লৈমুৎতনবা শিনবিরম্লে ।। মৈতৈঙ্‌ শামৈরাংনা চোদে ফুনাল তেলহৈববু মথুং থুজেং পালোই লাক্লা পুতুনা হাওকপ মরাম য়াইবু য়ৌনা থিন্দুনা লৈথম্বীরম্মগা হৌ কংলৈ ম্না সংগাই লেন্দা লৈহল্লক্তুনা লৈঙম্লে ।।

হৌ থাংরাই লম্মহনবনা কোনবা লৈফমদা লৈবা ময়ুম য়েলুপ লুরাংগী নালবনা লৌবা লংমাই চম্ন লৈমনা পোকপা ফুনাম্বনা হাওকপ চৌংশাং মনিংথো চোদে ফুনাল তেলহৈববু মমিং

তাংদুনা লৈরে হাইবা রাবু তাদুনা ময়ুম লুরাং য়ুম্ব থাদোক্লুনা হাওকপ চীংলেন চোদে ফুনান্দা লাক্লুনা ফুনাল তেলহৈবগী থোগন তৌদুনা লৈওয়রে ।। মতম খরগী মতুংদা মপুক রাখল মুংঙাই-তবন। অন। চৈহক্লদুন: খরাই থক্লা ওস্লোইন: হৈ—নাহে লৈখাংলক্লে । নাহে পাউশাদা হাই-ওম্মি, "লাকচৈদা খুমন লাইনিংথৌ মৈতৈঙু শামৈরাং পিবানা মন্নাথং লৌথাম্লমদ্রবদি নয়ুম খুমন ইরু নাওদাহল্লরোই চংলম নামুং থোপুবা তাঙন্নবগু তাঙম্না মতিক চান। লনশিংলমগে থোপ্পব-নিদে। অতুবু ময়ুম তরেংকী পিবাবু লুচিং রায়েন নোংদম্বা কংলৈ পিবাগী মন্নাথংনা লৈহকখিবনা ইরু নাওদা লৈখাকলম্লেদে, কদাই, ইপিচা ঙাই শান্নদুনা চাক্কৌরগা ইমিং হন্দোক্লুনা লংনবা ফনালবু অচ্চ—চা ইপোক লারৈ খুদিংদ: নংগী লৌনম চাক্কৌবগী লমংবু শিংনব। লারৈ লাথুপ লৈখান। ইপোক ইরু হুন্না তাইবং পান্দ: শাথোক্লদুনা খুমন পিবাগী মতিক মঙখু নমগনবা থোঙম থোপ্পবা ওইনা শাথোক লারৈনগেদে: খংগনি" পাউশা নাক্তেনদুনা অনা মৈচাক লৈখাংলে ।। কৌরক্লে পারি লুরাং ফনাম্ব। নপা শক্লা নংনঃ ঐবু থোথনবা নংগীদমকপু ঐনা কবিবু পীনা পারি নংগী লমনবু সিংসিবনে। লৈখংদরে নংগী থোথন লেচংবনা মহেল্লনি ননিং থুংদে নপুক লৈখম্নগন্থ ।। হাওকপ চীংশাং অশিদা ফনাল ঐগী লৈফম্ব লেপ্পুনা নপা নগী ইমিংবু থাকৌন লিরুং তেন অশিনা নথুংশু ওইনা শুঙম্না লৈপান্নবা কোরৌ অসিদগী পৌপ্পু লৈফম্লে হাইনা লৈশিন্নদুনা লুরাং ফনাম্বা মমিংবু লৈহোং লৈহাংদুনা লুরাং ফনাল তেলহৈব থাকৌনা হাওকপ চীংশাংব লৈঙাক রায়েন থোপ্পুরে ।। থাজ খরা লৈরম্মগা চোদে ফনাল নোংগা খোংলদু লৈয়েংনা লৈহনখরে— শিখরে ।। হয়ম ।।,

মৈতৈঙু লাইনিংথৌ শামৈরাংনা রায়েন থোপ্পু খুদিংমক্লা খোইয়ুম লাইরূপকি থোকা লৈফম খুদিংমক্লা নোংদম্মি "খোইয়ুমশা তাইবং হাইবা ইপোকশে পুন্সি মঙম তেনবা ইপোক্লিদো খোইয়ুম নখোইদি পুন্সি মঙম লৈশাংবা ননিং তৌনা লৈপানবা ওম্বা ঙাক্লনিদো খোইয়ুম নখোই পুন্সনা ননিং নথা তৌবগুম তাইবংবুশু লৈঙম্ন। লৈপান্নবা তৌবিয় চংলম নামুংনবা তাইবংবু খোইয়ুম নখোই খিবিক্লী নতিক মঙানবু লৈহাপ্পবা পোপুনৌ, মঙম লৈচাওনবা খোইয়ুম নখোইনা তাইবং মতু শোনববু কোনচন মিংয়েংবু লৈখমদা নমথেক নমজানব. চংলম্ব থোপুনঙন্নরবদি লাইবু তাইবংনা ওমশম্লু. লাইরূপ। মমিং খুদিংগী থোকা থোপুনদুনা লাইবগ তিলু লৈফম্না রায়েন থোদাবু থোঙমদববু তাম্লেংনদুনা তাইবং লক্তগী লৈখাইদুনা লোক—তই চীং—মান, নারক শীংলক পাথি কোমখিদা নারোক্লুনা লৈঙম্ববু তাম্লেংনবা ওইঙমনৌদো খোইয়ুমশা, তাইবংনা হাইজ থোদা পুম্ববু খোইয়ুম নখোই পুম্বন। থোঙম থোপুবিগদবনি" নোংদম্ন। খোইয়ুম লাইগা তাইবংগ। শংলেন অমহদা লৈতিন লৈকম্নীন্নদুনা থোকা থোপ্পহল্লে ।। মৈতৈঙু কংলৈ পিবা লাইনিংথৌ শামৈরাং

লৈবাক মরা ভগা চাকহোং ঙাঁহোংনা লাইগ। তাইবঙ্গবু মপুক রায়েন লৈতিংহন্না লৈপাগ্নহন্দুনা। মচাশিংবু রায়েন লিচুম শিস্তাক নোংদম্না লৈপাল্লবদা মনাও ইবুংঙো লাংজেং শাফবা থমংঙাঙ্গী মচা ইবুংঙোশিংনা ( মঙাং য়ুমথাইবা নিংথৌ মচা ) হাইনা য়ুমকাবা হৌরক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৫৬৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৬১ লৈচংগী কালেন থাজা। মঙানি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক্তা মোঙ্গা খোংলম্থু তাঙ্গেংনখরে পুক্নিনা চহি ৭০ ফম্বাল চহি ৪৯ থাঙ্জনবনা চহি ৫০ নি ।।

---

## মঙাং য়েন্নুপ নিংথৌমচা য়ুম্নদাবা হৌবা

য়েনখোম, কৈদেল্লাকপম, খোইরোম, নম্বাকপম, রাইরোম, রাংখৈলাকপম পোংকবম, মাইস্নেনবম, কোলেম

মৈতৈঙ্ (হৌ) কংলৈ পুংমাইয়োন কম্মহনবগী পিবা নাওফংবা = নাওথোংবগী মদাইরেন অপান্বী য়াওরোইবম চম্ভ লৈরাম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো লাংজেং শাফবা থমংঙাংনা য়াওরোইবম চম্ভু চৌংথুবীবু পাম্নহুনা মচা ইবুংঙো চৌংমৈশু কোইরেম্বগা, শরিকপা লৈখম্বগা অনিবু পোক্লে ।। পেলোল শাক্তিবু য়ুনফিনবা নাওদা ইতিনবা চাদা লাইরকচন্দ। লৈতিনদবা অমনি মুংনবা চংলম্নি লৈবাক রাবা ম্লুহিন্নি তৌকদে ।

য়েনখোম য়ুম : মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ শানৈরাং পিবাগী স্নাহাত্তক, মশানৌ লাংজেং শাফবা থমংঙাংনা পোকপা ইবুংঙো চৌংমৈশু কোইরেম্বন, চৌঙ্গাংবম চন্দ্র খোনাংবু লুপ্তিন লৈরো লৈয়ানা পন্নহুনা খোংলাম্বগা, নোংয়িনবগা অনি পোক্লে ।

খোংলাম্বনা য়েংখোম নিংথৌজা য়ুমদাবা হৌরে ।। য়েনখোম শিন্নাইবা য়ুম হাইনা ( হাইবদি লৈবাক্কী কান্নগদবা পোৎপু শেম শাবা ওইরে ) ।। খোংলাম্বনা য়েনখোম খোয়িকপা পোক্লে ।। খোয়িকপগী নাওদা ঈনা নম্বুন মপান তাবা কুন্তিধজ, য়েনখোম অহন বিরশিং ।। বিরশিংদগী থাইথিবা য়েনখোম তাম্রশিঙ্গী য়ুম ।। য়েনখোম নন্দগী য়ুম ।। ককরা তাবা বলশিং ।। কোনশাবা য়েনখোম গৌর লাক্কে ( মীয়াবগী লমদা লৈথি )। য়াইরাপোক তাবা য়েনখোম বলারাম । হঙ্গন তাবা য়েনখোম কংকাম লাক্কে মীয়ান লৈবাক্তা লৈথি । অঙোম য়ুমদা লৈবা য়েনখোম মুক্তিং লাক্কে ।। ককচীং তাবা হেরাশিং ।।

## থোম্নদ্রাম য়ুমদা তিনবা য়েনখোম

লৈশাংথেম তাবা গুনশিং ।। থাঙ্গংশাবা য়েনখোম লমকেল মপান তাবা শামু । পোৎশংবমদা তাবদগী ওংমৈবন্দ তাবা য়েনখোল শাজৌগী য়ুম ।। য়েন খাম উমং শংবা শোর্নোন

থিংঙেন তাবা শামুগী য়ুম ।। তেংখন্দা লৈবা য়েনখোম খোম্মি লাক্কে, কবোদা চৎখি ।। খোইরিরোমদগী থাইবা যেনখোম চাথাবা শংবা খোয়াথোং তাবা অর্দ ভূতশিঙ্গী য়ুমনি ।। শগোলবন্দ তাবা য়েনখোম পদ্মশিঙ্গী য়ুম । মোইদাংপোক তাবা হিদাক শুংবা য়েনখোম লোকনাথগী য়ুম্নি ।।

মনাও ইবুংঙো নেংইনবনা কৈথেল্লাকপী পান্নতুনা মচা ইবুংঙো কৈথেল্লুপ্লাকপা পোক্লে ।। কৈথেল্লুপ্লাকপম য়ুমদাতুনা মাগী ঈনা কৈথেল লুপ্লাকপম শ্রীরাম কৌবনি ।। মাগী ঈনা নম্বুল তাবা চীংপাম য়ুমথাই য়ুমদাখিবা ফেইজিং তাবা কেশোরশিংগী য়ুম্নি ।।

মনাও ইবুংঙে লাংজেং শাফবা থমঙাংনা পোকপা ইবুংঙো অতোনবা শরিক লৈথাম্বনা খোইরু লাংমৈ থানবী পান্নতুনা মচা ইবুংঙো খোইলোকপা = খোইরোম্বা পোকুনা খোইরোম য়ুমদাতুনা লৈরে ।। খোইরোকপগী নাওদা ঈনা কাংতোংবী = কাংজবী তাবা খোইরোম তোলশিং ।। য়াইরিপোক তাবা খোইরোম চাওবহল । য়ুম্লেন্দা ফিনবা খোইরোম অকোং লাক্কে ।। মীয়ান্দা চৎখি ।। পোৎশংবম তাবা খোইরোম থৌবশু লাক্কে ।। চান্দো লাক্কে, নোংপোক হারম কবোদা চৎখি । শুগনুদ লৈবা খোইরোম কিয়াম্বা লাক্কে, নোংচুপ হারম তথেন্দা চৎখি ।। মাগী ঈনা লম্বান্দা তাবা মাইব থনবা কুকিলাগী য়ুম্নি ।। মিয়ান কৈনৌ — কৈনৌ তাবা নতাকপম লোখোন লাক্কে ।।

রাইরোম : নাওরেমদা পকপ তেবলুংবগী ঈদি রাইরোম হিনাওহনবা লল্লাম্বা লাক্কে, রাইরোম য়ুমহোংনা য়ুমদানগ্রে । রাইরোম চরিগোরোন লাক্কে নোংচুপ মীয়ানলমদা চৎখি ।। রাইরোম হিদাকফানবদা লৈবা অকোইশু লাক্কে নোংপোক হারমদা চৎখি ।।

রাংখৈলাকপম মৈহৌয়ুমদবা : মৈতৈঙ লাইনিংথৌ শামৈরাং কংলৈ পিবাগী মদাইরেন লৈমরেন সিনাই ফমথোল তবেং লৈপু লৈফম্বী কম্বোং লৈমা লাইরৈমনা পোকপা মচা ইবুংঙো কোন্দে শাথোকপা পুংঙাইবনা রাংনেম ভগীত্র লুতিন লৈরো লৈরাতুনা মচা ইবুংঙো রাংখৈনাম্বা পোকএ ।। রাংখৈনাম্বনা রাংখৈনাম্বম মিংচন্না য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা রাংখৈলম্বা চাইবা পোকএ ।। মাগী ঈন য়ুমঙাকপা নত্রনি ।। রাংখৈলাম্বা চাইবদি লাইওইতুনা লৈখরে ।।

থোংকাবম, মাইরেনপম, ফেলেন : রাংখৈলাম্ব য়ুমদাবা লৈফিন্নবদা রাংখৈলাম্বা নেত্রা লাক্কে ।। মানি থোংকাবম চাইনা য়ুমদারমতুনা মাগী ঈনা থোংকাবম মুতোন ।। শংলেন্দা লৈবা বশি ।। শংলেন শংবা গৌরো লাক্কে । মোইরাংদা থোংগুমথিতুনা লৈওমতুনা মাগী ঈনা মচা মোইরেং চাম্বনে । মোইরেংচাম্বনা মাইরেনবম মিংহন্না মোইরাংদা য়ুমদারে ।। মাগী ঈন মাইরেনবম খোংনেম ।। খোংনেমগী ঈনা মোইরাংদা লৈবা মাইরেনবম উম্নিবগী য়ুম্নি ।।

মাইরেনবম কুঞ্চান্দো ।। শংলেন্দ, লৈবা বশিগু মোইরাংদা খোঙ্মখিত্নুন য়ুমলিংলে ।। মাগী ঈ নাওদাদগী মচা ফৈরাবা পোক্নুনা ফৈরাবনা ফেলেম য়ুম মিংথন্না মোইরাংদা লৈরে ।। মাগী ঈনা ফেলেম লোবঙ্গী য়ুমনি ।। ফেলেম খোইবা ঙাংলো লাকপগী য়ুগ্নি ।।

---

## ৯০ নং মৈতৈগী লাইনিংথৌ কংলৈ পিবা উরা কোম্ভৌবা

মৈতৈগী কংলৈ পিবা উরা কোন্তৌবা অসিদো মপা ইবুংঙো লাইনিংথৌ শামৈরাংনা লৈপাক্লিঙৈ লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৬৮ নোংদালাই কুমশিং ৫৬০ লৈচংবদগী থৌহৌনা হৌ লন্মহনব: কংলৈস্না পুংমাইয়োনবু ময়ুম পিবা তরেংকি লুচিং খৌপুবগী চৎনলম থৌদা নোংদম লৈবাক য়াইফা থৌরম্বু শিন্থাক নোংদম্না খৌপুহন্দুনা হৌ কংলৈ শংবা পিবাগী মথৌ মঙম্বু লৈশিন্নথুনা খৌপুনহন্না মচাগী লুম্নাং মঙম্বু থৌয়েং চাংয়েংনা মন্নুং মতম চাদনা লৈশিন্নথুনা লৈথম্বা হৌরে ।। মতুং ওন্নকপা কুমজা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৬১ লৈচংলকপগী কালেন থাজা: নি পানবা নোংকোরৌ নিংথৌকাবগী অয়ুক অঙনবদ লাইনিংথৌ শামৈরাংবু লৈহন খোঙ্গা তাম্লেংথুন কুমজা অসিদগী নৌহৌননা পিবা ফম্নেনবু লৈশংবা থৌহৌনরে ।। মতম অসিদা ( থাংজিং লাইগী খোইয়ুম লোইয়ারাকপগ ) তান্নথুমা তাইবং নহাবা য়াখংলোই ফাওম্ককলবগী মশক্তম্ব ওইনা শাখোক্নুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বা, কাইবিরোল মরু থেঙ্গাইবা অনিনা শংলেন্দা লৈফম্নিঙৈদা লৈংলক্নুনা পুরুম লৈপাইররে ।। নোংদম মরুনা রাহংডি, পারি অনি করিন্নুঙ্গী লাকপা লৈকম কদাইদবু শাৎপনো পাম্ভৌ কনানবু ইহুল্লকপা মিংলেম্না করি করিবু থাকৌবা? নোংচুপ লোইয়ারাকপা খোংফেন খৌবনা রাখুন্নে, মরু ইপা ইমা অনিবু লৈথংনহৌনদরে কৈরোই লৈকাইনা কোইজাই নাওয়োক নাওকোনবিথুনা কোংয়াং য়াংদোং কাজবনি য়ুমথোং খুদিংদা চাক্লি ফিশেৎনথুনা ঐগী ইমিংবু লোংমুজাম্বা থাকৌবী কৈরোই লৈকাইনা ।। ইশানৌ কোন্দে অসিবু খোংঙাইবা হাইনা থাকৌবী লৈফম চাফম থংদন, কোইজাইনথুন লৈববু মুংশাংমল্লক্লবনা ঐ খ্বাম্বগী মমাংদা তাজা লৈপুবা ওম্নক্লথুনা চংজফমদ লৈচংনা হাইজফমদ হাইজথুনা নিজফমদা নিজথুনা মরুগী থৌখনবু তানফংজগে লৈকা লৈচংজরকপনি মরু অনিমরু কুবি নোংদম পীনৌও নিজরি ।। উম পাউশা অশিদে কনান করি কমদৌনরক্লিবা নোংদম মরুনা রাথল্লি অনি অশিদি থাংজিংগা নোংচুপ লোইয়ারাকপগ অনিনিনা তাইবংলক্কা লৈঙম্বশি তাইবং লাইপোক্কগী পুচি মুংশাং লৈহেলমল্লে হকমল্লে লৈহন্নবা নৌপুরে হাইরবনিনা, পৌশিন্নবা লাক্কবগী লৈবনি লাকপু লাল্লবদি ইফম্নাংদা লৈহন্নব পৌশিন্দুনা তৌরগে থন্নথুনা হাইয়ে ।। মরু মচা থেঙ্গাইবা নং ঐবু য়ুমগু মুয়্নীংদবনি।

চাদ-নাওদবু তানফংদে, চাদ-নাওদদবা হাইবা অশিগু লাইরমলেন্দা নামুংনৈ পারি শক্লা মাও-কোন্দুনা নচা ইচা লৈশক্লা শিস্তাক নোংদয়া শংলেন অনিদা লৈথয়শি য়াথংলোই থোংডাইবা পারি অসিদো নচাবু লৈশক্লা লৈথয়ো, য়াথংলোই লোংমুজাম্বা পারি অশিনা ঐনা তানফংনহুনা শিস্তাক নাগ্রকোল্লগে অতুবু কমদৌবগে মরুমচ ? নোংদম মরু নয়াথং কুবি নোংদম্বু কোইরেল থক্লা লৈহাপ্পা থোঙম্নবা থৌপুজনি। পারি থোংডাইবা নপা ঐনা পারি ইচাবু লৈখিদে নপুক লৈচংদবা তৌগম্বু পস্থৌ নপানা মরুগী কুবি নোংদম ময়াথংবু লৈডাইবনি নপা ঐগী নাক্তা লৈচংলকউ চাদ-নাওদবা থৌরম্বু নপা ঐবু তাম্লেং তানফংনরগে হাইহুনা খুজেং পালোই লাকুমা পুশিন্দুনা কাউ-বিরোন শংলেন্দা লৈমিয়রে ॥

মতম অশিদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ উরাকেনেথৌবা কংলৈ পিবা লুচিংবগী, হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাক্তী কংলৈস্না পুংমাইয়োনবু লৈশংবগী থৌপুব থাজনব কুমডাগ কুমডা অনি শুরে ॥ মতম অশিগী স্না থৌথল থৌপুবা লাইরুপ শংলেন্দা মাইগৈ ভাকপা লাইবুংধৌ লাই ৮ না লুচিংহুনা লাইবুংধৌ ৬ না মাগী লারোই শিংলোইগা লোইনহুন মাগী মাগী লালুপ থোক্পা থাজবু লৈথাই লৈয়ে হুনা স্না থৌথন লৈকা থৌপুনঙৈয়ে ॥ কুচু শংলেন, চংলম থৌবাগু রায়েনশংদা হে রাইরং লম্মহনবনা কোনবা খুঙ্গং লৈফম্বু রায়েন থৌদা থৌপুবা ময়ুম অঙোম য়েলুপ শথাইগী অঙৌপাম্বা থাংরাই খুনচানবা ॥ হৌ থাংরাই লম্মহনবনা কোল্লিবা খুদিঙ্গী রায়েন থৌদা থৌপুবা, ময়ুম য়েলুপ শথাই লুরাং পিবা পানা ॥ হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা খুদিঙ্গী রায়েন নোংদম থৌপুবা ময়ুম শথাই খুমন পিবা পুন্সি য়ুঁমোইবা ॥ হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা খুদিঙ্গা রায়েন থৌদা থৌপুবা ময়ুম য়েলুপ শথাই লুরাং পিবা থোকথৈ লানথবা। হৌ হাওকপ চৌংশাং মনিং থৌ লুরাং ফুনাল তেলগুবা ॥ খ্বাইলাকপা য়াঙ্ ॥ খুংলাই লাকপা শনথৈ ॥ রাংথৈ লাকপা হৈরোং ॥ য়াইথুলি লাকপা য়াইঙৌ ॥ লাইরোইলকপা ৪, অঙল্লুপ লাকপ ৪, পাথম লাকপা ৪, য়াথং-লোই লাকপা ৪। হৌ শেলোই লংমাই খুল্লাকপা থংলেনকোই ॥ শিল্লম থৌপুবা কমদৌ ৬৭, থৌরৈম্না ৮৬ কা থৌকারে ॥ নোংদম শংলেন লাইয়ুমদা নোংদম মরু লৌয়াংজাম্বা, মচা-শক্লা নাওকোঙবা লোংমুজাম্বা ॥ কাইবিরোন শংলেন লাইয়ুমদা মরু মচা থংগ্রাইবা নাওদা লৈশকপা থোংডাইবা ॥ লৈডাক লৈকল্লোন শংলেন= পুরুম থৌনি ইরাং থৌপু পাউচং পাউজেন লাইয়ুম লৈপু লৈফম্বা কবুই খুংবা, শলাং য়াইথোম্বা, মরিং লাইঙম. লুচিংবা_লাংজেং শাকবা নামোইজাম্বা মরিবা, মথাদা হঙ্গা, হিদং, শংলাকপা লৈহাপ লৈথম্না থোঙম লৈফয়ে।

## কোম্দোং লাইরেম্বী, তুম্মু তমপাক থোল্লম্বা

মতম অশিদা লাইরেম্বী কশাথৌরী কৌবী নোংপোক খা লৈতং লৈপু ফম্নবীগী থোথা লৈশংবা কদোং কৌবা হাওখুনবু মৈতৈ পনশা তম্পাক হাইব. লৈফম খুদিংদা খুম্জাবা য়াদরে

ক্যাং কৌৰা কবো মীরুপ অমা লাক্তুনা পনশা তমপাক্তা থৌখন খুল্লিং খুন্দাবা কদোং ঐখোইগী হাওখুনবু তাক মুৎনবা চৈথাই থুগাই মীহাৎ মীপুন তৌতুনা লৈফম্বু লৈমুনখিত্নুনা খুন্দা লৈত্তানবা শেমত্নুনা কশা খৌরী লাইরেম্বীগী খুবম ফাওবা লৈমুন্না লৈঙন্নখরে লৈফম্ন লৈঙাক লৈকয়বা তৌৰিও ৱাহোম ৱাকৎনা লৈহল্লরে ।। ৱাহোম পাউশাবু তাবদা মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ উরা কোম্থৌবা পিবা মপুক লুম্নাং খোইশাওনখরে ।। অচ্চা ঐনা পিবা থৌলিংবা কুমজাদা য়েক্না খোংদা খোংহৌবা ক্যাং কবো নঙম চাওইদা ঐ হৌজিকমক হাইরগা ঐগী লাঙ্গোই লানশা খাকৌয়ে ।। নামোই য়াম্বা মরিক লাংজেং শাকবনা লাঙ্গোই য়াইশা খোংনেৎ শাগী নাকথং অনিদা অরাম্বাই তেঙ্গবু নাকথং অনিবু থন্না লৈখেংলে. নাকথং টাগা নমলোন টাগা লোইননা লৈকৎলে ।। লাইনিংথৌ লাঙ্গোই থক্না চোংথৎখরে কনাবু ৱাঙ্গৌ লৈহৌবা তৌদনা লাঙ্গোই খুক্তি থাত্নুনা হুন্না মক্না য়েংদনা স্না শংলেন কুচুদগী থা মৈয়ম পাংনা য়াঙ্গোই য়াংনা থৌগখরে ।। লাইনিংথৌগী লুম্নাং খোইশাওনা খোংলেংখিবা উবদা লাংজেং শাফনা নামোই মরিবনা লুচিংত্নুনা কবুই খুংবা, শলাং য়াইখোম্বা, মরিং লাইঙম মরিবু লানশা অমমম তোংত্নুনা লাইনিংথৌ স্না থৌখন য়ংনা খোংদোই হুন্না তাম্বরক্লে ।। লৈঙাক লৈকনবা মরিনা চথখিবা উবদা লুচিংবা য়েলুপ পিবা মরিশু লাঙ্গোই তোংত্নুনা স্না থৌখন তাম্বরক্লে । মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ উরা কোন-থৌবা নোংকোরৌ নিনি চাকচমাংদা কশা লৈমগী তম্পাক তানফংনত্নুনা স্না পুক্রিং হরাওরে ।। কশা খৌরী লাইরেম্বীবু পুক্নম থাগোন্না ৱাকৎ ৱাহেম্নে লৈঙম্নম্বা কনাবু ৱাহং পাউশাবা লৈরমদে ঋউ অউবা মথৈবু তান্ন তান্নত্নুনা হাৎলক্লে ।। লাপ্পা লৈরে অরাম্বাইনা হুন্দুনা মহাৎলি মাইগৈ মরি শুংদাই মরিবু লাঙ্গোই কান্নন লাক্নু থৌত্নুনা ঐ মৈতৈ উরা কোম্থৌবা হৌ লম্মহানবগী লৈশংবা পিবানি চেনগম্নু কাইগম্নু কবো ক্যাং লমহেনবশা, মৈতৈ কংলৈপুঙ্গী ইংখোল লোকোন্দা কবো ক্যাংখন্না চংলম্বগী তানখোকপা অশিদা নঙম লৈবা ক্যাং কবো কনানো লৈথং লৈখান্নো, চেনগম্নু কাইগম্নু লাও লাওত্নুনা ক্যাং খুন্দাবা লৈরম্ববু কাইত্নুনা চেন্নে ।। লাঙ্গেল্লবা শিহৌদবা কবো ক্যাঙ্গী কাংবুবু ক্যাং অমত্তা হেন্দোকহন্দন স্না তুংইনলকপা অঙম্ব: মরি, পিবা মরিগা থত্তুনা খোমজিন্দুনা তুংবুন লিক লিপক্লনা ফাত্নুনা কৎলে ।।

মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবা হৌ কংলৈ লম্মহানবগী পিবানা হাইয়ে লুচিং খোয়াংবা য়াম্বা ইশানৌ নাথোই খাইনা লৈথত্তুনা তুংবুন লিকানত্নুনা পুঙম্লক্লবোইরে. ঐদি কবো ক্যাংমচা-শিংশি লমহেনমল্লি চেন্নে চেন্না তান্নত্নুনা হাৎকে ফন্নে ফন্না হাৎকে মশাগী লৈফম য়োনা তান্দুনা তুম্ন. হাৎকে থৌপুবনি অথৌবশিংনা লিকা তুংবুন্নকরবনিনা তুম্নবা মীহাৎপদি য়াদরেদো কমদো-শিবা মখোইশে ।। কাংশিংনা ৱাহোমজৈ লাইনিংথৌ ঐখোইবু লৈমুংনহনবিগম্নু নখোংথাদা চংজত্নুনা পুক্নম থাগোনজবু কুবিও ননাইগী ননাই ওইত্নুনা কুমজা খুদিং কব্রং—মকি ইপোং তরা তরা মংকং লৈকানা ইম: লাইনৈমা কশা খৌরীবু থৌখন্না কদোংশিঙ্গা লৈতিন্না ননাই

ওইনা লৈজববু কুবি নোংদম তম্নীও লাইনিংথৌ ।। ক্যাঙ্গী চংজ হাইজা রা তাবদা মৈতৈঙ্ উরা কোনখৌবনা য়াবিদুনা কদোং হাওগী খুল্লাকপা কদোং কৌবদা লৈমা কশা খৌরীগী তম্পাক খুবম লৈশিন্নদুবা কদোং মনিংথৌ লৈহান্নীদুনা ক্যাং লমহেনবা মখোই থরা অহুবু কোম্নহন্না লৈথম্নীদুনা লৈমিন্নৌ নোংদম্না লৈহন্নে ।। লুতুংনা নিংশিংনবা চংলম লাইমিং লৈফম মৈতৈ লৈমা খা বোংপোক লৈপূবী লাইরেম্বী কশাখৌরীগী থোখনবু কদোং খুল্লাকপা কোন্দোংনা থোখন শাগোন লৈশংনজেন্নে হাইববু লৈখংনবা কদোং লাইরৈমা = কোন্দোং লাইরেম্বী (ক্ৰীং ক্ৰীং ক্ৰীং, হুং হুং হুং, ক্ৰীং ক্ৰীং ক্ৰীং, হুং হুং হুং, হ্ৰীং হ্ৰীং ওয়া) মিংহোং লৈহল্লে ।। লৈমা কশা খৌরী তম্পাক ফম্বাল লৈফম্ মাংহন্নবা কবো ক্যাংশিংনা লালহৌদুনা থুগাইদুনা লৈঙম্নরবদা মৈতৈঙুনা লৈঙম্নবা কবো ক্যাংবু তুম্না হান্তনা লৈকন্নবা থোঙম থোপুনরকপা উবদা হাইজ চংজ-তনা লৈফম লৈথমনববু নিংশিং থোকাওদনবা তম্পাক লৈফম লাইরৈমনা কোনবা লৈকম্ব (তুম্মু তম্পাক) মিংহুন্না লৈথন্নে ।।

মতুংদা মেরা থাজগী ২৯ নি পানবদা মৈতৈ লৈমা কোন্দোং লাইরেম্বীবু ইরাং থোনি হরাও তম্নান্নদুনা লৈপাইরগা থাগু মুমিত্তা থোরে ইরগা হিয়াঙ্গে থাডা নোংম পানবা নোংকোরৌ ইরাইগী অয়ুক্তা অরাং খোংলেংথংলক্নুনা তারেৎ মাক্রুং তুরৈবু য়েংদুনা অঙ্গে। চীংলোন লান্দুনা মুংথি তুরৈবু য় লে। পোইরৈ তাবু কৌবা লমদা = তাংবো হাইবদি পোইরৈতোন্না খুন্দাদুন লৈরবা লৈকম্বু কবো অরানা শাইদাংদুনা খুন্দাদুনা লৈ শিল্লম্বদগী মৈতৈঙ্ উরা কোম্নৌবনা কবো অরা লৈঙম্নববু তাম্নোক্লে ।। লৈকন তশিদা নোংকোরৌ তরানি ফাইদুনা লময়েংডি, পাম্বা কৈদেল অমন মল অমবু হাত্তনা চাগে হোৎনরংবু থেংনরে মৈতৈঙুনা তাখিংর ।। হাইস মশিদে মাংমক্তদা চাগে নিংলবগু লুতুংদা থোপুজৌ এমক লৈনা লৈনা ইমাংদা হাইদুর্না নাকথং টা, নমলোন টা লৈহাপ্ন চোংশিল্লক্নুনা পাম্বা কৈরেনবু ফানবা শাক্ষ শাখিন থৌ চোংশিংখরে, মণবু শরাক তম্নবদগী থাদোক্নুনা মৈতৈঙ্দা ওনশিল্লক্লে ।। মৈতৈঙ্বু অকি তুজুং লৈতনা চোংশিল্লক্নুনা খুংগু টানা শাখিল্লক্লে, পাম্বনা মখুৎ অনিনা ফাবগা চোংশিন্দুনা ময়ানা মৈতৈঙ্গী লুরাই কোইরেলবু উম্নবা থোরাংলে ।। মৈতৈঙ্না মখুংগু টাবু ওইনা ফারগা নমলোন টাবু শত্তনা পাম্বা কৈরেনগী ময়াবু কবাক থন্না লৈহাপ্নগা মঙক্তা তকখি চন্না থমদুনা চংনা ফারে ।। মৈতৈঙ্গী মঙম্ব উবদা পাম্বা কৈরেন তোরে মনা লেকথরে মমিং তাইথবে চেপ্পা লোংনা হাইথরক্লে মৈতৈঙ্না মুংশি মুংঙোল্লক্নুনা মঙক্তা চপ্লম্বা থাদোক্লে । পাম্ব শিবা মক্তি শিদে ওন্দুনা য়েংববু ময়াংলেনতনা খুহুপ মশিগা রাই তাং শাংঙম্নম্বী লৈফম্ব লুতুংন লৈখংনবা থোয়েংনা মণবু পাম্বা কৈরেন কবো কৈ অমনা শোক্নুনা চাগে তৌববু মৈতৈঙ্ন, লৈকম্নখিব লৈফম্নি অহুম্নঙ্গী মণশোক লৈফম মিংহুন্নে ।। মৈতৈঙ্গী মঙম তানফংবদা শাইদাং-লম্বা কবো অরা পুম্বু পুরুন লৈপাইনা হাইজা লৈচংনঙন্নে । হাইজা রাবু মৈতৈঙ্না য়াবিদুনা পোইরৈতাবু কৌবা লৈকম্ব তাংবো হাইন মিংহুন্না লৈহন্নে ।। তাংবো শাইবোদা শাইদাংনা

লৈওম্না কবো অরাবু নোংদম থোদা থৌশিন্নবশীদমক্তা লৈঙাক লৈকল্লোন শংলেন থোপুবা মরিং লাইঙম লাংজেংফবা হিদংবু যণশোক লাকপা লৈহাপ্না লৈথম্লে ।।

মথংদা অঙ্গো চৌংদা কোইতুনা শামু তাল্লে, শামু মপী মচা অনি তানফংতুনা পোইম্নু থাজগী ছুম্নি পানবা নোংকোয়ো লৈবাকপোকপা মুমিত্তা লৈহল খোংশাল্লকুনা মৈতৈশু লাইনিংথৌ উরা কোম্থৌবা য়াঙ্গোই মপীমচাগা লৈথুং লৈচংলকুনা থৌরম পুম্নবু পিবা মরিবা পাউশান্নুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্নবা পুরারি কুম্নবদা য়েক্লে ।

নহাবা লোংমুজাম্নগা নহাবা থোংঙাইবগদা থৌশিন্নবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৫৬৭০ নোংদালাই কুমশিং ৫৬২ চহৌ থাজ। ১১ নি পানবা নোং কোয়ৌ ইরাই মুমিংকী লোইশং থোকা ফম্নৈ লাংবা মতমদা মৈতৈশু লাইনিংথৌ উরা কোম্থৌবনা লুচিংনা ফমদৌ ৬২ না থৌথন্না লৈকম্নদা, লাইরুপকী লাইরৈমা ৮৬ নশু লৈফম থৌখন লৈপুনা লৈমরোন তরেংকী শিন্নাই শংলেন্দা লৈকা ফম্নালনরকপা মতমদা কুচু শংলেন্দা পুবকুনা মরু অনিনা থুৎশন্ননা লৈশিন্নওম্নে ।। নোংদম মরু লোবাংজাম্ননা হাই, মৈতৈশু লুচিং পিবা, অশাই অশম ফমদৌ পুম্না ঐবু লৈবাক্কী থৌখন তানফংজবা শিন্নম শিন্দা খোয়েং থৌপুবা অসিদো কুমজা হক্তা মুংশাংমল্লে মীপাও মীনোক চংলক্লনি কোয়ো অসিদগী নহাবা লোংমুজাম্ন। অসিদো ঐগী ইঙম নোংদম শংলেন ৫ বু থৌশিন নোংদম্নবা লৈহাপ্লুনা লৈথমহৌরো ঐদি লৈহল্লগে মতম থবদি খোঙ্গা মচিথেন কুম্না চৌংলোন চৌংশা নাপোম ১১ না লৈচাপ্না, অরাং ইরোক ১২ না কোননদা লাইমিং শিংথেক শিংথাবা নোংদম্নবু পুরুম লৈপাই থাগোঞ্জববু লৈতমজতুনা লৈরুবগে মৈতৈশু, অদুগা নহাবা লোংমুজাম্না নঙম পাউশা নোংদম্না লৈবাক্কী য়াইফনবা নিংথৌগী মুংঙাইনবা মরা তপ্না লৈপান্নবা নথৌ নঙম্নু থৌয়েংহৌগে নোংদম্নন্নগা নোংদম মরুবু লৌথাম্নবু য়াঙমদনা চংখ্রে ।। মরুনা চংখিবা উবদা কাইবিরোন থেঙ্গাইমশু মপারি লৈশকপা নহাবা থোংঙাইবদা মথৌ মঙম পুম্নবু লৈশিন্নতুনা মৈতৈশু উরা কোম্থৌবদা লৈশিন্নতুনা থনম্নগা ঐশু লৈচল্লগে তাক্লম্নগা লৌথাম্নবু য়াদনা নোংদম মরুগী হেনা তুংইন্না চখ্খে ।। মরু অনিগী নোংদম্নু থৌঙম থৌপুনা মৈতৈশু উরা কোনথৌবা পিবানা নোংদম শংলেনবু নহাবা লোংমুজাম্নদা লৈশিন্নরে ।। কাইবিরোন শংলেনবু নহাবা থোংঙাইবগী মফমদা লৈশিন্নরে ।। কুমিং অশিগী ফম্নবু অরাবগা মুংঙাইবগা তানদংনা থৌরোইনরে ।।

নাদা খোংদা শোইনাপ্না

মৈতৈশু লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবা কংলৈ পিবনা মুংদাংরাই কোনবা লময়েংববু মাকোম্নংদগী অরাং কৌক্রু পাংনা লৈবা তোক্রুপুংলোমদা লম্নু য়েংবা থোংচৎনৈ । মতম অদুদা নাদ-খোং

তুরেগী তন্নুংপুংদা লেপ্লেবু মখল মখা লৈশুনা মশিং থিঙম হাইঙমদনা তরং ইপাকথক্তা চাহুনা শঙ্ক শঙ্ক ঙারম খাইনা শান্নহুনা লৈঙয়ম্ববু থেংনহুনা নাদ—তুংখোং মপান্দা লেপ্তুনা ঙাইহাক লৈঙম্বদা স্না পুক্লিংদা লেপ্লেশিং অহুবু খোইজং খোইদানহুনা লোইয়িনশিংদা নোংদম্মি, লৈফম অশিদা ঐগী শোইফম অমবু নাপ্তুনা লৈথম্বা তারে নোংদম্লে ।। নোংদম থোঁদাবু থোঁপুনা থোঁখন লোইয়িনশিংনা পন চাওনা খিংহুনা শে নাপ্তুনা ঈশিং ইথাই থানা শোরালু লুজাও য়াহুনা শোইশংবা হাপ্তুম্না লুচিংবা কদেম শমশাংবা, হাওকুপ্লোই, মরিবা, তমংশাবা মথোই মরিবু শোইশংহন্দুনা থয়ে ।। ঙুমিৎ খুদিঙ্গী শোইমাং মোইনিংদা লেপ্লেবু চাহুনা চোংহুনা মশিংবু শিংথা শিংথেকপা ঙমদবা মখেবু চাহুনা তরং ইমাই থক্তদি চাহুনা লৈঙম্বদি উঙম্লে ইচেন ইথাইনা য়ারিবা লুগী মন্নুংদদি লেপ্লে অমফাওববু চংদনা লৈঙম্ববু নোংকোরো তরেৎনি লৈশুরক্লে ।। থোঁরম্বু ঙক্তনা করি নুংনা লেপ্লে অমা ফাওনবু ঙাচংদবনো রাখনবদা লৈখংবদো ঙমদহুনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথো উরা কোনথোবা কংলৈ পিবা লুচিংবনা নহাবা মরু অনিগী মফমদা রাহোম্লেয়ে ।। নোংদম থোঁদা থোঁপুবা নহাবা লোংমুজাম্বনা পাউদম্লকই মৈতৈঙ্ নবুধো চাখাবা তাওরোইনাইনা লোয়েত্তুনা লেপ্লেবু লৈথত্তুনা থক খাদা থম্বনি পরমদি ইশানো কাইবিরোন মরু মচা থোংঙাইববু নবুধোবু পুরুম থাগোন্নহল্লগা লাইবাওবু পরম পুম্বা থঙ্গনি ।। নোংদম মরু লোমুজাম্বগী কুবি নোংদম্বু তানফংলবদা কাইবিরোন মরু থোংঙাইবনা তুবি তাওরোইলাই চাখাববু পুরুম থাগোন্নহুনা মাইয়োকফা চাইরেন পুথমদা ফা চেংঙো চোন্না লৈতাম্না, হৈফাং চংথোকপা, হৈশাং রাই কুইবা লৈতাপা লাংহুনা চেং, থোইদিং, তিংথো, লৈবু লৈহুন্না অনৈ চাজা য়ুমকোনা তোরা পুংলেন্দা লাক্তুনা রংহোম পাউহংনা থোনিহুনা স্না ঙাঙ্গা লুপা ঙাঙ্গবু লাংহুনা রাহোমলকপদা কুবি নোংদম্নবিরে ।। ইনিংথো মরুনা নোংদম্বীববু লৈচুম্বা রানি নবুধো চাখাবগী হৈক্রু মথোং থোংবী তোং হুদেনবু লৈথং পনশা শেবু নাপ্লুবনা তৌবনি ঐগী থেনবুংবু লৈথৎলি পুকহং পাউহংবা থোঁপুনদে হাইনগী থোংচং থোইশাওনরম্বগী লেপ্লে লৈচংহন্দবনি কুমজা খুদিং ইতো ঙাচং অহানবদা ফাব লেপ্লে শারেংদো নবুধোগী মথেন লুকোই শেমহুনা লৈহুন তম্না লুকৎনো ইখোং অসিগী লেপ্লেবু নবুধোনা নৈবাত্তনবা পীডমগনি নবুধোবু অনৈ চাজা য়ুমকোনবদা তরা মথেল লুককৎনবদা তুনী লাই নাদ নিংথোবুগু য়ুমকো লৈহুন লৈতমজো কুবি পাউশানবিরক্লে ।। কাইবিরোন শংলেন মরু মচাগী লাইবাওবু তানথেংলবদা মবুধোবু অমুক নোহোনন পুরুম লৈপাই থাগোম্নহুনা শোইশংববু লৈখম্না শোই চারে ।। নাদ-নিংথো তুরে থোঙ্গী শোইশংবা কদেম শমশাংবা, হাওকুপ্লোই, মরিব, তমংশাবা মথোই নিপা মরিনা ঙাপোৎ মরিবু অয়ুক অঙনবদা পুখৎলক্তুনা অহিঙ্গী ঙাচংনি হাইহুনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথো উরা কোনথোবদা লৈকংলরে ।। মৈতৈঙ্ মযুম য়েলুপ পিবা ৯ গা ফমদো ৬৪ গা লোইনহুনা লেপ্লে পুম্বগী মথেল লুকোই শেমহুনা মবুধো চাখাবা তুবি নাদ নিংথোদা

লৈকং লৈহুন শাংদুনা মথেন লুকোই লুকমনবু ভানফংনদুনা অশাই অশম অঙম অথৌ পুম্বগা লোইনদুনা হুংঙাইমিন্নে ।।

কুম অসিদা নোংমাই শেলোই লংমাই খুল্লাকপা থলেনকোইনা লোবা মদাইরেন নুরাং কৈরোই চন্নু পেত্তাং লৈমা মচানিপা অমা ভানফংজদুনা মমিং নোংমাই শেলোই অমুকোই=লমাং লৈহুঞ্জে ।। মতুংদা মচানিপা তরুক অমশু ভানফংনদুনা মমিংবু অগিংকোই=লময়াই, অঙৌকোই= লমথং, অয়াংকোই=লালোই, নোংয়াইকোই=লৌলোই, অবুংকোই=লংমাই, খাবুংকোই=খাবুংঙোন মিংহুন্নরে।। লংমাই শেলোই তরেং হাইয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৭১ নোংদলাই কুমশিং ৫৬৩ চংবদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবা বংলৈ ফম্বাল লৈশংবা মযুম পুম্বগী লুচিংবা পিবোবা ম্নাপুক্লিঙ্গী লুল্লাং রাথন্নবদা ম্না থম্বাল লৈশংবগী ফম্বাল মেনবু লৈফম্নগে নিংঙমদুনা লৈমরেল ফম্বাল তরেৎ লুচিং লৈফম্নববু লৈহাপ্নবগীদমক খাবরোল চন্নু ইবেম্মা লাংজেংশুবু লুভিল লৈরৌ লৈয়ানদুনা পান্নরে ।। মতুংদা ফম্বাল লৈ ফনগদবা হুমিং খংবু য়েংদুনা চীংবুরোই তখ্রোই অকোইববু পাউচেন্দুনা মযুম য়েলুপ শথাই চীংবুরোইগী—চেংলৈ লৈঙখা পুম্বগী লুচিংবা খুল্লাকপা তরামাথোই, ১। মরিং খুল্লাকপা ।। ২। শোইবন খুল্লাকপা ।। ৩। শাইনেম খুল্লাকপা । ৪। কমশোন খুল্লাকপা ।। ৫। কদৌ খুল্লাকপা । ৬। য়োংখুন খুল্লাকপা ।। ৭। কশুং খুল্লাকপা ।। ৮। মচিং খুল্লাকপা ।। ৯। নারুম খুল্লাকপা । ১০। মকল খুল্লাকপা । ১১। চীংশাও খুল্লাকপনচিংবা তমদা লৈকুম লৈথুং লৈকারক্লে ।। তমু লাকপা, সনশোক শাইবো লাকপশিং থুংলরে । লাইরুম পুম্বা তিক্লে।। মযুম পিবা মরি কমদৌ ৬৪ গা য়োইরেন খাবী লেঙ্গা লোইননা লৈকুমদুনা নোংদম মরু লোংমুজাম্বগা কাইবিরোন মক থোংঙাইবগনা থৌঙম থৌপুন উরা কোনথৌবগী ফম্বাল য়াংদৌ সমগাবগী য়াইফ তাম্থেংনববু কুকম লাঙ্গোন চীংলেনগী রারোক উয়োক্তা পুকম থৌনি খাগোন্না অশৈ খোংফাং লাংনা রানি থৌনি উনিদুনা ফয়েন ফম্বাল লৈশানবা থৌঙম্বু থৌপুনরক্লে । থৌরম চংলম্বু মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবা ফম্বাল য়াংলৌ লমগানবগী লমদা থাজা তুবি শমজেং রানিবা অতাই ইরাং য়েনচনবা কুরুম লাঙ্গোন রারোক মচিংশাং কৌয়ে ।।

মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবা য়াংলৌ লমগা ফম্বাললেন অতাই ইরাং য়েনচন্না তুবী শমজেং রানি উনিনা ফমগা লৈফম্না মকুমশা, লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৭২ নোংদালাই কুমশিং ৫৬৪ লৈচংবগী লাংবন থাজগী পানথংলকপদা মদাইরেন ইবেম্মা লাংজেংশুবু পীবুকমুংদা ইরু ইহুন তমখিবা থাজা ৫ বু লৈচংখিব। উবদা মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবনা মদাইরেনবু লৈমরেন তরেৎ ফম্বানবু লৈহাপ্নীগে খন্দুনা মেরা থাজগী হুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেন হুমিংকী হুংথিলপোপ্তা হনগৎলকপগী কোলুপ্তা মৈতৈঙ্বু ফম্বাল্লেন লমগা লৈফমগনি পাউজেল্লে ।। চীংবুরোইগী লম্বু খুল্লাকপা ১১ বু

মাগী মাগী মঙাইরোইশিঙ্গা লোইনহুনা লৈথুংলে ।। তুমুলাকপা, মনমোক, তাংবো, শেবোলাকপগু লৈকা লৈথুংলরে ।। নোংদম মরু লোংমুজাম্বগা ফম্বাল্লেন তোংবগী থৌরম্ব লৈগুনা মৈতৈঙুগী য়াইফংনবা চীংঙু তাওরোইনাই মথোংচান্দা লৈচংহুনা পুরুম থাগোম্লরক্লে ।। কাংথোং মরিদা লৈফম্না থুবাক অহুমক থুহুনা থেমথোক্লগা থুবাক লাইক, শাঙমহুনা লাইশোন্না থেমথোক্লক্লে ।। স্না-তাঙ্গলুপা তাঙ্গ লৈহুন্না কংলৈ পুংবু লৈফারে ।। তাওরোইনাই পুংদা স্না তাঙ্গ, লুপা তাঙ্গ লৈহুন্না চাইরেন পুখম অমদা, য়াম খরা লৈহাম্না য়েরুম শিন্না লাংহুনা পুরুম থাগোম্না তাইঙম্লে ।। শঙিক পুংদা লা লাতোল ৩ থাহুনা পাউশানরম্মগা লম ২ বু চথোক্লগা, পাউশাহুনা য়েংঙম্লে ।। চরাই মরুগী পুংদা স্না লুপা তাঙ্গা লৈহল্লগা মরুবু তংওন্না লাইয়েক লাইশোন্না য়েংলে, চরাই মরুনা থোজাল্লে ।। কুমিৎ পুংদা চাইরেল পুখম অমদা ভুপ খরা হাম্লগা মথক্তা য়াম চাইহুনা লাংঙম্লে লাইমিং হাইহুনা থেমথোক্লম্মগা লম্ব ৮ চথোক্লুনা য়েংবদস্নু কুবিরে ।। চেংবা মাইয়োকপা লাংনা চুঙো হৈরুক লা মরোন ৭ থানা উহং মপাল অপোম্বা চালুপ অমগা নিপালবু ১০৮ লৈহুমৈ পাশংবগা মরুগা তিলু থানা লৈপাইহুনা য়াইফং থৌনিবিরে। কাইবিরোল মরু থোংঙাইবনা ফম্বাল লমগা ফমলেনবু অশোই অঙাম লৈত্তনবা ফমথক ফমথাবু লাওঙনা থাগোম্না লৈকা লৈথম্লে । ময়ুম পিবা লুচিংবা মরিনা লুরাং পিবা পানা, অঙোম পিব অঙোপাম্বা পাংবাই খুনচানবা, খুমন পিবা পুন্সি য়ুম্মোইবা, মোইরাং পিবা থোকথৈ লাম্ববা ময়ুম য়েলুপকী লুচিংবা পিবা মরিনা অঙোম পিবনা পিবা অনিগী থৌফোং লৈহুন্না ময়ুম ইশেংবু ইহৈহুনা মৈতৈঙ, উরা কোন্থৌবগা মদাইরেন লাংজেংশুগা ফম্বাল লমগানবা নকোক মউ ইতুম্না ফিরোল ৭ থকখল লাংন ইহৈনহুনা ইরু মাইত্তা থৌরোইবে ।। ফমদো ৬৪ অশাই অশম থৌখল্লাং, অশেবা থোংফাংলেং, অমাই অনপ থৌখল্লাং য়োইরেল খাবী লেংনা লৈতিন লৈফম থৌখল্ল লৈবাকী লুচিং পিবারেল ফম্বালবু লৈকম্লে ।। হৌ লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী স্না থম্বাল লৈশংববু লৈবাক ভুপা লৈশিন্নহুন, ফম্বাললেন লৈফম্বা মিংলেনবু ( লাইনিংথৌ মৈতৈঙ, উম্বা কোন্থৌব, মৈতৈ লৈমবু লাইলৈম, লৈমা ফম্লেন ফনথোন তরেং লৈকম্বী খবারোল লাংজেংশু ) লৈহুন্না ফম্বাল থক্কুগী মরু অনিনা থেমথোক্লুনা লৌথরে ।। অশাই অশম থৌখল্লা অমেংপা শংলাংমৈদা লৈচংনা ফম্বাল ফিরোলবু লৈতোং লৈথম্লে ।। কুচু ব্রায়েল থৌকাও ব্রারক শংলেন্দ লৈফমহুন, লৈবাকপু হরাও তয়াম্নহন্দুনা কুংঙাইনহুনা থৌরোইনরে ।।

মতুং থাজা অনি লৈচংলকপদা অঙৌ পাম্বা চন্নু নোংপাল হুইয়াম্বীবু কংলৈপিবা মঙাংলুদা লুতিন হঙ্গগে ব্রাহোম ব্রাকংলহুন। লুহোং লুতিন লৈয়াহুনা অপাম ফম্লেন লৈহাপ্পুনা লাইনিংথৌ মৈতৈঙ উরা কোনথৌবা কংলৈ পিবা লুচিংবগী থৌখল লৈচংলে ।। মতুং থাজ অহুম লৈচংলকপদা লৈমরেল লাংজেংশু ব্রাঙ্গোন শঙ্গুমহুন। মচা ইবেম্মা অমা তানফংজহুনা মমিংবু পনশাঙম্বী

মিংহুল্লে ।। থাজ য়োঙ্গ মন্নুং মতম্তু ওইরক্লবদা লুরাং পিবা পানানা নিজ হাইজহুনা লুরাং পানাগী লুদা লৈতিন্নখিয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ১৬০৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৭১ লৈচংবগী মন্নুংদা মৈতৈ লৈমা ফম্লেন তরেং ফমগা ক্ষাল লৈপু লৈফম্বী লাংজেংশু রাঙ্গোন শঙ্গম্লহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংহুনা মমিংবু নাওহন মিংহুন তম্লে । মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ১৬৮২ নোংদালাই কুমশিং ৫৭৪ লৈচংবগী মন্নুংদা মচা ইবুংঙো য়োচারোই পোক্লে ।। কুম অশিদা ইবেম্মা নোংপাল্লোন অপাম ফম্লেন লৈফম্বী হুইয়াম্বীনা মচা ইবুংঙো কোয়া ম্নাক্কোইবা পোক্লে । মৈতৈ লৈমা ফম্লেন তরেং লৈপু লৈফম্বীবু কুমজা অশিদগী মতুং নাওদা চাদাদনা কুমজা ১৯বু লৈচৃপা লৈচন্নকবদা তাংঙা লাংজোন পাথংবনা লারৈ লাথুপ অমবু শাথোক ইপোক্তুনা তাইবং ইপোক ইপাল্লাংদা শান্নগে মপুক লুম্লাং লৈখারক্লুন মৈতৈ লৈমরেল খাবরোল লাংজেংশুগী পিবুকন্নুংদা লৈচংহুনা পংবা নাওরা মশকপু শদম্না য়াইপ চাকচা তম্লরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ১৭০২ নোংদালাই কুমশিং ৫৯৪গী চহী থাজ ইরাংমা কালেন থাজগী হুম্নি পানবগী নোংকোয়ৌ লৈবাকপোকপা ম্নুমিংকী অয়ুক্তা রাঙ্গোন শঙ্গম্লরগা মালেম অঙালবনা য়ুংথক হেক খানবগী কোলুপ্তা মচা ইবুংঙো অমা শাথোকলক্লুনা তানফংজরে । ইরু ইতুনখিবা ম্নুমিংপু তাম্বেং অহানবা নোংমাইজিং ম্নুমিত্তা ইপাল মউ চাওনবা, মহৈ মরোং চুম্নবা তিঙ্গ-লাইচু লৈতনবা পুরুম খোনিনবগীদমকপু মিংলেনবু নাওথিংখোং থাকোনা য়াইফং থোরপু লৈতুন তম্না খাগোম্নরে ।।

মতুং লাংবচক্কী ১৭০৬ নোংদালাই কুমশিং ৫৯৮ গী চহৌ শজিবু থাগী খানিল শগোলশেল ম্নুমিত্তা মৈতৈ লৈমরেল লাংজেংশু মচা ইবুংঙো অমগা তানফংহুনা মমিংবু নিংথোরাঙা লৈহল্লে ।। নাওথিংখোংবু মৈতৈঙন্না কেনা নৌনা নাওয়োক্তুনা মচা মঙাগী খোইজং খোইদাবা মপারি মশক অনা ওইনা লৈখন্মি নোংমগী ম্না মিংয়েং তাহৌদবদা মৈতৈঙবু লৈঙমদে ।।

মতম অশিদা নোংপোক লোইরং পাম্বোইবী ফালম অমা শাথোক্লগে রাখন্দুনা নোংমাইয়ুমদা খোংচংনখে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ১৭০৬ নোংদালাই কুমশিং ৫৯৮, কুমজা অসিগী কালেন থাজগী মঙানি লৈপানবা নিনমাং নোংকোয়ৌ নিংথৌকাবগী ম্নুংখিল পোপ্তা লৈহল্লবদা শেলোই লংমাই খুল্লাকপা থংলেনকোইগী মদাইরেন লুরাং ফৈরোইচম্নু পেতং লৈমশু মচা নিংঙোল চম্নু অমা তানফংজে মবুং তরেংকী মন্নুংদা তাংঙম্না মথম্তা পোকঙমজবনি হাইদুন, পেংনা চান্না লুনা ম্নুংশি খোইজংনা শেংকে চাগে হাইবদা শেংহন চাহন্দুনা মানা হাইবদা মবুং তরেংনা থৌঙম থোপুনা নাওকেন্দুন মমিংবু পলেম মমাগী মিংলেনবু লৈয়ৌ শাদম্না নাওম্না তপিচাগুম লৈথয়াক্ল হাইদুনা নোংমাই পেতংঙাবু থাকোয়ে । মমোম পেতংঙাবু তানফংজবা থাজা ৭কী মতুংদা লুরাং ফৈরোই চম্নু পেতং লৈমবু অমম লৈশা তানথেংনা নোঙ্গা খোংলম্নু তানফংনখিতুনা মবুং তরেংনা নাওয়োক নাওকোম্না লৈঙম্লক্লবা মচম্নি ।। লংমাই খুল্লাকপা অশিদো মমান্নবগা লানশিংনবদা তকি তুজুংববু তাম্বেংলক্তরে মচা নিপা তরেংকী

মতুমদগী, মচানিপা তরেৎ অশিবু চী'বুরোই তপ্পরোই অকোইবনা নোংমাই শেলোই লাল্লোই তরেং হাইনা খংনরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭১১ নোংদালাই পাখ বগী কুমশিং ৬০৩ চংবগী মতুংদা লংমাই শেলোই খুল্লাকপগা মচা শেলোই লাল্লোই ৭ কা লানগী শরুগা লোইনতুনা হাওকপ চীংশাং মনিংথো ফনাম্বগা খুমন পিবা পুন্সি য়োইমোইনবু লানশিনতুনা লম্ব লোইচনগে হাইতুনা খোংশাল্লক্লে ।। মতম অশিদা মৈতৈও উরা কোনখোবগী মনাই পাচচহনবা কদেম শমশাংবশু মাগী খোংলোই হাওকপ খরগা লোইনতুনা লম কোইরকপদ সম্বীদ লুপ অনিবু থেংনতুনা পাউশানবদা নিংঙাই শংদানবদগী খুং থোক্লরে, নোংমাইগী মীনা মশিং তেনমনখিবনা মাইথিবা ফংলে হাৎপম্লক্তি নিংথৌগী মনাইনি হাইতুনা হাৎলক্কে ।। নোংমাই খুল্লাকপা মঙ্গমদা হঙ্গিন্দুনা লৈরে ঙৈনা তৌগে নিংবা থোরম অশিদি য়াদরেদো ইশো ইরাংনা তানখরে থৌপা লাপ্লোই হাইতুনা তুমিন্না থোং মু য়ৈশিল্লা লৈখি ।। কদেম শমশাংবা মাগী হাওকপ্লোইশিঙ্গা লোইনতুনা কংলৈ পুংদা লৈথুংলগা মৈতৈঙগী মফম্লাংদা গুন্থোইনা পাউশাতুনা পাউদম্লরে ।। মনাই পাচচাহনবা কদেম শমশাংবগী ৱা তাবনা মৈতৈঙ উরা কোনথৌবগী স্না পুক্লিংদা নোংমাই শেলোই খুল্লাকপবু তাখি খোইশাঙনতুনা নোংমাই শেলোইনা ৱাহৌরকপা মতম্ব ঙাইতুনা মনাইগী লমনবু শিংবিগে ৱাখল লুপ্লাংবু লৈখ্না ৱাহৌরকপবু ঙাইতুনা মানা মখিল থোক্তুনা লৈখি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭১২ নোংদালাই কুমশিং ৬০৪ চংলকপ, নুংবংনন, লৈঙম্বু য়াঙল্লরে, মচা ইবুংঙো নাওখিংখোঙ্গী চৎলম লাইরকচন্দা নামুং থৌপ্বা চৎলম লুতিন নতুবা চাঙ্গাকপু চাঙম থকঙ্গয়কপা উবদা অশাই অশম স্না থৌখল থৌপুবা ফমদো পুম্বনা মৈতৈঙদা ৱাতোম্লে । অঙম্বশিগী ৱাকোম ৱাবু তাবদা মৈতৈঙ উরা কোনথৌবা নাওখিংখোঙ্গী চৎলম চুমদবা লাইরকচন্দা নামুংবা চৎলম লুতিন য়াদবা চাঙ্গাকপু চাবা থকপবু লুত্তুংনা তৌঙমদনবা মচাবু কিনবা ৱাহৈ অকনবা থরা ঙাংতুনা লৈবাক্কী অঙম্বা ফম্ব ফমগী মথংদা, মৈশা থরা কন্না ৱারক ৱাতেম্মি । মচা ইবুংঙো নাওখিংখোং মপাবুংগী স্ন ৱাথং তাবদা ঠকাইব মপুক নুংঙোন নুংশিবা ওইঙমতুনা স্ন নাক্তগী হৌগত্তুনা চৎখিবদগী লৈখিনা খংদনা কনম্লক্লরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭১৭ নোংদালাই কুমশিং ৬০৯ চংবগী শজিভু থাজগী কিন্দুং ১৯ নি পানবা নোংকোরো থাংজ মুমিৎকী চুংখিল পোপ্পা লৈহুনবগী মতুংদা নোংমাই শেলোই খুল্লাকপনা মাগী লালোই নিপা তরাখক থাদতুনা মৈতৈঙনা কুচুদা লৈফম্মিঙ্কেদা ৱাহোম্লে ।। মৈতৈঙ কংলৈ পিব খোংথৌতোং শেইগী ঙাচংবু ঐখোয়গী খুল্লাকপনা তাঙমতুনা পাউশাম্লকই নোংমগী ঙাচংবু পিঙমদবা য়াদে লংমাই খুঙ্গাবু চাকচাননি পাউজেল্লকই মৈতৈঙনা করি হাইবনো ? অঙম্বশিংনা হন্দক নোংমাইগী ৱাহোম অসিদে লৈখন্নতুনা মৈতৈঙগী মিৎলাং পারেবু ঙাইনৈ ।।

মৈতৈঙ্গনা নোঙ্গ নোঙ্গত্তুনা হাইরে, লংমাই শেলোই তরামক নখোয়গী শেলোই খুল্লাকপনা পাউ-শিরকপনিদনা ? মাল্লি ইনিংথো পাউশাশু খুল্লাকপনা হাইবনিদনা ? মাল্লি ইনিংথো ॥ অদুদি নখোই অমুক ঐগী পাউখোল্লোই ওইনা নখুন্দা কারো, হাইয়ু ঐনা হাইরকই হাইদুনা উরা কোম্হৌবনা শোই চাবদি নখোই থ্নাইগী লৈবাকীদমক শোইচাবনি খুল্লাকপগী মপুক লুয়াংদা লৌনিংবা মুমিত্তা লৌরে। হাইয়ু নোংদল্লে ॥ নোংমাই পাউখোল্লোই তরাবু লৈহল্লক্কনা খুল্লাকপদা পাউদয়ে ॥ পাউশাবু তানগা হাই তি তি নোঙ্গনা, লৌভল্লে। হাইরকপোইরে হাইজ্রবদি নোংমাইগী মঙম খংহনগে তৌবনি মৈতৈ নিংথৌ নপুক লুয়াংদি হৈথোইদা হাইনা পাউশাত্তুনা হরাও ভাগান্না লৈঙল্লে ॥ নুমিৎ খরা লৈঙল্লগা অমুক পাউশারক্লে নোংমাই শেকোই অহুম থা-রক্কুনা মৈতৈঙ্গ কংলে পিবা লংমাই ঐবু কোংবা মরুদা লময়েংবা চৎকনি লৈহল্লকপদা নাদখোং খোংবী শোংশোইবু য়েংবা চংলক্কনি হাইরমই লাইনিংথো ॥ মৈতৈঙ্গনা রাহংভি খুল্লাকপগী পাউখোল্লোই ঐগী লংমাই খুল্লাকপবু নোংকোরো কদৌভৈদি খোংশানগনি ভাকঙয়কপা ? লাই-নিংথো অকক্লবা কোরোদি হাইভয়ক্কে ॥ অদুদি ঐশু খুল্লাকপবু উননিংঙি লৈহল্লকপদা শোইদন খোংচং খোংদনরম্মু হাইয়ু নোংদম্মি ॥ মৈতৈঙ্গগী স্না য়াখংবু লংমাই খুল্লাকপদা পাউদয়ত্তুনা হকাপনরে ॥

কালেন থাজগী নোংকোরে নিনি পানবদা নোংমাই খুল্লাকপা নোংমাই শেলোই খরগ কোংবা মরু লময়েংবা চংলে কোইরে ॥ থৌরম্মু পাচচহনবা কদেম শমশাংবন, ভাত্তুনা মাগী হাংকাল্লোই খরগ লোইনত্তুন চনচল্লকপা মতম্মু ভাইত্তুনা লুমহুনা লৈরে ॥ কালেন থাজগী ভরেংনি পানবা নোংকোরে শগোলশেন মুমিত্তা খুল্লাকপবু কোংনা মরুদগী লৈহল্লক্কুনা মুংদা খাইনমদা মাদ-তুখোং অন্ন লাঙ্গুনা থোংবাইতোং শোইবু য়েংবা থোংচংলক্লে ॥ খানপা অশেংখোং মরাদা পাচচা হনবা কদেম শমশাংবগা খেংনহুনা অহিংদা লাননিংংনত্তুনা লংমাই শেলোই কাইত্তুনা চেংে, খুল্লাকপবু ভাম্নত্তুনা কোকপাংকী মরদা হাংলে খুল্লাকপবু কনাগ চংবদা শেলোই লাননি অনিবু শিব য়ানা শাথিন শাক্লে শিনমক্তি নিদে ॥ লাক্লেনথিবা শেলোই লংমাইশিংনা মদা শেলোই লংমাই লাল্লোই তরেঙ পাউদয়রে মপা খুল্লাকপবু হাংখিবগী থৌরম্মু মৈতৈঙ্গগী মফম্রাংদা রাকং রাহোয়রে। মৈতৈঙ্গ লাইনিংথো উরা কোনখৌবা নুচিং পিবানা লংমাই শেলোই কাংবু অসি লমহৈলমল্লে রাহৈ পাউশা খোইমল্লি রাখা খৌমল লৈখংমল্লে রারক থৌকাওনববু নিংশিং-নহল্লগে হাইত্তুনা রাহোম রাকং রাবু অচুম অরান লৈথি রায়েনবা ভৌভমদনা তুমিন্না মুখনা লৈখল্লে ॥ মৈতৈঙ্গনা লৈথিবা রায়েনবা তৌদন লৈহ্নবদা লংমাই নচিন মনাও শেলোই লাল্লোই ভারেংনা মৈতৈঙ্গবু মপুক্ত খুভম চীংত্তুনা মৈতৈঙ্গগী অচেংবা খুদোং চারক্কবা মতম্ মৈতৈঙ্গনা স্না খোংলেংবা লৈফম খুদিংদা লোন্না লুমহুনা ইন্দুনা লৈঙয়কপবু মৈতৈঙ্গ পিবা লাইনিংথো কোনখৌবগী মঙম্না লেহকমনখিবনা উনা উনা থংনা খংন কদোবা ভমদনা লৈঙল্লে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৩৯ নোংদালাই কুমশিং ৬৩১ গী মন্নুং ফাইরেনগী তরেংনি পানবা নোংকোরো খাংজ: মুমিংকী অয়ুক্কা অংগোম পিবা খুঙ্গানববু শিতুন মতুং খরা লৈরগা মৈতৈঙু উরা কোম্মোবন। পুনানখাববু ময়ুম য়েল্লপ অঙোমগী লুচিংবা হাম্নে ।। মৈতৈঙুগী স্না পুক্লিং রাখলবু মুংঙাই পোখাকম লৈথংদে মৈতৈঙুন। লুনা তৌজনা লৈবক্কী মগী মপা ওইগদরা নপুক লুয়াং লৈথাবা মচা ইবুংঙো নাওখিংখোংনা লৈকম শংদনা লোত্তুনা। লৈখিবনা মচাগী কাইনা মৈশাবু লাংনা মতম লেল্লক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৭৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৭১ লৈচংবদা পোকপা মচা ইবুংঙো নাওহন চহি ৫০ চংলবনা মপা ইবুংঙোগী অন্নাবা রাখলবু উবদা লৈখল্লে ।। ঐখোইনা ইশানৌ নাওখিংখেংদা লৌয়েংপবু থোক্রবরা ঐখোই খ্বাইবু লৈবনা ইশানৌ নাওখিংখোনা লোত্তুনা লৈঙমহুন। ইপাগী থৌখলবু লৈচংদবরা পাবুঙ্গী স্না পুক্লিংদা খোইদাবদি ইশানৌ মাবুতনি মশিদা পাবুক্কী স্না নাক্তা ঐখোয়না থৌখল্লাংনা অশুম লৈরবদি ইশানৌ অশি লৈহল্লক্কদুনা পাবুং স্না পুক্লিংবু নিংবা কাইখিবা তাই অহন মতম্নগা ওইশিনখিবনে স্না পুক্লিংবু লৈথুংনবা ইশানৌবু লৈহন লৈচলক্রবা স্না থগাল কংলৈপুংদা লৈবা অসি এবু থাদোক্লুনা লৈকপু লৈহোংহন যুমদাখিব; তারে রাখলপাউ-শানহুন মচ ইবুংঙো নাওহন্ন মদাইরেন খুদোং ম প্রথম চন্নু লৈমা শমখবীগা মচ অহন অহং হৈরোংবগা মচা অতোনবা নিখোনবগা লোইনহুনা যুমদাবে ।।

---

হৈরোং লৈমা শংবম তাইমজম, পাঙ্গনবম লৌরেম্নম যুমদাবা ঃ

অথিং হৈরোংবন নোংমাক্ত থেম্বী পান্নহুনা মচা নিংথৌজাম্বা পোক্কুনা হৈরোং লৈমা শংবা হাইনা লেরে ।। মাগী যুম্না খুবাইতাব পাওনতোনগী যুম্নি । ককচি রাইরি তাবা হৈরোং লৈমা শংবম মুরালিগী ঈনা শদানন্দগী যুম্নি । মনাও নিংথোনবনা খুংথোনবনা মোইরাং পিবা চন্নু লৈমা তাইখুংখেম্বী পান্নহুনা মচ তাইমজম্বা কৌববু পোক্কুনা তাইমজম যুমদারে ।। মাগী ঈনা মোইরাংখোম তাবা তাইমজম পরাগী য়ুম্নি মাগী ঈনা তাইনজম মেম । কৈরেন শংবম তাইমজম খেমাগী য়ুম্নি ।। শংথপমদা লৈখিবা তাইনজম চংবোই লাক্কে, অরাদা চংখি ।। পাংকনপম অচৌ লাক্কে নোংচুপ হাবমদা চংখি, তাইমজম খেমাগী য়ুম্নি ।। নাওরেম চাপ্রৌ তাবা তাইমজম পুরুমতাবগী ঈদি নিরসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

হুইরোংবমদা তিনবা চিংঙামথ তাবা তাইমজম ভগিন্দোগী য়ুম্নি । তাইমজম নাওরেম কনাইগী ঈদি নোংপোক হারম অবাদা লৈখি ।। মখং ককরা তাবা জগদানন্দনা যুম ভাক্রি ।। অরোংদগী লাকপা তাইমজম লৈশাঙ্গী য়ুম্নি ।। খুন খাইখিবা পাওনতোন লাক্কে ।। অবা খুন খাইব খুলিঙ্গী ঈনা লৈশংদা-লৈশংদা তিল্লে ।। চীংঙামখা তাব, তাইমজম চাওবগী য়ুম্নি ।। অরোংদ লৈবা তাইমজম মোদোনগী য়ুম্নি ।। ময়াং কৈরেন শংবা তখেলবা লাক্কে ।। ককচিং

কৈচ তাবা লাক্কে ।। লয়োং কৈই তাবা লাক্কে ।। চৈরাউ শেম্বদ লৈব লুরাংবা লাক্কে ।। তাইমজম শকথি লাক্কে ।। অঙোমদা লৈখিবা মায়েম লাক্কে ।। চাকঙান কৈই তাবা তাইমজাম্বা লাক্কে । চেংবা লাক্কে । খিংনুঙৈ তাবা কৈহোংবা লাক্কে ।। শামুরৌ তাবা তাইমাজাম বিরসিংগী য়ুম্নি ।। চরাংপাৎ তাবা তাইমজম চাওবা লাক্কে । সঙ অহনবগী তাইমজম জবসিংগী য়ুম্নি ।। চিংচরোইবী মনাই পুরাং লাক্কে ।। চিংঙাখন তাইমজম পূনগী য়ুম্নি ।। হাওবমদা লৈবা অচৌ লাক্কে সঙ অহনবগী তাইমজম পোত্তৈরেন্তোন তাইবুং হনবগী য়ুম তাইমজম ফ্রনগী য়ুম্নি ।। তেংখন্দা = তেনথাদা লৈবা তাইমজম পকেশ্বরগী য়ুম্নি ।। চুন পাংকী তাইমজম লাক্কে ।।

মচাইবুংঙো কৌরা য়াঙ্গোইবা লৌরুংহনবনা অঙোম চন্দ্র লৈয়াম্বী পাম্নবুনা থৌপুবা ফয়েনগী মিংবু লৌচনা লৌরেম্বম য়ুমদাবা হাইনা লৈরে ।। মচা ইবুংঙো অমা পোকুনা মপাবুংনা য়ুমদা থোপুনবগী মিংলেনবু লৌচুনা লুচুংনবু শংনবা মিংলেনবু লৌরেম্বা খুনখোম্বা কৌএ ।। মাগী ঈনা রাংখৈ লৈকাই তাব অরাং লৈমগী মপাম ভুলোপশিঙ্গী য়ুম্নি । লৌরেম্বম খোংনাংথাবম খোমন তাবা কপশিঙ্গী য়ুম্নি । মইবা খিয়ামগী লৈমু লোইমু লাক্কে ।। লৌরেম্বম য়েঙ্গেনহনবম ভবনসিঙ্গী য়ুম ওইরে ।। রাংখৈ লৈকাই তাবা লৌরেম্বম জর্মসিংগী য়ুম্নি ।। জর্মশিংদগী খাইবা লৌরেম্বম খিম্বসিং ।। লৌরেম্বম চেবসিং হাডরি ।। খিংনুঙৈদগী লৌরেম্বম অতোনবা লাক্কে । চৌংবা লৈমদগী লৌরেম্বম অরোই লাক্কে ।। মোইরাংদ লৈবা লৌরেম্বম নৌরাং লাক্কে ।। লমশাংদা লৈবা লৌরেম্বম শপগী য়ুম্নি । রাইখোংদা লৈবা লৌরেম্বম চেকয়ান লাক্কে । অশুম্না য়ুমদানম্ব্রে ।।

মৈতৈঙ লাইনিংথৌ উরা কোম্থৌবগী স্না পুক্নিংবু নোংমা নোংমগী অরাবা নুংশি নুংঙোনবগী থাখন্না স্না হকচাংবু পুক্নিল্লক্রে । মচ ইবুংঙোশিংনগা য়ুমদা য়ুমথাইডুন লৈতোংনবুৱা লৈনখিবনে ।। মচা ইবুংঙো নাওথিংখোংনগা মঙুং মতম চাদনা মক্নম খংদনা মাংখিবা, কনাগুম্বা অমত্তনশু ঈপাউ শানবশু তাবা ফংদবনে মচাবু শি চাংলি লৈখংদবগী অরাবা থাখন্না লিফা লিপুন্নখিবদগী মৈতৈঙগী স্না হকপু অমা লাইংংং লৈখংদনা নুংশি নুংঙোনগী লুয়াংনা লাইনা ওইডুনা নোংমা নোংমগী স্না হকপু শোকচিল্লক্রে ।। মৈতৈঙগীদমক্ত, মমুম শথাই পুম্বনা থাঙমডুনা লাইমিংথোই শঙ্গোং মিংথোই শনা মহিরেনবু থাগোন লৈপাইনা মৈতৈঙগী পুক্নিবু লৈশাংনবা থৌনি থাগোন্নরকই, স্না কংলাবু অঙম্বা ফমদো অশাই অশয়া চেকশিন্না লৈঙাক্নৈ লৈঙাক লৈকমলোন শংলেন্না লৈফম খুদিংবু লৈখিনা ইরাং পুকম থাগোন্নডুনা য়াইফং থৌরম্ব লৈনিনৈয়ে ।।

শোলোই লংমাইনা শাতানদ্রা শানা নাওখিংখোংবু লৈফম খুদিংদা লৈখিবা

লাংগচকী কুমশিং ৩৭৬১ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৩গী মতুংদা মৈতৈঙ লাইনিংথৌ উরা কোম্থৌবনা নুংশিং নুংঙোন্ন থঙ্গনা মচাইবুংঙো নাওথিংখোংবু স্না নাক্তা লৈববু মাগী চংলম্ব

চুমদবা পাঙ্গী পুগী ইচিঙ্গাকপু নত্তবা হেক হেক চাবা নামুং থৌরখু অঙম অথৌশিংনা হেক হেক উঙম্বদগী অঙম্বশিংনা য়াহোয়ম্কুনা নৈতেঙনা শাওহুনা য়ারক পৌকাওবদা শাওহুনা লৈফম খংদনা কোকজাইনহুনা লৈথি হাইবা তারকুনা নোংমাই লাল্লোই ৭ না মপা খুল্লাকপা হাংথিবগী লমনবু মৈতৈঙদা লনশিঙ্গে নিংববু থৌঙমদনা লৈঙয়কপবু নাওথিংখোংদা লনশিঙ্গে নিংঙমহুনা লাল্লোই ৭ না লৈথিববু লৈখংদে, খুঙ্গং খুদিংদা লৈচংহুনা য়াহং পাউহংববু য়াখংবা ঙমদনা নোংমা নোংমগী লৈফম্ব কোইজাইনা থিঙয়কই ।। মতম অশিদা নাওথিংখোংবু হো কংলৈ লম্য়হনবা লৈবাকপু মতম খরা থাদোকুন থাগি লৈবাক্তা লৈঙমলুবদগী মম্লুম কংলৈদা লৈহল্লগে লাকপদা উমং য়ামংদা লৈথিন, লৈহল্লকপদা ফনাস মচীংশা তারক্লে । নোংমাই লাল্লোই তরেংশু অশুম কোইজাইনা লাকপদা লৈফম অতুদা লমওক তমা শাগেংনহুনা লমওক অতুবু ফাগদবগী হাংকদবগী মথোই মচিন মনাও ৭ না শালাওথোনবু লাওহুনা শারম থংনা তম্লরকই ।। শলাওথোলবু নাওথিংখোংনা তাঙয়ে ।। মাবু ফাগদবগী ওইনা খন্দুনা মপুক অকি তুচুংববু তাম্বেংহুনা মপুক চনল্লখরে, নংমাই লাল্লোইনা খোংদারকুবা মাইকৈবু লৈয়েংনা নিংশা মৈবা চীং, থবাক মৈবু হেংঙম্না য়াংলে, লৈফম খংদনা চেল্লকপদা লংমাই চীঙ্গোন তারক্লে ।। মতম অশিদা নোংমাই শেলোই খুল্লাকপগী মমোম পেতংথাবু মশাইকোন লোংনইপেন লোক ইকোন্দা কুমহুনা ইশোকপদগী ইশাইফুবু লুরাইদা থোংনা মরাম য়াইদা লৈহনগদবগী কাখংলকই । মাওথিংখোংনা নিংশা, ইচন ফুইন হোন্না চেল্লকপদা লথোগা লৈতিন্না লায়োংনা লৈফাংবা লৈফম্ব থোকহুমহুন তানিমকপু শকইনরে । ইশাইফুবু উবদা ইথে, লংনা থোনাও মৈবা চীংনা চেল্লকপবু ওইবগা, অনুক হেন্না ইথক্লিংহুনা পেতংভাবু য়েংহুনা লেপ্পুনা লৈঙনে । পেতংহোনা য়াহংচে, ইবুং নংনা কম্না চেংক্লগা লমলোং লৈফম অশিদা লেপ্পুনা লৈঙম্ববু কদৌম্লংবনো ? ইদাইবেন ঐদি য়াখরেদ অকি তুচুংগা লোইননা চেল্লকপনি ম্লুংশং মৈশা অশিবু লৈথাংনা শালাওথোন অকনবু তাহম্বদগী ইথে লাংবনা থোং থাংববু ঙমদহুনা ইদাইবেন নংনা শোক্লরীবা ইশাইফুগী ঈশিংবু ঈনিজহুনা খরা থজিক্তুং থকচববু তানকঙ্গবরা লেম্লনি, নৈনা হন্না হন্না য়েংবদি শালাওখোনবু লাওহন্না শাথংনরিবা মথোই অহুন ঐবু তাম্লনকপরা য়েংঙথনি । ইবু লোই ইশোকপদা ঙাইবা ঈশিং অশিবু থক্লগা চনিংবু করম্না ঈঙ্গবনো কমদৌনা অকি তুচুংববু লৈকোক্লনি ইরাম য়াইদা অয়োকপ ঈশিং লৈহোই চাংবু মরা তথা অকি তুচুংববু লৈকোক্লবা থকপীংদা পোম্বী ইশাইকোনগী তলাদা কাইদোংনা থোইজং খোইদানা থকপীরো য়েক্লবম্ল লৈচংলকপা থোঙয়োই ননাওবু লমজিং মাংখানজগে । পাউশারগা মিংচি মিংলে তোরা লৈথম্লম্মগা চংথংথরে ।। নাওথিংখোংবু তুংইনা শলগুম ইন্দুনা নোংমাইগী মরামযাইদা লৈচংনা ফম্নান্দুনা ইথোলাংববু ইকোয়া খোইচং লৈতানা থকঙয়ে ।। য়াংলেন ঙাইহাক পোথারগা য়াহোম্মি, ইদাইবেন ইথৌরাংনা থাংঙমদরবা ম্লুংশাগী মৈশানা য়েবদা ওলাং ওনশাওবনা লৈঙমদরবদ, ইদাইবেন নঙ্গী নশাইগোম্না মনা মরোং চুম্লনা পামেন তলং মরুম ওইনা

লৈখিনবিহুনা খেংতিজং লৈতানা ইথকচববু ভানফংহনব। অসিগী লমনবু কৰিনা শিংঙমশিবনো তৌজিক্কী লৈশিংলগা ঙমদবে ঐদি কাইদোং লৈকম লৈতৰিদো ঐদি লৈফম খুদিংদা লৈরোং লৈকোইন। ইমিংবু লৈফম খুদিংদা লৈংতাংনা মুংশাং লৈরোং লৈঙম্লিবনি ।। ঐ অশে লাইনিংথৌ উরা কোন্থৌবগী মচানি ইমিংদি তোংনেম লৈথুঙ্গাও হাইনা থৌজিক লৈঙম্লিদো, কংলৈ মা খম্বালবু লৈশংব লুচিংবা পিনবু লৈফম্লবা মতমদা ঐগী ওইথম কম্বাল লাংবৌ লৈমরেল কম্বাল ৭ লুচিং লৈফগী লৈনরেন লৈহাপকে ইনুংধৌ পাপ্পংবন। তাবিব। খংবিবা ওইশনু থৌরম অশিনা নঙ্গী লমনবু লৈশিংজবা ওইগেদো ইশানৌ নঙ্গী মাংদা থৌহু থক্লা ফমহুনা থাংলেন ইখুৎশুবু চৌক্লা রারেপ লৈশকদনি কাউগনু লৈঙমহৌরে। মতম থরা লৈরাংলি লৈবোক্তুনা লৈরুখিগে মতমগী থাংরাইশু থেংনক্লে লৈহৌরে। ইবেম্মা । তাইবিখো মচা ইবুংঙো মুপীজনিনা থৌখল চংলমু কাইথরে ননাইবু কুবি নোংদম্নবিঙ লৈফম কৈদ; চেক্লাগী কাইদোংনবা পামেল অচৌবা লৈরিবগে লোবিশিং ননাইবু বারেপ রাশকচরবনি কনাম্নুংবুশু থংতন উহল্লোই লৈহংলরবশু লৈতাক্লোই নীংঙোল ঐগী চরে নমথাং লৈখংকম তাবু লুনাক মুংদবু নীংঙোলগী থোইজং লৈতাজবা চরৈ নমথাং লৈংজবু তৈবাং লৈনাংনন লৈকুপ লৈগনজববু লৈতম্না লৈথম থৌখল তানফংজগে মতম্মু লেন্নবা ওইনা লৈশিংথা মথুং মতম লাকপদা মা খোংলেংনবিঙ য়োইময়াই মতমশু থেংথরে কাইদোং লৈফম লৈয়েংবশু ও ঙাইরিরাই ইনাম তুংদা লোংশিন্নব, কুবিও পাওশানহুনা তোংনেম লৈথুঙাও = নাঙখিংখোংবু পুশিন্দুন লৈনয়ে ।

লাংবচরী কুমশিং ৫৭৬২ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৪ চংবগী শক্তিবু থাজ। মিনমাং ১১ নিপানবা নোংমাইজিঙ্গী অখুক্ত মচা ইবুংঙো তোংনেম লৈথুঙাও—নাওখিংখোং লোক্তুনা লৈরম্বদগী মপাল্লাংদা লমংপোকপা হৌরে ।। মা পুক্লিংগী লুম্নাং লৈথাবদা ঐগী চহী অশিবু শাপোকপা ইৎম ওইঙম্লক্লে হাইহুনা মতম অশিদা মচা ইবুংঙোগী চহী কুমজা তুমকু—৬০ লৈচংলক্লে ।। কুমজা অশিদা নোংমাই শেলোই লাম্লোই তরেৎ হাইবা মচিন মনাও ৭ শেলোই লংমাই কোই, শেলোই লংমাই অবুংকোই, শেলোই লংমাই খাবুংতোন মচিন মনাওনা চৌশাং লনকোই লময়েংনা শাফা শাফানবা শনা কোইজাইনবক্লুন হাওকপ চৌংশাং মনিংথৌ ফুনালবগী লম্বু লানশিল্লক্লুনা ফুনালবা খুল্লাকপ। মনিংথৌবু লোইচনগে রাখল থৌরাংনা লানশিল্লকপদা মখোইগী মরাময়াইদা মচন পেহংঙাগী য়ুমদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ উরা কোন্থৌব হৌ কংলৈ মা পুংমাইয়োলগী লুচিংবা শিবগী মচা ইবুংঙো নাওখিংখোংবু মমিং লৈহোংন তোংনেম লৈথুঙাও হাইনা লৈঙম্মি হাইববু খুন্দাল্লকপদা তাঙম্লহুনা ফুনাল লানশিংনগে তৌববু তোক্লুনা মরাময়াইদা হনঙম্লক্লে য়োইময়াই মতমশু থব; থেংলে চীংশাং চংঙম্লকপদা যাচংবা মতুং ওইনা থোক্লরে ।। মচিন মনাও তরেৎনা শালাওখোলবু শাদম্না লিকং তেনবু নাক্লা, নমদা য়ান, টাবাক খুংলাক চেংন; পায়হুনা মচন মুম্বু তম্না চেনশিল্লক্লে ।। শনাওখোলবু তাবদা পেহংঙানা মপাল লাংদা থোংবু পুন থানা থম্নাং।

মপান্দোম অনিবু তিংনা লমথংনত্তুন, পাইশারকই ।। ইবুং তরেং ভাইওমথো নচনগী লুম্লাং রাবু তাদ থংদনা করিগী অতুক গোইশাওবনো নথুবাক্তা তাঙ্গ্রবা য়ারো শা নচন্না থাকচবা লাংদা লৈচংনত্তুনা লৈথন্নবা য়ারৌনা লাঙ্গী লংলাবু তংত্রিইঙদা নাম্থোক্তুনা করম্নবু চেনখিগনি, রাংলেন ভাইহাক্তুদি লৈঙমথে নচন ঐনা থৌরম থরদং পাউশাববু তাখিখো ।। মবুং তরেংনা কেনা চান্না নাওয়োক্লিবী মচনগী রাবু তাবদা মচন য়ুম্থু তারি কাখংপা থৌওয়নদনা মবুং তরেং লৈঙয়ে । পেত্তংঙ নংনা করি লৌখাম্নে ইপা হাংখিবগী লানশিংনগে তৌবনি মৈতৈ নিংথো মচা হোংনেম লৈখুম্লাও কৌশিন্নরিবা নাম্থিংখোং ।। মাগ্নি চুম্মি নচন ঐশু পনথোবু হাংখিবগী লননবু লৈশিংনবা থম্বনি নুপীজাবু ওইবী নচন্না ইবুং তরেন্তু লৈশিন্নজগে হাইবগী, অহুবু নচন ঐগী রাশক অশিতদি কাইহনবিন্নু ইবুং তরেনা নিংগাও শানা নিজগে, নচন্না খোইজং খোইদজবা লৈশানা কুমজা অমা লৈহেন্নু থুপচানত্তুনা লৌখাম লৈথমনকপগী অয়েন লংজবা ইরানবু লৈকোক্লবা রাহৈ অমা অনিদং পাউশানত্তুনা তমলেন লুকোই থরদং লাংতুনা পিজ পিথকনজখিগে রাংলেন তুংগুনমুক্তদি ভাইবিগে মচন রাবু তাবদা মবুং তরেংশু থৌয়াবিতুনা লৈরে । মবুংলোই তরেংনা পোখান লৈঙয়বদা মচন্না রাংলৈ ভাংঘ অমবু পুখোক্তুনা অরা লৈহন্নব থকচম্বীয়ু লানশিল্লি ।। মবুং তরেংনা রাংলেন অমদা লোইওয়ে ।। লোইখিবগা অমা অমুক লানশিন্দুনা পিথক্তুনা মথং মথং পিথক্তুন লৌখাম্ম লৈথয়ক্লি ।। মবুং তরেংপু উহন্দন, ভাংঘ অমদ নুং মতুম থরবু হাপ্পুনা মৈ কন্না থাতুনা ফুতুনা পান্নাও ফুংপা শানা নংলগা চয়োম চেংজেন ওইনবা চাক থবন তোঙান্না থোতুনা থোরাজে ।। মতুদা হক্তা কুইশিল্লক্তুনা মবুং তরেংনা রাহংচি, কবিবু কমদৌরিবনো পেহংগা নংনা ফুংলিবা পান্দুম অহুবু মুন্দ্রিন্দরা মুল্লবদি পিজ পিথক তৌনবা তৌহৌরো নংন থুপচানন্নিবু মশক উনিংবনা থাংব উমদরে ।। ইবুং তরেং ঐশু লোইজনিংলবনি পান্দুম পান্না অসিতদি মুন্নবা ফুংলগা থরদং পিজগে তৌবনি য়েংবিয়ু মুননব পান্দুম পান্নাওশে হাইতুনা অমম্বদা ফুংলিবা নুংতুম কচু অমতং কোংথোক্তুনা য়েংহল্লি ।। মবুং তরেংনা ফম্বদি মশা চাইবংনা মমিং উইকুম উইকন্না নুংতুন অফুংপবু পায়তুনা য়েংচি, ইস শাইগাই মুন্দী মুন্দ্রিদনা ফুংলু ফুংলু মমুল্লক্লনি হ য়তুনা মচনগী মথুত্তা পিতুনা ফুংহল্লে ।। খুদক অতুদা লৈয়ু ভাংঘা অমা অমুক লানশিন্দুনা পীথকই ।। অশুন্না মবুং তরেংপু লৈয়ু রাংলিনা খুদম চন্দুনা লৈখিনববু থোরাংনতুনা থেমনৌনা লৌখাত্তুনা রাংলি লৈয়ু পিথক্লকপদা ভাংঘা অমবু লোইনা মবুং অমমন্না থকউমখিতুনা লেপ্পুনা ফমতুনা লাওতুনা লৈববু য়ারক্লে মালেমদা তু—তুতুনা তুমিন তুমিন য়াহিপ্পতুনা লৈখি ।। মবুং তরেংনা ভাওতুনা তুতুনা লৈববু উরতুনা মথেন লুক্কোই থরদং শেম শাতুনা হাইরকই মিংসু ইরা থাংওম্না । মচা ইবুংগো লুক্লেন অশিবু থবদংবু হাবিয়ু ননই ওইবীনা তরা রালহৌতুনা কংচবা লুকমন ভানফংগদবু কোরে অসি মঙাইরেদো হাবিদবা তৌবিগদ্র ননাইগী পেল্লহৌবা ওইজগে ।। ইদাইরেন নংবু রাগনু কপকনু ঐগী ইমুং ইকম লাক্লনি করিগী চারোইদবনে পোক্লবদি শিগদবনি

শিরবদি পোক্কদবনি ইবেম্মা নঙ্গী পাউশাবু ঙাইবনি কদাই ঐনা চাননা চাক্কি ? মচা ইবুংঙো লুক্লেন অশিনি ।। কদাই নঙ্গীদি ? কুবিনি নোংদম ঙসিতদি লুকমনবু তানফংজখিগে ।। উম নোংমাই নঙ্গী লমন ঐনা কমদৌনা অতুদি ঐ চারগে নঙ্গীদমক. পাউশারগা তরা লুকমনবু থরা থজিক চাঙয়ে ।। লুকহাবিঙেদ মদাইরেন পেঙংঙান। চয়োম অতম্বু নিংথি চংথোন্না য়োমতুনা লৈথয়ে ।। মচা ইবুংঙোনা রাহংঙি, ইদাইরেন নংবু লোইদরিবরা চারোরো অতুগ ফুংলিবা অতুনা করিনে। ? মচা ইবুংঙোনা রাহংঙি, ইদাইরেন নংবু লোইদরিবরা চারোরো অতুগ। ফুংলিবা অতুনা করিনে। ? মচা ইবুংঙো পান্নাও পান্দুম শাতুনা ফুংপনি মুংবি মুংবা মচানি ।। কদোরিবা ? ইবুং তরেংপু লৌথাম লৈথম্নরিবনি ।। কমদৌনা ? নচন ঐনা পিজগে থৌরাংজবা পান্নাও পান্দম্বু মুন্দরি, পান্দুম পান্নাও মৈমুল্লগা পিজখিগে হাইতুনা ইবুং তরেংপু লৌথামজতুনা রাংলৈ পুকয়ুবু পিথক পিথক্তুনা লৈথরক্লিবা মুং অফুৎপনি মুন্দরি পেক্তরি পিজবা য়াঙমদরি হাইতুনা মৈবু থাডনা লেপ্লবনি । থালে ইবেম্মা নংগী থৌরাং তৈশিংবা লাও নংশু চাবোলাও । মচা ইবুংঙো লোইবিথো চয়োম অতম অসিনা লম্বী চেংজেন ওইনবা পুবিরে। ম্না থৌখন ওইনা থরাই লান্না লৈথিনডখিগে ইনচয়ক্লগা লুকমনবু ননাই তানফংনজগে ।। পাউশাবু তাবদা মচা ইবুংঙো হোংনেম লৈখুম্লাও=নাওথিংখোংনা লুকহা ফম্বান্দগী লেংখংলক্তুনা পেতংঙাগী খুদাং পায়তুনা লুকহা ফমদা চিংশিন্দুনা ইদাইরেন ঐনা তরা চাক ইল্লমগে চাঙমশি হাইনা চাক চতুম তরুক লৈশুনা ইন্দুনা পিজরগা খুং শোংদোক্লতুনা চাবা থকপা লোইঙয়ে ।। চয়োম অতুম্বু হোংনেম লেখুম্লাওদ পিরগা হাই, "হো চেক্লা নোংমাইপু নগী মংলান্দা করিগী উহল্লম্বনোন তৌনা থোইজংনহনবা নরাইনা থোইদাহনখিবা কবন্ন কাউঙমশিবনো. চেক্লনা কোইজাইনতুনা তলা খুদিংদা কাইদোংনবু পোন্থনা কোইত্তাই লৈথিরক্কে, চেক্লনা কাইদোংলম্বা তলানা মনা মমোং মশা পুংলনশু পোম্বী ঐবু কাউবিগন্নুকো" হাইনা হোংনেম লৈথুম্লাওগী থোং অনিবু লৈশোক লৈপাইনা পাউমেন্দুনা নিংশা ইতন য়েংবিরে। থোইবুম এবু থাগৎন্না খোংলেংখোক্লবা থৌপুবিরে। ননাওদি মিংলাংনা য়েংনদ উবা লমদম মখৈওদি য়েংজগে চেক্লান কোইজাইনখিবা লমদম মাইগেওদি খংঙনবা লোংবিরে নোংঙান তুবু উবক্কে শেলোই তরেংশু য়াকৈনরক্লগনি পাউশানা মশাবী হোংনেম লৈখুম্লাওবু ইরাং লান্না থিন্দোক্লুনা মিংনা উব লমদম মখৈবু থোইজং থোইদানা মিংম্না ইরা থাংনা মরান য়াইদ. লৈচংলগে হনঙক্লকপদা মবুং তরেং য়াকাইদে থৌরম্বু উবদা লাওতুনা মবুং তরেংপু কৌতুনা অনাক তম্না চেনশিল্লক্কে ।। মবুং তরেং শলাওথোন লাওনা হৌগংলক্লে, করি তৌরে. কদাইদা লৈঙগা ? ঙাইথো ইবুং তরেং তাল্ল কংলৈ পাংনা চেনথরে নচন্না নমথাং পায়তুনা য়ান্দুনা ভান্নবু তম মথৌনা ফবনা ইম্ব.তুনা থয়ান্নে. চাথকপা লোইতুনা পাউশা পাউথেমতুনা মতম কয়া মুংশাংন. লৌথামতুনা লৈথম্মি হৌগংপরা হৌগত্তে, ইন্নুং ভালতম্নক্লবা ফাওববু নচন ঐনা ইবুং তরেংপু কৌতুনা তৌদোকচবদা চৌনবু মেন্দুনা থরাই লান্না থাংদোক্লগা ঐবু ইম্ব্রুম্মগা চেম্বথরে অরাং পাংনা কারগা কংলৈ তম্না চেনথরে ।। মচনগী পাউশাবু তাংজ লুক্কা তারগ

মচিন মনাও তরেৎপু টাবাক পায়হনা শমজি খাইনা তান্নরক্রে, তান্নবা মাতৈকেদা কনাবু চংখিবগী খোঙ্গ্নন অমা য়ৌনা তানফানদে, নুমিৎ য়ুংথক খাল্লক্রে রাবনশু পস্থেংনহনা মরাম য়াইদা লৈহল্লগে হাইহনা লৈহল্লক্রে ।। খুদক অতুদা পেঙ্গংঙোবু শম অমদা অফুৎপা মুংচুম মুংবাবু হাপ্পুনা লুরাইদা শগ্নি লৈহাপ্পা মিংস্না ইরা চেন্না পোম্পী কোইচাইনা চেক্লাগী কাইদোংফম্ব লৈথিগদবগী মুরাং মস্তোং পাংনা চথখরে । থৌরম্ব নবুং তরেৎনা লৈখালহনা থৌরম অশিদি মবুং তরেংকী মপুংদা নাইতোম শাৎচরকপী ইচনগী নিংজরকপবু কাইনব পরথু ওইরম্রে ইচিন ইনাওনা নিংছুবা থৌরম অশিদি ঐখোইবুনা অরাং নোংচুপ্পাংনা তানহল্লি, মাদি নোংচুপ মস্তোং পাংনা চংখিবগী খোঙ্গনবু তাঙগ্নিন মশিদা ঐখোইনা থৌওম্ব লৈতাল্লবদি অমতা ওাইবী ইচনগী নিংজবা থৌরম্ব লৈমুংনরনি ঐখোই লৈথিবা তোক্লশি ইচনগী মনিংবু লৈথংজবা তাম্ভেংনবা ওইরশন্ন ইনাওশা হাইনা ময়াম্বা শেলোই লংমাই অমুকোইনা লোথামহনা লৈখি লৈতান্নদরে ।।

## হোংনেম লৈথৃঞ্জাওগী খোৎচৎ

হোংনেম লৈথুঞ্জাওনা লৈলোৎ খোংশাল্লববু তৌ এাংঙোইদ্ব য়োঙম্লক্লনা ঙাংঙোই পনথোক্পী খোংনাং মখোংদা চয়োম্ব থোক্লনা মপুক লুম্রাংদা মশানৌ পেতংঙোবু থাগোম্না অরা চয়োম্ব চামিল্লে রাথম্না লুংশি ওংঙোন পাইশানি খোংশাল্লশি রাহৌনহনা কেগে লমদম পাংলক্রে । কেগে মাইগী থাথংবা মোইরাং পংবান অরাম্না লোক্লারা শকযে মুংশেল থাল্লিব লোঙ্গাক খোংবান তাংকহনা নোঙ্গ হাইজ লৈশিংনা হোংনেম লৈথুঞ্জাও কেগে মোইরাং কৈকংদা লাইমুরাম্বগী মরাম থাইদা নোংকোরৌ ৭ নি লৈপন্দুনা লৈঙম্রে । মতম অসিদা মদাইদেন পেতংঙোবু মশাবিদ্ব হৈন খোংশন লৈথিনা খোংশাল্লকপবু ঙাংঙোই পনথো য়েঙম্লে চয়োম চাখিবগী চয়োম লাবু তারম্রে, হাংগা তোংদম লাবু উরগা মিংস্ন ইর পানা মশাবিদ্ব নিংথি থাগোম্নঙম্মি, অচং অওক থেংনবা কোঙ্গাইনা নুরাগী চংলম উবদা শেল্ল য়েংনদবা য়াওখিদে ।। পেতংঙোনা মশাবি লৈহংলকপা রাবু হোংনেম লৈথুঞ্জাওনা পাউশা তইয়োন্না তংচম্রহনা মপুক অকি তুজুংনহনা অহিংদা কনাবু খংতন উহন্দনা কৈরুংব, লাইজুজাম্বদা লোনহাইনম্মগা খোংশাল্লকুন, হে থরে লম্মহনবনা কোনবা লম্ব খোংদারক্লন রাম্ব, শুগু গোংদারম্মগা ককচৌং লাইগী চাঙ্গোল লাক্লনা হে লাল্লোই লম্মংহনবনা কোনবা হৈবোক, রাংজিং তাঙমহনা উংশোই পোকপী, লিলংক তানথেংনরম্মগা হৌ রাইরংনা কোনবা লম্ব তারক্লন নমুম অঙোম শরিকপগা থেংনহনা শরিকপনা মচা ইবুংঙোবু উবদা নিংশিংলক্লনা থেম্নৌনা পুরক্লনা শরিকপগী মশাইকোম্বা লৈশিল্লরে ।।

নোংমাই চন্ন পেতংঙানা হে কেগে লম্মহনদবু খোঙ্গহনা মশাবি নাওথিংথোক্পী খোঙ্গুনবু লিরকপদ মোইরাং কৈকংবা লাইজুজাম্বগ থেংনহনা পেতংঙাগী মতৌ উবদা রাহৌম্লে ।। নোং-মাইহনা খোইজিল্লক্পী থুপচাননা লৈশিল্লবা রাবু রাহংজবদা লাইজুজাম্বনা তাঙম্লক্রে । ইমোম নংবু

ভাইতুনা নশাবি হোংনেম লৈথুঙ্গাও—নাওথিংখোং মচা ইবুংঙোদো ইশাইকোন্দা নোংকোরে৷ ৭ নি লৈরুম্মী ইমোম নংনা লৈখিববু নবুং ভরেৎনা লৈখিবনি হাইনা ভাওমতুনা ইমোম নঙ্গীদমকপু লৈশিন পাউশানরম্মি লৈথিনরক্লগম্মু ঐগী কাইদেংবু লৈথিবদা রারনি লৈখংবশু খোঙম্নরোই ঐবু শোইদনা কংলৈ ম্না পুংমাইয়োন্দা লাক্লগনি নঙ্গং ইত্তখু অন্না রাখলবু কোক্লনি হাইরম্মি, খোংশান য়াংলমদি ভাক্লমদে অহিং অংথংবনা কনাবু খংহন উহন্দনা লোক্তাক ইপাক লানঙমখ্রে ঐম৷ নশাবিগী মতৌম্নু য়েংজনিংহুনা মাবু খংহন উহন্দনা নারোং নাথুপা য়েংবদা উহৌ খংহ্নহৌবনি লাংলেন নংবু অমুক কোইজাইক্লরম্নু ইশাইকোন্দা লৈঙম্লো ঐদি ইমোম পারি ভানফংদবা লাইজু-জাম্না ঐহাক্না ইমোম শক্না মতম থরবু নাওয়োক নাওকোন ভানফংজগে। নশাবিনা কংলৈম্না পুংদা কাইদোংলবা মংমদা খরাইখক্তা লৈহাম্না ইমোম শেম্বী নহাকপু থোখাম লৈহন লাংবগুম লাংঙম্নবু ভম্লে ভগে। পম্লো শকপাও ইশাবিনা লৈকম অশিদা লমদন য়াঙ্গোইনভম্মু ভাক্লমদে পম্লো রারো খোইশাঙনবিগম্নু নমোমগী অয়োনববু ভাকপী কুবিও নমোন শেম্বীবু লমদল্লরোই চংলগে নপারি খোঙ্গনবু ভানফংজবরা য়েংলুগে শাখোক্লক্লে ॥ লৈকম খুদিং কোইচাইনা লৈখিরকপবু চেক্লানা নাংকোরো লৈচুপ লমদনাখিদবনা ই-পাও ভাবশু ভানফংদে চেক্লাগী কাইদোংকম লৈখংদবনা পোম্বীনা কোইচাইনা লৈকম খুদিং লৈচংনা চেক্লাবু লৈখিনবদা পোম্বী কোইজাইনখিয়ে ॥

# নাওথিংখোংনা অঙোম য়ুমদা লমদনবা

অঙৌপাম্না শাবিকংনা বাহং পাউশানরক্লে পারি নংবু কনানো নমিং বরি কৌবা পম্লৌ কনাগী মচানো পশেম কনানা পোকপনো ? ঐদি হোংনেম লৈথুঙ্গাও কোঐ, পম্লো পলেমদি নৌনা কাইনহৌবনা মিংলেন লৈহুন্দি থংহৌদরে ঐবু কুমজা ৬০ লৈচংলে পোকঙংদি কংলৈ পুংদ পোকপনি ঐনা য়াঙ্গোইনবদি মীরমলেন ইরম্লেন লৈকোইনা এনুপ শথাইপুম্বন নাওয়োক নাওকোন শিম্লাক শিনদম্নবিরকপনি ॥ উম পারি ওইঙম্বদি য়াই অহবু পারি নংশিবু অচম অরাম্বগী নচা মশুদি লৈমান্দে লৈথূপ লৈথম্ব লৈঙম্নবদি রাশেং লৈভাক্লোগবা ঐন নংবু থোইজংখোইদানা রাখন্নরি লাইনিংথৌ কংলৈ পিবা মৈভৈঙ উন্না কোম্লৌবগী অন্না লাইনা লাইকন—নকম লৈখংনদবা অশিবু লাইকন পরম্নু লৈগংনবা মশক্তম্নু ওইনা নিংঙম্নি লৈথূপ লোঙ্গানগম্নু . পম্লো শেম্না মৈভৈঙ ম্না হকপু লাইওং লৈখংনদনা ইঙম্নে হাইববু কমদোনা করিম্নুংদগী ? পারি হোংনেম লৈথুঙ্গাও করিবু ম্নুংদগী ওইগবা অহন মহম্না ওইবনে পুন্সি ম্নুংশাংলক্লবদিনা

পাঙ্গল ময়েংশু তাঙন্নক্লেদো অতুগী মথক্তা মচা ইবুংঙো মখেশু স্না নাক্তা সৈতরে মমুম য়ুম্বান-নতুন। মমুম য়ুমখাই য়ুমদানা লৈনখরে স্না থৌখন্দি লৈচংলকই হাইববু অতুগা মচা শমদোম অমনা রারক থৌকাওনবদগী চংখিবনা লৈথিবশু লৈখংদরে মৈতৈঙ্‌না খোইজং খোইদজবা মুংশি থোই-ছেল্লবা মচাবু লৈফম থংদনা মাংখিবগী অরা রাথন্না থুমহৎনখিবগনা স্না হক্নী অনা লাইথুং ওইবনা লাইয়েং পরম্ব লৈখংদবনে ।। অতুবু নোংদম মরু লোংমুজাম্বনা মরক মরক্তা পাউশারে "মৈতৈঙ্‌ করিন্নুংবু রাবনো নচা ইবুংঙো মাওথিংথোং স্না নাক্তা লাক্নি অনা লাইকন্নরনি নডৎ নঙম শিনগনি" পাউশানৈ ।। মরুগী পাউশানা লাইয়েং থৌরম ওইঙম্না লাইয়েংনতুনা মৈতৈঙ্‌বু অরা অনা পোথানরি অশি অচং লৈখংদনা লৈঙম্মি।

অঙম্বা শরিকপগী পাউশাবু তাবদা মচা ইবুংঙো অরা মুংশি রাথম্না থুনহৎখিতনা মিংস্না লকা অনিদা ইহৌ ইরা পাংঙম তাজ লুক্না রখল্লক্রে ।। মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবু অশি অচং লৈখংদনা লৈঙন্নরি তাবদা স্না পুক্রিং ওল্লক্রে ।। মপুক লুম্লাংদা মওল মওন খল্লক্রে, কনানা লমচিংবিতুনা ঐবু অচানবা লগ্নীদা পুবিনি ইপানা অমম লৈশানখরবদি ঐবু কনানা লৈথংপিতুনা কংলৈদা ঐবু লৈগন্নীবিনি ঐদি লৈখং তানা মাংহৌববু তানথেংনবা তারেদো রাথন্ন-খিবদগী লৈমাইদা ওনথেইনা খাংঙম্লক্রে ।। পাবি শম্বা নংবু ঐগী পাউশা তওগা করিগী অতুক রাবনো অচুম্বরু লৈফিগে অচানবা লগ্নীবু চৎলমগে হাইবগী রাচংবনি ঐনা স্না থৌখল লৈকরব, খুদিঙ্গী লৈহল্লকপ নওমদা নাকোই পাউশানতুনা কাংলৈপুগী রাহোম্নবনু ত ঙমবদগী নঙ্গী লাংঙম্লক্রে, লৈখংনবা রাচোম্বনি পারি কোন্দ লৈশকপা ঐবু করি থৌঙম্মুগে হাইহম লাকচম্বা মমাথংবু থৌঙম থৌপুরগনি লৈথিকগে তৌবদা মচা ইবুংঙোগী চেংলৈবু ঐনদি লৈখংহৌদবনা চুমদনা লৈবনি মরমদদি লৈখুপরবিগনু ।। পনথৌ ভাইও অঙম্বা ঐ অশে করিহুৎ অমদগী ইনিং লৈহোনা লৈথুপ্পবা য়াদবদগী হোংনেম লৈখুঙ্গাও মিংঙনবু ইরোমদে স্না তনজনা লৈঙম্নবনি পনথৌগী নোংদমদগী পলেম্না পোকওম্নবদা ঐগী মিংঙন তম্বদি নাওথিংথোং হাইবদো অচুম্বনি ঐনা কংলৈপুংবু লৈথানবদা ঐগী কুমজা ১০ লৈচংনবা ইতমদগী গোংশান্নবনি ঐনা লৈকোইবনু কুমজা ৫০ লৈচংলে ।। ঐ হৌজিক কুমজা ৬০ লৈচংলবনি ঐনা লৈবাক অসিগী মাইগে মরিদা পনশারিবা চৌংলোন ৯ বু লৈকোই লৈবুংলম্লগা নোংচুপ মীবমলেন্দা কুমজা ৫ বু লৈচুপ্পা লেঙম্নখিদো ।। অরাংলমদা তেখাওশিঙ্গ কুমজা ১০ লৈমিন্নৈ, চিংথৈ নোংপোক্তা উরান্দুনা খাগী লৈবাক্তা কুমজা ২০ বু লৈচুপ্পা লৈঙমতুনা কুমজা অতুম্ব করো শেম্বী পুংদা লৈরগা কংলৈপুংদা লৈহল্লগে লাকপদা য়াংলো ওন্ননা খোংদারুতুন, নোংমাই য়ুমদা কুমজা ১ লৈঙম্মগা লাকচম্বনি ঐবু কংলৈ য়ৌঙম্বা য়াঙমগদরা রাখল লুম্নাং লৈখম্না অতুবু ঐবু কমদৌনা ? মচা ইবুংঙো হৌজিক কোইজাইনবা মতম নত্তরে লংশিন্নবা তৌবিরো পাউশানা খুজং পালোই লৈক্নানা কংলৈপুংদা য়ৌঙম্নবা পুশিল্লক্রে ।। রাংলেন

ভাইহাক শংলেল শঙ্গাইগী মপাল্লাংদা মচা ইবুংঙোবু লোখাম লৈথরগা অঙথ, শনিকপনা মৈতৈঙ্দা রাকং রাহোয়রে ।। পাউশাবু তাবদা মৈতৈঙ্না অরাক ভস্বা কৌরক্লে, পারি লৈঙাকপা নাওথিংখোং নংবু কদৌরিবনো নপা ঐবু মুংশি মুংঙোল লৈত্রবরা রাংলেন অমত্তা নপা ঐগী নাক্তা লৈঙনলোগব ।। পনথৌ মপাগী য়ারা ইখোন তাবদা ইপাল্লাংদগী কুমগী ইত্তম নোঙ্মা য়ারা ইখোন খোক্লা কপ্পা কপ্পা পনথৌবু থাকৌন চেনশল্লক্তুনা লাইনিংথৌগী খোংবী অনিবু লৈপাই পুকম পাগোল্লা থৌগন লৈনিং রাবু রাকংচৈয়ে ।। মৈতৈঙ্না রাহোয়ে পারি নংবু নপ ঐদি ইনগোক্তে লৈঙাক লৈকনববু শিনদম্লখিবত্তনি মুংশাংনা উঙন্নখিদরব। পারি চেংলৌ খোইচংববু নপা ঐবু উহল্লে. নপা ঐবু মুংশাংনা খাদোক্লম্মিদা হাইতুনা মচাগী খুজেং পালোই লাক্লা চিং শিন্দুনা পাউমেল্লে ।। পারি নাওথিংখোং নয়াম্বুংশিংশু য়ুমদ মুমখাইনা লৈখ্রবনিনা পারি নংনা কোয়ৌ অদিদগী লৈঙাক লৈকনবা থৌপু পৌয়েংবা ঙইঙয়ো নপা ঐদি ঐগী পাউজেল তানথেংলবনি ।। হৌ কংলৈ মু. পুংমাইয়োনগী লৈবাক লুচিংব, পিবা লৈপু লৈফম্বদি নামুং চীঙ্গাক চাফদে, চংলম লুচিন লাইরকচনবু লৈহোংনা নমুং চংলম থৌপৃফদে, চংলম খুদিংবু লৈথি লৈয়েংনা নোংদম মকপী ময় থংবু লৌরগ. লৈবাকপু নংনা শিম্বাক শিন্দম্মীগনিদো. নচিন পাউশাবু লৈরৌ লৈচংনৈ হাইতুনা মমথক নমজননবা তৌফদে অচুম অরান লৈথি লৈয়েংবা লাই মুংকেং পান্তু লৈবনি থংহু, কাউগম্মু কংলৈ পুংদি লাইথোং মশিং য়াম্বনি নেংকোয়ৌ ৩৬০ খাজা ১২ বু লৈহাংদনা ইবাং থৌনি থৌপুনৈলে খোইয়ুম লাইভনা কম্বাল লৈফম্বু লৈপুরিবনিদে। পরম অশিবু কাইদনা ইবাং পৌনিরবদি লৈবাক মরা ৬০না চাকংহো ডাহোংনা পুন্সি মুংশাংনা লৈপান্নবনি ।। শোকইদবা শোকম্মু. কাইহৈদব. কাইংম্মু. চাইহৈদবা চাংম্মু. য়েংহৈদব. য়েংম্মু লৈবাক অরা অনংবু মুমিং থাবু লৈহাংদনা তানথেংনবা থোক্লগনি । ইচা ইরমশু মীরনশু চংনলম্বু মউ লৈথংলবনি করিবু পাউশানিংঙাই লৈতবনি হাইগিবা রামা অরেম্মা রাশক্তি পারি নং কাওগম্মুকো ।। হয়ম, হয়ুম, হয়ম খো হায়বম্মগা নিংলাং অনিবু উংশিনথরে ঙক্লাং চেপ্পুক্লথরে নিংশা ইহুন তামথরে ।। মৈতৈঙ্ পুন্সি কুমজ ১১৮ নি কম্বাল কুমজা ৯৪ নি চংলম লিচুম্নবদি তাইবংনা খোইয়ুম ওইনা লৈপানখিয়ে ।

# ১১ নং মৈতৈঙু নাওথিংখোং



## উন্দ্রা

ছায়বদি পাগী পুগী চংনলম ল্লুতিন ফাম্লন

**লাংবচক্রী কুমশিং ৩৭৬৩ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৮৫৫ দা নৌহৌনলা শেম্নজিন্দুনা ফম্লা**

মৈতৈঙু নাওথিংখোংনা হৌ কংলৈ লম্হৌনবগী পিবা ফম্লেন স্না থম্বালবু লৈশংবা থৌপুরে ।। থৌপু পরম অসিগী ফম্বাল লৈফম্বগীদমক্ত ওইথম ফম্বাল্লা নবগীদমক্ত লোঙা লোনশুরব, খোংলমদ মদাইরেন ইশেম্মা নোংমাই চন্ন পেতাংডাবু লৈখিনবদ মদাইরেন পেতাংডাগী ইশং ওবু লৈথিববু ভানফংখিদরে চাবা থকপা হিম্না পোখবা স্নুংডাইব, লৈখনদরে মদাইরেঙ্গী মাখন্দা স্না পুক্লিংবু লৈফাখরে । অশাই অশন অঙন্বা পুম্বনা চহী মতম য়ামশিল্লে লৈমরেনবু লৈহাপ্পুনা ফম্বাল লৈফম্নবা থৌওম থৌপুনবা তৌওয়শি নোঙ্গাংদনা মাহৈহৌবু পাউখুমদনা লৈছন্নগা লৈমরেন মাবু মাহৈবগা ফম্বাল্লাংদগী লেংখত্তনা কংলৈ পুংদা লৈকোই লৈয়েংনা অমা পোথানবা লৈথাংনা লৈভন্নে ।।

মতৌ অশুম্না অঙম্বশিনা নাঙ্গাংলক্ত্রবদ মৈতৈঙ নাওথিংখোংনা মপুক লুমলাংবু নুশি মুংঙোল রাখলবু মঙল মওল লৈথল্লি, "পোম্বী নংদি চেক্লাগী মশক্তি থোকাওনম্লবোইদে৷ লমদম কদোমদা পোম্বী নংবু কোইজাই কাইদোংনথ্রবা হোংনেম লৈথুঙ্গাও থাকৌনা নাওথিংখোংনা রাশকখিববু পাদম লৈশোইনখৌনরা চেক্লানা পোম্বী নপাউবু তাজনিংবনা ইথৌলাংবী চেক্লা নোঙ্গৌবীচানা নোংদোন তরং খিকথবা ঙাইবগুম ঙাইববু নঙ্গী ঐগী চীন্দিন পাউশাবু শেংনরে৷ তংনরো নোংদম্বনা তম্বরা ওম্মোকইদা ইদাইরেন পোম্বী চেক্লা অনিবু মুরাংথংলোক চীংথৈ পাং. পনম নিংথৌ লোক্কচীংদা ঙংবালা, চওগা লায়াক তোংদমলা, মরিং থাংরাই পাখংনা থাংলেন থুংতা পায়হুনা লায়াক লাশেং তম্না শেংপগুম শেংনরো তম্বরা পোম্বী মঙ্গী রাখন্দা ইঙম ইশক খংদরেদো" উম নাওথিংখোং ঐ অশে লৈবাক অশিগী লুচিংবা কংলৈ স্না ফম্বাল লৈশংবনি, অতুদি ঐগী ইথৌদি ঐগী মুংঙাইনবা ঐন নিংবদা থৌপুনবা নত্তে, লৈঙম্লিবা পুম্বগী মুংঙাইনবা লৈবাকী মনিং লৈথুংনবা থৌপুবনা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবগী মথৌ মঙম্লি অতুবু ঐ করি মুংনা থোকাওবা ঙক্লেদা রাশক মুংশি মুংঙোলনবা ।। নত্তে ঐ হৌজিক নোংদম শংলেন মরুদা রাহংদবা য়াদে মম্মাথংনা কুদিবদো ঐগী থোঙম থৌপুনবা ওইরগে রাখন্দুনা নোংদম মরুদা রাহোম্নরে ।। নোংদম মরু লোংমুজাম্বনা হাইয়ে, "মৈতৈঙ লাইনিংথৌ করিমুংবু কাওবনো নদাইরেন ইবেম্মা নোংমাইমুনা স্না থৌথন তানফংগদবদি নদাইদেনগী মরাময়াইদা লৈঙম্বীহুনা স্না থৌথনবু মতম থরবু তানফংজখিবা অহুনা থৌখনবু তাইবংলেনগী ইপোকৌদি লোমখরে ।। নশানৌদি নোংশাংলৈমনা কংলৈ পিবাবু ওইগনবগী লৈকম্নবগী মমক্তা ইপোক ইজনবতনি লৈহৌ লৈথোম্নঙেদা পাউশানখিব৷ রাহোম রাবু নিংশিংবিও হাইনখিদবরা পাউশাবু "শুক্লা মপান শাদরি, য়াক্কোক্লা মহৈই য়ান্দরি, কুমশি মপাল শরগা নোংমৈ মহৈ য়াম্লগা লৌজরে লৌজরো" পাউশানখিবা রাদো করম্নবু কাওবা থৌকাও রাবু অচুক নিংশিংজবনি ।। হৌজিক্তি নদাইরেন্দি চেক্লাগী কাইদোংফম্বু খংদবনা কাইদোং তলাবু লৈথিজহুনা লোইবি লৈকোইনা পোম্বী কোইজাইনঙম্লি, হৌজিক নোংচুপ মেন্দে চীংশাংলোমদগী পাংহিং ঙাংঙোই চীংলম পাংনা খোংশান্নরক্লে লৈথিহুনগু তানফংলরোই, মৈতৈঙগী থোঙম্বু থৌনোইনবা কোরৌদা চেক্লাগী কাইদোং তলাগী লৈকম্বু তাঙনহুনা পোম্বী লৈকাবদি কাঙম্নকখিনি মৈতৈঙ ।। মরুগী পাউশাবু তাবদা অমুক রাহোম্লে, কাইবিরোল মরু মচা নোংদম মকনা শিম্বাক নোংদম্লিবা অশিবু ঐবু করি কমদৌনা থোঙম থৌপুনগদগে ? মরু মচা থোংঙাইদনা হাইয়ে স্না পুরিংদা থুপচান্নন৷ লৈখমবিরিবা নদাইরেন ইবেম্মা অসিদো ময়ুম য়ুমদিম্না লুতিন নাওদনা তাইবংলেন্দা য়ুমলিংনবা নদাইম্নেনবু নত্তে, লৈহক্লজুন পোম্বী চীন্দিলবদি ফম্বাল লৈকাবা নোংকোরো মুমিত্ত শোইদনা চীন্দিন পাউশা রাহোম্নরখিগনি৷ থোঙ্গা চীন্দিলবদি তাইবং য়ুম্লিং য়ুম্বাল চংলম্বু রারেপ পাউশাদি তাম্মোংলরোই, লাইরমলেন্দ শিংথেক শিংথাবা লুতিন ফম্বাল

পরম লুচুং রাবু চৌন্দিন পাউশানবা রাবু তাম্লেংনবা ওইরনি । মদাইরেনগী চেংলৌবু শকয়েং মিংশেল ওইঙম্নবা লৈথম পরমবু নৌহৌননা রাহোম্লদুনা লুচুঙ্গী লুতিন ফম্বাল রাবু চৌন্দিন পাউশানরগে লৈখনবিরবদি লৈবাক্কী এলুপ শখাইনা নিংজনবু লৈথুংনবা ফম্বাললেনবু লৈফম্নবা থৌঙম থৌপুনবা পরম খোংলম লাইরমলেনবু কাইদনবা লৈমরেনবু লৈতাপ্পবা লৈয়েং লৈথম্লদুনা থম্বীরো হাম্লিরো ।। লৈমরেল লৈহাপ লৈথম্নখরে হাইবা পাউবু তানথেংনদরিবা মখৈদি মদাইরেনবু খোঙ্গরক্রোই, পোম্বী কোইজাইনরিবা লৈফমশু লৈথিনশু তানথেংলোই স্না পুক্নিংবু লৈখনবিদুনা থৌঙম থৌপুনবিরে মৈতৈজ ।। মক অনিগী পাউশাবু তানথোকরবদা মুংশি মুংঙোন্নগী রাখন্না স্নাহকপু লৈথুম্না থকপ চাবা হিপ্পা লৈখল্লুন তৌরকতরে লোজানন্না লৈকোই লৈথিনবশু লৈমুংনখ্রবা মশক্নম্না লৈথি রাহংবদশু ইপাওবু তাম্লেংনদরে ।। করিবু থৌঙম লৈখংলক্লবদগী মদাইরেনগী লমনবু লাইরয়েন্দা খোংলৈ লৈথুনা লনশিংলগে, লৈবাক্কী নিংবা থৌদাবু থৌঙম থৌপুনরম্লগে লৈখন রারেপ্পরক্লে মৈতৈজ ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৪ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৬ লৈচংবগী লৈহৌরকপা থাজদা অশাই অশম অঙৱা ফম্নাইনশিংনা মৈতৈজগী স্না পুক্নিংবু লৈখনন্দুনা রাহোমগ্রবা রাবু অমুক নোংহৌনিনা অমুক রাহৌনরক্লে । মৈতৈজ স্না পুক্নিংনগা লাংতক্লনা লৈবনে স্না মাইথোংবু নোংকোরো অমতা লৈকা ফন্না লৈঙমদবগ রাহোম রাবু মথা তানা রাহোম রাতজংপবু রাঙমদে অদুবু তাইবং ইপোক অসে পোক্লবদি শিব, শিরবদি পোকপা হাইবা খোংলম অনি অশিবু নোংলম্না লৈয়াং লৈথমগ্রে । হায়রিব থৌবম অশিবু ইনিংথৌন লৈহেন লৈথংলিবনি মশিদা ইনিংথৌবু পুন্সি কুমতাবু লৈয়েনবদা লৈহৌখিবনা মুংশাংলক্লে ।। লুচুং লৈঙমগাদবনা তেল্লকুনা চাপ-নাওপনবু লৈকংনদুনা লৈবাক্কী মপী মপা ওইনবা স্না ফম্বানবু লৈশংনবা মচুং মরেংবু লৈশিন থৌপুনবদু স্না ইতম নাওকাংনবু তাম্লেংলগবরা লৈথন্নরে অসিবু মতম থববু লৈরিজেদা স্না পুক্নিং লুম্নংবু লৈথাপিবনা য়াইফংগবরা রাখজ্ঞনভরি স্না পুক্নিংব ? ঐথোই অশিবু ইম মশক খংদনা পুন্সি মতম্ব লেললবিবু তাম্লেংনরগবরা লৈখল্লে । ফমদো পুম্বগী নোংদম্ব রাওইদবা নংচাদে রাশক্কী মথা পোন্দুনা থৌরম্ব থৌতাইজবনি অদুবু নাওথিংথোংন কংলৈ লুচিং পিবাগী চংলমদি কাইদনবা লৈবাক্কী নিংববুশু লৈথুংনবা পিবাগী মঙম লৈতাক থৌপুজরগে শোতদনা মশিদা লৈবাক্কা পাম্বা শখাই পুম্বগী মমা লৈমা ফমলেনবু রাইদা ঐবু ! লৈহৌ কুমজা লৈতক্লবগা স্না পুক্নিং নোংদম্ব শোইদনবা অম্ব মখৈ লৈথিনজনি পাউশানদুনা রাম্নেন কখৈ মীতিন রারোইনরে ।। লৈবাক তৌনা চৌংবুরোই অম্বুরোই কোইজাই লৈয়েনা লৈথিনববু পোম্বীনা শাথুপ্পা চেক্লাগী কাইদোংফম্বু লৈথিবনা মবুং অরেংনা খংখিগবর হাইদুনা নারোইদুনা লাইরে লাথুপ্পা লৈকোইনবনা তানথেং রাকংনথিদে ।।

# খমগুরোন চীংয়াইগুবু লৈমরেল হাঙ্গা,

## কালিশা অহুম লাক্তুনা অউয়াই ওইখিবা, মীয়ান খাংঙবোক কৌনা লৈহুনখিবা।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৫ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৭ কী চহৌদা নোংমাই চঙ্গ পেতংঙা লাইরেম্বী হৌকেগেনা কোনবা লমখৈবু লৈথংনা চেক্লানা কাইদোং লমদন্নরম্বা লৈফম্বু লৈখিনা কোইজাইনরম্মগা ইপাই খোংবাম্লোমদা খোংদারক্তুনা শুকম্বু তাংজেং লাক্তুনা চেক্লানা লমদন কাইদোংলমগদববু কদাইমুংদা ওইরমগবা রাথন্দুনা থা মাইৈগী হৌ লৈফম কোক্লাইবু লৈয়েংনা পোম্বী কোইজাইনরক্লে ।। থা মাইৈগেদা লৈথিববু তাম্বেংনখিদবনা লাইরৈমা নোংমাইমু পেতংঙা মপুক রাথন লৈতক্লকপদা হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈফমদা করিগুম্বা ইপাও তাবরা থোয়েংলমগে ত গ্রমদি ঙংঃ লৈফম্বু লৈতক্লা লৈথি লৈয়েংনরগে হাইনা খোঙ্গা লৈহুম্নরক্লে ।।

মতম অসিদা মৈতৈঙ, নাওথিংখোংবু লৈবাক্কী নিংবা থুংনবা পিবা ফম্বাল তোংনবা থোপুন্নগে রাখল্লে । চেক্লানা পোম্বীবু চীন্দিন ফম্বাল লাংজনিংতুনা থাজ কুমজা কয়াবু লৈপাংনা পোম্বীনা কোইজাইনখিববু লৈকোই লৈখিনবদা পোম্বীনা খোংশান খোংদানরম্বা খোংদম্নপিবা পণ্ড তাম্বেংনরক্লবনা রাশক রারেপ রাবু লুয়াং পিবুকমুংদা থোকাওদনা লৈথয়গা হৈবোক থরো লোক্কগী অঙম্বশিংনা থেন নৌনা পুখংলকপা অমু নহা লাইরেম্বী তাইবং মশকপু পিবা ফম্বাল লৈফন্নবগীদমক্ত খমগুরোন চীংয়াইগুবু মৈতৈ লৈমা হাপ্তুনা লুতিন লৈরৌ লৈয়ারে ।। মৈতৈ লৈমা খমগুরোন চীংয়াইগুগীদমকশু মঙ্গানাইবু লৈফম্না মীয়ান কালিশা নাওলা, দোলাব, খোলা কৌবা মখোই অতম্ব মীরমলেন্দগী লাক্তুনা হৌ কংলৈ লম্মাহনবদা লৈচংলক্তুনা মৈতৈ লৈমগী থোগননাই ইজগে চাইজরতুনা মৈতৈঙনা মীরম্লেন্দগী চংজ হাইজরবনি হাইনা মুংশিবিক্তুনা মখোই অহুমগী চাজরকপা হাইজরাবু থোয়াখিতুনা থম্বীরে । মতুং মুমিং থরগী মতুংদা মীয়ান কালিশ, মাখোই অহুমবু ইবেম্মগী অউয়াই ওইনা থম্বীতুনা অরাংলমদা হেনবা মচীংশাংদা লৈহল্লে, লৈকমবু মীয়ান থাং মিংহুল্লে । লুহুংদা মখোই অহুম অসিগী মচা মশুন, মীয়ান খাংঙবোক মিংকল্লা লৈনথি ।। মহুম অসিগী লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৫ নোংদালাই পাথংবগী কুমসিং ৬৫৭ অসিগী মেরা থাক্তগী তম্মি পানবা থরাইপিচা খোংলম ২১ শুবী হরৈময়ে কৌবীনা লৈপাল লৈপুবা নোংকোরৌ শগোলশেল মুমিংকী মুংখিল পোগ্তা তুনথংলকপগী কোলুপ মূমিংনা য়ুংথক হেক থানবদা পিবালেনগী ফম্বাল ফম্লেনবু লৈফমতুনা লৈবাক নোংথৌ তুবা উযুং থক্তা তোংলনি রারেপ পাইজেল্লে ।।

মেরা থাজ নোংকোয়েরো অম, লৈপাল্লে মৈতৈঙ, নাওথিংখোং ঙুংশি ঙুংঙোম্নখিবগী কাইনা মৈচাক্লা স্না হকপু থুমহৎখিবনা শংলেন্দা লৈফম্বা ঙমদতুন কংলাগী উপাল্লাংদা শথোক্লুনা মাইগে নরি শুংদাই মরিবু কোইনা য়েংতুনা পাউশাজে, "ইদাইরেং নংবু লোইবা পল্লোন লাম্না পোস্বী নংবু নশাবী চেক্লা লৈথি কোইজাইনগ্রবরা, কোয়েরো নোঙ্গাখিতুনা পোস্বী নংবু নশাবী ঐনা য়েংবদা লৈচিন্না মরোল য়াম্না থনখিবনা পোস্বী নংবু উদবনা ঐবু ফম্বাল লৈফমগদনা কোয়েরো অনিদা মঙাইরে পোস্বী নংবু লৈহল্লক্লোবা নশাবী ঙগী ইনেম মচা ওইজরগে" পাউশানা ইরা পীফল্লাংনা লৈঙম্মি ।। লৈফমবু রাকাইপুং কোৎক্লে, খুদক অতুদা নোংলোন পংমদা ওরংবা নোংথাং অমা পাইরক্লগা উল্লো মাংদা মমথরে । থৌরম্বু উবদা স্না পুক্লিং রাঙম্বা থরা লৈকোক্লুনা ঐনা ফম্বাল লৈফম্ব। নংনব লৈহল্লকদৌরিদন। হয়েং কোয়েরৌশু মরৈরি হাইতুনা মদাইরেনবু থোকাওদনা শংলেন্দা লেংশিন্দুনা পোথারে ।। থাজা নিনি লৈপাল্লে হয়েংদি ফম্বাল তোংলনি হাইবগী ফম্নাই ফম্নাইব লৈব খিবিক্লা মপূক হরাও তয়াম্নবগা লোইনতুনা হৌ লম্মাইনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়েনগী লাইখোং তীনথোং অমম্বু তীনশোং লাইকোংনতুন লৈবাক তৌন হরাওনতুনা য়ুমথোং লমথোং চাংদনা ফম্বাল লৈফমগদবগী থৌবম্ব খোইরেম্না পাইবগুম পাউশানরক্লে । কোয়েরৌ নোংমতা মঙাইরে মৈতৈঙনা ইঙাই থকপা চেক্লানা লাইরু ইথে, লাংলবদা নোংদোন লিক্লা তারগ ইশেং পবোংথম্না থক্লনি ঙাইবগুম ঙাইবদি মদাইরেনগী মপাউবু মালংবনশু ছুম্লক্লরে। মৈতৈঙ স্না পুক্লিং ওল্লক্লে লৈচিনববু তানফংলরোইদরা রাথম্না ঐগী ঙুম্নাংবু শুমহৎনা ঐন ঙুবংতুন ঙুংশুক ঙুংজানা লৈঙম্বদি ইম্নং মতম নাত্রেন ।। কোয়েরৌ হয়েংদ মঙাইরবদা লৈবাক মীয়াম্না বু করি রাথল থনখ্রনি ঐগী হরাব রাথনবু খাদোক্লগে ইপুক হরাও তয়াম লৈঙম্বা পরম থৌরমবু ওইন, শথাই পুম্নবু উহল্লগে চাইতুনা থৌরম খুদিংবু স্ন মিংয়ং তাঙম্না অশাই অশম পুম্নগা অক ফম্বা পাউশানতুনা থৌরম পুম্নবু নিংথি চংখোম্নব, থৌপ্না থৌরাইবে লৈবাক অঙম অথৌ পুম্ন হরাওনরে ।।

## অন্দ্রো শোইবুং, রাক্রম পঙ্খোং, নংদ্রাওবী কৌখিবা

মেরা থাজগী ছম্নি পানবা নোং কোয়েরৌ শগোলশেন তানথংলে, মৈতৈঙ নাওথিংখোংগী মদাইরেন থমঙরোন চীংয়াই শুগবু এল্লুপ শথাইগী মমুম লুচিংবা পিব, নরি—নুরাং পিবা পোনশরেং ।। অঙোম পিবা পুরাঙ্গবা । মোইরাং পিবা চাকবা ।। খুমন পিবা শেলব পিবা লমপুবা মরিনা মমুম মমুমগী ঈশেং লৈপুনরক্লুনা মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইঙানবা থকথন ফীজং তরেৎপু লৈথম্না ঈহৈরে, মতুংদা ঙুংকেং পাস্তুগী ঈশিংনা চীনক্লু মাইঙানা ইরু মাইঙা থোরোই-তুনা ফম্বাল ফিরোন ফিশেং লৈতেং থৌরোইতুন ফমগা থৌচংলে ।।

নোংমাই লাইরেম্বী পেতংঙান। খা মাইগৈরোমদগী অরাং মাইগৈরোমদ। মশাবী হোংনেন লৈখুম্বাওবু লৈথিনগে হাইনা খোঙ্গয়কপদা রাংখৈ অন্দ্রো শোইবুং হৈত্রোই পাম্বী মখোংদা পোথ। রাখন্না লৈবদা অচং অওক্পা পাউশানবদা ফম্বাল তোংনবা থৌপুনবগী রাবু তানফংলে ।। ফম্বাল লৈফম্বগী রা তাবদা হৈত্রোই মখোংদগী তফিং তফিং হৌগত্তুনা চেংখৎলক্রে ।। হাওশাবু লুরাই নমদা খোংজনা লমশাং খরা খজিক লাক্কুনা মরু লমপাকপু তানথোনৈ, নোংমাইমুনা পাউশাইজ. পনথো ঙাইও ইপাও ফম্বাল লৈয়েংপুনবু করি কমদৌতৌরিবা ফমলেন ফমগারিবনা কনাবু ওইবনে ? রাহোম রাবু তাবদা মুমকুমকইব। অহন খরনা রাখুম্মি, ইমোম নংনা রাহোম্বদা চিংসা ইন চেনগ্রিব অশিবু মুংশি মুংঙোল রাবু রাখংগে রাহোম রাবু তানথেংনা হংওম্বু মাল্লিদা ইংেম নংনা কনানে ? ফম্বাল ফমগাদনদি মচা ইবুংঙো নাওখিংখোং কোবানি মৈত্তে লৈমনেন ফমগ বনা মদাইরেন থমগুরোন চাংয়াইগু কোবৌগি, ফম্বাল ফমগা লৈফম্বব ফম্বাল থোংবাদুনা কম্বাম্মগী লৌথনবা মরুনা খেমখোক্লবা শৈশরুহৌরি, এথোইদি হন্নফম লমদং খরা থাপুনা থোংখোইদন লৈপুম্লক্রবনি ।। পাউশাবা লৈফম্ব রাক্রম পনথোং মিংহুন্নে ।। পনথৌঙাইও রবু ফম্বাল লৈফম্ববু উক্কবু তানথোনখিগদর ? মাংলেন থোংরাই কল্লবদি লৈকুম্নমক্তি কুম্নম- থিরোই চেনোয়া খাংনাই বল্লনদি ।। রাতাবদা নোংমাইমুনা হাইস করিনো হাইনা তফিং তফিং থেকাংনবদা উংয়াম্না তুংনা পুরাইনমদা থোংনা পুরিবা শম্বু মরি তত্তুনা পৃতন্নক্লিবা পান্নাও পান্দুম শানা মুংবু থংনাক্রে ।। ইস করিনো হাইহুনা য়েংলগা মপুক খোইশাওহুন। মুংবু হন্না যাংদন। নোংখাং লৈমনা ঙান্না ংনা কনা তম্না চোংলক্রে ।। মুং তৈদোকপ। লৈফম্ব মুংত্রা ওবী- মুত্রাওবী হায়িয়, নোংমাইমু কলৈগী কোক লাইচি পাংবদা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈখি ।। চেক্লানা কালৈ পুংম ইয়োংগী ফম্বল ফম্বাল মেনবু ফাইদোং তলাবু ওইনা লৈথম্লগা থমগুরোন চাংয়াইগুনা ওইথম ফম্বাল খৌথংববু চংদা মিংম্না ইরাচেন খুদাং পিফয়াং মুংশি মুংঙোম্না রানা খাম্বী মৈগা পান্দম্ন থবাক লৈবা হৈ, নিংশা চত্তন কঞ্জাওনা রাখল্লক্রে ।। হাইশি হাইওমদা খোংবী লৈদা তক্তুনা কৌডন্নকনরা ঙাইনদা চেক্লানদি য়েত্ত ফম পোম্বী অমনা ওইথম ফম্বাল থোখন্না চৌদ্দিন মাইয়োক লৈখান. তমাই অনপ লৌশিন্না অশৈবা খোনফাংলাং, য়োইরেন খাবী লেংনা ভিন, নিংথৌকোন লৈমকোনগী মিংহুন শৈশকপবু তাবদা থমোই তনিক তনিক্না অরাবা মুংশি মৈবু খাংহুনা চেক্লাগী মপাওখোন অমতংবু তারগা নোঙ্গ. খাংলম্বু তানথেংনগে রাখন্না হকপু তনিক তনিক খুংশা খুত্তম চন পাংদোম অনিবু শাংখ লেমথনা তনিক তশোইনা লৈখাংনহুনা ঙাইঙল্লি ।। নোংমাইম্বগী মঙৌবু থৌথন অশাই অশম্না উত্তম্নে, হি-করিনো অসিদি ফম্বাল লৈকুম্নমদাইদা থোকওল্লিব, অশিবু খোইয়ুম লাইলৈমা কনানো ইমা য়ুমজওরৈমরা করি মুংবু ওইরগব, পাউ- শানৈ । পাউশা রাবু নৈতৈতুনা তাঙমহুনা হাইস করিমুঙ্গ। ঐনা ফম্বাল তোংবা চৌংডু লাইলৈমা

কনানা খোইজংনঙমদতুনা খোইশাও শাকোংমবনে। রাখন্দুনা য়েংবদা মদাইরেনবু উঙমখি ॥ চেক্লানা পোম্বীগী চেংলৌ উবদা পাউহোম্মৈ, শাবী ঐগী ইনেমমচা পামুবী শিমুঙ্গী সন্না লোক্তগী পোম্বী লাক্লব্রা, পোম্বী চেক্লা চীন্দিন্নতুনা মুংশি খোইজং রাবু তিলু ফমবান রাহোম্নশি পোমবী নংবু কাইদোংলরো লাওগবা, চেক্লানা রাখল শিনথ। লানখিবনা পোমবী কোইজাইনা লৈখিববু থংদনা রাঙম্নখ্রেলো, পোম্বীনা কোইজাই লৈথিনদবু লৈতল্লক্রগবরা ইভাইজববু লৈতল্লক্তে. মাইগে কদোমদা লৈথি কোতক্তাইখিবনে। চেক্লানা লৈথিজনবু থাজা মুংশাং হক্লা তাম্বোংহন্দুনা লৈঙখৌ ইনেমচা পাম্মুবী, মুংশি মুংঙোন্নখিবা পাউশা লখাদা লৈচংবিঙমলজুনা অপাম্বা লম্বু লৈকনবিরে। ইনেমচা পাম্মুবী ॥

শাবি মাঙ্গা পাম্মুবা চেক্লাগী কাইদোংকম থাদবন চেক্লান পাইঙমখিবা মাইগেবু লৈথি লৈয়েংনবদা তাম্বোংনঙমখিবনা. কাইদোং তলা লৈখম্ব রাইশোং পাউজাক্তবনা. পোম্বী কোইজাইনবনি, মুংঙোন পাউশানখিববু রারেপ থৌপুজতুন. পোমথীনা লৈচংলকপনি, মাংলমচত্তা শাংঙমখ্রবা থম্বালবু লৈশক লৈচুথংলিহব থৌয়েংজগে লাকচবা ওতুংদ শাংপা লৈরাংদা খোইম্ব ইমা খোইনগী খোইরা য়াল্লম্রে. লৈতি পাম্বা খোইমুগী নিংবা ধুংনা খোইরা য়ানবিহৌরে। ॥ ইনেমচ পাম্মুবী নশাবি চেক্ল থরাইবু লৈকনবী নঙ্গীদমক লৈতম্নি নিংথৌ ঐগী য়েংথবদ। লুচিং ফামূন ওইবরে। ইনেমচা পাম্মুবী নঙ্গী ফয়েন লৈকম্নি ॥ লাইনিংথৌ স্না লোংদন লৈহাক্ল ভিতিকনাও ফাম্লন্দ্রে পোম্বী কনাগী চেক্লা চীন্দিন লাংফম্নেং. নিংথৌ পেকগী ইমনা স্না থম্বাল্ল জদনা লৈফম্ব ঐন করম লৈকম্বা নদাইরেন্দি রারেপ রাশক্লপিনগী লৈচংলকপনি রারেপ চাং য়েংনিতুন স্না য়াথ লৈথংলে ভাইবং চংলম কাইদনা মুংঙাই য়াইকন লৈপাম্নবে ইতাকথক্লা নামুং চংঙম থৌতৌ থৌপুবদি থৌঙমজরোই লৈবিহৌরে নোঙ্গা খোংলম তানথ্রগে।। ইস ইদাইরেন নংবু করিনে নঙ্গী ফয়েন লৈফম্নি লাইরয়েন্দগী পলেম ইমান পোকঙয়ে তাইবং মীরয়েন্দা ইদাইরেন নংনা নবুং তরেংকী মথুক্তগী নরৌশিংনা ঐগী থরাইবু লৈকনবিতুনা ইপোক ইতনবিবদগী পিবা তানফংজতুনা থম্বাল তাম্বোংজবনি পলেন শক্লবী ইদাইরেন নঙ্গী লৈফম ফয়েন্নি ডিংনা রাখন লৈতনা ফম্নোলাওগবা ইদাইরেন নংবু । হাইতুনা থম্বাল্লন্দগী হৌগতুনা মদাইরেনবু লৌশিঙ্গগে য়ে লকপদ লৈমাইথক্লা লেপ্তুন লৈরম্বা নোংমাই লৈমা পেক্তংতাবু লৈচিনগী মৈথুগী মশক্তম্না য়োমতুন. ময়াইদ নোংথাং লৈমনা পাইবঙম ওন্ন লংনা পাইথংখিতুনা মাংপরে । ইস করিনো মতৌ লাংঙন অসিবু শোন্নতুনা মীয়াম পুম্না য়েংনতুনা ঙক্লতুনা লৈঙম্নতৌরে ॥ হন্দক্কি থম্বাল অসিবু মাংলমচত্তবু ওইখিদে লুতুংদশু লাকঙম থোকওন্ননি লৈউদে অসিবু মংলা তাইবংলা হাইনা রাখন্নে ॥ মৈতৈঙ্‌ নাওখিংথোং মদাইরেন হায়েনগী মশক্লা য়োয়গা হুয়েনগী মশক্ল ভুনগত্তনা নোঙ্গা খোংলম্ব লৈতম্নবু

মিংনা উবা লমদম মখৈবু উঙ্গ্লীঙৈদি য়েংতুনা ঙকচানদুনা লৈরম্মি । মদাইরেনবু উবা ফংলক্রবদা ফম্বাল থক্তা ফম্ববু ঙম্মক্তরে মশা মউ নীকঙম্মা মিৎস্না ইরা চেম্না নোঙ্গা খোংলম্মু লৈরেংনা মদাইরেনবু কৌরক্লে ।। "চাদ পলেম শেম্বী নোংমাইম্মু ইদাইরেন নংবু অমুক্তগী হল্লুবখো হৈনা নতুং ইনঙমগে ঐগী নোঙ্গা খোংলম তাক্লখো নংন ঐবু করি মুঙ্গী সেংম্লম্বা পলেম শকপী নোংমাইগী ইদাইরেন নংবু লৈহল্লকখো হাইনা ফম্নেন থক্তা লৈফম্না য়াএ। ইখেল খোক্লা কপ্পুনা মদাইরেনবু থাকৌনদুনা মচা কাইনবা যণবীনা মচাবু খোংদুনা কৌবগুম কপ লাওনা লৈঙম্লে" । অশাই অশম অঙম্বা পুম্বা রানরে ফম্বাল লৈফম লৈকুম্বগী মথো মঙম্মু অকাইববু তাম্নেংগদ্রা রানরে ।। লৈবাক্কী অরাবা মতৌবু ঊনদা মরু অনিন মৈতৈঙ্গুগা মৈতৈ লৈমরেনগা তনিগী যম্বাল মাংদা খুংবাক অহুম্নক খুদুনা ফম্বালগী মিংলেনবু হ্রী হ্রীং হোংলৈবা হ্রী হ্রীং তোংনা নীক তে তে হাইনা মিংগল্লগা রো রো রো হাইনা লৌথামদুনা খুৎবাক লাইকা শাদম্না থেম্মোনা রে রে রে হাইন কৌথোক্লুনা মৈতৈঙু নাওথিংখোংবু নোংদম মরু লোংমুজাম্বা কাইবিরোন মরু মচা খোংঙাইবা অনিনা ফমবাল মেন্দগী লৌথরে, অমাইবী হঙ্গবী তোংখাংমু অমাইবী হীদং তমথোক্লুবী অনিনা অশৈবা পেনা খোংবা হঙ্গবা হিনাইবা ।। হিদং খোংফে লাম্বদা অনিনা শৈশক শৈবাওনা অনাইবীনা খুবাক লাইকা তম্না ফম্নেন থমথোন তম্নেং লৈফম্বীবু লৌথরে ।। তম্নেং শঙদা রাকোন লাওদুনা অনিমক্কী ফম্বাল ফিরোনবু তাংদোক্লুনা লৈথমলে, পিবা ফিরোল, লৈমা ফিরোল ফিশেং লৈতেংলে ।। স্না পুক্রিঙ্গী অরাবা উবদা অঙম অখো থোখন পুঙ্গনা কুচু ফখৈবু থাদোক্লুনা স্না শঙ্গাইদা লৈথিন থোখল্লে ।। মৈতৈঙ্গী লুমলাংবু মুংঙোন রাথম্না লৈকপ্পুনা পাবন য়ারি মোন্দুম মোম্নেক মংক্তা কাইনা মৈশাবু রাথম্না অরাবা পোত্থানখরে ।।

## মংলান চান্না রারেপনবা

নোঙ্গৌ খোংলম্মু তানফংলবী নোংমাইম্মু পেতংঙা হাইনা শাথোক্লম্বী ইদাইরেন পলেম শেম্বীনা মৈতৈঙ্গী অরাবা রাথনবু উবদা থাঙমদদুনা মৈতৈঙ্গী মফমদা খোমলেন মংলাং ওইনা লাক্লুনা পাউহোম পাউদাক্লবে । মৈতৈঙু লাইনিংথৌ ঐনা লৈথানবা লৈঙমদে হন্দাকি লাইরে লাথুপ কালম ইপোক অশিবু য়ুম্লিং য়ুম্বান্দুনা চাদ-নাওদনা লৈপাম্মবু লাইরমলেন্দা নোংদম পাউশানাবদবনা নদাইম্নেন ঐন, স্না থোগনবু লৈথাজবনি, নদাইরেন ওইবীনা মৈতৈঙ্গীদমক্তু লাইরমলেন্দা স্না লমওক ওইনা লৈজরিবনি করিবু অহুক থোকাওনা স্না পুক্রিংবু রাঙম্না ইপুক লুম্নাং লৈথানা থনবদো থল্লনো লাইরমলেন্দবু লৈথাব। ইতিক ইঙম্মু নংচদে তাইবং ইপোক অহুমদি নোংদম পরম্মু কাইদনা লৈপান্দুনা লেনবিও ।। কদাই ইদাইরেন পলেম শকপী নংদি য়াওদনা

ঐবু ইথঙ্গা কমদোনা তাইবংপক্তা ঐনা তাইবং ইপোকপবু নঙ্গী ফালম্বু থোয়াবা নত্তুমম্মা ইরান করি লংজবনা ? নত্তে মৈতৈঙ্, মশাবি লংজ চৎলম নত্তে নত্তে তপথবিথো ঐ থোগন য়াজরে ইশানৌ ইমাম্মবী তাইবং ইপোকচবীশিঙ্গী নীংজবা থোগন রাথনবু কাইহনবিগম্মু ভাকপীয়ু ইরান তম্বীয়ু নোংদম থোরম থুদিংবু অফ-ফত্তা পাউদাক্তুনা নশাইকেন্দা লৈজরগে নয়াপং পলেম শেম্বী থোয়ানা লাইয়মলেন্দা নোঙ্গাংদনা থোংম্লগে কুবিরো ঐগী লৈফম মরু নোংশাবা মনাক = অচিং অম: অয়ুক অমগমা পুম্না লৈবা লৈফম = মুমিং থা অনিনা লৈফম্বা পুংলেনগী নাক্তা ইয়ুম শঙলেম লাইথন তাবা মাংশোক ফয়েন নাইনা শাবিরো মিংহনবু ইয়ুম শঙলেনগী মমিংবু মিংহুন থম্বীতুনা লাইরমলেন্দা লুত্তিম্মা লৈজরগে থাজা কুমজা পুম্বনা স্না থোগন তাম্মেংজব: ওইজনা অরা অনং য়াইফং মুংভাইবগী পাউশ শাথোক থুদম্বু লৈতাক্তুন: লৈবাক্তী মগী মম: ওইনা নাওংকোন থাগোম্লগে অরা মৈশা লাংবিরনে নোংদম্মে, মৈতৈঙ্. খোয়েন মিকপ খোক্রে ।। চস পাউশা অশিদে মুংঙোনবগী মথক্তা অমুক থোইনা মুংশি মুংঙোনতম্লিদ রাথম্ন শঙ্গাইদগী লেংথোক্রে ।। নোংঙান তুবু উত্তম্নমতুনা চীনফু মাইশেং মাইতানতুনা চকোক ইম্মু ইতুম্মা চকাশংতুনা লৈফম তরেত্তা লৈলিল লৈরাংলপা নোংদম মরুগী নাক্ত লেংশিল্লক্তুনা মংলাংচনবু পাউতোমজে ।। নোংদম মকনা তাকওস্মি, মৈতৈঙ্. পাউশা অশিদো মংলানচানবু নত্তোয়ে ওইংদবা অরোইব রাবু হাইবনি ইমা নোংমাই লৈমগী লারৈ লাথুপ অশিদো তাইবং লেন্দ স্না থোগন তোঙম্না লৈগদবা ইত্তমদি ইপাম য়ুমলেন্দা লৈঙেদা তানথেংবনা লৈখয়ে । লাইরয়েন্দা থোগম্না লৈগদবদি চাদোন শুদেনবু লোমদরি অফবা ফত্তবা লৈবাক্তী নোংদম্মু পাউশা খোগম্না লৈগদবা লারৈনি শঙলেনবু লৈতম্মবা থোপুশে ।। মরুগী নোংদম্মু তানফংলবদ থুদক তত্তুদা য়ুমজাও লাইথন তাববু শাতম্মবা থোরাংলে ।।

# য়ুমজাও লাইথল তাবা



## য়ুমজাও লৈমগী লাইশঙ শঙলেন

লাইয়ুম লাইগনতাবা য়ুমজাওবু শাবা লোইহনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৮৮ নোংদালাই কুমশিং ৬১৮ লৈচংবগী মেরা থাজা নাংমা পানবা নোংকোরো ইরাই মুমিত্তা শেম্বা শাবা লোইহনা মতুংদা নোংদম মরু লোংমুজাম্বা, কাইবিরোন মরু থোংঙাইবা মরু অনিনা থৌরম্ব লাইরকচন্দা নামুংনবা শিম্বাকনোংদম্মা থৌরাংহনা লৈবাক হৌনা অশাই অশম তিন্না অশে খোংকাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংবন লাইগী লাইবাও লো, য়োইরেন খাবী লেংবা লৈকা লৈবাংনা থাজা ৫ নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপগী অয়ুক্কি কোলুপ মুংথিল পেপ্পা লৈতয়ক্কিরিংদা ভবেশ্মগী লাইমিংবু ওম লৈথুপ লৈপুবী পিশান্ন ক্লীং হ্রীং হ্রীং য়ুমজাও লৈমরেল লাইরেম্বী নংহুম্ন লাইয়ুম লাইথন তাবা য়ুমজাওকা ৫বু লৈগুল্লে খুবম্বু য়াহনা খোংশংবা লৈকম লৈগুন তমলে, নোংকোরো ৫ নি হরাও তয়াম্ন শাকোই লৈশানা ।

মৈতৈগুগী ম্না পুরিং লৈতাদে অরাবা মুংঙোনবা থোকোক্কে ঝোঙমখিবা চংলমবু নোংমা নোংমগী থোকাওনবরা হাইনবু কোরো মুংশাংলক্রগা থোইনদুম রাঙমলক্কে কুমজা লাকয়েন তাইদোরে ।। মৈতৈগুগী মুংঙোন চংলমবু য়েংবা থোয়েং লৈফম্ববু থোঙমদরে নোংমাই লৈমা পেতংঙা য়ুমজাও লৈমা লাথুম্নরিবী, করম্নো অশিংদে পুন্সি ফালমবু লৈগুদনা তোকঙমলনি মত্তো

অশুম্ন লৈঙম্নবদি হাইতুনা মংলানচান্দা লাকুনা য়াকৈররে । মৈতৈঙ তৌঙম্নিবা চৎলম অশিদি লৈবাকপু রাহম্নবা ভাঙম্ননি নদাইরেন্দি তাইবংলেন্দা থোগমগদবা নত্তে ঐগীদমক্তা অরা রাথম্নবদো লৈথানবা তৌবিরো, নদাইরেন ঐনা লাইরমলেন্দা মৈতৈঙগী থোগনবু নোংকোম্নো অমত্তা থানবা লৈত্তনা তুংইন থোগঞ্জরিবনি ঐগীদমক্তা রাগম্ন মৈতৈঙশু পুন্সি মুংশাং লৈহক্লে তাইবং ইপোক্কী চৎলম ইথৌ ইঙম্ব থোরোই থোপুনবা চাদা নাওদানবা থোপু থোয়েংনবিরে। তাইবং ইপোক্কা পোক্রম্বগী থোঙম থোপুনগদবা লুতুঙ্গী নঙ্গী ঐগী তিল্লু লৈফম্মীম্নগদব। লৈফম্বু লৈরাংলি, চাদা নাওদাবিদতুনা ঐবু তিল্লু লৈফম্বীরোই থোপুনবরা তৌঙম্নিবা অশিদো নশানৌ ঐগীদমক্তা লমন শিংবগী মুংশি মুংতোনবা নত্তরে ঐগী লারৈ ফালম্ন কাইহম্নবা তৌবনি নত্তে মত্ন তৌবিরম্নু চাদনবা তৌবিংখো পাউশারৈ ।। পাউশা হেক লোইবগা মিকপ তেক থোক্লে নোংঙান তুবু উঙমতুনা লেংথংলে ।। উম ঐনা লৈথল্লম্বা চৎলম অশিদি মাগী ফালম্ন কাইনবা মাংনবা থোপুবা তারম-লবোই অত্তুদি মানা নিংবা লাথুপ কালম্ন কাইদনব। মানা তাকপা থোদাবু ঐনা থোঙম থোপুজবনা নোংমাইগী লনশিংবা ওইরগে রাখল রারেপ্লে । লাংচকী কুমশিং ৩৭৬৭ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৯ চংলকপদা মনুং মত্তমবু চাত্রবদ নৌহৌননা মৈতৈঙ নাংদিংথোং লুচিংবা কংলৈ পিবা মদাইরেন (১) কৈরুংহনবীবু লুতিন লৈনৌরে ।। (৩) মতুংদ ইবেম্ম অপাম্বী নমুন চাংবী লোএ ।। (৪) মথংদ লৈমা শংথুবী লমত্ত লোয়েংবী লোএ । (৫) মথংদা লৈমা খোইরু লাংমৈ চন্নু লোএ। (৬) মথংদা নিংথো কুরাংবা চন্নু লৈমা লাইরেম্মা থোংতেম্বীনে, (৭) লৈম অংগোপাম্বা চন্নু শরিক মোম্বীনে (৮) লৈমা ইরে কোনফবীনে লুতিন লৈয়াদ্রনা মৈতৈ লৈমরেন নিপালবু পাম্নতুনা স্না থোখনবু তৌহল্লে । মৈতৈঙ লৈবাক্কী লুচিং পিবাগী স্না পুক্রিংদা মদাই-রেন ইবেম্মা নিপানগী মনুংদা লৈমা অমত্ত ওইরবশু নাংদাবু তানফংগবরা রাখন্দুনা লৌবনি অত্তুবু তানফংনদরে ।। স্না পুক্রিংবু অরাব লৈহন্দে, ঐনা নৌহৌন লুতিন লৈরোরুবশে অরেম্বনি ঐবু নাংদা তানফংলরোই ঐগী ফম্বাললেন অহানবা মৈতৈ লৈমরেন লুচিং ফম্বালবু রারেপ্লখিবদৌ নোংমাইজ্নুনি ইদাইরেন্দি য়াংদন ঐনা করম নাওদগনি রারেপ লৈথমদবা পিবা ঐনা হাইতুনা নোংমাইনু মদাইরেনবু নিংশিং রাহোম্নরক্লে । মৈতৈঙগী মুংতোল অরা রাখনবু তাবা উঙম্বদা থোঙম্নক্কতুনা মৈতৈঙগী মংলান্দা অমুক লৈঙম্নতুনা পাউতাক পাউশানেমলে ।। "মৈতৈঙ নদাইরেন্দা করিবু রাহংলিবনো নদাইরেনবু লৌখাম থোরোংনজদে নদাইরেন স্না নাত্তা ইযুম য়ুমজ ও শাঙম্না ইফম থুবম্ন লিংনা লৈবদা মৈতৈঙগী লৈবাকী মুংতোই য়াইফা নোংদমগে অরা অনং তাম্নংবা তানফংগদবা লৈববু লৈত্তাক লৈকন্নবা পাউশানগে লৈবনি অত্তুবু থোরম থুদিংদা ঐনা থোয়েংনবা তাঙমলে স্না পুক্রিঙ্গী লুমলাংদা কোরৌ অসিদগী ঐবু কোইজাই লৈফম্নরগে।। মৈতৈঙ ইপারি নংদাবগী মরক্তা পাগী পুগী তৌনথোং লাইথোংবু লৈথিবা নপারি অমবু

য়াউঙমলগনি ।। পারি ইচাগী য়ুমলোন্দা ময়ুম য়ুঙ। লাই ওইনা লৈঙমলরগে লারে লাথুপ অমনা নদাইরেন ঐবু নমোম নচা ওইনা পোকুনা স্না নাক্তা লৈঙমহুনা চক্লেন অসিদো লেনঙম্নবা শালম অশিদে। কোরৌ অশিদগী থৌশিন থোৌনখ্রগে ।। খোইয়ুম ফালমগী লাইরকচন ওইনা লৈত্তিন লৈকম্ন। ফম্বাল রাশকপু কাইনবা তাইবং লক্তা শাথোক ফম্বাল লাংঙম্নশি চাদা-নাওদা-দবদি পিবা ফম্বাল লৈকম্বদা ফম্বাল থক্তা মিংস্না ইর। চেন হুংশি কাইনা হুংঙোন লৈফম্নহুনা ইরা চেন্না লৈকুম্বা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্তী ময়ুম এপুপ শথাই ৭ না মপুক থোইশাও অঙক ইরাং হৌঙম্না ময়ুম খোঙ্গুম্নখিবা থৌরমগী মৈতৈঙগী অয়োন লংবা মরানিবু লৈখংহনগে হাইহুনা ফম্বাল মেনবু লৈপু লৈশংবা নবুধো পাথংবগী তাঙরোইলাই ভুবি লাই পাখংবনা থাবৈ খরা লৈশানা নৈবা খুদিংবু কাইনবা থৌয়েৎপনি ভছুবু কুমজা অশিদ। চাদ নাওদাববু তানফংনব পূকম থাগোম্না ভুবি ইন্দাই রানিনা প-খংবা নবুধো নোংদলাইবু ইরাংনা থৌনিও । চাদ-নাওদাববু তানথোংনা খুঙাও লৈচাওবব তানযংন; ফিহোং চাকহোংনা লৈবাক খেইজং খোইদনা লৈপানবদো তানফংনব, ওইগনি ।। মেন্দোং ফম্বালবু লৈথক লৈখা ইরাং লৈদা থৌনিনা থৌরনগী লাইরকচনবু রায়েন কুচু হনবদা পনম খুদিংবু রাহং থৌনিনা নোংদম পাউশবু থৌপুনা নপুক হরাও ওয়াম্ন থৌনি লৈপাইও ।। মেন্দোং য়েন্দাই রাবু লৈনিফমদগী লৈনিনা ফম্বাল ফানগো মরিবু লৈহৈ লৈশংনা ভুবী য়েন্দাই লৈহুম্নগ নবুধো নোংদলাই পা-খংদা লৈরাংঙ ফম্বাল ফমলেন লৈকম্বা হাইবশে নবুধোগী লৈফম্নি কাওগনু । মিকপ তেক থোক্লে য়াকৈনা ফম্বাল্লে কদাই পবম য়াম্নিদা মশিদা শংজ ইথালবু ভ নফংনবা তাঙমগদরা নোংদম্বা ননা কুনি থোঙম ওথীয় হাইনা লেংখবুনা চীনকু মাইতানা থোরম্ন পরন থাইনা থৌশিন কম্বাল লাংন লৈঙম্নি । ভাইতাক রাথল্লুরগা মকোক মউ ইতুম্না খুজিন-খুয়া লৈশেংনা ইরু মাইতাহুনা মপুক হংশং মাইতানহুনা হাক্লেন লৈকংপা থৌদোইহুনা নোংদম মরুন লাইমিং থাগোনব, থৌরোইবা মতম্ন, ভাইহুন লৈঙমলে ।। নোংদম মরু লোংমুজাম্বশু লাইমিং থাগোনব লোইহুনা নোংদম শাংলেন্দা লৈফমলে ।। মৈতৈঙ নোংদম করিবু স্না থোংলেংশিল্লকপা ? মৈতৈঙন মংলানচানবু রাহেংমলে ।। নোংদম মরুনা মৈতৈঙ খোইয়ুম ইমাগী পাউচেন্দী নোংথো য়াইদা রাবু পাউশাবনি থৌঙম থৌপুদব য়াদে থৌৎমবু লাইরকচন নামুংদনব থৌরম পুপা লৈনিঙ্গনি ররানা ।

## মেরা মেন্দোং অতাই ইরাং য়েনচন পরম

লাংবচক্তী কুমশিং ৩৭৭৮ নোংদাল ই কুমশিং ৬৭০ গী লাংদনগী থাজ ১১ নি পানবা নোং কোরৌ ইরাই হুমিত্তা নোংদম মরু লোংমুজাম্বগা কাইবিরান শঙলেন পুবা মরু মচ থোংভাইবগা

লুচিংছুনা লুরাং পিবা পুনসরেন, অঙোম পিবা পুরান্থবা, খুমন পিবা শেনবা. মোইরাং পিবা চাফবা মরিনা মাগী মাগী য়ুমদাবা শখাইগী লুচিংবা অশাই অশমগা লোইনছুনা অমাই অনপ লৌশিঙ্গা য়োইরেন খাবী লেঙ্গ ভিন্দুনা কুরুম চৌংলোন - লাঙ্গোন চৌংদা কুমছুনা মপা ইবুংঙো মৈতৈঙ. লোইরেন উবা কোম্থোবনা য়াংলো লমগাঙদা তুবি শমচেৎ রানিকম, খোংনাংনা তমথরকপা লাইয়াম্না কুমথরকুনা লান্দনবা লোক, কৌবা মদাইমদা, অতাই ইরাৎ পুরুম্না, অশৈবা খোংফাং তেংথানা, মেরা মেন্দোং য়েনচন রা. তুবী তুঙ্গী ইন্দাইরা, লাইরেন খাবৈ রাবু অতাই ইরাৎ হুংদাইনছুনা মেন্দোং য়েনচন রাবু শৃঙ্গাও লৈচাঙনবা, চাদ নাওদানবা রানিছুনা মশা মরেং মাপন লাংকপ ফাংববু লৈয়েংনা য়াম্লগা শমু লেংদা থোংনা লৈবাক চৌনা হরাও তয়াম্নছুনা পুঙম্নরুগা কংলৈ স্না পুংদা লৈথয়ে ।। মরু অনিনা শিম্থাক নোংদম্না মেনগী খুবম লৈথক্তা উয়ুং মরি য়ুংছুনা লৈবাক নোংপৌ পাদম্না মেন্দোং ফম্বালবু লৈশারে । লৈবাক অশাই অশম্না মাগী মাগী মথো শিম্থাবু থোঙম থোপুনছুনা চাদ নাওদানা লৈপান্নবা লৈচাও শৃঙ্গাওনা পুক্তি মরা লেমক লৈশোক্না লৈপান্নবা চাইবগী রাখল থোপুনঙম্না মপুক হরাও তয়াম্না থৌশু থোপুনছুনা শেম্না শাবগী থৌরপু থোরোইরে ।।

মেন্দোং লৈছন কুমিৎপু থোরেপ্লে : মের থাজা ভগ্নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী অয়ুক্তী কোলুপ্তা নোংদম মরুগী থোদা পোপুনা কাইবিরোন মরু খোংঙাইবনা লুচিংছুন লৈকাই মরিগী মেনকম মরিবু অতাই ইরাৎ পুরুম্না য়েনচন লৈপাইনা য়াকৈছুনা মদাইরেনগী মশক্তপু লৈমেৎ লৈশানা ফম্বাল ফিরেন শেৎপীছুনা লৈথয়ে ।। লাইনিংথৌগী য়াইফনবা কাইবিরোন মরুনা মতুংদা মাইগৈ শুংদাই মরিগী থোইয়ুম লাইবুংথৌবু অতাই ইরাৎনছুনা থৌনিরে ।। মতুংদা নোংদম মরু লোংমুচাঙনা হৈরা পানা অথেনপোং লৈছন ঙম্ন থাদুনা মেন কম্বাল থোঙ্গী ফানখোং মরিবু খুবাক মরিলক খুছুনা পাউশানছুনা ফাংথোং মরিবু নীকশিল্লে ।। "স্না লেম্বী থোরক্লো খুংপাক লাইক শাবিগে খুৎপাক লাইথম শাবিগে পপ পপ ভ ভপ" মতুংদা স্না লুপা কোনয়াই থোপুনরক্লে । "হৌ ইরোই ইমদোনবু ইনা হল্লো, চৌ কংলৈ স্না পুংমাইয়োনবু লম্মহল্লো লয়েন্থ অনি থোকও, লৈমুরোল লোল মঙামক অপোক চনু থোংঙাই ভম্পাক লৈশুক লৈশোই য়াম্বীও, ঐবু শিঙবা মালেম লৈস্না অঙাংবনা মালেম লৈগা ভাইরবনে, কোরৌ নোংলু অপানবনা কোরৌ নোঙ্গ ভাইরবনে, হৌ করশি নোংদপা কুবিরে" লৈঙাই নোংদাইবু লৈঙল্লে ।। মতুংদা ভাওরোইলাই পুংদা কোনয়াই অমুক লৈছন্নব থোপুরে. চাইরেন পুখম অমা য়াম খরা চাইছুনা ভাপু মরুম অমা ইরু মাইভাবিছুনা থিল্লগা থাদুনা ভভাইলোন পাউশারক্লে "স্নহিং মিকোনবা, স্নাহিং মিকোনবা, স্নাহিং মিকোনবা, স্নাহিং মিকোনবা রে রে রে ।।" মতুংদা ফান্দোংম্নুবু লৈফান্দুনা লৈহাং থোনিনবা থৌরাংলে মফম অশিদা লৈবাক খুবোম অমা লুনা হন্দোক্লে— তৌরে,

ফিরাল অহুম খোইরু থাংমৈ—মৈশং অহুম, হৈনুক অহুম পানা অহুম হে মনম নাইবা—হৈশাং অমগা কোইনা থারে, লৈঙোইগী ফুল অহুম শেয়ে ।। পুথম অমদা ঈশিং থর হাপ্লুনা মথক্তা থাজংলে ।। মথক্তা শংকুপ্লে মনা অহুম্না কুপ্লে ।। মথক্তা ওইনা নম্বা নমশা কোকয়েং শলাই অমা হাপ্লে । ষণ য়োংমানবী মচুগী ষণবাগী মখোমবু কোন মকুংদা হৈথরে ।। মমশ শল ইদা খুং য়েংনা পাইক্তুনা থৌনি লাইশোল্লে, "ঐনে নিংথৌ, অতোংবনে লৈবাক লৈচাও খুঙ্গাঙহংসিও চাদ নাওফমল্লু পিবা কংলৈ শংবা কাফদে, লৈবাক মরা শুথা লৈপানবা কুবিও" । মতুংদা ফম্বাল মেফদো য়েংচনফম্বু থৌনি লৈপাইনবা থোপ্পুরক্লে; লুতোদ ফম্বালগী মা তাঙ্গ অনা লৈশংলেন মরোং জম, হৈকক পানা থাঙ্গতুনা থারে ।। শেপ্লেং অপাম্বগীদমক্তা মা তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ, ক মতোন থোকপা ৫ পানা মনা মপুম ৫. হৈকক ১, মনম নাইবা হৈশাং অমগা ফম্বাল মেন মথাদা লৈথারগা থৌনি লাইশোল্লক্লে ।। তুবি ইন্দাইরা লাইরেন থাবৈ রানিদো হে লাইমিংথোই হে লাইনিংথৌও নখুং য়েক্তা, মুমিং পুবা নখুং ওইদা থাবু পুষও লাইনিংথৌ শাদোবা নং চেৎনা তোংঙ্গা লেঙ্গনো মুংঙাইবা য়াইফংবা, চাদাবা নাওদনা, লৈচাও খুঙ্গাওবা চাকহোং ঙাহোং ফিহোংবা লৈবাকপু চনিং মরা শুপা লৈপানবা তাপ্পুং পারা শাংনা তানফংবা পুন্সি ইপুন মরা লেমকু লৈশোক্লা মুশাংনা লৈঙম্বা কুমিবা ওইবিও ওয়া ।। মতুংদা লৈথারোনবু লৈঙাক লৈতাইনবা থোপ্পুরে । হৈর কহোক অথুম থাঙাও লনোই লফাং হৈফাং চংথোকপা মা লুপা তাঙ্গ লৈরাংনা অনৈ চাক থাপ্তুনা থৌনিরক্লে । ঢুচিং শান্নিনি গ্রাকচাং মা থেঙ্গুচাংনে তোরোম ৯ মকুগী লাই তিংচ য়াইতথ, মতিন মরাই মত মকাপ লাইবু কারক্কনি হাইবগীদমক্তা কারকপা ঙমদনবা হাইবগীদমক্তা চিবা ১ দা লাইনিংথৌ লাইমিং কোংচিলেন কৌবা নংম লাইমিংবু লাইগিংলেন কিনাইবা থাকৌনা লৈকমতুনা থো ঙাকপনরা কোংনিংথৌনা ঙাক্তুনা অমম্বা ময়োল ৯ দগী ফক্তবা হৌদিবা নোংদম লৈকারকপবু ঙমদনব ঙাকপীরিদে ।। খোংলমদি মাঙ্গিং পাথংবগী লাইবুংথৌ ১০ গী খোংলম্বু ওইবা, লৈরোল ৯ গী চিরা ওইবা মুমিং সিঙ্গুম ৭ থাজ ১২ গী মনুংদ পোক্লিবা তাইবং মথৌবু লৈমতেক কোএ ।। খোইয়ুম নথোই পুম্বনশু কুবি নোংদম্বীও, লৈঙম্বা লাইনশু ফম্বাল চেৎনা ফম্বীও থোংঙাক লাইনশু থোংঙাক থোংথিং চেংন সিসিতুনা লৈথোং থোং হা বিগনু কুবিও অতুগুগী খাইয়ুম পুম্বনু হৈরাং লৈরাং লৈহুম্না অনৈ চাক্তা থাংজবসি শেংমুদনা কুবিয়ু ।। হয়ম ।

নোংলোন ৯ বু লৈঙাক্লে : নোংথৌ নোংলোন ৯ দগী লৈবী শঙাইশেম মতিন মকাং কক্তবনু তারক্কনি হাইবগী তাঙদমনবা হাইতুনা চিরা অমদা লাইনিংথৌ কোপ্তোরেন লাইমিংবু লৈফুরেন কিনাইবা থাকৌনা লৈকমতুনা থোংঙাকপনা কোংচিংলেন্না ঙাক্লিদে ।। লৈবাক ফক্তংবা অরাবা তাপ্পেংনচম্নবা ফক্ত হৌদিবা নোংলোন্দগী তাঙমলককদবা থৈবিকপু তারক্তনবা ঙাকথোকপবু কুবি নোংদম্নীদো মঙাকথোক্তা

ঙাকপীয় লৈফম্নকপা মফমথোক্কী ফংদীও খোইয়ুম পথনগুম্ব কুবি নোংদম্নবিও অচুম্বঙ্গী নঙম লৈহকপা চাওবা নংখোইবু পুরুম ইরাং লৈহুম্না অনৈ চাজা লৈখাংজবনি কুবিও ওরা ।।

নোংথোবু লাইত্তানইরক্লে : নোংথি নোংখোংবদা ফত্তবা মতিন মরাইবু হৌঙম পোকওম্লকনি হাইবগী পোকওমদনবা হাইবগীদমক্তা নোংথৌ শোরারেন লৈফম সনা ফম্বাল শাংলিবগী মথক্তা মত্তোন্দা ফম্বা লাইমিংথোই অশিবা মরুনা লাইমিংবু শরা নোংফুরেন কিং খিংনাইবা থাকো লৈহুম্না লৈকমহুনা ঙাকনারিবা হে মরু খোইয়ুম নতিক লৈহকপা নঙান লৈচাওবনা লৈবাক্কী কুমগী নোংদম ফত্ত হাওদিবা তৌন কাংনা পোক্তুনা অরা অনং ওংম্বেংনগাদবা লৈবা খিবিকপু পোকহন তাহনবিগম্ন মফমথোক্কী মফমথোক লেংদনা চেংনা ফম্বীও মঙাক থোক্কী লৈঙাক থোক্না ঙাকপীও অচুম্বঙ্গীদমক্তা খোইয়ুম লাইমিংথোইবু লাংচবনি কুবিও ওরা ।।

লাইরমলেনগী চংলগু পরম কাইদনা মরু অনিনা খোশিন থোপুনা অতাং ইরাং মেরা মেম্মোং য়েনচনবা মিংহুন থাকোনা মেন ফম্বালবু তুনী শমচেং রানি রানা শাহুনা মবুধৌদা লৈহুল্লগা লৈনিহুনা মতুংদা মদাইরেন নোংমাইলুবু মিতন্ন শেনগং শাংপবু ওইথম ফম্বাল লাংনা লৈথমহুনা মৈতৈঙু নাওথিংখোংনা য়েংনাম থংনা থমহুনা লৈবাক্কী লৈমরেন পুম্বনা মানা মানা হৈবা অনোই লোনবু খোথম্নহুন নোংকোরৌ থাজা ২১ নি পানবদা হরাও তয়াথা খোবোইহুনা ফম্বালবু লৈকুম-নহুনা লাইলৈমা নোংমাইলুবু মপম লাইশং য়ুমজাওদ য়াহিপ নাওশুম লৈথল্লে ।।

## মৈতৈঙু নাওথিংখোং চাদা নাওদা তানফংবা পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ২৭৮০ নোংদালাই কুমশিং ৬৭২ গী কুমডিন্দা মৈতৈঙু নাওথিংখোং কালৈ ফম্বাল লৈশংবা পিবাগী মদাইরেন মৈতৈ লৈমরেন কমথেন ৭ লৈপু লৈপম্বী থমশুরোন চীংয়াইশু রাঙ্গোল শঙ্গমহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজহুনা চংলগু নিংথি চংখোম্ন। লাইরফচনবু কাইদনা ঈপাম্বাবা নুমিত্তা থৌনিহুনা তেঙ্গে ১ না লৈকন লৈঙাক্লা লিরুং পাইনা থৌনিনা মচা ইবুংঙোগী মমিংবু খেংজেকচা থাকোরে ।। মতুং নোংদালাই কুমশিং ৬৭৮ কী চহৌদা লৈমরেন কম্লেন ৭ লৈপুবী থমশুরোন চীংয়াইশু মচা ইবুংঙো অমগা তানফংহুনা মমিংবু পুং ফৈলাম্বনা মিংহুল্লে ।। মথক্তা লাংবচক্কী কুমশিং ২৭৮২ নোংদালাই কুমশিং ৬৭৩ গী মতুংদা মদাইরেন ইবেম্মা মোইরাং চম্ন কৈরুংহনবীনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজে মমিংবু নিংথৌহন মিংহুল্লে । নোংদালাই কুমশিং ৬৭৮ দা মচা ইবুংঙো অমগশু তানফংজহুনা মমিংবু নিংথৌখুবা থাকোরে ।। কুম অসিগী মতুং পোইরু থাজগী তুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেনগী অয়ুক কোলুপ ৬ তা খোইরু লংমৈ চম্নুনা মচা নিপা থিঙ্কোল য়ুমকুম্বা পোক্লে । কুম অসিগী রাকচিং থাজা তুম্নি পানবা লৈবাকপোকপগী

য়াচংলকপদা নিংথৌ কুয়াওবা চন্নু খোংতেনবীনা মচা লিপা অমা পোকচনুনা মমিংবু নিংথৌ মকাম্বা মিংছল্লে ।। ইবেম্মা শংখুবী লমদা লৌহোংবীনা মচা ইবুংঙো থিংনাং শংকমচাম্বা পোক্লে ।। নোংপাল্লোন শরিক মোম্বীনা মচা ইবুংঙো নারিন খোম্বা পোক্লে ।। মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৯১ নোংদালাই কুমশিং ৬৮৩ দা মচা ইমেম্মা অমগা পোক্নুনা ইরেম নাও খোম্বী মিংছল্লে ।। মমুং মতম চায়বা মতমদা লুয়াং থমোইথংদা থাজখি ।। মতুং কালেন থাগী ৫ নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেনগী মুংখিল পোম্বা লৈছুনবা মতমদা ইবেম্মা অপাম্বী নামুল চাওবী য়াঙ্গোল শঙ্গমছুনা মচা ইবেম্মা অমা পোকুনা লাইমিংবু থবাতোন মিংছল্লে ।। ইবেম্মা নাওমুল চাওবীনে, ইবেম্মা ইরে কোনবীনে, ৫ শুবীগা ৮ শুবীগা অনিদো মচা পিব = নিপা পোক্কবনিনা মাংদাংশিং চন্দে লাইরমজেন্দা চাদাদে য়েরে ।।

# শম্নু যুবরাজনা চশাৎ লান্দবা, কেপ ৭ লুমাই ৯ খুদোন তৌবা, মরুপ শান্নদুনা লময়েংবা চেক পুখোকতুনা ফ়ুরা-লাইয়ুম শাবা তম্বীরম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৯৯ নোংদালাই কুমশিং ৬৯১ গী কালেন থাঙ্গুংদা পোং নিংথৌ শুখাম খোম্বগী মনাও শম্নু লৈঙাকপা = যুবরাজনা চশাং লোইচনগে লাক্লে । মৈতৈঙ্গুনা চেপাও য়েক্নুন মনাই লৈশংখোম্বগা, তরুং লাইজাওগা, খোংকৈ লোইয়ুম্বগা অতম্ব থাজুন ইনচল্লি । মৈতৈঙ্গুগী লমগী ঙমখৈ তাবদা অসিদি য়াদেন মৈতৈ কংলৈ লৈবাক্কী মনুং চনবা লম ওইরে হাইদুনা হল্লক্নুনা মৈতৈঙ্গুগা লমমিৎ ভুমিৎ তু তৌলোনবু পাউশানা তাকপীবে ।। মৈতৈঙ্গুবু শাংদনব থেম্নোনা খে তৈব কেপ হাইনা মখোন মাপন পানব ৭ কা লৈহাপ লৈরাংলবা খে তৈবা কানো হাপ্পা শাব লুমাই ৯ গা খুদোনপোং মাইয়োক থানা লোইরিনবা == মপীচা শান্নে, চান্নবা ম্নংশিনবা মাশু ঐনি, ঐশু মানি থানবা কাউনবা য়াদবনি থানবদ ঐশু মাশু লৈমাংবনি থন্নদুনা তিন্নরে ।। ইরিন তুরেলগী তুদোরোনবু তাদদা শমলুনা তুরেলগী মরুবু লৈফম থানিংছুনা মৈতৈঙ্গুবু থৌহৌনা লময়েংবা চৎলে ।। মৈতৈঙ্গুনা চৎশাৎ, তোংঙু, মশাঙ্গী চীংশাংবু কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী লৈফম্বু তাক্নুনা খংহল্লি । তুরেল মরুবু লৈথিবদ থিঙমদনুনা ইথোং অশিংগী মরু অশিংদি নোংপোক পাংবা কাখ্রে হাইনা লৈহল্লক্লে । মতুংদা শমলু যুবরাজগী লৈনবা য়ুম অমা শাবিদুনা লৈহল্লে, য়ুমফম্ব পোং মফম কৌনরে = অপোং ইংথোলশু মহাইয়ে ।। কুমজা ১০ চুপ্পা মাইংগ

৪ বু নৈয়েং নৈকোইনা নৈঙমতুনা মাগা লোইনরকপা লানমী অশাই অশম্বু চেক হাইবা মশক অমা নৈপাক্না শাতুনা মৈতৈ অপুম্বা উহন্দুনা মতুংদা মথল মথেল নাইনা শাতুনা শেম্বা শাবা হৈনবা তম্বীতুনা ফুরা—লাইয়ুম শাববু নিংথি চংখোন্না হৈহল্লে । মুঙ্গী লাইয়ুম শানবা মুংহোন মুংচিংবগী অরাববু থোকোক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৫৫ নোংদালাই কুমশিং ৭৪৭ কী মমুংদা নাওখিংখোং হৌ কেগে লম্মহন্নবনা কোনবা লম্বু রায়েন থৌপুবা মোইরাং কৈরুংবা চরন ইরাৎ থৌববু হাপ্লিতুনা পিবা থৌপুনহল্লে ।।

মচাইবুংঙোশিংনা য়ুমদাবা ঃ

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬১ নোংদালাই কুমশিং ৭৫৩ চংলকপদা হৌ রাইরংনা কোনবা লমগী রায়েন থৌপুবা ময়ুম এলুপমা অঙোম পিবা অঙৌপাখং কাকপা ইরান লাম্ববু মৈতৈঙ্ কংলৈ পিবনা হাপ্পীরে ।। মৈতৈঙ্ নাওখিংখোংনা মচা ইবুংঙোশিংবু লাইরকচন মৈতৈ চৎলম লুতিনবু কাইদনবা নামুং চৎলম্বু থৌপুদনব রাখন্নতুনা মতম পুম্বদা শিন্থা নোংদম্বা শিন্দম্বী ।। লৈবাকপু অরা অনংবু লৈতত্র য়াইফং য়ুম্বাল ওইনবা নোংদম মরু লোংমুজাপগী মফমদা থৌকাপ্পদতুন রাজেংমতুনা কাইবিরোন মরু থোংডাইবগা লোইনতুনা চৌংচু লাইথোং খুদিংদা কুমজা খুদিংদা পুকম খংগোন্না ইরাৎ থৌপুনৈ । মতম্ব নুংশাংনা অরা অনং লৈতনা লৈপানবনা মচা ইবুংঙোশিং খরবু য়ুম্বাল য়ুমখাইনা য়ুমতাবা হৌনরে ।।

---

ইবুংশংবম, খুমল্লম্বম, খোইপ্পাম, শুখাম, সিঙ্গাম, লাইতোং, নামোইজম, ময়াংলম্বম, নপচবা ময়াংলম্বম, নাওরোইবম, (খোইবা) হাওদৈজম, চানিংশেনবম, ঙাঙোম, কাংঙাশেনবম, লাইশংবম, খোইমুজম, খাইবা লোইতাম, শিনাম, ইরোম, নামোইজম থিংনাম, অথোম য়ুমদানব ।।

১ বা থমশুরোনগী মচাইবুংঙো পুংফৈ লানথবনা নোংমাইপেম্বী পান্নতুনা ইবুংঙো ইপুংশংবা পোক্নুনা মচা ইবুংঙো অশিনা ইবুংশংবম হাইনা য়ুমদারে । মথংলেংনা শমথখিবনা খুরাই তাবা ইবুংশংবম পাথোগী য়ুম্নী ।

২ শুবী কৈকংহনবীগী মচা ইবুংঙো নিংথৌহনবা নোংহন্না অঙোম চন্নু য়াথুবী পান্নতুনা মচা ইবুংঙো খুমনলেম্বা পোক্লে ।। মাগী ঈনা চৌংঙাতাবা খুমল্লম্বম মরাম্বগী য়ুম্নি ।। খুমল্লম্বম পুর্নশিংগী য়ুম ।। মোইরাংখাম তাবা খুমল্লম্বম বলদেব । পাংশোই তাবা মোনশাম্বা ।। মাক্কিং তাবা রুপো । মৈতৈ হাওচোংপন তাবা তোলেন খোম্বগী য়ুম ।।

কৈরুংহনবীগী মচা ইবুংঙো নিংথৌ খুম্বনা অঙোম চনু পান্নহুনা মচা ইবুংঙো খোইস্নবা পোক্লে । মামা খোইস্নাম য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা খোইস্নাম শরিকপা ।। খোইস্নাম রসম ।। মাগী ঈনা খুঙ তাবা চীংশম্বগী য়ুম্নি । মাগী ঈনা মথং লেংনা খোইস্নান তোনাবা নোংমাই পেতংঙা নাংথিংখোং তম্বাদোন লাইশং ফুঙ্গালাই লাৎপা য়ুম্নে ।। পোৎশংবম তাবদগী থাইব খোইস্নাম চয়াইরেক শঙফম্বা বিরসিংদি য়ুমলেন্দা থিল্লি ।। খোইস্নাম হাওচো লাক্কে ।। সিথোঙ্গী খোইস্নাম তোয়গী য়ুমশু য়ুমলেন্দা থিল্লে । থাইথিবা । শিনাইবা খোং মরি= চৈশু ২ য়েৎ ওইদা পায়হুনা চৎপা শগোলবন তাবা চাওবগী য়ুম্নি ।। খোংমরিশুবশু লাক্কে ।। খোংমরিগী ঈনা শাগোলবন তাবা শুখাম চাওবা পিবাদি নোংচুপ মিরমদা চৎখ্রে লাক্কে ।। মথং চৈতন্যা গোপালনা য়ুম ভাক্লি ।। শিথোংদগী শুখাম সিগ্না খোংমন তাবা কুন্দোসিঙ্গী য়ুম্নি ।

কুন্দসিংথগী থাইবা লাইতোং চন্দ্রনা মেনোং খুনা চাওব লুরাংশুগী মচাগী পান্নহুনা নামোই-চাখা পোক্লে । মাগী ঈনা নামোইজম য়ুমদারে ।। পাৎশোই তাবা চক্রপানিগী য়ুমনি ।।

থাইথিব মুংয়ানলম্বা মাগী ঈনা নবুল তাবা ময়াংলম্বা মুবা পিবা লাক্কে অৱাদা চৎখ্রে ।। মথং ভলশিংনা য়ুমভাক্লি । ললহানপু তাবা ময়াংলম্ম জিবনসিঙ্গী য়ুম্নি ।। ময়াংলম্ম খুলেন লাক্কে ।

থাইথিবা নাওরোইবম মুরারিগী ঈ লবঙাগুৎং তাবা চৈতনাগী য়ুম্নি ।। পিবাদি মীয়ান লমদা লৈখি ।। জিবোনসিংনা য়ুম ভাক্লি ।। অরোংদগী লাকপা চীংভামখা তাবা ময়াংলম্ম নিলাদগী থাইবা ময়াংলম্ম নিংথৌগী য়ুম্নি । অচানবিগৈদগী লাংমৈ লাক্কে । শেনাবত্তিগী মনাই লাইবা লাক্কে ।। হাওদৈজম মুরারি লাক্কে ।। চংনিং শেনবমগী ভাঙোম কোদোনপোকপী তাবা শেখোরশিঙ্গী য়ুম্নি ।। মংশাংমৈ তাবা কাংভাশেনবন লাইশ বন খেল্লাগান লাক্কে ।।

৫ শুবী ইবেম্মা অপাম্বী খোইরু লাংমৈ চন্থনা পোকপা মচ ইবুংঙো খিংকোন য়ুমকুম্বনা অঙোম চনু পান্নহুনা মচা ইবুংঙো খোইনু চাখা পোক্লে । মাগী ঈন খোইনুজম য়ুমদাব হৌরে ।। খোইনুজম হাওবি মাগী ঈদি নোংচুপ ভারমগী মীয়ানগী লমদা লৈখরে ।। মথদা শাগোলবন তাবা গৌরসিংনা য়ুমভাক্লি ।। থাইথিবা ( লোইতাম লমলোই ) মাগী ঈন নবুল তাবা তুর্গাসিং ।। অকনগী য়ুমদি হাওচোনে, নোল্লি ।। খোইনুজম অঙোমদা লৈবা লৌমি লাক্কে ।। হাওকৈ তাবা খোইনুজম অভিরাম লাক্কে । খোইনুজম মরাম্বা কৈইহিদং লাক্কে ।। নাওতম ফিশাবদা লৈবা নেম্বগী ঈনা ঔৱাংখুনৌ তাবা ধনাসিং= দনসিংগী য়ুম্নি ।

৬ শুবী ইবেম্মা অপাম্বী কুরাওবা চনু লৈকুম খোংতেনবীনা পোকপা মচা ইবুংঙো নিংথৌ মকাম্বনা অঙোম চনু পান্নহুনা শিনাইবা পোক্লে ।। মাগী ঈনা শগাংবা শংবা মুরারি ।। মাগী

ঈনা শিনাম ছুম্বাশিঙ্গী য়ুম্মি । খাইথিবা ইরোম শিনাচৈবা বনামালি লাক্কে ॥ খাইথিবা রাকচীংকৈ তাবা নামোইজম বিনিন্দ্রগী য়ুম্মি ॥ মংশাংকৈদা লৈবা লাইশংবা খেলারাম লাক্কে ॥ খপ্লাংবা শংবা গঙ্গচোরোন লাক্কে ॥ হাওবমদা লৈবা ঈরোম পিবাদি নোংচুপ হাৱমগী মীয়ান লমদা লৈখি ॥ মথং কৃত্তি বাসিন য়ুম ঙাক্লি ॥

৪ শুবী ইবেম্মা অপাম্বী সংখুবী লমতা লমহোংবীনা পোকপা মচা ইবুংঙো থিংনা শংকল চাম্বনা অশাংবম চন্নু পান্নহুনা ইবুংঙো থিংনাইবা লোইচা পোক্লে ॥ মাগী ঈনা খুরাই তাবা থিংনাম দেবান্দগী য়ুম্মি ॥ তমপাক য়মদা লৈবা লমফেল মপান তাবা কানহাইগী য়ুম্মি ॥ মাগী ঈদি নোংচুপ হারম মীয়ান লমদা লৈখরে ॥ মথং পাংঙনতোন্না য়ুম ঙাক্লি ॥ থিংনাম মোনশাং লাক্কে ॥ ককচিংদগী লাকপা থিংনাম খাই তাবা জোয়াগী য়ুম্মি ॥

৭ শুবী ইবেম্মা অপাম্বী শরিক মোম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো নাৱিনখোম্বনা লংমইথেম চন্নু পান্নহুনা ইবুংঙো অখোমজাম্ব পোক্লে ॥ মাগী ঈনা অখোম য়মদারে । অখোম গোবিন্দো লাক্কে ॥ থাঙ্গদা লৈনদি অখোম দেবৰামগী য়ুম্মি ॥

---

# মচা ইবেম্মা থবাদোন লাইরৈমগী পরম

মৈতৈ, নাওথিংখোঙ্গী মপারি মমোম অনিনা লাইলেনা নোংমাইজুনা মপা, ইবুংঙোগী মরমদা তেংবাং খোৎননরঙ্গ খোকাওদনা খোঙ্গয়ুক্লগা স খোৎনবু তানখংদন, নোংগাখিবা মরম্ব তাবদগী মম, নোংমাই পেতংঙাগী তৌবিমলবু হুংশি হুংঙোঙবা ওইদুনা মপুক সুন্নাংদ. হুমিং খুদিংগী খোকাওবা লৈতনা, তানফংনা হৈ-লৈবু পুদুনা য়ুমজাও লাইশংদা চংদুনা মমাবু পুকম থাগোন খোনিচৈ । “ইমা নংবু অমুক্তা হন্না শাখোক্লকখোবা নচা নিংখে হুবনা পম্মোগী কামনবু লনশিংজবা তানফংজববু ওইগন্না ইথুম হুঙ্গা লাইবু ওইজনা পুকম খোংখন্নবু লাৎচগে কুবি নোংদমবিও” পাউশানা লৈনি লাইনিং পরম্ব খোহোংব লৈতনা নিংঙমজবদগী মযুম খোইস্না মিংজন্না য়ুমদারবদা মযুম লাইবু ওইবীগুনা লৈমিন্নরে ॥

মমোম ইবেম্মা থবাদোন খোইদোম শেংহৈদগী মনা নোংমাইজুন, রাখিবা খোরম্ব তাবদা হুংশি হুংঙোন রাখনবু তাম্মেংনখিদুনা নোংকোরৌ খুদিঙ্গী থোকাওবা লৈতনা মমা নোংমাইজুনা নোঙ্গাখিবা লৈকমদা চক্তনা নোংমাইজুবু থাগোন্না মানা পাউশানিংবা রাবু পাউশা তেংথা নাওইবা চৎলম্ব খক তোক্লমদে ॥ “ইমা হুর্গা হাইবা মপোক অশিবু করিবু ইতু অশুক শোলহনবা করিগী ইকাই অশুক থিহনব, রাখলবু মতম খুদিংদা পোকহনবা ইমা তাইবং ইপোক অশিদা

**তাইবং চৎলবগী মথৌবু** ইমা নংনা নীংজবা পৌরম কাউবশুম্না, নমোম নচাবু নীংজব থৌরম্ব তাম্মেংনরোইদবা লৈঙম্লবদি **ইয়ুম** য়ুমলেপ্পদরিঙৈ অসিদা ইমা নংনা লৌশিনবিহুনা নমোম ঐবু ননাক্তা লৈথম্বীও" পাউশানা নোংগাংদনা তেংগা থাগোল থৌজিজ ।। নোংকোরৌ অমদি নোংমাইহুনা **উম য়ুম্বাল য়ুমলিংবা** য়াঙম্ব, লংথুপ্পি নক্তে মৈতৈচগী অরাবা অচুক পোৎ নবা মচ, ওইনা অচুক পোকপদনি লাইরে অসি অকাইব, লাক্কদৌরিনা অচুদি ঐ লৈহনশম্লবা তৌদবা য়াদরে লৈথল্লকুনা মনোম শানা তাইবং ইপোক্তা পেকুনা লৈঙম্লবগী মমোম শেপ্পীন নোঙ্গপুংদা কমহুনা পাউহোম থৌরোইবা লোইনদা মতিক মচানবু চীংশিন্দুনা লৈতিন্নরে, মমোম শেপ্পীগী হক্কী মখৈদা মালেমদা তাহুনা লৈরে ।। মৈতৈচ নাওথিংথোংনা মমোম মচাবু উঙমদে ভসিন্ কদৌরবনো উঙমদেদা লৈহং লৈথিনবদা লাইলেমা পেতংডাগী নোঙ্গপুংদা শিহুনা লৈরমহুনা লৈবাক হৌনা য়েংনহুনা চুকশ, মৈথারে মথৌ মঙম থৌরোইরে উক্রোং লৈতোংনা লৈহন খোংলপ্পু লৈথিন্ন মচ কাইনা মৈচাক্কী নুংঙোন রাখলদা মৈতৈচ লৈঙম খাংঙয়ক্তরে পুন্সি অদোই খোংলপ্পু লৈথিংবরে ।

# নোংমাই লাইরৈমনা মাগী মচা ইবেম্মগী লৈফম তাকপা

মৈতৈচ নাওথিংথোং অহন মঙম্নগা থোইমা য়াম্নগা ওইবনে তবাব। রাখল মুংশি নুংঙোনবগী পরম্ব থরা থরা কোকঙমজরক্লবদা মমোম মচ ইবেম্মগী কাইনা মৈচাক্তা থৌশিন লৈতাপচল্লুনা মদাইরেন পেঙংডাগা মমোম থবাদোনগা অনিগী বখন্দা নুংঙোন মৈচাক্তা রাখলবু তাইয়োন শেরাম্নডয়ে ।। মৈতৈচগী অরাবা মৈচাক উবদা খাংচম য়েংডম্লতবনা পাউশাররে ।। "মৈতৈচ নমোম ইচাদি ঐগী ইনাক্তা লৈঙরে, মনা হাইজশিবদাতি মৈতৈচগী মচা ওইনা পোক্তনা মা নাক্তা কুমজা থরা তাইবংলেন্দা লৈরগে হাইজরম্বু কন্নবু কাউবনে রারনে, তাইবং নাক্তা শাথোকপগী ফলম্ব মুংশাং মল্লে তাইবং মীনোক লাক্লে শেরোম্লশি তৌবনি ।। নপারি ইচা ঈবু ওঙ নিংথৌ খুবগী য়ুমদা ময়ুম কুক্তা লাই ওইনা থম্বীদুনা নপাদি খোইমবনা ফুমিং কৃদিংগী ইরাং লৈহন তৌবীনা নমোম তমফাদোনগা লোইনচুনা নদাইরেনবু লৈক্লে । ইমোম তমফদোনগী লেঙমনা লৈতমহু, নদাইরেন ঐনা চাবা থকপা তৌদনা ইমোম ইচাদ নাওকোল্লি ।। হৌভিক্তী লাইরমলেনগী ফালমদা মা থোগনবু মা নাক্তা লৈকম মা থোগনবু তানফ তবা কুবি নোংদম তম্বীরো রাহোয়ে ।।" মৈতৈচ থোক্লেন মিকপ থোক্লে ইস পাউশা পাউতাক অসিদে ঐগী ইচম লোয়্নেদনা অচুদি ঐগী অরোইব। ইথৌবু থৌরোইনবা তৌদবা য়াদে মা পুক্লিং রাক্লেম্নে ।

# থোইস্লাম য়ুমদা মদাইরেনগী মমোমগী ২ গী শংলেন শাবা

মৈতৈঙ্. নাওথিংখোংনা মচা ইবুংঙো খ্বাইতাবা নিংথৌখুবগা মশু থোইস্নবগবু থাকৌহুনা তৌগদবা থৌরম পুম্নবু লৈতাক্লে ।। মচা ইবুংঙো নিংথৌখুবগা মপাল্লি থোইস্নবগনা থৌদা নোংদম থৌপুনা শঙলেন মমাই মরি পানবা অমা শাহুনা মাইগৈ মরিদা লাইয়ুম চিরোং ৮ লৈখেৎনা শাবা লোইহনা ৱাহংগৎলে, শঙলেম লোইরে তাবদা স্না হকচাং ইরম্বু থরা ফরে ।। মতুং লাংবচকী কুমশিং ৩৮০৩ নোংদালাই কুমশিং ৬৯৫ গী মেরা থাজগী নোংমা পানবা নোংকোরৌ ইরাই নুমিত্তগী থৌরম্ব. হৌহুনা নোংমাইনুপা তফাদোন মচা ইবেম্মগা মৈতৈঙ. কংলৈ পিবা স্না থম্নাল লৈশংবা নাওথিংখোংগা অহম্না নোংদম্না লাইবু থাগোম্না লৈহুন থৌগন লৈরাংবা থৌহৌনগনি পাউজেন্দুনা লৈবাক তাইন থংহল্লে ।। মতুংদা মদাইরেন পেতংঙা মচা ইবেম্মা তফাদোন অনিগী লৈতেং ফিরোন শাখোক থোংনেৎ লৈমরেন শিনাই ফমখোন তরেং লৈপু লৈকম্বীগী ফিরোনবু শুনা শেন্থক শেঙ্গা, শাগোল শাম্নু, চুংটা, শেকপীন হুমাই লৈমা ফিরোন শুন থাবক্লে ।। লৈমরেনগী মশক্তম মমোম মচাগী মশক্তপু লৈশানা নোংদম মরু লোনুতোম্না কইবিরোন মরু থোংতাকনা অনিনা লৈপুহুনা অমাইবী থাৎ লৈনা, তোমেম থোম্বী, য়াংদম লৈমা লৈমা তাম্বু শাংঙনবী মাইবী ৫ না ইবেম্মা ২ বু পাদম্না ফিশেৎ লেত্তোন অশৈ থোনদা লাংনা শামুগী মথক্তা হাপ্তুন পুংশেন য়ৈহুনা থোংগা কুনা লুংকেং ইকোনগী লৈরম পাংবা চপদ্দ থমহুনা লৈবাক হৌনা য়েংনহুনা হরাওরে ।। মৈতৈঙ.না পাউকানৈ ইদাইরেন লৈমরেন বিনাই সমজেন তরেৎ লৈপুগী নমোম নম্বা মচান নোংদনা থোইয়ুমগী লৈহুন লৈরাংবু লৈতন পাগোম্ন পুকম থোংঙাগী হাইবদো নোংদম্ব লাই তোংবানবগী মপুগী নোংদম য়াইবীকোন তরু ইচুংবুংদা মতানবু লৈনম্না লৈদনি ইচুংবুংদগী থাগোন, থাকৌনা থৌরম্ব. রাকং লেংম্না লৈতাকহন নপুন নরাময়াইদা লৈপু লৈথম্না ইরাং লৈহন হুমজনবা তৌওমশি ইদাইরেন. ইমেম ইংখোমনা নরাবু নোংদম্না লাইবু পাউতক থাগোল্লো ।। স্না য়াথং তানফংম্বদা মরু অনিনা ইরোমুংদা কমহুনা লাংইং হিম্নি লৈথনা রাকং পাউগানা ইরাং থাগোম্হল্লে ।। অমাইবী হক্কবী থাবী লৈংনা দুচিংনা শনিক য়াত্রা পাউশা থেম্নোনা ইচুংবুংদগী থেম্নোনা কোঞ্জম্না তংবানব, মপু উংলো য়াইবিরেন শিদবা নোংদম্বা লাইগী মিরেনবু লৌখৎনহুনা পুংশেন য়ৈহুনা পেনা, খুং, থোংহুনা অমাইবীনা অনোই শাথেক লৈহুন্না লাইরেম্বগী মরাময়াইদা তাংবন খুদা লৈথানা নোংদম্বা লাই ( উংলো য়াইবিরেন শিদবা ) থাগোম লৈথম ইরাৎ থৌহৌরে ।। মেরা থাজা নোংমা পানব নোংকোরৌ ইরাইদগী থৌহৌনা ১১ নি লৈপানবা নোংকোরৌ নিংথৌকাবগী নুমিদাংদা অমাইবা অমাইবীনা খেঙো পাউশা লৈরাংলে । মতুংদা উম্নাল্লোন থৌগন্দুনা হিজিং হিরাও পাদম্না থৌথল্লে ।। মতুংদা নোংগারানবু থৌগম্না

তেংবানবগী মপু উংলো য়াউবিরেনবু নোংলোন লৈফমদা লৈথিল্লে । মতুংদা ঐগ্রুই শৈশক্ক লৈঙমহৌবা তাইবং, লাই পুম্নবু মিকোন থাগোন কোঞ্জন্দুনা নোংদম্বগী থৌগন লৈরাংনা মপুক হরাও তয়াম্না তাম্থেংনববু থৌরোইরে ।। মৈতৈঙুনা কুমজা থুদিঙ্গী থোঙ্গমতুন লাইহৈত্থবী মমা মচা অনিগবু লোইনতুনা মপুক হরাও তয়াম্না অনোই শাদম শাকোক্ত লৈচন লৈরাং থৌগন্না নোংদম্বা লাইগী থৌগনবু থৌকাওদনা থাগোম্নতুনা পুন্সিগী মতম্ব ভাইতন্নরে ।।

মৈতৈঙু নাওথিংখোংনা মশাগী অরোইবা কুমজাবু লৈথুংলবদা কুমজাগী মদাইরেন্না ফুঙ্গা লাইওইনা লৈঙম্বা লৈফম মচা ইবুংঙো নিংথৌথুবগী মশাইকোন্দা খোংগুমতুন হরাও তয়াম মিন্নবগী লাইরোই সুমিত্রা হাই, "ইদাইরেন পেতংঙো নংনা তাইবং মাল পান্দগী লাইরন্নেন্দা লৈত্তিনখিবনা লৈহানখিবনা নংগী লমনবু ঐনা তাইবংলেন্দা মনিং থংনা লনশিংববু ওইখিদরে নংগা ঐগবু লৈবাক অন্না লৈখম তাঙমতুনা অনৌবা লাইরকচন্না লৈথুম্নথরবা লাথুপ লাইরেবু অমুক হন্না শাথোক্তুনা অনৌব চংলম্ব অরিবা চংলম্না নৌনমতুনা অরিবনা নৌনা থুম্মোক্তুন নংগা ঐগনা লৈবাকী থৌথন ওইঙমতুনা ইশল লাবা অমোম্ব কোম্ভিল্লশি তয়ুম লৌরম চাবু তকখোক্লতুনা ঐবু মীয়াই লেংদা নাকওমগে নংগু শারেপ তম্না পোকওম লৈঙম্ম্যুক তাইবংলেন্দা রায়েন নোংদম্মিন্নশিকো ইদাইবেন নংদো", হাইনা মিন্না ইরা চেন্না রারেপ্পলম্মগা মা শংগাই কংলে পুংদা লৈহল্লক্লে । থাজা থর লৈরম্মগা নোঙ্গারে ।। মৈতৈঙু পুন্সি কুমজা ১৬১ নি ফম্বাল কুমজা ১০০ নি ।

মতুং লাংঙন থোকওম্নগু ফনানা পুন্সি তানফংলনদাইদা লাকচম্না ওইঙম্বখিনি হাইখিএ, মওমদি অনম্বা অনৈবা লিত্তিন্নব ওইববু নৌন চবি খুম্মোক্তুন থইনম্ন পানচম্নখিনি হাইতুনা মরেন্দা তাকওমখি ।। ঐরা লাল্লুনা খোংচৌখোংগনি কংলে পুমাই লেপ্পুনা শংজৌন মৈতৈ চংলম শাংলগে লাইরকচন তাওঙা ।

## ১২ মৈতৈঙু খোংতেকচা কংলৈম্না থম্বাল লৈশংবা মতম

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬০ লোংদালাই কুমশিং ৭৫৫ লৈচংবদা মৈতৈঙু খোংতেকচানা মপাবুং নাওথিংখোংগী থৌদাবু থৌপুনা কংলৈ মা থম্বালবু লৈশংবা লুচিং পিবা হানফংলে ।। মতুংদা মীতৈ লৈমা পুকৈরেম্বী কংলৈদা লুচিন লৈবাং লৈকংতুনা নৈতৈ লৈমা হাপ্পুনা ওইথম থৌগন ফম্বাল্লে ।। লুবাং পিবা লম্বুবা থোরেন লাম্ভাবা ।। অঙোম পিবা লম্বুন কাকপা ইরাম্ভাবা ।। থুমন পিবা লম্বুবা শেনবা শিংকরাই ।। মোইরাং পিবা লম্বুবা চরান ইরাং লাই কৈরুংব ।। পিবা মরিনা ইরু মাইতানবা ইশেং ইহৈতুনা মযুম লৈবু লৈরাংনা মিংলেনবু থাগোন শিংথানা অশে খোংফাং লাংনা, য়োইরেন থাবী লেনা তিন্না, নোংদম মরু লোমুজাম্বা, কাইবিরোন মরু

খোংঙাউবা মরু অনিনা লাইরকচন চংলগ্নু কাইদনা পৌপুনহুনা লৈকুম্বদা ফমদো ৬৩ গা অশাই অশম পুম্বগা থৌগল্লা লৈকুম্নহুনা কুচু শংলেন্দা লৈচং ফম্বাল লাংহুনা লৈবাক্কী চংলম লুক্তিন থৌপুনগদবা লাইরকচনবু পাউশানহুনা মুংঙাইনৈ। ফম্বাল তোংবগী মতুং থাজা অশিদা মদাইরেন মৈতৈ লৈমরেন ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী পুকৈরেম্বী রাংগোন শংগুমহুনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্কুনা ইপান থৌনি লুমিত্তা মিংলেনবু কৈরেনচা লৈহুল্লে ।। কুমজা অসিগী থামৈদা মোইরাংগী পিবা চরন ইরাংলাই কৈরুংবনা কংলৈ পিবাদা লানশিংলক্কুনা মৈতৈঙু খোংতেকচা লুচিংবনা তাথিরে ।। ময়ুম মোইরাং পিবা চরন ইরাংলাই কৈরুংবা অসিদি মচৎ নাইদেদা লৈবাক্কী চংলম পাগী পুগী লাইরকচনবু নামুং চংলগ্নু থৌহৌনৈদা য়াম্বা লুচিং পৌগনবু থৌশিংদবা চংলগ্নু থৌহৌবা অসিবু লুতুঙ্গী চাদোন শুদোনগী লাইরকচনবু লৈমাংনবা থৌপুনৈ চাইহুনা অশাই অশম লানমী থরগা লোইননা হৌ কেগেপুং য়োনা খোঙ্গুম্নহুনা লাম্হেং লানচাইংঙয়ে ।। মৈতৈ অথৌ হৈশিংবগী মমাংদা মোইরাংগী অথৌ হৈশিংবনা থাংব ঙমদহুনা লানকাইহুনা চেল্লে, চরন ইরাংলাই লেংখরে, কোইনা খিববু ফংদরে থাজা অঙম চুপ্পা মোইরাং এলুপকী পিবা কাংলে, মৈতৈঙুনা কংলৈদা লৈফম্না রারেল থৌপুরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬৪ নোংদালাই কমশিং ৭৫৬ কী চহৌ শক্তিংঙ থাজাগী মহুংদা ময়ুম এলুপমা মোইরাং অঙ্গৈরোংবাবু কৌথঙুনা ময়ুম মোইরাংগী লুচিংবা পিবা লৈহাগ্নিহুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লমগী রায়েন থৌদা নোংদম্বা লৈশিন্নহুনা হৌ ঙাং-ঙোইনা কোনবা লম্থুনা হৌ লম্মহনবা স্না কংলৈ পুম্নাইয়োনগী থৌপু থৌকানবগী থৌশিন্নবু শিন্থাক নোংদম পাউতাকপীহুন থৌপম্লে ।।

## কৈ অঙোবা শাথোকপদ্গী শাথিনবদা খংহৌদনা ঈচাও থোক্কুনা ফমদো ৬৪ শিখিবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৭৬৯ গী চৈংঙা থাগী ৮ নি পানব নোংকোরৌ য়ুমশাকৈশাগী মুংখিল পোপ্পা হুনগংলকপদা হুংপুং ফেদাদগী অথুবা অকনবা পাউ কঙ্গংলঙুনা মৈতৈঙু কংলৈ পিবা খোংতেকচানা ফমদো থরগা লোইনহুনা স্না খোংলেংখহুনা শাগী খোঙ্গুন লিঙম্মি ।। ময়াংলেন্দ খুহুপ ৮ শাংবা মচুনা লুপাগুয়া ঙৌবা পামবা কৈ অমবু শাথোক্লক্কুনা মৈতৈঙুগী স্না মাংদা ময়া কাথক্তুনা চাকাম অঙ্গুম্নক চল্লম্মগা শঙ্গ য়াঙ্গেন মরক্তা নারোং নায়ৈ-শিন্দুনা লৈখি ।। থৌরমবু উবদা মৈতৈঙুনা তাখিহুনা মপুক অকি তুজুং লৈতনা চংশিল্লক্কুনা নারোংখিবা পাম্ববু থিবদা থিবা ফংদয়ে ।। ফমদো অথৌবা পুম্বনা শাথংপদগু শাথেংনদরে ।

মৈতৈঙ্ড্ স্না পুক্নিং চিংনবে থৌরম অসিদি করিনে। ঐদি রাহং পাউহংবশু তৌডমদেদা ইনিংতৌনা লাকঙম্মিদা অহন পাম্নবা চৎলমবু থৌপুনৈদা থৌরমবু করি ওইরগবা অঙকপা খুদম্মিদ, শাথোক অশিদে রাখল্লকুনা কমদৌ অথৌবশিংবু লৌখামতুনা লৈহন্নবা তৌওম্লশি পাউশানতুন লৈহন খোংশাল্লওয়ে ॥ খুদক অতুদা মফম ঈথং থংহৌদনা থাক লাওতুন নোংগা মুংশিংকা লোইনতুনা ইথক ইহৌ ইচাওনা চেন্তরকুনা ঈশিংনা লাকুনা মফম থংদনা ফমদৌ ৬৪ বু খিবা ফংদনা মাংখরে শিখরে ॥ লোং পায়বা নিপ, অমনা স্না থৌগান ওইরমতুন মৈতৈঙ্ থোংতেকচা পিবাগা লোংজাম্বা মনাইগা মপু মনাইতদি হিংতুনা স্না কোন্নুংদা থুংডগ্নরে ॥ মৈতৈঙ্না নোংদম মরু লোংমুজাম্বগী মফমদা রাহং রাহৌম্নবদা মরুনা হাইয়ে, মৈতৈঙ্ স্না পুক্নিংদা চিংনবা লৈরম্নু নবুধৌনা অতুক পাউশা পাউদাক্লম্মনি লৈবাক্কীদমকপু অব রাখল লৈবিরম্নু স্না পুক্নিংবু লেথুংনবা ইপোক য়াইদ তাম্মেংনবা মতম খরদং নবুধৌগী লাইনিংবু থাগোম্না লৈওম্নন, মাইফংনব, ওইরনি লৈফম পুকম খোংলম্ন রাহংববু রাথুমদে । মরুগী নোংদম তানফংবদা মৈতৈঙ্না রাখংলতুনা লাইনিং চংলথু রাহনা মবুধৌবু পুকম থাগোম্না মতমবু ডাইনব, থৌরাং থৌপুনে ॥ লৈখিদ্রিব ফমদৌ পুম্বগী উক্রোং মঙমবু কংলৈ পুদা তৌডম্লগা মতুংদা থৌপুহৌনব, ফমদৌ ৬৪ বু অমুক নৌহৌনবা লৈহাপুনা লৈথয়ে । মচা ইবুংঙো কৈরেনচাবু কংলে পিবা পুচিংবগী ফয়েনবু লৈশিন্নতুনা থৌপুহল্লে ॥ স্না পুক্নিংনা নিংবা থৌরম খুদিংবু পাংথোকুনা লৈবাকী য়াইফ থৌরমবু লেশিন্দুনা অশাই অশম ফমদৌপুম্নদা লৈশিনতুনা মতুংদা থৌরমবু থৌগি থৌয়েংনা শিঙ্গাক নোংদম্না থৌশিল লম্মগা মতুংদা হৌ লম্মহনবা কংলে স্না পুংমাইয়োনগী মতুংদা লৈবা মঙাং মরু শিদবগী লাইনিংপুংদ লৈচং ফঙ্গাল্লাংন, তেংবানবগী মবুংঙো য়াইবিরেন শিদবা থোইম্নুন ৫ গী লাইমিং মেরুববু পুকম লৈপাই থাগোম্না লাইনিং শিংথেক শিঙ্গা লৈহাপ লৈপায়না মচাগী চৎলমবু থৌয়েংনা লৈরম্মগা মরু জঙমগী খুম্নফন পুংগী নোংমাংখা মংখাংদা ফমতুনা লাইনিং পরেবু লৈথান লৈরম্নদগী হংব, ভাংব কৌবর বাথুম্নগে ॥ মতুংদা মচ ইবুংঙো কৈবেমচানা নোংলন মরুদা রাহৌমলুবদ মরুনা মচ ইবুংঙো মপাবুংদি অরান খুবম তাম্মেংলবনি লৈশোক লৈচংনরম্নু মংলেন মুতিন চুকশা মৈকংনবা থৌপুনবা তৌঙয়ো খংদ্রিহৈদি থংদবনি অয়োন লংজ থৌগান লক্লনি তুমিং থান উফদরে, শা উচেক্লশু উফা লানফবা মতুং মতম নওরে, স্না চকচাংদা য়াইবি অমতা মঙাইরে ॥ মরু তৌজিক মঙাং লাইনিংবগী স্না চকচাংদা লৈঙম্নবা য়াইবী ৮শিংবু লাইমিং করিবু কৌবনো নোংদমবু কুবিও নয়াথংদগী নাওরা ঐবু তাংগ থংজবা তাম্মেংনজগে কুবিম নক ॥ মচা ইবুংঙো থরাই অমা হাইবা অতুদি ( তুম শিদব ) হাইবনে, থরাই অসিদি চক হাইবা মশক্না লৈমুং লৈমাংদরিবা মথৈবু লেংদনা লৈংঙম্না থরাইনি, অশিবা থরাই ৫ নং চকপু লৈথানা চৎপ্রবদা থরাই শিদবা অশিবু ঐখোইনা লৌখামতুন চরু তুংশাং লৈথয়বদি অয়োন লংজা থৌপুববু তানফংলক্লে

চৎলমবু নামুংহন্দনা থোখনবু লৈচংনবা তোউওয়ো নোংদম্মে ।। মরুগী নোংদমবু থোপুনা অশাউ অশম পুম্বনা থোখল্লা লুত্তিন মংলেন্দা চুকশা মৈকৎলে, মচা ইবুংঙো কৈরেন চানা অশিরোইগী থোগন লৈয়াং থোপুনা য়াংলে—য়াল্লে ।। নোংকোয়ো ৬ নিদা শো রাং উৎথাংথো য়াল্লে নোং-কোয়ো ৯ নিদা হকশেংলে, ১০ নিদা ইক্রোং লৈহোং পাউজেল্লে নোংকোয়ো ১১ নিদা উক্রোং লৈহোংবা মঙম্ব থোপুনা লৈহন খোংলম লৈতাক লৈখিন্দুনা থোরেইরে ।। মৈতৈঙু খোংতেকচা পিবা ফম্বাল কুমজা মপুং ২০ রায়েন থোপুবনা থাজনবা কুমজা ২১ পুন্সিনা ১০৮ নি তাইনা লাইয়েক লৈথগে, হয়ম ।।

# ১৩ নং মৈতৈঙু কংলৈ পিবা লুচিংবা কৈরেনচা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৮৪ নোংদাগাই কুমশিং ৭৭৯ গী মতুংদা মচা ইবুংঙো কাইরেনচানা কংলৈ পিবাগী মহুম্ব থোপু থোহোবা অশিবু ময়ুম পিবা ৪ না মপুক ইরাং খরা থোপুনে ।। পিবা ৪ গী মপুক রাথল উবদা কৈরেনচ কংলৈ পিবানা ময়ুম পিবাশিং অশিবু লৈবাক্কী চৎলম লুত্তিনবু ঐহাক থক্ত রারক থোকাগুননিংঙুম থোপুনৈদা অশিবু নোংহোনা অমুক রারক থোকাওববু কাওদ-বা খুদক অসিদা ঐ থেপুদবা য়াওমদরে হাইহুনা চৎলম্ব থোপুনা কংলে স্না থম্বাগা লৈশংগী চৎনলম লাই-রকচংগী পিবা ফম্বাল তোংকনি হাইনা ৬৪ শাই ৬৪ ময়দো ৬৪ গা কুচু রায়েন থোকাও রারক শংলেন্দা লৈকম্বদা লৈবাকপু তাহন থংতল্লে ।। মতুংদা লাংকম্বা লোকং পুরেম্মা মচা ইংবেম্মা লোইচা ওখৌবু কংলৈগী মচাং পিবা লুপা লৈতিন্নচগে রাকংলম্বনা কাইরেনচানা লোইয়াংতুনা থোরম্ব লৈবাক্কী য়াইফনব থোয়েংতুনা নেংদম মক লোংমুচাম্বা, কাইবিরোদা মক থোংঙাইবা মক অনিনা লুত্তিন লাইরকচনবু কাউদনবা থোউম থোপুনা অশাউ অশম খোথল্লাং, য়োইবেন থাবা লেংনা তিন্দুনা ফমদে ৬৪ বু লৈকম্লা কৈরেনচ পিবানা মদাইরেন লোইচা ওখৌবু লুত্তিন লৈয়া লৈরোতুনা ওইথম ফম্বাল লাংজনা লৈতিন লৈহুরুওয়ে ।। মতুংদা কংলে পিবা কৈরেনচানা লুবাং পিবা লম্বুবা থোরেন লাম্ববা, খুমন পিবা হাওরমঙোন, অঙোম পিবা লম্বুবা নোংপোক পাউশোম্বা, মোইরাং পিবা অঙতইরোংবা পিবা লম্বুব ৪ গী মকমদা হাইয়ে ।। ঙাসি চুচু শঙলেন কথে লৈফম্বিরিনা ফমদো ৬৪ অশাউ অশম থোকা ফম্বাল লাংবিব। পুম্বনা তাদিবা থংবিবা ওইঙমশি, হন্দক ঐনা ফম্বাল তোংজদোবা অশিবু লৈবাক য়াইফনব। অমাদি লৈবাক্কা চৎলম লুত্তিন লাইরকচনবু নামুং চৎলম লৈচংদনবা থোঙম্ব থোপুনা লৈওম্লিবা ময়ুম এলুপমগী লুচিংবা পিবা লম্বুবা মরিবু নোংহোনা কাইরেনচা ঐনা পিবা লম্বুবা হাপচরে ।। ময়ুম এলুপমগী পোক্লেন পোকপগী থোগল লৈচংনবা হো লম্মহনবা অমময় কোনবা লমবু লৈতম্লম্বা লাইরকচনগী চংলমবু

কাইদনা তানফংনবা অদুগা পোকলেন শাৎপা খুবম হো লম্মহনবা কংলৈ স্ন, থম্বাল লৈফমদা থোক। থৌপুনবা হো লম্মহনবা অমনা কোনবা লমবু লৈশিন্নদুনা থোশিন থোদা নোংদম্বা পরমবু কাইদনা থোঙম থৌপুনদুনা লৈপান্নবু নৌতৌন। লৈহন্ন চৎনলমবু থোকাওদনা মথংলেংনা লুতুংদগু থৌপুননা কৈরেনচা ঐনগু ময়ুম পিবা ৪ গী থোঙম লাইরকচনবু কাইদনবা ভমজরবনি অশিবু কমদো লৈবাক থোকা থৌপুবনা কমদোবা ? ফম্বৈ ফম্বা পুম্বা সনা ম্নাথং অচুম্বা লাইরকচন্নি স্না ফম্বাল লৈকম্নবা ম্নাইফা কোরৌ তম্বীরে ॥ স্না পুক্কং থোইজংনা পিবা লুচিং ফম্বৈবু লৈফম্নবা তৌওম্বীরে কোরৌ অসিদগী স্না মিংলেনবু লৈবাক শথাই ঐথোইপুম্বনা মৈতৈঙ কৈরেনচা ময়ুম ৭ লুচিংবা কংলৈ পিবা লৈপুন লৈশাংনজরে রারেপ্লে। ময়ুম পিবা ৪ গু রাহোম করিবু থোঙমদা ফম্বৈ লৈফম্ফ গৌরোইরে ॥

মতুংদা ফলুপ পিবা লম্বুবা ৪ না ময়ুন ইশেংবু ইশোক ইপুরক্তুনা মৈতৈঙ কৈরেনচাবু পিবা ফম্বাল লৈফম্নবা ইশেং ইহৈদুনা ইরু মাইতাবিরে । অশাই ঙশম থোগল্লাংনা পিবা কম্বাল লাইরকচনদু য়াইফনবা নেংদম মরু লোংম্নজাম্বনা থোঙম পৌশিন্দুন, কাইবিরোন মরু থোঙাইবনা থৌরম পুম্বু থোঙম থৌপুনা লাইরমলেনগী পিবা লুতিন কম্বালবু তোংদুনা মদাক্তরেন লেইচা ঙম্বীবু মৈতৈ লৈমরেন শিনাই কমংথাল ৭ লৈপু লৈফম্বু লৈহাম্নৌদুনা মরু অনিনা তিনশোল লাইশোল্লাং অশৈবনা থোনফাংলাং অমাই অনপশিংনা থৌগল্লা ফম্বাল মেম্বক্তগী থেমথোক্তুনা মৈতৈঙ কৈরেনচা ময়ুম শথাই ৭ লুচিংবা পিবাবু লৌথরে স্না পুরিংগী নিংবা থৌরম্বু তানফংনা লৈকুমনা শঙ্গাই শংলেন্দা লেশিন্দুনা পোল্লারে ॥

## মীনাই ফুঙ্গা লিংবা=থম্বা হোবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৮৬ নোংদালাইচ কুমশিং ৭৭৮ চংলকপদ ফম্নাই ফম্নাইবশিংনা মাগী মাগী মীচং মীরেপ ওইনবা শেনথুম পাইদুনা মমল মম্তিক ভম্নদুনা পিবা গুগী লাইরা অয়েং তাববু লৈংনা ময়ুম ফুঙ্গা ওইনা লৈথম্নরক্লে ॥ লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৮৯ নোংদালাইচ কুমশিং ৭৮১ গী ফাইরেন থাজগী ৫ নি পানবা নোংকোংৎ শাংগোলশেনগী অপুক্তা রাজোন শঙ্গম্নদুনা অম্বুক্কি মুংথক থানবা মতমদা মৈতৈ লৈমরেন লোইচা ঙম্বী মচা ইবুংঙো অমা তানফংজরে ॥ ইপান থৌনিবদা লাইমিংবু য়াইরব লৈঙম্না থৌনিরে। মৈতৈঙ কৈরেনচা পিবা মপুক লুম্নাংগী থোশিন্দুন, য়েক্কবা লৈতনা কনাবু লমহনবা ভমহন্দনা কুমতা ফম্বাল চহী ১৫ লৈপাল্লগ পুন্সি থোইরেনবু মুংশাংদবনা নোঙ্গা থোংলম্বু তাম্বেংনরক্তুন মচা ইবুংঙো য়াইরবা কুমতা ১০ গী লৈচংবগী মফমদ, কংলৈ স্না থম্বাল লৈশংবা খুবম্বু লৈশিন্নরম্নগা চহি ৩০ পুন্সিরম্নগা নোঙ্গা থোংলমবু তাম্বেংথরে । হয়ম ॥

# ১৪ নং মৈতৈঙ্‌ য়াইরবা স্না হাক্তকী পরম

## পোইনাওতা লাই শিদবা শাথোরকুনা রায়েনবিরম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৯৯ নোংদালাই কুমশিং ৭৯১ চংবদা হো কংসৈ লম্মাহনবা মৈতৈ স্না লৈবাক হিয়াই পুবা লৈফমগী লৈশংবা মঙমবু মচা ইবুংঙো য়াইরবনা থৌঙম থৌপুরে ।। কুম অসিদা লমদা থাগী ১১ নি পানবা থাংজা ঙমিত্ত, লাইশিদবা লাইমিংথোই পোইনাওত।= মহি সনারেম্না রাখল্লি, করম্নে। লৈবাক্কী অঙওম্বশিংশিবু অরাং কম্বৈদনিংদুনা মাগী মাগী ফুঙ্গানাই থম্নদুনা মীচং থাইনা লৈথম্নরক্লে, মশিদা ময়ম ফম্লেন লৈশংলিবা অশিনগা মপাবুংদগী মানা অম্রক তেম্না নৌঙম্না পিবা লৈফম শংঙম্লে, লৈবাক্কী য়াইফনবা নোংদম থৌপুবা লৈঙাক লৈকম্নবা থৌঙম থৌপুনা মরু অনি অশিনগা অহন এক্টঙমখিবনে লৈবাক্কী চংলম লাইরকচনবু কাইঙমদুনা মরুগী নোংদম্বু নামু চৎলমদা থৌপুনরগদবা রাখল্লকুনা থেঙ্‌ চীংলেন্দ খোঙরক্তুনা কৌক্রু লাইলেংববু তাইবংলেন্দা শাথোকউ নোংদম্না থেমথোক্লে । থাংহিং এাংঙোই চীংলেন্দা খোঙদুনা থাংজিং লাইবুঙ থেমথোক্তুনা কৌক্রুবু লাইমিং পিংমাইজাম্বা মিংঙল্লে, থাংজিংবু রাইথে চম্বা মিংলম্না পাথং য়াংদোংলকপা তাইবঙ্গী মশক্তম্বু এইনা লোইনদুনা নোংদম শঙলেন্দা লৈচংলক্লে । মরু অনিবু মফম্রাংদগী ভোগক্তুনা মরু কুকম্ববু পুকম থাংগোইম্লে, মরু অনিনা য়েং ওইদা থৌগম্না নোংদম শংলেন্দা পুশিন্দুনা নোংদম কম্বালবু লৈকং লৈঙম্না রাংহোয়ে ।। কুকম্ব মকনা মফম্রাংদ লৈফমদুনা হাইয়ে লৈবাক অশিবু ইরাং চাহো অমবু লাক্কদোবরা এবু চিংনা রাখল অম ইহৌনি, মশিদা মরু অনিনগা অহন মতম মুংশংখিবনে তাইদ ইপুন্সিদগী লৈহৌমনখিবনে রাহেন চাশিনু ম্নারগদরা নীংঙমদুনা লাকপনি ঐদে ।। তাকপীনি নয়াথং মরুগী নোংদম্বু পৌয়ানা থৌচম থৌপুজগে ভাইঙমজবনি কুবি নোংদম তম্বীনি । অতুদি মাগী মাগী মথং মমাম্নব, য়াথংলোই অশিদ, নঙ্গী নঙ্গী নঙম্বু লৈহাপ লৈথম্না নথোবু লৈশিম্নদুনা লৈথয়ে, মরু অনিনা মুংশাংনা লৈবাক্কী অরা অনংবু লৈকন থৌপুরকপগু মুংশাংমল্লে রাঙম্নরিনি হাইদুনা নফম্নাংদা য়াথংলোই অসে লৈশিন্নগে তৌবনি লোশিল্লো ঐম্বু লৈহল্লগে মরু অনিগু লৈহন্নবা তৌবল্লো তাক্লম্নপা পোইনাওতা লাই শিদবা লাবৈ লাথুপা খোঙ্গথুন কুরুম্বা কৌববু লৈহনখরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০০ নোংদালাই কুমশিং ৭৯২ গী চহৌদা খোংঙাথুন কুরুম্বনা অমুক খোংরাই ইতম্নক্লে ।। করিনো মরু অনি মথো মঙম্ব লৈহোন্নে থৌকাওরেনা তাইবং চৎলমগী চীঙ্গাক্লা নমহৎনম্নেদনা করিমুঙ্গীদমক্তা মথো মঙমবু লৈশিন্নদবনে,, চংলমবু নামুনদুনা লাইরকচনবু থৌকাইনরক্তুনা লুতুংগী চংলমবু থৌপু থৌকাইনদুনা মাংলরনি করম্নো কয়ামবু মুংশাংনা লৈঙমখিগে

লৈথম্না লৈশিন্নবিরো লৈবাক লুচিং কইম্বে ক্ষমগা কম্বা পুম্বনা করি করা কমদোৱা ? নয়াথংনা নোংদম্না লৈবাক ঐখোইনা খোয়াজরে ।। অতুদি নতিক হেনবা নঙান চাওবা য়াথংলোই নবা-ঙানিনা লৈবাক্কী অরা অনং তানফংগদবা লৈববু পাউত্তাকপিদুনা লৈবাক য়াইফা য়াইফং থোরম্বু কুবি নোংদম থোপুডোরো ঐখোইদি খোঙ্গয়গে চংগে ।।

# নোংদম মরু থিংমাইজাম্বগী ইরাৎ কুবি থোহোবা

লাংবচক্কী কুমশিং ২৯০১ নোংদালাই কুমশিং ৭৯৩ গী পোইন্নু থাজগী থাজ হুন্নি পানবা নোংকোরো অয়ুক্কী য়ংথক থানবা কোলুপ্তা ময়ুম এলুপনা ৭ কী পোকলেন শাংপবু ইরাৎ লৈঙন লুতিন তমহুনা অলৈ চাজ য়ুম্নকোগনি লৈবাক্কী পিবাগী য়াইফা য়াইফং পুসি মুশাং লৌন থাগোম্নগনি লৈবাক নোংথৌতুনা পাউজেন্দুনা মাগী মাগী ময়ুম পিক্কশেংকু লৈঙন লৈরাং লাংগা পরম্বু লৈরাঙনা পুরক্তুনা লৈতিল্লে ।। নোংদম মরু থিংমাইজাম্বনা থোরমবু নোংদম্লে, কাইবি-রোন মরু রাইথোংঙম্বনা খোরমবু থৌশিল থোপুরে ।। মঙা পুংদা মঙাং পোক্লেন শাংপগী মুঙ মচু অঙাংববু লৈথানা হৈথা পোথা লৈঙন লৈরাংনবগা লোইনদুন লৈথরে ।। মথংদা লুরাং পোক্লেন শাংপগী মুঙ মচু ঙাংঙ শাংদানবগা হৈরাং লৈরাং লৈঙন লৈঙল্লগে লৈথরে ।। মথংদা থুমন পোক্লেন শাংপগী মুঙ মচু মুরৈ শাংথাংনবগা লৈঙন লৈরাংনবা ময়ুম লৈথেং লৈরাং হৈরাংবু লৈথানা লৈথরে ।। মথংদা শরাং য়ুমগী পোক্লেন শাংপদা মুঙ মচু অশনব ময়ুম লৈথেং লৈরাং হৈরাংবু থম্লে ।। মথংদা মোইরাং পোকপগী মুঙ উৎ মানবগা লৈথেং লৈরাং হৈরাঙ্গা লৈথমলে ।। মথংদা খাব যুমগী মুঙ খেংনবা, ঙানবা য়ুমগী মুঙ লৈচেং অরাংবগা ময়ুম লৈথেং হৈরাংবু লৈথেল্লে ।। অঙোম পোক্লেন শাংপগী মুঙ মচু অঙৌবগা লৈথেং লৈরাং হৈরাং লৈঙন্নব লৈথাদুনা পুরুম থাগৎমরক্লে ।।

খাবা তাওবুংলেন=তেংদগা, ঙানবা চাওবুংলেন=তোং অশনবগা অনিবু থাগোল্লগা ময়ুম লৈথেং লৈবাংবু পুশিন্দুনা ময়ুম অঙোম এলুপমগী পৌপ্রলেন শিদবা=কুপকোনো ( নং ) লাই-য়েক্কী মকম্নাংদা ময়ুম অনিগী লৈথেং লৈরাঙ্গদেববু লৈশিন্নদুনা থৌশিন্নরে ।। মতুংদা পৌপ্রলেন শিদববু পুকম ইরাং থাগোল্লে ।। অঙোম ময়ুম লৈনে, খাবা ময়ুম লৈনে, ঙানবা ময়ুম লৈনে, লৈচিন অহুমবু লৌদুনা মঙাং মুঙলেনদা অঙৌবা মুঙলেন কুপকোপো কৌবনা ময়ুম লৈগা লোইনদুনা লৈহুনবু ( ৩ ) লক লৈরাং লৈথেংলে ।। মথংদা লুরাং কোম্নলাংখা=আং ঙাংবরেন ( খং ) লাইয়েকপু থাগোন্নদুনা ময়ুম লৈরাং খোঙ্গনলৈবু লৈপাই লৈপুনা মঙাং মুংলেন অঙাংবা লৈফমদা ময়ুম লৈবু লৈহন লৈতিলে ।। থুমন কোম্নিলাংবা=কংদিরোং ( কোং ) লাইয়েকপু ইরাৎ থাগোনলে ।। মতুংদা ময়ুম লৈরাং কাক্লেবু লৈপাই লৈপুদুনা মঙাং মুঙলেন ঙাংঙানবগী লৈফমদা

লৈত্তিল লৈরাং লৈহুল্লে । ময়ুম মুন্নাও পোরোং খোকহাইবা= রোং- হং লাইয়েক, মুন্নাওনবা মুঙলেনবু ইরাংলে ।। ময়ুম লৈন্নাং এরুন্নৈবু লৈপাই লৈপুন। মঙাং মুঙলেন্দা লৈত্তিল লৈহুল্লে।। ময়ুম এলুপমা ২ মনা অমত্তা ওইনা খাবা ভানবা হাইনা লৈত্তিন লৈখমখিবনা ময়ুম ৮ ত। মঙাইব্রবা তমদা ময়ুম এলুপ শখাইবু শখাই ৭ পু লৈশু লৈখমদবা য়াদবা লাইরকচন্দ। নামুংবা লুত্তিনবা য়াদমদগী য়ুম মঙাদগী শাথোক্লুনা য়ুমলেন শখাই লেপখিবা শরাং লৈশাং লুপ হোং লাইয়েকী অশানবা, খাবা–ভানবা য়ুমদা লৈহৌ লৈত্তিন লৈথাবিবগী ময়ুম লৈ লৈশং থেকরাইবগা, মেলৈগা, চংবী লফুথরোগা লৌহুনা মঙাং য়ুমলেন মুঙলেন ভাংঙ্‌নবদা লৈত্তিন লৈকৎ লৈহুল্লে ।। মাঙ্গা লুপা ভাঙ্গা লৈহুন্না লৈবাক নোংথৌবু লৈফান লৈবাকী য়াইফনব, লুচিং পিবা পুন্সি কুংশাংনবা থৌনিবু থৌহৌনরে ।

থৌনি পাউশা রাদো য়েক্কে : লাইমিংথৌই নোংনা থাক্লকপশু থাক্লুনা, রাবন্না লাওরকপশু লাওদবা, চক্তি চরোং অচিংনবা মুমিৎ থা অনিনা থৌগনগে হাইববু থৌওমদবা. ভরিকুম্বা, থাংখচিকপা নং লৈথোং লৈরাই চেংহল্লো, লান চিংলকপা খিবিকপু ভাকথোকপিয়ো নশু পিবাবু কুবি কোঞ্জিন্ন থম্বিও ।।

## লুরাঙ্গি পিবা কাংলদুনা য়াইরবনা লুরাঙ্গিগী লমবু লৌখৎপা

থৌনি থৌরেইরগা নোংদম মরু থিংমাইজাম্বনা রাংলেন খজিকপু ল ইমিং শিংকক শিংগানা থাকৌ থাগোল্লুরগা হাই, মৈতৈঙ পিবা কংলৈ শংবা লৈবাকী লুচি পিবা লৈপুবগী ফম্বাল মেন অশি কুমজা অসিদা কান্দোংবিবনা চুমগদরা মৈতৈঙ ।। পরম পুম্ববু লৈবাক য়াইযংনবা মরুনা কুবি নোংদম্বীহুনা পরম্ব লৈরাওন থৌওম থেংপুনববু মকন কুবি নোংদম তম্বিনি । মৈতৈঙ পিবাগী পাউশাবু থৌপুনা নোংদম মরু থিংমাইজাম্বনা পিবা ফম্বাল তোংনবগী ইহৈহুনা ইকোক ডউ ইতুম্ন ইরু মাইতানবগী লাইরকচন লৈথি রাহংনবদা ময়ুম এলুপ লুরাং পিবাদি চৎলম লাইরকচন নামুংবা য়ুম্ব লুত্তিন লৈরৌরমহুন। লাইরকচন পিববু লৈশৎলে ।। ময়ুম লুরাং এলুপকি শখাই পুম্বনা পুরাং পিবাগী মথো মওম পুম্ববু মৈতৈঙ য়াইরবগী লৈফমদা লৈকৎলহুন চাংরাই লম্মহনববু লৈকৎলহুনা মৈতৈঙ য়াইরবনা লৌখংলে, লুরাং শখাইগী পিবা ভাক্লে ।।

## ফম্বাল তোংবা

ফম্বাল তোংনবগী চৎলম লাইরকচনবু লৈবাক চংন। রাখমহুনা লাইরন্নেন লুত্তিন নামুং চংসম্ব খোকখিদনবা চাইহুনা মীতৈ লৈমা অরাম্বম চম্ব লম্বাশুবু লুত্তিন লৈরৌহন্দুন মৈতৈঙ য়াইরবনা

মৈতৈ কংলৈপুংমাচীয়োনগী লৈপু লৈকল্লা নুচিং পিবাগী মঙাং য়ুমদা লুপ্তিন্নবগীদমক্তা লৈয়া লৈরো-তুনা মীতৈ লৈমা লম্বাও মঙাংয়ুমদা লুপ্তিজতুনা মৈতৈ লৈমরেন কয়েন লৈফম্নে ।। মতুংদা ফম্বাল লৈফম্নগী মুমিৎ থাবু লেপ্নতুনা রাকচীং থাজ নীন্দু' ৮ নি কোনবা নোংকোরো ২৩ নি পানবা শাগোলশেন মুমিংকী অয়ুক অঙনবদগী মাগী মাগী মথো মশিনবু শিম্ভাবা তাকওয়নবা নাইদনা থোপুনতুনা মীতৈ লৈমা ৪ না থক খা ফিজং খন্না ময়ুম অঙোম পিবা নোংপোক পাউশোম্বা খুমন পিবা মেনপোম্বা, মোইরাং পিবা য়োইরেনবা, পিবা অঙম্না ময়ুম ইশেং পান্তগী ইশেংবু ইশাইকু অমমম পায়তুনা মৈতৈঙ্ য়াইরবগা মৈতৈ লৈমরেন লম্বশুগা অনিবু মকোক ইতুম মাইতানা ইহৈ্যনা ইরুরে ।। মতুংদা অমেৎশঙদা লেংশিন্দুনা ময়ুম অঙোম পিবা নোংপোক পাউশোম্বন, পোশন্ন খ্বাংশেং ফিরোম অনি অনি লৈফানা ফিশেৎলে। ফম্বাল মিরোন ফুঙ্গা লৈরোৎ লৈথম-নখিবনা খ্বাংলি লাইখন ফিশেংনি ।। পানগী ফিরোম ফিশেৎনা ফৈজোন মোক্তোক হাঙনি, কোংখাং ফুরিৎ লাইরুম ননথাং লেংয়ানথা, ইলেম্মনা ফিয়াই নমখাং কুমশং পুমখিৎ খিবান থক খা অকোইব কানো লৈয়েকপনা পান্দা লৈতোনা অঙোম পিবানা পুখোঞ্জুনা নোংদম মরু খিংমাইজাম্নগী লৈফমদা শিন্নরে ।। নোংদম মরুনা মৈতৈঙ্গী য়াইফনবা খোরম পুম্নবু লৈমং লিথিনা খোরম চংলম্বু নোংদম্নে ।। মরুগী নোংদম্বু থোপ্নুনা কাইবিরোন মরু মচা বাংথোংওম্বনা মবুথো য়াংবি পুবা তাওরোইলাই পাখংবব ইরাং খোনি থাগোল্লক্রে ।।

পাউশাদি ঈশিংও মালেম অচৌববু মথানা পুনা লৈবও শেক্রোক লাইখোংচেনবদ, মৈবু নয়ানা চীকপবু চীক্না লৈবিও ।। নতো নওনা লাইমিংথোই শগোল লানশা তোংতুনা ফিমু লানপোৎ শেংচিন্নে শরোন শোয়া তম্না চুক্রি পায়রিব, ওনা ভাকপীও পাইবিও কুবিও ওবা ।।

নোংদম মরু খিংমাইজাম্বনা স্না তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ লৈতন লৈখানা কংলা কান্দোং মুঙবু লৈফানরক্রে ।। ত্রৈনে নিংথো অতানবনে লৈবাক খুতুম চনগে, হেনগে, লানফাগে পিব পুরুং থুংহনবিও পাউশানা লৈগল্লে ।। পিবা এপুপ শখাংগী নুচিংবা অঙোম পিবা নোংপোক পাউ-শোম্বা, মোইরাং পিবা য়োইরেনবা খুমন পিবা মেনপোম্বা পিবা ৩ না মৈতৈঙ্ য়াইরববু ফম্বাল মেন্দা থাঙ্গতুনা লৈফম্নে ।। মৈতৈঙ্ য়াইরবা লৈবাক নোংথো তুবা ফম্বাল উয়ুং মেন্তোং ফম্বাল থক্ত ফম্নে । মদাইরেন ইবেম্মা লামবশুনা লৈবাক নোংথোতুবা উয়ুং ফম্বান্দি নেশেংতুনা মৈতৈঙ্গী স্না পোশন এইথম ফম্বাল লৈফম্না খোশল্লে ।। নোংদম মরু খিংমাইজাম্বনা কংলাগী শরোং চীক্নাকম্বু শরোং লৈফানরক্রে । ( মরেম্মা শকাপ কুথা, নতুনা শাবোঙবা, নশক্না মৈশুম্বা পোইরে পুখাং নীকপীগন্নু ।। তেংনো চিদাই নাইহনগন্নু, শেকচুম্বনা তাই ওইনা ভাকপীও ।। লাইনিংথো রায়েল্লে ময়ুরেলও, থোংখুপা নমবা নংনা চীংনা ফাহল্লে, য়োঙ্গপীও ওর । ) তাইওম্নে ।। মতুংদা ফমবাল মেন মথাবু তাইরক্রে ( লাইনিংথো নথুং য়েত্তা মুমিৎ পুবা নথুং ওইদা থাবু

পুবা লাইনিংথৌ শাতোম্বা নংবু চেংনা তোংবীও লেঙ্গনু )। ফমবাল মেনথাবু তাইব লোইরগা মরুনা লাইশোম্না নোংখৌ পাংনা য়েংঙয়ে ॥ (কে ৫ ন. উরাওয়ে ) পাইশানা মশক্তি উরগা য়াওদে মরুগী পুক্লিংবু হাউম্নে ফম্বাল লৈফম্বু খোংলৈ থুনা লৈকুম্বা নোংদয়ে ॥ অশৈথনা অশৈ খোংফাং লাংনা ফম্বাল লৈফম্বগী মচু শৈশক শিংথনা থেম্মোয়ে ॥ কাইবিরোন মরু হাইথেং ওম্বনা কংলৈ স্না ফম্বাল মেনফম্বু লৈশংবগী স্না মিংলেন লৈতল্লক্লে । ( মৈতৈঙ্‌ শংখু-ন্নেম্বা মসুম ৭-পু লুচিংবা পিবা স্নাফিং তোংবৈরা তোংনা নীক নীক রে রে রে ) হাইনা থাগোন মিংহুম্ন, মৈতৈ লৈমা লম্বশুবু লৈমরেল ফম্নেন ফম্মথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈহাপ্তুনে মমুম ৭ কী লৈবাক্কী মমা ওইঙম্বী মৈতৈ লৈমা শংখুলেম্বী মিংহুন লৈরাংনা পী-পা অনিবু রে রে রে হাইনা ফম্বাল মেম্বরুগী লৌপহুনা রো রো রো হাইনা পাউশানা লৌথাম্নগা নোংদম মরুনা নোংদয়ে ॥ মৈতৈঙ্‌ লুচিং পিবাদি শংলেন শঙ্গাইরোমদা স্না খোংলেংশন্দুনা পাখংবা নবুধৌবু লাইমিং শিং-হাপ্ন থাগোন্দুনা কোরৌ অসিদি লাংঙমশি, মমুম পিবা অহুম্না লুচিংহুন ফমদৌ ৬৪ গা লৈফম্না ফম্বাল লৈনুম্বী অকন অথৌ অতৈ অশিং থৌখন মথৈবু য়েংঙম্বা ওইরশম্ন শিম্বা নোংদম্না স্না শঙ্গাই শংলেন্দা পুশিন্দুনা লৈথয়ে ॥ মতুংদা নোংদম মরু, কাইবিরোন মরু মচ, হাইয়েংঙম্বগা মরু অনিনা লুচিং ফম্বাম্লাংহুনা মমুম এলুপ পিবা অহুম্না থৌঙম থৌশিন ফম্বাম্লাং, ফমদৌ ৬৪ না থৌঙম থৌপু ফম্বাম্লাং. ( লৈঙাক লৈকম্নোন, অকন অথৌ শঙলেনগী নোংমাই য়াইথোম্বা হুয়েন লাংজেং শাফবনা ) থৌশিন্দুনা থাং, টা, অরাম্বাই, লিরুং তেনকাপ, কাংজৈ, মুক্না, লমজেন, চেঙ্গোং, মাংজোং, থোংয়াই, ফৈকোন কৈচোং মানা মানা হৈবা মহৈ মশিলবু তান্নহন্দুনা লৈথাক্না কুম্মৈ মিংয়েংনঙয়ে ॥ শাথোক লৈঙৌ শাশিং লানশিংনবদা থৌরোইনবদা শরা ওথোনবু ( লাইনিংথৌ য়াইফরেন য়াইফংবগী মঙাইরোই নিংথৌ মনাই নহাদে ) শলাও লাল্লাওনহুন শংগোক থৌখলবু লৈচংনা হারোইনহুনা থৌখন পাউশা থৌতৌনঙম্না থৌয়োইরে । মন মথৃশ্ন পিরমদাইদা নোংদম মরু শিংন ইজাম্বনা হাইয়ে, লাইনিংথৌ মৈতৈঙ্‌ য়াইরবগী মঙাইরোই মমুম অঙোম নিংথৌ, মমুম খুমন নিংথৌ, মমুম মোইরাং নিংথৌ এলুপ শথাইগী পিবা অহুম্না কোরৌ অশিগী মনা মথুম অশিবু পিঙম্নব থৌপুশি নোংদয়ে ॥ মরুগী নোংদম্ন থৌয়া থৌপুনা মপৌ মঙম্ন থৌয়েংনা মনা মথুম য়েন্দুনা থৌরোইহুনা মাগী মাগী মরামম্বাইদা লৈকুম্নরে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৩ নোংদালাই কুমশিং ৭৯৫ লৈহৌবগী শজিবু থাজ ২১ নি পানবা নোংকোরৌ থাংজ নুমিংকী নুংথিল পোপ্পা লৈতল্লকপদা মৈতৈ লৈমরেল ফম্বলেন ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লম্বশু হাঙ্গোন শঙ্গমলে ॥ নুংথিল মনগানবকপাগী ইঙমদা মচা তবুঙো অমা ফংজরে । নোংকোরৌ ৬ নি লৈচংবা শগোলশেল নুমিৎপু লৈচংবদা মচা ইবুংঙোগী মমিংবু

অয়াংবা লৈঙুনবিদুনা ঈপান থৌনিরে ।। নোংকোরৌ ১২ নি লৈচংবা সুমিত্তা মচা ইবুংঙো অয়াংববু ইথাই ইশেংবু লাইরমলেন্দগী খাইদোকুনা তাইবংলক্তা লৈতিন্নবা থৌপুরে ।। থাজা ৫ লৈচংবদা চাকউম্বা তম্বীরে মরু থিংমাইজাম্বনা পুরুম থৌনিনা ঈশিং থকপা চাক চাবা তম্বীরে ।।

কুম অশিদা খুমন পিবাবু হাংলজুনা লুতুঙ্গী থৌরম্ব কাইদনবা লাইনিংথৌ মৈতৈঙু য়াইরবনা খুমন লুচিংবা পিবাবু থোংলৈরোম্বা = হাপ্তুনা হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লৈপিরে ।। হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লৈক থৌগন থৌপ্পনবা হৌ লাল্লোই লম্মহনবা, হৌ খুরোই লম্মহনবনা কোননা লৈফম অনিগবু নৌহৌনশিন্নরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৬ নোংদালাই কুমশি. ৭৯৮ কালেনগী ছমি পানবা নোংকোরৌ লৈথাকপোকপা সুমিত্তা মচা ইবুংঙো অয়াংবা নাঙ্গুৎ লংফাই লংমু য়াননিরে । লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৭ নোংদালাই কুমশিং ৮৯৯ লৈচংবগী কুম্মেদা মৈতে লৈমরেন ফমলেন ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী লম্বশু রাঙ্গোন শঙ্গুম্নখিদুন মচা ইবুংঙো অমশু তানফংজবা ঈপান থৌনি থাগোনবা মমিংবু ( হাওবকোক ) মিংতন তমলে । মৈতৈঙ. লাইনিংথৌ য়াইরবনা মচা ইবুংঙো অনিবু চায়োক নাওয়োক চংলম্ব নিংথি চংথোন্না কুমজা ৩ লৈচংবদা লংমুং লেংফাই য়ানবা — মাঙুৎপা কুমজা ৫ লৈচংবদা মহৈ মশিং হৈনবা লাইয়েক লাইশু তম্বীবা থৌহৌবা, কুমজা ৯ লৈচংবদা লংহিং লংজা ৯ লংদাইববু লেংয়ান থাওনবা, কুমজা ১১ লৈচংবদা উগী লিল্লাং শিবিদুনা লংহিং লংচা ৮১ না লংফাই ৯ থোক্না তাদুনা লেংয়ান থাওন্না য়ানকন্দুনা লাইমিং লাইনিং লাইশোল পরম্ব নোংদম শিন্দনা তম্বীদুনা লৈবাকপু য়াইবি মরা তপ্পা লৈপানজরক্রবদা মঙ্গুং মতম চদনা নৌনা নোঙ্গ থোংলম অমম লৈশাবু তানফংলে । কুমজা ৩২ চংলকপদা কংলৈ লৈশংবনা কুমজা ২২ নি ফম্বাল মেন্দোং লৈপানবনা কুমজা ২০ বু লৈপাল্লগা মচা ইবুংঙো অয়াংবগী মফমদা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী স্না ফম্বাল লৈশংবা লৈশিন লৈহাপ্তুনা লৈথম্নম্মি ।। মতম অশিদা অয়াংবা মপোক কুমজা ১০ লৈচংলক্লে ।

## মৈতৈঙু য়াইরবগী নাওদানা য়ুমদানবা

খুন্দাকপন, কাংভবম, কাংজ্রাশংবম, কাংঙনম কোনশাবা, লাইবংবম. চাংথোম. নচাকপম, হাওখোন শগোনশেনবা, শানৌশম, রারেশ্মম লোরাংবম, য়াঙ্ভৌবম, ক্ষিজবা

মৈতৈঙু য়াইরবগী নোংদমদগী মৈতৈ লৈমরেন শিনাই ফমথোল ৭ লৈপু লৈফম্বী লম্বশুনা পোকপা মচা ইবুংঙো অতোনবা হাওবকোক্না অতোন চন্নু লৌরিথোম্বীবু লুত্তিন লৈরৌদুনা মচা ইবুংঙো খুঙ্গাম্বগা, কাংদোম্বগা পোক্লে ।

খুঙ্গাম্বনা খুন্দ্রাকপম য়ুমদা য়ুমখাইহুনা লৈরে । মাগী ঈ নাওদানা খুন্দ্রাকপম=খুঙ্গাম্বা ।। মাগী ঈনা মথং মথং য়ুমদাবনা খুন্দ্রাকপম দয়ারাম ।। মাগী ঈনা থংমৈবন তাবা খুন্দ্রাকপম ব্রজমুহোন । খুরাই তাবা খুন্দ্রাকপম দয়ানিধি, য়াংখৈ লৈকাই তাবা খুন্দ্রাকপম শুভদ্রা শুভদ্রদগী থাইখিবা ওইনাম থিংজেন তাবা খুন্দ্রাকপম ছুম্বশি, থাংগদা লৈবা খুন্দ্রাকপম শাজৌগী য়ুম্নি ।।

মনাও ইবুংঙো কাংদোম্বনা অঙোপাম্বা চন্নু কোঙ্গেং শুম্বীবু লুপ্তিল লৈরৌহুনা কাংঙবম য়ুমখাই য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা তোনশেনবগা, তোনাবগা পোক্লে ।। তোনাবনা য়ুমখাইখিহুনা চীংঙামথা তাবা কাংঙশংবম হাইনা লৈখরে ।। মাগী ঈনা কাংঙাশংবম নারেংবা, মথং মথং য়ুমখাই য়ুমদিন্নহুবা কাংঙাশেনবম চীংঙ, মখাতাবা কাংঙবম মেঙ্গোরগী য়ুমদা য়ুমদিন ওইনা লৈখরে ।।

য়ুম্লেপ্পা কাংঙবম নোংমৈবুং তাবা তোনশেনবগী ঈনা মথং মথং য়ুমলেপ্পা কাংঙবম নোংমৈবুং তাবা ধর্মসিং । নম্বুল তাবা কাংঙবম কোনশবা ছুবসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

## মঙাং য়ুমকোক য়ুমদা চৈথিবা

অঙোমদা লৈখিবা কাংঙবম গৌরো লাক্কে ।। লাইকংবম হয় লাক্কে ।। নহাকপম খোংজেল লাক্কে হাওখোম্না নহাকপম তিনবা লয়োই লাক্কে । হাওখোম শামরাম লাক্কে ।। হাওখোম লনশং তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং তোলেন্না য়ুম ঙাক্লি ।। হাওখোম কৈকাবা খোলেম্ব লাক্কে ।। হাওখোম শাগোলশেনবা পাঙন লাক্কে । হাওখোম অরাং তাবা পদো লাক্কে । লমশাং তাবা পিবাদি অরাদা লৈখি ।। মথং চলশিংনা য়ুম ঙাক্লি । নহাকপম তিনবা হাওখোম পনশা লাক্কে । থাইখিবা শানৌশম থ্রাইতাবা পচৌগী য়ুমনি । পিংবদগী থাইবা লশিঙ্গী য়ুম্নি । থাংমৈবন তাবা শানৌশম পিব ময়াংদ লৈখি । মথং বাপুচান্না য়ুম ঙাক্লি । শানৌশম লমথোন লাক্কে ।

থাইখিবা রারেঙ্গম শাগোলবন তাবা তোনজাওগী য়ুম্নি ।। থাইখিবা লৌরাংবন শংপি, চন্দৌহাবা পিবাদি অরাদ লৈখি ।। মথং শ্যাম পুন্না য়ুম ঙাক্লি ।। লৌরাংবম পুকচাও লাক্কে । লোকম্বুগী লৌরাংপম চিয়াম লাক্কে । লৌরাংবম ঙাংবা লাক্কে ।। থাইখিবা য়াংঙৌয়বম খোম্ব লাক্কে ফিজবা অরাংশংবা তোলশেন । চাইরেন্দগী ফুয়ো তাবা কিয়াম্বা লাক্কে ।

---

## ১৫ নং মৈতৈঙ লাইমিংথোই অয়াংবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ১৯২১ নোংদালাই কুমশিং ৮২৩ লৈচংবদা হৌ লাম্মহনবা কংলৈ সা পুং-মাইথোন লৈবাক্কী চিপু য়াইপুবা লৈকমগী পিবা সুচিংবা কংলৈ শংবা খোপুরে, নতম অসিদা মৈতৈঙগী চহী ১৮ লৈচংলে ।। মৈতৈ লৈমরেল অঙোপাম্বা চন্নু লমপাংশুবু লুপ্তিন লৈয়া

লৈরৌনহুনা হাপ্লে ।। অঙোম এলুপকি লুচিংবা পিবা নোংপোক পাউশোম্বনা থৌপুখি ।। থুমন পিবা থোংলৈরোং । মোইরাং পিবা লুচিংবা য়োক্তরেনবা ।। ময়ুম ৬কী লুচিংবা পিবা ৩ না ইরু মাইত্তানবগী ইহৈহুন মৈতৈঙ, ফম্বাল তোংলে ।। য়োইরেন থাবি লেংনা ভিল, অশৈ খোংফাং শৈশক্লা নোংদম মরু থিংবাইজাম্বা, কাইবিরোন মরু রাইপেংঙম্ব মরু অনিনা ফম্বাল তোংবগী থৌরম পুম্ববু পৌভম থোপুনা য়াইফা পরশু তাম্লেংবা থৌথিন মেন ফম্বাল লৈফমহুনা লুচিং পিবা ফম্বাল তোংববু থৌরোইনরে ।

## অয়াংপল্লি থোনবা, চেনচোং পুথোকপা

লাংবচকী কুমশিং ৩৯০৫ নোংদালাই কুমশিং ৮১৭ কী কুমশিদা থৌহৌনা য়েক্কবশিং কনাগুম্বনা লালহৌ লান্দারক্লগা লান অহুবু খিংনবা ভারুবগী মক্তা লানগী লানবন থোন্দুনা শেম শাহুনা) থম্বা হৌরে ।। লানবন অহুব মৈতৈঙ, অয়াংবগী মিংলেনব ভমজনা ( অয়াংবা লানপন অয়াংপল্লি ) হাইয়ে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৩৯১৬ নোংদালাই কুমশিং ৮১৮ দা কোম অমা নয়ুংদ লম ৫ শাংনা ভৌহুনা মরাক্তা লম ২ পারু হন্দুনা লৈঙোই হৈরগা লম ৫ লাপ্না হন্দোক্লুনা চেল্লক্লগা ময়ুংদা চোংহুনা শাম্লৈ, মমিংবু ( চেনচোং ) কৌএ, চোংবা ভম্বা মশক্তা মানা ফিরোন ফিবোন, থুম্নোন, ভাপোন, হৈপোন, চেংপোন, মতীক চানা পীহুনা মশা মউ ফনবা হোংনহল্লি ।।

## সনামহিদা লাইশঙ কৎপা



লাই সনামহিগী লাইশঙ

লাংবচক্কী কুমশিং ১৯২৭ নোংদালাই কুমশিং ৮১৯ গী কালেন থাজা ভুপ্নি পানবা নোংকোয়রৌ লৈবাকপোকপা মুমিংকী মুমিংনা নোংথো থানগৎলকপগী কোলুপ্তা নোংহৌনা লাইশঙ অমা শাববু থোরোইহনা মবুধো লাইমিংথোই শনা মহিবু ইরাৎ থৌনি থাগোল্লা মৈকুবু মালেম অতেম্বদা শেমহুন লাইমিং'বু শিংহাপ লৈজম্না লৈহুন লৈকং চৈয়ে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ১৯২৮ নোংদালাই কুমশিং ৮২০ গী লাংবন নোংমা পানবদগী থোহৌনা মবুধোশিংনা কুমজাগী থৌপ্ থৌরম্ব কায়দনা ( হিয়াং লৈম, নোংপোক পানকবীবু ) ইরাৎ থাগোন থৌনিনা মৈতৈ অকন অথৌ থাং টা, লিরুং তেন, অরাম্বাই মুক্তা, কাংজৈ হৈবা, লমজেন, চেক্লাং, মাংজোং, থোংয়াই হৈবা লাক্ক ফানবা, নম্মা ইম্নবা হৈশিংবা পুম্নমকপু লৈতিলহন্দুনা হৈশিংবা তম্নহল্লি ॥ থাজা ৯ নি পানবদা ইরাৎ থৌনিবু থোরোইহনা, থাজ ১০ নি পানবদা ( টেংচেক চাকপাক ) চাংয়েংবা, ক্কাকি পাউশা থোয়েংবা, ( উকাই কাপ্পা=খুৎচুম্বা তাম্নহনবা ) লিরুং তেন শুব হৈবনু থোবম্ব থোরোইহনা মৈতৈগুন মনা মথম পীহুন লৈবাক মীয়াম্নগা ম্বুংহাইনিহুনা লৈমিন্নে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ১৯২৮ নোংদালাই কুমশিং ৮২০ গী লাংবন থাজা নোংমা পানবদগী থৌরম্মা হিয়াং লাইবেনী=নোংপোক লোইরাং পাম্বোইবীগী পুরুম থাগোনবগী কুমৈ অকন অথৌ মইং তাম্নহনবদা নোংকোয়রৌ ১০ নিগী থেরম ইরাৎ চাংয়েং থৌনিবু লোইরগা নোংকোয়রৌ ১১ নি শুবদা শালান্দা হৈশিংবশিংবু শাথি শাদানহন্দুনা শা মশিং য়াম্না ফাবা তাম্নহন্দুনা মথং মনাও লাইনা মৈতৈগু অয়াংবনা মনা মথুম পী, শা ফাবা ফংদবশিংবুশু শাফবদ য়াউকবা অকন অথৌনি হায়হুনা মনা মথুম পীহুনা খ্য হাইমিন্নে ।

# খুমনগা লান চাইনবা

লাংবচক্কী কুমশিং ১৯২৯ নোংদালাই কুমশিং ৮২১ মৈতৈগু অয়াংব লুচিং পিবা কাংলে শঙবন কমদো ৬৯ গা লোইনহুনা শাফা লমলোং হৈশিংব ময়াম পুহুনা ( মোইচীংদা ) চক্তুন শারম থংবা শাদা থৌঙবা তাম্নহন্দুন, মৈতৈগুনা অকন অথৌশিংগী মথৌন শাদা হৈশিংব মঙম্বু য়েংহল্লি ॥ থৌরম্ব তাবা উবদা খুমন লুচিংব পীবা থোং লৈরোংনা মপুক তাথিরে ॥ পিবা লুচিংনা কংলৈ শঙবা লম অশিদা শা তাল্লবগী করি শিল লৈ কংলৈ লুচিং পিবা মাগী মচৌঙ্গাক লাইরকচনশু নত্তে, শাদা শীক্কমহনলনি হাইজিন্নহুনা খুমন ঐগী অচেৎ অকোম য়েংবা সাক্লিবনি হাইহুনা মৈতৈগুগী মথক্তা লাল্লাংখালবু লাওহুনা থোং লৈরোংনা খুমন অথৌবা লানমী ময়াম পুংতুনা লালহৌরক্লে ॥ মৈতৈগুনা লৌথাম্মি, খুমন পিবা ঐনা নংবু নমথনবা লাইরকচন নামুং-

হয়বা লান্দাবা লাকপা নত্তে শাওগনু নপুক তাথি নাওইনগনু ঐগী লানমী শাদা হৈ শিংবা শিংবু কনানা হৈখোইবা চাংয়েংনহনবনি শা তাকনবা খিৎ নীংথিনা লৈবা লমথীদুনা চাংয়েংনহন-বনি ঐগী লমশু নরমগুম্বনি নঙ্গী লমশু ইবম্লি হাইবগী তৌবনি ।। হৌ কংলৈ লম্মহনবা অসিবু অয়াংবা ঐতগী লমলা থুমন নয়ুম নখোয়গী লমদি য়াওদ্রবরা করি অতুক শাউবনো শাউগনু অয়াংবা ঐ অশিবু নয়ুম পিবা ৪ না ইরু মাইতা ইহৈদুনা কংলৈ পিবা লুচিংবা স্না থম্বাল লৈশঙবা লৈহাপ লৈশিন্নবা নংত্রবরা, লাও চংলকউ নফয়াংদা ফম্লোলাও মুংশি মুংঙোন রাবু পাউশানশি হায়না কৌশিল্লকই । থোং লৈরোং থুমন পিবান, মপুক্তা ঐবু খেম্নোনা কৌশিল্লগা লোনম তৌদুনা ফাগদবগী তৌওম্লিবনি খন্দুনা মৈতৈ কংলৈ পিবা নঙ্গী লোনম রাহৈদুনা থোং লৈরোংবু য়াগদবা নত্তে খংঙ. চংলক্রবদা লোখাম্বা য়াবা থুমন নত্তে, কংলৈ পিবা নমাই ওনগনু হাইনা লাওরম্মগা থাং, টা পায়দুনা লিরুং তেনকাপ্পনা চেনশিনক্রে । মৈতৈশ পিবানা লোখাম্বদা য়াওমদবা উবদা কংলৈ পিবাগী লানমীশিংনা শাওদুনা লানচাইনরে, থুমন লাম্ভেরম্বদগী লান কাইদুনা চেন্নখরে ।।

মৈতৈশু অয়াংবনা লৈবাক্কী মুংঙাই য়াইফনবা থুঙ্গং থুনিঙ্গী মচীন চংপা ফমদো লৈহৎপুনা লৈবাক মরা তপ্প, কুমজা মুংশাংনা চাংবুরোই তম্বরোইবু লৈশুপ লৈকোই লৈঙাক লৈপুনা উনবা মনা তপ্পা চাকহোং ঙাহোংনা লৈপাল্লে ।

মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৪ নোংদালাই কুমশিং ৮৭৬ চাংলকপদা থুমন পিবা কাংদুনা মৈতৈশু লাইনিংথৌ অয়াংবনা থুমন চীংখোং পোক্রাইববু মরূম থুমনগী চুচিংবা পিন হাম্নীরে । হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লম মখৈবু অমুক নৌহৈনা পীরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৮৫ নোংদালাই কুমশিং ৮৭৭ বী পোইন্তু থাজা ১১ নি পানবা থাংজা নুমিংকী অয়ুক নোংঙাল্লমদাইগী কোলুপ্তা লৈমরেন তরেং চুচিং যধাল খোপুনগী মৈতৈ লৈমরেল লম্বশুবু রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা মচা ইবুংঙো অম পোক্লে ।। ঈপান থোপুবদ মচা চনুংঙোগী মিং-লেনবু ( নি খোচেং ) নিংতম্লে ।

## খ.গীগা লাম্ভেংনবা কাব্রং শেমবুংনচিংবা লোইপোৎ হাবা

মতুং খরা লৈবাক ইংনা লৈপাল্লে । লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৮৯ নোংদালাই কুমশিং ৮৮১ গী কালেন থাশিরমদাইদা খাগী লৈবাক্কী লানমীনা চীংবা ইরাংমদা লৈবা মৈতৈ হৌ কংলৈ পুংমাই য়োন লৈবাক্কী লম ( তাংবোগা তুম্মুগবু ) খাগী অরা মখোইগী লম্নী হাইদুনা মফম অদুদা লৈঙম্বা মৈতৈবু য়াম্না ওং নৈনা হাংলে তাম্বোক্লে ।। মৈতৈশু অয়াংবনা ভায়ঙুনা মৈতৈ অকল অথৌ

লানমীগা লোইননা চত্তুনা মফম অনিদা লৈঙয়বা খাগী অরা লানমীবু চাইথাট থুগাইদুনা মৈতৈবু অমুক লৈভাক লৈথয়ে ।। মতুংদা অরা লানমীবু তকশিন্দুনা নোংপোক লোইজিরী চীংখোংদা ( মুঙদা লাইয়েক্তুনা থয়ে ) মশি ফাওবা মৈতৈ লৈবাকী লম্মী শিদগী অরানা ইরাং লান্না লৈফরোই লৈঙম্নবদি তৌ কৌলে লম্মহনবা লৈবাক্তা ( লোইপোং কাগদবনি ) রারেপতুনা লৈথম্নরম্মে । খাগী তুংজে শোরা লুচিংবা মীয়োক বুম্বগাই পুংগ্রী অনিনা ছোয়ানতুনা মুকা লং কগো মীপোং ১০ গা শেনগী কাগোক ৫ গ, শগোল ১৫ গা, শেনবুং ১ গা কাগোক হান্দুনা লৈথিল্লকুনা হল্লক্লে ।। রাকচীং খাজগী ৫ নি পানবা নোংকোরেী শগোলশেন কুমিংকী তয়ুক অঙনবদা মং কংলা শঙ্গাইলেন্দা লৈথংলরে ।। কুংথিল পোম্বা লৈতল্লকপদা মৈতৈ লৈমরেল লম্বশু রাঙ্গোন শঙ্গমতুনা মচা ইবুংঙো অমশু তানফংলে ।। খাগীবু রাঙম্বা থাদা পোকচবা ইচানি লুতুংনা রাখংনবগী ঈপাল থোনিবদা মচ ইবুংঙোগী মমিংবু ( খাংতাও ) মিংতুনা থোনিরে ।।

## তখেলগা লাম্হেংনদুনা লোইপোং হাবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৯২ নোংদালাই কুমশিং ৮৮৪ লৈচংবদা লাইনিংথৌ মৈতৈঙু অয়াংবা পিবালেন্না মখম অঙোমগী লুচিংবা পিব অঙোপাম্বা নিংথৌ কম্বোংববু লৈতাম্নীতুনা নোংহোনা তৌ রাইবং লম্মক্কনবনা কোনব লম্বু লৈশিন্নতুনা পীরে ।। কুম অশিদা তখেলগী লানমীনা মৈতৈ লোম্লেন থুন্দা লৈবনু ওং নৈতুনা তাম্থোক্লে হাইবা পাউ তাতুনা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ অয়াংবনা শাওতুনা অকল অথৌ লানমী পুতুনা তখেল লানমীগা লাম্হেংনতুনা তখেলগী লানমী অকল অথৌবু তানগাইরে. মৈতৈ লানমীগী থাং. টা অরাম্বাইগী মমাংদা থাংবা শুমদতুনা চেন্নরে ।। তখেল লৈবাক্তা চ ডারে কুমজাগী লোইপোং হাজগে কনবিও হাইয়ে মৈতৈঙুনা তোয়াবিতুনা থাদোক্লে ।। তখেল বিশগা ও থাক্তরা হাইব খুল অনিনা মৈতৈঙুগী থোংবেং ওইবিও হাইতুনা ( শামু চাজেনবী অমগা শামু লাবা য়াতোমপোক ) অমমমগা শামু থোবা ( মউং ) তখেল তোনতৌ কৌবগা খুদোনপোং ওইনা কত্তুনা পুবক্লে । মতুং য়েক্কবা লৈতনা পাল্লে, ফম্বাল কুমজা ৮৯ নি পুন্সি কুমজানা ১০৫ নি থাজনব ১০৮ নি হাইয়ে ।।

---

## মৈতৈঙু অয়াংবগী নাওদা য়ুমদাবা

শাইরেম, অথোংবম

মৈতৈঙু নিংথৌচেনা মনাও ইবুংঙো খাংতাওবু লৈভাক লৈকল্লোন শঙলেনগী লুচিং মথৌ ফম ওইহন্দুনা তুইয়েল লাঙ্গেং শাকবা সেনাম্বী হাপ্পুনা সনা থোগন তৌতুনা লৈঙম্বদগী মতুংদা অঙো

পান্বা চম্ভ তোনশেন লৈমা পান্নতুনা মচা ইবুংঙো শৈরেংজান্বা শাইরেংচান্ব পোক্লে ।। শৈরেংচান্বনা ( শাইরেম য়ুমদাবা হৌরে ।। খুরাই তাবা শাইরেম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং গৌরচন্দ্রনা য়ুম তাক্লি ।।

রাংবন তাবা শাইরেম অপাক লাক্নে ।। শাইরেম খোংজি লাক্নে ।। শাইরেম অঙোমদা শিল্লংবা খুরাই তাবা চক্রপানিগী য়ুম্নি । রাইখোং তাবা শাইরেম চাওবগী য়ুম্নি ।। খুরাই তাবা শাইরেমদগী থাকৈনা ( অখোংবম ) উমানন্দগী য়ুম্নি ।।

---

## ১৬ নং মৈতৈঙু লাইনিংথো নিংথৌচেংগী পরেঙ

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০১০ নোংদালাই কুমশিং ৯০১ কুম অসিদা মৈতৈঙু লাইনিংথো নিংথৌচেংনা ময়ুন পুন্নগী লুচিংবা পিবা ফম্বাল লৈফম্নগে লাখন্দুনা মনাও ইবুংঙো খাংলাওন হুইয়েন লাংজেং শাফবা = সনাপতী লৈহাপ্লীতুনা লৈঙাক লৈকনগী ফম্বে লৈপু লৈফম্বা লৈশিন্নরে । মতুংদা পিবা খৈবুবগী লাইরকচন চংলম্ব নামুং চংলম থোক্লনবা মীতৈ লৈমা থৌচাও চম্ভ লামপাঙুবু লুতিন লৈরৌ লৈয়াতুনা মঙাং য়ুমদা লুতিরে ।। ময়ুম লুবাং পিবা লাইবমলেনগী নামুং চংলম ওইরম্ববু লৈশেং লৈক্তিন য়াঙয়তুনা লৌখংপিতুনা মীরোল মাংদা অতম্ব লৈশুংনা লুরাং পিবা লম্বা ( খিংপোং রায়াববু ) লৈতাপ্লীতুনা নোংহৌনা হৌ থাংরাই হনহনা কোননা লম্ব লৈশিন্নতনা পীরে ।। ময়ুম অঙোম এলুপমগী পিবা অহৌপান্বা খোংচোম্ববু হাপ্তু নাচৌরাইরং লম্মহনবনা কোননা লম মথৈবু নোংহৌনা লৈশিন্নতুনা পীরে । ময়ুম এলুপমগী পিবা লম্বুবা খুমন শোরারোংবু হাপ্তুনা হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লম্ব শিন্নরে । ময়ুম মোইরাং এলুপমগী পিবা লম্বুবা মোইরাং লম্ম শেম্বা = মোইমা শেম্বু হাপ্তুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম মথৈবু লৈশিন্নতুনা পীরে ।। ময়ুম পিবা ৪ না মৈতৈঙু নিংথৌচেবু ফম্বাল লৈপম্নবা ইক মাইতা ইহৈবিতুনা মৈতৈ লৈমগা লোইনতুনা ফম্বাল ফিরোল ফিশেংলে ।। য়োইরেন খবী লোংনা তিন, অমাই অনপ লোশিংনা অশৈ খোংকংলাং, নোংদম মরু খিংবাইজান্বা কাইথিরোন মরু রাইথোংঙন্বা মরু ২ না মৈতৈঙুগী য় ইফংনবা ফম্বাল পরম্ব লৈরাঙনা পুরুম থাগোন খেন্নিতুনা মৈতৈঙু নিংথৌচেগী ফম্ব ল মিংলেনবু পা–পুগী লৈবৌনা ( লাইনিংথো মৈতৈঙু নিংথৌচেং ) মিংচম্না লৈহল লাংলে । মীতৈ লৈমা লম্বগুন্ব মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই ফম্নেন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈহান্নে ।। মরু ২ না লৈবাক নেংথো তুবা উয়ুং থক্কুগী থেমথোক্লনা অশৈ খোংফাং লাংনা ফম্বাল মেন মথক্কুগী লৌথতুনা খ্বাংশেং ফিরোনবু লৈহোংতুনা ফমদো ৬৪ না খৌখল লাংতুনা রায়েল থোকাও নিংশিং খোংকম কুচু শঙলেন্দা লৈফম্মিন্নতুনা কুংঙাইনরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০১৮ নোংদালাই কুমশিং ৯০৬ কী কালেন থাজগী ৫ নি পানব. নোংকোরে৷ শগোলশেন কুমিৎকী মুংথিল পোপ্পা ছল্লকপদা হাওকপ চৌংশাংনা লোইপোং কারক্কবগী লোইপোৎ থোবা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ নিংথৌচেংবু ম্না খোংলেংগনি লোইপোৎ খোম্বা ময়ুম মোইরাং পিবা মোইমাশেন্বগু য়াওক্লো থাবোববু থৌয়াদতুনা মোইরাং নিংথৌ মোইমাশেম্ববু লৈহৌরে ।। লাই-নিংথৌ নিংথৌচেংনা মনাও ইবুংঙো হুইয়েল লাংজেং শাফবা থাংতাওদা হৌ লম্মহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োনবু লৈঙাক লৈকম্নবা লৈশিন্নরম্মগা ফমদৌ থরুগা হুইয়েল শাফবা ১০০ গা লোইমতুনা হাওকপ চৌংশাং কোইতুনা লোইপোৎপু খোমতুনা যন ১০০, কামেং ১০০ গা লোইননা ফিবোং চমেনলোন রাজোন পুকৈরোন ফিরোমে, হৌরাই চেংরাই, পান, মাইরেন, অচাপোং মথল মথল মংকৎলতুনা চৌংহাওশিংনা পোৎথিল্লতুনা লৈহল্লক্লে ।।

ময়ুম মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা পিবা মোইমাশেম্বনা য়াথংবু থৌওক্তদতুনা লাকথিদববু ম্না পুক্লিংদা তাথিখিবনা চৌংশাং লৈকোই লৈথুংলুবা লোইতুনা লৈহল্লক্লগা লাংবচক্কী কুমশিং ৪০১৫ নোংদালাই কুমশিং ৯০৮ কী চহৌদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ নিংথৌচেংনা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ মোইমাশেম্ববু পিবা ফয়েন লোৗথোকতুনা তাম্বোক্লে । মতুংদা মোইরাঙ্গী পুন্সি খুরেনববু ময়ুম পিবা লম্বুবা নিংথৌ লৈহাম্মীতুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বু পীরে, হৌ ওংঙোইনা কোনবা লম্বু লৈশিন্নরে ।। খুমন লম্বুবা নিংথৌ শোয়ারোংবু শিতুনা মচানিপা চেকয়াম্ববু ময়ুম খুমনগী লুচিংবা পিবা চাম্মীতন, লম্বুবা নিংথৌ হাপ্তনা থয়ে ।। ময়াম্বশিংনা খুমন এলুপকী য়ুমথাই য়ুমদনতুনা লৈরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৩১ নোংদালাই কুমশিং ৯২৩ লৈচংবগী কালেন থাজগী ৭ নি পানবা লৈবাকপোকপা কুমিৎ মুংথিল পেপ্পা ছনগংলকপদা রাজোন শঙ্গমতুনা মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই কমথোন ৭ লৈপু লৈকথী লম্বগু মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে. মসিংবু ঈপান থোনিব। কুমিত্তা চেংলৈ ঈপান লাম্ববা লৈঙন্নবা থোনিরে ।। কুম অশিদা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ পুন্সিবা খুরেলবা শিতুনা মতুংদা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ মোইরাং কোইরেম্ববু চাম্মীরে ।।

মতুংদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ নিংথৌচেংনা লৈবাক্কী খুঙ্গং খুদিংদা খোঙ্গুম থৌন্নেংনতুনা লৈত-লাইরা অশোন-অনাবু তেংথাং থৌবুবিতুনা লৈবাক মরা তপ্পা মৈতৈঙুগী মীয়োক মীচান ফজববু য়ুমথোং খুদিংদা পাউশানতুনা ফম্বাল কুমজা ৩৯ পালে, পুন্সিনা ৬১ লৈঙম্মে ।।

# ১৭ নং মৈতৈঙু চেংলৈ ঈপাল্লাম্বুবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৪৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৪১ গী চহৌদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ চেংলৈ ঈপাল্লাম্বুবনা মদাইরেন ইবেম্মা অরাম্বম চন্দ্র মীতৈ লৈমা লম্বশুবু লুতিল লৈরো লৈয়াতুনা হৌ

কংলৈ লম্মকনবগী মৈতৈ মঙাং এলুপমগী লুদা তৌন্দুনা মৈতৈ লৈমরেল লৈহাপ্পুনা মদাইরেনগা চৌ কংলৈ লম্মা হনবগী পিবালেনগী ফম্বানবু লৈশবা থৌপুরে ।। মতম অশিদা ময়ুম লুরাং এলুপকী লম্বুরে নিংথৌ খিংপোং রায়াববু নাওদদনা শিখরে পিবা থৌপু থৌশিন্নবা ভাক্রে চাইচনা মৈতৈঙ্ চেংলৈ ইপাল্লান্তবগী মকমদা রাকৎলরে মৈতৈঙ্গুনা লৈরো থৌপু থৌয়ানরে । থৌরমবু উবদা মৈতৈঙ্গুনা নৌহৌননা পিবালেনগী ফম্বালবু তোংহৌরগে নীংলজুনা নোংদম মরু খিংবাই-জাম্বগা কাইবিরোন মরু রাইখেংঙম্বগা মরু অনিগা তাম্নহনা ফম্বাল থুনা তোংনবা থৌশিল্লক্রে । লাংবচক্কী কুমশিং ২০৮৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৪১ গী কুম্মে ফাইরেন থাজগী ১৫ নি পানবা নোংকোরো নিংথৌকাবগী অয়ুক নোংথো থানবা মতমদা পিবালেন ফম্বাল তোংনবা থৌপুনহনা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা পনশা ঙম্বনা থৌপুহনা ইরু মাইত্তা ইহৈ অহুম্নক হৈরে । খুমন নিংথৌ লম্বুবা চেকয়াম্বা পিবানা ময়ুম ইশেংবু ইহৈরে ।। মোইরাং নিংথৌ লম্বুনা পিবা কোইরেম্বনা ময়ুম ইশেং লৌভাং পাংকা ইশিং চইহৈহন. লৈমা নিংথৌ অনিবু মাইত্তাবিনা থৌ-রোইচনা মুংকেং ইশিংনা অমুক নৌহৌনা ( শেলুং ফয়াইবা ) লাকপা ৫ না ইহৈহুন. হকশেংলগা ফম্বাল ফিরোল ফিশেৎ পিহনা মরু অনিনা পুরুম থৌনিজনা ফম্বাল মেনাথক্কা থাঙ্গজুনা অশৈ থোংফাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংনা য়োইরেন খাবি লেংনা হিল, ফমদো ৬৪ না থৌখম্না পিবালেন ফম্বাল লৈহাপ্পা নোংথৌ তুবা উয়ুংথক্কা ফম্নে ।। মদাইরেন অরাম্বম চন্দ্র মীতৈলৈমা লম্বাশুবু মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈকম্বী পৌহাপ্পুনা লৈবাক নোংথৌহুনা মুংঙাইরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৫০ নোংদালাই কুমশিং ৯৪১ গী হিয়াঙ্গৈ থাজ ৫ নি পানবা নোংকোরো নিংথৌকাবগী নোংঙাল্লনদাইদা রাঙ্গোল শঙ্গুম্নহনা মৈতৈ লৈমা লম্বাশু মচ. ইবুংঙে অম তানফংলে । ইপাল থৌনিদা মিংলেনবু য়াংলৌ কৈফাব মিংতল্লা পৌনিরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৫১ নোংদালাই কুমশিং ৯৪৫ গী কুমগী নোংনা ইহৌরকপদা হিহৌ ইচাও থরা হৈন্দুনা চৌ কংলৈনা কোনবা লম্বু ইথুমহন. লৈফম কদোমদা ইথেশিবনো রাথল্লহনা ইথুমদবা লম্বু লৈয়েংমহনা চেম্ন থিনরিঙৈ অরা মৈশা লানরিঙৈদা খুমন পিবা চেকয়াম্বনা মাগী লানমী চিরোই ১০০ পা লোইনহনা হি তোংহনা নাদা শরাং ইথেংদা অচিংদা হিরান থোঙ্গা-নরক্রে ।। থৌরমবু মৈতৈঙ্ চেংলৈ ইপাল লাম্ববনা তাঙমহনা লানমী খবগা লোইনননা থোঙম-লজুনা অহিং অহুদা লম্মখাংদা থঙ্গুনা খুমন লালহৌ লানগারকপা পুথা তরু ফাহুনা পুরক্লগা অরা শঙদা ফাহুনা রারক থোকাওনববু থৌকাওদনবা রারক রাঙ্গেম্না থম্লে । মতুংদা লৈবাক মরা তপ্না চাকচোং ভাহোংনা লৈপান্দুনা ফম্বাল কুমজা ২০ লৈচুপা লৈপান্দুনা লৈঙৈম্বে, পুংনা কুমজা ৩৮ দা নোঙ্গ থোংলমবু তানফংনাখ্রে ।

# ১৮ নং মৈতৈঙু য়াংলৌ কৈফাবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০২৯ নোংদালাই কুমশিং ৯২১ লৈচংবদগী মৈতৈঙু য়াংলৌ কৈফাবনা হৌ কংলৈ লম্মহনবগী সন থম্বাল ফম্বালবু লৈশংবা হৌরে মতম অসিদা মৈতৈঙুগী মপোক কুমজা ১৯ চংলে ।। মতম অসিদা ময়ুম এলুপ শখাই পুম্নগী পৌপুবা লুচিংবা পিবালেন ফম্বালবু তোংদবা য়াদে হাইদুনা শজিবু থাদা মদাইরেন মীতৈ লৈমা খোংলৈমবু মঙাংলুদা লুপ্তিনবগী লৈয়ো লৈয়দুনা লুহোং লুপ্তিল্লে ।। কালেন থাগী থাজ ৩ নি পানবা নোংকোয়ো শগোলশেল মুমিৎকী অয়ুক্কী কোলুপ্তা অঙোম নিংথৌ লমবুবা পনশ ঙম্বা ।। খুমন পিবা লমবুবা নিংথৌ কোকপা । মোইরাং নিংথৌ লমবুবা পিবা কজুপুরাং পিবা (৩) না ইরু মাইতানবা ইশেং ইচৈ-দুনা মৈতৈঙু য়াংলৌ কৈফাবগা মৈতৈ লৈমরেল খোংলৈমগা অনিবু মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতবা থৌপুরে । শেলুংহনবা লম পুৰা খ্বাই তোনাবা, খুৎলাই নামোই. রাংথৈ রাঙ্গোন, য়াইখুলি য়াইশাবা মরিনা ফম্বাল ফিরোনবু ফিশেৎ লৈতেংবীদুনা মরু অনিগী মফম্নাংদা লৈশিল্লরে ।। নোংদম মরু থিংবাইজাম্বা । কাইবিরোন মরু রাইথেংঙম্বা মরু অনিনা মৈতৈঙুগী য়াইফংনবা পুরুম ইবাং থৌনি খাগোনবিদুনা লৈবাক নোংথৌ তুবা ফম্বাল উয়ুংদা কয়ে । ফম্বাল মিংতনবু মৈতৈঙু য়াংলৌ কৈফাবনু ( লাইনিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবা মৈতৈঙু হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাক্কী খুচিং পিব ) মিংতম্না লৈতুন লৈরাংলে ।। মৈতৈ লৈমা খোংলৈমবু ( মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈফম লৈপুবী ) খোংলৈমা খাকোনা লৈরাংলে ।। ফমথৌ ৬৪ না থৌখল্লাং অমাই অনপ লৌশিংনা অশে খোনফাংলাং, য়োইরেন খাবি লেংনা তিল্লা থৌখল্লা ফম্বাল মেন্দগী মরু অনিন থেমথোক্তুনা লৈথরে ।। কচ্ শঙলেন রাম্বেন নোংদম শঙলেনদা লৈফমদুনা লৈবাক তুনা লুংঙাইমিন্নরে ।

## নম্বোনবা মাক্লুংবা মরু অনি শাথোক্লকতুনা লাইনিংথৌদা শিন্নবা

খোইয়ুম খাইরিফাবগ, খোইয়ুন থপ্পংবগা অনিনা তান্নদুনা তাইবং পাথঙ্গী মশক্তুমবু ওইনা শাথোক্তুনা ফম্বাল তোংব মুমিৎকী মুমিদাংদা নোংদম শঙলেন্দ ফমদুনা মরু অনিবু ভাইদুনা লৈঙম্লক্লে ।। মরু ২ বু ফম্বাল তোংবগী থোঙম থৌপুববু খোরোইদুনা শঙলেন্দ লৈতল্লকপদা উঙম্নদুনা নোংদম মরু থিংবাইজাম্বনা রাতোম্মি । নহাবা নবাঙানিদি কদৌবা ? মরু অনিবু পুরুমজাগে লাকচবনি । লমদম্না কদাইদগী লাইনিংনা করি থাকৌবা ? মরু ঐদি খোইয়ুম খোইরিফাবগী নাওকল্লমদগী লাকচবনি, নম্বোনব কৌএ, ইশানৌ অশিদো থম্লাং পনশাবা য়োং-পোকপা, মুঙপোকপা খোইয়ুম নাওকোনবা লমদগী লাকপনি মমিংবু মাক্লুংবা কৌবা অদুনি ।।

উম খংলে মরু মচা রাইথেংভম্বা নং ঐদো ভাইবং চীঙ্গাক চাবশু হক্কা মুংশাংলে লৈহল্লশি অদুবু ভশি অহিং অশিমদি নচা ইচা লৈশক্কা না-কোন লৈথয়া লৈমিন্নরগা নোংকোরো ঙাল্লগা শামান লেংমান্নরবা মশেন লৈবাক য়াইফং থৌপুরশম্ব নং ঐশু হন্নফমদ, হরখশি নহাবা মাক্লংবা অশিদো নকান্নুংদ। লৈপুনা লৈথমল্লরো । মরু নয়াখংবু কুবিব। থৌভয়বা থৌপুজনি পাউশানহুন লৈমিন্নখ্রে ।।

ইন্নুং ভান্দুনা নোংকোরো ইরাই মুমিং থাক্তা মরিনি পানবগী মুংথিল পোপ্পা লৈভল্লক্রবা অশাই তশম ফমদো পুম্বনা মৈ থৌগন লৈফম্নবদা নহাবা অনিবু পুন্তম্নহুনা লাইনিংথৌ য়াংলো কৈফাবগী মফম্নাংদা লৈশিন্নরে ।। মৈতৈভ. লাইনিংথৌ য়াথংলোই শামান লেংমান্নবা অনি অশিনা ঐখোইগী ইথৌ ইভমবু থৌপুরশম্ব কোবো অশিদগী থৌহৌনা য়াইফং পরমবু তাম্বেংনবা লৈবাক অভম্বা ফম্বৈ ফম্বা পুম্বশু তারো থংলো নহাব পাখং নম্বেনবা অশিবু কোরো অসিদগী নোংদম শঙলেনবু শিন্নরবনি ।। নহাবা পাখং মাক্লংবদা কাইবিরোন শঙলেন লৈবাক য়াইফা তানফংনবা থৌপুববু লৈশিন্নরবনি, ঐখোই অনিদো ইয়ুম ইবাম য়াইদা খোংগুম লৈকুম্নখ্রগে নখোই পুম্বা য়াইফা য়াইফংনা লৈভমহৌরো নোংদম্লম্মগা থোকখ্রে ।। মৈতৈভ.না অভম্বা পুম্বগা রাহং খম্বদং রাহংনিংহুনা মক অনিবু লৌখামজগে তৌববু য়েংথোকখিবদা মরু অনিবু লৈরমদরে ।।

মতুং লমদা থাগী থানিল নোংকোরো শাগোলশেন মুমিংকী অয়ুক অঙনবগী কোল্লপ্পা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপুবী থোংলৈমবু রাঙ্গোন শংগুম্নখিহুনা মচানিপা অমা তানফংজরে মমিংবু ঈপান থৌনি থাগোপ্পবদা মচা ইবুংঙোবু ( ইয়েংবা ) লৈতন্না পুন্সি য়াইক থৌনিরে ।।

## নারেং কোঞ্জিন্দা কৈফাবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৭০ নোংদালাই কুমশিং ৯৬১ গী কালেন থাক্তা ১০ নি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক অঙনবদা লাংথবান চীঙ্গোন্দা পাম্বা লাকভম ফাভমদনা চাভবা অমা অয়ুক মুংথিল মুমিদাংবু শাথোক্তুনা লৈভম্বন: চংথোক চংশিন ভম্নদরে শিংজন, ইফান, লৌউ-শিংউববু ভমদরে রাকংলরে । পাম্বগী রাহোম তাবদ: মৈ থৌগন খরগা লোইনহুনা লাইনিংথৌ য়াংলো কৈফাবনা খোংগুমহুনা শাগী খোংগুন লিহুনা লাংথবান নারেং কোঞ্জিনগা তাইনবা লোক্তা নায়েহুনা লৈরমহুনা মৈতৈভ.না অকি তুজুং লৈতন চোংশিনখিহুনা পাম্বগা লাক্লরে, মৈতৈভ.না থাংলেন মখুৎশুনা পাম্বু ময়া কাবাক খন্দুনা নমহুনা চংনা ফারে ।। মতুংদা ওন্দুনা পাদম্ববু

মন্নাংলেন্দা খুন্তোন্দগী খুনিং চৈ ৪ শাংঙে, মমাইদা তুই ২ পাকই ।। মৈতৈঙ্গী মিংথৈবু লৈবাক্তা হুইয়েন লাংজেং শাফবা লাইনিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবা লৈবাক লুচিং পিবা নিংথৌরেল মিংলেন লৈকংনা হৈরাং লৈরাংনরে ।।

# ফনেক মপান্দা লোন্দুনা শেৎপা বৌবা

মৈতৈঙ্গী লাইনিংথৌ হুয়েল লাংজেং শাফবা ক'লৈ পিবারেল য়াংলৌ কৈফাবনা স্না পুক্লিংদ মৈতৈ লৈমশিংগী ফিশেংকৌদমক্তা রাখল্লি । মঙাং এলুপ পিবা ঐথোইদি ইবুধৌ তাওরোইলাই পাখংবগী ময়েকপু উনম কানো লৈহাপ্পুনা ফেজোম ফিশেংলি. মৈতৈ লৈমনা নমথাং ওইনৈ ময়েক অশিবু মখোইগী ফিনেক ফিবান্দা লোন্দুনা শেংলবদি নীংথি চংথোনবা ওইগনিদা, মুপী ফিনেক অশিশু মতম লৈগনি ইচম চম্বা তয়াং তশোইবশু ওইনা উঙ্ঙোইদা ।। অতুবু পানা পুনা লৈহাপ্লমদনা অশিনদি লাইয়েক অশি মুপী অঙাংনা খুউ মথা হেম্বনা শেংনবা ফিরোন্দা কনোক লৈহাপ্লব নাম্নবা ওইবা তাই মরম অতুন লৈহাপ্লদবা ওইবা তাই ।। অতুবু ফিনেক হাইবা ফিরোন অশিগী ফিবান অশিবু ইহাং হাংনা লৈবা অশিমক্তি য়েংবদা তয়াং তশোইনম্মেদা ।। মপান ৭ক-খা ময়েক মশোল অমতং লৈহাপ্পা শেংহল্লবদি য়েংবদা মিং লুম্না উগনিদা করি মওংনু পুগাক্তুনা ফিনেক্কী ফিবান্দা কনোক লৈহাপ্লহনশিবনো রাখল্লরক্রে । লাংবচক্কী কুমশিং ১০৭১ নোংদালাই কুমশিং ৯৬৩ লৈচংবগী চহৌ থাজগী থাজা ১৫ নি পানবা নোংকোরো শগোলশেন মুনিংন্কী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমা লৈঙম্বা মখৈগা মীতৈ লৈম লৈঙম্বা মখৈগা চীংবুরোই চংলৈ লৈমা লৈঙম্বা মখৈগা হৌ লম্মহনবা ক'লৈ স্না পুংদা কৌথঙনা লাইনিংথৌ হুইয়েল লাংজেং শাফবা মৈতৈঙ্গু য়াংলৌ লুচিংবা পিবানা কনোক মরোন অহুম্বু য়েক্তুনা পুখোক্লগা চংলৈ চক্ল মখৈদা ( খোই কানোক ) হাইবা মওং অমা কাব্রং লংনা লোনবা তম্মী । মীতৈ চক্ল মখৈদা ( অকোইবী কানো ) হাইনা কুময়িন পোংলোই ফিবানবু তমজনা লোনবা তম্মী । মৈতৈ চক্ল মখৈদা ( তিশাবা কানো ) হাইবা ময়েক মরোন অমা তম্মীদুনা মানা মানা লোনবা ফিরোন কানোকপু মশা মশাবু ফিরেন ফিনেক ওইনা শেংহন্দুনা ফিরোন ফজবা লাংলোন চেকশিনবা তাম্নহন্দুনা মৈতৈঙ্গনা মনা মথুম পিদুনা লৈমা চক্ল নীংঙোল পুম্বগী মপুক রাখলবু চাওনবা পোৎসংলি ।। মতুংদা কাব্রং অঙাংবনা ফিবুম মপুং লোল্লগা অঙৌবা মচু অমুবা মচু, তিগোক মচু নচু মরিনা লৈথেং লৈচু লৈখন চানা চানা হাপ্পুনা লোলহন্দুনা য়ুমথোং শিন্না হৈহল্লি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৭০ নোংদালাই কুমশিং ৯৬৫ লৈচংবগী কাইরেন থাজা ১৩ নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপা মুমিংনী মুংথিল পোপ্ত লৈহল্লকপদা মৈতৈ লৈমরেন শিন্নাই ফমথোন ৭

লৈপু লৈকপ্পী থোংলৈম্না রাঙ্গোন শঙ্গুম্নতুনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে, মমিংবু ( মচাইবুংঙো নাওহুই ) মিংকন তম্না ইপান থৌনি থোপুনৈ ।। মৈতৈগী হুইয়েন লাংজেং শাকখনা চীংঙান লম খুদিংবু কোইনা চত্তুনা লম্বু শেমদোক হাইদোক্লুনা খুন্দা লৈত্তানা লৈবা ময়াবা লৈথম্লকই, তাইথঙ্গা য়েক্লবা ওইবা নারক শীংলক্তা লৈবা শাশিংবু শিংথাবা ঙমদনা ফাতুনা লম্বু শেংদোক্লুনা থম্মী ।। মতু শেংনবা অশোন অনাবু কোঞ্জন্দুনা নাওয়োক নাঙকোম্না লৈথম্মী । লাইয়রবশিংবু মুংঙাইনবা মানা মানা হৈনগদবা থৌরম্বু শীম্লাক শীন্দম্মীতুনা থৌরম্বু রাত্তনবা তেংবাংবী । অশুম্না য়েক্লবা লৈত্তনা লৈপাক্লরবদা লাইনিংথৌ হুইয়েন শাফবু ম্না হকচাংবু অনা লাইওং খংদনা কম্না ইরে= নারে ।। মতম অশিদা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ বজু পরাঙ্গী মফমদা মোইরাং শোংলে লাঙ্গবা শংদোন লাইনৌত্তাবনা লান্দতুনা পিব ফাম্লনবু মুন্দুনা মোইরাঙ্গী পিবা ওইতুনা লৈত্তম্লে, পিবা কজু পুনাং মকম খংদনা মাংখ্রে ।। থৌরম্বু মৈতৈগীনা তারে । লাই- নিংথৌ হুইয়েন লাংজেং রাখল্লরগা লাইনবাই অশিংঙম্বা চংলম্বু ইহাকথক্তা থৌহৌরেদো য়াম্বা থৌখন থৌলিংনদবা ময়ুম ঙমগী লুচিংবা পিরা হাম্লদি কংলৈ খম্বা পিবা ঐম্না মশাগী চংলম লুপ্তিন লাইরকচন তুরে মোদো লৈথি থৌয়েংনা লৈত্তপকদবনি ঐদি কল্লে হৈশিংলে হাইতুনা হেক্তা নমথেক নমজানতুনা ময়ুম পিবা ওইতুনা পাগী পুগী থৌখন লৈহুনবু হেক্তা য়াবা নত্তবা চংলম্নি লাইরকচন্দা নামুং থৌরম্বু মোইরাং শোংলে লাঙ্গব শংদোন লাইনৌত্তাবনা থৌপ্পবশিংবু ঐনদি নাতুনা লৈরবনিনা লৈচুমথোকপা ঙমদবেদো ।। চংলম অশিদি লুত্তুংদগী অকাইবা নামুং চংলম রাঙ্গৌবা তাঙবা চংলম্নি কমদৌশিবনো, লৈবাক অশিদি অশোন অনা মতু শোনবা লৈবা ঙম্লোইদৌরে অকন হকনবনা নমথেক নমজানতুনা লৈপাক্লবা তাঙমদৌরে লাকচৈদা উমং থ্বাংঙ্গী লাইগী শরোই ঙরোই হিংচা য়াইত্তম্বশিংনা মতম খরা তাইবংশিংদা থৌপুরুনা অত্তুবু ঐখোই তাইবং মশেন্দা থেংনশল্লেদা লাকচৈদা হাইনা ম্না পুক্লিংদা মুংঙাইতনা শোন্দুনা ঐন নাতুনা লৈবনা চংলম অকাইবশিংবু কদৌরম্বা ঙমখিদরেকো হাইবগী থ্বাংথম্না মুংঙাতবা ওইতুনা নোংম নোংমগী অনা লাইওং লৈখংদবা ওইখিতুনা নোঙ্গ থেংলম তানফখি ।। মৈতৈগী ফম্বাল কুমজা ১৬ লৈপাক্লি, পুন্সি কুমজানা ৩৫ নি ।

---

# নাওহুইনা মঙাং য়ুমদাবা

সোয়াম, সাইথোম

মচা ইবুংঙো নাওহুইনা ময়াম্বুঙ্গী থোথন্দুনা অকন অথৌ শাকং হনবা ওইতুনা শোইবম চম্নু য়াইরৈবী পাম্লতুনা মচা ইবুংঙো শোইরাম্বা পুশিবা পোক্লুনা মাগী মিংনা ( সোয়াম ) য়ুমদারে ।।

সোয়াম মুনি মাগী ইনা কবো লৈকাই তাবা সোয়াম নাওলশিং ।। কাব্রং নাইবা সোয়াম কোংপান তাবা জন্থুনাথকী য়ুম্লি ।। য়াইস্কুল তাবা সাইখোম গৌরসিং সেলুংবগী য়ুম্লি ।।

---

# ১৯ নং মৈতৈঙ্ লাইনিংথো ইয়েংবা পিবাগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৮৪ নোংদালাই কুমশিং ৯৭৬ লৈচংবদগী থোহোনা মৈতৈঙ্ ইয়েংবা হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাক্কী পিব (কংলৈ স্না থম্বালগী) লৈশংনবা থোহৌরে ।। কম্বাল মেন লৈবাক নোংথো তুবা উয়ুং ফম্বালবু লৈফম্লগে নীংথুনা হাওরোকচম চন্নু মৈতৈ লৈমা হাওরৈমা কৌবীবু মঙাং লুদা লুতিন্নবগী লৈরো লৈয়াহুনা লুতিনহন্দুনা মৈতৈ লৈমরেল হাপ্লে ।। মনাও ইবুংঙো নংওভই অপাম্ববু (শারুং হনবা) ফম হাপ্পুনা লমকোইথুনা চীং মান লমহাং তুমাংবু শেমদোক্লুনা তাইবং খুন্দবা লোউ শিংউবা য়ানবগী থৌরম্ব থৌশিনবা থোদা নোংদম্বা থোপ্লনবা লৈহাপ্লে ।। মতুংদা নোংদম মরু (নখোনবা) কাইখিরোন মরু মাল্লংবা অনিনা মৈতৈঙুগী য়াইফংনবা পরম থৌরম্ব থৌথি থোয়েংদুনা ফম্বাল লৈফম্লবা থোরাংলে ।। লম্বুবা নিংথৌ ময়ুম অঙোম পিবা পনশা ওয়া ।। খুমন পিবা লম্বুবা নিংথৌ কোকপা ।। মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ শোলে লাঞ্জবা—শমদোন লাইনৌ তাবা ।। পিবা নিংথৌ অহুম্মা ময়ুম ইশেং পাংকী ইশিংবু মৈতৈঙুগা মৈতৈ লৈমরেনগা অনিগী ইরু মাইতানবা ফিজং ৭ লৈথন্না ইহৈহুনা ময়ুম অঙোম পিবানা ময়ুম পিবা অনিগীশু থোপুন ইহৈহুনা ইরু মাইতাবা থোরোইরে ।। লৈকাই ৮ গী শেলুংহনবা ৮ না থোখন্না ইবুংঙো ইবেম্মগী লোইয়িন খাবীনা লুচিংহুনা চরৈ ফি হোংদোক্লুনা ফম্বাল ফিরোন (খ্বাংলি লাইখনব, খ্বাংলি ফিনেক কুমশং পুমথিং) ফিশেং লৈতেংবিহুনা (লুরেল লৈচাও চিন, উরিশেক চিরোং) ফিরোন লাইরুম নমথাংনা লৈববু মরুধো লাইমিংথোই অশিবগী মফমদা থোনিনা ফিশেং লৈতেংববু লোইহুনা মরু অনিগী মকল্লাংদা শিন্নরে ।। মরু অনিনা তৌনাশেং লাইশেং রাবু খিকপেং লাইশোম্ন লৈবাক নোংথো তুবা উয়ুং ফম্বাল মেন্থক্কো ফমহনলে । য়োইরেন খাবী শেংবা তৌন, অশৈ থোংফাংলোং, অমাই অনপ লোশিংনা লৈগুল্লাং, ফমদো ৮৪ না থোখন্না ফম্বাল লৈফম থোথন্না ফম্বাল মিংলেনবু লাইনিংথৌ ইয়েংবা হৌ কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী লুচিং পিবালেন মৈতৈঙ্ লৈবাক নোংথো লৈপুং লৈফম্বা মিংথুল্লে । ওইথম ফম্বাল লৈফম্বীবু মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই কম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী হাওরোক চন্নু লৈমরেল হাওরৈমা মিংহুন লৈকং লৈয়াংনহুনা ফম্বাল মেন্দগী থেম থোরুা ফাংথোং মরিবু নীকশিন্দুনা লোথরে । কুচু শঙলেন্দা লৈবাক্কী হরাও তয়াম্মবা লৈফম্বদা খুমন পিবগো মোইরাং পিবগো

মাগী মাগী লোইয়িন শখাই লাকমিন্নবশিংদা থোদা নোংদম্বদা কপ্পাও হুন্না থোদা রাঙাংবু পাউশানা থোপুনৈ ।। পাউশানবা রাবু তাবদা উম ময়ুম লুচিংবা অনি অসিদি য়াম্বা থৌলিংবা চৎনা লমদি কয়া মুম্না থোলিংদবা নমহাই নমথেক্লবা চৎলমবু পোপুইদা অহুবু ফম্বাল মুমিৎনিনা রাহৈ রাতেম্নাংদরে লুতুং থোকাওদনবা মতুংদা পাউশা চৎলম খরদি চুমথোক্তবা য়াদে রাথন্দুমা কুচু শঙলেন্দগী শঙ্গাইলেন্দা লেংশিল্লে ।।

# খুমন, মোইরাংবু রারক রাতেম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৮৫ নোংদালাই কুমশিং ৯৭৭ লৈচ'লকপগী (থোকাও রারক লৈতেম্নফম কুচুশ'লেন্দ) লৈফম্বদা লাইনিংথৌ ইয়েংবা মৈতৈঙ লুচিংবা ক'লৈ পিবানা হাই, অঙম্বা ফমদো ৬৪ মকপু তাবিনি মরমদি খুমন এলুপমগী, মোইরাং এলুপমা য়ুম অনিগী পিবা লম্বুবা নিংথৌ অনি অশিগী চৎলমশি রাঙাং ইথোন অসিবু মপুক অরাং লুতোন থোইমা য়াম্বা, এ মঙাইরে হৈশিংবা ইথোনা ফবা ঐবু করি কনানা কদোববু থোঙনগনি ঐনা হায়বনা অচুম্বনি অথংবা ঐনি থোনাকবশু ঐনি হাইবগী থোদা নোংদম ওইনা পাউশাবগুম তৌওম্মি ।। মথোইগী ফায়েন লাইমিং লমপুবা নিংথৌ লৈহাম্না ময়ুম শখাইগী পিব লুচিংবা হাইরিবা মিংলেন অনি অসিগী চৎলম্ন লৈথিনা থোপুনদে রায়েন চৎলমশু অচুম অরান থোয়েংলক্তরে. মথোইগী মঙমবু কনানা লৈহান্নীবনে থোথংলক্তরে, মতু শোনবা লাইরবশিংবু য়ুন্নিং খুন্নিংবা ঙম্নরোইদাইরি, অশিনদি লৈবাক অসি লুতুংদদি য়াম্বা থোখল লৈরক্লরোই, মথোইদ নিংথৌ হাইবা মিংচন অসিবু থোইয়ুম কনাবু তাইবং কনাবু লুংশি থোইজং থোইদনা থোকাওদনা নিংনবগী নিংথৌ হাইবনে । পিবা হাইবা মিংলেন্না থোইয়ুম কনাদা তাইবং কনাবু মপুক পেলতন্নবা লীজ পীখজুনা লংপাগী মশক ওইতুনা নাওকোম্নবা কৌবনো রাখৎনবা লৈগি লৈয়েংদবা চৎলম ওইনা লাইরকচনবু নামুং নবা থোপুবা পাগী পুগী নোংদম চৎলমবু কাইনবা থৌশিন থোপুনৈ মশিবু চৎলম লিচুমথোকহৌদ্রবদি লুতুং ফাওবা অকাইবা চৎলম ওইররনি ।। পিবা তিলু ফম্বান্নতুনা রাতান্নবশু য়াঙম্নরকলোইদৌরি পুক্লিং রাথলবু লৈতিন্দরবদি চৌঙ্গাক তৌন্নদবগুম তাঙম্ননি মশিবু কমদৌশিবনো । ময়ুম এলুপ পিবাশিংনা চৎনলমবু কাইওয়ক্লবদি কংলৈপিবনা থোয়েং থোখিনা রায়েন চৎলমবু কনানা কাইবনো থোথি রায়েনগদবনি অহুবু ময়ুম এলুপ খুমন ময়ুম এলুপ মোইরাং কনানশু রাহোম পাউতাক থোপুরদে মশিনদি মথোই এলুপ মখৈ তান্নতুনা নামুং চৌঙ্গাকশু চাঙম্না তাই, ময়ুম লুচিংবা পিবাশি'নশু নমথেক নমজানবা য়ানবা মা-মাগী খুৎসু কম্নবা মচা মনাও লোইয়িনবু মতীক চানা চানা খুৎলিংতুনা লৈবা তাই থোরম অতুনগী কিতুনা ওৎ নৈবিগদর হাইতুনা য়ানিংদবা

মথৈশু তুমিন্না লৈঙম্বা ওইঙম্বা তাই মৈতৈ কংলৈগী চৎনলমবু নমথনব, মাংথিনবা থোহো থোপুবশি ময়ুম এলুপ্প, লুচিংবা পিব, ফনৈ ফম্বশিংনা তান্নহুনা থোপুহনবা ওইবতাই ।। মশিদা পাও তাক্কে হাইহুনা ইয়েংবা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা ঐনা তানা তামা থোয়েংহুনা তুমিন্না লৈঙম্নবদি লুতুংদা হৌ লম্মহনবা কংলৈগী চৎনলম লাইরকচন্দী লৈমাং লৈমুৎনখিবা ওইনরক্কদৌরি, অতুগা পাগী পুগী চৎলনবু ইয়েংবা ইহাকথক্কা মাংহনববু থোকওম্লনি, লৈবাক অশিদা মতু শোনবা লাইরবা শিংবু লৈপাল খুল্লিংবশু থোঙম্নরক্লোইদৌরে চৎনলমবু কন্নবা লাইরবা মতু শোনববু লৈপাঙবা অক ইবা চৎলমবু লৈপিনা রায়েল নোংদম থোপুরুগে ফমদৌ পুম্বনা হৌ লম্মহনবা কংলৈস্না ফম্বানবু নুমিৎ থাদাং লৈশংনবিরম্মু ঐদি থুমন মোইরাংদা থোঙুম থোংদানবা চৎলুগে ।। পাউশাবু নোংদম্লগা শঙ্গাইলেন্দা লেংশিনখিহুনা শাফি লানফি থোন্দুনা শাপোৎ লানপোৎ, খুৎশু খুৎলাই শুনা হাপ্পুনা লানশা লাঙ্গোই কারু থোংদাংবা শাগোল য়াইশাবু নাকথং অনিদা অরাম্বাই তেঙ্গে নাকথং থন্না য়ান্দুনা শাথোক্লরক্লে । থৌরমবু নোংদম শংলেন্দা নোংদম মরু নখোনবনা উঙম্লে, কি করিনো তোউর্ম্মবা অসিদি লৌথাম্বশু য়াওমলোইদৌরি কমদৌশিবনো হাইনা চেম্মোরক্কুনা হাই । মৈতৈঙ লাইনিংথৌ ঙাইঙমথৌ ঙাইহাক রাৎলিয়ে লিচুম রায়েন লৈখিবা রায়েন করা রাকাওবা থোরম্নবা স্না লমংক থৌনি থাগোম্লখিগে লৌথামহুনা ঙাইঙম্লে ।। নোংদম মরু নখোনবা কাইবিরোন মরু মাক্লংবা মরু অনিনা শাথোক্কুনা খুমনগী, মোইরাঙ্গী মুংফান থোংহাংলে, মোইরাঙ্গী নুংলোন অবাক্লবদা স্না লুপ তাঙ্গা থানা নোংদম মরুনা লাইশোল্লক্লে ।। ( ও য়োক্তৌং কংবিং সংগে মৈরিকপা হংসে ) খুমন মুরৈ শংথাংনববু লৈহাংনা কাইবিরোন মরুনা লৈপাইনরে ( য়াউতোং হাং ভংচেং কপ লুক্লাক ) লাইশোন্দুনা লৈফারে । অঙৌবা য়েনবা অমা ( শঙ্গাইগী মোইরাং পাংবদা লৈবা মুংফান্দা থাদোক্লে ) । নোংথৌ পাংনা থরাই পীচাগী খুথিন য়েংঙে, মপুক তপ্পা লৈচংনা লৈববু তানকংলে ।। খুদমবু উবদা মৈতৈঙ লেংবিরে থোঙম্লনি নোংদমহুনা থোংশানখরে । মৈতৈঙ লাইনিংথৌ ইয়েংবা লিচুম চৎলম লৈখিবনা থোংলেংখিবা উবদা ফমদৌ ৬৪ শু শাপোৎ লানপোৎ শেমহুনা শাফি লানফি শেত্তুনা লাঙ্গোই লানশা অমমম তোংহুনা স্না থোগনবু তান্নরক্লে ।। খুদক অতুদা হিদা হৈবা হিগী লানমী চালুপ অমশু ( ১০০ ) ঈশিঙ্গী লম্বীদা স্না থোগল তান্নরক্কুনা লোক্তাক থোংনুংদা লাক্লাহুনা লৈঙম্লক্লে । মৈতৈঙ লৈবাক্কী লুচিং পিবা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী স্না থম্বাল লৈশংবা লাইনিংথৌ ইয়েংবনা ময়ুম তাঙোম নিংথৌ লম্বুবা পিবা কিম্নাম্বৰু থাহুনা মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা ময়ুম মোইরাং পিবা ( শোংলেন লাঙবা শমদোন লাইনৌতাবনা ) অকি তুজুংবা লৈতনা পাউশা খুদিংবু নমহৎ নমহত্তুনা করি মঙম লৈহুনা মৈতৈ পিবা ইয়েংবনা ঐঙোন্দবু লানগ্রেম্নবা শাবুরা ময়ুম অঙোম নিংথৌ নংশু পঙ্গমু নংবুশু ঐনা হাইবিরিবশিনি চেকশিল্লু হৌজিক্কি ঐনা নংবু কদৌরোই নংনা মীপাউ পুহুনা

পাউশাবা লাকপনিনা নংবুদি ঐনা লৈকল্লগে চৎলো তমজরু খুদক অশিমক্তদা মরাম য়াইদা হঞ্জখো তাকশীরু ইরাং তৌত্থনা দৈঙ্গম্মদি খুদক অতুদা ফাহুনা মৈতৈ পুম্বা লোক্তাক ঙাথি থেম্নগনি তাকপীরু কিয়াম্বা নংবা ।। ময়ুম মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা পিবা নচৌন নয়া হেনম্বা থোইমা য়াম্মল্লি, খুদক অশিদা নঙম্বু চাংয়েঙ্গে হাইববু কংলৈ পিবানা থৌদরকপদা থৌয়াঙরক্তবনিনা মংনা য়াঙম্মহুনা লৈহৌরো চেকশিল্লুদো ঐ চৎলে হাইরগা লৈহল্লক্তুনা শাপোৎ লানপোৎ শেৎচিন্দুনা লানচংলক্লে ।। ময়ুম মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ শোংলেনলাঞ্জবা = শমদোং লাইনোতাবশু অকি তুজুংবা লৈতনা হিগী লানমী ঈশিংদা হৈবা মথৈনা লোক্তাক থোংদহুনা তুরেল অচৌবদা অমদি নখুল নাদ ঈথেংলোমদা থোক্তহুনা কংলৈ পুংমাইয়োন য়োঙম্মবা রাখল্লহুনা নারোন্দা ঈশিঙ্গী লানমীশিংবু পুহুনা ( মোইরাং শারুং হনবা স্নালোক্কী পোংঙ্গেনবনা ) ঈশিং লানমী ১০০ ( চাপুপ অমগা ) লোইনহুনা লিরুং তেন শুবা, শাউরোং শুবা, থাং, টা শুবা খুৎলাইগা লোইননা লান্দারকপবু মৈতৈগী ঈশিঙ্গী লানমী হিক্তেংবা শিঙ্গ লোক্তাক থোংম্নাংদা থেংনহুন অকি তুজুংবা লৈতনা লাম্নেংনরে ।। লাল অহু মোইরাং লানমীনা কয়া উশিঙ্গু মৈতৈনবু হি তেংববু কয়াবু হৈগৎনো ঙাইহাক লৈরগা কাইহুনা হিরম মরাইনা লৈফাৎচগদবনিদা য়াখন্দুনা লানগ্রেম্মনা লংনবগুম লাম্নেংনবদগী মৈতৈগী ঈশিঙ্গী লানম - শিংবু খুদক অতুদা মফম মরাং ঈথং থংহৌদনা লানকাইহুনা মাইগে থংদনা লানজেম্নশুম্না মাইগে মরিদা হি তোংহুনা চেম্না কাইনখরে । মোইরাং লানমীনা হরাও মখোই কাহুনা নৌপাক্না ঈশিংদা কুহুনা ওই ওই লাওহুনা তানশিন্নব, শারিঙ্গেদা চাং মান্নবা মাইগে মরিবু কোইশিন্না থহুনা হিমাই লৈশিল্লক্তুনা হৌ কেগে লানমী পুম্নবু মৈতৈ লানমীন, মাইগে মরিবু হিরম থহনা কোয়শিল্লক্তুনা লালহৌ লাম্নেংনরকপদা হৌ কেগে লানমী হিদা হৈববু মকোক ঙাওরে, ঈশিঙ্গী হিগী লাম্নোং লৈথংনদহুনা পংথনরে ।। খুদক অতুদা মৈতৈ লানমীনা কাপাশিনবগা থৌজিন হোঙ্গিল্লকপগা থুংমান থোংমাম্নহুনা মোইরাং লানমী য়ান্নশু শিথরে, খুৎলাই মখুওগী থাদোয়রুহুনা হাইজ নোনজ রাহৈনা রাহোয়ম্নরক্তুনা হীংহৌবা মথৈবু তরু ফারে ।।

শোংলেন লাম্বুবা লমবুবা পিবানা মচানিপা অহন ( উর কোম্নৌবগা, মচা অতোনব, চৌং-থুবগনা ) লুচিংহুনা হৌ কেগেগী কংফানগী লানমী শাগোলতোংবগা থোংন, চৎপগা লানমী ২০০ বু পুহুনা হৌ ঙাংঙোই খুঞ্জিন্দা লমথহুনা মৈতৈ হৌ কংলৈগী লানমী তেঙ্গোলগা লাম্নেংনববু নীশু মফম থংদন, য়াম্না শিথ্রে ।। খোংবাই অহুম্নকশু লানগাই থোংহল্লনবু লৈহনশিল্লক্তুনা লাম্নীংলম্মি, লোক্তাক লাঞ্জবা হিলান্দববু কাইরে মৈতৈ লানমীনা তুবুন লিফানখরে পাউতাবদা মাগা লোইনবা লানমীশিং কনাবু তাক্লম্বা লৈতনা লানমীশিঙ্গী মতুংদা চংশিল্লু নীংহল্লশুমশি হন্দক্কি হাইনা শাগোল তোংহুনা মপা মচা অহুম্না লাম্নোলম্মগা পাউপুব, মোইরাং নাহজহনবা অথোবা

মখোই নিপা ৫ গা লোইনদুনা নারোম্বা ( থাংজিং ঙাংঙোই চীং ) তম্না চেনখরে ।। লানমী পুম্নমক্তা কাইদুনা চেন্নরে নোং কোরৌ তম্নি শুবদা লান লোইদুনা লানমী লমহেনবা ৫০ দি ফারে, মপা মচা অদুমদি থিবা থংদ্রে ।। মোইরাং লানমী থম্বা শেন্দাই, থম্বা নারোং, অতোং হৈনা, থৌকাহনবা, লোংখুম চোন্না, স্নালোক্কী পোঞ্জনবা, কাবু য়েংবা, অঙোয়োক্কী অয়াংবা অশিনচিংবা ফাঙল্লে ।। মৈতৈশিং ইয়েংবনা নোংদম্মি চৎলম লুতিন থৌলিংদবা লাইরকচনবু নামুংহন্নব. থৌহৌ থৌশিনবা পাংগী পুগী নোংদম্বু থোঙ্গাওনবা মচীন য়াবা লিচুমদরিবা মথৈবু অরা শংদা লৈথম্না থৌশুহল্লু. চন্না নাম্মা চাক থাকউ মপুক থম্না চারগা লৈবাক্কী চৎলম রায়েন থৌকাওবা নীংশিং-লক্লোই নোংদমদুনা ( অরা কৈশুম রারক থৌশু শংদা ) থম্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৯৩ নোংদালাই কুমশিং ৯৮৫ লৈচংবগী কালেন থাজগী ৫ নি পানবা নিংথৌকাবা তুমিংক্কী মুংখিল পোম্পা লৈতল্লকপদা লাইনিংথৌ মৈতৈশিং ইয়েংবা হৌ লম্মহনবগী পিবা লুচিংবনা কমদৌ ৬৪ গা অকল অথেবা লানমী চলুপ অমগা ৫০ ( মাঙ্খে ) গা লোইনদুনা ময়ুম এল্পম লমবুবা নিংথৌ খুমন পিবা কোকপগী মফমদা লাকুনা ইয়েংবনা তাংঙাখাদা লানমী-শিঙ্গা লোইননা ঙাইদুনা লৈঙম্নগা ময়ুম অচৌপাম্বা অঙোম পিবা লমবুব নিংথৌ কিয়াম্ববু পাউ-শাওহল্লবদা খুমন পিবা কোকপনা কংলৈ পিবা ইয়েংববু কম্না থৌওইদবা থৌগল্লোন কাইবা রাঙাং রাইত থরা শাগ্রেমনরক্লে ।। অঙোম পিবা কিয়াম্বশু নিংঙাই থরা শংখাংনরে মতুদা অঙোম পিবা লুচিংবনা হাইয়ে ময়ুম খুমন পিবা নঙ্গী নপুক লুম্লাংবু থোনবা চৎলম লুতুঙ্গী লৈখন থৌপুদববু লিচুম্নীরমতুনা চংলম সিন্থাক্কদবগী তাংঙাখাদা লাইনিংথৌ ইয়েংবনা নংবু ঙাইহনা লৈরিবশি নংদি লৈথংদমায়ে. তুপী অঙাং শোক পনগনি হাইবগী লমহাংদা ঙাইবনি অদুদি খংদতুনা কিদুনা চং-লক্লুবোই থল্লিবোইদে খুমন অপংবা নয়ুমদা চংদুন. নমতুন. ফাঙম্বা হৌ কংলৈ লৈবাক্কী লুচিংবা পিবানি হাইবদু নলুং লেল্লগা কাওরবোইদো লাকুম লাক্রমায়ে চেকশিঙ্গহৌ ঐদি নংবু মুংশিদুনা কনবা য়াম্নবদি কনবিনবা পাউশাবিগে তৌবনি নয়ুম খুমন লৈমুৎচবা অদু মঙাইদন হাইরম্মগা হন্নক্লে ।। খুমন পিবা লমবুবা নিংথৌ কোকপশু খুদক অদুদা হৌ লাংলোই লম্মহনবন কোনবা লমগী মম্লুং অকোইবদা লৈঙম্লিনমথৈ থোমগত্তুনা লানচংলক্লে ।। মৈতৈ লানমীগা খুমন লানমীগা তাংঙাখাদা চাবা থকপা পোম্বা খংনদনা নোংকোরৌ ৫ নি চুপ্পা লাম্থেংনবদা খুমন লানমী তাক্লে খুমন কাইদুনা চেল্লে, মৈতৈ লানমীনা তান্নদুনা ফারে ।। খুমন লোম্পাম্বা, খুমন শ্রকাপ-তোন. খুমন চাজবা, খুমন লাল্লুম হৈবা, খুমন হাওকুম্পা খুমন হাওরৈম্বু, খুমন অমু থেঙ্গু, অয়াং লমজেনবা, অতোশমশাংবা, অয়েপঙ্গাও, তোঙ্গাও খুতেন, চৈশেং য়াংবা, লোইয়িন থৌজা. মতাইনবা. লান্দথৌবা অসিনচিংবা লানমী ৬০ ফাদুনা হৌ লম্মহনবগী রায়েন থৌকাওববু নীংশিংনফম ( কৈশুম শঙদা ) নোংকোরৌ ৭ নি থম্লগা মতুংদা ( অব শঙলেন শীনশু শঙদা ) থমথরে ।।

# মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ ইয়েংবনা থোকাওনববু নিংশিংনবা

হৌ লম্মহনবা স্না লৈবাক হি য়াই পুবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লৈবাক্তা লৈঙম্বা এরুপ শথাই পুম্ববু কোখত্তুনা (কুচু রায়েন নোংদম শঙলেন্দা) নোংকোরৌ ৭ নি চুপ্প মীতিন ফম্বান লাংমিন্নতুনা লৈহৌ নোংশেমথৈদগী চৎনরম লাইরকচন মুংঙাই য়াইফনা লৈবাক মরা ওপা লৈপান্নবা নোংদম্বনা লৈথয়ম্বা পরম্বু নীংশিংনবা ওইনা তাইঙম্মি ।। মীতিন অহুদা অরাশঙদা লৈম্বা থুমন মোইরাং লানমী কোইদৌ পুম্বশু পুথোক্তুনা মীতিন ফম্বদা য়াওচন্দুনা তাহল্লি ।। মৈতৈ লৈবাকী চৎলম লুতিন লাইরকচন কাইফদব পুম্ববু নোংদম মরু নমপোম্বনা নোংদম থৌপুন্তুনা কাইবিরোন মরু মাক্লংবনা লাইরকচনবু য়েক্লম্ব থমনুং ইঙাল লৈশাবা কোবা পুরারিগী মমুংদ লৈবা এরুপ শথাইগী চৎলম লাইরকচন কাইফদববু তাহম্নবা থৌপুন্নক্রে ।।

# মৈতৈ মীতৈ লাইরকচন্ন পাউশাবা

হয়ম তেংবানমগী মপুরেল উাংলৌ য়াইবিরেন শিদনা পোরক্রন শাংলাও. থমুং অঙ্গিবু ইঙাল লৈশাবা নখোং থুয়ালেন থগ্গাল লৈঙাং লৈকানা ওমচনববু নীংশিং লৈপাইনা পুকম থাগোনক্তুনা নোংদম্নম্ব নয়াথংবু লৈযেক লৈথম্নবিবু থোকাওদনবা নীংশিং পবম্ব পেংপুনা লৈবাকী এরুপ পুম্বৰু থোকাওদনবা তাওম্নবা নখৌদাবু থৌয়াজবা ওইনা পাংদগে কুবিও হয়াহে ।। খোই মীতিন ফগাল লাংলিবা মযুন শথাই এরুপমা পুম্বগী লুচিং ফম্বাল লাংবা অমদি য়াম্বা ইশানৌ কৎপে ফম্বানবা লৈবাকী মীতিন লৈফম্বীবা পুম্ববু পুকম থাগোন্না নীংশিংনরক্কে তাবিও লৈবাকী চৎলম লুত্তিন লাইরকচন হেংফা কাইফদবা লৈবাক লৈবাকশিন্না মুংঙাই য়াইফং তানক্কনবা রাবু চাথ-বগে । হয়ম কৌঙেদা ফৈদোম মরিবু লৈখাই লৈয়েন্দবিঙেল থমুংদগী ইঙাল লৈলা থোহৌবদা লৈরোল নোংলোনবু শেমঙেদা লৈফম অশিনা লৈবাক লৈবাক পুম্নদ্ধকী খোইদৌ ওইনা লৈহৎপুমা থোহৌনা শেমগং শাগত্তুনা নোংদম্বনা লৈহৌ শাফেংবা অহানবা লৈফম্নিদো লৈকম অশে অতু-ঙৈগীবু লুতুংনা থোকাওদনবা লৈবাক অশিবু হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন কোবনি । চৎলম লুত্তিন লাইরকচন পুম্ববু লৈফম অসিদগী নোংদম থোহৌনা লৈয়েন্দুনা লৈরোনবা লৈফম্মি । অহৌবা লৈফম্মি অরোইগদবা লৈফম্মি ।। অতুম্নঙ্গীদমক্তা চুতুংনা লৈথংজনবা লাইমিংথোই অশিবনা মালেমদা লৈয়েক্তুনা লৈফম্মু (রাহৌ রারোই লংদাইপুং) মিংচুন্ন, লৈথম্লিবা লৈফম্মি । লৈবাক অসিনা লাইরকচন লুতিনবু নামুংদরিবা মথৈবু লৈধাক লৈবাকপু মরু লেমফু লৈশোক্তা লৈবাক খোইচং গোইদাননা লৈপান তাম্লেংগদবনি থংঙো ইরম মীরম থাইঙম্লোই ওনা লৈবশু মানা

লৈবনি, মানা লৈবগু ঐমা লৈবনি হাইয়ে ।। হো লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন অশিবু লৈবাক পুম্নমক্কী হৌনফম খোইদৌনি লুতুংনা লৈথংনবগীদমক্তা লৈখাই লৈখাইনা লৈথম্নবগীদমক্তা ঙেংবানংবগী মপু পোয়েন শাংপনা মহাক্তগী মহাক ওইবা পা অমগা পী অমগা মঙান্দগী শাথোক্তুনা পুথোক্লে ।। মমিংবু শলাইলেন অমম্বা, ইংথৈবেল নামুংবী = লাইওইবী কৌএ লোংলেন্দা, মালেমদা লৈঙম্নবদা মরু শিদবা লৈশিয়েন লৈপুনবী কৌইদো ।। অতিয়া মরু শিদবনা মহাক্তগী নহাক, মহাক মশক অনিবু শাফোংলে = পুথোক্লে ।। অমদি লাইমিংথোই হাইয়ে, য়েংকী লেংজুন ওকখোংদা নীংশা ইহুনবু লৈকামশিনবদা শাথোকপনে । অমদি মরগী খোইদৌদগী চৌংথোকপনি ( স্না কোনজম্তুথোকপা ) কৌয়ে । মপারি অনিবু মাইগৈ মরি চিরা মম্নিবু খম্বাল লৈনা পানবগুম্না লৈহাপহন্দুনা মাইগৈ মরি শুংদাই মরিবু কোইশিন্না চৌংবা পায়োন ৯ বু লৈথানা হৌ লম্মহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োন লৈবাক অসিবু থমহন্দুনা লৈঙম্নিবা অসিনিদো ।। লাইমিংথোইদি অহংবা ঈশিংনিদো লাইমিংবু ( ওমথি ) হাইদো ।। কোনজনতুথোকপদি ঈশাবা মৈনি মমিংবু ( শাগ্নবী ) কৌইদো ।। মরু অতিয়া শিদবগী তাংবন = খুদাবু শাগ্নবী = কোনজনতুথোকপদা পীতুনা শীমৈদো ।। লৈবাকপু লৈকম ১২ খাইনা মিংহুন লৈথম্মগা লৈফম ৬ না লাইমিংথোইদা পীএ ।। লৈফম ৬ অমনা মরুগী স্না তাংবনগা কোম্ননা কোন্দে তনৌবা কোনজম্লাংবা পা-থংবদা শীন্নতুনা পীয়ে ।

লাইমিংথোই অশিবনা স্নাহকচাংদগী লৈম্নি ৭ খাইদোক্তুনা অতিয়া মরু শিদবগী মমিবু তমজনা নমু তাইবং ৭ শেম্নে ।। অমদি ঙাংঙানবা মচুনি । অমদি নাপু অয়াকপা মচুনি ।। অমদি লৈচেং ঙাংলৈনবা মচুনি ।। অমদি নোংথৌ মচুনি । অমদি অমুবা খে মচুনি ।। অমদি লৈচিন অরাওবা মচুনি । অমদি অঙৌবা মচুনি ।।

ঙাংঙানবা কুচুগী নমু তাইবংদি পাথংবা কোনজনতুথোকপা কদৌগুঙ্গীদমক্তা অমদি ঐ লৈনা লৈনা কদৌদৌরিবনো মসিদি ঐপা তিলু লৈথমদবা য়াত্রে রাখন্দুনা লোম্না হুতুনা পুম্নগা (থেংগ্রুম চৌংলেন্দা ) থম্লুরে লাইমিংবু ( কৌব্রু লাইলোংবা ) নাওরা হুম্নি লৈন্তবা নাওয়োম লাইয়েকপু ( অংকহং ) লাইয়েক য়ারানা ওইখরে ।

নমু তাইবং ৬ তা মঙাইরেদো খোইয়ুম পুম্ননা অতিয়া শিদবদা রাহোম রাকৎপদা মরুনা নোংদায়ে । মচু মঙানবু নাপু মচু লৈহকপা তাইবং অসিগী নাওয়োমদি ( খং ) লাইয়েক্কা নাওয়োম্নশি লাইমিংনা ( কে নজীম্লাংবা ) কৌগে, লাইমিং মেরুবনা ( অং ঙাংবরেল ) হাইশে ।। লৈগেং লৈরাংনা খোঙ্গন মেলৈ উনপ লৈনা মচুবু তমজনা লৈথেংশনু ।। থিকশেং নহাইনবনা ( খোকঙ মনাগা খোকরা মনাগনা ) থিকপেংশনু ।।

মচুনা নোংথৌ মচু মানবা নমু তাইবং অসিগী নাওয়োম লাইয়েক্তি ( কোং ) লাইয়েক য়ারানা ওইরশি, লাইমিংনা কোম্ঙীলাংবা কৌগে ।। মেরুবা লাইমিংনা ( কংজিরোং ) হাইগে ।। লৈথেং

লৈরাংবমা ( উনপলৈ কাক্লেবু ) থেংজমশি ।। থিকশেং নহাই থিকপেংবদি ( খোকনা খোকল্লানা ) অশুম ওইমিন্নরশন্নু ।।

মচু মঙাম্না লৈচিল অন্নাওবা মচু মানবা নমু তাইবং অশিগী নাওয়োম লাইয়েক্তি ( হুং ) লাইয়েক ম্নান্না ওইওন্নগ লাইমিংনা ( পোয়েং খোকতাইবা ) কৌগে ।। মেরুবনা ( য়োং ) হাইনা লৈজনগে ।। লৈচিন্না উনপলৈ এরুন্নেনা লৈথেংশে ।। থিকশেং নহাই থিকপেংবনা হুপকা, হুপ্লাংগনা নহাই থিকশেংনশন্নু ।।

মচু মঙাম্না অমুবা মচু খেমানবা নমু তাইবং মশক অসিগী নাওয়োম লাইয়েক্তী ( উং ) য়ান্না লাইয়েক্না থাওন্নগে ।। লাইমিংনা তাওবুংলেন শিদবা কৌগে ।। মেরুবনা উং তেদে অশাবা হাইশে ।। লৈথেং লৈরাংনা উনপলৈ লৈশং খেকল্লাইবনু লৈথেং লৈচিল ওইনশি । থিকশেং থাশেং নহাইবদি নাপুগা শেন্নুগনা থিকপেং চাইনা নহাইরশন্নু ।

মচু মঙাম্না লৈচেং অঙাংবগুপ্পা নমু তাইবং অসিবু নাওয়োমগদবা লাইয়েক্তী ( ঙা ) হাইবা লাইয়েক্ন নাওয়োম্নগে ।। লাইমিংনা ( চাওবুংলেন ) শিদবা কৌগে ।। মেরুবা লাইমিংনা ( হোং ঙাংবা লৈচিকপা ) হাইগে ।। লৈথেং লৈরাংনা উনপ্লে মেলে লৈন্নোন লৈথেংলশন্নু ।। থিকশেং নহাই থিকপেংনদি মশক অনি অসিবু লৈফম অমতদগী মশক অনিবু শাথোকখিএ হাইবনু লুতুংনশু লৈথংনবা ( নাপু শেন্নুনা ) অশুম ওইনশি ।।

মচু মঙানবু অঙৌবা থাজগী মঙাম্না ঙানবগুম ঙান্নিব নমু তাইবং অসিমদি লাইমিংবু পেং প্রুলেন শিদবা কৌগে ।। মশকপু নাওয়োথদি ( নং ) লাইয়েক নাওয়োমগে ।। মেরুবা লাইয়েক্না কুপকোপপা হাইসে ।। লৈথেং লৈরাংদি ( অঙৌবা থরো থম্বাল ) না ওইশন্নু ।। থিকশেং নহাইবদি তাইরেন্নাগা, পুংকাইনাগ থিকপেং চাইশন্নু ।

মশক অমদি নশানৌ কোঞ্জন্নু থোকপা মানা লেপকনি হাইহুনা তিলু লৈথম্নথনিমা ননাঙনা নমু তাইবং শাদম শাফোংবদো ওইরশন্নু নাওয়োম ( অক্কহং ) য়ান্না লাইয়েক হকী নাওয়োম ওইরশি ।। মেরুবা লাইমিংনা ( ওমলে নোংথাং তরংবা চাতেং ) কৌগে, লৈথেংনা থরো, থম্বাল অঙাংবনা লৈথেংশন্নু ।। নহাই থিকশেং থিকপেং চাইবনা ( উহংনাগা মাপীগা, শীংবীগনা ) খীকপেংশন্নু ।।

পারি মশক তরুক অশিদো পারি ইচাগী স্না হকচাংদগী এলুপুনা শাথোক শাদোংবা মশক তাক্তনি পারি লাইমিংথোই নঙ্গী নঙান নচুমি লৈমাং লৈমুংপা য়াদবা লৈবাক অশিগী এলুপ শথাই ওইনা মথংলেংনা শমথনা লৈঙন্নগদবনি মশক তরুক অশিগী হৌনফম মউ লৈফমদি হৌ

লম্মহনবা কংলৈ ম্না পুংমাইয়োন লৈকম অশিদা মীতমখিহুনা লেংদবা মাংফদবা লৈকম ওইহুনা মশক তরুকী মাগী মাগী মীরেপ মীতমপুংদি লৈয়াং লৈথম্না শাফোংলেদো এলুপ শথাই তরুক অশিবু লুতুংদগু লৈমুত্তনা লৈনবা লৈকম্বু পারি ইচানা লৈয়াং নোংদম্না লৈথম্বীহুনা নশানৌ পা-থবগী অশাই অশম ওইনা নোংদম লৈথম্নবিগু ।। মরুগী নোংদম থৌদাবু থোপুনা লাইমিংথোই জশিবনা মশক তরুক অহুবু শেমগৎ শাগত্তুনা তাইবং মশকপু লেপ্নখিব, মাগী মাগী মশকপু লৈথমখিবা লৈকম তরুক অহুদগী মালেম থরা থরা লৌহুনা পীরে অহুগা নোংদাম্মি ।। নমু এলুপ তরুকমক নখোই পুম্বগী হৌনা শাংনফমদি (হৌ লম্মহনব! কংলৈস্না পুংমাইয়োন কৌবা লৈফম অসিদগী লৈহৌ শাথোকপনি কাওগনু পরম অহুবু থংনব। নংনা নংবা শাথোক্লখিব, লৈফমদগী লৈ।। লৈবাকপু লৌহুনা নখোই পুম্বগী লৈথাইনা পিরিবদো লৈহৌফম্ব নীংশিংনব; থোকাওদনবা লৈসানি ।। লৈপা অশিদো নখোই নখোইনা লৈঙথা লৈকম অহুদা লৈহৌ লৈপী অহুবু লৈতিন্দুনা লৈরম্নগ, লৈকম অহুদা নখোইবু শেমগং শাগৎপীবা মশক অহুগী শঙলেন শাহুনা থুবম্ব লীংহুনা মতম পুম্বদ, থোকানা পুরুম থাগোন্দুনা লৈফম অহুগী লুচিং রায়েনব; ওইহুনা লৈঙম্মু, অহুগা নখোই তরুক্তি নখোই পুম্বগী লৈহৌফম হে, লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন অশিবু থোকাওদনা লৈকাহুনা ইশানৌ কোন্দে তনৌবা হৌ লম্মহনবা কংলৈপুংবু লৈশংবা কোঞ্জম্ন থোকপা পাথংবনা নখোই পুম্নমক্কী লুচিংবা থৌদা রায়েন নোংদম্বা ওইহুন; লৈঙমশন্নু লৈফম অশিদো নখোই পুম্বগী য়াইফনবা পরম্ব থোকাওদন, থৌশিনমশন্ন নখোই পুম্বনগু থোকাওদনা থৌশিন থোপুনহুনা হৌ লম্মহনবা কংলৈ লৈশংবগীশু মুংঙাই য়াইফনবা থৌশিন থোপুগদবনিদো নখোই তরুকপু নঙ্গী নঙ্গী এলুপকী লুচাং রায়েন থোপুহুনা কংলৈ শংবা পাথংবগী অশাই অশম ওইহুনা ফম্বাল ইরু মাই-তানব ঈংশং ঈহৈনবিন্ন ফম্বাল পরম্ব য়াইফনব। । অহুগা নখোই এলুপ তরুক্কা নঙ্গী নঙ্গী পোক্লেন শাংপগী থৌগন থোপুবদি লাইরকচন চৎলমদা নামুং চৎলম্বু চৎঙম্বা মশক্কা থোপুফদে কাওগন্ন, নঙ্গী নঙ্গী লৈঙমগদব, লৈফম্বু তম্নগে লৈফম্বু লৈথংলো ।

সং লাইয়েক্রা নাওয়োম্বা কোজিল্লাংবা নংগী লৈফমদি ( হৌ থাংরাইনা ) কোনব লৈফম অসি নয়ুম এলুপমগী লৈফম্ব ওইহুনা ময়ুম লাইগী থৌগন থোক থোপুনরো ।। অহুগা ( হৌ লোনলোইনা ) কোনবা লমথৈনা হৌ লম্মহনবা কংলৈদা থোকানবনি থৌশিনবদি নংনা থৌশিল্লু ।। পরম অশিবু কাইদনবা থোঙম থোপুগদবনি নামুং শিন্থা তৌফদে নয়ুম্ব মাং তাক্লগদবনি থংঙ ।।

( কোং ) লাইয়েক্র, নাওয়োম থাবা কোঞ্চিলাংবা নংদি ( হৌ লাংলোইনা ) কোনবা লম মথৈ অশিদে নয়ুম পোক্লেন শাৎপগী থোকা থোপুনববু থোপুরো ।। অহুগা ( হৌ লালোই ) লম্মহনবনা কোল্লিবা লম্বু হৌ কংলৈগী থোকা থোপু থোথন্নবনি থৌশিন নোংদম্বদি নংনা নোংদম্না থৌশিন্ন ।।

( নং ) লাইয়েক্কা মাওয়োম শাফোংবা পৌপ্রুলোম শিদবা নংদি ( হো শেল্লোই লংমাইনা ) কোনবা লম মখৈনা ময়ুম পোক্লেন শাৎপগী থৌকা থৌপুনতুনা থুবম থানা রায়েন নোংদম্মু । অতুগা ( তৌ রাইরংনা কোনবা ) লম মখৈদি হো কংলৈগী লম্নি, কংলৈদা থৌকা থৌপুনবদি থৌওয়বা পৌপ্রুলেন নংনা থৌশিন নোংদমগদবনি ।।

ছুং লাইয়েক নাওয়োম শাফোংবা পারোং খোকহাইবা নংনা ( হো কেগে লম্মহনবনা ) কোনবা মখৈনা নয়ুম এলুপমগী পোক্লেন শাংপগী থৌগম থৌকা থৌপুনতুনা নয়ুম লৈহৌ লৈপীবু লৈত্তিনবু লৈথংতুবা থুনম শংলেন থারো ।। অতুগা ( হৌ ঙাংঙোইনা কোনবা লম মখৈদি হো লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লম্নিদো কংলৈদা থৌকা থৌপুনবা থৌশিন থৌদা নোংদম্বদি পোরোং খোকহাইবা নংনা থৌশিন নোংদম্মু ।।

( উং ) লাইয়েক ( ঙা ) লাইয়েক্কা নাওয়োম শাফোংবা তাওবুংলেন শিদবা, চাওবুংলেন শিদবা নবাঙানিদি লৈফম অমতনিনা নচিন মনাওগী পোক্লেন শাংপগী লৈপী অম লৈথাই লৈথয়বদি লাইরকচন নামুংবা ওইগনি ।। হৌ থুবোই লম্মহনবনা কোনবা লৈফমদা লৈহৌ লৈপীবু লৈত্তিন্দুনা পোক্লেন শাৎপগী থুবথু লিংতুনা হৌ থুরোইনা কোনবা মঙংনা থৌগম থৌকা থৌপুনরো ।। অতুগা ( হৌ থরৈনা কোনবা লম মখৈদি ) হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন্দা থৌকা থৌপুনব থৌশিন নোংদম থৌপুরো ।।

কুনী নোংদম্বু হোয়া থৌয়ানরো । হৌ কংলৈ লম্মহনবগী স্না থম্বাল লৈশংবা পাখংবা কোক্লিন্দু থোকপা ইশানৈ নংদি ( হো চীংবুরোই তম্বুরোইবু ) কোইনা হে লম্মহনবা কংলে লৈবাক অসিগী মুংঙাই য়াইফংনবা নোংদম্মা লৈবাকপু শিনথুংনা রায়েন থৌদা নোংদম্বু থৌপুগদবনি কাওগন্নু চৎলম্বু নোংদম্বশে নামুং চৎলম লাক্লবদি নয়ুম এলুপ্পা নহেনা লৈবাকতুনা অর, স্নুশি তাম্মেঙ্গনি নোংদম্মা লৈবাকী চৎনলমবু পরম থাইনা নোংদম্মে যাম্বা লুচীং থৌকা থৌগল্লে ।।

চারো মৌরোনবুু নামুংবা, নামুং চৎপনা লৈবাক্কী থৌপুনদা থৌয়াদবা । মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতানবা ।। লংতীং লেংয়াননা ।। মশা মউদা লৈকৎ লৈহুম্না লাইমিং শীংকক শীংহাম্বা পরম ।। য়াহিপ ফমফম চাকচ: । চাদা নাওয়োক নাওকোন পরম থুম্মং ইঙাল লৈশাবা কোবা পুরারিগী মঙুংদা য়েক্লম্বা মৈতৈ, মীতৈগী ) থৌরমবু পাত্থুনা তাহন খংহন্দুনা থৌকাওনবা পরমবু নীংশিংনবা ওইনা নোংদম মরুগা কাইবীরোন মরুগা অনিনা পাত্তুনা তাঙম্বদা ময়ুম পুম্বনা রাখল্লে । নংখাই ঐথোইনা চৎনরিবা চৎলম অশিদে পাগী পুগী লাইরমলেন্দগী নোংদম্বনা নোংদম্মীবদগী চৎঙয়্রবনিদমা মশিদা চীঙ্গাক লৈমান্নদবা, লুত্তিন ফন্দালমিন্নদবা লৈঙম্বা অসিদি নোংদম চৎনলমবু মাংহন্দুনা নামুং চৎলমবু থৌপুবদগী তুলুথাই তাঙম্বনিদনা এলুপ তরুক

অসিদি লৈকম অমতদগী শথাইবা মশক ( মীতম তাইবংনিদনা ) কংলৈ পিবাগী এলুপ অসিনা মৈতৈ শথাই এলুপ ওইবনা কংলৈ পিবাবু মৈতৈঙ্ লৈতাপ থাকৌনবোইরে, হো লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী মপুদি ( মৈনা থৌপুবা পুকোক ) ওইদুনা লমবুবদি ঈশিংনা মীতম্না লমবুথনিদনা মশিদি ঐখোইনা থৌহৌরুবা অসিদি লাইরকচন পাগী পুগী চংলমবু লৈমাংনবা নামুং চংলম থৌপুবা লৈবাক রাভম্নবা থৌশিনব। ঐখোইনিদনা হাইনা কোইদি লৈবা থুমন, মোইরাংবু রাথম্নদুনা ঐখোইবু কনবিও লাইনিংথৌ রায়েন চংলম থৌখিব। চংনলম্বু লৈকনবা, লিচুম নোংদম থৌপুবা লৈবাক রানবা চংলম্বু লুতুংদা থৌপুজররোই নখোংখাদা লৈচংনা হাইজরিব। অসিদো কুবিও লুচিংবা । রাহোম রাবু তাভন্নবদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংব কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লুচিং পিবানা থুমন, মোইরাং অরা শওদা লৈবা পুম্নবু থাদোক্লে। লুতুংদা নামুং চংলমবু থৌপুনম্নশি পুক্লিং লিতিন থোইজং লৈতান। লৈপান্নবা থৌপুনশি নথোই থ্বাইনা ঐবু তাথি থোইশাওববু লৈতাকপীও পাগী পুগী চংলমবু লৈমাংদনবা থৌপুবনিদো ।। মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লৈবাক্তী লুচিংবা পিবা থুমন, মোইরাং ঐখোইনা য়াম্বা পৌগল থৌলিংদবদগী লংজ ইরাম্না তানফংজবনি হৌজিক্তি ম্না নোংদম্ব কুবিবদগী পাগী পুগী লৈহৌভৈদগী চংনরক্লবা লৈবাক্তী য়াইফংনবা লাইরকচন পুম্নবু লৈয়েক লৈথম্বীরম্বা পুরারি ( থমন্নুং ইভাল লৈশাবনা ) তাক্লম্বা ( নুমু তাইবং মীহৌরোন পুরারিদা ) য়েক্লম্বা চংলম, মরুরোল পুরারিদা য়েক্লম্বা চংলম লুতিন লাইরকচন লাইনিং থৌগন পরমবু তাভমজবদা থোকাওনথিবা চংলন পুম্নবু নীংশিং তানফংনঙয়ে, ঐখোইগী লংজ ইরানবু লৈকন নাংদম্বাব চংলমবু লুতুংদশু থোকাওদনা নয়াথংবু থৌপুজনি কোরৌ অসিদগী থৌজৌ থৌপুনজরে. হৌজিক্তি ইথুম ইরাম য়াইদা লৈহন্নজরগে রাহোম রাকত্তনা লৈবাকপুম্বা লৈহন্নরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৯৬ নোংদালাই কুমশিং ৯৮৮ অসিদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়োংবনা চাদ নাওদাদনা মৈতৈ লৈমরেল হাওরৈমনা লৈওম্বদগী নৌহৌনা হাওনৈমা পীদোংম্নবু মপাম চীঙ্গাকপু নোং কোরৌ ৭ নি লৈতেলহন্দুনা মথুম কংলৈ চীঙ্গাকপু পীজ পীথক্তুনা লৈথয়ে ।। মতুংদা মৈফু লিংদুনা ইরাৎ পৌনিদুনা খোইয়ুম নোংদম্বা ৫ গী লাইমিংবু পাউশা শীম্বাকপীদুনা তাহন থং- হন্দুনা মদাইরেন পীদোংম্নবু লুতিল লৈরৌ লৈয়াদুনা মৈতৈ লৈমরেল হাগুনা থৌগন লৈহন লৈরাংদুনা পান্নরে । মৈতৈ লৈমরেন অপাম্বী হাওরোকচাম্বী পীদোংম্নশু কুমজা অনি লৈশুবা ফাওবদা চাদ-নাওদাদনা লৈঙয়ে ম্না পুক্লিং থরা থজিক লাংতক্লৈ লৈবাক্তী মরা হুপা য়েক্লব লৈতনা পানঙম্মি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৯৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৯১ গী কালেন থাগী ৫ নি পানবা নোংকোরৌ নিংথৌকাবা হুমিৎ নোংঙান তুবু ঊরকপদা মৈতৈ লৈমরেন শিন্নাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী হাওরোংবম চন্নু তমহৈবীবু রাঙ্গোন শঙ্গুম্নদুনা অয়েং অখোৎ লৈতনা মচা ইবুংঙো তমা পোক্লে ।

লৈবাক্তা হাইবৈ মতম অশুক কুইনা চাহবাক্তনা লৈরম্বু মশানৌ অমা লৌরুবদগী চাহোক্তে. ওক্তেকপনি ( লাইনা থৌশিল্লীয়া লোংদম অশিদো ( খঙল চাহোক হাইবা চাহোক অহু ওইরে ) তাংনা পাউশাঅবু মৈতৈঙ্গনা তাওয়রুনা মচা ইবুংঙো অসিবু ইপান থৌজিনবদা মিংলেনবু ( লোইয়ুম্বা খঙন ) থাকোনা থৌনি লৈপুন থাংগোম্নরে ।।

## মোংরাংফি নমথাং কংলবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১০২ নোংদালাই কুমশিং ৯৯৪ গী চহৌ শজিবু থাজগী ৫ নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেল মুমিংকী অয়ুক অঙনবদা রাঙ্গোন শঙ্গুম্নহুনা মৈতৈ লৈমরেন অপাম্বী হাওরোক চাম্বী পীদোংস্তু মচা ইবুংঙো অমা তানফংনহুনা মমিংবু ইপান থৌনিবদা ( খপ্লাং পানশাবা ) মিংহুম্না থৌনি থাগোল্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৩১ নোংদালাই কুমশিং ১০১৫ গী শজিহু থাদা ময়ুম এনুপমা মোইরাং ইথাই কাইরেম্বনা চহৈ কোকথোন অমগা খুাংশেং ফিরোন অমগা মপাম্মা অস্তাংবা লৈচুনা হুইয়া শানা ফিচনবা ফিরোন অমা ময়ুম মোইরাংদগী পুরক্তুনা মৈতেঙ, লাইনিংথৌ ইয়েংবা লৈবাক লুচিং পিবাগী মকম লাংদা লৈকৎ ফিরাংলে ।। ফিরোন ফিজিননু সনা মিংয়েং তানা রাহোয়ে ময়ুন মোইরাংগী ইথাই কাইরেম্বা ফিরোন অসিগী ফিবান ফিচন কানো অসিবু কমদোনবু শা-থোক শিন্দম্ন নিংথি চংখোম্না ফিজিন চনঙশিদা ।। লাইনিংথৌ ননাই কাইরেম্বনা য়ারো শাতানবা চৎপদ তাওবা হুইয়া থৌবা অমগা লোইনজে, তাওব অহুন য়ারোশা অমা উনহুনা শাগ মাইয়োক্লহুনা মচীন চীনবান থকথাবু থিগত্তুনা ঙংলকই, ননাইশু কৈদৌরবা রাঙম্না চনশিন্দুনা য়েংবদা ময়া মথক মথাবু চীকশিল্লগা ঙংহুনা শাথিল্লগদবগী থৌরাংবা পরম্বু উবদা ননাইবু ইপুক হুংঙোম্না খোইজং থোইদানথরে. তাংবনা ঙংবা তাংবদগী য়রো শজি অমগা লমংক অমগংশু তানফংহুনা ফাঙয়ে ।। ইয়ুম ইয়াইদা লাক্লগা তাওবনা শাথেংনরমদাইদা ঙংহুনা লৈবদা অঙোব ময়া অহুনা অকোইব পরেং শানা লৈববু থোকাওদনা নীংশিংহুনস্তা মরেরে. মদ. ননাইনা ফিরোন থরগী ফিজিন্দা লৈহাল্লুনা চাংম্নেঙ্গে নীংঙম্নক্তুনা কেগে চন্নশিংদা পরম্ব শিম্নক্তুনা শাহম্নবনি. ফিরোনবু শাবা লোইরগা থাথক্লবদ সনা নাক্তা য়োঙম্নীংলক্তুনা লৈহুঙ্গরি কুবি নোংদম্না লোংবিও লংজ অয়োন ঙাকপীও সাইনিংথৌ চাজফমদা চংজবনে । মপুক লুম্নাং হেনবা ময়ুম মোইরাঙ্গী ইথাই কাইরেম্বা নয়ুম মোইরাংনা লৈহান শাথোক শাকোংজব. ফিরোন অসিবু কংলৈ পিবা ঐবু লৈহান ফিশেৎহনগে নোংদম্বা অসিদো ইয়েংবা ঐঙোন্দগী মৈতৈ মীওৈগী চৎলম লাইরকচন লৈথি লৈয়েংবদি নংনা ঐবু খোইহেল্লক্লেদো, ফিরোন অশিমক্তি নয়ুম মোইরাংনা শাথোকচবা নয়ুম

ফিরোন ওইওয়ে। লুতুংদি ফিরোন শাকোং অহানবা অসিমদি ফিবান ফিচন মচুবু অঙাংবা লৈচুনা হুইয়। ফিচল্লকপনিনা মঙাং এলুপ কংলৈ পিবা ঐগী ফিরোন ওইরগে মতুংদি মুরৈ রাওথাংনবা লৈচুনা ফিবান হুইয়া শানা কানো ফিচন্নহুনা নয়ুম মোইরাঙ্গী থ্বাংশেং, নমথাং, তোলোক ফিরোন ওইজরো। ফিরোন অশিবু ময়ুম মোইরাংনা শাখোক্তুনা লৈফোংলকপা ফিরোম্নি লুতুংনশু থোকাওদনবা মমিংবু ময়ুম (মোইরাং ফি) ফিরোন কৌরশি, অদুগা ময়ুম মোইরাং পিবা লুচীংবা লথুবা নিংথৌবু কোয়ৌ অসিদগী থোপ্নরো. হৌ কেগে লমবু নফম্নাংদা মোইরাং পোক্লেন শাৎপগী লমবু তানথংলো, হৌ ঙাংঙোইনা কোনবা লমবু হৌ লম্মহনবা কংলৈপুঙ্গী থোকানবা পৌশিন থোপুরো নোংদম্বীহুনা হৌ কেগেনা কোনবা লমদমগী লমবুবা নিংথৌবু ইথাই কাইরেম্বনা তানফংজরে ।।

থুমন অতেংয়াইথিংবনা রাহোমজৈ মৈতৈঙু লাইনিংথৌ লৈবাকী লুচীং পিবা ইমুন থুমন অসিবু পিবা লৈমুৎ লৈথম্নগদরা স্না মিংলেনবু ইয়েংবা লৈম্বাংবশিবু লুতুংদা লাইরকচন মিংলেনবু লমাংনরগদরা নন'ই য়াইথিংবনা লৈথল্লৈদা পাগী পুগী পরমবু থোয়েংনা পিবা লৈহাপ লৈথম্বী-ডম্নবদি লাইরকচনবু নমুং চৎলম থোকলোইদরা লৈখঞ্জে অদুবু স্না পুক্লিং অমুক্তং লৈথনবিবনা য়াইফগবরা ইনিংথৌ ।। উম চুম্মি ময়ুম মোইরাংগী লুচিংবশু লৈহাপথরে ময়ুম থুমনগীশু লৈহাম্না মতম মঙইরে মথুমগী অতোং য়োইরেম্ব নংনা কংলৈপুং অসিদা লৈকারক্তুনা লৈঙম্বা অশিবুশু ফনশু মুংশাংলে, কোয়ৌ অসিদগী ময়ুম এলুপমা থুমন য়ুমগী পিবা লুচিংবা নিংথৌ অসিবু (অতোং যাইগিংবা নংবু) কংলৈ পিবা ইয়েংবা ঐনা লৈহাপ্তুনা নশাইকোন হৌ লাংলোইনা কোনব লমবু নয়ুম থুমন পোক্লেন শাংপগী থোগন লাল্লুপ থোঙ্গা থোগন্নবা পিঙল্লবনি । অদুগা কংলৈগী থোকা থোশিন্নবা তৌলোম্লোইনা কোনব লমবু নফম্নাংদা ঐনা লৈশিন্নহুনা লৈথম্লবনি নয়ুম নরাময়াইদা কুমহুনা নথৌ নঙমবু থৌশিন থোপুনা থুমন নঙ্গী অশাই অশমবু লৈহাপ লৈথম্লজনবা থৌশিন্নবা তৌঙম্নরো নোংদম্বীহুনা ময়ুম খোঙ্গুম্নরক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১০৪ নোংদালাই কুমশিং ১৩২৬ লৈচংলকপদা ময়ুম অঙোম পিবা লুচিংবা কিয়াম্বু অমগা থোরমবু তাম্বেংনখিহুনা মতুংদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ ইয়েংবনা অঙৌ পাম্বা (লা লোই ঙম্বু) পিবা লমবুবা নিংথৌ হাম্নীহুনা নৌহৌনা (হৌ শেলোই লংমাইনা কোনবা) লমথৈবু শিন্নহুনা পীরে ।।

কুম অসিদা থুমন অতোং য়াইথিংববু অমম খোংলমবু তাম্বেংনখিহুনা মতুংদা মপা মপুগী থুমনবু তামফংজনব অহুম্নগী থুমন পিব লমবুবা নিংথৌ থুমন (শময়োই ফববু) লৈহাম্নীহুনা থোপুনহল্লে ।।

মতুংদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ ইয়েংবা লৈবাক মরা তপ্ন থোইজং লৈতানা ফম্বাল কুমজা চঠী ৯০ লৈপান্দুনা পুন্সিনা কুমজ ১০৫ লৈপান্দুনা লৈবাক্কী লুচিং পিব থোপুনা লৈঙমখি ।।

# মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংবগী মচাশিংনা মঙাং এলুপমা য়ুমদাবা ঃ

মুতুম, মাইস্নাম, ঙুইরোংবম, অঙোম, রায়েল্লম, নহাকপম, কোংঙাপম, খুন্দোম, খাঙ্গেংবম, চিরোম, ময়াংলম্বম, হাওবৈজম, হৈরাংখোংজম, শাপম, শাইখোম, হুকরাম্বম, ইয়েংবম, ইকংবম, ইরেংবম, ইরোম

মৈতৈ লৈমরেন অপাম্বী ওারোকচাম্বী পীদোংম্নবা পোকপা মচা ইবুংঙো (খগ্গাংপনশাবনা) অঙৌপাম্বা য়াংলৌ পাম্বা চক্ক য়াইবৈনবু লুপ্তিন লৈরো লৈয়ানা লৈপান্নহুদা মচা ইবুংঙো (মুতু রাঙম্বা) পোক্লে ॥ মতুংদা মথং মথং মচা ইবুংঙো ৫ পোক্লে, ১ ঙুইরোং মারেংবগা, ২ নাকম্বগা, ৩ হৈরাংখোম্বগা, ৪ ইরোংবগা মচা ৫ অমগা পোকুনা মচা ইবুংঙো খগ্গাং পনশাবগা মদাইরেন ইবেম্মা য়াইরেমগা নৈহৌনা লুপ্তিন লৈরো লৈরাংনেম্ম, (চংলম পুন্সি লৈনিবা হাইয়ে) ॥

মচা ইবুংঙো অহন মুতু রাঙম্বনা য়ুমদ-য়ুমখাইদুনা য়ুম্নীংলে য়ুম্মীংবু (মুতুম) য়ুমখাইবা হাইয়ে ॥ মচা ইবুংঙো তাংলৈ হাথবগা পুন্নাং তম্বগা পোক্লে ॥ লুরাং লৈমা পুরাংখোম্বীবু পান্নদুনা তাংলৈ হাথবনা মাইস্নাম য়ুমদারে য়ুমখাইখিদুনা ।

য়ুমলেপ্পা মুতুম পুবা তম্বগী ঈনা লয়াংবুংতাবা জুগোলগী য়ুম্নি ॥ নম্বুল মপান তাবা মুতুম বিরশিঙ্গী য়ুম্নি । নম্বুল মপান তাবা মুতুম ভুগোলগী য়ুম্নি ॥ হুইরোংলমদগী খাক্রবপা (লয়ুপোবগী তাবা) মুতুম ধনশ্যামগী য়ুম্নি লাক্লে ॥ নমবুল তাবা মুতুম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ॥ মথং জোইশিংনা য়ুম ঙাক্লি ॥ অঙোমদা লৈখিবা মুতুম পাণ্ডারা লাক্লে ॥ খ্বাইতাবা মুতুম পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং বোলেনা য়ুম ঙাক্লি ।

শাগোলবন তাবা মুতুম (রূপচন্দ্রগী) য়ুম্নি । কবে লৈবাউদা লৈবা মুতুম কংলা লাক্লে । রাইশেন পান্দা লৈখিবা মুতুম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ॥ মথং তাম্মুসিংনা য়ুম ঙাক্লি ॥ মুতুম জোয়সিংগী য়ুমদি ললহাংপুং তাবা কৈহিদঙ্গী য়ুম্নি ॥ মুতুম বোলোনা য়ুম ঙাক্লি মাগী য়ুম্নি ॥

থৌবান তাবা মুতুম রামানন্দগী য়ুম্নি ॥ রাংখে লৈকাই তাবা মুতুম নহাকপমদা তীনখিবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি ॥ মথং গৌরসিংনা য়ুম ঙাক্লি ॥

নহাকপম খুংনাংখোম্বদি মুতুম খুরাই তাবা জোইশিঙ্গী য়ুম্নি ॥ খোংমন তাবা মুতুম জোইসিং ॥ জোইসিংদগী থাইখিবা (কোংঙাপম) অরোই লাক্কে ॥ লপুতরো তাবা মুতুম লাক্কে ॥ মুতুম পিবা অয়াম হনবদি ময়াংদা লৈখি । মথং খুরাই তাবা তাত্রাশিংনা য়ুম ঙাক্লি ।

খৌবান তাবা মুতুম লল্লান্দগী য়ুম্নি ॥ হাওবং তাবা মুতুম তোলেন খোম্বগী য়ুম্নী ॥ মুতুম পুকচাও লাক্কে ॥ মুতুম কংলা লাক্কে । শঙাইপ্রো তাবা পদ্মারাম লাক্কে ॥ মুতুম খোইবা লাক্কে ॥ ফৌগাকচাও তাবা মুতুম প্রেমশিঙ্গী ময়ুম্নি ॥ খুলেন্দগী মুতুম গোবিন্দ্রাম লাক্কে ॥

গোবিন্দ্রামদগী থাইখিবা খুন্দোম চাক ঙনৌগ তাবা পিবাদি ঔরাদা লৈখি ॥ মথং য়ুমভুংকপশু ময়াংদা লৈখি ॥ মথং খেলানন্দনা য়ুমঙাক্লি ॥

য়াইরাপোক্কগী মুতুম লাক্কে ॥ থাংকংশাবা মুতুম মরেম লাক্কে ॥ মুতুম লাংয়াং চক্রপানি লাক্কে । থাইখিবা চীরোমদগী মুতুম খোইবা লাক্কে ॥ থাইখিবা হাওবমদগী মুতুম লবা লাক্কে ॥ মুতুম খুন্ট তেনবা মারেম লাক্কে । ময়াংলম্বম মুতুম তেংকোন লাক্কে । চীংঙামথা তাবা মুতুম খেমসিং অঙোম লরাই তাবা মুতুম তোলেনগী য়ুম্নি ॥ খোংমন্দগী থাইখিবা চন্দ্রখোং তাবা মুতুম খয়ংগী য়ুম্নি ॥ খয়াং লাক্কে ॥

২ - মচা ইবুংঙো য়াইমা হাওরোং নারেংবনা মরিংঙম্বী লুরাংশু চীংচরোইবীবু লুতিন লৈরোহুনা। হুইরোইবম য়ুমদ-য়ুমথাইহুনা মচা ইবুংঙো হুইরেন নাহুই খোম্বা পোক্লে ॥ হুইরোংবম পিবাদি ময়াং লৈবাক্তা লৈখ্রে । মথং হুইরোংবম রামাশিংনা য়ুমঙাক্লে অহল লোখোন্দী খৌবান্দগী নহা এইনা য়ুমথাইখরে ॥

খোংমন তাবা হুইরোংবম পিবাদি ওখেন্দা লৈখি ॥ মথং তোনশিংনা য়ুমঙাক্লি ॥ হুইরোংবম লক্ষ্পোকপী তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি ॥ মথং মালতীনা য়ুমঙাক্লি ॥

৩ - মচা ইবুংঙো নাকনবনা লুরাংশু নীংঙা চীকপম চম্পু থরো লোংবীবু লৈরোহুনা নহাকপম য়ুমথাই য়ুমলিংখিহুনা খুংনাং খোম্বা পোক্লে । মাগী ঈনা নহাকপম খুরাইতাবা মুতুম জোইসিঙ্গী য়ুম্নি ॥ খোংমন তাবা মুতুম জোইশিং ॥

৪ - মচা ইবুংঙো হৈরোং খোম্বনা খুমনশু হৈক্রুজাম্বী পামহুনা মচা ইবুংঙো খম্বং অরোই পোক্কুনা হৈরোং খোকচম য়ুমদা য়ুমথাইরে ॥ মাগী ঈদগী থাইখিবা হৈরাংখোংজম রূপনন্দগী য়ুম্নি । মাগী ঈনা হৈরাও তাবা রামারামগী য়ুম্নি । নম্বুন তানা হৈরাংখোংজম রামকান্তোগী য়ুম্নি ॥ হৈরাংখোংজম অথোম লাক্কে ॥ লানশোনবীদগী হৈরাংখোংজম লাক্কে ॥ চজিংখুলেন্দগী হৈরাংখোংজম ফলসিঙ্গী য়ুম্নি ।

হৈরাংখোংজম ফলসিংদগী থাইখিবা হৈস্নাম জোহিকৃষ্ণ ।। মাগী ঈনা হৈস্নাম গোকুলসিঙ্গী য়ুম্মি ।। হৈস্নাম কুমুদদগী থাইখিবা হৈস্নাম কোকচাউ তাবদগী শগোলবন তাবা চন্দ্রসিঙ্গী য়ুম্মি ।। মোইরাংখোমদা লৈবা হৈস্নাম অরাম্বা লাক্কে ।। হৈস্নাম স্নাহলগা লৈমিম্নবা শাদনন্দ লাক্কে ।। তাওবমদা লৈবা হৈস্নাম ধনিরাম লাক্কে ।। থাংকান্দা লৈবা চাওবা লাক্কে ।।

হৈস্নাম শাদানন্দগী থাইখিবা সাংপম মুঙগী য়ুম্মি ।। মাগী ঈনা লম্বাল তাবা সাংপম হরসিঙ্গী য়ুম্মি ।। সাংপম রামচন্দ্র । সাংপম শোইতাবা তুলানন্দ ।। চকপাদগী সাংপম পোলোই লাক্কে ।। ইবুংঙো য়ুমথংবদা লৈখিবা তোনশিং লাক্কে ।। রাইখোংতাবা সাংপম ভদ্রসিং ।।

সাংপম তোনশিংদগী থাইখিবা ( হকরাম্বেম ) তোম্বা ।। মাগী ঈনা নথুন তবা হকরাম্বেম দেবসিং ।। হকরাম্বেম থরোই লাক্কে । মোইরাংদগী হকরাম্বেম পিবগী-পিন্দু য়ুম্মি ।। তখেল বাইরি হকরাম্বেম ফৈতেক লাক্কে ।। তাওবমদা লৈবা হকরাম্বেম মুনিরাম লাক্কে । নীংজেল্লুবা হকরাম্বেম শুবশিঙ্গী য়ুম্মি ।। শেকমাইদগী হকরাম্বেম কোইরেং লাক্কে ।। থাইখিবা ফোগাকচাওদগী লাকপা হকরাম্বেম তয়িংথেম=ইরেংবম থ্বাইতাবা বিরহরিগী য়াম্ম ।। বিরহরিদগী থাইখিবা ইয়েংবম হাওবমমরক তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং জয়সিংনা য়ুমথোক্লি ।

মচা ইবুংঙো ইরেং থেনবনা থুমনশু ইংগুজাম্বী লুহিন লৈরে। লৈয়ানহুনা য়ুম্মিংলে ।। মচা ইবুংঙো থ্বাইনাকপগা মচা ইবুংঙো ইয়েংবা অতোনবগা অনি পোক্লে ।। মচা ইবুংঙোগোন ইয়েংবনা য়ুমথাইহুনা ফোগাকচাও ইখাইদা য়ুম্মিংহুনা থুম্বা-লৈবাহুনা মাগী ঈনা ইরেংবম হকরাম্বেমগী য়ুম্নে । ইরেংবম লম্নাইতাবা পু অহন থ্বাইতাবা ইরেংবম বিরহরিদা য়ুমচিন্দুনা লৈরে ।। মাগী ঈনা ইরেংবা জোহিয়েগী য়ুম্নে য়ুমশু ওাক্লে ।।

মচা ইবুংঙো থ্বাইরাকপনা শরাংশু ইকচাম্বী পাম্নহুনা ( ইরোম ) য়ুমথাই য়ুমদারে ।। মচা ইবুংঙো খুংলিংবু পেপক্লে । ইরোম খুংলিঙ্গী ঈনা চৌংঙা মথা তাবা ইরোম পিবা ময়াংদা লৈখি ।। মথং ইরোম প্রমানন্দনা য়ুম ওাক্লি ।। তমপাক য়ুমদা লৈবদগী চৌংঙা মথা তাব ইরোম চোংথনবা হঞ্জবা ইরাগী য়ুম্মি ।। পানা থাংবা ইরোম খুন্দে লাক্কে ।। থুরাই তাবা ইরোম চৈতন্যগী য়ুম্মি ।। ইরোম লৈপাম্ব লাক্কে ।। ইরোম ডাসিং লাক্কে ।। হাওবম মরক তাবা ইরোম জোইসিঙ্গী য়ুম্মি ।। চৌংঙা মথা তাবা ইরোম খুংহৈবা হঞ্জবা বাগুগী য়ুম্মি ।। পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং রোমাকান্তনা য়ুম ওাক্লি ।। তাওবম মরক তাবা কৃত্তিবাসি ।। ইরোম জোইশিংদগী থাইনা ইরোম ইন্দ্রমনিগী য়ুম্মি ।। কৈনো তাবা ইরোম হেমাসিং ।। থাঙ্গ তাবা ইরোম চেকশা লাক্কে ।। ইরোম নিংথৌ শেনবা লথোন লাক্কে । ইবুংসি অনন্দশাইগীদা লৈবা ইরোম খুল্লিং লাক্কে ।। নাচৌ তাবা ইরোম ধনসিঙ্গী য়ুম্মি ।।

# ২০ নং মৈতৈঙ্. লোইয়ুম্বগী পরম পিরাবু নিংথৌ কোবা হৌথিবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪:৭৪ নোংদালাই কুমশিং ১০৮৬ কুম অসিদা মৈতৈঙ্. লোইয়ুম্বনা কংলৈ স্না খম্বাল লৈশংনা পিবা থৌপুনা থৌহৌরে ।। কুম অসিদা মীতৈ লৈমা শুম্লৈমবু লুক্তিন লৈরৌ লৈয়ানহুনা মরু নোংহম্বা নম্বোনবা, কাইবিরোন মরু মাক্রুংবগা মরু অনিমা থৌরম থৌপুনা এলুপ লুচিংবা ফম্মদৌ ফম্নাইব পুম্বগা ( কুচুশঙলেন্দা ) মীতিন ফম্বাল লাংহুনা কংলৈ ফম্বাল লোনম্নুবগী পরম্ব বাখম্লিয়ে ।। মতম অসিদা ময়ুম মোইরাঙ্গী উরা কোংয়াংবগা মনাও চৌংখুবগা মচীন মনাওনা ঙক্লোংদা চরৈ নমথাং য়েং, লুব্রাই শমদোং পায়না লৈচংলক্লগা স্না মাংদা কোংয়াং চেশু তাবগুম্ন হুহুনা মিংস্না ইরা চেন্দুনা লংজ অয়োনবু লৈঙাক লৈকম্নবিয় ইনিংথৌ চংজফমদা চংজগে হায়ডফমদ হায়জগে নকাম্নদ, চংজরকপা কুবি নোংদম তম্বীহুনা স্না নাক্তা স্না পৌগনবু কানংহুনা লোইয়িন থৌগন ঙইনা লৈজগে স্না নোংদম কুবিও লৈঙাক রায়েন নোংদম্বা ।। মচীন মনাওগী অরাবা পাউশা তাবদা মৈতৈঙ্. লোইয়ুম্বা হৌ লম্মহনবা কংলৈ শঙবনা মুংশি ঙাংঙোল পোয়াবিহুনা স্না নাক্তা লৈথম্নীরে ।। মতুং থাজা (৩) লৈচংবা ( ইঙা থাঙ্কুগী ) নোংকোরো ৭ নি পানবা খুমশাকৈশাগী নু খিংপোম্বা হুল্লকপদা মোইরাং ইথাই কাইরেম্ববু লৈথুপনগরে রাকংলৈয়ে । মতুংদা ইংগুল থাজা ৮ নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপগী অয়ুক্কী কোম্নুম্বা ( উব কোংয়াংব - লাইজিং তেলহৈববু ) ময়ুম মোইরাং এলুপমগী লুচিংবা পিবা হাম্নৌরে ময়ুম মোইরাং পোক্লেন শাংগী থৌকা থৌপুনবা ( হৌ কেগেন ) কোনবা লমগী লখুবা নিংগৌ হাম্নুনা ( হৌ লম্মহনবগী কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী ) থৌকা থৌপুনবা হৌ ঙাংঙোইন কোনবা লমগা লৈশিন্নহুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বু পুবা ময়ুম মোইরাং নিংথৌ লৈহাম্লীরে । মৈতৈঙ্. কংলৈ পিবগী কুবি নোংদম্বু তানফংবদা ময়ুম মোইরাং উরা কোংয়াম্বনা লৈতনা পাউশা রাহৌমজে, "মঙাং এলুপ মাগী লৈবাক এলুপ নকী লুচিং পিবা ওইহুনা হৌ লম্মহনব কংলৈ স্না ফম্বালবু লৈফমহুনা চৌংবুরোই তম্বুরোইবু নুংঙাই য়াইফংনবা কুবি নোংদন পরম থৌবম্ব মতম পুম্ববু লুম্নাং রাখলবু লৈথম্না নীংহুনা থৌঙম থৌপুনম্নিবা লুচিংবা পিবাগী চংলম্ব ঙসি কোরৌদা লৈথংজবা তানফংজে থৌরম চংলম অসিবু ঙমজনবা ওইহুনা ময়ুম পিবা এখোইশু কংলৈ পিবাগী য়াইফংনবা চংনম্নখু কাইদনা লুম্নাং লৈথন্দুনা থৌঙম থৌপুনঙম্মেয়ে লুক্তুংনবু লৈখংনবা স্না মিংলেংবু কোরো অসিদগী ( ইনিংথৌও নিংথৌরেন ) মিংলেন অসিবু লাংজগে লৌবিয়ুকে ইনিংথৌ" । মৈতৈঙ্. লোইয়ুম্বনা লৈরৌরে ময়ুম মোইরাং

পিবানা কোবৌ অসি লৈপুনবা মিংলেন অসিদো কংলৈ কম্বাল লৈশঙবা ময়ুম ৭ কী লুচিংবা লোইয়ুম্বা ঐনা কোরৌ অসিদগী লৈরৌরে, পিবা ঐগী খোইজং খোইদাবা মিংলেনবু ঙভইঙম্মি নোংকোরৌ খুদিঙ্গী লৈচু মঙানবু খোয়েংনা লৈথেংফমদা খেংনবৰু খোপুগে ময়ুম এম্নুপমগী লুচিংবা পিবা পুম্নশু ( নিংথৌ ) কোবা মিংলেনবু কোরৌ ঙসিদগী মিংলেন মিংচন লাংলবনি, মিংলেন অসিদো ময়ুম পিবা পুম্বনা নোংকোরৌগী খোকাওদনা মিংলেন লৈথি লৈয়েংনা লৈথেংফম্ব লৈয়েংনা থেংঙয়ো মিংলেন মঙম চংলপ্ন লুতুংনশু থোকাওদনা থোঙম থোপু ঙইশম্ন নোংদয়ে ।

## মতুংদা ফম্বাল ফম্বদা খুৎলো পল্লৌদনা নৌহৌনা ফম্বে থৌশিনবা

ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা পিবা ( লমহাংঙম্বা ), ময়ুম খুমন নিংথৌ লম্বুবা শময়োকফবা পিবা ফমদৌ ৬৪ নোংদম মরু নম্বোনবা, কাইবিরোন মরু মাক্লংবা অশাই অশথু লৈফম ফম্বে লাংলবদা নোংদম মরুনা হাই ।। মৈতৈঙু ইনিংথৌ খেরমদি লাইরকচন্দদি নিংথৌরোল পুথদা ফম্লেন্দি লৈয়েক লৈথম্মি ফম্বে ফম্বদদি মশাক নাইনা উঙমদে পরম অশিবু হন্দক্কি ফম্বাল অশিংদদি পরম লৈরাক্তনা লৈথম লৈহাপতুনা লৈবাক নোংথে তুবা কংলে স্না ফম্বানবু লৈফম্বা ঙৌঙমাশ ইনিংথৌ ।। মরু নয়াথং কুবি নোংদম থৌরম্ন লৈরাক্তনব য়াইফং থোংম্নু লৈহাপ লৈথম্নবা থোঙম থোদ, নোংদম্বীগি মরুনা । ইনিংথৌ খাইলাকপা । খরাই লাকপা । রাংথৈ লাকপ ।। য়াইখুল্লি লাকপা লৈঙম্লিবা মশক্কি উঙমদে । অং গা কুমজা অমগী মতুংদা থাজা ১২ নি, থাজা ১০ বু ঙরুক থোক্ল এলুপ শাখাইতুনা ( চংলম ঙরুক হাইনা মিংছন্দুনা তেংবানবগী মুংঙাই য়াইফবু নোংদম্মা মাগী মাগী থোগন মতম্ন খাইনা তেংবানবা মপুগী খোগনবু লৈচংবৰু ঙমজনা ( হৌ কংলৈ লম্মুহনবা স্না পুংমাইয়োন কোব ) লৈফম অশিগীশু থোগন খেকংনবা লুপ ৬ ) লৈয়াং লৈথম্মি হাই অতুবু মিংলোম্ম লৈয়েকুনা লৈঙম্মি মশক্কি শখাচনা লৈঙম্মা উদে মশিবু লৈঙম্লিবা এলুপ শখাই অশিদগী শংথোক লৈথমগদবনি অতুবু এলুপ শখাই অংম্ম লাইরকচন্দ নামুং থোয়াবা ঙাশ্রবনিনা লুপ অমদি লৈরাংপা ঙারে মশিং লৈরাক্তনবা লুপ্লেন অশিবু লৈফমদি হোংফদেদা মশক্কি লৈরাংনম্রে লাইরকচন পিবাশু লৈঙম্লিবা য়ুম পুম্বদগী খাইগাঙ্গনা য়ুমলুম্নু খারশিদে, ইনিংথৌ ।। মরুগী নোংদম্মি থৌঙম্বা মৈতৈঙুনা বাখুম্নদা নোংদম মরুনা এলুপ পুম্বদগী লুপ্লেন শেম্বা খাইগাঙুন শেম্বে ।।

## পানা মমিং য়েক্কী পীবা লেতবদগী নৌনা শেমাখিবা

১ খাইজশি লুপ = মরাং, ২ অঙোম লুপ্ন = মাঙন লুপ = অঙোম । ৩ নোংমাই লুপ = পৌজরুপ = শরাং ।। ৪ অকোং লুপ = কোজরুপ = খুমন ।। ৫ খুরাই = খুংলাই লুপ লুপা খুবা লুপ = খাঙানবা । ৬ লৈচোন লাকপ তোলোংখোম্ব লুপ = চীংঙেন চীংজরুপ = মাইরাং হাইরে ।।

মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বনা লৈবাক্কী লম্চিংবা ওইবগী মেন ফম্বান লৈফম্বা মতমগী থৌওম থৌপুনবা হাইদুনা লৈকাই ৪ গী লাকপা ৪ ।। পানা লুপ ৬ কী লম্লাকপা ৬ ।। ফমদো ৬৪ গনা ম্না থৌগন লাংনবা থমদুনা ময়ুম এলুপমগী লম্চিংবা পিবা অহুম্না ঈরু মাইত্তানবা ইহৈদুনা লৈবাক লুচিং পিবাগী ফম্বাল মেনবু তোংলে=ফম্নে ।। মৈতৈ লৈমরেল মদাইরেন শুম্লেমবু ওইথম ফম্বাল থৌগন লাংদুনা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোল তম্বেং লৈপ্ন লৈফম্বী লৈহাপ্না মিংহুল তম্লে । মৈতৈঙ্ লোইয়ুম্বা পিবাবু ফম্বাল মিংলেনবু ( লাইনিংথৌ নিংথৌরেল লোইয়ুম্বা ) লৈচম্না নোংদম মরু নম্বোনবা, কাইবিরোন মরু মাক্লংবা মরু অনিনা লাইরকচন লৈখিনা য়াইফ থৌনিনদুনা লাইনিংথৌ নিংথৌরেলগা লৈমরেলগা অনিবু ফম্বান্দগী থেমথোক্নুনা লোৎখদুনা লৈচমখরে ।।

# ঔগ্রী থাবল চোংবা হোৌবা মতম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৭৫ নোংদালাই পাথংবগী কুমশিং ১০৬৭ লমদা থাজা ১৫ পানবা লমদা লাই হানবনু থৌরোইবগী ফত্ত হৌদি মৈ থাদোকপগী অতিংদা লাইনিংথৌ নিংথৌরেল মৈতৈঙ্ লোইয়ুম্বা লৈবাক লুচিং পিবানা কালৈগী মৈতৈ লৈমশিঙ্গা ময়ুম্ব এলুপ ৭ কী চন্নু নীংজোলশিঙ্গা থোইরম উমংলাই লৈওম্বগী লাইরেম্বীশিঙ্গা ভিলু খুৎশম্নহন্না নোংদম্বগী মঙম্বু শিংথানা অশৈ থোংফা শৈহন শৈশরুদুনা ( ঔগ্রী থাবল চোংবা ) = ( গুমিদাঙ্গী থাগী মঙান্দা চোংবা ) হাইদুনা গুমিদাং গুমিদাং নোংকোরো ৫ নিবু চোংদুনা শান্নহন্দুনা তাইবং চন্নু নীংজোনশিংবু মপুক হরাও ওয়ান্না শান্নহন্দুনা নুংডাইহনখিল্লি ।। থাজা ২০ নি পানবগী অয়ুক্তা ময়ুম এলুপ শথাইগা অঙথা অশাই অশনগনা থোইগল্লাইনে লোইয়ুম্ব নীংথৌরেন্না থ্বাই মুংজেং পিবাগী মশাইকেন্দা কুমদুনা লৈবাক্কী য়াইফং থৌনি ( লাই কৈথেন কাবা ) চংলম্নু কাইদনা নোংদম মরু নম্বোনবা, কাইবি- রোন মরু মাক্লংবা মরু অনিনা ( কংলৈথোন পাথংবা তাগরোইলাইবু ) ওরুম থাগোন থাকৌ- নদুনা তরা লুক্রেন লুকমনব তানফানরগা চৈকৎ লৈকৎ খিবিকপু চামিন চীনমিন্নতনা লৈবাক হৌনা নুংঙাইনদুনা মুংখিল চুম্নবু ভিল্লু ফম্বাল লাংমিন্নদুনা লৈমিন্নরগা গুমিদাংবাইদা ঔগ্রী থাবলবু থোংহৌদুনা নুংঙাইনহন্না শম্নববু থৌয়েংলগা ঔগ্রী থাবল চোংববু থৌরেইনরবা মতুংদা লৈবাক নিংথৌ পুম্নবু মরাম য়াইদা লৈহন্নদুনা পোথানডম্নখি ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৭৬ নোংদালাই পাথংবগী কুমশিং ১০৬৮ ফাইরেন থাজগী থান্নুং নোং কোরো ১১ নি পানবা থাংজা কুমিংকী অয়ুক্তা নোংডান ম্নাকৈ শৈশকপী লোইবী হেনবী অমুবী ঝাক অমনা নোংডান য়াকৈ পাউজেনবদা "শেক্তা থুন্দা চাক-ঙা থোকপা ওম্বা মুংফান অম-

লৈঙম্লবনি তাইবংশা তাঙ্জোও" পাউশানা খোংঙল্লে । কাক অতৃগী পাউজেলবু ময়ুম অঙোম নিংথৌ লমবুবা চকপা ঙম্বা ( মুলোই লমহাংঙম্নমা ) তাঙমহৌহ্না শেক্তা খুম্লাওদা চত্তনা রাহংবদা তাকওমদয়ে, শেক্তা খুম্লাওনা মুলোইঙম্বু শাগ্রেম লানগ্রেম্নবক্তম পাউহং পাঙ্টশা অদো অঙাওব। রাহং তাহল্লে, মতুদা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লমবুবঃ মুলোই লমহাংঙম্বনা মপুক তাথি খোইশাওমহুনা রাহৈ বিংঙাই শাংদাবদগী পুং থোক্লরক্লুনা মুলোই লমহাংঙম্বগী মচা মনাও লোইয়িন খরত্ত খোক্লে, শেক্তা খুম্লাওগী মীশু খরা শোক্লে ॥ ময়ুম অঙোম নিংথৌ লমবুবঃ শিবানা ময়ুম মরাম য়াইদা হনঙম্লক্লগা লৈহম্লনা মাগী লানমীবু পুহ্না হনঙম্লক্লুনা শেক্ত খুম্লাওদা লান্দাতুনা শেক্তা খুম্লাওগী অঙম্বা লমহেনবা নীংঙাই চাওবা খরগ খুম্লা খরগা শারে । অঙম্বা চকপা তাও ॥ খম্বা তাও ॥ নোংজ শেম্বা ॥ নামুনচাওবা । লমকেংপা ॥ লময়ানবা মগোই ৬ অসিগা লোইনহ্না খুম্লাগী অহন খরগা ফাঙম্লক্লুনা ময়ুম অঙোম লুচবা শিবা ( মুলোই লমহাং ঙম্বনা ) লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা নিংথৌরেল মৈতৈঙ্গু লৈবাক লুচিংবগী মথম্লাদা হওজাম পাউশানা রাকত্তুনা পীঙম্লরে । রাহৌম পাউশাবু তাঙম্লগ লাইনিংথৌ মৈতৈঙ্গু নিংথৌরেল লোইয়ুম্বনা ময়ুম অঙোম নিংথৌবু খামজিন্দুনা পরম ভক্তগীদমক্ত, লৈবাক রাখোক ওইবশে ফংদে ময়ুম চকপা শেক্তা খুম্লাওশু নপুক থরুম্লগম্ল নবাময়াইদা হনচম্লে, ময়ুম অঙোম নিংথৌ শেক্ত খুম্লাওন চাকহোং ঙাহৌংনা লৈশাঙ্গপদি লৈবাকী খোম্পুবা নং ঐনা মুংঙাই য়াইফনা লৈশ ম্লবনি খোইশাও লিনশাওনবিম্ল নখোই ঐখোইনা লৈবাকী মুংঙাইনব মতোংদি ঙম্বা মখেবু হোংনশে ঐখোইনা লৈথি লৈয়েঙ্গদবদি লৈবাকী চংলম লুহ্নিন লাইরকচনবু কাইনা থোম্পুকপা অত্তুদি লুহুংনা ফিদম্লদনন ঙম্বনাইখ তৌদনবা লৈবাক তৌনা পৌঙম খোম্পুগদবনি নপুক খোইশাওবিগম্ল পাউশান খামজিন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা হম্লহনশ্রে ॥

শেক্তাগী থঙম্বশিংবু ময়ুম অঙোম শিবানা ফাহুনঃ নিংথৌনেন্দঃ কংলগা নিংথৌরেম্লা অনিং মকপু লৌথামশিন্দুনা কদোইহন্দনা থাদোক্লকপা অচান মীরাই থায়দনা রাখেন নোংদম্বু থোম্পুরম্বা থোরম হশিবু উবদা শেক্তাগী অহন অঙম্বা খম্বাতাওনা ময়ুমদা লৈথুলগ রাখল্লকই, হন্দক ময়ুম অঙোম শিবা চকপা ঙম্বা মুলোই লমহাং ঙম্বনা শেক্তা খুনবু মপুক তাথিব ওইখিবশি এগী ফান অশিগী মঙম্ব তাবদগী তাম্লেংনিংহুনা রাহৌবদা তানখংদবদগী মপুক খোইশাওখিবনিশে অত্তুবু নিংথৌরেন্দী খোইশাওবশু লৈঙমদে অপাম্বশু লৈঙমদে রায়েন লিচুম থেম্লোনা তাইশন্দুনা রয়োইনৈদা অসিবু ঐনা কমদৌশিবা মপুক রাখন লৈতক্লেয়ে । মতুংদা খুম্লাবু কৌহুনা রাতাম্লে খুম্লাগী য়াইতোংবা অহনশিংনা চাই, ভঙম্বা খম্বাতাও নংনা শেক্তা খুনবু মুংশিবগী ফান অত্তুবু খুম্লাগী ওইহনবতনি নংনা ফংজবা কাম্লি নংনা নীংবতা তৌঙম্মু নংনা তৌঙম্বা পম্লমদো খুম্লা

ঐখোইনা থৌওম থৌপুগনি ।। অছুদি য়াম্বা ইচিন ইনাও পুন্নমক ফান অসিগী মতিক মওম অসিবু লৈনা কোনগী মওমবু ওইবরা নিংঙায়ে, ফান অসিবু লৈকম অসিদা থাগোন্দুনা লৈথম্নবদি লুতুংদগু রাথোক অশিগুম্বা অশিবু ভত্তনা থোকওম্নখিনি, মপুক কলক মীহৌচাওবা অকল অথৌ য়াওওম্নকপদা ঐবু রাখল্লি ।। হন্দক্কি রাথোক্কি লাইনিংথৌ নিংথৌরেল লোইয়ুম্বা পিবা লৈবনা শেক্তা থুনগী অরাববু লৈকনবিদো রায়েন লৈচুম থৌপুবনা ময়ুম অঙোম পিব্বা লম্বুবা নিংথৌনা কদৌবগু ওমহনখিদেদো লৈবাকপু মুংশি খোইজংনা লৈবাক লৈপুনরিবা মখৈদি রায়েনবনা লৈবাকপু লৈকন্নবা রায়েন নোংদম্লি কান্নবা ওইজবা থৌয়েংবিনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ নিংথৌরেন্না লৈপাল্লিবা মখেদি ফান অশিগী রাথোক্কি লাকওমখিনি নাংওমদে অছুবু কলক মীহৌ চাওবনা লোম্না লোওম্নখ্রগ। মফম থংদনগু মাংখিনি শেক্তা থুঙ্গংদা ( চাক-ঙা থোকপা ফাল অমা লৈ ) হাইবা পরম অশিদি লৈবাক শিন্না তাওম খংওম্নখ্রেদো ।। ফাল অশিবু নখোই ঐখোইনা লৈথম্বদা রাওম থৌওম্বা পরমবু ওইওবরা রাখল্লে নখোই খ্বাইগী নগুম্তা লৈথম্লগে হায়বরা লৈথম্নবা তৌওয়ে এদি লৈথম্বা ওম্নরোই লৈমা কোন্দা কৎনিংলে ।। অওম্বা নংনা লৈথম্বা ওমদরবদি কনাননা লৈথম্ব ওমগদগে মওম থংনা তানফংলকপদি অওম্ব নংনি অওম্বা নংনা লৈথম্বা ওম্নরোই হাইবর্ননা মফম থংদনা মাংখিগদবগী শরুক্তি লৈমা কোনগী ওইহনখিবনা অকবা ওইগনি মওম চাওবা ফানশিদে ।। অওম্বনা তাকওম্বা থৌরমবু থৌপুনা লৈমা কোন্দা কৎথোকপিরো ঐখোই খ্বাইগু তুংইল্লগে পাউশানহুনা ফাল অছু পুওম্লকুনা মৈতৈঙ্ নিংথৌরেল লোইয়ুম্বা লৈবাক লুচিং পিবাদা লৈকল্লরে ।।

মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লৈবাক লুচিং পিবা নিংথৌরেন লোইয়ুম্বনা রাহেম পাউশানরকই, কংলৈ পিবা ঐগী শেক্তা থুঙাওগী য়াম্বা ফম্লাইবা নখোইনা ঐঙোন্দা শিন্নহুনা পিরিবা ফান অশিবু ফানয়াই চাক-ঙা থোকএ হাইবা ফান অছুরা ? শেক্তা অওম্বা লুচিংব থম্বাতাওনা লাইনিংথৌ কানবাই অহুনি । অছুদি ফান অশিবু কনানা হাল্লা তানফংবা, মফম্ন কদাইদগী কমদৌনা ফংজবা মরম অছুবু ঐঙোন্দ, তাহল খংহল্লু প ম থৌরমবু লৈখংনা নখোই খ্বাইনা পিওম্বা ফানয়াই অশিবু লৈথমজবা ওইচমজগে ।

"লাইনিংথৌ ননাই ঐন ফংজবনি ইমানা থম্বাতাও কৌজে শেক্তা থুঙ্গাওগী মন্নংদ ননাইবু সীতং পাওংপা লাইরা অয়াং কংবা মশক অমা ওইনা মহম অমদা লৈওয়াম্মি, ইপুক চাকপু লংনবা শীংচনবা থৌরমবু ইথৌ ইওম ওইনা থৌপুজহুনা যুমথোং শিন্না শীং থাহুনা ইপুক চাকপু লংজনা লৈওমজবা ননাইনি ।। কোরৌ অমদি মহৌ মিংথৌইগী লাইকোন লোমদা শীংচনববু চংওম্মি, লৈফম অছুদা ( কুড-কুওচেং ) মানবা মতুম ৭ থক লৈববু থেংনৈ, অছুদগী ননাই ঐগী

শাবুকলুং অশিদা লুংশি লুংঙোনবা ইপুক রাখল অমা শাথোকলক্লে, ইরাম য়াইদশু হন্নীংদরে, নোংকোরৌ অহুনা লাইকোল অসিগী চীংশাং চীঙ্গোন অহুদা কোইনা চঙ্গনা লৈঙরে ।। চীঙ্গোন অসিগী মমুংদা মুঙ অঙোবগী শামু মানবা, ফিরুক মানবা অমশু ভান্থেংবৈ ।। অমুক ননাই ঐবু মথা পাংনা অমুক লাক্লে, চীংয়াংদা মমাই নোংচুপ ওন্দুনা নোই চাওন, শামু কুনবঙুম কুন্দুনা লৈঙ্গা অমবু থংনজৈ মতমশু তক্লা থংলে মালেম অঙানবশু লৈচংখরে লৈফম অহুদা ভাইহাক পোথাহুনা মুঙ অহু পায়হুনা কোয়হুনা য়েংঙমববু রাখল থোক্কে, নীংথি চংখোল্লিদা মুঙ অশিদে রাখল তৌজনা লৈফম অসিদগী ওরাং পাংনা চীংখা চীংখোংলোমদা য়েংবদা থাবী লেংচল্লবী ফিডৌ ফিশেংনবী মশক অমবু ননাইগী মিত্তু উঙম্মি ।। ননাইনা ইস, করিনো মতম অসি ফাওনদা লৈফম অসিদা লৈঙম্মিবা থাবী য়েংইরেল নহাবী অসিবু হাইনা মফম অহুদগী কুমথরক্লুনা মনাক্তা চংশিল্লুবদদি মুঙ্গী মশক ওইনা মুঙজাংও মতোন তুমতক তৌবা অমা ওইনা য়ুংহুন লৈরম্লে মুঙ্গী মশক ওইরম্লে ।। মুঙহুবু ননাই ঐনা কোন্দুনা ইমা নংবু কনানো নচা ঐবু করিদমক্তা লংনরম্বনে থোইম্বুম কনানা মফম অশিদা লৈবনো হাইবিও পাউশানা কপ্লুনা কান্দুনা লৈবদগী ননাই ঐগী অতিং পোথাব অহুম ওইঙমগে ।। খুদক তহুদা অহন ওইবী ইমা অম লাক্লুনা কোউই, ননাই ঐনা ইমা করি তাকপীগদবা লৈবনো তাকপীয়ু ইমা হাই ।।" ইম অহুনা হাই "মফম অসি নং খংলবরা"? ইমা নচাদি কনিমতা খংজদে ।। হাই পারি নংনা মুঙ ৭ থোনবদো মকাশিংনা লৈফম অশিদা মহৈ মিংথোই খোইয়ুমদা লাইনিং পরমবু ঙমহুনা লাই নিংলমদাইদা মরুশিঙ্গী মালেম ইমাবু হকপুনা খোইমুম ঃদা লৈবও লেরাং লৈতিন্নবগী মালেম লৈশেং লৌনব লৈফম্নিদো, মপক্তা লৈবা মুঙজাও অশিদো খোইমুম মহৈ লাইমিংথোইগী খুদানি, মফম অশি মুরুশিঙ্গী লাইনিংফাম্নি, চাকঙা থেকপ, ফানশু লৈবনি নংনা ভারিবা মুঙ অহু (কৌওইবী) লাইগী মশক্তি মাগী শাথোকফম থেন্নি ।। নংবু মফম অসিদা কদৌবা সাকপনো ? ইমা ঐদি শীং চনবা লাকচবনি লাইরা অয়েং কংলন এনি ঐগী কনা লৈজদবা নচানি চংজ হাইদফম লৈজদবনা নোংমা নোংমগী য়ুমথোং খুদিংদা শীঙ কোকথোং অমমম থাহুনা ইপুক চাকপু লঙহুন লৈঙম্বা নচানি ইমা, চাক-ঙা থোকপা মুংফাল হাইবদো নচা ঐনা নীজগে লাইরা অয়েং কংবা অশিবু ইমানা নচাবু কোকাও নীজেয় ।। খুদক তহুদা ইমা অহুনা (মহৈ মিংথোই = কৈরুংববু নীংঙ) হাইরম্মগা খুদক অহুদা ননাইনা ভারিবা মুঙ অহুদা চংখরে, মহুদা ননাইশু নিকপ অহুন থোক্লগা মুঙ অহুগী মনাক্তা অহুম লৈরে । ইপুক চাকপু চরা অনিশু চাদরে অরাম্বশু থোখংদে ননাইগী রাখন্দা কান অশিবু পাম্বদগী মফম অহুদা (মহৈ মিংথোই = কৈরুংববু) নীংহুনা লৈঙয়ে । নোংমা ফঙ্গবরা ফংদে মোংমদি পীগবরা পিদে, অরাম্বা থোরাংনশু লৈক্তে খংদে অশুম্না মফম অহুদা লৈঙয়কপবু (কুমজা অহুম) লৈশুরে মতম অহুদা ননাই ইপুক্তা

রাখল অমা চাক্তরক্লে ।। "ইস, ঐনা তৌরিবা চৎলম অসিবু করিনো লাইর। অয়েংবগী লৈকোক নিংবগীদমক্তা ফান চাক ঙা থোকপবু পান্থগী কুমজা অহুম লাইনিংবা অসিবু করিনে। ফংবশু ঙমদে অশিবু ঐনা চৎলম্বু চত্তবা ইপোক্তী ইথোবু থৌথি খোপুদবনা পরম অশিবু তানফংবনি। অপাম নুংঙাইবা ঈশিং ইথক তৌবগুম্বা অহুবু পাম্মুহুনা ইপোক অশিমগী তৌগদবা ইথৌ ইঙথু তৌদনা কুমজা অহুম লৈহৌখিবা অশি তেংবানববু নোংদম্বা লাইবু নীংজবদা হৌখিবা কুমজা ওইরম্মবদি ঐগী কয়াদা অতোংবা লম্বী ওইরমগবা ইথৌদি তৌদনা অরেম্বদা ঈথক ইহৌহুনা পুন্সিগী তাংঙয়বা মতম্বু মাংহনখরেদো" রাখল অশিমা ইপুক লুমাংদা চাক্তবিরক্তুনা মতুংদা তেংবানবগী মপু পোক্লেন শাৎপা লাইবু পুরুম থাগোনজববু করি কমদৌনা চংজ নীজবা হৌনবা পরম লাইরকচ-বু মরুশিঙ্গী মকমদা চংজহুনা লৈথিরগা পুরুম লৈপাই থাগোম্না পুন্সি পাউজেল ঙাইবনা ইথৌ ইঙথু ওইনা লৈঙম্বনা ইপোক অসিগী শাখোক য়াইফংবা ওইগদবনি অহুবুদি থিদনা (অরেম্ব ফানবু) পামলুইদা হাইবা রাখন অসিমতং চাক্তবিরকপদগী লৈফম অসিবু থাদোক্তুনা (কুরুম চৈং-লাঙ্গোন্দ) চক্তনা লাইনিং চৎলম্বু লৈথিরুরগে রাখল্লক্তুনা হেক হৌগৎলে।। চৎকে হাইবগী ইথোং য়েৎ অসিবু থাঙ্গৎলকপদ (মহৌ লাইমিংথোই=লাই কৈরুংবনা) খম্বাতাও নপুক রারেপ চুমদবনা ঐন মুংফানবু পীদবনে ।। হৌজিক্তো নপুক রারেপ লিচুম্লবনিনা ফান অশিদো পুজখরো নঙ্গীদমক ঐনা মতম খরা খঙ্গীবনে লৌজরো নোংদম্ববু নীংজবদা থৌরথু থৌঙমজবা তেংবাং থৌরথু থোপুজরুরো অহুগ মীবুশু তাহন খংহনলুগম্নু লৈবাক রাথোক ওইগনি চৎলে। হৌজিক্তি পুজখবো নোংদম্বীরক্তুন নমাইনা ফংজরকপা ফান্নি । মতুংদা মহৌ চীংঙগী কুরুম চীংদ কুমজ অহুম্ব কুরুম্বা মরুবু থাগোন্দুনা লৈঙমজে মতুংদা থেংগ্রং চীংদা কুমজা ৫ বু ( থেংগ্রং অচিবা-কৌবরুবু থৌখম্না লৈঙমলুরে, মতুং খরা লৈরগ শেক্তা খূল অসিদা লাক্তুন য়ুম ইংখোল লীংহুনা লৈঙমজরিবা অসিনি ইনিংথৌ লৌশিনবিরো নমাইনা ফংজবা অশেংবনি ।। মুংঙাইদা অঙম্বা নঙ্গী পাউশা তাবদ শেক্তা খুঙ্গাঙদা লৈবনা কয়া মুংশাংলক্লবা ? লাইনিংথৌ চৈমক্তী শিংথাহৌদ্রে অহুবু নমাইনা লৈজাখবা অশিবু কুমজা ১৫ মুক চংলগদ্রা অহুম্না খনজে ।। মপাবুং লাই-নিংথৌনা মপান ফনা য়েক্লবা লৈঙনা লৈপাললিক্তৈদনি লাইনিংথৌশু হাক্লা কুমজা মুংশাংদরিবা নঙম্নি । থংঙে অঙম্বা ফান অশে ঐগী ওইবশু য়াঙম্নোই থোইয়ুম লাইন। নংগীদমক নচাক নরন ওইনবা পিবা ফান্নি থমজিল্লু ফান অসিগী মতম্বা নফম্নাংদগী ঐনা খোইজং খোইদনা নংগী পাউশাবু লৌশিল্লি, নংগী রাখমগী থৌরথু থৌঙম্নবা থৌপুবা নিংখিবা রানা অহোংবা লৈঙনা থৌঙম্নববু নখহুনা থৌঙম থোপুবা নথোনাবু তাবদা ঐগী পুক্লিং রাখনবু রারেপ লিচুমতবু থোপুনবা পাউতাক্তো নিংথৌ ঐনা চাক-ঙা থোকপা ফানগী মহুৎ মরেংবু লৈশিন্না ইপুক থোইজংনা লৌঙম্লি অহুম্নদি ওইরগা নিংথৌ ঐনা চৎলম অমদি নফম্নাংদা থৌনিনঙমগে অঙম্বা নংনশু কুবি

নোংদম্না লৈখম্লবা থৌডম থৌপুনবা শিংলাক কুবি নোংদম্নরম্মু, হৌলক্লহনবা কাংলৈম্না পুংমাইয়োন লৈবাক অশিবু মনিং মথা তৌমল্লে মানা মানা চানিংবত্ত, চা লাইনিং লাইশোল শোল্লিংবতা ইরাং থৌনি থৌপুনবা খোইয়ুম লাইশকপু লৈখিদ ইরাং থৌনিবু লাইরকচনবু পৌখিদ মানা মানা চাওম্না থকওম্না মশকপু নীংশিংবনি হাইদুনা শানৈ য়ুনৈনদুনা লৈরাং লৈহন্নরিবা অশিদো থৌডম থৌপুনহনবা লাইশক থায়না হৈকং লৈকং নওম্নবা নচা নমাও ওইবশিংবু পরম থায়না থৌখম্লবা নঙ্গী চংলম লাইরকচনবু চৌংখোং চৌংয়াদা লৈঙম্লিবা চেংলৈ চংলমদ, খোংদাথরবশিং অশিবু পাগী পুগী লাইরকচনবু থৌথি পৌয়েংনখিদবে অশিবু লাইনিং চংলম খংবা নখোই থায়না লৈরিবৈঙদা ইপারি ইপুরিগী লাইরকচন চংলম্মু নাম্মুং চংলম লাক্লনবা শিল্লাক শিন্দম্মীদুনা মতম থরা মরুগী থৌদাবু থৌপুনা লৈরমখো ।। ফান অশিদো কাংলৈপিব; ঐনা লৈবাকী তাংওম্লকপদা লৈবাকপু অরাবা লৈকন্নবা পিবা ফান নত্তে. ঐনা থমলুবগী পোইনা কান্নবগু তানফংলোই নোংদম্না লাইনা নঙ্গীদমক্তা পিবা নচাক নরম্নি নংন, মকম চানা থমজিল্লু পীওয়ে । মৈতৈচ. লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বগী পাউতাক পাউশ বু তাওম্বদগী ( মুওকান য়াই অত্তবু । মহৌ খোইয়ুম কৈরুংবগী মফমদা লৈশিল্লদুনা শেক্তা অহন লাইনিংবনা পুদুনা থমজারে, মহুংদা লৈহঙ্কদুনা নোংদম মরু নম্বোনবগী নক্তা মরুগী থৌগন ওইনা ( লাইনিং অহন শেক্তা খম্বাংডাও ) মিংডম্না মশাগী য়েরুবা লৈতনা লৈবাক য়াইফ, থৌরমগী লৈনি থৌনিবা লাইনিংবগী থৌপুনা লৈওয়ে ।।

## হাওকপ চীংশাংবু রারক থৌকাও রাতেম্না

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৭৭ নোংদালাই কুমশিং ১০৬৯ দা হাওকপ চীংশাঙ্গী মনিংথৌ খুল্লাকপশিংনা মপা মপুগী লোইপোং লৈক, লৈতন তম্ববু লৈবা লৈঙংকাওদুনা মৈতৈচ. লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বন মনাও ইবুংঙো ( লৈঙাকপা খল্লাংপনশাবনু ) লোইপোং খৌবা চংহল্লি ।। মনাও ইবুংঙোন হায়রুবদা হাওকপ চীংশাঙ্গী খুল্লাকপা মনিংথৌশিংনা পীতিংলকতবগী থৌরমদা পাউশা পাউথুম্নবদগী নিংঙাই শাদানখিদুনা লানথুম্না খুং থোক্লরে । থৌরম্বু থৌডমদুনা মনাও ইবুংঙো লৈঙাকপা খল্লাং পনশাদনা হাওকপ খুল্লাকপা মনিংথৌ ( হাওক্লাংব ) মনাও শম্বীনবগ, ) মন, হমেং, লম্বুম খরস্ত কাদুনা পুংক্লগা ময়াম্বুং লাইনিংথৌদা কংলি ।। রারক থৌকাওবৈ হাইদুনা অরা শঙদ. লৈহল্লি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৭৮ নোংদালাই কুমশিং ১০৭০ কুম অশিগী চহৌদা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা লমহাংঙম্ববু ( লৈহৌ চীংশাংদা ) লোইপোং খোম্বা চংহল্লি ।। লোইপোং পা-পুগী

মংকং মখৈদি পীরে, অহিং য়ারেক্তুনা লৈবদা চাক্তি পিজদে, ময়ুম অঙোম নিংথৌনা লাইনিংথৌ মৈতৈঙ্গু নিংথৌরেন লোইয়ুম্বগী মকমলাংদা রাহোয়ৈ রাহোম রাবু তাবদা লাইনিংথৌন রাখল্লি ।। থৌরম অশি করিনো তুলখাই তানবা লাক্কদৌরিনা পাগী পুগী রারেপ চংলম্ব অকাইবা রারক থোকাংব চংলমবু ইরাকথক্তা থোক্লিবশিবু লোইয়ুম্বা ঐনা হাংবপ চৌংশাংদা পানফরিব: ময়ুম থুম্লাকপা লম্বুবা নিংথৌশিঙ্গী মপুক থোইশাঙনখিবা রারক নোংদম্বা করি কমদৌবা লৈঙমখিব: ।। ঐ লৈবাক রায়েন থৌপুবদা কনাবুশু অচান মীরাই থাইনা রায়েন থৌপুববু কোরৌ অসি ফাওববু থৌপুদে রায়েন নমথেক নমজানবশু থৌপুকদে, তৌবশু তৌঙঙ্লোই মশিদা থৌরম অশিবু মশক থংনা লৈত্তাক্তা চুমথোক্তুনা রায়েন চংলম অশিবু থৌপুনঙমদরবদি হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক অশিগী চংলম চৌংতম ওনিন লৈবাক লৈপানবা চংলম অসিদি লৈমুংনদুনা মপুক অরাং লুত্তোন লৈফম্বদগী তুলখাই তানাংদৌরক্লে, মপা মপুবু মশক থংনদা লৈহৌ লৈফম্বু থোকাওনদুনা মনিং মথা লৈতন্না অকন অকনবনা লৈমুন লৈপান্নদুনা পাগী পুগী লাইরকচন লৈবাক চাকহোং ঙাহোংনা. থুম্লাও লৈচাওনরক্তবা পুক্লিং থোইজং লৈতানা লৈবাক মরা তপা লৈপান্নব। লাইরকচনগী পাগী পুগী চংলম লুত্তিন অশিবু নাপুং থৌপুনদুনা লৈমাং লৈমুংনবা রাহোনরকপা চংলম অশিদি লোইয়ুম্বা ইচাকথক্তা থোহোরকপনিন ইপারি ইপুরিগী চংলমবু লৈমুংতনবা ঐনা অমুক নোকৌনা রারক থোকাওনবশে নীংশিং শিন্নারক্তবা তাঙয়ি. অদুনদি ঐ ইশামক চংপা তাই রাখনবু রারেপতুনা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা ( মহৌদা / থোঙ্গা থোংদারে ।। মৈতৈঙ্গুনা পাউশা শীন্নারকববু লৈঙম্বা মহৌ চৌংমীশিংনা রাওইদে থৌওংদে শাগ্রেম লাঙ্গে য়ুবগুম ( হৌ ) হাইবা য়রা ইখোলনা কন্না লাওদুনা খেক লাংনা লৈঙম্মি পাউশা রাবু থোওই নাচুংনবু তাঙমদে ।। মখোইগী মতৌ অশিদি লৈফম অশিদা শীন্নাকপদি রালৌগে হাইদেন। রামাংনবা পাউশাবা তাইদনা রাখল্লক্তুনা মহৌ চৌংশাংদা পানবা চৌংমী মখৈবু থোমগত্তুনা ফারে, মহৌ মনিংথৌ থোইরেম্বা, থুম্লাকপা রাকোংবগনা লুচিংনা নিপা মখৈ তরা ফাদুনা পুবরুগা অরা শঙদা পুশিন্দুনা লোইনা ফাদুনা থন্নে ।। মতুং থরা লৈরগা ( রারক থোকাও রায়েনশঙ কুচু শঙলেন্দা ) লৈবা চৌংমী হাও মখৈবু পুথোক্তুনা তম্মী পুম্বগা মীত্তিন ফম্বান লাংমিন্নদুনা লৈথন্নে ।। ফমদৌ পুম্বশু লৈক লৈফন্নে ।। ঐ থ্বাইগী ময়াই লাংদাইদা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ লুচিং পিবা নিংথৌরেন লোইয়ুম্বনা হাইয়ে ।। "ঐখোই চৌংমী ইচিন ইনাও য়াম্বা ইশানৌ পুম্বা ঐনা ঙসি হংবা রা অশিদো অথংবা য়াওরগা লৈবাক তানা থংনবা পাউশানবিয়ু ।। করিগুমবা থংদ্রগা অথংবনা পাউশারক-পদা নপুক থোইজংনা তাঙম থংহৌনবা মীপুম খুদিংমক্তা থৌপুনবিবা থৌরমবু কংলৈ পিবা ঐন লৈবাক ফমবৈ ফমবীরিবা পুম্নমক্কী মফমদা পৌনিজৈ কুবিও ।। ঐনা হঙ্গদবা পাউশাদি--

অহানবদা চীং হাইব অৱাংবা লৈফম অসিদ লৈপান্দুনা লৈঙম্লিবা ইপা, ইপন, য়াম্বা ইশানৌ পুন্নক অসিবু লুপ ওম ওইনা মিংচন ( চাও ) হাইনা লৈহুন্দুনা চীংদা পানবা মথৈবু থংনরক্লিবা অসিনা করিদগী থংনখিবা, হাইখিবা ?

চীঙ্গী ওচিন ইনাও লৈঙম্লিবা অসি মাগী মাগী কাংলুপ মশক থাইনা লৈঙম্মরি মিংলেন অমমম লৈনরি অসিবু মাগী মাগী মমিংদি হাইদনা ( হাও চেক্তা ) হাইরগা চীঙ্গী ইপা ইপন য়াম্বা ইশানৌশিংবু থংনবা পরন অমা ওইরিবা অসিবু লোইবী চীংদগী শাথোক শাগৌনরকপ লুপ অমনি থংনবা মিংলেল্লে ?

অমনা চীং তম অনিনা লৈবাক অশিংগীদমক্তা অরা অনা লৈখিদনা থৌরম থুমিংদা পৌঙম্নবা থোপুনরিবা মানা মানা ওম্বা মশীন শীন্নম্ব পুথোক্লদুনা লৈবাক অসিগী য়াইফনবশু তৌমিন্নে তিলুক ফম্বালমিন্নহুনশু অফ-ফত্তা, অচেৎ একোম লৈব খিনকশু রাওন্নে অশুক নীংথি চংথোন্না লৈবশু লৈমিন্নে, মশিদা ( চাবা পকপা মকমদদি ) তুলু থাংন, চামিন থকমিন্নে, রাংংগ চীঙাক তীন্নদবনা তুন্নথাইবনি মহাইনৈ অসিনা করি কমদৌদগী কনানা করিবু চাখিনা ?

অমনা চীঙ্গী ইপা ইপনশিংনা কুমজা থুদিঙ্গী ( লোইপোং তাব মংকং থীব ) ৱ ওইনা কংলৈ পুংদা কারক্লুনা পিন্নরিবা কুমজা অমগীদমক্ত কংলৈ ফম্বা পিবাগী মথুক্তা পিহুন শিন্নরিবা অশিনা মরম করিগীদমক্তা কুমজাগী পৌকাংফদনা মংকৎ লোইপোং হাবনো, মশি করিগীদমক্তা, তমগী ইপা ইপুচানা চিঙ্গী ইপা ইপুশিংদা নমথেক নমক্তানবা রায়েন পৌদাবদগী থেংপুনহনখিবনা ?

লৈফম মরি অশিংগী পরমাশ ওসি চাংতম অনিনা ফম্বৈ মীতিন কম্বান্নিংঙসিদ, লিচুম পরমবু ত.নিং থ.নিংথি অথং অহৈ চীংওম্না পাইশাবিহুন তাওম্নগা লুতুদশু থোকাওদনা পোক্রৈ চাদোন শুদোম্নশু, চংলম লুত্তিন লাইরকচনবু নামুং চংলমবু থোপুনরক্তনবা চংলম লুইনবু থেখিনা ওইন রাথন রাতানহুনা লাইয়েক লৈথম্নবা তৌঙমশে ।।

ফম্বৈ লৈফম্বা কনাবু স্না মাংদা চংহুনা রাজবু পাউশাবা রাঙম্নদরে মতম অমদা শেক্তা লাইনিংব ওইন থম্বাতাওনা স্না মাংদা চংলক্লুনা পাউতং রাবু রাহোন্নক্রে । নেংওঙ নিংথৌরেল নখোং থুয়াবু থাগোন্না রাহং রাবু থরা খজিক পাউশাজাগে রাহং রাগী লৌহোরাবু মথংলেংনা পাউশানঙম্নবদি রাহৈ পাউশা য়ামথরে ।। রাহৈ পাউশাবু থরদংন লৈথনববু থোপুন থোকাও নরক্লবা চংলমবু থরা খজিকপু পাউশাগে চীংমী তম্মী পুম্ববু নীংশিংনবা ওইনা পাউশাগে । "থমম্লুং ইঙাল লৈশানবু তৌ কংলৈ লম্মচনবা কোবা লৈবাক অসিদগী থৌহৌয়ে । মতম অহু তরম কৌনেয়ে. থোইয়ুম ঙাক্তনা পানবনে ।। নমু তাইবং লেম্বা হৌবা শাথোকপা হৌবশু হৌ

লম্মহনব। কংলৈস্না পুংমাইয়োন কৌবা কংলা অসিদা শাগত্তুনা শাথোক্লবনে ।। মশক অমতদগী এলুপ শথাইদুনা শাগৎ শেম্নগৎপনি হাইবগী লৈবাক অসিগী তাইবংশিংনা থোকাওদনবগীদমক্তা (য়েক শলাই) মিংহুম্না ময়ুম ৭ পু লৈঙ্ম্লিবনে ।। লৈবাক অসিদা লৈবা নমু তাইবংদি (হুয়ম) হাইগৈঙদা (হুমলেন=মুংশিংনা) চৌঙ্গাক ওইনরকয়ে।। ফৈদোম ৪ লৈথাই লৈয়েম্না লৈপান চংলমবু লৈতম্নরকপদগী লৈবাক অসিগী পারি পুরিগী নোংদম থোপুনা লাইরকচনগী চৌঙ্গাক মথংলেংনা চাঙম্নরকপদি মনা মশিং হরাই চেংরাই তানফংলিবা অসিমা মথেন লুকোই শেম্না থোংলগা তরা লুক্লেনবু লৈহুন্না চানৈযে । তরং মুংদা লৈপানবী লেম্লেবু মশক য়োনা য়েংনদে ।। লেম্লেবু মথেন লুকোই ওইথিবশিদি লাংবচক অশিদা মবুধো থুইয়োই তোম্বা লাইনিংথৌ মনা হাক্তক্তা কৌকৌ ইরাৎ থৌনিবদা পরম পাউশা অমা কাইওম্বদগী (মীরোন অহুমদি) লেম্লে চাওম্লো মরু কুরুম্বনা নোংদম্বদগী (লেম্লে শারেং কৌববু) চাওম্বা হৌথিয়ে, অসিদো মীরোল অহুমতদগী থোংহৌথিবা রানে ।। নবুধো থুইয়োই তোমপোক লাইনিংথৌবু পোকপা নোংদালাই পাখংবা মপা ইবুংঙোনা শাথোক্লদরিঙেদা লৈবাক অসিদো উমং লাইশিংনা রায়েন থোপুনা মতম থরবু লৈপাম্নখিয়ে ।। মতম অদুদা উমংলাইশিঙ্গী (শারোই ঙারোই লোইনবা) লৈওম্বশিংনা মখোইগী মপ্পুক্লিং ফংবা মীহুংশি খংদবা শাগী লমচৎপু থোপুনহুনা লৈবাক অসিদা লৈহৌঙৈদগী মথংলেংনা নাঙদা লৈঙা শমথনা লৈজরিবা তাইবংশিংবু তাথি নাওইনা তৌওম্বদগী লৈওম্বা তাইবং মখৈশু নুমিগিং যুম্নানবা থোঙমদরে ।। লৈওমদনদগী থোহেলশল্লকুনা লোম্না কৌথোক থেমখোক্তুনা হাত্তোক পাশু য়াওনহুনা মাহাৎ মীশি অহুবু (লাইয়ৈ) হাইনা থংনরক্রে, মীশি মীনা নোঙ্গাংদরে ।। শারোই ঙারোইবু কিবদগী ময়ুম মকৈ হুন্দোক্লহুনা মাগী মাগী লৈওম্বা য়াগদবা লৈফমবু লৈথিন্দুনা কোইচাইনা চংনখিহুনা লৈনারক্রে । উমং লাইগী শারোই ঙারোইনা তমদা লৈবা লম মখৈবু লৌঙ্গক লৈকন্নরেদো তাইবং মখোই থরদি চীং মান্দা কোইজাইনহুনা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক অসিবু খোইজং লৈতাজবা ওইওয়া পাগী পুগী পোক্ল শাংনফম লৈফম অসিবু থাদোক হুন্দোক-লমহুনা করম্না চংকবনো হাইনা রাথন্দুনা চীং মান্দা নারোত্তুনা অকং অফংবনা থরাইবু হিংনবগী মচীনতাক ওইনা চাহুনা কোইচাইনা লৈথাংনহুনা লৈওম্নরে ।। মতুংদা হো লম্মুহনবা কংলৈ মনা পুংমাইয়োন লৈবাক অসিদো নিংথো কাংবনা কাংথং পু থংনরে হাইবদি লৈবাকী অচুম অরান রায়েন থৌপুনিনবা লুচিংবা লৈখিদনা লৈকম চাফম লৈথংনদরে, উমং লাইনা মনিং মথা তৌবদগী লৈওম্নম্বা তাইবংমখৈবু মফম থংদনা কোইজ ইনখিহুনা তমদা তাইবং মশক উদরে, তাইবংশিংনা কাংথং পুথং নাইদনা মাংনথ্রবদা লাইলৈমা লৈম্নং য়াখুয়াবীনা মশামকশু কাংথংনরক্তহুনা উমংলাই শারোই ঙারোইবু নমহৎপা ওম্বা তাইবং মীবু শুনা মুংশিন তৌগদবা তাইবং কাংথং নাইখিদবা মফম থংদনা কোইজাইনখিহুনা লৈনখিববু খোমজিন্দুনা হাম্নগুম্না তাইবং লৈত্তা খুন্দানা লৈহনবা ওমগদবা ইচা অমতং তাম্লেংনহল্লু হাইনা

( খোইমুম কোরৌহনবা=মালেম অঙানববু ) নোঙ্গাংদমা চাদ-থক্তনা ইরাং খৌনিজবদা পেনবিহুনা থাদা লৈবা লাই ( পুরিংলেনগা ) তান্নহুনা মালেম অঙানবগী মফমদা লৈবা পাথংবা লাইনা নোংলুমগী মশক ওইনা ওইনা শাথোক্তুনা পুরিংলেনবু নোংখৌদগী মালেমদা পুথহন্দুনা লৈম্নুং য়াখু য়াবীদা মরম পুন্না পাওতাকুনা পীহল্লে ।। লৈম্নুং য়াখু য়াবীনা নোংলুম্বু কোন্দুনা থম্বগু শাথোকপা য়াদরে, উথুং অহোবা উচেক্কী মকোন্দা থম্বগু ওন্দরে । কান্নদেদনা ঐনা তৌওম্লিবা অদিদো খোইশাওরে ।। উথোং অমগী ময়াদা পুশিল্লকুনা মালেম থক্তা ফিজৌ ফিশাং থান্নগা ফিরাংজি ফিদা থানা নোংলম্বু থম্নগা ফিরোন ৭ না কুপ্তনা লৈথমহুনা মালেম ইমাগী মফমলাংদা লৈশিন্নরম্মগা মিৎস্না ইন্না চেন্না লৈহল্লকুনা ময়ুম শঙলেন্দা অরা রাথম্না মুংনাংনহুনা কাংথং খংদনা লৈওম্রে ।। মতুং লাংবচক কুমশিং ৩১০৮ ( লিপুন অহুম চালুপ অমগা শুপ্পা নিপান ) লৈচংলকপগী ইঙা থাজ ১৫ নি পানবা নোংকোরৌ শাগোলশেন তুমিৎকী তু থিল পোপ্তা লৈহুমমকপা য়ুংথক থানবদা থাম্বী মৈজাও হৌবগুম উখোং তাহুদা মৈহৌরে মৈ অহুগী মম্লংদা তাইবং ( পাখম ) অমগী মশক্তম ওইনা শাথোক্লে ।। মাইপৈ ৮ গী লাইনা উহুনা লাক্লে, ( উবু উরৈরোম্বা ) কৌরে. শাথোক্লকপা মশকপু ( নোংদালাই পাথংবা ) মিংহন্দুনা খোইয়ুমশিংনা পুশিল্লকুনা ইমা লৈম্নুং য়াখু য়াবীদা পীরে ।। উজি খোময়িনপুংদা হৌরিবা পামেন উরৈবোম অসিগী মখোংদনি লাইনিংথৌ । ইমা লৈম্নুংয়াখু য়াবী লাইরেম্বীনা মচা শক্রা নাওয়োক নাওকোনজহুনা হো লম্মহনবগী কংলৈস্ন পুং-মাইয়োন্দা উরেপ উম্নুং চারি ওইনা লৈবা হৌরে ।।

লৈম্নুং য়াখু য়াবীগী অরাবা রাথনবু কোকপীগে নীংজবু থুংহল্লগে নীংঙবীহুনা লাইমিংথোই অশিবনা নোংলোন্দগী মালেমদা খোঙ্গুম্রকুনা অহন মতম ওইরবা তাইবঙ্গী মশক থোংবু ওইনা শাকোংলকুনা নোংদালাই পাথংবগী মনাক্তা চংলকুনা উনবিয়ে । নোংদালাই পাথংবনা হাইজেদে লাইনিংথৌ মৈতৈঙু লোইয়ুম্বা স্ন. পুক্রিংবু খোইদনা তাবিরো নীংশিংজরক্কে ।। অহন পুং-শাংবা খোইয়ুম লাইরকচন্দা শীঙ্গরববু শক্লেনশু লৈথংবগুম হৌজমজে অশিনি হাইবশু রাঙমদে ঐবু কমদৌশিবনো নোংদম কুবিগদবা করি রাবু লৈঙম্বা কুবিং নয়াথংবু কোইরেল থক্তা লৈহাপ্পা থৌঙম থৌপুনজগে ।। নোংদালাই পাথংবা নংনা লৈবাক অশিগী লুচিং পিব. ওইগনি শাথোক্লিবা অসিবু তাইবং কনাবুশু লৈঙম্বা উদে নংবু কনাদা রায়েনগে লাকপনো নংনা লোকওম্নকপবু খোইয়ুম লাইগীদমক্তা লাকপরা তৌওম্নবশিবু কমদৌরনো ? খোইমুম নংবু কনানো ঐবু থংনা থংনা অরেপ্পা নশকথোংবু হাই-ওমজদে কুবি নোংদম তাকপীও ঐনা লৈফম অসিনা লাকপদি তাইবং মশক্কী মুংঙাই য়াইকা নোংদমগে লাকচবনি অহুবু তাইবংনা লৈফয়মদবা অসিবু কমদৌশিবনো থৌঙমদে ।। উম নোংদালাই পাথংবা ঐদি ( পোইনাওতা শিদবা কৌবনি ) নঙ্গী এলুপ তাইবংদি শরোই ঙারোই, উমংলাই লৈঙম্বা

মখোইনা ৩৫ নৈবা মীয়ৈ মীহাৎপু কীবদগী পাগী পুগী পোক্ল শাৎনফম লৈকমবু থাদোক্লুনা মিৎস্না ইরা চেম্না খোংশান্নহুনা লোইবী পনশা পল্লোন লান্না চন্তুনা পাগী পুগী খুবমবু লৈশংনা মরমবু মীরমলেন্দা লৈতাংবগুম খুন্দানা লৈঙম্মি, নংনা তাইবঙ্গী মপী মপা ওইনা নাওকোনগনি নপুক রারেপ্পবদি কোইজাইনরিবা তাইবংশিংবু কৌঙমহুনা পুবিরক্লে ।। লাইমিংথোইনা নোংদম্বা থৌরমবু থৌঙম থৌপুজনি ঐগী শথাই তাইবংবু লৈহন্নক্লবা কুবি নোংদম তম্বীও লাই শিদবা পোইনাওতাদা হাইজরে ।।

থৌরমবু রারেপ্পহুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১:৩ নোংদালাই পাথংবা শাথোকপা কুমজা ৫ লৈচংলকপদা ( লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবনা ) তাইবং কোইজাইনখিবা পুম্বদা পাউজেল্লক্লে ।। "তাইবং এলুপ শথাইশা নখোইবু নাওকোনবিনবা ( নপারি নপুরিগী ) পোক্ল শাৎনফম হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্ল। তাইবং নখোইবু শেম্বীগদবগী মুংঙাই য়াইফং নোংদম্বীগে হাইহুনা কোরৌ নোংমদোন থক্লা মালেম অঙানবা=কোরৌ হনবদা তিল্লুক ফম্বাল্লাংবা পাবু খংবা লাইনা তাইবং মশকথোং ওইনা শাথোক্লুনা তাইবং কোইজাইনবা নখোইবু হনঙল্লকপা তাইহুনা। লৈরে, নঙ্গী নঙ্গী নপা নপুগী পোক্ল শাৎনফম হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন লৈবাক্ল লৈঙম্নবা লৈহল্লে। কোইনা পাউ.জন্দুনা তাহন খাহল্লে ।।" লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবগী পাউজেল তাবদা কোইজাইনখিবা এলুপ শথাই ৭ কী তাইবং (থরারেন, লাইস্না, পোইরৈতোন লাইলৌতাবী, শিংওবুং, শম্পোং পুরেম্বী, অয়োং, চীনকুরেন লাইতোংলেন চীনখুবী. ঙাংহুম্বোক, ঙংনিংশং, খোলৈশং, তাইমরেং,=তাইমজাম্বা ) মখোই অসিনা লুচিংহুনা মাগী মাগী লুপ নাইনহুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১৫ নোংদালাই পাথংবগী কুমশিং ৭ লৈচংবদা তাইবংশিংবু হল্লক্লুনা লৈঙল্লে ।।

নোংদালাই নবুধৌ পাথংবনা শরোই ঙারোই উমংলাইবু নমথহুনা তাইবংশিঙ্গী মতিক মঙম্বু চাওহন্দুনা পাগী পুগী পোক্ল শাৎমফম লৈফম্বু লৈতাক লৈপিনা মুংঙাই য়াইফনবদা লাইরকচন থৌরিং রারেপ্পহুনা নাওকোন চংলমবু তারক্লুনা চীংদা কোইচাই নারোংনা লৈঙমহৌবা কাংবু থরবু ( থাগোক্ল লমলেকশঙ্গনা ) লুচিংহুনা কংলৈ পুংদা থোংগরক্লুনা মৈতৈঙ নোংদালাই লৈবাক লুচিংবা পিবালেন নবুধৌবু পুক্লম লৈপাই থাগোম্না রাহোম্নরে ।। মৈতৈঙু লাইনিংথৌ মখোই খ্বাইগী রাহোম রাবু তাবদা নবুধৌ নোংদালাই পাথংবনা হাইদো, "য়াম্বা চীংদা কাইদোংনা নারোং লৈথাংনা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাকপু পাগী পুগী শাৎনফম পোক্লফম লৈফম্নি হাইহুনা থাদোকপা ঙমদবনা পাম্মু মুংশিনা লৈফম ওইবনা অরা অনংবু লৈথাংহুনা লৈবদা তাইবং ঐগী থরাইবু হিংনব। নোংদম্বনা চংলম লুতিনবু থৌয়েংনা নোংদমখিবা চৌপ্পাকপু তানফংখিদবদগী চৌং মান্দা লৈঙম্বা চাবা য়াবা উনা শিংনা, মচৈ মরোং, শা-উচেক নোংমা নোংমগী অফং অফংবতা

চাতুনা তাইবং থরাইবু হিংনবা থৌপুনতুনা চাখিবদো অয়োন অরানবু লৈঙমদে অরা অনংগা ওইখিবগা মৈতৈ ঐগী ইচিঙাকুগা তানফংবা লৈফম নত্তবদগী চাখি থকখিবতনি হৌজিক্তি চীঙাক অহু চারুম্ব পানা পুনা, পারি পুরিনা চানরকপা চীঙাক লাইরকচন লুত্তিন চীঙাকপু, চাবিরো চীং মান্দগু লৈরুম্ন তমদা পারি পুরিগী শাহনফম লৈফম্বু লৈশংনা থৌথম্না লৈরশি অমুক চীং মাব লোক্তাইদা লৈতুনা চাঙমলুবা তৌরম্ভশি তিলু কম্বান লৈত্তিম্না চাক্তিন ফিদিম্না লৈরশি য়াম্ব-থোই" লৌথায়ে । চীংদ নারোং লৈথাংবা ( থারোঞ্জা, কমতেকশজনা য়াদরে ।। ইনিংথৌ ময়াথংবু নাকোইনবগু নচচদে চাঙমলুরবা চীঙাক অসিগী মহাওবু থাদোকপা থৌকাওবা রাঙমগনি হাইবদো ননাই ঐথোইবু নীংঙমদরে, চাঙমখিবা শা উচেক, লৈম্নে, থরোই থরাং অশিগু ইচিঙাক ওইনা চাতুনা চীংমান্দা লৈঙমলুবগী মরৈ থোক ওইনা চীঙাক লুখাইবা মৈতৈ লুপ অমা ওইনা লৈঙমজগে লাইনিংথৌনা লোইবী মিংয়ো থোংদাব লৈকোইববু লেংলকপদা য়াংলৌ থেংলমবু মুওাইনব লমচাই তুশেংবা ওইনা লৈজরগে কুবি নোংদম্বীতুনা পাগী পুগী এলুপ শথাইদী মুংহনবিগম্ব, ননাই ঐথোই চীংদা তোংনা লৈপানবা ঐথোইনা কুমজা খুদিঙ্গী মৈনা ইশিংনা লৈমুংনদরিবা মথৈবু (পারি পুরিগী লৈশাং লৈপোকফম কংলৈ পুংমাইয়োন লৈফমদ ) হৈগাং লৈবাংনা পাবু পুবু কুমজাগী পুরুম থাগোন লৈহুনজবু থৌকাওদনা ঐগী ঐগী ইখুংনা শাবা হৈবা ফিরোনবু ( খাংশেং, নমথা, তোলোক ওইনবা কুমজা খুদিংবু লৈঙজগে হৈরা লৈরাং অচা অথক পারি পুরিনা লাইরকচনগী চংনরমবু নমুং চীঙাক নত্তবা ঐগী ঐগী ইথুন্দা তানফংনবা পোংলমগ কংলৈ পুংদা থোংম থোকরকুং লোইপোং লৈহুন লাংজগে নকমলাংদা থৌকা লৈহুন তমজগ পাগী পুগী খুবমবু লৈশংবা লৈবাক্কী লুচিংবা পিবালেম্না মশংথোক্কী মশংথোক লৈশংবিতুন ময়ুম শথাই ৭ কী ( পোক্রেন শাংপা খুবমবু লৈমুং লৈমাংদনব ) কুমজাগী পুরুম থাগোম্নবিও লৈশিন্নতুনা কংলৈ পিবানা কংলা ফম্বে লাংতুনা লৈশং-নরিবনি ।। চীংদা পানবা য়াম্বা ইচিন ইনাওশিংনা কুমজাগী ( লোইপোং লৈহুনবদি ) মপা মপুদা মংকং লৈহুন লাংজবনি ময়ুম মঙাক্কী কংলৈ পিবা পাগী পুগী খুবম্বু লৈশংবনা নমথেক নমথানবা রায়েন থৌদা নোংদমতুনা মংকং লৌবা নত্তে ।। লৈবাক্কী চংলম লেপ্পখিবা লাইরকচন কাইফ-হোংফদবা চীঙ তম অনিগী মশকপু থৌকাওনদনবগীদমক্তা চীংমী তম্মীশিংনা মপা মপুগী মংকং লৈহুন কুমজাগী লৈকংচবনি ।। লাইনিংথৌ নংধৌন লৌথাম্বু য়াদনা লৈঙমখিবা চীংমীনা তুলুখাই তানা লৈঙম্লিবা পরম্ব লুত্তুংনগু থৌকাওদনবা হাইতুনা মৈতৈ কংলৈনা নামুংবা চাবা য়াদবা মশকপু থৌরাই হিংনবগীনি হাইতুন। চাঙমলুবদগী চীঙাক অতুনা অহাওবা চীঙাক ওইবা চাতুনা লৈথিবা লুপ থুখাইনি হাইতুন। মিংলেনবু ( হাও ) লৈহুনখিবনিদো ।। চাবা য়াদবা চীঙাক করিবু চাখিবদগী চীংমী ইচিন ইনাওবু চাকত্তিন কিদিম্নখিদবা পরমবু লুত্তুংনা থৌকাওদনা নীংশিংনবগী-দমক্তা মথোইনা চাখিবা মশকপু থংনবা ( কিমুনমথং ) মথক্তা ( শগোল, শামু, শজি, শঙাই,

উচেক, থরোই ) নচিংবা লোল্লগা নবুধো মৈতৈশু নোংদালাই কংলৈ পিবানা মানা ফিরোন ওইনা ফিমু লাইফি ফিরোনবু তানফংলবা চীংমীবু মশাদা চৈবী তেমথেং পিকদে ॥ ফিমু লাইফি ফিরোন অশিবু তানফংলবা মহাক অহুবু চৈবি তেমথেং তানফংনবা অরা লৈথম তান্থেংনবা থৌশিল থৌপুরবদি নোংদালাই ঐবু ওং নৈবনি, মহুগী অয়োন লংজববু তান্থেংনবা ওইশম্মু মশাগী চৎলম মরাল লৈবাক্লা খুঙ্গংনা য়ানিংদবা মুংঙাইতবা লৈঙয়গা লৈবাক্কী লুচিং পিবা কংলৈ স্না ফম্বাল লৈকম্নদা রাক্তোমগদবনি । কংলৈ পিবানা মহাকপু কৌহুনা মাগী চৎলমবু লৈবাক্লা য়ানিংদবা মরমবু থৌপুদনবা রারক থোকাও রাক্তেমগদবনি, ফিরোল অসিবু লুতুংনা নশক ইশক অমত্তবু তুলুখাইনখিবগী পরম্বু থংনবা ফিরোন অমদি কংলৈ পুংদা তত্তনা লৈথম্মরশি, চীঙ্গী ইচিন ইনাওশিঙ্গী মরক্তা মহে মশিং হৈথোইবা শাফা, লানফা, হৈশিং থোয়াংবা য়াওশ্নকপদা মশা মশাগী মথো মঙম্বু থৌথি থোয়েংনা তমগী ইপা ইপুচানা তানফংনরিবা মনা মথুম্বু হাইরিবা য়াম্বা ইশানৌ পুম্নশু তানফংনগনি ।। ফিরোন অসিনা তুলুখাইনখিবগী ( নচীঙ্গাক চাঙমখিবা মরমবু ) লৈথংনবা নথোই থিবিক্কীদমক্তা ফিমু লাইফি = মনা ফিরোন থাকৌনা লৈথম্নশি রারেপ্পা লৈথম্লেদো লাইনিংথৌ ।। নোংদম্বা পরম্বু চীংমী তম্মী অনিনা রারেপ থোয়ানহুনা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী মথো মঙমবু চীংতম অনিনা থৌঙম থৌপুনা লৈপানগদবা লৈবাক্কি লৈথংনগীদমক্তা থৌহুম থৌপু চৎলমবু রারেপ লৈফানা লৈবাক্কী লাইমিংবু ( কংলৈ স্না পুংমাইয়োন চীংনা কোইনা পনশাবা হাওনা কোইনা পনচাকপা, অশংবা থম্বাল লৈকানা নাওয়োম কুয়োম লৈশাবা ) লৈহুম্না চীংতম অনিন লৈবাক্কী য়াইফা য়াইফং শিন্দোংবু থৌপুনা লৈপান্নরক্লিবা অশিনিদো লাইনিংথৌ ।।

লইনিংবা অহন থম্বতাও নয়াথং পাউশাদগী পরম থংদববু খাঙয়ে অহুগা চীংদা লৈবা য়াম্বা ইচিন ইনাও ইমা-ইবেন লৈঙম্লিবা অসিবু মৈতৈ ইপাচা ঙাক্তনি হাইবা পরমবু লৈখংলে অহুগা চীংমীশিংশু মৈতৈ এলুপ শথাইগী য়েক শলাইবু লৈরাক্তনা লৈঙম্লিবা অসিনশু অমতনি থৌতাক্লি, চাবা থকপদা তিলু লাংমিম্নরমদবশু মৈতৈ ইপাচানা তাইবং থরাইবু হিংনবা চাবা চীঙ্গাক্কা লৈতিন্নদে পাগী পুগী চৎলমদা নাম্নংবা চীঙ্গাকপু চাঙম্বদগী তুলুখাইখিবনি খংজরে ।। অহুবু তমদা লৈবা মৈতৈ ইপাচাগী ইরোনগা চীঙ্গী ইপাচাগী লোনগা মান্নদরিবা অসিনা করি কমদৌনবনা লৈতিন্নদবা ?

লাইনিংথৌ পরম অহুদি নবুধৌ মৈতৈশু নোংদালাইনা (উমংলাই শরোই ঙারোই হিংচা য়াইতম্বা) লৈঙম্মবু তাথি নাওইনা রায়েন থৌদাহুনা তাইবং মতু শোনবগী য়াইফনবতা রায়েন রাম্বিং থৌপুরকপদা তনদা লৈব কিরহুনা চীমান লোক তাইদা চেন্দুনা নারোওনা লৈঙমথরে চীংদা লৈবা তাইবং

পুক্কিং খোইজং লৈত্তানা লৈমিন্নরকুনা শারোই ঙারোইশিং মানা মানা লৈত্তিন কপ্পাল্লাবা লৈমিন্নখিবা শরোই ঙারোই উমং লাইশিং অহুনা ঙাংবা শকপা মরোনবু তমজনা ঙাংঙম্নখিবদগী পাগী পুগী ইরোল্দগী লৈহোংখিবনি কংলে ইরোল্দগী লৈহোংখিবনা বাহৈ স্নারাবু অরুম অমাং থংদরমক্ত শনম উনমবু লৈত্তিনবু মখোইনা পাঙশাখিবনি লাইনিংথৌ ।। পরম পুম্ববু পাঙশানহুনা তাহন থংহন্নবদা চৌংমী পুম্বনা খোয়ারে ।। লাইনিংথৌ মৈতৈচ ঐবু লোইব ইবিংথৌ কুবি নোংদম্না পুরারি ঙাজবদা পরম খোরম ইথৌ ইঙম পুম্ববু লৈথংলে ।। কুমজাগী পাগী পুগী খোইগন মংকংপু লাইরকচনবু থোকাইদন লৈকা লৈছন তম্না লৈশিন্নজরগনি, ঙসি রারক থোকাও রাত্তেম হুমিং অসিদগীবু অরিবা চৎনলমবু লৌহোন লাইরকচন নামুং চৎলমবু অত্তনবা লৈবা থিবিকপু খোয়ানা লৈবাক খোইজং লৈত্তানা লৈপামবু ( পনশ পশ্চিং ) থৌপুবনি কুবি নোংদম তম্মীও রাহোম্লে ।। রাহোম বা ঙাবদা মৈতৈচ লোইন্নম্বা পিবা নিংখোরেম্না চৌংমী ফাঙম পুঙক্রকপবু নীংথি চংখোম্না পিজ পিথকুনা পাউমেল্লি, “রাম্ব ইশানৌ পুম্নমক নখোই খুাইব, ঐনা ফাহুনা লৈফম অসিদা পুঙম্নকপদি তিম্বু ফম্বাল লাংমিন্নমিংহুনা পুরকপনি পাগী পুগী চৎলম লাইরকচনবু থোকাওদনবা নিংশিং পাউশানহুনা লৈবাক মুংচাউনব চাকহোং ঙাহোংনা লৈবাক মরা ঙপ্পা লৈপাঙবা ঙমবা পরম খোরম্ব তাম্ন খন্নজনিংহুনা থোপুজবনি, নপুক খোইশাও লিনশাওনববু কৌ খায়া লোইয়ুম্বা ঐবু কুবিও, নঙ্গী নঙ্গী লৈফমদা লৈহল্লে কুমজা কুমজাগী চৌং ওম্ব লৈত্তিন ফম্বান নঙমশি পরম পুম্ব রাখম্নশি হনঙল্লো নোংদম্না হন্নখরে ।।

## য়ুমদা য়ুমখাইবা, য়ুম খুদিংগী লুচিংবা পিবা হাপ্পা

লাংবচকী কুমশিং ৪১৭৯ নোংদালাই কুমশিং ৩৭১১গী চহৌ থাক্ত শজিভুদগী কুচু শঙলেন্দ য়ুমখাই য়ুমদাবা পুম্ববু কৌহুনা কুচু শঙলেন্দ মীত্তিন লৈফমহুনা মৈতৈচ লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা নিংখোবেল লৈবাক লুচিং পিবানা লৈবাক শখাই পুংগী রাতাম রাখমহুনা য়ুম খুদিংবু মপা মপু পোকপবু থোকাওদনা নীংশিংনব কুমজা খুদিংগী ইরাৎ খৌনি খাগোম্নবা খোরম্ব নোংদম্না খোঙম খোপুমবা থৌশিন্দুনা য়ুমখাই য়ুমদাবা খুদিঙ্গী ( থৌশিন থৌপু নোংদম্বা পিবা )=ময়ুম শাগৈবু লুচিংবা হাপ্পমা নোংদম্মি ।। (ক) লম্মহনবগী ময়ুম এজুপ শখাই ৭ মক চৌজিক্তি শখ ই লৈ ঙম্লিবা ৭ মকশিবু মাগী মাগী শখাইগী মিংলেন্দি লৈপুন ময়ুম য়ুমখাইবগী মমিংদি মানা মানা মুংশি খোইচংবা মপা মপুগী মমিং নক্রগ মানা মানা শুবা মখৌ মশিন্দ নক্রগা মশ মশাগী চৎলমদা লৌশিন্নহুনা মিংহন তমহুনা য়ুমদা য়ুমখাইনা লৈঙম্নবা অসিগী য়াইফনবা ময়ুম খুদিঙ্গী পিবা, য়ুমখাইবা য়ুম য়ুমগী লুচিং থোপুবা অমমম্ব হাপ্পশি পাগী পুগী পুরুম ইরাৎ খোঙ্গিবু

ইপাচাশিঙ্গা উনত্নুনা থোকাওদনবা কুমজা খুদিঙ্গী ( য়ুম শাগে ফুঙ্গা পোকপা )=লাই চাক্লোন কৎপা ইরাৎ থৌনি থাগোনবা চাইনা ইপা ইপুবু লাংনশি । থৌশিন থোদা নোংদমদি ময়ুম য়ুমথাইবা অহুগী পিবা অহুনা থৌশিন থোপুনগনি, পিবা অহুনা নোংদম্বা থৌরম্ব ময়ুমশিং অহুনা থৌওম্নবা থো-পুগদবনি । ময়ুম পিবা অহুনা য়াদবা চৎলম্বু ময়ুমশিং অহুনা নমথেক নমজানহুনা থৌওম থো-পুনরোইদবনি । নয়ুম পিবনা য়াদবা মশক অহুদি লৈবাক ঐথোইনশু য়াওম্নরোইদবনি । লুচিংবনা চৎলম লুতিন কাইনা থৌশিন থোপুনরকপা খুদিংদা ময়ুম য়ুমথাই য়ুমলেপ্লিব খুদিংনা য়ানিংদবা ওইওয়াক্রবদি পিবা লুচিংলিবা অহুবু লৌথোক তাম্থোক্নুনা মথং মনাও য়াম্বা থৌখন চৎলম্ব লৈয়ে' লৈখিন লৈহাপ্নুনা মহুৎ মরোংবু লৈশিম্নগনি ।।

অহুগা ( য়োংখলোং ) কংলৈপুংদগী শাথোক্লগা পিওম্লিবা অসিনা য়ুমথাই য়ুমদারিবা খুদিং-মক্কী ( ফুঙ্গা পোকপা লাইনি ) – লাইগী খুবম্নি লৈখংগনি. খলোং অসিবু ( খম্বা য়ুংবদি ) নয়ুম য়ুমথাইবগী পিবা লুচিংবগী মরাম য়াইদা লৈথম্নসি । য়ুমথাইবা লুপ খুদিংমক্কী ( য়োংখলোংবু ) কংলৈপুংদগী লৌথোক শাথোক্নুনা পিওম্নগা নোংদম্মি, ময়ুম য়ুমথাইবা পুম্বা নংগী নংগী পোক্লেন শাংপগী খুবম্ব লিংহুনা কুমজাগী ইরাৎ থাগোম্নরিবা নয়ুম পিবা লুচিংবা মরি অসিদি মমিং ( অঙোম নিংথৌ. মাইরাং নিংথৌ, লুরাং নিংথৌ. কৌরশি ) । নিংথৌ ৪ অসিম থাগোম্নরিবা ( পোক্লেন শাংপগী খুবম ) অসিগী ইরাং থৌনি থৌখন লৈচংবদি খুমন শলাই য়ুমদাবনা খুমন পোকপগী থৌখন লৈচংববু ভেংবাগনি । অঙোম য়েক্কী য়ুমদাবনা অঙোম পোক্লেন শাংপগী কুমজা থৌগন চংববু ভেংবাংগনি ।। মোইরাংনা মোইরাং পোকপগী থৌখনবু ভেংবাংগনি ।। লুরাং শলাই য়ুমদাবনা ময়ুম লুরাং পোকপগী থৌখন লৈচংববু থৌওম ভেংবাংগনি নোংদম্না কুমজা খুদিঙ্গী মপা মপুবু নিংশিং ইরাৎ থৌনি লাইনিংলাইশোনবু কাওদনবা থৌশিন্দুনা মপা মপুবু নিংশিং ইরাৎ থৌনি লাইনিং লাইশোনবু কাওদনবা থৌশিনহুনা মপা মপুবু নিংহল্লি ।। মৈতৈগী লাইনিংথৌ লোইম্নুনা য়ুমদ–য়ুমথাইবগী মমিং লৈহুন লৈখাইনা য়ুমদাবগী পরম্ব লুতুংনা লৈখংনবগীদমক ( য়েলুপ শথাই নাওদা য়ুমদাবা ) মিংহুম্না পুরারি অমা ইখৎ য়েকখত্নুনা থম্বা হৌওম্লে ।।

য়ুম অমনা শুবা মশিনবু য়ুম অমনা শুহন্দে, হাইজ নপচবনা লৈখাংবা ওম্নদরগা ময়ুম অহুবু লুতুংন লৈথংনবা ( শিন্দাংবা=অপকমা. চংখিবা, থাইখিবা ) হাইবা বাহৈবু লৈহাপ্পা ময়ুম অহুবু লৈয়েক লৈখম্লে ।। থাঙ শাববু ( থাংজম ), য়োং পিথাই কোরি, শেঞ্জেংবু মহি চেলহন্নগা কোনফু লিংহুনা হৈহুনা মশক মঙং পুখোকুনা শাবা য়ুম্বু ( অহৈবম ), লিংরুং শাবা য়ুম্ব ( লিশম) ভেন শাবা য়ুমবু ( ভেনজম ), ফিমু ফিরোন্দা ফিজমদা লোন্দুনা শাবা কাংবুবু ( খোইশ্নাম, য়ুম্নাম কাং শাবা য়ুমবু ( কাংহুজম ), টা শাবা য়ুমবু ( তাইমজম=তাইবুংজম ), লোঙ শুবা য়ুমবু

( লোংজম ), অশুম্না মখল মথেল নিংহুম্না য়ুমদা-য়ুমখাইবগী মিং য়েক্লে । কোনশাববু ( কোনশম) শমুক, য়োংশবী শাববু ( শমুকচম ), পে হুমাই শাববু ( পেবম ), ফিশাবা লুপপু ( ফিশম ) হি শাবা কাংবুবু ( হিজম ), উ শুবা য়ুমবু ( উশম ), য়ুম শাবা লুপপু ( য়ুমলেনবম ), শগোল শেনবা শগোল থাকপা লুপপু ( শগোলশেম ), ষনগী মখো হোংনববু ( ষনাশম, ষনশেনবম ), মা লুপানা লীক খুজি নাশি শাবা কাংলুপপু মখোইনা শেয়াক শারকপা মশকপু তনৌ তহেম্নে হাইহুনা ( তোরাংবম ), কাংডা কৌবা উচেকপু শেলহন্দুনা লৈভম্বা কাংবুবু, কাংজৈ কাংহু শাবা লুপপুশু ( কাংভবম, কাংজম ). য়াহৌ ভম্না হৌহুনা মখৌ মভম্বু শিন্জানরম্বা থৌজম থৌপুনরম্বা শিংবু খন্দোকুনা ( চরোইবম ), মিংহুম্না লৈথয়ে । লৌ ইংখোল শুবা উবশিংবু ( লৌরাংবম, লৌরুংবম ), লাইরান শাব, হৈবশিংবু=নোংমৈ শাবা হৈবশিংবু ( নোংমৈকাপ্পা ) য়ুম হাইনা লৈহন্দুনা কুমজা খুদিঙ্গী লাংবনগী থবান নোংমা পানবদগী থৌহৌনা পুখংহন্দুনা অরু অহেনবা মহে মশিং মপুক লুয়াং হৈথোহবা তান্নহন্দুনা থাজা ১০ নি লৈপানবা হুমিত্তা অকন অথৌশিংবু ( উকাই কাপ্পা ) হাইহুনা মথুং চুম্বা তান্নহন্দুনা মতুংদা থৌরম খুদিঙ্গী মনা মথুম পীহুনা লৈবাকী মপুক রাখনবু থৌগৎপীহুন। মহৈ মশিংবু হৈজবগী মথক্তা হৈভম্নরুবা থৌশিন্ন হরাওহন্দুন থৌরোইনরে ।

## নোংহোন্‌না অমুক তাইবঙ্গা লাইগা য়েংথিনবা লাই চেনখিব।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪,৮০ নোংদালাই কুমশিং ১০৭২ গী থরান থাগী নোংমা পানবা থাংজগী মুমিত্তা তাইবং মখৈ রাতান্নহুনা অচা অথক অথুম অহাও কবোক, হৈবোক, লাংফাই, লতং থরবু ফিনা য়োমশিল্লগ ( লোইশঙ্গী দরি মপান্দা ) থয়ে । লাইরুপ শঙলেনগী অরাং থংবা উখোক্লেনগী ময়াদা ফিনা পুন্দুনা 'ময়োম অহুনা লৈবদো লোইশং কাবা লাইশু মীশু পুম্নমক লেইনা উই, ভাইহাক লৈরগা ( মীরৎ নারত্তা ) লাইশু মীশু পোথানহুনা ভাইহাক্তং লৈনরিভেদ লোইশং কাবা তাইবং ( লাইথংবা লাই হিদংনা ) মথুং থুবাক্তা লাইর অম শান্নরক্লে । ( থাগী চেথুম্ভম ) লাই হিদং নৈবু তুয়োম্না, ওম লাই হিদংবু মীয়োম্ব ওম, লাই হিদংবু মিহিং য়োম্বা য়োম্মরো ) হাইনা শোন্দুনা মশা পুম্বা হৈহুনা নাল্লগ চংশিল্লকুন ময়োম অহুবু পুহুনা চংথরে. মখোই তাইবং মখৈ রাতান্নহুনা ময়োমবু থৈহুনা থমথরে । মতুংদা তাইবং মশেনা রাহংনরক্লে লোইশঙ্গী অরাং উখোক্লেন দারিগী ময়াদা থম্বা ফি ময়োম অদো কনা কমা লৌশিনবগে রাহোম্নরক্লে ।। মীনশু লাইনশু উদে থংদে লৌশিন্নদে হাইনা রাখুম্নরে ।। লাইথংবা লাইহিদংনা হাইয়ে, উখোং অসিগী ময়াদা ইভান ভাম্না লৈব ময়োম অহুবু উদে থংদে লৌশিন্নদে হাইনরিবা অসিবু কবি কমদোনরিবা রানো হাইনরিবা রাফম অসিবু লোইশং কাবা তাইবং অমনা হাই,

উবদি উইনা উখোং ময়া অসিদা লৈবদি উইনে লৌশিন্নখিবগী মরমবু খংদে উংৌদে হাইবনি। অমনা হাই, উখোং ময়া অসিদা লৈবা ময়োম অহুবু লৌখিবা উঙম্নদবা অসিদি উহন খংহন্দবা ওম্বদি খোইয়ুম লাইরুপ্তুনি মীরুপ্পনি উহন খংহন্দবা খংবা হৈবা ওম্বা নত্তে হাইনরিবা রাক্ষম অসিনদি লাইরুপ্পা লৌশিনখিদনা ।। পাউশানবদা লাইলুপ্তা রাতাম্নবদগী মীরুপকা লাইরুপকা নিংতাই শাংথাংনহুনা মৈতৈশু লাইনিংথৌ পিবা লোইয়ুম্বা নিংথৌরেন্দা রাকং রাজোম্নরে ।। মৈতৈও, লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বনা কুচু শংলেন্দা ফম্বাল লাংহুনা রাজোম রাবু রাহংলক্লে। তাইবং য়াম্বা ইশাংৌ অঙম্বা কম্বে লাংবা পুম্বদি ময়োম অহু লৈবদি উঙমহৌইদনা ? ঐবু লোইবা লাইনিংথৌ ময়োম অহুনা লৈবদি উজহৌই য়োয়িবা পোং ণ৫ করিনো হাইবা মণক্তি শংজদে, ময়োম অসি নুমিদাং-রাতইরমদদি উদবে, লৌখিবশু খংতৌদরে মথুম ইরাময়াইদা চনঙম্নবা মতমদা ময়োম অহুবু লৈথিরক্লে ।। শংলাকপা নোংয়াই লাইবনা ফম্বে মাত্তিন লোইরগা শালেন মপু নোংদম্বা (ইবুধৌ পাখংবা খাংজেংনহাদা) লৈপাই লৈত্নবা অথেনপোং য়োমহুনা মক্কম অসিদা থম্ববু লৌশিন্নবা হাওবরা পুখোরবউ ঐখোই লাই তাইবং চংনা পুকম থৌনি লৈপাইনবা থৌপুরশি পাউশা। পাউহংনঙম্মি, মহুদা ননাই ঐখোই ময়াম্মা রাহংনবদা লৌশিন্নদে লৈহৌবদি উরম্মি লৌখিবদি খংহৌদে হাইনা লাইশু তাইবংশু রাথুমহুনা নিংতাই শংদনরিবা অসিনি ।। উম খংলে অঙম্বা নফয়াংদা হঞ্জিল্লো, য়াম্বা অঙম্বা য়াম্বা থৌবা লাইবা য়াম্বগী ময়োম অহুদা য়োমখিবা পোংশক্তি করিনো ? লাইনিংথৌ খোইয়ুম লাইদা মাইয়োকফা লাংনবা ( কবোক অথুম অহাও, হৈকন লাকন, লফোই লতং, হেংলৈ, চেং, থোইদিং, মৈরা পথেৎ, মেক্রুক, হৈশাং মনম নাইবা, চাইরেন পুথম চেংবা মাইয়োকফা লাংনবা, ইশাইফু ওইনবা চফু অমা, হৈনৌ মনা ৫, শয়া মচেং অমা, থিকশেংনবা উহং মনা, মাপী, শিংবী উহং লৈরাং শেন্দাং মথা শাবা ১৮, তিংথৌ থরা; মৈ ইরাংনবা শিং মরম ৫ থক্কা ) পুন্দুনা য়োম্বা ময়োম্নি লাইনিংথৌ কুবি নোংদম তম্বীনি। খংজে য়াম্বা অঙম্বা কম্বে লৈকমদা লৈচং ফম্বাল্লে ।। কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লৈবাক লুচিং পিবা ঐগী খোইয়ুম লাইলুপ ফম্বে কম্বা পুম্বা খোইয়ুম নঙমবু লৈহকপা অমম লৈশানববু ইঙান লৈশানবা থোঙম থৌপুনহুনা তেং-বানবা অসিগী নুংঙাই য়াইফনবা থৌপুনরক্লবা খোইয়ুম নখোইনিদো, খংদবা উদবা লৈত্তবা লাই নখোইনি খোইয়ুম নখোইনা শেম্বীবগী মশেমথোক তাইবংশিং অশিবু য়াইফংজনবা শেম্বীশে ।। তাইবং হাইবা মপোক অসিদো মতু শোনবা খোইয়ুম নখোইগুম্না লারে লাথুপ শাম্নবশু থোঙমদবা পোক্লগা শিবা, শিরগা পোকপা খোংলম্না মথৌ মঙম ওইবা ঙাক্তুনিদো ।। খোইয়ুম লাইগুম্না খংদবা উদবা লৈত্তবা মঙমবু খুদক খুদক্তা তাহ্নেংনববু থৌঙমদবা ঙাক্তুনিদে তাইবংশিংনা ইরাৎ থৌনিগীদমক্তা য়োমহুনা থম্বা ময়োম অহুবু খোইয়ুম পুম্বনা খংনবা খিবিহুনা পিঙম্নবা তৌখিও তাইবংবু অয়েং তাহনগম্ন নোংদয়ে ।। নোংদম রায়েনবু থৌপুনা থৌকা থৌপুম্বা খোইয়ুম

মথৈনা কোইনা লৈথিবদা পোত্তি ফংদরে পোৎপু য়োম্বা ফিদি ( লাইখুন্দিন য়োইরেন শঙদা ) ভাহুনা লৈঙল্লমহুনা পুঙল্লক্লনা মৈতৈঙ্গী মফম্লাংদা পোৎয়োম ফিদি লৈরম্লে পোৎলমদি য়াউরমদরে পাউশানা কিকংলে ॥ খোইয়ুমশিংনা রাহোম পাউশানা পোংয়োমশিবু পিঙম্লবদা নোংদম্লক্লে ॥ খোইয়ুম নখোইবু লৈফম ফম্বানবা য়াওনা য়াওনা পোৎয়োম অহুনু লোথিবা উদে থংদে হাইবা ফিদি লৈরম্লে পোৎলমদি য়াউরমদরে ফিবু পিঙল্লখশিবু করিনো, থংদা উদবা লৈতবা খোইয়ুম নখোইনি উহন্দবা ওম্বগু খোইয়ুম নখোইনি কি অসিদা য়োম্লকপা লৈবা খিবিক্লো থোকাবা লাইমথৈনা ফংনবা থিহুনা পোৎলমবু রাস্তুনা লৈহাপ্তুনা পাঁঙল্লগা মখোই পুম্বগী ইরাং থৌনিবু তৌহল্লু নোংদমহুনা খোইয়ুম পুম্বনা থি তমহুনা থাইগংনহুনা লৈহুনা পোংলম্বু রাস্তুনবা থৌরাংহুনা শিংলে ॥

মতুংদা তাইবং লোইশং কাবা অঙথশিংনা নোংদম মরু নম্বোনবগী মফম্লাংদা খোইয়ুমশিঙ্গা তাইবং ঐখেতগা খোইশাগনবা রাহৌনরে ॥ রাঙম্লবা কুচু শংলেনবু ইরাং থৌনিবিও রাহোম-জহুনা নোংকোরো অহুদা মরু নোংদম্বনা তাইবংশিংবু রাঙম য়াইফনবা রায়েন থৌদাবা (প.খ.বা তাওরোইলাই থাংজেংনহা ) কৌববু মৈদা লৈপুন তম্না ইরাং থৌনি থাগোম্লবিরে ॥ মতুংদা খোইয়ুমশিংনা মরুদা রাহোমজে ॥ নোংদম মরু নম্বোনবনা রাপুম্লে, খোইয়ুমশা নংনা তৌবনা নংনা ফংবনি ঐনা তৌবন ঐনা ফংবনি নপুক হক্রগু থোইশাগনগম্লু নচা ননাওবু রারক রাক্তেমদ নমথেক নমজনহনখিবগী দমন খুলংবু লৈশি থোহৌনবনি ॥ রারুম্ন মতুংদা খোইয়ুম নখোইদা তাইবংশিংনা পাঁঙরগা চারখনি পিজ পিথকপিদ্রগ তনা নপুক শিন্তুন লমথোং থুদিং কোইচাইনা নপুক পারনা চত্তুনা চাক্কি ফিনিনা লৈপানবগু তাঙ্খোলখিনি থোহৌবদা মডাইরি কুবি রাথন থোপুনৌ ॥ নমথেক নমজানগম্লু নঙম নঙম্পু লৈহক্লাখিবদগী খুম্লাক লৈতাক্লখিবদো নিংশিংনৌ শাওগম্লু নকম্বিনা নঙম ফোইদোকচবনি পাউদাক্লগা নোংদম মরুবু শংলেন্দা লৈচাখরে ॥ মরুগী পাউশা তাবদা থোকা লাম্লুপ কাবা লাইনিপ, গুগী হৌনহুনা অরোনবা লাইখুন্দিন লৈকম্লগক্লে ॥ ঐখোই অসি তাইবং শমদা লৈবগা চাম্নিন থকমিম্লহুনা লৈবা য়ারক্লোইদোরে ॥ নখোই ঐখোইবু কোম্নবিনবা ইপা ইমা তানফংলোইদোরে, চংলশি থংহন্দনা নোংমা নোংমগী ঐগী ঐগী লাম্লুপ কাবা থৌরোইলম্মগা খোঙ্খুম্লবদা ঐনা ঐনা লৈনিংবা লমদম মাইগৈদা চৎনথরশি লৈহল্লক্করে হাইহুনা রাহং লৈদ্বিনরন্তশে রারেপহুনা মতুংদ, লাম্লুপ থোকাবা থুদিঙ্গী চেন্নাথহুনা ময়ুমদা লৈ-হন্নরক্করে ॥

থৌরম্বু নোংদম মরুনা থংলা উরহুনা পোইরৈ চাদোন শুদোম্না লৈথি লৈঙাক লৈকম্লবগী-দমক কাইবিরোন মরুগা রাতাম্নহুনা নোংমা নোংমগী খোইয়ুমশিংনা চেন্নথিহুনা থংহন উহন্দনা লোত্তুনা তাইবং লাক্লগা লমনশিঙ্গনি রাথন লৈথানা ভাইভম্লখিববু নোংমা নোংমগী থোকাওদনা ( পুরারি লৈয়েক লৈথম্বা ) থোহোরে ॥

মরু অনিনা লুতুঙ্গীদমক্তা থোংগনা পুৱারি ইনবগী রাজাম্নবু থোরোইরবদা মৈতৈশিং লোইয়ম্বগী মফম্নাংদা রাহোম্না পাউশারৈয়ে ।। মৈতৈশিং লাইনিংথৌ লোইয়ম্বা নিংথৌরেন কংলৈফম্বাল মেন শংবা লৈবাক লুচিং পিবা রায়েন কর, রাফাওবা লৈবাক্তী অশোন অনাবু নাওয়োক নাওকম্নববু থৌওম থোপু থৌশিনবা ইনিংথৌ খোইরুম লালুপ থোকারম্বা মথৈবু রাজাম্নহুনা নোংমা নোংমগী লোম্না চেন্নখিহুনা লাইরুপ শংলেন্দা লাইনিপা মুপীবু অমতা লৈঙমদরে ।। মথোইদগী লোহুনা চাখিবা পোংলগু তাইবংশিংবু লনশিংহন্দুনা মখোইনা অমুক চাখি থকখিনি হাইহুনা নোংনগী লালুপ পুহুনা মাইকৈ নাইনা তাইবংবু ভাইহুনা লোং লোত্তুনা তাইবংশিংবু ভাইহুনা খুত্তুম শিংনহুনা লৈঙরে ।। মশিংদি লুতুঙ্গী চাদোন শুদোন্দা চখোক চংশিন থবক থনাই তৌবদা লাইশিং অশিনা তাইবংবু লুমহুনা ভাইবা মাইগৈ, মুমিং থবান লৈখদহুনা চখোক চংশিন তৌঙমলুবদি খুদেং চাদনা তাম্লেংগদৌরে মশিবু খনবা অরাবনু কোরুবা পরম অমতং মং নোংদথৌরমদ্রবদি কমদেশিবনে লাইনিংথৌ ।। মরু নয়াথং কুবি নোংদম্বা নয়াথংবু খংজরে পোইরৈ চাদোন শুদোনগী য়াইফংনবা পরমনু মরু অনিনা নোংদম্নবিও ।। লৈবাক্তী লুচিং পিবাগী য়াথংবু লোৱবদা মরু অনিনা লংবচক্তী কুমশিং ৭২৮০ নোংদালাই কুমশিং ১০৭০গী মমুংদা লৈখাইনা তারে :

# লাইনা চেনখিবা লৈখিবা মাইগৈ

শক্তিত, থবান, পোইতু থান থামাংবা মুমিং = থাশি, মুমিংনা থাংজা মুমিং, থাবান্না ৮-১০ নি পানগদবা মরিন থাবা লাই নিপা মুপী থবা তাইবং লাকপদা য়োংকনি হাইহুনা ময়া কাখত্তুনা চত্তুনা লৈথরে, মাইগৈনা চিংখৈ মাইগৈদা থমহুন ভাইহুনা লেখি ।। কালেন, লাংবন রাকচীং থাজগী থামুংপা, মুমিংনা য়ুমশাকৈশা ।। থাবান্না ৮-৯-১৪-২৪-২৯ থবান অসিদা লাইনিপা থবা অরাংদা লোম্না চত্তুনা লৈথরে ।। নতিক মস্তানবু লৈতকপা লাইংখৌ থরশু থাজ থবান ১-১০ নি পানবদা চেনখিহুনা লৈমিন্নখি ।।

কৌক্র লাইচি পাংবদা মুমিংনা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা মরিন থাবা লাইনিপা লাইমিং (হুনি) কৌবা অমশু চংখিহুনা ময়া কাহুনা তাইবং লাকপা ভাইহুন, লৌখি ।

ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ, লমদা থাজ অহুম অসিগী থামুংপা মুমিত্তা শাহিং, ভাহিং মীশা চাবা লাইমু থরশু চংখিহুনা লৈখি ।। থাজ থাবন্না ৭-১৫ অসিদা মরিন থবী লাইরেন্নী থরশু চেনখিহুনা লৈখি ।।

নোংচুপ্তা নোংকোরৌ নোংমাইজিং মুমিত্তা লোইশং কাবা তুবি লাইমু অমগু চেনখিছুনা তাইবং লাকপবু য়োংকনি চাইহুনা ময়া কাহুনা মুমিং অশিদবু লাক্লবদি হাইনা লৈরে ।।

ইগু, মেরা, ফাইরেন থাগী থাবু মাংখিবা মঙালবু মমখিবা মুমিত্তা (তুবি শাফিং, ঙাফিং, মীশা চাবা) লোইশঙ কারম্বা মচু মুবা (৩) থকপু চংখিছুনা ময়া কাহুনা ঐখোইনা লৈফম্বা থাক্তা অসিদা লৈফম অশোংমদা লাক্লুনা লৈঙম্লবা তাইবং মখৈবু ফাহুনা য়োংকনি ঙমহৌদ্রগা চিকনি হাইহুনা লৈখরে । লাইরেম্বী মরিন থাবী খোইশাও লিনশাওগনবী খরগু থাক্ত থবান ৬-১৪ নি পানবদা চেনখিছুনা লৈখরে ।। লাই নিপা মপুক ফত্তবা খরা অমুক হৌনহুনা থাক্ত থবান ৩-৮-১৩-১৮-২৩ ২৮ দা চেন্দুনা লৈখি ।।

নোংপোক লমদা থাংজ মুমিংকা শগোলশেন মুমিংকা থবান ১-৯ গী লাইরেম্বী মঙাল লৈহকপী অনিদু হৌনহুনা চেনখিছুন. লৈখি ।। মতুংদা লাই নিপা ৬ পু হৌনহুনা থজা থবান ১-৬-১১-১৬-২১-২৬ থবান্দ চেনখিছুনা লৈখি ।।

মৈরম পাংবদা - নিংথৌকাবনে, লৈবাকপোকপনে, য়ুমশকৈশানে, ইরাইনে মুমিং অশিদা লাই ফত্তব ৪ ম মুমিংপু য়েমহুনা লুমহুনা লৈয়ে ।। মতুংদা লাইরেম্বী লাইহিংচাবী অনিথকগু তায়হুনা থবান ৩-১১ গী পানবা থবান খুদিঙ্গী তাইবংবু লুমহুনা ঙাইহুন লৈঙয়রে ।।

মথা মাইগৈদা চেনবা - শগোলশেন, য়ুমশাকৈশা মুমিত্তা লাইবুংথৌ মরিনা থাবা অনিদু চংখিছুনা তাইবং মতু শোনবা লাকপা লুমহুনা লৈয়ে ।। মতুংদা লাইবুংথৌ মরিনা থাবা ৬ থকগু রাতায়হুনা থবান ২-৭-১২-১৭ ২২-২৭ থবান অসিদা লাকপা তাইবংশিংবু লাক্লগনি হাইনা লৈখি ।। লাই হিংচাবী অনিমগু থাজ ৫-১৩ নি পানবদা চেনখিছুনা লৈখরে ।।

মোইরাং সম্বোং পাংবদা - লৈবাকপোকপা, নোংমাইজিং, শগোলশেন, ইরাই মুমিং মরি অসিদ লাইবুংথৌ ৪ না মাগী মাগী লাল্লুপ মুমিং থাইনা লুমহুনা তাইবংবু ঙাইহুনা লৈনরে । লাইরেম্বী অনি অমগু থাবান ৪-১২ নি পানবদা চেন্দুনা লৈখরে ।।

লৈথক লৈখাদা লোন্থুন লুমহুনা লৈবা থবান : - লাইবুংথৌ মরিনা থাব হিংচা য়াইতম্বগী চংলম্ব থৌপুবা ৫ না রাতায়হুনা, নং ঐনা লৈফম্বা মুমিং মুমিত্তা তাইবংশিংনা নং ঐগী লৈফমদা শিন্ন থৌপুনবা লৈচংলকপ তাইবংশিং অদো ঙম্মথৈ থৌপুনহুনা চৈবি তেমথোংহন্নবা থৌপুনশি রাতায়হুনা লোইশঙদগী চেন্দুনা লুমহুনা লৈঙমখরে ।। থবান ৫-১০-১৫-২০-২৫ থবান অশিবু লোয়েমহুনা লৈঙমখরে ।। হে তাইবং হাইরিব মুমিং থবান লাই ফত্তবশিংনা লৈখিব মুমিং থবান অহুবু লৈব মাইগৈদা চংকত্ন য়ারেক লমদনবা তৌগন্নু নোংদম্মা মরু অনিনা লৈথায়ে ।।

খোইয়ুম থৌকা থৌপুনবু য়াম্নত্তুবদা মৈতৈশিং লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা লৈবাক শুচিংবা কংলৈ পিবানা ( লাইতিনকোল লাইখুন্দিন শঙদা ) লেংশিল্লকুনা থোয়েংঙি লাই থরদি লোইশঙবু শঙতুনা লৈঙয়ম্মি ।। লৈঙয়ম্বা খোইয়ুমশিংগী মকমদা য়াহংঙি, খোইয়ুমশা নখোইদি কৈদোংদৈ খোংশানগদোবা ? ইনিংথৌ ঐখোইদি চেপ্পয়োই লোইশঙগী থৌকা থৌপুনা স্না থোগল লাংতুনা লৈবাক অরা অনংবু পৌকোক্লবা য়াঙম থৌপুববু থৌয়াঙনা লৈবাক্তী চংনলগ্নু কাইদনা পৌপুতনা লৈজনি ।। খোইয়ুম নখোই অসি মখৈদি তাইবংশিংবু মুংশিবিব: মঙ শোনববু নাশয়োক নাও-কোন্নবিগে ওইঙমহৌবা খোইয়ুম ওইরে ।। কোরৌ অসিদগী থৌহৌনা খোইয়ুম লৈঙমহৌবা নখোইগা মুংশিনবা লৈঙিন ফম্বাল পাউশানবা য়ানবা তাইবংশিং অচুগী ( ময়ুম কুঞ্জ লাই ) ওইতুনা চামিন থকমিন্নতুনা লৈমিন্নরো. অতুঙ্গী চাদোন শুদোন ফাওবা খোইয়ুম নখোইনা কোঞ্জন নোংদম নাওয়োক থাগোন্না লৈমিন্নরে নোংদম্নে ।। ময়ুম ময়ুথাই মুমদাবশিঙ্গী ময়ুম কুঞ্জালাই ওইনতুনা খোইয়ুমশিংবু লৈহন্নে । ময়ুম ময়ুখাই মুমদাবা তাইবংনশু মাগ মাগ! মুংশিনব: খোই-য়ুমবু ময়ুম কুঞ্জালাই ওইনা ইরাং থৌনি লেথমখরে ।।

নবুধো নোংদালাইগী মতমদা পোইনাওবা লাই শিদবগী নোংদমদগী চংনখিবা লাইলুপকি শেনগী চংনলগ্নু খুদেই তোম্পোক্কি মতমদা থব, খজিক লৈহোংলগা চংনরকপন মৈতৈশিং লোইয়ুম্বা হাত্তুবা লাইগা তাইবংগা য়েংথিনবদগী লাইগী খুম্ন. লৈরবনিনা তাইবংনা চংনহৌগদবা শেলবু য়েক্কুনা থম্নে ।।

| লাইরমলেনগী শেললুপ | | |
|---|---|---|
| ১) | শেন মখা | ১ |
| ২) | শেন অমা | ২ |
| ৩) | শেন অমা মখাই | ৩ |
| ৪) | শেন য়াংখৈ | ৪ |
| ৫) | শেন চালুপ অমা | ৮ |
| ৬) | চালুপ ফৈকক | ১০ |
| ৭) | চালুপ য়াংখৈ = শেন তরুক | ১২ |
| ৮) | শেন চনি | ১৬ |
| ৯) | শেন চনি য়াংখৈ | ২০ |
| ১০) | চালুপ অহুম | ২৪ |

| তাইবংগী শেললুপ | |
|---|---|
| শেন মখাই | ১ |
| শেনখাই অনি শেন অমা | ২ |
| শেন অমা মখাই | ৩ |
| শেন য়াংখৈ | ৪ |
| শেন য়াংখৈ ফৈকক | ৫ |
| শেন অহুম | ৬ |
| শেন অহুম মখা | ৭ |
| শেন চামা | ৮ |
| শেন মরি মখা | ৯ |
| শেন মঙা চামা ফৈকক | ১০ |

| লাইরন্নলেনগী শেললুপ | | তাইবঙ্গী শেললুপ | |
|---|---|---|---|
| ১১) চালুপ অহমগা য়াংখৈ (চহুম খৈকক) | ২৮ | শেন চামা য়াংখৈ | ১২ |
| ১২) চালুপ মরি=লুপ ১ | ৩২ | শেন চনি | ১৬ |
| ১৩) চালুপ মঙা | ৪০ | শেন চনি য়াংখৈ | ২০ |
| ১৪) চালুপ তরুক | ৪৮ | শেন চহুম | ২৪ |
| ১৫) চালুপ তরেৎ | ৫৬ | শেন চহুম য়াংখৈ | ৩০ |
| ১৬) চালুপ নিপান | ৬৪ | শেন চামরি | ৩২ |
| ১৭) চালুপ মাপন | ৭২ | শেন চামঙা | ৪০ |
| ১৮) শেন লুপ অনি = লিপুন অমা | ৮০ | শেন চতরুক | ৪৮ |
| ১৯) লিপুন তরা | ১০০ | শেন চতরেৎ | ৫৬ |
| ২০) লাপুন অমা ==শেন লাক্ষ অমা | ৮০০০ | শেন লিপুন অমা | ৮০ |
| | | শেন লিপুন অনি | ১৬০ |
| | | শেন লাপুন অমা =লাক্ষ অমা | ৪০০ |
| | | অনৌবা বাতৈচ. লুপা অমা চাইনে | |

মতুং লাংবচকী কুমশিং ৪২৮২ নোংদালাই কুমশিং ১০৭৪ লৈচংবগী পাইগ্গ থাক ৫ নি পানবা নোংকোয়ো নিংথৌকাবগী অয়ুক্কগী (মৈতৈ লৈমরেল শুন্নৈমা) রাঙ্গোন শঙ্গুমহুনা মালেম অঙানবনা য়ুংথক হেক থানবদা মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে ।। ভাক্ত ইরু লৈন্তনলকপা নুমিৎ নোংকোয়ো থাংজা নুমিৎকী ইপান থৌনিদা মচা ইবুংঙোবু মখিং (লোইতোংবা মিংহুন্না ইরাং থৌনি থাগোল্লে । মতুং লাংবচকী কুমশিং ৪২৮৮ নোংদালাই কুমশিং ১০৭৮ গী ফাইয়েন থাগী থাজা ২১ নি পানবা ইরাই নুমিংকী মুংথিল পোগু হুনগৎলকপদা মৈতৈ লৈমরেল শুন্নৈমা মচা ইবুংঙো অমগু তানফংহুনা ইপান থৌনি ইরাং থাগোম্নবদা (ফিগুংখোং) মিংহুন্না থৌনিরে ।। মৈতৈগু লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা মচা ইবুংঙো ২ বু তানফংবা য়েরু তিংথং লৈতনা লৈবাকপু মুংশি মুংঙোম নাওকোন্দুনা কন্থাল কুমজ ৪৮ লৈবাক থায়েন য়েরুবা লৈতনা পাল্লি পুন্সিনা থাজনবা

লৈহাপ্পগা কুমজা ১২৩ মু'শাংখিয়ে ।। কংলৈ ফম্বাল লৈশংবগী মথৌ মঙম্ মচা ইবুংঙো লোইতোংবগী মকম্বাংদা থৌদা নোংদম্বা লৈশিন্নরম্মগা নোঙ্গা খোংলম লৈয়েংখি ।।

---

# মৈতৈঙ্ লাইনিংথো লোইয়ুম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা

কৈশাম, লৈচোনবম, ইরেংবম, শাতোকপম, চরোইবম,

মচা ইবুংঙো মৈতৈ লৈমরেন শিনাউ ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী শুম্লেমন: পোকপা ফিশুখোংনা অঙোম চম্ব তোপ্লেমখোম্বীবু লুচিন লৈরৌজন মচা ইবুংঙো ( লৈশাবগা=লাইশাবা, কৈশাবগা ) ঙনিবু পোক্লন অতোনব: কৈ-শাননা কৈশাম নমদারে ।। মতুংদা ময়ুমগী পিবা য়ুমদিনবদা নন্দ লাক্কে । কৈশাম কান্নদেব লাক্কে ।। চক্রপানিনা য়ুম ভাক্রে । মাগী ঈদি ( নখুন মপান তাবা ) পিবাশু ঔরাদা লৈখে । মথং লখুবা য়ুমলেপ্পদি ( ময়াং লৈবা লমদা ) লৈখ্রে ।। মথংদা কৈশাম চাঙবনা য়ুম ভাক্রে । কৈশাম মোইরাঙ্গা লাক্কে । পোংশাংবনদা লৈরথা কৈশাম নখুন হাব ভলশিঙ্গী য়ুম্মি ।। চৌংঙা মথা তাবা কৈশাম পিবা ময়াং লৈবা লমদা লৈপ্রে ।। মথং অহোংজাওনা য়ুম ভাক্রে ।। কৈশাম পলাসিং ( নিংজেন্দ ) লৈখি ।। কৈশাম পূর্ণনন্দগী নমনি ।

মচা ইবুংঙো লাইশাংবনা লাইশোম চম্ব লাইরেন শংবুবিবু লুচিন লৈরৌজনা মচা ইবুংঙো লৈচোনদ পোক্রে । মাগী ঈন ভিদাকশুব লৈচোনবম খুলিঙ্গী য়ুম্মি ।। মাগী ঈন লৈচোনবম পম্মজোনগী য়ুম্মি । ভিদক ফানবদা লৈব লৈচোনবম খুল্লিং লাক্কে ।। খোয়াথোং তাবা লৈচোনবম রোসানন্দগী য়ুম্মি ।। শঙ অরুনবদগী লৈচোনবম ( ঔরা' কুনৌ তাবা ) পিবাদি ময়াং লৈবা লমদা চংখি । মথং ভিলোকশিংনা য়ুম ভাক্রি ।। লৈচোনবম লৈরেন শংবা কোকিলা-নন্দগী য়ুম্মি ।। কোকিলা নন্দদগী থাইবা ( ইরেংবম ) লসমোন । মাগী ঈনা ইরেংবম তাব য়ুমলেন্দা লৈব জগদনন্দগী য়ুম্মি । ভানমী খোং তাবা ইরেংবম ভুবন সিঙ্গী য়ুম্মি

ভুবনশিংদগী থাইবা য়ুন ( শাতোকপম ) মোনশব । মাগী ঈন খোবান তাবা শাতোকপম কুভিবাশিগী য়ুম্মি ।। শাতোকপম শকদী লাক্কে । শকদীদগী থাইবা চরোইবম গৌরো । গৌরোগী ঈনা কাংজামোং তাবা তমপাক য়ুমম লৈব রঘুনাথকী য়ুম্মি ।। লাইরেম্মদগী চরোইবম পশুরাম লাক্কে ।। কবো নাকচীংদা লৈব: চরোইবম চবা লাক্কে ।। মাইনিরোক তানা চরোইবম লাক্কে । চরোইবম লৈশাবী শংব লাক্কে ।।

# ২১ নং মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইতোংবনা পানবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২২২ নোংদালাই কুমশিং ১১১৪ লৈচংবা চহৌ থাদগী মৈতৈঙ্ লোইতোংবনা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লৈবাক্কী লুচিং পিবাগী মথৌ মওম্বু থৌপুবা থৌহৌরে ।। অঙোম নিংথৌ অঙৌ পাম্ব, মরিং ঙম্বা ।। খুমন নিংথৌ থোংবু শমুকচা ।। মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বা ।। লুইয়েন লাঙ্গোং শাফবা মনাও ইবুংঙো ফিগুখোং ।। খ্বাই লাকপা খুমন শারাকপা খুবাই লাকপা মতুরা মাইঙো ।। রাংখৈ লাকপা হৈয়োম তোনাম্বা ।। য়াইস্কুললাকপা তোনজম তোম্লো ।। থ ইজরুপকী রংমু ।। লুপা খুবা লুপর্কী চংনিং থোম্বা ।। থৌজাংলুপকী রাংঙম্বা ।। কো জলুপকী য়াঙম্বা ।। চিংঙেন চিংজরুপকি চিংব ঙম্বা তুমু লাকপা শন্দ্রিকপা ফমদো ৬৪ না যোথন্না ইরু মাইত্ত নঙ্গ্লে ।। নোংদম মরু নমপোম্বা । কাইবিরোন মরু ম ক্লংবা মরু অনিনা লৈবাক্কী নিংথৌগী য়াইফংবা পরম থৌরম্ব লৈথি লৈয়েংনা ফম্বাল চংলম্বু থৌঙম থৌপু শিম্বানা নৈতৈ লৈম অঙোম চম্বু শংলৈমবু মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈহাম্বা থৌরাংচুনা ( লাংবন থাক্ত ৫ নি পানবা ) নোংকোরো শাগোলশেন কুমিংকী য়ুংথক থাল্লমদাইদা ফম্বাল লৈথক ফমথক ফম-থাবু পুকম ইরাং থৌবোইডুনা কংলে স্না পুংমাইয়োনগী লৈবাক নোংথৌ তুবা (মেন স্না ফম্বান) মথক্ত মৈতৈঙ্ লোইতোংববু ফম্বাললে ।। ওইথম ফম্বান্দা মদাইবেন শংলৈমন থৌবন ফম্বান্দুনা লৈবাক পুবা পিবালেন লৈহাল্লে । ফম্বান মিংলেনবু লৈতম্নরে ওইথম ফম্বাল লাংবীবু ( মৈতৈ লৈমারেল সিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী, ৫ পোকপী তকুপ ভরেংবী ) নিংজন ওয় লৈরল্লে ।। স্না থম্বাল লৈফম্ববু ঙো কংলৈ লম্বাইহনব লৈবাকী ময়ুম পিবা লুচবা মৈতৈঙ্ লোইতোংবা নিংথৌরেন ( য়েইবু লোইশং ইনিংথৌ ও ং স্না ইপোকপা ) লৈরম্না মরু নোংদম্বা নমপোম্বা, মরু মক্লংবা মরু অনিনা মেন ফম্বাল থক্তুগী থেমথোকুনা লৌথরে । অশাই অশম য়োইরেন খাবী লেংনা ঙিন অমাই অনপ লৌশিংনা স্না থৌগললাং, অশৈ থোংফাং লাংনা লৈকুম থৌখন্না স্না শঙ্কাইদা লে শিল্লে ।। মতু থাক্ত ১০ নি পানবদ লৈবাক্কী নংথ অশিংবু মৈতৈ ফামহন্দুনা ( লাবন টকাই কাপ্পা ) কৈমবু চৌখুনা মানা ময়ুম চংথোন্না পিহল্লে ।। মতুং থাক্ত ১১ নি পানব নোংকোরো নুমশাকৈশগী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমরেন শিনাই ফমথোন লৈপু লৈফম্বী শংলৈম রাঙ্গোন শংলেন্দা শঙ্গমনহুনা কুমিং নোং থৌথনবা মক্তদা মচা ইবুংঙো অমা ফানখংলে । ইরু ইজন ইঙাখিবা কুমিং তানফং অতানবদা ইপান থাগোম্নবদা মামিংবু অংঙোন য়োইরেম্বা লৈরন্না থৌনি লৈজন তমতুনা লৈবাক চৌনা কুংঙাইনহুনা অথং অইহৈনা পুরারি লৈচৌনবকপা তাইবং ইপোক থোংলপু পাউশানহুনা নিংশিংহুনা কুংঙাইনরে ।

# লৈবাক্কী মুংঙাইনবগীদমক্তা রাহোঙ্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২.৩ নোংদালাক্তি কুমশিং ১১১৫ লৈচংগদবগী কুমজাগী অরোইবা লমদা থাজগী নোংকোরে লৈবাকপোকপা থাজ, ২৩ নি পানবগী জয়ুক অঙনবগী চীনক্ন মাইকোং মাইতাবা লোইবগা মকোক মউ ইতুম্না ইরু তকশেং চাইথদুনা মপুক ইশেং মাইতানা হল্লোন লাংলেন ৭ পু ( মালেম লৈকং লৈরাংবা ) থোরোইদুনা রাহংকমদা রাহোমজগে নোংদম পাউথুম তারগা লৈবাক্কী য়াইফনব থোপুগে কুমজা লাকয়েন শুংদাইবু নোংকোরো মরি মঙানিদং নঙাইরক্লে রাখন্দুনা মৈতৈঙ্গু নোংদম শংলেন্দা থোংচংলক্তুনা রাহোম রাকৎ পাউশানা রংহংঙে ।। নোংদম মরু নমপোম্বন হাই, ইনিংথো লৈবাকপু মরা তপ্পা লৈপান্নগে অচা অথক রাভনা লৈবাক নিংথৌ পুক্নিং থোইজং লৈতানা লৈপান্নগে হাইবগীদমক্তা কুমজা অমগী নোংকোরে চৈ ৩৬০ লৈশুব লমদা থাজা অসিগী থামুংদা থোপু থৌনিনদুনা মথং মথং চথংক্রিবা অসিন থাজগী মঙানবু মমখিবা নোংকোরো অসিগী অহিং চুপ্পা নবুমো পোক্লেন শাৎপা লাইনিংথোই মা মচিগা নবুধো কোম থোকপা পাখংবগা, ইম লোশিংলেন লৈপুনবিগা: অহিং মরু শিদনগা নোংদম মপা মপুরেন পোকপা শিবা নাইদবা অম হাইবা চৈকোক্লেন উংলো য়াইখিরেন শিদবগা থোই-মুম ৫ ৪ মাইথোকপা অচা অথক অনৌ অপেন লৈরাংবা মৈক্ন ইরাং লৈহন্না নোংকোরো অহিংবু লৈচুপ্পা সৈশেম মৈতৌছেদগী থোঙম থোপুনরিবা লাইরকচন চংলম অসিদো অদে লৈং নাইদনা লৈবাক হৌম থৌনি থাগোন্নবি অহৌবা কুমজাগী শিংথবা চৈহৌব নোংকোরোগী অয়ুক্কী কোলুপ্প, তাম্নেংনদরিবা ফাঙবদো, থোরথু থোক্তমহৌরবদি কুম অহুগী মরুংদ পুরুম থৌনি থুদিংমক য়াইফং থোরম ওইজগৈ অয়েং অথোং লমহেন তানফং তানথেংদে ইনিংথো ।। নোংদম মরুগী পাউতাকপু ফিগাও শানা পিবুকনুংদা লৈহাপ লৈথম্না লৈহন্নকুনা পুরুম থাগোনবদা, চৈগাব য়াঙদবনু লৈরাক্তনবা লৈবাক থংনা তানবা লমথোং থুদিংদা য়াথংলোইশিংনা মখুত্তা চৈশাং অমদা, ফি মনাক অমা ফিরান শানা পুন্সিন্নগ, পায়দুনা কোয়না পুদুনা পাউডেলহল্লে ।। মৈথম্ন থুহপ অমা না না মরাক মথু দা থুদুপ ৩/৩ পাক্না থোন্দুনা মৈকুবু লৈঙোই চাইনা থল্লে । থাজা মঙনশাথ নোংকোরে ৩০ নি লৈশুবগী লৈবাকপোকপা মুমিত্তগী মুংখিন পোপ্পা লৈচনবদগী অঙম অথৌ অশাক্তি অমম লৈকা লৈতিন্দুনা অমাই অনপ লৌশিংনা মাগী মাগী মথো মঙম শিম্বাবু থৌঙম থোপুনদুনা নোংদম মরু নমপোনবা, কাইবিরেন মরু অনিনা মৈদ ইরাং লৈঙম অশে থোংফং লাংনা অহিং চুপ্পা পুরুম থাগোল থৌনিনরে । নোংঙাব তুবু উবদা ইরাং লৈহন লৈথানদুনা চীক্ন মাইত, মকোক মউ ইতুম ইরুনদুনা নোংকোরো অহুগী অনৌ শিংথবগা লোইনদুনা অনৌ অপেন হৈনলৈ অথম

অহাওবু খোইয়ুম মঙাদা লৈরাং লৈহল্লা লৈপাইদুনা চাক্লি ফিনি পুন্সি লৈনিনরগা চেং, মনা মশিং লৈবা খিবিকপু মথেন লুকোই নাইন্না খোংহুনা লুকমন হৈমনবু চাহুনা মুংঙাইনরে ।। চামনখিবনা মশা মইবু লেংঙম শিংঙম্নঙনদে হকপু য়ংনবা ৱাখল্লোয় ।।

# কাংথরো শান্নবা হোবা

মৈতৈগী লাইনিংথৌ লোইতোংবনা অঙাংশিংনা চাবদা থক্তিক ওঙ্কিনখিবগী মশা মই লেংঙম শাঙমদববু উবদা স্না য়াথংবু নোংদম্মি । কাংলৈ পিখা ঐগী অঙথা ফমদোশা মপুগী লুকমন হৈমন অথুম অহাও লৈঙম্বরু অরেম্বদা হুন্দোক্লুনা মাংহনববু পাম্মু খোইজং খোইদ ভব, ওইহুনা লোইঙম্নবা চাঙম্নবদা হক অশিবু খাকম্নঙমনমল্লে । মশিবু থবক থন শুহুনা হাই হুম্ন অকনব, শিংন্নারবশু পিবুকম্নংদা অকাইবা লুতুংদা ফত্তবা মরম অমা ওইরক্কনিদে, হকচাং অসিবু খর খরদংবু হাইহুন্না খরা থজিকশু চেন চোংনা শান্নবা মওং অমা হুমিং থুডিঙ্গী ঐগী চুমাং শঙ্গোই অশিদা অঙাংশিংনা শান্নবা পরম অমবু ঐবু মরক মরক্তা উঙল্মি ।। অঙাংশিংন শান্নবা মশান্নহুবু শান্নরবদি নখোই ঐখোইগী হকপু মরেং থরদি তাঙমহুন, য়াঙ্গনরা থল্লি শান্নশিদো ৱাহৌয়ে ।। অঙোম নিংথৌ অঙৌপাম্বা মরিংঙম্বনা রাহোমজৈ, স্না নোংদম থৌগঞ্জনি অহুবু করম্বা পোৎশক্লা করি কমদৌনা শান্নবনে, মহুক্তদি স্না নোংদম ।। মখুম অঙৌপাম্বা মরিং ঙম্ব নিংথৌ ( উরি ) কৌবা মরি চৎপা অহুগী মতৈ মরু অকোইবা ( কাংখিন ) হাইবা অহুনা লৈবাক্তা চেপ্পা ওলহন্দুনা মতুং ইন্না তান্নহুনা কাংখিন অহুনা চেপ্পা, মফমদা অমুক মীঙ্গাংনা ফল্লে । অহুগা কাংখিন অহুবু লৈবাক্তা পাক্লা থল্লে মথুং য়েংকৌ খুংয়াইগী মতোন্দা ওইগী খুংয়াই থুবী মতোনগনা ফাহুনা মুরুগা কাংখিন অহুবু কাপথোক্লকুনা লুপ মীচা অমনা কাংথুন হক্কুনা ( তৌনশিবী মরুন ) থিন্দুনা থম্লিবা মরু অহুদা পানহল্লে । পাম্লরদি অমুক হম্না কাম্না য়াম্রে, অহুগা কাংখিন অহুবু চেপ্পা ওল্লকপদা তৌনশিবী মরুনা লৈবা লৈফম ফেনম্রবদি খুৎকাপ অহুনা লোইদরিবা কাওবা কাম্না য়াদে । কাংখিন অহুবু ওনবা অহুশু তৌনশিবী মরু লৈথম্লিবা মফম অহুবু খোংকাপ (৩) শুনা লপম্রবদি কাংখিন অমা লৈবাক্তা থাহনা কাম্না য়াহন্দে খুৎকাপ অহু মাংজরে ।। খোংকাপ ৩ দগী হেন্না লাপ্পবিদা মখোদি অচংবমি হাইহুনা কাপহল্লি । মখোই কাংদুপ অমদ মী ৭ না মীচং অমমম ওইহুনা কাংথুন ৭ লৈহক্লহুনা শান্নেদো । মখোইনা মুমিৎ থুদিঙ্গী শান্নবগী ( উরি মতৈ কাংখিনশু, তৌনশিবী মরুশু ) শঙ্গোইগী কোচিন্দা পৈশিন্দুনা লৈঙম্লিবা অশিনি তাক্লে । লৈঙবা অঙম অথৌ অশাই অশন পুম্বা হৌ হৌ লাওনরে, শান্নশি শান্নশি স্ন থৌগন কাংঙম্না হাইংদুনা অঙাংশিংনা শান্নরবগী লৈরম্বা উরি মতৈ কাংখিন) তৌনশিবী মরু লৈঙম্না মখোবু নোংখোক্লুনা তৈতৈ মীতৈ লৈমা ৪, নিপ থম্লাইবা ৪ গনা কাংদুপ

অম: শাহুনা মী ১৪ না থা-রাংদা ৭/৭ লেপ্তুনা শান্নবা হোরে। অশুম্না মীবু শীন্দোক শীক্তিন্না মথং মনাও নাইনা শান্নহুনা চাখি থকখিববু তুম্নবা মপুক হরাও ভয়াম্না শান্নরক্লে। থৌরম্গী উবদা নোংদম মরু নমপোনবনা হাই, মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ মশাম্ন অসিদো য়েংবদা উজবদা ওঙ্গাক্লগু নীংথি চংখোল্লে। অহুবু নপুনা (লাইরম লেন্দগী মীরমলেন, মীরমলেন্দগী লাইরম) খেংচৎ খোংলম্গী লৈশাবদা লাইরম খোংলমন্তা ওইনা চৌঙন্মি পু-পাং শুদনা লমথানবগুন তৌ-ভন্নশিদা (মীপোক শাথোক্লবগী লীক্রমগা লৈচন লীক্রমগা, শীন্তাক খোংলম ওইংন্না খোইয়ুম ৫ গী লুকমন হৈমন তানফংজনগী লৈচুং ওইন লৈরাংনবগী হরাও মাথাই ওইওথীবদি অমুক চেন্না খোইমা য়ান্না খোইজং খোইদানথনিদা লাইনিংথৌ॥ মরু নয়াথং তাকপীনি, থৌরম অসিদো রাহোমজবা ওমজদবগী রাহৌদোক ওইনবা নাওরাশিংনা রাকৎ লৈথম্নবু কোরে অসিবু লোখৎ-চহুনা মরুদা রাহোম রাকৎচবনি কুবিও তাকপীবা নত্রাথং থৌওম্নবা থোপুনি পরম্ন থংজনবা কুনি নোংদম ত্বথীও। মৈতৈঙ্ মালেম্ন লৈশেম নোংশেম্নবা তেংবানবগী মপু নোংদম্না মপু মানা নীংঙম্না পরন থৌরম্ন থৌজন্নব থৌশিনবা, থৌজন্নব থোপু থৌশুবা মশকপু শাথোক পুথোকউঁদা শাৎপা=পোকপদি মহাক মহাকী হকচাংদগী থাইদোকুনা মহাক মহাক্কী মওং মতৌবু শাদম্না পানা শাথোকপনা পাগী মশক পুথোকইদে॥ পীন শাথোকপনা মহাক মহাক ওইডনা মশক মওংবু লৈতম্না শাথোকয়ে ং-পা লৈশুনা মপোক ইতন্দে॥ শাথোক অশিদে (লাইপোক) পরম কৌইনদো, মতুংদা (নমুংইবং) হাইবা মশক - অনা ইপাল্লাংদ, থুংনা মেত্তুনা শাথোক্লবা মরুগী মমিবু তম্ন শাহুনা তাইবং মখৈবু শাফোংইনদো, মরুগী মশক্লম্ন তমজনা য়েংহুনা শাবা মশক্লি হাইহুনা (লীক্রনদা) পোকপা হাইদে॥ কাংশিনবু চপা ওকহন্দুনা মতুং ইন্না তান্নরগা ফাজন্নগা মালেনদা পাক্লা পন্নগা খুন্তোন্না অমুক ইন্দুনা মউ) লৈফমদা য়োনবা পাল্লুনবা থুগুনবা ইন্দুনা কাপ্তুনা শান্নবা অসিনা পাউতাক্লীবদি ইপোক অনিগী চংলম পোকপা মনিং তম্না, মনিং তমিংবগী পরম মখৈতা লেইংপ ওইনা উজমজৈ তাইবং ইপোক খেংলম লীক্রম কাংলমদি লৈবাংলি লৈশুদে। তাইবং ইপোক লীক্রম কাংলমদি লুত্তুনা লৈথি লৈথংজনব কুমজ ওমগী (শান্নবা) চংলম ওইনা থমীও লাইনিংথৌ কুবিবগী মকুথোক। জুমিং থা মবাক মমুং লৈতাক্লা পী পা লৈহাক লৈতিন্না তাইবং ইপোক লৈজল্লগা (পোকপাশিবা, শিরবদি পোকপনি) পাউশা পাউতাক্ল, লৈথশীনবা কুনিও লাইনিংথৌ লৈবাক লুচিং পিবাও॥ মরু পরমু করি কমদোনা থায়গদবনো কুবিও। মৈতৈঙ্ কাংলৈস্না থম্নাল লৈশংবা লাইনিংথৌ হোবিও মহুদি অশিংগে নীংশিংজগে॥ মুমিং, থা পাল্লিয়ে॥ অয়িংবনা ইমানে, অশাবনা ইপানে॥ থাডো ১১ গী মরাক মমুংবু তেংবানবগী নোংদম্না লাই চিংঙ্ ইবুংঙো উংলো য়াইনিরেন শিদবনা নেংদম্রে। চিংঙ্ হাইবদি লুতুংদা তৌগদবা পরম থৌরন লৈবা খিবিকপু মপুক শুন্না লৈথম্না চৌংশিন্দুনা

অথাপ্পা অনকপা খাউৎনা থোয়েংলকপদ, ওক্না পন্দোল লোম্না থংবা উবা ওম্মি হাইবগী চীংঙ, হাইখনে ।। ইবুংঙো হাইবদি ( তনৌ তক্লেনবা নিপা ) হাইখনি ।। চিংঙ, ইবুংঙো অসিনা ( ছিয়াঙ্গে, পোইন্দ্র, বাকচিং, কাইরেন, লময়া ) থা ৭ বু মথং মথং ওইনা শিঙ্গার, মশক্তি লাবনি ।। শক্তিভূ, কালেন, ইঙা, ইঙেন থরান অসিদো মফে ওইনা শিংফৈরে মশক্তি অমোম্নে ।। লাংবন, মেরা থা অনিমক্তি অমোম লাবা লৈশক্রে, ( পা-পী ঙিলু লৈকথা ) হাইয়ে ।।

লাইনিংথৌ মুমিং নোংকোম্নো ৭ নিগী অমুক নীংশিংজগে ।। লৈবাকপোকপা, শাগোলশেল, থাংজা ৩ দি ময়ুংনি, মশক্তি লাবনি ।। শিংথোকাবা, য়ুমশকৈশা, ইয়াই অহুমদি মফে = মরাক্তি মশক্তি অমোম্নি ।। নোংমাইজিংদি ময়ুংশু মফেশু ওইয়ে ঙিলুক মুমিং কৌয়ে । মুমিং অসিদি লাইকম্নীদো ।।

লাইনিংথৌ থৌজিক্তি থাজ ৪ গী মথৌবু হাইগে ।। লাংবন থাদি ( তৌপ্পংনি ) ।। মেরা থাদি ( লাইথোংনি ) ।। ইঙা থাদি ( লাম্লুপ্পে ) ।। বাকচীং থাদি ( খুন্দিম্নি ) । মুমিং থানা থোরাইনি ।।

লেপ্পা পুন্না ওনবা কাপ্পা লংবনা ইপানি ।। ফম্না ফম্না ইনদনা ইমানি ।। হৌগদুনা থোং ২ বু ফাক্না য়াহুনা লংবদি থরাইবু য়াবমি । ফম্না ফম্না ইনবদি ইমাগী পিরুকন্নাদা তাইবং হকপু শাবনি । লৈথু ফমদা থুংবদি ইপোক ইহুন তম্বনি মরক চংনা কাপ্পনি তাইবং ইপোক চংলম্বু মুংশাংলিবরা লোম্নবরা য়েংবনি । ( শিরে শিরে হাইবদি থরাইগা ইকচাঙ্গা কাইনরে হাইবনিদো ।। ( চংলে লৌরে ) হাইবদি শিথিবা থরাই ইকচাংদা অমুক মপোক অমা পোক্রে তাকপনিদো লাইনিংথৌ ।। ঐগী ইপোকপু ঐনা থংবা নত্তনা ঐবু কনানা থংশিবনো ।। ঐনা ঐবু ইপোৎ ইরন অশেংববু করম্না ফঙবা ।। ইপোৎপু মীঙোন্দা লিরুবা লৈথম্নমল্লংবদি ঐঙোন্দা লৈরম্বা ইপোক্তা থাংমথক্তা মাংখরে । ঐবু ঐনি থংক্রবদি লৈতম্বা ইপোৎ ইরন ঐনা লেপ্পা মাংহনবনি লাইনিংথৌ থৌরম খুদিংবু মপান শন্না শংহনশি মইহে চুম্না য়ানহুম্নবা থৌপু থৌপু বিওম্মু ।।

মরুগী নোংদম পাউশাবু তানফংলনদা মৈতৈ লোইতেংবং অতপ্প ফমথো লৈকপ্প পুম্নদ হাইওম্মি । কংলৈ পিবা ঐগী য়াথা মুচিং ফম্নাইবা পুম্না মরুগী নোংদম্বু থৌঙম থৌপুনহুনা লৈনাক মুংঙাইনবা নপূক ইপুক হরাও ওয়াম্না পরম লিখুন কালম অসিবু শেমহুনা শান্নদবা য়াদে মথুং মশা তৈশিংবশিংবু কাংথিন অসিগী মচুক্তা শান্নবদশু মুংঙাইনবা থরশু পাকথোক চাওথোক্না মালেম অঙানবগী মকোইবু তমজনা নিংথি চংথোম্না মগুং অমগা শেম্নশি ।। অহুগা মরুনা পাউদাক পাউশাখিবদা মুমিং থাগী ময়ুং মফেন হাইনা লাবা অমোমশু থাইনা তাকপিখিববু

থোপুনা ময়ুং মরাক নাইবা নিপা ঐখোইনা পাইনবা মওং মশক অমগা শেম শানবা তৌজেগো নোংদয়ে ।। মসি য়াথংবু থৌওম থোপুনা উরুং পুরেন ( মঙাং য়েন্নুপমগী উরিবম লমহিং ) কোবনা ঐবু করি কর।নবু কমদোনা শাশিবনো মপুক লুয়াংবু লৈথম্না কোয়না য়েংবদা মথুংশু উয়াম পৈতুনা লৈথম্লিবা উশিংদো খোইজং খোইদাবা য়াওভমদে ।। কাচিন কোইয়াদা কোইনা য়েংবদা মশাদি খোইদ্রীং খোইত্রাংলগা নিংথি চংখোম্নশু কংলবা মপোপ মতাংশু ওস্নোক্লা চাওঙ্নবা ( উরিরৈ ) কৌবী লৈরাঙ্গী মউগা মরা লেমকুগা লোইনবা অমবু ( লম্মী থগাই ) শাংবা অম থেংনরে উবদা খোইজংলে খোইদারে ।। উরি অসিগী মউ, মরুবু নিংথিনা লৌতুনা ময়ুং ইম্না মপান কোইদানবা খুংশু ৭ থক নিংথি চংখোম্না নাম্না শেমতুনা মবুক মথা নাম্না লৈতেম্বু মাম্লনা মালেমদা থাবা য়ানবা শেমতুনা ময়াইদা মুমিংকী মখোইবু তনজনা হৈক্রেমুক পাক্লা হত্নুনা য়েক্লে ।। মরু অতুনা থাজগী মকোইবু তমজনা ( খুত্তুম অমা ) পাক্লা কোইনা খুত্তোন অম থানা খেত্তুনা মকোই ৭ শাতুনা ময়াইদা থাজ ৯ নি পাল্লকপগী মশক মওংবু তমজনা য়েক্তুনা শাবা লোইতুনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌগী মকমদা কংলে ।। লাইনিংথৌ লোইতোংবনা পেনবিতুনা মতিক মওম্বু থাগত্তুনা শাওয়ক্রীবা মশাক্কি উশকপু রাহংতুনা থংনবা লুতুংনশু থোকাওদনব, মশক মমিংবু ( উরি ) হাইশে অমনা ( উরি কাংগোই ) লৈতুনশি ।। নখোই ঐখোইনা শান্নবা থৌহৌববু কাংথিন হাইবা মশক অসিনা শান্নববু থোহৌখিবা পরম অশিবুশু থোকাওদনা লৈথংনবা শান্নবশিগী মমিংবু ( কাং শান্নবা ) কৌরশি । হৌজিক্তি ঐখোই পাথম ৭ কা থাবী ৭ কা কাংলুপ কাংলুপ নাইনা শান্নবা তৌওয়শি ঐগী ইনাংশঙ অসিগী মশুংদা থাদা কাংফম ৭ য়াংদা কাংফম ৭ পারিং থানা শেম্নশি নোংদয়ে ।।

## লুতুঙ্গী য়েংনা খজিক্কুং হাপচগে

মসি য়াথংবু থৌপুনা মরু অনিনা শিন্নাক্লা তাইবং ইপোক খোংলথু থিন্নাক শীম্বানবা লৈহন খোংলপু লৈথানবা ফমঙ্গম ৭ থাগা রাঙ্গদা ৭/৭ শেম্নে ।। লেপ্পুনা ফৈনা য়ুংনা লংলক কাপ্লকপদা পাল্লে পান্দে থংনবগী খুদম্বু লৈই ৮ অমা লৈফম ৭ ত য়েক্লে । লৈমাইথক্তা থম্নগা ফমতুনা ইল্লকপদা পাল্লে পান্দে থংনবা খুদম্বু লৈই ৭ অমশু থমতুনা অশি অচং অহন হন্দা থংনবা মতাই অনিদা পারিংবু থরা শাংথনা মৈ হাপ্পুনা লৈথম্নে ।। শেম্বা খোংপা লোই-তুনা খুরাইলাকপা য়াইথুলি লাকপা ।। য়াংথৈ লাকপা ।। খ্বাইলাকপা ।। অঙোম নিংথৌ লম্বুবা ।। খুমন নিংথৌ লমবুবা ।। কেগে মুরাং নিংথৌ লনবুবা পাথমলোই ৭ না কাংলুপ অমা ওইতুনা মথা থংবা ফমমেনলোমদা ফয়ে ।।

খুরাই লৈম ।। য়াইখুলি লৈমা ।। ঙাংখৈ লৈমা ( খ্বাই লৈমা ) ।। অঙোম লৈমা ।। খুমন লৈমা ।। মুয়াং লৈমা ।। লৈমা ৭ না কাংলুপ অমা ওইদুনা অয়াং পাংবা মাংশোক ফম্বান্দা ফয়ে ।।

ফম্লেন্না কাপ্পা লংবা হৌরে । নিপা মখৈন, উয়িগী কাং অতুবু মখৈদা থাক্তংলগা মচেক নাম্বদা মথুং য়েংনা পাইরগা মথুং ওইগী খুবাক খুংশানা ( মিউবদা ) পামথং থাক্তুনা থম্লগা উয়ি কাং অতুবু খুবাক ময়াইদা মথক মখা ( ৩ ) লক ওয়োক ওনশিন শান্নরম্মগা মচেত্তা পাইতুন কাংখুন ৭ কী ময়াই থংবদা ফম্লিবা ( লাংজৈ লৈফম্বা ) পুম্বিবা অতুনা কাং অতুবু চম্ব লৈমা লাংজৈ পুখীনা খিন্দুনা থম্লিবা কাংশিন অতুদা পান্নবা কাপ্লে লংলক্লে । থৌরম অশিবু কাঙ্গী মচেক্তা পাইতুনা লংতুনা শান্নবা হৌবা অশিবু নোংদম শংলেন মপুনা ( চেকৈফে ) হাইনা মিংতুন তৌয়ে । কাংবু পাল্লি পান্দে থংনবা খিল্লিবা তিনশিবী অতুবুনা কাংখিল কৌরে, লৈফম অতুবুনা ( চেকৈফে কাংখুন ) থোল্লে ।। মী অমনা পাল্লবশু পান্দবশু অমুক্তগী হেন্না চেকৈফে অতু কাপ্পা য়াদে হাইতুনা শান্নবগী লমজিংবা = অহানবা কাপ্পা হৌবা লমজিংবগী য়েংথংবগী কাংখুন অতুদা ফম্না অতুবু চেকৈফে অমা অমুক কাপহন্দুনা পান্দগা লাংজৈগী ওইদা লৈববু কাপহল্লে, অশুম্না কাপ্তুনা চেকৈফে অতু অনিশুবা পাল্লবদা মরুনা লৌথানতুনা হাইয়ে । ঙাইখো চেকৈফে অনি পাল্লবনিনা ( পাম্বৈ উপাবা ) নাওপুবা লোইরে ।। পলেম ইমাদা থাদনবা পরম অমা থোপুনা শান্নশে হাইতুনা ফমহল্লে ।। মত্তাই অচৌবা ফমফম নোংপোক্কী ফক্লাঙ তাইনববু ( ফৈতুফমফমদা ) ফমহল্লগা লৈবাক অতেংবা অতুদা কাং অতুবু পাক্লা কাং অতুবু ময়া ইন্না থাতুনা থমহল্লে ।। কাপ্পকপদা পাল্লি পান্দে থংনবা লৈমা মত্তাই খুশি ফম্বীবু কাংখিন অমা য়ুংনা খিন্দুনা থমহল্লগা মত্তাই অচৌবদা ফৈতু ফম্লিব, অতুবু মানা লৈবাক্তা থাতুন থম্লিবা কাং অতুবু অথাপ্পদা খিল্লিবা কাংখিন অতুদা পান্নবা ইল্লু কাপউ হাইতুন, য়েংকী খুংয়াই মতোনগা ওইগী খুবী খুদোম্বী অনিগী মতোনবু ফাতুনা মুক্তগা কাপথোকহল্লে ।। কাপ্পকপা কাংনা খিল্লিবা কাংদা পাল্লগা পরিং লৈই মমৈ অতুগী ময়াইদা লেপ্পুনা অমুক্তং লৈরম্মগা লৈরে । পলেম মমাগী পিবুকমুংদগী তাইবা উপাল্লাংদা লমফাতুনা শাফোং শাথোক্লবনি, পরিং ইরাংলাম্না অপাকপা কাংনা চংখিদবনিনা শিদ্রে ।। ইপোক ইতুন অনৌবা অমা অমুক তাল্লশি মফম অসিদে ইপোক থোংলম অমগী লমফাং লৈফম পম্বংফম পনথুংফম্নি হাইতুনা ( ইপোক অমা = পাঙ্গন অমা ) হাইনা শিংথারগা মপোক অমা অমুক শাথোক্লবগী চেকৈফে কাপহল্লে । মাংলমদা কাংবু থম্লগা খুৎনা লৌশিল্লগা কাপ্তুনা শান্নবা পরম্ব ( লম থাপ কাপ্পা = লমথা কাপ্পা ) মিংতুন্দুনা শন্নহল্লে ।। ফমফম ৭ পু মিংতুন তৌয়ে মরুনা — কাংখুন ৭ কী ময়াই থংবা কাংখুনবু ( থোপুরেন লৈফম লাংজৈ ) কাংখুন

কোরে। নাক য়েং ওইদা লৈববু (চেকফৈ তানবা কাংখুন) হাইশি হাইরে। লাংজেগী য়েং থংবা মতাইবু মতাই অচৌবা কৌশি হাইরে॥ মতাই মথংবু পনঙাকফম কৌশে॥ লাংজেগী ওইরোম থংবা মতাইবু (মতাই খুশি) হাইরে॥ মথং কাংখুনবু (লমথা তানবা) হাইনা মিংচন্দুনা নোংদম মরু নমখোনবনা শিন্দুনা লৈবাক হয়াও তয়াম্না শায়রে॥ পাথং-লোইনা থুংকাপ খুখারে মপোক অহুম পোক্তুনা পাঙন ৩ দি কারগা চেকফৈ নাম্না বাঙ্‌না লৈফম্ন লৈগুয়ন্দুনা লৈমরেম ৭ কী কাংলুপ্পা ভরি কাং পায়রুনা চেকফৈ তান, লমথা ইঙান বাঙ্‌পুনদুনা থুংকাপ চৈঙন চৈইগ্নবদা ইপোক ৭ লাক পোকত্তমখিদুনা পাঙন ৭ চেগারে॥ মালেম অঙানবন্ত চীংয়া পামখেন্নংরে লৈমরোন ৭ না ইপোক ৪ হেন্দুনা পাঙন ৪ থোইনা ভোকওয়ে॥ মতুংদা নোংদম মরুনা কাংলুপ পুম্বগী মফমদা কাংগ্রোন চৎলম্খু পাউশানৈয়ে॥

নোংদম মরু নম্বোনবনা চাই, মৈতৈঙ লাইনিংথৌ অঙম্বা ফম্বৈ ফম্বা থৌরম অসিগী পরম অসিবু থরদং চৎনলম ওইনা রাতৈ থরা খজিক্কুং পাউশাগে তাবিও কংলৈ পুংমাইয়োন অসিগী এলুপ শখাই ৭ কী অঙম্বা ফম্বৈ কম্বা মন্নম এলুপকী লুচিংবা পিবা লৈবাক য়াথমলোই য়োইংরেন থাবা লৈমরোন যুনাইবী পুম্ববু লৈতিন ফম্বাল লাংদুনা শান্নবশিবু ভশি নোংকোরো ৭ নি লৈগুরক্লেদো॥ পরম অশিবু নপুক ইপুক্তা থোকাওদনা চৎনলন লীক্লম কাংলমবু কাইদনা শান্ন-বনিদে, থৌরম অসে চীংঙ নোংদম্বা লাইনা তাইবং ঐথোইবু ইপোক ইঙম্নবা নোংদম্না হকপু শেমদুনা হকী মগুংদা (য়াইবী থয়াইবু) লৈচং লৈহাপ লৈথম্নবা থৌশিনবা, তাহবংনা পোক্লগা করি তৌবা, পোক্লবদি নোংমদি শিগনি শিরবদি পোক্কনি। শিরবা মশক অদুনা মপোক অমা অমুক পোক্লকপ অদু করি কমদৌবগা মপোক ইহুনবা মতমনা কয়াম কুইনা লৈরগা ইপোক্লকপা থৌরমবু ইপাংংদা চীংঙ মাগী থৌশিনবু তাইবং ঐথোইনা কুমজাগী শান্নবা মখল অমা ওইনা থোকাওদনা নিংশিংনদুনা শান্নশি রাহৌবনিদো তাবিও॥ থাজা ১২ না ময়ুং মরাক ওইবা অসিগী লৈফমবু শাথোক্তুনা শানামেন লৈতয়িবা অসিদো শিরবদি থাজবু ১১ নিবু শুবা নোংকোরোদা শিখিব, ~চংখিপ পথাক্ত অদু নোংলেন্দগী লৈকুয়ক্তুনা লৈয়াইলেন্দা লৈবা মানা পাম্বা হক লৈফম অমদা চংশিনুনা অমুক মপোক অমা ওইরে হাইবনিদো। নোংকোরো ৭ নিবু মরাক ময়ুং লৈহাপ্পা শাগখেন্দ কাংখুনবু লৈফম ৭ লৈপাংনা লৈফন্নবা অসিদো পোকপা শিবা হাইবশে কোরো ৭ নিগী নোংকোরো অমদা পোক্লগদবনি লৈতাকপনিদো॥

চেকফৈ কাম্না হাইবশে নোংলোন্দগী থরাই য়াইনীনা মালংবগা লোইনদুনা লৈগী থোঙ্‌য়কপবু নিবনে য়াবনে নোংদম্বগী মফমদগী খিল্লিবা (কাংখিন অসে নোংদম্বা লাইবু মমি লাকুনা) থম্বনিদো॥ অহানবা পানবনা থরাই য়াইবীবু পিবনে, মংং অমুক পানবা চেকফৈদি পী-পা তিল্লুদুনা থরাই

য়াঙবী ঈরিক লৈশিন্নবনিদো ।। মালেমদা কাংবু ময়ুং ইন্না থারগা খুংশাগী খুন্তোন য়েং ওই অনিবু লৌশিল্লগা কাংবু কাম্নদি পলেম ইমাগী পিবুকনুংদ। লৈবা মশকপু তাইবং লেন্দা থোকখয়ো নপোক ইহুন ভমখরে। নোংদম্বা ( লমফাংপিবনি ) চংথিনবা থোকথিনবা লম্বীবু থাদোক হাং-দোকপিনা পরমবু নিংশিংনবগী শিন্থা পরম্নি হাইদুনা ( লমথা ) কাম্না হাইবনিদো । পরিং লাংশমবু হুন্দুনা লমফাঙ্না থারক্লিবা কাং হুদুনা লেপ্পা লৈঙম্লবদি মপোক ফনা পোকপ, তাইবং ইকাওনবে খানবগীদমক্তা পরিং তুইমৈ হাঙ্গনিদো । পরিং লাংশম তুইমৈবু ইরংমা লান্না লেপ্পগা শিরে হাইবা অসিদো। তাইবং ইপোক্তদি পোক্লগা মপোক শাথোক পাংদবা থরাই য়াঙবিবু লৈরাংনা মীরেনবু পাংশোইনীক্ক শাফোংলক্লে মীওইববু রাঙ্গয়ে মশিবু করিবু কমদৌরগ ইরাং করিবু থাগোন লৈনিরগা। তাইবংলক্তা তাইবং শিন্থ য়াওডবগবা হাইত্থন। ইরাং থৌনিদুনা মপোক ফংলক্তবা অশিবগা পান্দম্লব মশকপু ইরাং থৌনিবিদুনা তাইবং লক্তা মপোক চংলমবু থৌপু থৌডমহনববু নিংশিং থৌপুবা ওইনা অশিবগা মান্নবা হক হুদুবু কহম্নবগীদমক্তা ( মরাক চংবা ) হাইনা চংদুনা পরম অমা শাম্নবনিদে । অমাইবনা পুকম ইরাংনবদা ফরকপা মশকপু ভম্বনে, চংলম পৌরম লাইন পরমবু কাইদনা থৌডম থৌপুনবা শিন্নাক নোংদম্নগা চংলমবু লৈয়েক লৈথম্বু ( কাংলম ) কৌইদে ।। চংনলমবু লৈয়েক লৈথম্ন লৈঙম্লবু পরম কাইদনা থৌডম থৌপুনববু লিক্রম কাইদনা থৌপুবা পাগী পুগী ময়াথংবু হিক্তোকপা থৌওইদবা তৌদবা লাইরকচন নুত্তিন থৌপুব কৌইদে ।

কাংলমবু থৌপুনা শাম্নগদবা বাবু থরা থজিক হাইগে মৈতৈগু, লাইনিংথৌ অঙখা কমদৌ ফম্নাইবা পাখঙ্গোই, লৈমারেন, য়েইরেন থাবী পরম কাংলম অসিদো কাইদনা কাং হাইবা অশিবু শাম্ননিদে ।। কাংলম অশিবু কাইরবদি তাইবং ইপোক লিক্রমবু কাইবনিদো । চেকফৈ হাঙবা অশিবু কাম্নদা লাংজ্জে লৈফমদা ফম্বা অদুনা হান্ন কাপকনিদে ।। পান্দ্রগা নাক য়েং ওইদা ফম্লিবা চেকফৈ তানবা অনিন হৌগত্নুনা কাপকনি ।। পান্দ্রবদি লাংজৈগী য়েও, ফম্বনা কাপকনি ।। পান্দ্রগা লাংজৈগী ওইদা ফম্বনা কাপকনি । পান্দ্রবদি মতাই অচৌবা পুবগা মতাই খুশি কৌবা লৈফম অনিন হৌগত্নুনা কাপকনি । পান্দ্রগা মতাই খুশিগা তাইনবা লমথা তানবা লৈফমগা, য়েংথাবা মতাই অচৌবগা তাইনবা পনভাকপা লৈফমগা অনিবু হৌগত্নুনা কাপকনি কাম্নদি লমথা তানবনা হান্না কাপহনগনি ।। মী অনন, অমুক অমুক্তগী ওন্ন কাম্ন য়াদে মপোক শাথোক অমদা চেকফৈবু অনিশুনা ময়ুম ৭ না কাম্নদ পানবা ভমদ্রবদি কাপাদ্রিবা কাংশুপ মথোইগী ইপোক চায়েংনবা কাপহল্লনি ।।

চেকফৈবু অনিশুনা পাল্লবদি লমথা কাপ্পনি ।। মতাই অচৌবনা হান্না লৈমাইথক্তা কাং থন্নগ খা কারন থান, নক্রগা ফৈ অনিবু মালেমদা নমনা ফনদুনা কাপকদবনি ।। অদুগা

কাংখিন খিল্লিব মাপা খুশিদা ফম্লিবা অতুগু খোংগ্রাইনা ফম্বা ওইরবগু কৈ অবিবু মালেমদা তানা কৈতু ফমফম ওইনা ফম্লবগু লেংদনা লৈগদবনি ।। প্যাম্লবগু প্যাল্লবগু কাপ্লিবা কাং অতুবু মুম্না য়েংতুনা কাং অতুনা তৌওয়গদবা পরমবু থংনবা লেংদনা লৈগনি ।। হৌগত্তুনা হেক চংফ-রোইদবনি ।। কাপ্লিবা কাং অতুনা মানা খিল্লিবা কাং অতুদা প্যাম্লগা পরিং লাংশম থাব্রিবা ভুইমৈ চোম্বরকপিবা অতুগী মমুংদা লৈবরা লৈরবদি ফরে, তাইবং মপোক অতুগী শিন্থা থৌরমবু থৌপুবা ওই ।। অমুক ইপোক অমগী নৌহৌনা চাংয়েংনব চেককৈ অমুক অনিশুবা প্যাম্লবা মথং মনাও কাইদনা মথং মথং অমুক কাপকনি ।। লমথ' কাপ্লক্লিবা কাং অতুনা পরিং লাংশম অতুগী ভুইমৈদগী রাংমা লাম্না লেপ্লরবদি ইপোক রাংমা লাম্না চংখিবা কৌরে অতুবু তাইবং লেন্দগী চংশ্রবা অশিবা হাইনা লৌগনি । শিরবদি মথৌ মওথু তৌতুনা নিংতুনা মপোক অমুক পোক্লবা তৌগদবনি মাবু মপোক অমা পোকহনবা ওমক্রিবা মথৈ শিরিবা কাংখুন অতুদা কাং কাপলোইদবনি । চংলম অসি মতাই অনিমক চপ মান্নি । শিরবদি মংক অতুদা অমনা অমুকুং পানবা ওম্লবদি ফরে শিরিবতু অমুক পোক্লে পাওন অমা হাইনা চৈথাগনি । মসিদা মথৌ মওথু পাংথোক্লবনি চেককৈ অমুক হৌরনি ।।

লাইনিংথৌ অতুগা মতাই অনিগী মরক্তা লৈবা মথৈনা কাপ্পকপা লমথাদি অমুক প্যাম্লগা অশি অচং য়েংদনা হেক লোইবা য়াদে কাংশিবু লৌথংনবা কাপ্পা খুংকাপ নল্লবদি কাপ্পদনা নিঙ্গাংনা ফমতুনা কাপকনি ।। প্যাম্লবদি খুনা হৌগত্তুনা য়েঙ্গনি পানবদা অশি অচংদি লৈতে । মরাক চংবা হাইগুনা অমুক কাপখিনি মতুদা অশি অচঙ্গী চাংদম লৈগনি লৈফমদি অহনবা হাইবা অম হন্দবা হাইবা অমা মরম অনি অমগু লৈগনি হঙ্খনা তারগা হন্দবদা মক্তা অমুকশু কাপ্পুনা অশি অচং চাং য়েঙ্গনি । হঙ্গংনা তারগা অহনবদা কাপ্পুনা তাইবংদগী মপান থোকই থোক্কে থোয়েংবা চঙ্গদবনি । মতাই মথংনা মরাক চংলবদি মাগা থংনবা মতাইগী লিরি পরিং মপাদা কাং খিনগনি ।। মাগী ওইথংবা মতাই মথঙ্গী লৈয়ি চেককৈ কাংখুনগী মপাদা কাংবু থমতুনা কাপবনি ।

চেককৈ তানবনা মরাক চংলবদি মাগী ওইথংবা চেককৈ তানবা অতুগী লমথা কাংখুনগী লিরি মপাদা কাংখিন খিনগনি ।। মাগা থংনবা মতাই মথঙ্গী চেককৈ কাংখুন মপাদগী কাপহনগনি ।

অশি অচং লৈতনা হন্দবা কাংখুন মতাই মথংনা মরাক চংবা তারবদি মাগা থংনবা চেককৈ তানবগী লমথা কাংখুন পরিং লাংশম মপা য়েংতুনা কাংখিন খিনগনি ।। মশাগী চেককৈ কাংখুনগী মপা য়েংতুনা কাং থাবগা কাপহনগনি ।।

চেককৈ তানবনা মরাক চংলবদি : ( লাংজৈগী লমথা কাংখুন পরিং লাংশমগী ) মপাদা কাং খিল্লগা মাগা থংনবা মতাই মথঙ্গী চেককৈ কাংখুন্দগী কাপহনগনি ।।

লাংজেন মরাক চংবনা মাগী য়েংলমদা লৈবা চেকক্কে তানবগী (লমথা কাংথুক পরিং লাংশমগী মপাদা) কাং থিল্লগা মাগী ওইদা লৈবা লমথা তানবগী (চেকক্কে কাংথুন্দা) কাংবু থাডুন কাপহনগনি ।

চংলম কাংলম অমনা অহনবা কাংদা মতাই মথংনা মরাক চংলবদি থিল্লিবা কাং অতুনা পানবা ডগ্লবদি পাঞ্জন লোগনি । অশি অচং লৈতে ।

কাংথুন অহেন মরাক চংবদি অশি অচং লৈগনি । থিল্লিবা কাংনা তুরবগু কাপ্পিবা কাংনা থিল্লিবা কাংথুন্দগী রাংমদা লৈরবদি পাঞ্জন লোদে ।। তাইবংদগী রাংম লাল্লে অশিকা মশক ওইরে । কাপ্পকপা মফমদগী থিনখিবা কাংথুন অতু ফাওবা শিঙ্জিন্নবা য়াদে ।। খুংকাপ অতুগী মমুংদা কাংলুপ অতুগী কাপ্পুরিবা অরাংপা মী লৈবতুনা কাংথুন অমদা কাপ্পদা পানবা ডগ্লবদি অশিবদো হিংলে, পাঞ্জনব্ লোরে ।।

মরাক চংবদা পান্দবা অমদি য়োদবা থোক্তনা অয়োন তরান লৈহাল্লোইদবনি, কাংবু থিল্লগা কাংথুন অতু ফাওবা শিঙ্জিন্নবা য়াহনগদবনি । খুংকাপ অতুদগী থোইহৌবা কাংবু থিনখিবা কাংথুন অতুনা মতাই ওইনা শিঙ্জিন্নতুনা (অশি অচংবু) থোইয়েন্দবনি ।। শিরিবা কাং অতুবু ইপোক ইংন তমদরিবা মথৈদি ।

মরক্কা পাল্লবগু মরাক চংবদি থৌনবী অশি অচং লৈবা য়ানা মশাগী কাং থিনফম লৈরবদি হাইবদি শিঙ্জিন্নবা য়ানা, লৈরবদি মথং মথং শিথরকপগী মওং তারবদি শিঙ্জিন্নবা য়ারিবা অরোইবা কাংথুন্দ, (লমথ: কাং ১ চেকক্কে ১ কাংথুন অনি) থল্লগা অহুমশুবা কাংথুন্দা কাংবু থাডুনা মরাক চঙ্গনি ।। লমথ কাংথুন্দা কাংশাবা য়াদে, শিথরকপগী মওং তারতুনা কাংথুন অমতদা কাপ্পা তারবদি কাংথুন অতুবু পুরগা ফম্লগা মশক মহাক অতুনা হান্না কাপকদবনি, অতোপ্পা কাংথুন পুবা মশক্কা হান্না কাপফদে নাংমুংদি ।।

লাইনিংথৌ চংলম কাংলম অসিবু কাইদনা শান্নবিতুনা পুতুংনগু নিংশিংনবা লৈইদুম্না তাইবং মশক্কি ইপোক্তা পোক্লবা থরাই য়াইবী শিদবন কোরৌ থকুগী থোংজুম্নকুনা মালেম তাইবংপান অসিদা লৈরম্মপা লৈওম্না কাইদোংবা লৈফম্ম হুন্দোকললমতুনা লৈথৌরকফমদ লৈতিনখিবনি ।। নোংকোরৌ ৭ কী মমুংদা পোকপা শিগদবনি ।। শিরবদি থাঙ্জা ১২ মথো মওম্বু লেমলপা অশিবা শাব ডাল্লম্বদগী অমম্বা শরুক ওইখিবদো অমুক শাথোক্লতুনা ডাল্লগদবনি লৈথং পাউতাক পিনবা কুমড়া খুদিঙ্গী শঙ্জিবু থাজদা শান্নবিও নোংদম্নে ।

| খা | ৰাং |
|---|---|
| মতাই খুশি | মতাই অচৌৰা |
| লমথা তানৰা | পনঙাকফম |
| চেপফৈ তানৰা | চেপফৈ তানৰা |
| খোবুয়েন লাংজৈ | লাংজৈ |
| চেপফৈ তানৰা | চেপফৈ তানৰা |
| পনঙাকফম | লমথা তানৰা |
| মতাই অচৌৰা | মতাই খুশি |

কাংলম ৭ তা ফম্লিবা মশক ৭ কি মনিং মথং মনাও নাইনা কাপ্পা হৌগদবা তাকপা

নোংদম মরু নমবোলবনা শিন্নাকপবু থোঙম থোপ্পনা কাংথরো শান্নবা তোক্লমা উ কাং শান্নবা হাইনা কুমজা অমগী লৈবাক হৌনা পুক্লিং থোইজং থোইৰানা মপুক হরাও ভয়ান্না লৈকাই খুদিং চত্তনা মুগীখৎ মুপাখৎ হাইনা মুপা মুগী হৌনা কাংলমু য়েংনা লৈখিনহনা শজিড় লাকয়েন তেক তাইবগা থাজা লৈচপ্পা কাং শান্নরে ॥ মতুং কুমজদা অকোইবা কাংবু ( শামুগী ময়ানা ) শারে ॥ অশাংবা কাংবু ( ইরোইগী মচিনা, শজিগী মচিন ) শাহনা কাপ্পরে ॥ লাংবচকী কুমশিং ৪১১৬ নোংদালাই কুমশিং ১১১৮ গী শজিভু লাকয়েন কাং শান্নবদা লুরাং য়ুমগী চীংজবম মীশিং কোবগা ময়ুম অঙোম য়েলুপমগী চরোইবম উরিৎ কৌবগা অনিনা তান্নহনা ময়ুং ইনবা কাংবু মরক্তা মিশিনা থল্লগা মথক মথাবু চানা তৈহনা মমাইদা মুমিৎলৈ মওং মান্না খৎনিংথো মতোনমুক পাকন কানোক থাহনা অয়ুংবা কাং ৭ পূ শেম শাহনা মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ লোইতোংবদা লৈকৎলে । মৈতৈঙনা মা মিৎয়েং তাবদা কাঙ্গী মওং মশা, মশা মান্না মুনা লংবা অহবু উবদা খোইজং খোইদাবা ওইহনা মনা মথুম্ব মনাই ১ গী মফমদা নীংথি চংথোন্না পিহনা মপুক হরাও ভয়ামহল্লি ॥ মা চাথং নোংদম্মি খৎহৈবা লুরাং চীংজব মীশিং অঙোম য়ুমগী চরোইবা উরিৎ খৎহৈবা অনিন শারক্লিবা কাং অশিবু লুতুংনা মশক থংনবা মিংহন অমা অমশি হাইববু থোবম অসিগী লৈহৌরকপা পরমু লৈমাংখিবা তারে নপুক রারো খোইশাদ্রেমু মশক অসে লৈহৌরকপদা শাথোক্লখিবা মমিংদো মশক অশিশু নিংথৌ ঐনা চানা শাবা অশিবু ( উরিকাং ) লৈহন তম্লগে ॥ কাংবু শান্নবা খৎদিংদা নিপা ওইবা মখৈনা মশক অশিনা ওইরশি, শামু ময়াগী কাংকোই অসিনা লৈমশিঙ্গী মখৎশু ওইনা অসি কোরৌদগী পাইহনা শান্নরশি নোংদমহনা লৈমা ৬ কা পাথম ৮ গা খায়দোক্লহনা নাকন অমদা লৈমা ও পাথম ৪ খায়হনা মুগী নিপা

পুন্ন শান্নহুন, লৈবাক হৌনা অচা অথক হৈ-লৈ লাম্নহুনা হুংঙাইনরে ।। কুমশিংগী ইঙা থাজা ২১ নি পানবা নোংকোয়ো ইরাই হুমিংকী অয়ুক্ত। লৈমরেন শিনাই ফমথোল ৭ লৈপু লৈফম্বী মৈতৈ লৈমরেন শংলৈম। বাঙ্গোন শঙ্কুম্নহুনা হুংথিল পোপ্তা হুনগৎলকপদা মচা ইবুংঙো অমা পোক্কুনা মতুং ইপান থৌনি খাগোন লৈপাইবদা মমিংবু ( হেমতোন ইরাঙ্কবা ) লৈতল্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২ ৭ নোংদালাই কুমশিং ১১১৯ দা কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বুবা মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াংবনা অনাও চৌংখুবনা তোগে হাইবদা মনিং তৌহন্দুনা রায়েন নাংদম খুদিংদ মতু শোনবদু হন্না য়েংদবা চৈহন্দ্রনা অকি তুক্ক্বং পিহুনা রায়েনবা অসিবু তাবদা মৈতৈঙ্‌ লোইতোংবনা খোইশাওরে । কেগে মোইরাং অসিগী রায়েন লৈঙাক লৈপুবা অসিবু করি কমদৌরিবা চৎলয়ো নিংথৌনশু মখোইগী অঙম অখৌনশু লৈথিবিদবা ওইনা তাঙম্মি মোইরাং অসিবু অকন অথৌ ফম্নাইবা থক লৈত্ৰবরা চৌংখুবনা তৌরিবা মথৈ থৌয়ানা লৈঙ্গ্রিবা অসিবু মোইরাং অসিবু চৌংখুবগী মঙাইতা ওইবকা মখোই অমতনা রায়েন অশিবু য়ানিংদে হাইবা কনামতা হাইরদবা অসিবু করিনে খম্না হাইবা য়াথংলেই অসিগী মী কনামতা লৈজত্ৰবরা ।। খম্না হাইবা অহুনা লৈফম অহুবু থাদোক্কুন চংপশু চপ্তে মাবু চৌংখুবা মচীন মনাওনা লৈফম অহুদগী চথোক হুন্দবরা তাবদা খোইশাওনরেদা, মশিদা ঐনা লৈশিল্লুরে লাইরকচন থুগাইবা তাঙম্মি, ঐ ঐগী ইথুনগংনা য়ানরিবা মথৈ কংলৈ পিবানা রায়েন থোদাবা খুৎ থিংজিনবা তৌনফদে লেপ্পথিবনিন। ঐনা রাখিবা য়াখিদরে ।। অশিগুম্বা লমচংনা লৈবাক রায়েন শুইরবদি লৈবাক অসিগী অশোন অন মতু শোনবদি কমদৌম্বা লৈপানবা অমগনি করি কমদৌনা হীক্কনি চৎলম অসিব ঐন লৈবাক্কী লুচিংবা পিবা ওইরগ থিংবা ঙমদনা লৈরিবা অসিবু ওণ্ডোকপনিদা ।। মোইরাং অসিদা লৈরিবা চাওব নোংথোন হাইবা অমশু লৈ হাইবা তাই অহন অসিনা লৌশিংজিবা অশিবু মতু শোনবা মীবু ওং লৈনবা লৌশিংলা, অহুগা লান্দা পৌবা হৈ শিংবা পোংলেন হাইবা অমশু লৈ হাইনৈ। অহন অসিনা হৈশিবা লান অশিবু খুৎকন পাঙ্গনবগী মফমদদি কদৌব ঙমদবা মতু শোনবা পীতং পাতংনদদি হৈ শিংবা লাম্না মশিবু করিনে মপু নিংবা চৎলম হাইবা অহুবা মপু নিংলিহৈদা মরৈবাক অশোন অনাদি লৈখা তানা মাংথনি চুমদেদা হন্দক্কি থঙ্গমি পাউহোম পাউ অমতং লাক্লবদি চাওবা, থোংলেন, চৌংখুবা, মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বা অঙোম নাংবান মখোই ৪ অসি লৈবাক্তা লমচং তাকপা ওইন, খুঙ্গোইরগা মপুন্সি চুপ্পা অরাশংদা লৈথমগে থৌরম্ব রারেপ থম্ন ন পুক্কিংবু হুংঙাইতনা লেপ্লি । মতম অহুদ। মোইরাং থাংজিঙ্গী হৱাওবা মতমশু ওইহুনা থাংজিং লাইশু হৱাওই হৱাওবগী পাউবু মৈতৈ নিংথৌ লৈবাক্কী লুচিংবা পিবাবু তাক্কনা হৱাওববু লোইশিনখরে ।। মৈতৈঙ্‌ লোইতোংবনা উম ঐগী ইথৌ লাক্লেদনা ( ইবুংথৌ

রায়েন লৈচুম্বা খাংজেংনহানবা ) লমজিংবিরক্লেদনা ঐ চৌক্তিক্তি কেগে মোইরাংদা খোঙ্গুম খোংদাবা যারেদনা রাহং লৈখিবা রাখন্দুনা মা খোঙ্গুমগী মবগী খৌরাংলে । খুদক অদুদা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা মরিংঙম্বনা লোৌখাম পাউশানরকই ।। লাইনিংথৌ মা পুক্কিং খরা খক্তিকপু তপথ-বিনি মরিংঙম্ববু লৈঙম্ব লাইনিংথৌ কমি মাখোংলেংগদগে ম্না য়াথংদা ভাইদুনা মরিং ঙম্বা লৈবনি মরিং ঙম্বা ইংগৌনি ননাই ঐনা চৎকনি মা পুক্কিং মুঙাইনা মা কংলা শংবিনি ।। মরিংঙম্বা ননাই চৎচরে কেগে মোইরাং লমহেনবা তক্লা তুংবুন লিফানরক্লুনা নখোংখাদা লৈরাঙ্গে রাহোম্নগা ময়ুম অঙোম নিংথৌ খুৎপাই চেৎপা মনাই খরগা লোইনদুনা কেগে মোইরাংদা লাক্লে । কেগে মোইরাংনা খংলদুনা মরিংঙম্ববু নিংখি চংথোম্ন ইকাই খুম্নবগা লোইনদুনা মাইয়োকফাবু লৈহুম্নৈ ।। চাওবা থোংলেম্না রাহোম্মি নিংথৌ মচিন মনাওনা রাখুম পাউশাবা ঙমদদুনা তাংজা লুক্লা লৈরবদা ময়ুম এলুপমা কংলৈগী অঙম্ব। অঙোম নিংথৌ লম্বুবা পিবা মরম পুম্বা থোকাওদে কেগে মোইরাংদা থোকখিবা থৌদোক পুম্বা লৈয়েক্লা থৌদোক পুম্বা মৈতৈ নিংথৌদা রাহোম্নবা থোকাওদনা লৈথম-জক্লি ।। অহুম মতমগু ওইরুম্নে হন্দক্কি খোংলম অসিদগা লৈঙাক লৈকম্না থুপচানদুনা খম্বাও থৌরম পুম্বা নৈনদুনা রায়েন লৈচুম থোপুবা অশোন অনাবু লৈকনবা লৈবাক রায়েন থোপুবা কুমজ্জা অনা নিদংবু থোঙমবরা পোয়েংজখিগে থৌরম পুম্ববু রাহোম পাউদাকচদবদি অহুম মতম ওইরগা রায়েন থোপুব ঙমদরে লৈবাক্লা ভাংনখ্রনি কংলৈদা রাহোমলুরবদি ।। কেগে মোইরাঙ্গী মচেং চাদুনা লৈরগা মোইরাং অসিদা কমদোমা শাহো লালহৌশিবনো হাইবগী থুপচানদুনা লৈথম্বনি কংলৈ পিবান মতম খম্নদদি কুবি লৈথম্বীনবা অঙম্বা নংনা রাহোম্নবা তৌবিও নয়ুম অঙোম রাখোক্লী লৈবাক কাইহনবিগম্ন রাহেংয়ে ।। চাওবা খোংলেন অনিগী রাবু তারগা মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াংবগা চৌংখুবগা মচিন মনাওবু মরিংঙম্বনা মিংথেং খানা য়েংলম্মগা কংলৈ পুংমাংয়োন্দা থোঙ্গ লৈহক্লক্লুনা লৈশি লৈথোনবা রাহৈনা থেমজিন্দুনা লোৌখামদুনা লৈথম্নে ।।

## মোইরাংদা থোকখিবা থৌদোক
## খম্বা, থোইবী, নোংবান হাক্তকি

(ছ) কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বগী মনাও চৌংখুম্বনা মচা থোইবীবু খম্বা য়ুম্নদগী কৌথংলগা মৈতৈভ লোইতোংবগী মনাই শন্দ্রিকপা তুমুলাকপগী মফমদা শিম্নদুনা মপানা হাইবা ইন্দবগীনি ছাইদুনা লোই খাবনি হাইদুনা খমখিবা থৌরম্ব তাবদা উবদা লৈবাকশু থোইশাংনৈ খরা লৈরগা কৌথংপরা কৌথক্তে ।। চাওবা, খোংলেন অনিনশু মখৈম্ন অম্না শঙদা লৈরুবদুনা

মহাকথক্কগী লৈঙথনি রাথন্দুনা মতৌবনি মচানি নোংমা মকোথংচনি রাথন্দুনা লৈঙম্ববু কৌথক্তে থাজ: অমা অনি শুরক্লে । চীংথুবগী চংলম রাথনবু লৈহোংলকদরা হাইদুনা ভাংদুনা থরা, চৈদুনা থরা, শাওদুনা থরা থৌয়েং রায়েম্না লৈপুরকপবু নোংমা নোংমগী ফংচিন্নক্কবনা মহেল্লক্কদুনা চাওবা থোংলেন অঙম্বা অনি র তাম্নরে । ইতাও নোংথোন নং ঐ অশি কেগে মোইরাঙী চেং চাদুনা হিংদুনা লৈবনি হাইনগী কেগে মোইরাং অশি কাইহন্নিংঙবগী ভাইতাক শাওরুরবশু ইপুক নপুক থাদুনা লৈবনি অসিবু লৈবা থাংব, অসিবু ওম্নরোইদবা ওইরক্লে ।। মশিবু নং ঐমক্না হেক হৌদুনা কেগে মোইরাং অশিবু থুগাইদুনা পিবা নিংথৌ লৈমুংনবা থৌপুবা অসিবু অহন ওইশিনখিবগা লুভুংনা করি হাইনহৌগবা চীংথুবা অসি হকমল্লে ।। চুম্মি ইতাও থোংলেন নংনবু কেগে মোইরাং মাংহনববু কয় বু কুইশিগবনো অদুবু মীগী মচেং চাদুনা লৈরুখনিনা মপুক মশক খংদবশু থোকওম্ননি ।। মমাও ইবুংঙো অসিগী রায়েন চংলম অসিবু থৌয়েংলবনি থুদক থুদক অদুদা অমাং অতা থৌয়েংদনা লমন শিংবা য়াবা ভাক্তনি অদুবু নং ঐনগা অহন ওইমনখিবগ: লাল হেক হৌদুনা থুগাই চৈথাইবা অশিশু থোইন, ফজ লেমজফমশু থোকওম্নক্রে ।। মশিদা শা লান থোক্তনদি রারক রাজেম্বশু য়াদরে, নং ঐবু লম অশিদ ইকাইবদো থাদোক্লশি থৌরম পুথা লৈয়েক লৈপম্নিবা লাইয়েক অশে মৈতৈ নিংথৌদ লানথঙ্গনা রাহোম্নশি মৈতৈ নিংথৌনা লৈচুম রাখিদুনা তৌগে নিংবা তৌরশন্নু লৈখংলশে ।। উম চুম্মি ইতাও নোংথোম মতুনা নং ঐগী ফব: তাই লাইরকচন চংলথু থৌপ্পবা কাইদবা চংলম নুভিনশু ওইবা ।। অদুদি কনা থংহন উহন্দনা ইতাও নং চেপাউ লৈ-য়েক্তে লাংখত্তুনা রাহোয়বা তৌভয়ে রাবেগ্লে । থুদক অদুদা চাওবা নোংথোম্না য়াচংবগী মতুংদা (শাগোল মাগী লানশা কারু থোংদাংবু) তোংদুনা কংলৈ ম্না কংলাদা চেনখংলভুনা অথুবা পাউনি নিংথৌনাইদা হাইদুনা চাওবগা মৈতৈঙগ উনদুনা রাকং লাইয়েকপু লৈকংলে । মৈতৈঙ লাইনিংপো লোইতোংব য়েক্লিবা লাইয়েক্তী চেজপু হাদুন য়েংবদ অগানবা মক্তদা—

১— থম্বনা পানাগী খোং কাংজৈ য়েংবা চংপদগী কাংজৈ য়াউদুনা চীংথুবগী পানানা থোইব, মতুং মুক্লা শান্নবদা থম্বন, থারগা নোংবান্না মাগী লোনি রায়েংপ হৌব ।।

২— মতুংদ: চীংথুবন, মাগী পানা মকোক হাপ্পুনা মাগী মী ওইশিনবা ।।

৩— থম্বনা কাউ ফাবদা নোংবান্না মাশু ম্নাওয়ে কাউ অসিবু ফাবদি লৌয়েংশন্দুনা থম্ববু কাউ অনিরক ফাকনবা ।।

৪— হরাওবগী লৈ লাংনবা খিনবদা নোংবান্না লৌনমদুনা থম্ববু শিনবা লৈখিবা ফংদনবা লম্বী শম্ন তৈনা থাক্সিনবা ।।

৫— পানা লমজেন চেনবদা নোংবানগী মীওইনা লপ্পীদা খত্তনা খম্বু ফাহনা খম্বা থৌশিনবা ।।

৬— হরাওবগী উরেপ উয়ুং তাম্নবগী শান্নবদা খম্বনা খারগা লৌদি ঐগী লৌনি ঐ লৌ থাদোক্লদরি ঐনা থাই লৌয়েংপা ।।

৭— লাংবন উকাই কাপডৈদা খম্বনা মানা ফিরোন শাইককপবু ফিথ খানা লিংলকপবু উবদা ফিরোন অশিদি মাবু লাংচৌ খুরুমশমু পিবা মানা ফিবু পিরগা উকাই কাপ্পদবু লিত্তনা লাক্লবশিদি নিংথৌবু থৌওই উশিত্তবনি হাকৎলুবদা মরা চংনদবদা চৌংথুবগা রাতাম্নহনা চৌংথুবস্তু উকাই কাপকনি হাইনা কাপ্লগা খম্বদা তম্না পান্নবা কাপ্লক্লবদা খম্বনা ( কোনখাং ফুরিংবী কৈরুবু ) লৌথোক্ননা য়াহনা লৈবদা মচা ইবেম্মা মোইরাং লৈমা থোইবীনা চেনশিল্লক্ননা খম্বু পান্দনবা হাইহনা করিনো তৌওগ্নিবা অশিবু হাইহনা ইম্বোক্ননা খম্বু লৈকনখিবা ।।

৮— মতুংদা চৌংথুবনা খম্বু কৌখত্তনা লোম্না অহিংদা ফাহনা শামু খোংদা পুন্দুনা ফুহনা থোইবি কৈথেল্দ কোয়না পুবা । খম্বনা খাংবা ওম্লক্তহনা ময়াদা ঈখেং হাথবা ।। মোইরাং লৈমা থোইবীনা তারক্ননা থাও পায়হনা চেনশিল্লক্লবদা চৌংথুবগা নোংবানগনা চেনখিবা ।। শামু খোঙ্গা খম্বগা পানা পুল্লিবা থৌরিবু থোইবীনা ককথত্তনা খম্বু মতম্বাক থাঙ্গত্তনা কোন্দুনা কপ্পা কপ্পা পাউশাহন লাইকম্নবা ।

৯— থৌরম রাখোক ওইহনা চৌংথুবগা নোংবানগা অনিনা অরাশঙদা লৈবা ।।

১০ — খম্বগী মরাময়াইদা থোইবীবু মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াংবনা থাহনা লাইকম্নহন লৈখিবা ।।

১১— খম্বনা ফরক্লবদা নিংথৌদা, অঙম্বা ফৈবা ফম্বা পুম্বদা চৌংথুবা নোংবান অনিবু লৈনি-ঙহনা কৈশুম শঙদগী খাদোকহনবা ।।

১২— চৌংথুবনা কৈশুমশঙদগী লাক্লগা ময়মদা খম্বগী নাক্তা লৈবা থোইবীবু কৌখৎখ্রগা ( তুমু লাকপা শল্লীকপগী ) মফমদা লোই থাবা হাইনা খমখিবা ফাওববু অচুম অরান লৈথিবিও রাকৎচে ওইরে ।।

লাইয়েক পাউশাবু পারগা মৈতৈঙনা রাঙংচে অমা ইহনা পীরে ।। কেগে অঙম্বা চে অশে মোইরাং নিংথৌদা পিবিরম্মু ঐবু লোঙ্গা লেনথুপ্পা লাকপদি লাকওয়োই মচীন মনাওগী পাওখুম তারগা লাকে পাউহোম অসিদা ঙাইহনা ঐগু লৈওম্লক্লবনি মতম শুরমাল্লে মরাক্লে হনখিরো খরদং থুনা পিবিমুদো পাউশানা শীম্নয়ে ।। চে পুহনা চাওবা নোংথোন নোংঙাল তুবুং উবা মতমদা মরাময়াইদা লৈথুংলে ।। ময়ুম ঙাংঙোইদা লৈবা কংলৈপুংদা থৌকাব ( রাঙ্গোন লুচিংবা ।

থোংকাইশু লাকপা । শিনাইবা হিদং ) অঙম্বা অহম্বু কৌহুনা রাওঐ ।। কংলৈ থোকাবা অঙম্ব নথোই অহুমদি ঙশিদি কংলৈ থোকারন্থ চাউবা ঐগী ইতেং পাংঙম্মু ঙসিদি কেগে মোইরাং কুম্মে অমা তৌঙম্নবা থোহৌরশি ।। ভাকপীনি নয়াখং ঐখোই অহুম্বু থৌঙম করি তৌঙমজো তকপীবা থৌঙমজনি । অঙম্বা অহুম ঐনা পীরিবা চে অসিদো হোরেন মোইরাং কংলা কাম্ব ফন্নরবদা মৈতৈ নিংথৌনা পীরকপনি হাইহুনা কেগে মোইরাং নিংথৌদা থরা পীঙম্মু ঐনা পীবদি শাশিন্নবা ওইনা থোক্রনি ।। ননাই ঐখোইনা শোইদনা তৌজনি, পাউশানহুনা অঙম্বা অহুমশু মরাময়াইদা হনঙম্নকুনা পোখানহনা লৈঙমখি ।।

মোইরাং কংলা য়াকানররে চাওবা, খোংলেন লৈফম্লে ।। নিংথৌ মচিন মনাও ফম্বালে ।। কেগে ফন্নাই ফন্নাইবা অঙম্বা ময়ামশু ফম্বৈ লাংনা থৌখলে । ময়ুম ঙাংঙোইগী কংলৈ থোকাবা অঙম্ব ( রাঙ্গোন লুচিংবা ।। থোংকাইলুলাকপা ।। শিনাইবা হিদং ) অহুমমক্তা লৈচংলকুন কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্ববু পুরুম লৈপাইলৈ । মনাও ইবুংঙো চৌংখুবা অঙম্ব ফম্বৈ লাংবা পুম্নবু পুরুম্নহুনা চেপাউবু লৈকংলে । কেগে মোইরাং নিংথৌনা চাজুম হাংহুনা পাঙল্লে । "কেগে মোইরাং লম্বুবা নিংথৌ উরা কোয়াম্ব ঐবু মশক খংদরে হৌ কেগেনা কোনবা লম অহুবু পিব নিংথৌ কয়না লমপুরিবনো পিবা লম্বুবা নিংথৌ মশক খংনবা মৈতৈ নিংথৌ ঐশু লাকঙমগে ঐনা লাকপা মতমদা কেগে মোইরাং লৈমা চম্নু নিংথৌন অমতা লৈরাক্তনা লৈথম্নগদবনি, হোয়েন হয়েং খংদে ঐ লাক্কনি নত্রগ নিংথৌ কনানো নঙ্গী লৈঙম্বা অকন অথোগা লোইনহবা কেগে মোইরাং লমখাইদা ঙাইরম্মু ঐবু কদৌঙৈ লাকউগে পরম থুনা খংহল্লকউ" হাইনা লাইরেক্নয়ে ।। পাউশাবু পাবা লোইরগা মশানৌ চৌংখুবা কৌশিন্দুনা চেপাউবু পিঙল্লগা "ঙশানৌ লৈঙাক লৈপুবা ন্নুয়াং লৈতক্লগা ইনাওনা অপাম্বা উনবা ঙম্নগদবা মুমিং অমা হাইঙমগ্রে নত্রবদি লৈবাক রাথোক ওইখিগনি ।" চৌংখুবনা পাহুনা য়েংলগা শাওশিম্নহুনা মমিংনা খুখিন তৌরম্মগা ময়মদ চংগ্রে, অঙোম নোংবানশু তুংইন্দুনা চংখি । অঙম্বা নিংথৌনচিংবশু মুমিং অহুগী রাকম্বু খোঙ্গন লৈতানদনা কাংথং পুথং থংনদনা লেকুম্নখি ।

চৌংখুবনা হাই, "মাক্লৌরেন শেল্লংনা নবেম্মা খোইবী অসিবু কৌখত্তুনা থমদরবদি কংলেগা কেগে মোইরাঙ্গ রাথোক্লহুনা খুথোক্লবা পরম অমা থোক্লবা তারে নবেম্মন, কাখৎলকপদা ঙক্তুনা নরাম য়াইদা য়ৌঙম্নবা ভৌঙমগো" নোংদল্লে । মতুং নোংঙাল্লগা চৌংখুবনা চেপাউ অমগা মনাই নাইজহনবদা পিহুনা শন্দ্রিকপা নিংথৌনাই তুমু লাকপগী মফমদা পিহল্লুহুনা লৈবাক লুচিং পিবাগী মনাই শন্দ্রিকপন চেপাউবু ফংবদা মচা ইবেম্মা থোইবীবু তুম্মদগী কেগে মোইরাংদা চৎনবা পৌরাংবিহুনা থারক্লে ।। নোংবাম্না মরক্তা থক্তুনা কুখী তেরা পাম্বীগী মপোংদা ঙাইহুনা লৈরম্ববু

লৌশিং চাওবী থোইবীনা নোংবানগী মথু-গী নাম্থোক্তুনা মরু ওই খম্বগী মনাক্তা য়াওগনি, ওরজনব মপুক লুম্লাং য়াইহেন্বু মথম মখেন ওাংতুনা চানিংববু চানিংদবা শা, অপাম্ববু পামদ শানা নোংবানগী রাখলবু লিফম জিথমতুনা মোইরাং নোংবান অথা কোংয়ামবনা তোংলকপা শাগোলবু তোংতুনা চেনখৎলকুনা মশাবী খম্বগী যুমদা লৈচালকুনা লৈগদ্রে ।। পরম অশিগী পাউবু লৈশাক লুচিং পিবনা তাওন্মি চৌংথুবনা থোইবীবু কৌথক্তুনা খম্বগী য়ুমদা থাখরে হাইনা তাগদ্রে : মতুদা লৈশাক লুচিং পিবা মৈতৈশু লোইত্তোংবনা রাখল্লকই ।। পাউ অশিদি ঐনা রাহৌ রায়েন্নিংঙাই থোইনা লৈত্রেদনা খম্বগী মরমদা রায়েন নমথেক নমজানৈ হাইবগী তৌবতনি ময়ুম পিবা অমনা মানা পুজবা লমদ; মথোই মশেন য়ানতুনা রায়েন চংলম ওইরিবা মথৈ ঐনা অফ ফও লৈথি লৈয়ংলুবদি পাগী পুগী চংলম লুতিনবু নমথেক নমজানতুনা লাইরকচন লুতিনবু নামুং চংলম থোপু থোহৌবা ওইডমবনি মশিদা ঐনা অমুক নৌহৌনা রাথিরক্তুন; কেগে মোইরাংবু ইরাং তৌহল্লগা ঐবু লুতুংদ। করি হাইগনি রায়েন অচান মীরাই তাহৌনবনি । মশানা ঐগী রায়েন চংলম অসি লাল্লে রাখল্লতুনা মচাবু কৌথংলগ; খম্বগী য়ুমদা থারে হাইরবদি অতু মঙাইরে ঐনা রায়েনলুগদবশু খম্বগা থোইবীগা অনিবু লৌন লৈনহনবগী অচুম অরান লৈথিগদবতদি ঐনা চংলুংবগী রায়েন্নিংঙাই লৈতরে হাইতুনা মনাইশিং অকন অথো অপুম্ববু থাগজিন্দুনা চত্রে তোক্লে ।।

মতুং মুমিং খরা লৈরগা খম্বা নোংবান চাইনপুং থোন্দুন; ট্রিমেন টা চাইননি পাউভাইয়ে, মতুশু অকন অথো ওইবগী চাং য়েংনবনি য়েংনশনু হাইতুনা তুমিন্না তাতুনা লৈগদ্রে ।। অমুক পাউ অমা তাওন্মি, থুইয়োইতাক্কি লবুক্তা থাবী য়োইরেন অমনা য়েঞ্জাং থিবা চংপদা পাম্ব. কে অমনা শাখোরক্তুনা চাখরে. কৈ অতুবু ফাবা ওম্বা তান্নরে; ট্রিমেন চাইনবা তোক্লরে। হাইতুনা তোক্লে হাইনা তাগদ্রে, অতুশু মথৌনা ফবা তান্নজবনি হাইনা লৈগদ্রে ।। নোংবান্না কেনা শোক্তুন শিখরে খম্বনা কৈবু ফাতুনা খম্ব। থোইবী থোইজং লৈতানা পান্নরে তাইয়ে মৈতৈশুনা লুংঙাইয়ে ( লান্দবগী রায়েন চাংঙু লাইগী রায়েন নেংদম্মি ) লৈগদ্রে : মতুং খরা লৈবগা তাযোম্নলা পাউ অমন্‌ তাগদ্রে খম্ববু অতিং অথেংবদা কৌথোকখগা টানা থিন্দুনা খম্ববু হাংলে । খুদক অতুদা খম্বা শিরে তাবদা কেগে মোইরাং লৈমা থোইবীশু চেম্থোক্লকুনা খম্বগী নাক্তা চংতুনা মশাবী খম্ববু কোনশিল্লগা মথম্বা থাওনা খীজতুনা থোইবীশু শিরে তারে ।। তাযোম্নবা পাউ তাবদা মা পুক্কিং থোইশাওরে. অচচ-চা কেগে মোইরাং কংলৈ পিব লোইতোংবা ঐ লৈ হায়বা থো কাপ্পরেদন, কেগে মোইরাংদা অকনব। মথৌন ফবা মাগুম্বশু লৈত্রব, কেগে মোইরাং লমদম অতুগী নিংথৌ মচিন মনাওগী মমাক অমশু ওইবা খম্ববু অতিংদা কৌথোক্তুনা টানা থিন্দুনা হাংপবু কেগে মোইরাং কনানা ডমগবা চীংথুবনা শরৌ শিন্দুনা খম্ববু হাংপা নংতম

হাইনা রাখনবদগী মৈতৈঙ্. লাইনিংথৌ লোইতোংবনা লাম্লগ্গু খোংলম অনি থোক্না লান্দরক্লে ॥ সেক্তাক ইরানহুনা চেনখিবা ঙমদনব হিগী লানমি ছিপোং ২৫ লোক্তাক য়োনবা নোংমা লৈহান্না থাদরে ॥ খাঙ পায়বা শাগোল তোংবা নিপ ৫০ লানমী খোংলোই ৫০ চাল্লপ অমগা য়াঙ্জানা মা থোগন ইন্দুনা খোংলম্বী খুদিংবু চাইনা থক্তুনা মৈতৈঙ্না লান্দরক্লে ॥ লন্দারকপগী পাউবু তাঙমহুনা কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বা, মনাও চৌংখুবা লৈঙাকপা মচিন মনাওনা লানগী লাম্থোংবু অনি থোক্না লোক্তাক চিরম লানশু হক্তিনবা য়াদনবা খোংলম লানমীশু হেক্তিনবা য়াদনবা রাংলেন মথাই অমত্তা ওইরবশু থীংজনবা অকন অথৌ কেগে মোইরাং লানমী শাগোন্দা হৈব, হিদা হৈদা খোংলমদা হৈ শিংবা লৈবা মথৌ কেগে মোইরাং পুক্তাও য়েহুন খুদক অহুদা কৌথক্তুন অকনবা লাম্থোং শিন্দুনা খিংজনবা থৌশিল্লম্মগা মৈতৈগী অকন অথৌ লানমীবু উবদা অকি তুক্তুংবা ওইহুনা ময়ুম লানমীবু তাহন থংহন্দনা শাগোল তোংহুনা অকনবা থাল্লাওনা লাম্থোরম্মগা ময়াম্বা নিংথৌবু চৌঙ্গগা থাংখিং ঙাংঙোত চৌংশাং পাংনা চেনখরে । কেগে মোইরাং লানমীবু অশিনি হাইবা মশক থংবা ঙমদনা শিখরে, খোংলমদা চংলকপা হিরমদা খোংদারকপা মীশিং শিংথফম থংনদে মৈতৈ লানমীশু পাশি শিনরে ইরাং পাক্তরুখরে মীশানা পানকেম্নরক্রবদা মৈতৈ লানমীনা লান্দা হৈবা থৌবা অশুম অশুম হেক্তিহুন মোইরাং লানমী তাকশিল্লক্লে মোইরা তোঙ্গাল কায়দুন চল্লরে । মথুক্তা পায়ব খুৎলাই থাদোক্লরে খুৎলাই থারবদা মৈতৈ লানমীশু তেনকাপ্পা তোক্লে অরাংথাই হুনবা লোয়ে, কেগে মোইরাং লানমী লৈহৌবা মথৌ তরু ফারে ॥ মচিংবা লানমী কেগে নাওথমতোন, তোনমু নাওপোম্ব অঙোম নাওথিংবা, থোইরেন কাবু থম্বা, মথৌতোনাবা, খাম্বা লৈশং, শরো শাবা লানমী ৫০ ফাহুনা অরা শঙদা থয়ে. কেগে মোইরাং পিব ও রে অরা অনাবু মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌনা থোয়েং থোপুনহল্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২২৯ নোংদালাই কুমশিং ১১২২ গী চহীদা কেগে মোইরাঙ্গী পিবাবু লৈতাক্লবদা কেগে মোইরাঙ্গী কংলৈ থোকাবা হোঙাংঙে হৈরগী কংলৈ থোকাবা করি করিগুম্বদা থম্বা পোইবী অনিনা শিখিবগী থৌরম্ব পাউশানহুনা ঙাঙলক্লবা—"ইনাওশা থম্বা হাইবা অসিবু শিনবা হাইহুন মথন মথন শিনবদি শিরক্কেদে, ঐগী ঐগা জুমিং অহুনা থুংলবদা লেংবা য়াবা নত্তমাল্লেদো থম্বা পোইবী অনি অহুক জুংশি খোইজংনা হৌমিন লৈমিন্নখিবা অহুবু থোইবীনা থম্বা মশামক্কী মখুংগু মপা পুরেম্বনা পায়রমবা টাবু পায়হুনা লংবদা পান্দুনা শিমিন্নখিব। অশিনিদো নোংমদি শোইদনা শিগদবা ঙাক্তনিদো পোক্লবদি শিবা, শিরবদি অমুক পোকপা খোংচৎ অসিদো নখোই ঐখোইশু মীগী লমন তোল্লগা শীংদোকপা ঙমদবগুম তোন্দুনা লৈরিবা ঙাক্তনিদো

লমন অসিদা নোংমগী মন্নুংদা অমুক্তি নিংশিংনদুনা উপোক অসিমগী কন্নি তৌবা হাইবদো তৌগদবনি" হাইনা লৈকুম্নবা মতমদা পাউশন্নদুনা লৈকুম্নববু মৈতৈঙ্ লোইতোংবা পিবানা তাঙন্মি ম্নয়োন্দি থোঙুন কয়াদি তাদনা ॥ মতুদা স্না পুক্কিংদা থৌপু থৌঙম্নখিবা চৎলম অমবু স্না পুক্কিংদা চীংনন্নক্লে ॥ ইস কদাইদগীনে; ঐনা কেগে মোইরাংবু মাং তাক্লবা থৌপুখিবদি চৎলম কাইনা থৌপুরেনা রাখন্ননা স্না পুক্কিংবু অবা রাখন্না নোংলেল্লে ॥ নোংঙান্দুনা কুচু লৈফন্নবদা মৈতৈঙ্না রাহংঙি, কেগে মোইরাং ভাংঙোইদগী কংলৈ থৌকাবা য়াম্বা কম্নাইবা ফৈস্ব ফন্বা য়াম্বশিঙ্গী নফন্নাংদা কংলৈ পিবা ঐবু থৌরম অমতা রাহোম্নগে থংদ্রবদি থংব্রে অতুগা থংনা থংনা থংদে হাইবা পাউশা পাউতমবদা থুপচানা লৈথন্নরবদি ইবুধৌ তাঙরোইলাই পাখংবগী ময়েকপু তাম্লেংনবা ওইনশি ঐশু তাম্লেং তানফংনগে নথোইশু নপুকথোক লুয়াংদগী অশেম পাউশানরবশু তানফংনশি। ঐনা রাহোমগদবা মরমদি "খম্বনা শিখিবশিবু কন্নি কমদৌবদগী শিবনে অসিনি।" কেগে মোইরাংদগী থৌকাবা অহন পুন্সি মুংশাংলবা মোইরাং তোলেনখোমবনা ঐবু লোইবা লাইনিংথৌ অয়োন অয়ান লৈঙমবা খিবিকপু কুনি নোংদম ওইবিদ নমাইবু মিৎনা উবগা নানা তাবগা পরম অনিদো রাহোমজগে। খম্বা থোইবীবু শিরে রাহোমদুনা ননাই ঐশু চম্বা য়াদদুনা কেগে মোইরাং নিংথৌগী তুংইন ওইনা য়াউঙন্মি থোংলেন, চ উবশু লৈকুন্মি. ইমাং থোঙ্গী থোংজিন ময় ইমুং লুখুম কাগী ফম্বাঙ্গী ময় ওইনা খম্বা থোইবী অনিদো থোইবীনা খম্ববু কোন্দুনা লৈরম্মী, থোইবীগী খমোই লকাদা অতুমবা (নীংথম খাঙ) অমবু য়ুংদুনা মখুৎনা চেৎনা পায়দুনা লৈরম্মিদো ইনিংথৌ ॥ খম্বনা লৈবাক্কা লোংনা তাদুনা থোইবীনা চেপ্পুক লুরুক্কা কোন্দুনা খম্বগী মাইথোংলোমদা য়েংবগুম্না অনি অসিদো লৈরম্মি ॥ মনাক্কা টা অমা টাজিন্দা ঈ য়াম্না তৈদুনা ফৈনা তাদুনা লৈয়ে ॥ টা অদুবু য়েংনবদা অঙমবা থোংলেন্না হাইয়ে, ট অসিদো ঐনা পিখিবনি মপা পুরেম্বনা শুবমবা টানিদনা হাইদো ॥ চাইবা থোংলেন অঙমব অনিনা কোয়না য়েংবদা থোংথক থোংবাগী মন্নুং মপান্দা ঈবু নিংথি চংথোম্না তৈরন্মিদো ॥ মাশিদি মরম কন্নিনে কদাইদগী চোংবনে লৈথিনবদা য়েংকাইদা য়েংবদা ঈ থরশু তৈরন্মিদো। থোংফম অনিশু তারন্মি লৈনাদা নেৎলুরগা অকংবদা ফমবগুম্না মবাই কোংয়ামবনা পাদম্ন য়েংবদা খম্বগী থোঙ্গ মরাক ময়' মান্নে হাইদো লাইনিংথৌ ॥ অঙমবা অনিনা ভাংনৈয়ে অসিদি ইচানা, ইমান থৌবনা শাগ্রেম লাংতেম্নবদা ইমোম্ন তাঙমবদা তায়োম্না থোক্নুনা থোইশাঙনদুনা লংবদা থোক-ঙমবা থৌরম ওইবা তাই, কেগে মোইরাংদা রাহোম রাখোক্লিংঙাই লৈঙমদে। ইতাও নংশু ঐশু ইখো থৌরোইরবনি কোবো অসিদগী থংনরশি ভাংনরগা অঙমবা অনিনা ময়ুম পুমবা লৈহল্লো লৈবাক রাখোক লৈঙমদে কংলা রায়েন থৌপুরোই মথৌ মঙমবু থৌরোইশল্লো নোংদমদুনা

হনখিবন, হনখরে অরৈবনা লৈচন্নবা তৌভয়ে । ননাইশু কেগে মোইরাং নিংথৌগী তুংইনলোই ওইদুনা হনভয়ে মশি মখৈদি ননাইনা তাজবা উজবনি অতে থোইনদি খংজবা লৈজদে ইনিংথৌ লংজখিবা খিবিকপু কুবিও । কেগে অঙমবা মরম অদুবু ঐনা তানিং খংনিংদুনা রাহোমবনি নফমলাংদ, ফনবাল্লো নপুক রারৌনগম্ব অঙমবা নঙ্গী নোংদম পাউশাদগী ইথৌ ইঙমশু লৈখংনা তৌঙমগদবশু শিঙ্গাকলীরয়ে । ঐনা রাখন খেনবনা খোইশাংবনা মাংওইনদুনা পাগী পুগী চৎলম্বু লৈখা তানবা খোঙম থৌপুনখরে ভসিগী ফমবৈ অসিদি পাউশা লৈফম অসিদা তোক্লশি লৈকুম্নবা তৌঙয়সে নোংদমদুনা খাঙ্গম্মরে ।।

অরা শঙদা লৈবা কেগে মোইরাং লান্দা থৌবা পুমবা স্নায়াথং নোংদমদুনা রায়েনশঙদা পুখোক্লুন, রাহংবদা থৌয়ারে কেগে মোইরাং পিবানা নমথেক নমজানবা চৎলম রায়েন থৌপুবদা কংলৈ পিবাদা রাহোম রাকৎপনি হাইনা মালেম পায়না রাশক্লে । কেগে মোইরাংন রাশকপদা পায়বা লৈবাকপু (য়াইথুলি মেন্দ,) পৈদুনা থমবা হৌরে ।। লৈফম্বু লন্দ গোমদুনা ফারকপা কেগে মোইরাংন রাশক লৈপায় লৈশমবা লৈফম্নি হাইদুনা মেনফম্বু (মোইরাংথোম) হায়না মিংথন তয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০ নোংদালাই কুমশিং ১১২২গী চহৌ থাজ শজিভুগী ১৫নি পানবা নোংকোরো শাগোলশেনগী অধুক্তা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপুবী শংখুলেমবী রাঙ্গোন শঙ্গমদুনা ন্নুমিংনা য়ুংথক থানবগী কোলুপ্তা মচা ইবুংঙো অমমুক তানফংদুনা মমিংবু (শবাকপা) মিংতম্না ইপান পুরুম থোনিরে ।।

মতম অসিদা মোইরাং চিংখুবন স্না কংলাদা চেনশিল্লকুন মৈতৈন্ড় লাইনিংথৌ লোইতোংবগী মফমদা লৈচংলক্লুন পুরুম থৌনিন রাহোমজে । মৈতৈঙন নোংদম্মি লাইজিং তেলহৈবা নংবু ঐদি য়েংখিবা তোদে 'ঐনা কেগে মোইরাংদা লান্দবদি (চৎলম লুতিন লাইরকচনবু কাইবগী) শাওবতনি, কেগে মোইরাংদা লৈতরবশু কংলেদা ননি তম্ন লৈঙম্ন অহনশু ওইরবা নখোইগী রায়েন থোদ নিংথিবা অচান মীরাই নাইদবা, ইচা মচা, য়েংলৈ, মেলৈ থায়দবা চৎলম লুতিন লাইরকচনবু লেখি লৈয়েংনা খোঙম থৌপুনঙমবা ঐগী মীগী থিদনা লৈবাক্কী য়াইফনববু খোঙম থোপু হৈশিংবা চৎলথু ঐগী তমজনকম ওইজগে কংলৈ অসিদা লৈঙম্ন ঐবু তাথিবা তৌগন্ন নোংদয়ে । স্ন য়াখং তাবদা চিংথু লাইজিং তেলহৈবা ইকাই ন্নুংশি য়াম্নদুনা রা অমুক মখা তানা রাহোমজবা ঙমদুনা স্না নাক্তা স্না খোগন ওইনা লৈভয়ে ।। মৈতৈঙনা রাথল্লি— থম্বা পোইবীনা শিবশি মরনাই শিজবা ওইভয়ে, খম্বনা মীতোপ শাদুনা অহিংদা শাগ্রেম পাউশানবদা

রাশক্কী মথা পোম্না চৎলিবী থোইবীনা তাবদা অকি তুজংবা য়াওঙমবদগী শিমিন্নখিবগী খুদম্নি ছাইনা লৈবাক অথং অহৈনা লেপ্লদুনা রায়েন থৌপুনখিবা থোরম্বু ঐনা লান্দাদুনা কেগে মোইরাংবু মাঙহনবা অসি কংলৈ পিবা ঐগী চৎলম লিচুমদবনি । কেগে মোইরাংদা পিবা লম্বুবা নিংথৌ লৈথম্লমদবা য়াদে রাখল্লকুনা ফমদৌ কয়া থাদুনা উরা কোংয়াংববু চাংবুরোই ওম্বুরোই কোয়না থিহনববু থিবা ফংদে, চৌংখুবদা রাহংবদগু লাক্লেন মাংওইনবা মুমিৎ অ৬দগী কাইনখিবদগী লৈখিবব্ব লৈথংলক্রুবনি স্না নাক্কা চংজদুনা লৈঙমজরিবনি য়ামবনা লৈরিঙৈদা চৌংখুবা ননাইবু নাওকোমবিরম্মি য়ামববু লৈখিবা তানফংলক্কদুনা চৌংখুববু নাওকোনবিনবা লৈঙমখিদবদগী স্না নাক্কা চংজরক্কুনা স্না নোংদম্না নাওকেন লৈথমবীদুনা স্না থৌগনবু তানফংজরি ননাইদি রাহোম্লে ।। চৌংখুবগী রাহোম রাবু তারগা উরা কোংয়াংবগী চাদ-নাওদারমদবগা মৈতৈঙুনা রাখনবদা কংলৈ পিবা ঐনা রাখংদবদগী কেগে মোইরাংবু তাকহল্লবা অসিদে। পিবা নিংথৌ তাক্কনবা শেমগত্তুনা লৈথম্লমদবা য়াদে হায়দুনা চৌংখুবদা কেগে মোইরাংবু শিন্নবিরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৩৪ নোংদালাই কুমশিং ১১২৬ কী চহৌদা ( মৈতৈঙু লাইনিংথৌ লোইতোংবনা ) হৌ কংলৈদা লৈবা কেগে ফম্নাইবা মথৈবু চৌংখু লাইজিং তেলহৈবদা লৈশিন্নদুনা পীবিরে ।। স্না নোংদম্বু থোয়ানা চৌংখুবা কেগে মোইরাং লৈঙম্লম্বা পুম্বগা কংলৈদগী লোইনরক্কুনা ময়ুম মোইরাংদা লাক্কুনা নৌহৌননা শেমগত্তুনা কেগে মোইরাঙ্গী পিবা লুচিংবা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনব লম্বুবা নিংথৌ তানফংজনা পানবা হৌজরে ।।

মৈতৈঙু লাইনিংথৌ লোইতোংবা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লৈবাক লুচিং পিবান, মতম পুম্বদা অরা অনং তানফংবা লৈবা খিবিকপু লৈতনবা থৌথিনা মতম পুম্বদা থোরম খুদিংবু থৌপুবদা নোংদম শঙলেন মপুগী ময়াথং থোদা পরম্বু থৌপুন। চৌংবুরোই ওম্বুরোই লৈকোয়না চৌঙ লাইফম খুদিংদা কোয়না চত্তুনা খুঙ্গাও লৈচাওন। লৈবাক মরা লৈতপ্পা লৈপাম্নবা লৈবাক পুক্রিং লৈত্তিন ফম্বাল্লাংমিন্ননা পাননা ইরাং থৌনিবু লৈখিনা লাইথোং খুদিংদা ( মৈফু মৈলিং লৈলম্না ) অতাই ইরাং থৌনি থাগোম্নদুনা লৈবাক্কী তাম্থেং কোঙ্গাইবু লৈঙাক লৈকম্না রায়েন লিচুম থৌথিনা ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ থায়দনা অচান মীরাই নাইদনা লৈবাক্কী মপী মপা ওইদুনা য়েক্কবা লৈচং খোংদবা ঙমদনা ফম্বান কুমজা ২৮, পুন্সিনা কুমজা ৬৮ লৈপাল্লবদা মচা ইবুংঙো ( অহন অতোনয়োইরেনবদা ) লৈশিন্নদুনা হৌ কংলৈ পুংমাইরোন লম্মহনবা স্না ফম্বান লৈশংবগী মথৌবু পুহনবিদুনা মখৌ মঙম্বু তৌহল্লয়ে ।।

# মৈতৈঙ্ লোইতোংবগী মাওদানা য়ুমদানবা ঃ

লোইতোংবম,

মৈতৈঙ্ লোইতোংবগী মচা ইবুংঙো শারাকপনা পুখ্রম্বম চন্থ লাইবীবু লুজিন লৈরো লৈম্বা-বিছুনা মচা ইবুংঙো য়োইখোংঙাই লোইয়াম্বগা, শেরান, চানানে, কোকপনে, পাংক্রানে মচা ইবুংঙো ৫ পোকুনা য়ুমদাইয়ে ।.

১ য়োইখোংঙাই লোইয়ম্বনা ( লোইতোংবম ) য়ুমদারে । মাগী ঈনা লোইতোংবম ঙাংবা লাক্কে ।। লোইতোংবম মেনবা অঙোম য়ুমদা লৈবা ( অংথা তাবা ) অমুবগী য়ুম্নি । ( ফুম্নো তাবা ) লোইতোংবম খোমদোন লাক্কে । ( খিল্লৈ তাবা ) লোইতোংবম মিংলাও লাক্কে ।।

২ মনাও শেরাগী ঈদি ( শিংজমৈ তাবা ) লোইতোংবন চৗংশম্বা ময়ুম্নি ।।

৩ মনাও চানাগী ঈনা লোইতোংবম গোবিন্দ্রাম ।। মাগী ঈনা ( রাংখৈ লৈকাই তাবা ) উখারুবম শুদামগী য়ুম্নি ।। লোইতোংবম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। তাম্রাথকনা য়ুম ঙাক্লি ।।

৪ মনাও কোকপগী ঈনা রাংমুদগী লোইতোংবম তোংশাঙরেংবগী য়ুম্নি ।।

৫ মনাও অতোনবা পাংক্রাগী ঈনা ( খিয়ামপোং খুন তাবা ) উশাবগী য়ুম্নি ।। (নচৌদা হিদাক ফানবদা লৈবা ) খৌচাওগী য়ুম্নি ।। লোকপাগী খাইখিবা ( নহারুপ্পা লৈবা ) তরনেশ্বরগী য়ুম্নি ।।

খোজোমগী খায়বা ( তিয়াংখাং তাবা ) ধন্মশিঙ্গী য়ুম্নি । লোইতোংবম নাচৌ লাক্কে ।। ( কোইজিং তাবা লোইতোংবম ) কামাদেবা লাক্কে ।। ( হৈয়েন্দগী লোইতোংবম ) ইথা লাক্কে ।।

---

## ২২ নং কংলৈ পিবা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ অতোন য়োইরেম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৫০ নোংদালাই কুমশিং ১১৪২ গী শজিভুগী থাজ ১২ নি পানবা নোংকোরো য়ুমশাকৈশাগী অয়ুক য়ুংথক থাজমদাইদা ময়ুম পিবা মোইরাং নিংথৌ চৗংথুবা লম্বুবা ।। খুমন পিবা লম্বুবা নিংথৌ থিংকোন লাম্বুবা ।। অঙোম পিবা লম্বুবা নিংথৌ মরিং ঙম্বা ।।

লৈকাই ৪ গী লুচিংব, লাকপা ৪ গনা ইরু মাইতাবগী ইহৈ থৌগল্লহুনা ইরু মাইতানঙ্গ্নে ।। অশাই অশম ফমথৌ পুস্থনা স্না থৌগল্লাং, অশৈ থোংফাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংনা ইরাং থৌনি থাগোল্লা, য়োইরেন খাবী লেংনা ভিল্ল, থৌখল্লা নোংদম মরু নমপোনবা ।। কাইবিরোন মরু মাক্লংবা । মরু অনিনা চেকশিল্লা ফম্বাল মেন্দোং লৈফম্ববু চেপ্তু হাইদনবা পুরুম থাগোন পরম্বু লৈরাক্তনা লৈপাই থাগোল্লহুনা লৈবাক নোংথৌ ভুবগী উয়ুং থক্তা য়েংক ওইগা ফমহুনা লৈবাক্কী লুচিংব, পিবা হাপ্লে ।। স্না ফম্বাল মিংলোনবু ( লাইনিংথৌ ৱায়েন শোইফদব মৈতৈঙ কংলৈ ফম্বাল লৈকম্বা লৈবাক লুচিং পিবারেল অতোন য়োইরেম্বা ) লৈতল্লে ।। ওইথম ফম্বাল থৌগল লাংজবীবু ( মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈমরেল লিক্লাং য়োইখোম্বী ) লৈতল্লা লৈকং লৈরাংনহুনা মেন্দোং ফম্বাল লাংদগী থেমথোক্লা মরু অনিনা লৌশরক্তনা ( কুচু শঙলেন্দা ) স্না ফম্বাল লাংনা পোখারে । পানা ৬ কী লুচিংবা ৬, লৈকাই ৪ গী লাকপা ৪ মনাও ইবুংঙো ( হেমতোন ইরাম্বাবা ) লৈঙাক লৈপুবা, লৈঙাক লৈকল্লোন শঙলেন পুবা হুইয়েন লাংজেং শাকবা — ( সনাপতী ) ফমলেনবু মনাও ইবুংঙো শারাকপদা লৈশিল্লহুনা অশাই অশম ফমদৌ ৬৪ ন স্না থৌগল্লা নুংঙাইনহুনা ফম্বাল থৌরোইদে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৫৭ নোংদালাইগী কুমশিং ১১৭৯ লৈচংবগী মম্লুং মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপুবী লিক্লাং লোইখোম্বী ৱাঙ্গোন শঙ্গুম্নহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফং-ভহুনা ( হৌরেন লাম্বা ) মিংথোম্না ইপান থৌনি থাগোল্লরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৬১ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৩ লৈচংবদা মচা ইবুংঙো অমশু তানফং-ভহুনা মমিং ( হৌরেন খুবা ) লৈতল্লা ঈপান থৌনিরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১১১৫ লৈচংবগী থাম্লুং থামৈদ মনাও ইবুংঙো লৈঙাকপা হেমতোন ইরাম্ববন, কংলৈপুঙ্গী মক্লুংদা অরোনবা লাঙ্গুং অমা হৌরক্তনা নোংদম থরা থিথিবনা মৈতৈঙ অতোন য়োইরেনবা লালহৌ অহুদা নোঙ্গা থোংজম তানফংনরে ।। মৈতৈঙ ৱায়েন শোইফদবা ফম্বাল কুমজা ১২ থাজনবা কুমজা ১৩ লৈপালনরম্মি ।। কালেন থাজ পান-থংলকপদা মনাও ইবুংঙো হেমতোন ইরাম্বনা থৌপুরে ।। মতম অসিদা মরু অনিবু মাংথরে । শঙলেন্দা মরু অনিবু লৈহোংনা মফম থংদনা লৈরম্মে ওক্লে ।।

# মৈতৈঙু অতোন য়োইরেম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

অতোম,

মৈতৈঙু লাইনিংথৌ অতোন য়োইরেনবগী মচা ইবুংঙো। অহন তৌরেন লাম্বদি লাই ওইথি নাওদা য়ুম্লিংনঙমদে ।। মচা ইবুংঙো অতোনবা তৌরেন খুবনা খুমম্মেম চত্নু লৈমা রাংলৈমবু লুত্তিন লৈরৌহুনা মচা ইবুংঙো অতোমচাম্বা পোক্লুনা মাগী ঈনা ( মঙাং অতোম ; য়ুমদাবা হাইনা লৈরে ।। ( অতোম শঙ্গাই পাম্বা ) । শঙ্গাই পাম্বগী ঈবা ( রাইশেন তাবা ) অতোম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং ( খোংমন তাবা ) নারসিংনা য়ুম ভাক্লি । ( রাইশেন মপান তাবা ) অতোম মুদ্রানন্দগী য়ুম্মি ।

# ২৩ নং মৈতৈঙু হেমতোন ইরাম্বুবগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৯২৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১১৫২ গী কালেন পাজদগী থৌহৌনা মৈতৈঙু হেমতোন ইরাম্বুবন হৌ কংলৈ লম্মুহনবা লৈবাকী কংলা স্না খম্বাদবু লৈশংবগী থৌপু থৌহৌরে মদাইরেন ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন লিনঙুরোন খুরোই ঙম্বীগা লোইনচনা । স্না থৌগম্মা ময়ুম লম্বুব, অতোম নিংথৌ অঙৌপাম্বা ময়াম ভাংখুল ঙম্ব ।। খুমন এলুপ্পমগী লম্বুবা নিংথৌ থাংজোল হনবা ।। মোইরাং এলুপ্পমগী লম্বুবা নিংথৌ লাইজু পুন্সিবা ।। লৈকাই লাকপা খাই লাকপা নোংমাই তোনাবা ।। খুরাই লাকপা রাইথোম লমহিং ।। রাংখৈ লাকপা থোকচাও থৈবোং ।। য়াইস্কুল্লাকপা ইরোইবা লমজাও ।। অঙম্বা ৭ না ইরু মাইতাবগী ইশেং ইতৈহুনা অরোন লৈশিন শাথোক লৈকম্বা নোংচুপ মরু অশিবা থেংগ্রাইব ।। নোংপোক চিংথৈ মরু নোংমা ইহনবা ।। অনিন, ফম্বানগী থৌরম্বু য়াইফনবা কাইবিরোন মরুগী খুবম্বু থেংগ্রাইবনা থৌপুরে ।। নোংদম শঙলেন মরুমা নোংমাইহনবনা থৌপুরে ।। পরম থৌরম্বু লৈরাক্তুনা তিনশোল লাইশোল্লকপবু তাবা উবদ, মীপুম খুদিংমা অকি তুজুং তাম্বেংনৈ, নোংদম থৌদাবু থৌপুনা লৈপাক হৌনা লৈঙল্লে ।। ফম্বাল মিংলেনবু ( লাইনিংথৌ ইরানথবা মৈতৈঙু ইতমঙানবা ) লৈঙন তম্লে ।। ওইথম ফম্বাল্লাংবীবু ( মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈকম্বী লিনঙুরোন খুরোই ঙম্বী ) লৈঙন লৈরাংনা স্না খম্বান্দগী থেমথোক্লুনা য়ায়েন থৌকাও শংলেন কুচু শঙলেন্দা মীতিন ফম্বানব বাংহৌরে ।

নোংদম মরু নোংমাইহনবনা মৈতৈঙু লৈবাক অসিবু চৎলম লুত্তিন পৌকাইনহনা লৈবাক ইরাং হৌদুনা ইমু নাইমু তানদুনা ইপা উচা শাগে ভাইবু য়েংখি খুদুম চিংনবা থোদোকপু লাক্ল-পৌরিদা মশিবু লাইনিংথৌ । মরু কমদৌনবু লাকদোবা লৈথিংববু ভয়োইদরা ? লাইনিংথৌ মরমদি লাইনিংথৌনা চৎলম কাইখিবনা থোক্লভম্বনি খিংবদি ভম্লয়োই থৌভম্মবদি থৌপুবা য়াগনি ।। মরু থৌরম অদুদি থৌভম্মব মরুনা ভৌবিয়ে. মরম্মা করি লাঙ্গদবা ? লাইনিংথৌ চিংঙু লাই-পোং থুদিংদা শাম্বী ইরাং লৈহন্না ( লাইলেমা লাইনিংথৌবু ) ইরাং থৌনিনা নোংদম ইপা ইপুরেন তেংবাননগী মপুরেন থোইথুম ও বু লাংকদবনি ) মৈদি মৈকম অন্নম্মা চৎকনি, চেং-লৈ, তিংথৌ, শনগী মথোম, মথোম অদুদগী লৌবা থাউ য়াউগনিদো, লাইলৈম্মগী লৈহন্ন: চেং অভাভবনা ভনগনি, লাইমিংথোইবু লাংপনা অভোবা চেংনা লৈহনগদবনি লাইনিংথৌ ।। মরুগী থৌদাবু পৌপুনা পরম পুম্নবু রাত্তনা থৌরাংদুনা লাংবন থাজগী নোংমা পানবা নোংকোবৌ লৈবাকপোকপগী য়াচংবদ পৌপুনবা পোংলম্ব থৌরাং থৌরোইনহুনা ( মৈফুবু মালেম অক্কম্বদা শেমদুনা ) থাজ ভুম্মি পামবা নোংকোরৌ শাগেলশেন মুমিংকী নোংভান কোলুপ ও মগী মরু অনিনা লৈকমহুনা লৈবাক্কী য়ইফ পৌবি থাগোন্না ( ইমা লৈমরেল লাইম্মা লাইখুলেম্বীগী ) মশাইকোনগী থেলোংদা খ্বাই লৈবাক হৌনা থৌয়েং ফম্বান্না ইরাং লৈহন থৌহৌদুনা মতুংদা থোইয়ুম লাইথোং শিল্লা কোইনা থাজ থবান থৌয়েংনা মৈগী মৈফু শেমদুনা লৈবাক মুংভাই য়াইফনবা থেনি থাগোন লৈপারে । মরু অনিনা হাই, লাইনিংথৌ থোক্লবদি য়াভম্নরোই থৌরমদি থৌভমজনি ব্রাথোক ইহৌ অসিবু হাক্লা মুংশাং লৈরাভবগুম উভম্মি ইপুক তপ্পা লৈবিনিদো পাউত্তাক নোংদম্ম: লৈথয়ে ।।

লাংবচক্লী কুমশিং ২০৬৪ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৬ কী চৈথা চৈহৌবা মতমদা থুমন লমবুবা নিংথৌ খিঙ্গোন লাম্বনবা ( হৌ খুরোই হৌ লাল্লোই ) অনিনা কোনবা লমগী কংলৈ পুংদা পৌকা থৌপুম্বরু থৌকা থোংলমবু লৈখিংদুনা ময়ুম থুমন পুংদা থৌকা থৌপুনহল্লে ।। পাগী পুগী লুত্তিন চৎলমবু থৌকাই থৌপুনবগী মৈতৈঙু মৈতৈঙু কংলৈ পিবা লৈবাক লুচিংবা লাইনিংথৌ ইরাম্বনা কংলৈ ফম্বে ফম্বা অভম্ব: মভা ভরা থাদুনা থোংলম অহুম্মক হায়হনবৰু ময়ুম থুমম পিবানা তান: থংনা থংশিন্নদনা লৈভম্মে ।। ময়ুম থুমন লমবুবগী চৎলম কংলৈবু থৌভইদবা পাগী পুগী হৌনফম থুবম্ব পৌভইদবা উবদা তাখিদুনা কংলৈপুগী লানমীগা লোইনহুনা মৈতৈঙুনা থুমন্দা লান্দাদুনা থুমন থুগাইরে । লান্দা মাইথিবা ফংদুনা ( থুমন খিঙ্গোংলাম্বা — ইকোক লানথবা খিবা ফংদনা চেনখরে ।। থুমন লানইহৰা অভম্বা লুচিংবা ( থুমন থোম চোম্বা ।। থুমন মরিং ।। থুমন মাইমুবগা থুমন পিবাগী মদাইরেন ভানুরোল সংলৈমা হাওয়েন থোংতৌবীগা ) মরিবু ফাদুনা কংলৈদা পুখত্তনা থয়ে । মতুংদা লোত্তনা লৈয়ম্বদগী মাগী তাল্লোইবু ফাবদ

য়াউখ্রবদা অমুক লানমী থরা খোমহুনা অহিংদা কংলৈ খোঙ্গাহুনা লান্দগদবগী খোঙ্গা ইহন ভয়ক্লে । লানকারকপা পাউবু মৈতৈঙ্গু ইরানথবনা তারে, অচ্চা খুমন ভুপংবা মাগী তালোইবু ঔনা ফাবদি মাবু থোরককবা ফাবনি, থোরক্লগা থৌকাও রাবু নিংশিংনগে ত্তৌবনি অহুগা অমুক লানগারকলিবোই মশি লমহেনমল্লে. ইরানথবগী হুইয়েন লাংজেং শাফবা অঙনা পুন্না খুমন পিবা অসি ফংদবা য়াদরে ঙদি চথরম্মগে হাউরম্মগা ( লাঙ্গোই লানশা ) তোংহুনা অহিংহুদা চেনথক্লে ।। খুদক অহুদ শগোল লমশা তোংবা লানমী ১০০== ( চালুপ অম ) সনা থোগনবু তুংইন্না তানথরক্লে । কংলৈগী শগোল লানমীনা অহিংদ খোঙ্গালনবু লৈখংনা লৈকুয়কপা উবদা খুমন লানমী পুন্ন মকম থংদনা কায়হুনা চেন্নথরে । খুমন ইকোক লাপ্তববু ফাগদবগী খুমন কাংবু চাইখাইহুনা থিবদা পুমন ইকোক লাম্বববু থিবশু ফংদরে খুমন পুংশু খুস্তাক্লে খুমন পিবা লথুবশু তাক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৬৫ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৭ কী শক্তিছু থাদা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ ইরাম্ববগী মফমদা অঙোম চন্দ্র লৈমা ( হেমশুভঙ্গীবু ) লৈকংলহুনা মৈতৈঙ্গুনা লৈরৌ লৈয়াহুনা ( লৈমা অপাম ফয়েন লুচিংবী ) তাক্লে ।

কুম অসিদা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমখোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লিনশুরোন খুরোইঙম্বীবু রাঙ্গোন শঙ্গমহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে. মিংশোনবু ( খুরোম্বা ) লৈতন ভমহুনা ঈপান থৌনি ইরাং থাগোল্লে ।

মতু' লাংবচকী কুমশিং ৪২৬৮ নোংদালাই কুমশিং ১১৬০ গী ইঙেম থাজগী নিংমাং তুন্নি পানবা শগোলশেন ন্নমিংকী নোংডাল কোলুপ লৈচংলকপদা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমখোল ৭ লৈফম্বী খুরোই ঙম্বীবু রাঙ্গোন শঙ্গমহুনা মচা ইবুংঙো অমশু তানকংনহুনা মমিংবু গুরানথবা মিংহুন্না ঈপান থৌনি থাগোন ইরাং লৈহুল্লে ।

কুম অসিদ লৈমরেল অপান লৈফম্বী অঙোম চন্দ্র লৈম হেমশুভম্বী মচা ইবুংঙো অমা পোক্তুনা মমিংবু ( চক্রাই হোংখুম্ব ) মিংহুন ভম্না ঈপান থৌনি থাগোল্লে । লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৭১ নোংদালাই কুমশিং ১১৬৩ দা লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈফম্বী লিনশুরোন খুরোই ঙম্বী মচা ইবুংঙো অমশু তানফংহুনা ( পোংনাওতাব ) মিংহুন্না ঈপান পুরুম থাগোল্লে ।।

মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৭৪ নোংদালাই কুমশিং ১১৬৬ কী ফাইরেনগী ৫ নি পানবদা লৈমরেল ফয়েন ৭ লৈপু লৈফম্বী খুরোই ঙম্বী মচা ইবুংঙো অমশু তানফংলে মমিংনা ( মনসা নহ মুংয়াং চাওব ) মিংহুন্না ঈপান থৌনি ইরাংলে ।

মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ হেমতোন ইরানথবা মচা ইবুংঙোশিঙ্গী মতৌ মওংবু য়েংঙম্না য়েক্কবা কনাবু লৈহন্দনা কম্বাল কুমজা ৩২ লৈপানয়গা নোঙ্গা থোংলম তানথেলহুনা মচা ইবুংঙো য়াইমা

থৌরানথবগী মকমদা খুবমবু লৈশিন্নহুনা কংলৈ কম্বাল লৈশংবগী থৌরমবু শিন্নাক নোংদম্না লৈশিন্নরম্মগা। শজিতু লাকরেন তাইবগী মতুং নোংকোরো হুম্নি পানবদা। নোঙ্গা খোংলম তানফংলে ।। মৈতৈঙুনা লৈপাল্লম্বা থাজনবা কুমজা ৩৩ নি হাইনশু শিংথানৈ পুন্সিনা কুমজা ৬২ নি ।।

---

# মৈতৈঙু হেমতোন ইরাম্ববগী মাওদানা মঙাং য়ুমদাবা ঃ

পাওনম, ওংথাম, ফলরান, ইরুংবম, লুক্রাম, নোংথোনবম, হীরোম

লৈমরেল অপাম্বী অঙোম চনু লৈমা হেমশুঙম্বীনা পোকচবা মচা ইবুংঙো ( চক্লাই হোংথম্বনা ) অথাম চনু পাউশোংঙম্বী পান্নহুনা মচা ইবুংঙো ( মপাও ঙম্বা ) পোক্লে ।। মপাও ঙম্বনা পাওনম য়ুমদারে ।। মপাউ ঙম্বগী ঈনা পাওনম তোমাগী য়ুম্নি ।। তোমাগী ঈনা লাইনিংথৌ লাই ইশিংচাইবগী য়ুমদিন ফুঙ্গা। ( পামান নাদথোং মপান তাবা কাংজবী তাবা কুন্তিশিঙ্গী য়ুম্নি । ) লাইনিংথৌগী থৌগন লৈচংবা পিবা য়ুমদিনবা ওইবনে ।। পাওনম লথমোনগী য়ুম্না লাইনিংথৌ লাই ইশিংচাইবন য়ুমদা ফুঙ্গা লিংদরিঙৈগী পাওনম য়ুম্নে ।। লাক্কে য়ুমদিন কম্বদা ।। থাইখিবা ( হাওকৈ তাবা ) পাওনম ললহানবা লাক্কে ।। নোংপোক লৈরিথোম্বা অনন্দশাই মন্ত্রিগী য়ুমদা লৈবা ( হাওরং ) তাবা পাওনম নেম্বা লাক্কে ।। পাওনম এনরান অহোং লাক্কে ।। য়াইরিবোক্কগী লাইরিক য়েংবম লৈকাই তাবা হনুবা লাক্কে । পাওনম হনুবা য়ুমদগী ( তম্পাক য়ুম তাবা ) পাওনম পুকচাও লাক্কে ।। খংডমদা লৈবা পাওনম ঙাইখোম্বা লাক্কে ।। ( হাওথা তাবা ) পাওনম ওংথাম বলসিঙ্গী য়ুম্নি ।। এরান কোকচাই তাবা তম্পাক য়ুমদা লৈবা দুর্গশিঙ্গী য়ুম্নি ।।

লৈমরেন ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লিনশুরোন খুরোই ঙম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো অহন খুরোম্বনা খোইবম চনু লৈমা শাকাপ লোইখোম্বী পান্নহুনা মচা ইবুংঙো ইরুংবগা, ইবুংঙো লুকাবগা, ইবুংঙো নোংয়িনবগা অহুম পোকএ ।।

১ ইবুংঙো ইরুংবনা ( ইরুংবম ) য়ুমদারে । মাগী ঈনা ইরুংবম পাংঙন । মাগী ঈনা ( চীংঙা মথা তাবা ) ইরুংবম গুনচন্দ্রগী য়ুম্নি, ইরুংবম শেখোরসিং ।। তাওকৈ তাবা ইরুংবম অচৌ লাক্কে ।। অহল্লি নাই ওইরি ।। ইরুংবম নোরো লাক্কে ।।

২ ইবুংঙো লুকাবনা য়াংগোনজম চনু লৈমা লাইবী পান্নহুনা ( লুক্রাম ) য়ুমদারে । মাগী ঈনা লুক্রাম চন্দ্রসিং । মাগী ঈনা কোম্বা তাবা লুক্রাম পিবাদি ওইরাদা লৈখি ।। মথং পালানন্দনা য়ুম ঙাক্লি । ললহাংবু তাবা লুক্রাম পিবশু ওইরাদা চংখি ।। মথংদা মেঘবরননা য়ুম

ভাক্লে ।। মেঘবরনদগী খাইখিবা ( খুরাই ভাবা ) বলাদেবগী যুম্নি । লুক্রাম চন্দ্রো লাক্লে ।। ( লুরাংশংবমদা লৈবা ) লুক্রাম কুমুদশিগী যুম্নি । লুক্রাম পাঙল লাক্লে ।। ভম্পাক যুম ভাবা লৈবাক মচাগী যুমনি ।।

উমানন্দগী খাইবা লুক্রাম তাকুখা ভাবা শতাওগী যুম্নি ।। নম্বুল মপান ভাবা লুক্রাম ধনশিংগী যুম্নি ।। কৈখেন মপান ভাবা লুক্রাম চোরোন লাক্লে ।। শোরারেন শংবা পিবাদি ঐরাদা লৈখি ।। মথং শিংজমৈ ভাবা জুবনা যুম ভাক্লি ।। অহন রুপদি নোক্লি = লাক্লে ।। লুক্রাম ভাংখোম্বা লাক্লে ।। লুক্রাম খোংপোম্বা লাক্লে ।।

৩ মনাও ইবুংঙো নোংথ্নবন চোংথাম চন্থ লৈমা লাইপুংথৌ পান্নহনা ( নোংথোনবম ) যুমদাবা হৌরে ।। মাগী ঈনা নোংথেনবম হাওবমদা লৈখিব চন্দ্রামনি লাক্লে ।। নোংথোনবম তৈতোনগী ঈনা অঙোম লরাই ভাবা ফিশাবা অঙোগী যুম্নি । খুরাই ভাবা নোংথোনবম ফিশাবা অাদোপশিঙ্গী যুম্নি । রাংথৈ লৈকাই ভাবা নোংথোনবম তাগ্রাশিঙ্গী যুম্নি ।। নোং-থোনবম মুরালি লাক্লে ।। অঙোম লরাই ভাবা ফিশাবা নোংথোনবম তাগ্রাশিংগী যুম্নি ।। কোংপান ভাবা নোংথোনবম ফিশাবা বলারামগী যুম্নি । নোংথোনবম ফৌগাক লাক্লে ।। নোং-থোনবম মেঘশ্যাম, নোংথোনবম বলারাম, নোংথোনবম নিমাই লাক্লে । নোংথোনবম পুকচাও লাক্লে । হাওচৌ লাক্লে ।। ( য়াইরিপোক ভাবা ) নোংথোনবম খাইখিব ( হীরেম , নরামগী যুম্নি ।। শগোনবন ভাবা চিংজাওগী যুম্নি ।

---

# ২৪ নং মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ থোরাম্বাবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৯৫ নোংদম্পাই কুমশিং ১১৮৭ কী চহৌদগী মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ থরাম্বাবা লুচিং পিব কংলৈ খুবম লৈশাংবগী থোপু থোংহৈরে ।। মদাইরেন নোংপান চন্থ লৈমা চকপ্রম তৌকাই ঙম্বীবু নোংকোরো ৭ নি মপাম চাকপু চাহন থকহল্পন, লৈঘমহুনা মতুংদা নোংদম মরু নোংমাই হনবগা কাইবিয়োন মরু পেংগাইবগা মরু অনিনা স্না মিংয়েং তাঙগী লৈমা তৌকাই ঙম্বীবু খিকশেং খাশেংহুনা লাইমিং মঙথু পিঙমহুনা মতুংদা মৈতৈঙ্গু লৈবাক লুচিং পিবাগী মফমদা লৈকহুনা মৈতৈঙ্গু লৈবাক লুচিং পিবা থবাম্বাবনা মঙাং যুমদিন লৈরো লৈয়াহুনা মৈতৈ লৈমরেন লৈমাপা ওইথম ফম্বাল থোগল্লে । মতুং থরা লৈরগ কালেন থাজগী নোংকোরো ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক নোংথৌ থাল্লকপগী মতমদা লৈবাক নোংথৌ তুবগী উমুংথক্কা ফম্বান মেনদোং লৈহনপনি পাউজেল্লে ।।

অঙোম পিবা লথুবা নিংথৌ লমফেন ওম্বা ॥ খুমন পিবা লমুবা নিংথৌ কাওফিন লাই-নাওহাবা=কাংচিন লাইনাওজাবা ॥ মোইরাং পিবা লমবুবা নিংথৌ লাইজু পুন্সিবা অহুম্না ইরু মাইতাবগী ইশেং ইহৈজুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু ইকোক ইউ ইতুম্না ইরু মাইতং থৌরোইরে ॥ নোংদম মরু নোংমাইচনবা ॥ কাইবিরোন মরু থেংগ্রাইবা অনিনা লাইরম চংলম লুতিন লাই-রকচনবু লৈরাক্তুনা লৈয়েং লৈথিনা থৌওম থৌপুনজুনা অশৈবা খোংফাং লান্না মতিক মঙমবু শৈশক্না অমাই অমপ লৌশিংনা ইরাং থৌনি থৌপুনা য়োইরেন খাবী লেংনা তিন, মাখংলোই পুম্বা লৈতিন্না, লাকপা ৪ না থৌথল্লাং, পানা ৬ কী অওম্বা লুচিং থৌয়াংবা খাইজশি লুপকী খোংজোম্বা ॥ লুপলেন লুপকী চিরু ওম্বা ॥ থৌজলুপকী নোংয়িনফাবা ॥ কোংজলুপকী কবুই ওম্বা । লুপাখুবা লুপকী ভাংখুন ওম্বা ॥ চিংঙেন চিংচা লুপকী চরাংফাবা ॥ ফমদো ৬৪ না স্না থৌগন লাংনা ফম্বাল লৈহুন লৈরাংনা স্না মিংলেনবু মৈতৈগু লাইনিংথৌ থৌরানথাবা লৈবাক লুচিং শিবারেন কালৈ ফম্বাল লৈশংবা মিংচন্না লৈবাকী লুচিংববু লৈশিন্নরে ॥ ওইথম ফম্বাল লাংবীবু (লৈবাক্কী মমা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈমরেন তোকাই ওম্বী) মিংহুন্না লৈহাপ্লে ॥ মতুংদা ফম্বান্দগী থেমথোক্তুনা খ্বাংশেং খ্বাংলি লাইখনজাবা খ্বাংশেংপু অমেংশঙদা) হোংদোক্লগা নিংথৌ ফিরোন খ্বাংশেং নমথাং কোনথাং ওরিং শাইচোনবা কোকথোন তোলোক লৈতেংনা (কুচু শঙলেন্দা) লেংশন্দুনা লৈবাক মীয়ামগা মুংভাইনৈ ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৯২৯৬ নোংদালাই কুমশিং ১১৮৮, কুম অশিদা চৌংশোল হাওনা লোইপোং কারক্তুনা লোইপোং থেবা লেংবদা রাওই থৌওইদনা শাগ্রেম লানগ্রেমনরক্তুনা লানশোক্লরে ॥ লানশু ওয়ে ময়ুম মৈ থাদুনা তাল্লে । চৌংশোল (লৈমুয়াংতকপবু) কাহুনা অরাশওদা থয়ে ॥ মৈতৈগী চংলম লুতিন (চৌং-তম) অনিনা থৌপু থৌরম লাইরমলেনগী থৌপুনদুনা চৌং-তম পুকচেন খোইজেন লেতিন্না লৈপান্নবা তাহন থংহল্লি, অকাওবা লৈববু থৌকাওদনবা লৈপানমিন্নরকপা চৌংবুরোই তম্বুরোই কোয়না চত্তুনা থৌকাওদনা চৌং তম পুকচেন খোইজেন লৈতিন্না লৈপান্নবা তাহন থংহল্লি, অকোয়বদা লৈববু থৌকাওদনবা শিঙ্গাক নোংদম্না লৈপানমিন্নে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৯৮ নোংদালাই কুমশিং ১১৯০ গী ইঙা থাজা ২১ নি পানবা নোংকোরো থাংওগী অহিংদা রাঙ্গোন শঙ্গুম্নহুনা নোংভাল্লমদাই কোলুপ্তা মৈতৈ লৈমরেন তোকাইওম্বী মচা ইবেম্মা অমা তানফংলে ॥ মমিংবু চিংথৈলাম্বী মিংহুম্না ঈপান থৌনি থাগোয়রে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৩ নোংদালাই কুমশিং ১১৯৫ কুম অশিদা মৈতৈ লৈমরেন রাংপোন শঙ্গুমহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজহুনা ইপান থৌনিবদা মমিংবু চিংথাম্লানথবা থাকোনা ইপান থৌনি থৌরোইরে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৯৩০৭ নোংদালাই কুমশিং ১১৯৯ দা মৈতৈ লৈমরেন তৌকাই ওঙ্খী মচা ইবুংঙো অমশু তানফংজদুনা মঙিংবু শামৈশু মিংথম্লা ঈপান থৌনি খাগোল্লে ।

কুম অসিদা খুমন লথুবা নিংথৌ কচেং লাইনাঙথৌবনা হিরেন খুল্লাওদা লানশিংলুবদা হিরেন খুল্লাওনা লাকচরকুনা খুমন অরাবা তানফংনদুনা হাইজরক্লে । হাইজবা রাবু লৌবিদুনা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ পরানথবনা ফমদো ৬৪ গা অকন অথৌ লানমী ১০০ গা লোইনদুনা লান পাংবা লেংলে । হিরেন খুল্লওবু লানতোক্লে; ঐশু লাক্লে তোক্লরে। লানখাম্বদা হিরেন খুল্লাওনা থৌওইদদুনা খৌয়াদে মৈতৈঙ্গুনা তাখিরে ।। ঐনা লৌখায়বমক্তদা য়াদবদি ঐহোন্দশু লানশিংলবরা শাওদুনা কল্লা লানশোক্লরে । তাইহাক লৈরগা হিরেন খুল্লাওনা লানকাইদুনা চেল্লে. হিরেন খুল্লাওগী লমহৈনবা লানমীবু ফাদুনা অরা শংদা থমদুনা মতম থরা রারক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৯ নোংদালাই কুমশিং ১২০১ কুম অশিদা ময়ুম খুমনগী পাখম মথৈবু মপূক রারক রাতেম্বা ওয়দবা চংলথু চত্তুনা থকশি খাশি নাইদব রাঙাং থৌপূন, অচৎ-অওক, অঙাং-মুবী অহন লমন্দা পাউশাবু করেম কথাইনদুনা মতম পুম্বদা মখোইগী মীবু উশিং থৌওইদবা ইকাই খুম্নদবা শাজৎনা চংলম ওইনা থৌপুরক্লে । মখোইগী চংলম নাইদবা চংলথু কংলৈ পুংদা থৌপুরে । (খুমন পুনসিবা রাঙয়োন নাওরেমতোম্বা পোকপা নোংয়াই চুইদোম্বা) কৌবনা মাগী মপীচা খরগা লেইননা লাক্লগা মচা হৌবেম্মা চিংথে লাম্ববীবু রাকেম পাউশানা লংনদুনা মচা ইবেম্মদ অকি ভুজংহন্দুনা মতিক মগুম উত্তুনা দরেম্মগয়ে । পাউশা অদুবু মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ পৌরাম্বাবনা তাঙমদুনা ঈস চংলম পাউশা অসিদে মুক্ত অঙাংশিংদি লৈহৌদ রানা পোকওয়েনা ঐ মক্লা লৈরিবা কংলৈ পুংমাইয়োন অসিদা রাঙাং পাউশা অসিগুম্বা রাহৈ অসিবু থৌওয়বা অসিনদি ঐন্দী লমখাংদা চংপা অঙাং কুবীদি য়াম্না খুদোং শিনবা তাইনা ময়ুম খুমনগী পাখমলোইশিংশিদি রারক থোকাওরেনা (পাখং য়াখংলোই মকশু) নত্রবা ভাগ্তনি মখোই অসি রারক থোকাওনবু নীংশিংনবা শিন্নাক হে মবদি লুচুংদা মৈতৈ চংলথু লোখৎনিংঙাই শিন্দমৗং-ঙাই লৈতনা লৈমাংনব তাঙয়ে হাইদুনা মৈতৈঙ্গুনা লমহৈনবা মীবু উশিং থৌওইদবা (খুমন পাখম নোংয়াই চুইদোম্বা । হাওদকোই অরোন লিনম্বা ।। লৈরোং পাম্বা । মান্দংলাই ।। নোংলেন খুবা ।। চাওদংবা মখোই অসিগা লোইননা খুমন পাখং খুমন য়াখংলোই ১৫০ বু ফাদুনা কংলৈপুংদা লৈথমদুনা (রারক থোকাও শিন্নাক শঙলেন্দা) থমদুনা হৌ কংলৈ লম্মহনবগী লৈকাই ৪ গী পাখংলাকপবু কৌথকুনা মীওইবগী চংনলথু তম্বাহন্দুনা (শা-ভাগী) শাজৎ লিচংপু থৌপুনবু থোকাওমহন্নবা তাইবং চংলথু লাইরকচন কাইদনা থৌপু চংলম ওইনবা নোংদম শিন্নাকহন্দুনা শা-গী ভা-গী লিচং চংপবু চত্তনবা চুমথোকহন্দুনা ফাহনা থম্মি ।। মৈতৈঙ্গু লাই-নিংথৌ পরাম্বা (হৌ কংলৈ স্না পুংমাইয়োন হিপু মাইপূবা) লৈবাক চীংনা কোয়না পনশাবগী

মচুং অকোয়রদা লৈঙল্লিবা তাইবং এলুপ শথাই পুম্ববু পাগী পুগী চংলম লুত্তিন লাইরকচনবু নামুং চংলম চত্তনবা লৈফম থুদিংদা কোইনা চত্তনা শিন্তাক নোংদম্না লৈঙবা মশক পুম্বনু অমগা অমগা *মুংশি মুংঙোল খোইজংননা লৈপান খৌপুনবা শিনথা নোংদম্ন লৈথদ্মি ।*

মতম অসিদা নোংদম মরু নোংমাই হনবনা মৈতৈঙগী চংলম্মু উবদা অঙম্ব ফম্বে ফম্বগ মৈতৈঙ লাইনিংথৌগবু কৌশিন্দুনা প্যাউহংনা লৈত্তাকপী । মৈতৈঙ লাইনিংথৌ অঙম্বা ফম্বে ফম্বিরিবা পুম্ব। লৈবাক অসিবু ( হৌলম্মহনবা কংলৈস্না পুংমাইয়োন হিপু য়াইপুব। লৈবাক ) হাইবা অশিগী মঙম লৈফম অসিনা লৈরিবা মফম অশিবু কদাইদ লৈরিবা করি করাদগী মশক্তমবু ওইবনে ? মৈতৈঙনা হাইজৈঞ মরু মিংলেন অনিদি মরুগী পাউত্তাক্কুগী ত্তাজরে লৈবাক অসিগী মশক্তমদি থংজদরি মরুনা অমুক্তং নোংদম্নবিরবদি ।। লাইনিংথৌ হৌ লম্মহনবা কংলৈস্না পুংমাইয়োন হিপু য়াইপুব। লৈবাক অসে ( অশনবা স্না থম্বাল চালুপ নিপান হাইবা ) অহুনি থম্বাল অসিগী ময়াইদা পানবা থম্বালগী লৈরিক ( লিপুন-লাপুন্না ) কোইনা য়োমহুনা লৈরিবা থমচেৎ, থমচেৎ অসিগী মথক্তা তোংহুনা তেংবানবগী মপুরেল শিদবা মরুন লেংদবা ওইন। ফমহুনা লৈরিদে। স্না থৌখনবু নহাক মহাক কৌবগী মশক। থৌখন্না অমনা মথুম ওই অমমা লুবাক ওইনা থৌখন্না ময়াইদা হাপ্তনা থম্লিবনি লাইনিংথৌ । অশনবা থম্বাল লৈনা থুদিংদা চৌংঙ ইবুংঙো ইবেম্মা পুম্বনা মাগী মাগী কাইদোংফম শান্নফম ওইজনা তেংবানবগী মপুগী স্না থৌখনবু ত্তানফংজববু নোংকোরৌ করম্বা মতমদা তাম্বেংবদো ওইগবা লাইনিংনহুনা লৈঙল্লিবা লৈবাকনিদো ।। মরু মহু মথৈদি নোংদম্লে অহুবু অশনবা থম্বাল হাইবা অশিবু হৌ লম্মহনবা অসিন কমদৌনা ওইঙল্লিবা ? লাইনিংথৌ পান্দম্নবদা লৈবাক অসিগী মঙম্না অথোইবা ওইঙমখিবন করিগুম্বা মশক অমদা পান্দম্না অহুক নিংশিংবনি, লৈবাক অসিদি মরু পুন্সনা লৈথুপ লৈথম্নরল্লবা চৌংঙ পুম্বগী থুবম লৈথন লৈথল্লব। চৌংঙ অথোইবা লাইগী লৈবাক্কি মপান শাত্তনা মহৈবু য়ানবা লৈফম্নি হাইহুনা মরুশিংনা পাম্মুজবগ লোইনহুনা ( মপান শাৎনবগীদমক্তা ) লাইয়েক লৈথমদে, লৈথিবনা থংজশন্ন হাইহুনা অমম্বা মশকপু করম ইণ্ডাল্লকপনো লৈথংনবা পৌপুন পুৱ ওইনা য়েক্লম্লে, লৈবাকী মঙমদি লাইয়েক্লা মপান শাৎনব লৈহাপ লৈথম পরখু লেবোক্তনা মুংদা লৈথম্নখ্রে ইপাল্লাংদা লৈথম্বদা তাইবংনা রানবা ওইথরে তাইবং তাংজ লুকপন মপুক লুয়াঙ্গী রাথন্না পিবুকনুংদা লৈথিরগা থংঙমজবা ওইজরে হাইনা অরোনবদা থমথরে, লাইনিংথৌ মৈতৈঙ ( থম্বাল লৈনাগী মশক্তি ) মাইগৈ ৪ শুংদাই ৪ দা পানশারিবা চৌংলোন ৯ অশিবু হাইবনি ।। থম্বালগী মচু অসংবা হাইবদি চৌংবুরোই ত্তমুরোই অকোইবদা শহু য়াঙ্গেন নাগী শীংবীবু হাইবনি ।। থমচেৎ অসিগী ময়াইদা শিদবা মরুনা তেংবানবগী থৌঙম থৌরম থোপু পরম অফবা ফত্তব

লৈবা খিৰিকপু থোয়েং থোয়ান। লৈরিয়ে পরম অশি থোকাওবিন্দুদো মৈতৈঙ্‌ পাউশানা নোং-দম্মিদো ।। মরুগী থৌদাবু থোঙম থোপুনা ফম্বাল কুমজা ৩৫ পাল্লে থাজনবা কুমজা ৩৬ নি হাইয়ে পুন্সিনা কুমজা ৬৩ নি ।।

---

# মৈতৈঙ্‌ থরানথাবগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

ফান্দোম, হেনাম, চীরোম, খোইতোংবম, শাগোকপম

ইবুংঙো শামৈশুনা ফেলেম চন্থু = ( মেলেম চন্থু ) লৈম শেংপী লাইবীবু লুপ্তিন লৈরো লৈয়াহুনা —পামহুনা মচা ইবুংঙো কুনাম্বা লাংগুং পোক পোক্লে ।। কুনাম্বা লাংগুংনা পোক্লা ফান্দোম য়ুমদাবা হৌরে ।। মাগী ঈদ ফান্দোম ভূংগোগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম পিবাদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং বিষ্ণু বলাভনা য়ুম ঙাক্লি ।। ফান্দোম মোইরাং তাবা ধর্ম্মশ্বরগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম থাউ-বিজম তাবা লাইমনাই পানশাগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম চকভানগৈদা লৈবা দেবনন্দগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম কাম্বা লাক্লে । ফান্দোম তেংখন লম্মাংদোং তাবা পিবাদি ঔরাদা লৈখরে । মথং শুবোম্না য়ুম ঙাক্লি ।। ফান্দোম তাংখোংথ লাক্লে । ফান্দোম রাম লাক্লে ।। মোইরাংদগী নৌনা হৌ কাংলৈদা তোঙ্গংলকুনা লৈবা মোইরাং ফান্দোম কম্মইব কঞ্জমালা থুয়োন লাকপগী য়ুম্নি ।। কঞ্জমালাদগী থাইথিবা হেনাম জগশিঙ্গী য়ুম্নি ।।

জগশিংদগী থাইবা চীরোম অর্জুন লাক্লে ।। ভম্পাকয়ুমদা লৈবা চীরোম গোপীরামগী য়ুম্নি ।। চীরোম লখোইবা চৈতন্য লাক্লে । চীরোম খোইমোম তাবা তুলোপসিঙ্গী য়ুম্নি ।। চীরোম চাঙা মথক্তা লৈবা চীরোম ফৈজাওগী য়ুম্নি ।। চীরোম নীরঞ্জন লাক্লে ।। চীরোম ( নীংঙেন তাবা ) রায়াম্ব লাক্লে ।। চীরোম মোলিন্দ্রোসিঙ্গী য়ুম্নি ।। চীরোম রাইখোংতাবা লাই মনাই পালাশিঙ্গী য়ুম্নি ।। চীরোম থাংমৈপন তাবা ধর্ম্মসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

থাইথিবা ( খোইতোংপম ) তাবা স্মারেম্বা ।। মাগী ঈন নহাকপমদা লৈবা হেমাকশিঙ্গী য়ুম্নি ।। খোইদোম থাউপিজমদা লৈবা ক্যাম্বা লাক্লে ।। হাওবম কৈকুংবগীদা লৈবা খোইদোম শকথি লাক্লে ।। খোইদোম ( কৈবি তাবা ) শকথি লাক্লে ।

থাইথিবা পাংশোই তাবা শাংতোকপম পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং ইরাবংনা য়ুম ঙাক্লে । শাংতোকপম চকপ্রম তাবা ইচাও লাক্লে ।

# ২৫ নং মৈতৈঙু লাইনিংথো চিংথালাম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৩১ নোংদালাই কুমশিং ১২২৩ গী ইঙা থানিল নোংকোয়ো নিংথৌকাবগী মুংথিল পোপ্তা ছনগংলকপা মতমদা মৈতৈঙু চিংথালাম্বা কংলৈ মেন ভোংলগনি লৈবাক পাউজেন্দুনা অশাই অশম লৈবাক মীয়াম লৈভিন ফম্বালনরক্লে। মৈতৈঙু চিংথালাম্বগী মফমদা মীতৈ লৈমা খেয়োই-লেন নিংথেম পোকপীবু লৈকংলতুনা মৈতৈঙুনা লুভিন লৈরো লৈয়াতুনা খেয়োইরোল নীংথেম পোকপীবু মৈতৈ লৈমরেল হাপ্লে। মতুংদা এলুপ শথাইগী পিবা লম্বুবা নিংথৌ অহুম্না লুচিংতুনা নিংথৌরেনগী ফম্বাল লৈশিন্নবা থৌঙম থৌপুনরক্লে।। অঙোম পিবা লম্বুবা কোনথোম্বা, মোইরাং পিবা লম্বুবা লাইজু পুন্সিবা, খুমন পিবা লম্বুবা ইকোক লাম্বাবা খ্যাই লাকপা উরিবা খুরাই লাবপা কৈরেন, রাংথে লাবপা চয়োইবা, য়াইথুলি লাবপা ডারিয়ানবা, অঙম্বা ৭ নাইরু মাইথাংবগী ইশেং ইরৈতুনা মকে ক মউ ইতুম্না মৈতৈঙুগা মৈতৈ লৈমরেনগা ইশেং মাইতা থৌরোইতুনা ফম্বাল ফিরোল ফিশেংলে।। নোংদম মরু নোংমাই-তনবা, কাইবিরোন মরু থেংগ্রাইবা অনিনা ফম্বাল লাইরকচনবু নামুং থৌরম্বু থৌপুদনবা থৌঙম থৌপুন, লৈবাক নোংথৌ তুব, স্না ফম্বাল উয়ুংথক্তা ফম্লে।। স্না মিংলেনবু (মৈতৈঙু লাই-নিংথৌ চীংথা লাম্ববা নিংথৌরেন লৈবাক শুবা পিবারেল কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা) লৈহল্লে। ৮ইথম ফম্বাল থোগনবীবু (মৈতৈ লৈমরেল সিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী খুইয়োইরোন নিংথৌপেকপী) লৈহল্লে।

থাইভশি লুপকি থোংজোম্বা, লুপা লুপলেন লুপকী চিরুঙম্বা, পৌজলুপকী নোংয়িনকাবা, কোংজরুপকী কবুই ঙম্বা, লুপা লুপকি তাংথুন ঙম্বা, চিংঙেন চিংজরুপকি চরাং ফাবা, ফমদো ৬৪ লৈহুন লৈরাংনতুনা অশে থোংফাংলাং অমাই অনপ লৌশিংনা মথৌ মঙম্বু থৌপুনা লৈফম্লে।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩২ নোংদালাই কুমশিং ১২২৪ গী পোইনু থাজ ১২ নি পানবা নোং-কোয়ে য়ুমশাকৈশাগী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমরোন খৈয়োইরোনবী রাঙ্গোম শংলেংনতুনা অয়ুক মুংথক খানবা মতমদা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে।। মিংলেনবু পুরাম্বাবা মিংতুন তম্না ইপান থৌনি ইরাং থৌনিরে।।

লাংবচক্কা কুমশিং ৪৩৩৩ নোংদালাই কুমশিং ১২২৫ কুম অসিগী চাহৌদা নোংপোকলমদা কামো নিংথৌ য়োকচাম্বনা ইরাং ভোম্তুনা লৈবাক ইরাং হৌহল্লি।। মৈতৈঙু চীংথা লাম্ববনা শাওতুনা কামো থুন্দা লান্দাতুনা কামো নিংথৌ য়োকচাম্ববু ফাতুনা অরাশঙদা থমতুনা রায়ক থোকাওববু নিংশিংনবা ওইনা লৈথম্মি।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩৫ নোংদালাই কুমশিং ১২২৭ কী হিয়াঙ্গৈ থাজ ১৭ নি পানবা নোংকোয়ে লৈবাকপোকপা মুমিত্তা ইবেম্মা য়াঙ্গোন খোংলেংখদুনা মুংথিল পোপ্পা লৈহুনবা মতমদা মচা ইবুংঙো অমগু ভানফংজদুনা মিংলেনবু (খুমোম্বা ইবুংঙো য়াইমা) মিংহুন তমদুনা ইপান থৌনি ইরাংলে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩৮ নোংদালাই কুমশিং ১২৩৩ গী মেরা থাজ ১৫ নি পানবা নোংকোয়ে নিংথৌকাবগী অয়ুক অঙনবদা মৈতৈ লৈমরেন মচা ইবেম্মা অমা পোকুনা মিংলেনবু লৈমা নাওখোম্বী মিংহুন্দুনা ইপান থৌনি খাগোল্লে ।। মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ চীংথা লম্বুবা য়েক্কবা লৈতনা, ফম্বাল কুমজা ১০ পাল্লি, থাজনবা কুমজা ১১ নি হাইয়ে ।।

## ২৬ নং থিংবাই শেম্পোংবনা লৈঙাকপা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৪২ নোংদালাই কুমশিং ১২৩৪ কুম অসিদ মচা ইবুংঙো পুরাম্বাবা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা মশানৌ ইবুংঙো য়াইমা খুমোম্বা অনিন অঙাং ওইবা নোমম্বা লৈশং থোপুবা মরমবু য়াখল্লবদা মম ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন নিংথেম পেকপীগী অৱাব, য়াখন ওইখিবনা চাবা পোপ্পবা খন্দনা মচাগী য়াখল্লা খন্দুনা অৱাবগী মশকপু পল্লেংনৈ ।। নিংথেম পাকপীগী অৱাবা উবদা (অঙম্বা থিংবাই শেম্পোংবনা) ইবেম্মাগী অৱাববু পোখনবা লৈবাক ঙাকপগী থৌরম্বু তেংবাংদুনা লৈবাক ইরাং ত্তৌহন্দনা লৈঙল্লে ।। কুমজা অহুম শুবা লৈচাক লৈপুবা তেংবাং মতম অসিদা থিংবাই শেম্পোংবগী য়ায়েন থৌদাবু লৈহক্করক্লে, লৈবাক লৈশুপ্পা নমথেক নমজানবা য়াঙাং পাউশা য়ায়েন থোপুনংল্লে ।। মাগী চংলম পাউশা তাবদা মচা ইবুংঙো পুবাম্ব-বনা তাথিরে ।। চংলম য়াঙাং অশি লুতুংদা অকাইব, থকশি খাশি নাইনদবা চংলম থৌলিংদবা ওইদুনা অমগা অমগা মুংশিনদবা পুকচেন খোইজেন লৈতিন্নদবদগী লৈবাক ইরাং তৌনা লৈপানগদবা শাগী লমচংপু অঙম্বশিংনা থোপুনঙম্বা চংলম অশিনা লুতুঙ্গী অমাংবা ওইনবা থোঙম থোপুবা অশিদি চুমদেদা য়াখল্লা অশুম থোয়েংদুনা লৈরম্বদগী থিংবাই শেনখোংবনা নোংমা নোংমগী মাগী য়াঙাংবু নিংথি চংখেন্দবনা হেক্লিনবদগী কুমজ ৫ লৈচংলকপদা তানখোকখ্রে ।।

## ২৭ নং কংলৈ পিবা পুরাম্বাবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৪৭ নোংদালাই কুমশিং ১২৩৯ কুম অসিদা মৈতৈঙ্গু পুরানথাবনা ইবেম্মা য়াওশোম্বী লোইদুনা নিংথৌ ময়ুম ৭ পুবা পিবা ফম্বাল তোংই, মনাও ইবুংঙো খুমোম্ববু

মথংথনবা হাপ্লে ।। মোদম মরু নোংমাইহনবা, কাইখিরোন মরু থেংগ্রাইবা অঙোম নিংথৌ লোইখোম্বা, মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা, খুমন নিংথৌ চরনবনচিংবা ফমদো ৬৪, লৈকাই লাকপা ৪, লুপ্লাকপা ৬ না থৌথম্না লৈথাক নোংথৌ তুবদা ফম্বাল্লে । লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩১১ নোংদালাই কুমশিং ১২৭৩ চংবদা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেল য়াওশোম্বী রাঙ্গোন শঙ্গুমতুনা মচা ইবুংঙো কোয়াম্বা পোক্লে ।। মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৫৫ নোংদালাই কুমশিং ১২৪৭ চংবদা মচা ইবুংঙো অমশু পোক্লে ।। ঈপান থৌনিবদা মমিংবু ( সনারোকপা ) মিংছল্লে ।। মতুংদা মচা ইবেম্মা পুকৈহনবী পোকই চহি ১৬ পাল্লি পুক্নিনা চহি ৩১ নি ।।

## পুরানথাবগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

নামৈরাকপম মচা ইবুংঙো স্নারোক্লা নোংবানলোন চনু লাইবী পান্নতুনা নামোইহনবা পোক্লুনা মাগী মীনা নামৈরাকপম য়ুমদারে । নামৈরাকপম খোঙম লাক্কে ।। শাগোলবন তাবা নামৈরাকপম পিশ দি ঊবাদা লৈখি ।। মথং গোবিন্দোনা য়ুম ঙাক্লি ।।

## ২৮ নং মৈতৈঙু খুমোম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১২৫৫ দা মনাও ইবুংঙো লৈঙাকপা মথংখনবা খুমোম্বনা য়াংলৈঙম্বী পান্নতুনা নিংথৌ ওইরে । অঙোম নিংথৌ লোইখোম্বা, খুমন নিংথৌ চরনবা, মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা, নোংদম মরু নোংমাইহনবা, কাইখিরোম মরু থেংগ্রাইবা, য়াইস্কুল লাকপা, খুরাই লাকপা, রাংখৈ লাকপা, খ্বাইরাকপা, লুপ্লেন লাকপা, নোংমাই, খৌজরুপ লাকপা অকোং, কোংজরুপ লাকপা খুরাই, লুপারুপ লাকপা লৈচোল্লাকপা তালোংখোম্ব, চিংঙে চিংজরুপ লাকপা, খ্বাই খাইজশি লাকপনচিংবা ফমদো ৬৪ না থৌগন্দুনা ময়ুম ৭ কী পিবা হাপ্তুনা পিবা ফম্বাল তোংতুনা শিন্নরে ।। ফম্বাল তোংব কুমদা রাঙোন শঙ্গুমতুনা মৈতৈ লৈমরেল য়াংলৈ ঙম্বী মচা ইবুংঙো মোরাম্বা পোকলে ।। ময়ুম খুমন পিবা লমবুবগী মরমদা ময়ুম খুমন মথৈ থংনতুনা হৌ লাংলোই লম্মংনববু রাথোকপা চহি অনি শুরকপা মতমদা কংলৈ পিবাদা রাকত্তুনা লমগী থৌপু পরম পুম্বা কংলৈ পিবানা থৌপুরগা পিবাদি কায়দনা থম্বী ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৪ নোংদালাই কুমশিং ১২৫৬ কুম অসিদা ঔরাং থাঙ্গান চৌংশাংবু মনিংথৌনা ইরাং চৌরক্লুনা লান শোরক্লুনা থাঙ্গাল নিংথৌ মথুববু ফাহুনা পুরক্লগা রারকই ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৬ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৮ কুম অসিদা মৈতৈ লৈমরেল য়াংলৈঙম্বী বাঙ্গোন শঙ্গমহুনা মচা ইবুংঙো ( তাক্লোংবা ) পোক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৭ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৯ দা কবোনা লান্দারক্লুনা খুমনবু থুগাইরে । খুমন্না পাউদারক্লহুনা মৈতৈঙু খুমোম্বনা অকন অথৌশিঙ্গা লোইননা খুমন পুংদা কুমহুনা কবোগা লান শোক্লে । মৈতৈ লানমীগী মথৌনা উবদা কবো থাংবা ঙমদহুনা কাইহুনা চেন্নরে ।। কবো লানমী স্না চিনবা খোংলুপা, চিন্দাম্বা, পিত্রাইয়ানা, মকেংবা, খুইনাইবা, য়ামতোই অসিনচিংবা কবো ৮০ ফাহুনা পুবক্লগা অরা শংদা থম্মি ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৯ নোংদালাই কুমশিং ১২৬১ কুমসিদা লৈমরেল য়াংলৈ ঙম্বী মচা ইবেম্মা খোংকৈ ঙম্বী পোক্লে । ইবেম্মা অসি নোংমাইথেম পিবা খোকথৈ লানথবন লোই । মৈতৈঙু পিবা ফম্বাল কুমঙ্গা ১০ পাল্লি ।।

---

## খুমোম্বগী নাওদানা য়ুমদাব ঃ

নাগৈমেরাকপম,

মচ ইবুংঙো তাকনোম্বনা লংমাই রারোক চৌং চম্ম লাইবী পাম্নহুনা তৈজাং পাম্ব নামোই ইনব পোক্লুনা নাগৈমেরাকপা য়ুমদারে । মাগী ঔনা নাগৈমেরাকপম বল্লারাম নাইগুইনা লাক্লে । য়ুমঙাকপা ভাংবশু লাক্লে । নাগৈমেরাকপম লাবা লাক্লে ।। রাংথৈ তিনব নাগৈমেরাকপম অকোং লাক্লে । ময়ুং কৈনৌ ভাবা নাগৈমেরাকপম কুঙরামগী য়ুম্মি ।। কুঙবামদগী থাইথিব নাগৈমেরাকপম থাবা লাক্লে ।। তৈরাংখোই ভাবা নাগৈমেরাকপম গোবিন্দো রামগী য়ুম্মি । ইবুংশি হরিচোরন্দগী নাগৈমেরাকপম নরায়োন লাক্লে । শগোলবন ভাবা নাগৈমেরাকপম শীবা ঔরাদা লৈপি । মথং গোবিন্দোনা য়ুম ভাক্লি ।

---

## ২৯ নং মৈতৈঙু মোরাম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৮ নোংদালাই কুমশিং ১২৭০ কুমশিদা মৈতৈঙু মোইরাম্বনা নোংবাল্লোন খুমন খোম্বী লৌহুনা নিংথৌ ওইরে ।। অতোম নিংথৌ মুংশেম্বা, মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা, খুমন নিংথৌ ফমদাবা চয়নবা, লুপলেন লাকপা, থৌজরুপলাকপা, কোংজরুপলাকপা,

লুপালুপলাকপা, চিংডে চিংজরুপ লাকপা, খাইজশিলাকপা ফমদো ৬৪, নোংদম মরু নোংমাইহনবা, কাইবিরোন মরু থেগ্রাইবা অমিনা শিন্দুনা মৈতৈগী কংলৈ পুংমাইয়োনগী পিব ফম্বান তোংদুনা মযুম ৮ পু রায়েন পোপু শিন্নরে । লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৯ নোংদালাই কুমশিং ১২৭১ কুম অশিদা মৈতৈগী মোইরাঙ =মাংজাম্বন ইবেম্মা অপাম্বী উশম চন্দ্র অঙৌবীবু লোই, মতুংদা য়াঙরোইবম চন্দ্র ( হেমা ) লৌদুনা পাম্মে । লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৮৩ নোংদালাই কুমশিং ১২৭২ দা মৈতৈ লৈমরেল থুমন থোম্বী রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা মচা ইবুংঙো ( থাংপী লানথবা ) পোকই ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৮১ নোংদালাই কুমশিং ১২৭৩ দা ইবেম্মা উশম চন্দ্র অঙৌবীনা মচা ইবুংঙো ( লোইচাওবা ) পোক্রে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৮৫ নোংদালাই কুমশিং ১২৭৭ ইবেম্মা অপাম্বীনা য়াঙরোইবম চন্দ্রনা মচা ইবুংঙো ( য়াংলৈঙম্বা ) পোক্রে ।। কুম অশিদা মৈতৈগী মোইরাঙনা নিংথেমন্নুবী থোংজাওবীগী মফমদা তাংখ হাথরুদুনা থ ৪ গী ৮ নাওদাবু ( অনৌবা মুচো মিউতমদবদা = নৌপুনবদা পিখি । মুংনবা হাইবনি ) ।। অতানাঙ্গীদমকপু মৈতৈগী মোইরাঙবু মোংজাম্বা মিংচুন তমখি ।। পিবা ফম্বাল চহি ২৪ পাম্মি

---

# মৈতৈগী মোংজাম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

চইথ্রেম, য়ুম্নাম লৈমপোকপম লৌথ্রাকপম, নাকনবম, মোইরাংলোকপম য়ুমনাম খোমিতোক লান কোনশম, শিংকৈ তাবা য়ুম্নাম, কৈনৌ তাবা য়ুম্নাম

ইবেম্মা উশম চন্দ্র অপাম্বীন পোকপা লোইচা ওথনা রায়েনবম চন্দ্র নংথোই ওম্বী পাম্নদুনা হুইখোংয়াইগা, য়ুমঙৌথঙ লৈনম্বা, নাকনবগা ৪ মক পোক্তুনা হুইখোংয়াইগী ঈনা ( হুইক্রোম ) য়ুমদারে ।। খাগেমপল্লি তাবা হুইক্রোম পিবাগী য়ুম্নি ।। হুইক্রোম বলারামগী ঈনা পোংশংবম থোংদা লৈবা হুইক্রোম ধনঞ্জয়গী য়ুম্নি ।। ধনঞ্জয়দগী খাইবা নোংমৈবুং ও.বা পিবাদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং ব্রজকালানা য়ুম ভাক্লি । হুইক্রোম তাংখোম্বা লাক্লে ।। হুইক্রোম গৌরশিঙ্গী য়ুম্নি ।। মোইরাঙদগী হুইক্রোম ময়াম্বা লাক্লে ।। পানা খাংবা হুইক্রোম শ্যাম কহ্নাই লাক্লে ।। রাংথৈদগী হুইক্রোম তাংলম লাক্লে ।। হুইক্রোম প্রেমচান লাক্লে ।। রাইখোং লৈমনাই ও.বা হুইক্রোম ক্ষুদ্রসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

২ — য়ুমঙৌ থংবনা য়ুম্নাম য়ুমদারে । য়ুম্নাম স্নাখিনবম মোইরাংখাম মখা তাবা নিঙোমশিঙ্গী য়ুম্নি অহন চন্দ্রমনিদি নোম্লি ।।

৩ — মনাও লৈনম্বন লৈমপোকপম য়ুমদারে ।। মহাবলি ঊনিং তাবা লৈমপোকপম পার্থগী য়ুম্নি ।। পার্থদগী থাইখিবা য়াইখোংতাবা শ্যাম ।। শ্যামদগী থাইখিবা লৌক্রোকপম শাগাকহন তাবা মধুমঙ্গোলগী য়ুম্নি ।।

৪ — মনাও নাকনবনা নাকনবম য়ুমদারে ।। চিঙ্গোন নিংথৌ শংবা নকনবম উদ্ধোপসিঙ্গী য়ুম্নি ।। উদ্ধোপ্পুগী থাইখিব নকনবম ময় নন্দগী য়ুম্নি ।।

ইবেম্মা অপাম্বী য়াওরোইবম চন্থনা পোকপা মচা ইবুংঙো য়াংলেওম্বনা য়ুম্নাক য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা য়ুম্নাম মোইবুং লোকপম মোইরাংখোম তাবা নতুনাথ অচম্বা ময়ুম্নি ।। বাংখেদগী য়ুম্নাম জুবশিঙ্গী য়ুম্নি ।। হাওবমদগী য়ুম্নাম অত্রায় লাক্কে ।। সং আহন্দগী য়ুম্নাম ( অহোংকৈ তাবা ) পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং অপুংতোম্না য়ুম ভাক্লে । য়ুম্নাম পেনা খোংবা পিবা ঔরাদা লৈখি ।। মথং গোপাল্না য়ুম ভাক্লে ।। কোংবমদগী য়ুম্নাম মরেম লাক্কে । হাওবমদগী মাইনু লাক্কে ।

মৈতৈঙু মোইরাম্বনা নিংথেমম্বী খোংজা ওবীদ — খোকচাওবীদ তাংলেন ৫ ৪ নাওবু অকৌদা মক্তোন মিউওমমবদা পিখিবা নিংথেমম্বীনা লমুন পোকই । মাগী ঈনা খোমিতোক তাবা কোনশম শাক্তৌগী ঈনি । খোমিতোক তাবা কোনশম হুগাখিরশিঙ্গী য়ুম্নি । থাইখিবা শিংতাম তাবা য়ুম্নাম নিলমজগী য়ুম্নি । কৈনৌ তাবা য়ুম্নাম লগাসিঙ্গী য়ুম্নি । য়ুম্নাম কোনশাব কোকপেম লাক্কে ।। লুপ অসি মৈতৈঙু মোইরাংগী মুংনব ঈনে ।

---

# ৩০ নং মৈতৈঙু থাংপি লাম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০১ নোংদালাই কুমশিং ১২২৮ দ মৈতৈঙু থংপি লানথবন, নিংথৌ ওইরে ।। মৈতৈঙু অসিনা মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বগী মফমদা কমদে ৬ থক থাখিদুনা মচাম্পী য়োইরেন তোমপোকপী ইরাংলোনবু মৈতৈ লৈম ওইনবা হায়হল্লুবদা মৈতৈ নিংথৌ মোংজাম্বনা পোকপদা ইচা নিংজোল থাজনিংদে হায়দুনা কমদে ৬ পু ইকাইনা পিদুনা চল্লক্লে ।। রারম অতু মৈতৈ নিংথৌনা তাবদগী তাখিদুনা লানমী শেমদুনা হিগী লানমী ১০০ হি তোংদুনা লোক্তাক য়ৌনবা কুমহনখ্রে শাগোল লানমী ৫০০ না মৈতৈঙুনা লোইনদুনা নিংথৌথেং মশাং কুমথখ্রুনা চৌ ভাংজোই য়ৌন লান্দারক্লুনা মোংজাম্বগ মৈতৈ লানমীগা য়াম্না কন্না লান শোক্লরে, মোইরাঙ্গী খুরোং থরা খিদুনা থাংজিং চীংথক্ক ভেঙ্গোল অমুক শাদুনা থুমিং হুম্নি লান শোক্লে ।। মৈতৈ লানমীনা হৈবা শিংবা হন্দুনা লানবনবু থুগায়দুনা মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্ববু ফারে ।। ২তম অদুদা ইরাংলোন

ইবেম্মা য়োইরেন তোম্পোকপীনা মাগী লোইনবী থরগা লোইননা মৈতৈঙ্গী মফমদা হায়জরে, "মৈতৈ নিংথৌগী স্না পুক্লিং থুংনবা স্না থৌগন ফংজগে লাইবক থিবীবু পোক্লবা ইপাগী থরাইতদি কনবীয়ু" হাইনা চংজরে ।। মতুং অতুদা মোইরাং মোংজাম্নগুম মঙক্কা ফি য়েক্তুনা মৈতৈঙ্গী মফমদা নোঙ্গুকপা রাহৈনা হায়জ চংজত্তুন মমোম ইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপীবু কত্তুনা অঙৎ অউন তম্ন লুহোংদুনা কংলৈ পুংময়োন্দা ওল্লক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৮৪০৩ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৫ দা ইরাংলোন ইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপী মৈতৈ লৈমরেল হাপ্তুনা মৈতৈঙ্ থাংপি লাম্বা পিবা ফম্বাল তোংনবা থৌরাংলে ।। অঙোম নিংথৌ তাংশোম্বা ।। মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা ।। খুমন নিংথৌ য়াওশোম্বা ।। লুয়াংন লুপ্লাকপা, খৌজরুপ্লাকপা, কোংজরুপলাকপা, লুপারুপ্লাকপা, চিংঙে চিংজরুপ লাকপা, খাইজশি – খাইজরুপ্লাকপা ফমদৌ ৬৪ গা নোংদম মরু নোংমাইহনবা, মরু মচা থেংগ্রাইবা অসিন-চিংবনা শিল্লাংদুনা পিবা অতুম্না ইরু মাইতাদুনা ময়ুম ৭ কী পিবা লুচিংবা হাপ্লে ।। ফম্বাল কুমজা অসিদা মরিংনা ইরাং হৌরকুনা মৈতৈঙ্না খোংলেংদুনা চৎলম লুতিনবু কাওদনবা রারক রাতেমদুনা চংহল্লি ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৪ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৬ তা মৈতৈঙ্ থাংপি লাম্বা পিবনা ইবেম্মা অপাম্বী নিংথৌ তোরা চম্নু ১ লৈমখুবী, ২ ইংগুদম চম্নু, ৩ য়াংকোক-পম (য়াংকোইগু) চম্নু, ৪ থোংবম চম্নু, ৫ লৈশাংথেম চম্নু থাংতাবী লৈদুনা ইবেম্মা ৬ পাল্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৫ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৭ কুম অসিদা ইবেম্মা ইরাংলোন লৈমাখুবীবু রাঙ্গোন শঙ্গমদুনা মচা ইবুংঙো (খুমোংবা পুংমিম্নবা) পোক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৬ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৮ দা ইবেম্মা অপাম্বী নিংথৌ তোরা চম্নু লৈমাখুবীনা (স্না নেনাথাবা) পোক্লে ।। কুমশিদ থোংবম চম্নু অপাম্বীনা (লোইচাওবা) পোক্লে । ইবেম্মা অপাম্বী ইংগুদম চম্নুনা (কাকপা থরাম্বা) পোক্লে । ইবেম্মা লৈশাংথেম চম্নু থংতাকপীনা খোনৌবা পোক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪২৪ নোংদালাই কুমশিং ১৩১৬ ত, মৈতৈঙ্ পুরাম্বনা পোক্লম্বা মচা ইবুংঙো কোংয়াম্বন মপাগী লমন শিঙ্গে রাখন্দুন, লান্দরকুনা লান্দা থাংপি লাম্বা থুপখি চহী ২২ পাল্লি ।। পুন্সিনা চহি ৪৪ নি ।

---

## মৈতৈঙ্ থাংপি লাম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

নোংমাইথেম স্নারাইপম, খুমন চারাকপম খুমন চারকপম অহৈবম লাংপোক্লাকপম, নোংথোনবম, নিংথৌজম, চোথাম তিনবা নিংথৌজম, নিংথৌজম য়ুম্নাম তিনবা খাইবা শিঙ্গাম, য়ুম্নাম শোরেনশংবম,

খাইবা এনশেনবম, খাইবা শোরাম, নাকনবম শোয়াম, খেন্দাম, খোদায়া পেবম ওনবা, খাইখিবা ভোয়বম, শাগোলশেম, ভাখেয়া হোদাম ওইখিবা, সনসম. নাম্নৈরাকপম. খোইরাকপমগী লাকপা নাম্নৈরাকপম,

মৈতৈ লৈমরেন যোইরেন ভোমপোকপী লৈম খুনীনা পোকপা খুমোংবা পুংমিম্নবনা ( নোংমাইথেম স্নারাইপম ) য়ুমদারে । খুরাই ভাবা নোংমাইপেম স্না রাইপম দামুদরদি নোম্নি = লাক্লে ।

ইবেম্মা অপাম্বী নিংথৌ ভোরা চম্বুনা পোকপা স্নাইনেনা খাবনা ( খুমন চারাকপম য়ুমদাবা হোরে ।। মাগী ঈনা খুমন চারাকপম রূপসিং ।। মগী ঈন ( চীংভা মথা ভাবা ) খুমন চারাকপম পিবদি ঔরাদা লৈখি । মথং পিবশু ময়াংদা লৈখি । মথং ভুবোয়া য়ুম ভাক্লে । ( খুরাই ভাবা খুমন চারাকপম ) অহৈবম কুণ্ডি ধজ.গী য়ুম্নি ।। খুমন চারাকপম গঙ্গরাম লাক্লে । খুমন চারাকপম অঠৈবম শিংজমৈ ভাবা ইন্দ্রগী য়ুম্নি ।। ( মখি ভাবা ) খুমন চারাকপম অঠৈবম চাওবতোনগী য়ুম্নি ।। চাওবাতোনদগী খাইবা দয়ানন্দগী য়ুম্নি ।

ইবেম্মা অপাম্বী য়াঙ্কোইশুনা পোকপ স্নারেম্বনা ( লাংপোকলাকপম ) য়ুমদারে । মাগী ঈনা লাংপোকলাকপম জয়সিংগী য়ুম্নি ।। নখুব মপান ভাব লাংপোকলাকপম পিবা ঔরাদা লৈখি । মথং চন্দ্র খোদোয়া য়ুম ভাক্লি ।। ( কৈবি ভাবা লাংপোকলাকপম ) কপুইদি খাংজমদা নাই ওই লাক্লে । খুরাই ভাবা লাংপোকলাকপম পিবাদি ময়াংদা লৈ । মথং জয় সিংনা য়ুম ভাক্লি ।।

( খাইথিবা নিংথৌজম চরাংপাং ভাবা ) খথা লাক্লে ।। নিংথৌজমদগী খাইথিব নাকনবম খুরাই ভাবা ) শেথোয়শিংগী য়ুম্নি ।।

খাইথিবা লাংপোকলাকপম চিনগাংবম গোপিচোরোনগী য়ুম্নি ।। ( জশ্বরশিংদগী খাইবা নোংখোনবম ) অভাক্তোন, লাংপোকলাকপম শিক্ত ভমফা মনাই শ্যাম রুমা লাক্লে । ( লাংপোকলাকপম খুরাই ভাবা ) পিবাদি ময়াংদা লৈ ।। মথং পুকচাওনা য়ুম ভাক্লি ।

খোংবম চম্বুনা পোকপা ইবুংঙো লোইচানা নিংথৌজম য়ুমদাই ।। মাগী ঈনা ( খৌবাল ভোমজিন ভাবা শ.দামগী ) য়ুম্নি ।। ( খাংমৈবন ভাবা নিংথৌজম ) ফৈরাবগী য়ুম্নি ।। ( য়ুমনাখোং ভাবদা লৈবা নিংথৌজম হেমাশিংগী ) য়ুম্নি ।।

( চোংথাম ভিনবা নিংথৌজম ) চীংঙা মথা তাবা থোকচাওগী য়ুম্নি । নিংথৌজম য়ুম্নাম ভিনবা থিগুৈন্দগী ককরা তাঁবা লিপান্দগী য়ুম্নি ।

থাথখিবা ( শিংগাম য়াইস্কুল তাবা শ্যামচন্দ্রগী য়ুম্নি ।। কৈরাওদগী নিংথৌজম খুরুপগী য়ুম্নি ।।

থাইখিবা য়ুম্নাম শোরেনশংবম শুমোল শিঙ্গী য়ুম্নি ।। থাইখিবা ( এনশেনবম জন্মশিঙ্গী য়ুম্নি ।। থাইখিবা ( শোরাম শগোলবন তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈথি । মথং চন্দ্রশিংনা য়ুম্ ভাক্লি ।।

থাইশুবা ( নাকনবম শোরাম ) যশুগী য়ুম্নি ।। নাকনবম শোরাম ঘনশ্যামগী য়ুম্নি শনজেং-থোংশংবা নাকনবম শিথা লাক্লে ।। শংশং কৈশংবা নিংথৌজম মরিং লাক্লে ।।

ইন্দ্রদম চন্দ্র অপাঙ্গীন পোকপা ককপা থরাম্বনা অঙৌপান্দা চন্দ্র পান্নহুন। থৌভাবগা, হোদিকাগা, হোদঙ্গা অকুম পোক্লুনা হোদিকাগ, হোদঙ্গদি ময়াং লৈবাক্তা লৈরুরগা থোরক্লুনা লৈরেএ ।

থৌভাবনা ( থৌদাম ) য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা খুবাই তাব বলদেবগী য়ুম্নি ।। অঙম থৌদাম রোমা= কাম্বদি লোম্নি ।। বলদেবদগী থাইবা মহাবলি মনিং তাবা থৌদাম পোবিত্রগী য়ুম্নি ।। থৌদাম খেমসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

( থৌদাম পেবম ওনখিবা ) থৌদাম পেবম জাতিশ্বরগী য়ুম্নি । হৈয়েলদগী লাংথৈ তাবা য়ুম ( থৌদাম পেবম ) নবচন্দ্রগী য়ুম্নি । য়ুম্নাম অকোং লাক্লে ।। থৌদাম শ্যাম লাক্লে ।। থাইখিবা ( ভোম্নবম মুহোনশিং, নোংথোনবম অতেঙ্গাও. নোংথোনবম অয়াম তনবা লোইচা লাক্লে ।

হোদিকাগী ঈনা ( শাগোলশেম ) য়ুমদারে । চীংঙা মথা তাবা শাগোলশেম ময়ূরধজগী য়ুম্নি ।। ককরা তাবা শগোলশেম মদনসিংগী য়ুম্ ।। থাইখিবা শাগোলশেম ফৈজাও ।।

( ভাথেম্বা হোদাম ওইখিবা ) নম্বুল মপাল তাবা পিবাদি ঔরাদা লৈ ।। মথং হোদাম দেবসিংনা য়ুম্ ভাক্লি ।।

হাওবমদা লৈবা শাগোলশেম পিবাদি ময়াংদা লৈ ।। মথং নম্বুন তাবা রত্না নন্দনা য়ুম্ ভাক্লি ।। হৈয়েন্দা লৈবা ভাথেম শোলবা লাক্লে ।।

তোদংগী ঈনা স্নসম য়ুম্‌দাখি নচারুপ লাকপা চিংঙামথক তাবা স্নসম পিবাদি ময়াংদা —তথেলপা লৈখি । মথং ধর্মশিংনঃ য়ুম ভাক্লি । ধর্মশিংদগী থাইবা বলরাম সিংনে ।। ( ওইনাম শিংঙেন তাবা স্নসম জিবনন্দগী য়ুম্নি ।। স্নসম রিপুজিংকী য়ুম্নি ।। ( স্নসম ওইনাম শিংঙেন তাবা ) চেংনন্দগী য়ুম্নি । কাংজমোং তাবা স্নসম পিবা ময়াংদা লৈখি ।। মথং চন্দ্রশিংনা য়ুম ভাক্লি ।। স্নসম মণিং লাক্লে ।

ঈবেম্মা অপান্দী লৈশাংথেম চনু লৈমঃ থংজানঃ পোকপা খেম্নোবন নামৈরাকপম য়ুমদারে । মাগী ঈনা নামৈরাকপম নোদিয়া, চিংথম শৌরনে ।। মাগী ঈনা নামৈরাকপম গোকুলগী য়ুম্নি । অহন থারেন লাক্লে ।। বলারাম লাক্লে ।। লাইবা লমলোই লাক্লে । ঈবেংবম তাবা নামৈরাকপম বলরামশিংগী য়ুম্নি ।। ( খুইরাকপমদগী লাকপা নামৈরাকপম ) কোংবগী য়ুম্নি ।। ( করো লৈকাই তাবা নামৈরাকপম পিবা পাওবদি ঈরাদা লৈখি ।। মথং মৈরাবন য়ুম ভাক্লি ।। মথং চিত্তরায়া য়ুম ভাক্লি ।।

— মঙাখুবা শরুক লোইরবা —

